# নিংথৌ ল হনো

## (অহানবা শরুক)

নিংঙোম্বম চীংলেন

অফোংবা : নিংঙোম্বম গোকুলচান্দ মীতৈ
ব্রাংখৈ অঙোম লৈকাই,
হিদাম লমপাক।
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১




অহানবা খুৎনম : ... মমতা, ২০০৫

লাইরিক মশিং : ৫০০

লাইরিক্কী মমল

মখুম অচম্বা : লুপা ১৫০/-

মখুম অথাবা : লুপা ৩০০/-

---

লাইরিক নম্ফম :- জে: বি: প্রিন্টরস, বি: টি: রোড, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

# ৱাহৌদোক

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বদগী (খৃ: ৩৩-১৬৪) হৌনা ইনিংথৌ মৈতিংঙু বুধচন্দ্র (খৃ: ১৯৪১ - ৫৫) ফাওবদা মথং মথং লেপ্তুনা পানলকখিবা ইনিংথৌশিংগী লাইরিক অমা ইথোক্লবগী পুক্লিংদা লেপখি। লাইরিক অসি মচাক লৌখৎতুনা ইবা হৌরকপদা (draft) পুক্লিংদা অকিবা, নুংঙাইতবা ফাওবা হৌরকখি। মতাংসিদা মিংনা উবগা নাকোংনা তাবগা অনিগী খেৎনবা ময়েক শেংনা চোংথোরকখি। থক্কী লাইরিক লাইশু হৈরবা লময়ানবা কংলৈরোল (ইতিহাস) ইবা কয়ানা ইবিরম্বা লাইরিকশিংদা ফংলিবা ৱারিগা অরিবা মৈতৈ চেদা ইরম্বা কয়াগা খেৎনবা থেংনখি। মসিদা কিজবা, নুংঙাইতবা ফাওবগী মরমদি থক্কী অইবশিংনা ইবিরম্বা অদু লৈপাক মীয়াম্না খংনা পানগ্রে, মহৈ তমফমশিংদা তম্নগ্রে। লাইরিকশিং অদুদগী লৌথোক্লদুনা মখাতাবকপা অইবা কয়া অমনা লাইরিক কয়াসু ইনগ্রে। মসিদা অয়েৎপা অকাইবা পীবা ওইনা থোক্লগদ্র হায়না খঞ্জদুনা কিজবনি, নুংঙাইজদবনি। খেৎনরম্বা মান্নদবা অসিগী মতাংদা অমা অনিদং লৌখৎতুনা থমলি। মৈতিংঙু থংবীলাল থাবনা খৃ: ১৩০২-২৪ ফাওবা নিংথৌ ওইনা পানখি। মহাক্না নুপী ৬ পান্নরম্মী, মদুগী মনুংদা ইমখু/য়িমখু চনুনা পোকপা মচা নুপা ক্নাকপা থৱাম্থাবনা ময়াং খোংনাংখোং মরিমচা চীংখুরেম্বী চাংঙুরেম্বী লৌখি। চীংখুরেম্বীনা মচা নুপা অনিগা মনাই মশন কয়াগা লোয়ন্না লৈপাকসিদা লাকখি। অদুবু থক্কী অইবশিংনা ইবা লাইরিক্তা মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা (খৃ: ৬৬৩-৭৬৩) পাল্লিংঙৈদা থোকখিবা থৌদোক্নি হায়না ইরি। চীংঙুরেম্বী খোংলুপ অসি অনিরক থোকখিব্রা? অসুম্না মৈতিংঙু কিয়াম্বগী (খৃ: ১৪৬৭ - ১৫০৮) মতাংদসু মান্নদবা কয়া লৈরি। কিয়াম্বা নিংথৌগা পোংনিংথৌগা মীচং ওইদুনা কবো ক্যাংদা লান্তামিন্নৈ। লাল লোইদুনা হন্নরকপা মতমদা পোংনিংথৌনা কিয়াম্বা নুং অমা খুদোল ওইনা পিরকখি। মদু বিষ্ণুনি হায়দুনা লাৎপা হৌখি। খুরোই হাওবা লম্মাংদোংবু বিষ্ণু লাৎপদগী বিষ্ণুপুর কৌখি। হৌজিক বিষ্ণুপুরদা লৈরিবা চেক্কী ফুরা অসি কিয়াম্বা নিংথৌনা বিষ্ণু লাৎপগী শারম্বা

ফুরানি হায়দুনা ইরি । লৈপাক অসিদা চেক শাবা হৌখিবা অসি মৈতিংঙু খাগেম্বগী (খৃ: ১৫৯৭ - ১৬৫২) সনা হাক্তক্তগী হৌখি হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা শেংনা ইরি । চেক শাবা হৈত্রিঙৈদা চেক্কী ফুরা শাবা হৌনদে। মরমদুনা খুরোই হাওবা লম্মাংদোংগী বিষ্ণু ফুরা য়াম্না থেংথরক্লবা চেক শাবা হৈরবা মতমদা শাবনি হায়বসি ময়েক্লা তাবনি। তশেংনমক পোং নিংথৌনা কিয়াম্বদা নূং য়াইওইবা পিরম্বা লৈত্তে । পোং নিংথৌনা নূং য়াই পীরম্বদি পামহৈবা নিংথৌদা (খৃ: ১৭০৯ - ৪৮) পীরম্বনি । কনাগুম্বা অইবা খরনা বিষ্ণু অসি ঙনখৎনা লাৎপা হৌরকখি হায়নবা হোৎনদুনা কিয়াম্বা নিংথৌ মতমদা পুখৎলগা শেমজিন্দুনা ইখিবা ওইনা তাই । কিয়াম্বা মতমদগী খুরোই হাওবা লম্মাংদোংবু বিষ্ণুপুর কৌখি হায়বগী হৌরকফম (original) ওইবা মচাক পুথোকপা লৈত্রি, থক্কী অইবা অমা অনিনা ইরম্বা অদুদগী লৌথোক্লরগা মখাতারকপা অইবশিংনা বিষ্ণুপুর কৌখি হায়দুনা ইন্নবা ওইনা তৌরি । মসি অচুম্বনি হায়দুনা অসুম ইন্নরবদি কংলৈরোন্দা লাইবক থিবা অমনি । মতৌ অসুম তৌনা পামহৈবা নিংথৌ পোকপা অমসুং মপাবুংঙো চরাইরোংবা নোঙ্গাবা অসি মান্নদবা লিখুন কয়ামরুম লৈরি । চীংথংখোম্বা নিংথৌগী (খৃ: ১৭৬৩-৯৮) মতাংদসু মান্নদবা ৱারি কয়া লৈরি। চীংথংখোম্বা নিংথৌ তশেংনা শামু অঙাওবা ফাখিব্রা, হায়বগী পাওখুম অরাইবা ওইদ্রি। চীংথখোম্বগী মথক্তা অৱানা খৃ: ১৭৬৪ দা লান্তারকখি, লান্দা মায়থিদুনা কছারদা চেনখিদুনা কছার নিংথৌ সিন্ধিকারিদা চংজখি । অদুদগী সিন্ধিকারিগা লোয়ন্না তেখাও লৈপাক য়ৌখি । অহোমগী মৈতৈগী চৈথারোল কুম্বাবগুম্না চহী অমগী মনুংদা থোকপা থৌদোক ৱাথোক ইশিনবা অহোম বুরানজি কৌবা লাইরিক অমা লৈ । লাইরিক অদুদা চীংথংখোম্বা নিংথৌনা তেখাও নিংথৌ চাওসুরেম্ফাদা খুদোল পোং কয়া কৎনা খুরম্বা, খৃ: ১৭৬৫ দা তেখাও নিংথৌনা কংলৈপাক্তগী অৱা তাম্থোকখিবা অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা থারকখিবা কংলৈপাক য়ৌবা ঙমদনা হনখিবা, মতুংদা খৃ: ১৭৬৭ তা চীংথংখোম্বা নিংথৌ য়াওনা খাগিয়া ফুকান্না লুচিংবা লাম্মী কছাররোমদা থারকখিবা, খোংচৎ অসিদা চীংথংখোম্বা লৈপাকসি য়ৌরক্লুনা নিংথৌ অমুক ওইখিবা, অদুগী মতুংদা খৃ: ১৭৬৮ দা ময়াম্বুং মরাম্বনা পোক্লম্বা মচা নুপী ফোংদালোকপী তেখাও নিংথৌদা লুহোংখিবনচিংবা য়াম্না শেংনা ইরি । অদুগা বুরানজিদা শামু অঙাওবা ফাবগী ৱা মচেৎ অমতা পনলমদে। অদুগা লৈপাকসিগী অইবা কয়ানা তেখাও শামু

অঙাওবা ফাবগী ৱারি ইনরি। অসিদসু নত্তনা পেনা অমসুং কংলৈরোল শৈশকপশিংনা মখৌ পোংনা শামু অঙাওবা ফাবগী ৱারি শৈশক্লি। লাইবক থিরিবদি অশুক শাথিবা তেখাও লৈপাকমক্না লাক্লা ফানবা ঙমদ্রবা অঙাওবা শামু অমা ফাবা ঙম্বা মথৌনা লৈবা নিংথৌ অসি বুরানজিদা ইরমদবা অসিনি। অসিদসু নত্তনা অতৈ খেৎনবা মান্নদবা ৱারি লাইরিক কয়া লৈরি। অসুম্না লাইরিকশিংদা খেন্নবা, মান্নদবা কয়া ইরম্বা অসিনা লাইরিক অসি ইবদা য়াম্না অৱাবা অমা ওইখি। ঙসি কংলৈরোন্দা মান্নদবা, খেৎনবা কয়া লৈরিবা অসিদা লৈপাক মীয়াম্না অচুম্বা কংলৈরোল পুথোকপা ঙম্নবা হোৎনবদা মতেং পাংবা ওইনা লাইরিক অসি লৈপাক্তা লাম্হোকচরি।

লাইরিক অসিদা করিগুম্বা অরানবা, অশোইবা য়াওরম্বা থোক্লবসু কনাগুম্বা অখং অহৈশিংনা তাকপীরক্লবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি অমসুং মথংগী খুৎনমদা হেক ঙম্বা মখৈ চুমথোক্লবা হোৎনজগনি।

# য়াওফম তাকপা

-)০(-

# ১বা

## মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বা / নোংদা তুকুপলীক/ মেচী সনা / অপানবা / চীংখোং / ক-সনা পাখঙ্‌বা / লৈনুং লোলজা।

## (খৃ: ৩৩-১৫৪)

কোন্‌শৌরেন্না লাইয়েক লাইখোৎ চনু পান্নদুনা মচা ইবুংঙো কুপত্রেং অমসুং সেনত্রেং পোকই । কুপত্রেংনা অহননি, সেনত্রেংনা অতোনবনি । কুপত্রেংনা খাক্‌পা চনু লৌদুনা চীংৱাংলক্কী নিংথৌ সোরারেন অঙৌবা পুরৈরোম্বা পোক্‌ই । পুরৈরোম্বনা অঙোম ওইখি। সেনত্রেংনা মঙাং সলাই ওইনা কাংলৈপাক্কী ময়ুম ৬ লুচিংবা পিবারেন ওইখি। মৈদিংঙু সেনত্রেং অপালবনা পীরিৎনু অরেং অহুমনু মাইরেঙ হৌবা চনু, নোংদা নোংখন লেম্বী, ইমজাও লৈমা ওইবী লৈমা অহুম থক্তা তানফংবী, নিংথৌ অহুমলক্ পালফবী লৈনুং য়াবীরোক পান্নদুনা মৈতিংঙু নোংদালাইরেন পাখঙ্‌বা পোকই। মৈতিংঙু সেনত্রেং অপানবনা থুপখ্রবদা মচা ইবুংঙো নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বনা কলি কুমশিং ৩১৩৫ শুবা, মশাগী চহী ২৭শুবা খৃ: ৩৩দা কংলৈপাক্কী ময়ুম ৬ লুচিংবা পিবারেন ওইনা পানলম্মী।

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বনা মতিক লৈনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইদুনা লৈপাক্ ইংনা তপ্না পানবা হৌরম্মী। মতমসিদা খাবশিংসু মপাঙ্গল কন্নলম্মী। খাবগী লুচিংবা নোংজেংসুনা লুচিংদুনা মৈতিংঙুগী মথক্তা লান্তারক্লম্মী। খাবনা লানঙম্বদগী মৈতিংঙুনা কংলৈপুং ময়োল থাদোক্লগা লোংনা থুপনা চেনখিদুনা মোইরাংগী লোইরেন খুনবী লোক্তা লোৎতুনা লৈখি। মৈতিংঙুনা মোইরাংগী খুনবী লোক্তা লোৎনা থুপ্না লৈ হায়বগী মফম অদুবু "লোইরেন সনা পূং" হায়না কৌরম্মী। অসুম্না লোৎনা থুপ্না লৈরিঙৈ মতম অসিবু লৈনুংলোলজা হায়না খঙ্‌নরম্মী। মতমদুদা লৈপাক্ অসি লৈথক, লৈয়াই অমদি লৈনুং হায়না খায়দোক্লম্মী। মখা মায়কৈগী লম অসিবু লৈনুং হায়না কৌরম্মী । মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বনা চহী খরা লোৎনা থুপ্না মোইরাং খুনবিলোক্তা লৈরিঙৈদা নুপী অমা লৌদুনা মচা নুপা মুংয়াংচাওবগা তাংগ্রুলময়িবগা অনিসি পোকলম্মী । মৈতিংঙু নোংদালাইরেন

পাখঙ্‌বনা মোইরাংদা মাগী মী শেমগৎতুনা মোইরাংগী চাওবা সৌবোনঙম্বগী মতেংনা কংলৈ পুংমায়োন্দা পালহৌবা খাবগী মথক্তা লান্তারক্লম্মী, লান্দুদা মোইরাং চাওবা সৌবোনঙম্বনা খাবগী লুচিংবা খাবা নোংজেংবা হাৎলম্মী। খাবশিংসু মখোয়গী লুচিংবা শিখিবদগী কায়দুনা চেন্নরম্মী। খাবা কাংলুপ অমদি পুরৈরোম্বগী মফমদা কনবীনবা চেনশিনবদগী কনবিরম্মী। খাবা কাংলুপ অমনা মথৱাই হিংনবা চেনখিদুনা মচি ওইখ্রে। অদুগা খাবা কাংলুপ অমনা অৱাং লমদা চেনখিদুনা কবুই নুংনাং ওইনা লৈখ্রে। খাবা নোংঙান্‌বদি মৈতিংঙু নোংদা লাইরেনগী মফমদা চংজদুনা মৈতিংঙুনা কনবীরে। অসিগী মতুংদগী খাবগী মপাঙ্গল অমুক কনখৎলক্‌খিদ্রে। খাবগী লান লোইবদগী লৈপাক্‌ ইংনা তপ্না পানবা হৌরম্মী।

মৈতিংঙু নোংদালাইরেন পাখঙ্‌বনা লৈপাক্কী ইরাং লৈতনা ইংনা তপ্না পানলবা মতমসিদা অৱাং চীংখৈলম লিলৱাই ঈ মরুদা (ঈরিল তুবেলগী মক) চৎতুনা লাইনিংলম্মী। মৈতিংঙুনা মফম অদুদা অকনবা লাইনিং হিবি চৎতুনা তেংপান্‌বা মপু ওংলৌ য়াইবীরেন শিদবগী মতিক ময়াই অথোইববু ফংলম্মী। শিদবা মপুগী মতিক ময়াই, অথোইববু ফংলবা মতুংদা লিল্‌ৱাই ঈ মরুদগী হন্না চীংগী চীংমৈ ইন্না কংলৈ পুংমায়োন্দা খোং কারকখি। লৈপাক্কী অঙম অখৌ, পুখ্রল, নোংথোনবা, অশৈ, অমাই য়াওনা চাক্‌থাং, খুৎশু-খুৎলাই, খাউয়াই, মৈবী মৈরা য়াওনা মৈতিংঙুগী পোৎলোই মশিংশুনা হন্নচীঙ্‌দা ওকলুদুনা নুমিৎ য়ুংবা য়ুথক্তা নোংহুম শঙ্‌গী লপয়ান কাদা থুংলরে। লিলৱাই ঈ মরুদা লাইনিং পরৈ হিরি চেৎলুদুনা তেংপান্‌বা মপু শিদবগী অথোইবা মতিক মঙাল ফংলবা মতুংদগী তাইবং মীওইবা অমনা চৎকদবা লাইনিং লিচৎ নিপাল (৮) অমসুং তাইবং মীওইবা অমনা থাদোক্তুনা চৎলোইদবা লিচৎ নিপাল (৮) ঙাক্না চৎলম্মী। নমু তাইবং মীওইবা অমনা ঙাক্না চৎকদবা লাইনিং লিচৎ নিপান্দি ঃ-

(১) মরান মোংবা ময়ুমশেংবা:- তেংবানবা মপু শিদবগী য়ুম ওইরিবা তাইবং মীওইবগী সমু হকচাংগী পুক্লিং ৱাখলবু শেংনা মকহন্দনা লৈবা।

---

* নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বনা নিংথৌ ওইবা চহী ৪৫ শুরকপদা শকাব্দ অমা হৌই। খৃষ্টব্দ ৭৮-দা শকাব্দ অমা হৌখি; মবম সিনা মণিপুরগী কংলৈবোল ইবশিংনা নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বনা নিংথৌ ওইখিবসি খৃষ্টব্দ ৩৩/৩৪ হায়না ইবিবসিনি। **"চৈথারোল কুম্বাবা"**।

(২) সমু মহাকচাং মকহন্দবা :- মীওইবগী তাইবং হকচাং অসিবু লুনা নান্না তরু তহেন্না থম্বা ।

(৩) ব্লুলপী পুক্লিং লেপ্পা :- পুক্লিং ৱাখলবু ঈথক ঈপোম হৌহন্দনা পুক্লিং ৱাখল চেৎনা, লেপ্পা শিদবা মপুবু নিংজবা ।

(৪) কোলোয় য়াথং চুম্বা :- অচুম্বা ৱা ঙাংবা । কনাগুম্বা অমগী মফমদা ওইদবা নত্তবা চিনথিবা ৱা ঙাংদবা ।

(৫) চিঙ্গাক শেংনা চাবা :- হকচাংদা কান্নগদবা মচি ওইবা চিঙ্গাক চাবা, ফত্তবা হকচাংদা মাংগদবা ময়াই কাবা অমদি অতৈ ফত্তবা চিঙ্গাক চাদবা ।

(৬) য়াইবী থৱায় ঙাক্পা : থৱায় পানবা পুন্নমকপু, থৱায় অমতনি খন্না নুংশিনা, লুনা তৌবিবা, ঙাক্পি-শেনবীবা ।

(৭) মরাম মোংবা য়ুমনাইবা
তানলোই লুমতিন থৌপু
পুক্লিং থেংকোই নিক্লপা :- য়ুম পান্দুনা লৈমিন্নরবা নুপা-নুপী অদুনা পুক্লিং অরেপ্পা লৈতনা অতোপ্পা নুপা-নুপীদা নত্তবা মিৎযেং কারন চৎনা য়েংদবা ।

(৮) মতৌ নেম্মা চৎপা :- তাইবং মীওইবশিংবু ইকাই খুম্মনা, লু লুক্লনা, খঙদা হৈতবনি খন্না চৎপা ।

নমু তাইবং মীওইবা অমনা থাদোক্কনা চৎলোইদবা লাইনিং লিচৎ নিপান (৮) দি;

(১) ব্লুলপী পুক্লিং য়াংবা :- পুক্লিং ৱাখল অরেপ্পা লৈতনা, অফ-ফত্ত খনদবা, তয়াং তশোইবা, মেন তাদবা অসি তৌরোইদবনি।

(২) কনচাও য়িথক হৌবা :- মফম মরাং খঙখদনা, অচুম - অরান থিদনা লুতোন কাবা মখৈ শাওরোইদবনি ।

(৩) নমু মীরন পাম্বা :- মীগী মরন মথুম পামলোইদবনি; কনলক্পা মীহৌবা লৈরোইদবনি।

(৪) পুক্লিং অঙক চংবা :- পুক্লিংদা পনলেপফম লৈতনা, করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা চরক চহিং নাইবা ৱাখল থাদোক্পা।

(৫) নাপন ময়াই কাবা :- ঐ মঙাইরে, ঐনা অথোইবনি, অহেনবনি হায়বা নাপনগী ময়াই কাবা পুক্লিং ৱাখল থাদোক্পা।

(৬) নূংখন চরৈ চন্না :- চরৈ ফিনা থুপতুনা মথং মথং থন্নগুম তাইবং মীওইবগী পুক্লিং ৱাখন্দা মরৌ লৈনা থুপ্পা থমলোইদবনি।

(৭) য়েক্লা পাওনাই চেনবা :- মী অমগা অমগবু নুংশিনদনবা, খৎন্নবা ওইদবা ৱা হায়জিন্দুনা য়েক্লা ওইনবা পাও তমলোইদবনি।

(৮) লৌশিং লাংশেম হৈবা :- কনাগুম্বা মরাল লৈজদবা মীওই অমবু নত্ত-ওইদবা ৱা হায়জিন্দুনা অবাবা, নুংঙাইতবা খুদোংথীবা লাংদা থুহনলোইদবনি।

মৈতিংঙু নোংদা লাইবেন পাখঙ্বনা হৌদোকলম্লা মীওইবা অমনা ঙাক্লা চৎকদবা লিচৎ নিপাল (৮) অদুগা চৎলোইদবা লিচৎ নিপাল (৮) অসিবু ঙাক্লা চৎতুনা শিদবা মপুবু নিংজবা শোন্জবা অসিবু পা-খঙ্বা লাইনিং লিকলম হায়না মহাথক্তগী চৎনবা হৌরক্লম্মী।

**(১) পোইরৈতোন খুম্থোকপা -**

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা কংলৈপাক্কী পিবারেন ওইদ্রিঙৈগী মমাংদা লৈপাক্ অসিদা য়াম্না খুদোংথিনা অকিবগী মশক ওইবা ঈশিং - ঈচাওশিং থোকখিরম্মী। মদুদা তমপাক্কী লম অয়াম্বা মতম কুইনা ঈশিং থুমজিনখিবদগী তমপাক্তা লৈবা মীওই পুম্নমক মা মাগী শাফগদবা খুদোংচাবা মফম য়েং য়েংদুনা লৈফম থিদুনা তমপাক্ লম থাদোক্লনা কোইনা চৎনখিরম্মী। খরা অমনা চীংদা কাদুনা লৈনখি খব অমনা চীংলোন লান্দুনা চৎখিবনা মীবমলেন্দা খুনতাখিবম্মী। ঈশিং ঈচাওদগী খুনহোংখিবা অসিদা নত্তনা মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈগী মমাংদসু খরা মপাঙ্গল কনবা কাংবুনা অশোনবা কাংবুবু ওৎপি নৈবীবা য়াম্না তোয়না থোক্খিরম্মী। মদুদসু অশোন্বা কাংবুনা অকনবা কাংবুশিংবু কিবদগী তমপাক লম থাদোক্লুনা শাফগদবা মফম থি থিদুনা মীওই কয়া অমসু খুনহোংখিরম্মী। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা ময়ুম ৬কী লুচিংবা পিবারেন (নিংথৌ) ওইদুনা কংলৈপাক্কী পিবারেন ওইনা পানলবা মতমদা নহান নোং

তমপাক্লম থাদোক্তুনা অতোপ্পা খুদোংচাবা, শাফবা মফম য়েং য়েংদুনা খুন্তাখিবশিং অমদি মীরম লৈপাক্তা লৈখ্রবা মীওইশিংবু অমুক হন্না লৈপাকসিদা হনলক্তুনা হান্নগী মতৌগুম খুন্তা লৈতাদুনা পান্নবা লৈপাক্কী অঙম অথৌ অমদি অখং অহৈশিংগা পুন্না ৱা তান্নদুনা অমুক হন্না কৌশিনবা হায়না ৱালেপনরম্মী। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবনা [১]পোইনাউতাদা য়ুমহোং খুনহোংখিবা পুম্নমক্পু কোইনা চৎতুনা থিরগা কংলৈপাক্তা অমুক খুনহোংহন্লক্তুনা পান্নবা থৌসিরম্মী। পোইনাউতানা মৈতিংঙুগী সনা য়াথংবু পুদুনা কোইনা চৎতুনা য়ুমহোং খুনহোংখিবশিংদা অমুক হন্না লৈপাকসিদা হনলক্তুনা খুন্তালৈতাদুনা লৈরনবা মফম খুদিং চৎতুনা পাওচেনললম্মী। পোইনাউতানা নোংপোক্ মায়কৈপাংনা মৈতৈ খুনহোংখিবশিং থোংগুল লি লিদুনা অসুম থিদুনা লাক্পদা থোংঙারেনগী কাংলুপকা পোইরৈতোন খোনফাং অতোনবা, মদাইরেম লাইনাও তাবীগী কাংলুপকা পুন্না অচৌবা ঈশিং অমগী মপান্দা তাংদুনা মরোল ইরোল তিন্নদবা ময়ামগা পুন্না খুন্তাদুনা লৈরম্বা থেংনরম্মী। পোইনাউতানা মখোয়দা, নখোযনা ইরম লৈপাক্ থাদোক্তুনা মীরম লৈপাক্তা তাংবনা নুংঙাইবা তানফংলোই হৌজিক্তি কংলৈপাক্তা মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখ্ঙবনা কংলৈ পিবারেন ওইদুনা পানলে, মরম অদুনা ইরম লৈপাক্তা হনলসি হায়রম্মী। পোইনাউতানা হায়বদা পোইরৈতোনগী কাংলুপতি হরাও হরাওনা ইরম লৈপাক্তা হনঙম্বা য়ারে, থোংঙারেন অমদি মচননুপী লাইখুৎলোংবীগী কাংবুদি ইরম লৈপাক্তা হনসি হায়বা য়াদ্রদুনা অসুম লৈহৌরগে হায়দুনা মীবম লৈপাক্তা লৈহৌরম্মী। পোইনাউতানা পোইরৈতোনগী খোংলুপকা লোয়ননা লাক্পনা অৱাংবা চীং কারক্লবা মতমদা, নখোয় কংলৈপাক্ তম্না চৎলমলো, লোইবী চীংদা চোইচাইননা পানখ্রবা মৈতৈ লুপশিংদা পাওতাক্লুখিগে হায়দুনা পোইনাউতাদি চীংবু কানা কোইনা পাওচেনবা চৎখ্রে। থোংঙারেন পোইরৈতোন মচিন মনাওগী কাংবুনা অচৌবা ঈশিং অমগী মপান্দা তাংদুনা লৈরম্মী হায়বগী মফম অদুবু তাংপো/তাংবো হায়না কৌরম্মী।

পোইরৈতোন অমদি লৈমা লৈনাওতাবীনা লুচিংদুনা লাক্পা কাংবুনা খুৎশু-খুৎলাই, শা-ষন, চানবা পোৎলমশিং, হিংনা চাবা য়াবা পোৎলম ১০০, থোংলগা চাবা য়াবা পোৎলম ১০০ পুরকলম্মী। অসিদসু নত্তনা খুৎশা-হৈবা, তাবু শাবা, লিক্কোন শাবা, লিফক শাবা, লংশাবা কয়া অমসু লোয়নরকম্মী।

---

*[১] পোইনাউতা :- "............... অসাইগী লাই শিদবা অদুনা পোংনাওতা (পোইনাউতা) কৌনা হন্না খুম্থোকলক্তুনা নিংথৌ অপানবগা তিন্নবদুনা ৱাবম তান্নরদুনা খমচিংকোন কৌনা থৌৱারেনব থেমথোকলুইএ।" শঙ্গাই ফমাং।*

**থোংঙারেন্না অশম্বা লম্বীদা লাক্পা -**

মতম অসিদা ইরম লৈপাক্তা থোক্লক্লরোই হায়না লৈহৌবা থোংঙারেন্না / থরারেন্না মতোম তরক লৈবা নুংঙাইরক্তদুনা, মনাও পোইরৈতোন অমদি লৈমা লৈনাওতাবীনা লুচিংবা লুপ্পু তাহন খঙ্হন্দনা লোৎনা থুপ্পা অশম্বা লম্বীদা মচন নুপী লাইখুৎলোংবীগা লোয়ননা লাকপনা মোইরাং থাংহি ঙাঙোইদা থুংলরে। অদুদগী হৌখুরোই হাওবা লম্মাংদোংদা লাক্লগা নোংপোক্ পাংনা লাক্তুনা কংলৈপুং ময়োন্দা য়ৌরক্তুনা মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন্ পাখঙ্বগী মফমদা থুংলরম্মী। কংলৈপাক্কী মপু ময়ুম তরুক (৬) লুচিংবা মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা থোংঙারেনবু হরাও তয়াম্না কৌশিন্দুনা থম্বীরম্মী। থোংঙানরেয়া মচন নুপী লাই খুৎলোংবীবু মৈতিংঙুগী মফমলাংদা লৈকৎকে হায়না পুক্লিংদা খন্দুনা মচন ইবেম্মা লাইখুৎলোংবীবু কংলৈ পিবারেন মৈতিংঙুগী মফমদা লুহোংদুনা থাজরম্মী।

পোইনাউতানা কোইনা চৎতুনা লোয়বী চীংদা পানবা লমলেক্শাংদা তমপাক লমদা কুমদুনা পান্নবা পাউচেনলুবদা লোইবী চীংদা অসুম লৈদুনা মৈতিংঙুবু লমশেন তুশেন ওইনা পানহৌরগে হায়দুনা লৈহৌরে। নুংঙৌ ইমথংবা অমসুং খোংলৈশাংগা অনিনা লুচিংবা কাংলুপনা পোইনাউতাগা লোইয়া তমপাক্ লমদা খোংকুমলক্লে। পোইরৈতোন্না লুচিংবা লুপনা মাঙগী লম্বী শেম শেমদুনা লাক্পনা তমপাক্ লমদা থুংলরে। মতম কুইনা ইরম লৈপাক্ থাদোক্তুনা মীরম লৈপাক্তা লৈরুবা, ইরম লৈপাক্ থুংদুনা ইনিং তম্না নুংঙাইনা পানলনি খন্দুনা, হরাও মথোই কানা লাউখোংদুনা কংলৈ পুংমায়োন তম্না লাক্লম্মী। পোইরৈতোনগী কাংবুনা মপুক হরাও তয়াম্না লাওখোংনা লাক্পা অদু তাবদা ময়াম্বা থোংঙারেন্না মপুক্তা তাথিবা ওইখিদুনা মহাক্না মৈতিংঙুগী মফমদা নোংপোক্তা খোংদাখিবা মৈতৈ লমহেনবশিংনা কংলৈপাক ময়োনবু পামদুনা হুয়েন লান্তারক্লে হায়ন চিরোন পুকথিন রা হায়জিনলম্মী। মদুদা মৈতিংঙুনা থাজদুনা পোইরৈতোনগী মথক্তা লান্তাদুনা, মখোয়না পুরকপা খুৎশু-খুৎলাই, শেৎনা ইন্নবা ফিরোল, অচা - অথক, পুম্নমক মুনবীরে, অদুগা ব্রাহং-পাওহং তৌদনা মখোয় লোইনমক ফারগা মখুৎ তুংবুন্না কংলৈ পুংমায়োন্দা (কোনুংদা) পুরকলম্মী। পোইরৈতোনবু লানতৌদুনা ফারকপা মফম অদুবু "লাংঙথেন" হায়না কৌরম্মী। পোইনাওতানা লুচিংদুনা নুংঙৌ ইমথংবা অমসুং খোংলৈশাংগা লোয়ননা লাকপবু, নখোয় অনিদা খোংবুশিংসি পুদুনা লাক্মিন্নরো হায়না শিন্নরমলগা; পোইনাউতানা কংলৈপুং মায়োন্দা খরা থুনা

মাংজৌননা চৎখ্রগে হায়দুনা থুনা য়াংনা কংলৈপুংময়োন তান্না লাক্লে। পোইনাউতানা কংলৈপুংময়োন য়ৌবা মতমদদি পোইরৈতোন্না লুচিংদুনা লাক্পা লুপ্পু ফাদুনা থনম্বা থেংনরে। তৌরিবা মতৌ অদু উবদা পোইনাউতানা মৈতিংঙুগী মফমদা পাওতমলম্মী। ঐনা পাওচেন পাওতাক্পীদুনা মপুক হরাও তয়াম্না, লাউনা খোংনা লাক্পবু হুয়েন লান্নি খন্দুনা খুৎতুংপুন্দুনা অৱাবা তাহনবা অসিবু করি মতৌনো ৱাখল তৌবীয়ু। মৈতিংঙুগী নফমলাংদা পুকথিন ওইদবা ৱা হায়জিনবা অদু পোইরৈতোনগী ময়াম্বা থোংঙারেন কৌবা মহাক্ অদুনি। নদাইরেম ওইবী লাইখুৎলোংবী অদু থোংঙরেন অমসুং পোইরৈতোন অনি মাগী মচন্ নুপীনি। পিয়াইনু কৌবীনা পোক্ঙম শাৎঙমজবা মপারী মমোম ঙাক্তনি। থোংঙারেন কৌবা মহাক্তি কংলৈপাক্ পুংমায়োন্দা থোক্লসি হায়বা মতমদা থোক্লরোই হায়দুনা লৈহৌবা মপুক মরিন শেংদবা তুংগী বাবু খন্দবা মানা করম্না কংলৈপাক্ পুংমায়োন্দা লাক্তুনা লুচিংবা অহন ওইরমলিবা। নহা মপুক লেপ্তুবনা চৎক্কদবা লিচৎ অহন মানা মচৎলে। মথক মখা ওন্নবে তুংগী চৎলমদা কাইরনি। ফাৎলম (ফাৎলম্বা চৎনবী) অসিবু খংনা তাইবং মচীন মনাও অনিবু মিংহুন মথক মখা ওন্না থোন্না লৈবাক্ অসিদা লৈহৌসনু। পোইনাউতাগী ৱা তাবদা মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন্ পাখঙ্বনা ফাদুনা থমলিবা পোইরৈতোনগী খোংলুপ পুন্নমক থাদোকলম্মী। অসুম্না তৌবিঙে মতমদা নুংঙৌইমথংবা অমসুং খোংলৈশাংগী লুপসু কংলৈ পুংমায়োন্দা থুংলরে। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা মখোয়শিংবুসু হরাও তয়াম্না ওক্লম্মী। মৈতিংঙুনা লৈপাক্ অসিদা খুম্হোক্লক্তুনা লৈরবশিংবু মা মাগী লৈফম পীদুনা খুন্তা লৈতাহনলম্মী। মৈতিংঙুনা থোংঙারেন্দা, নহাক্না অহন ওইজরবসু নহাগী ৱাখল চেন্দুনা তুংগী ৱাখল খন্দবগীদমক্তা নোংলেন চীং নোংমাইচিংগী চীংখোংদা নহালুপ হায়না খুন্তাবো হায়দুনা খুন্তাহনলে। পোইরৈতোন অঙাং ওইবা নংনা তুংগী ৱাখল খন্না চাকোন - নাউকোন্না লৈবা অসিবু, মতুংদা অসিগুম্বা চৎলম অসিবু খঙ্হৌনবগী অহনলুপ হায়না হৌ থাঙ্ৱায় লম্মাহনবগী মনুংদা লৈরো হায়না লৈহনলম্মী। পোইরৈতোন্না লৈবদা নুংঙাইগদবা লৌউ-শিংউবদা খুদোং চাগদবা মফম থিদুনা অতেম্বা লৈতেম মান্নবা মফম অমদা লৈরম্মী। মফম অদুবু লৈতেম মান্নবা মফমনি হায়দুনা লমতেং হায়না কৌরেম্মী। ঙাংহুনথোক্নী ফুলুপ্পা থাংহি মোইরাংদা খুন্তাহনলে। খাবা ফান্তোংবা ফুলুপ্পা নোংচুপ মায়কৈদা খুন্তাহনলে। নুংঙৌইমথংবা অমসুং খোংলৈশাংগী ফুলুপ্পা নোংপোক্চীংখৈদা খুন্তাহনলে। পোইরৈতোন্না লমতেংদা খুন্তাদুনা পানলবা মতমদা মহাক্কা খুম্হোক্মিনরকপা মীওইশিংবু মখোয় মখোয়না পামজবা ওননিংবা মীওই

কাংলুপ (জাৎ) ওনখিবদা অথিংবা অয়েৎপা পীরমদে। ময়াং ওইনিংবা নঙ্দি ওইরোমদা থাঙ্শাং য়ানলো, নয়াদা ক্বা শায়রো, মোইবুংগী পাপোৎ শেল্লগা লিককোলগী থাউচাও য়ান্দুনা থোংনাং ময়াং লৈপাক্তা চৎখ্রো হায়না থাখিরম্মী। তখেন লাংনং ওইনিংবা, নখোয়না ফৈজোম অঙৌবা শেৎলগা ওইরোমদা থাঙশাং য়ানলগা চৎখ্রো। কবো ওইগদবা নঙ্দি শিংকোৎনবা নচুবা কোক্থোক্লো, নশম্না লৱাইদা পুললো, নচা নিপা পোল্লগা উকাক্কি টুপী উপতুনা চৎখ্রো। তাংখুন চগোৎ ওইগদবা নঙ্দি ফৈজোম পৈনা শেৎলো ইনফি য়ুংনা ইনলু, খুবোমদা য়াইরী মকোল য়েৎলু। কুরাউনা ফাল মান্বা থাঙ্খুম য়ান্লগা থাংনা নামৈদা য়েগ্তুনা, নাদা উতোং চিনলো, নকোক্তা শরু ফৈনা থেৎলো, পয়ানা নশম পুনলু, মদুনা লৈতেং ওইনা চৎখ্রো। তরাউ মরিং, খোইবু ওইগদবা নখোয়না লুমাংদা ফিমুন ফাদুনা য়েৎলু, শিঙ্দুমনা নকোক্তা থেৎলগা চৎখ্রো। কবুই লমশাং ওইগদবা নখোয়দি চিনফি ফনেক্ শেৎলো, ফিনা থজিন্দা শেৎলু লাইথাঙ্ চয়োম শানা পায়দুনা চৎখ্রো। খারম মনুং ওইগদবা নখোয়না নুপী মশক্কুম নশম শম্জি তুংদা পুনলু, পাইতু নাকলদা য়েপলগা শাউল লুহুপ উপতুনা চৎখ্রো। চক্পা তাংবা ওইগদবা নখোয়না ননাদা লংহৌ মপুল চিনলগা চৎখ্রো। কেকে মোইরাং ওইগদবা নখোয়দি নকোক্তা শমজিন চিন্না চৎখ্রো। মৈতৈ ওইগদবা কাংবুনা নথক থোংবা মী লাক্পদা লফুং থাও (অচম্বা ফীদা থাও) অদুগা ফম্লাইনা লাক্পদা ফীবুল (ফিগী ফিদা) থাদুনা চান্নবা উৎলু। অসুম তৌদুনা পোইরৈতোন্না মহাক্কা লোয়ননা খুন্থোক্মিন্নরকপা মীওইশিংবু মখোয়না ওননিংবা মীওই ফুরুপ (জাৎ)ওনবা মতমদা মখোয়গী খুৎশু-খুৎলাই, শেৎকদবা ফিজেৎ লৈতেং, চৎনা লমচৎ তাক্পিদুনা চৎহনখিরম্মী।

**মৈতৈ নাদবা, মৈতৈ শিদবা মফম থিবা -**

পোইরৈতোন্না লমতেংদা খুন্তাদুনা লৈরবা মতমদা মচা নুপা চাখা খোংহনবা, সগাং য়াইমবা, কাংদোল লৈনৌবা, লৈশং খেক্ৱাইবা অদুগা মমোম ইবেম্মা খায়োয় নুৱাহল্, হুইয়াই কোংতিংনু অহনবী অমসুং হাওচোং লাংমৈপু সাফবী, মথং মথং শিখিরম্মী। মসিদগী শিগনি, নাগনি হায়বগী অকি - তুচুংবা অমা মতম পুম্নমক্তা মশাদা লৈরম্মী। মরম অসিনা মৈতৈ নারোইদবা, মৈতৈ শিরোইদবা খুনফম কদাইদা লৈবগে হায়না মশাবী লৈনাওতাবী অমদি মরোই মনাওশিংগা লোয়ননা কংলৈপাক্কী নোংপোক্ নোংচুপকী চীংশাং কয়া অমদি শেনবী কাবোগী মফম কয়াবু কোয়না চৎতুনা মৈতৈ নারোইদবা, শিরোইদবা মফমবু লেপ্লা লৈতনা থিরম্মী। মফম পুম্নমক্তা মীশি মীনা থোক্লম্মী। ইয়ুৱা চীংখোং পোইরৈতোন্না য়োৎকী

চৈশু তুন্নমখৈ মীশিদবা নাদবা মফম কোইথি থিদুনা চৎলক্পা মতমদা চক্পা কৈতোংবা কৌবা উয়ানবা শিংজং মরেংবান্দা থোংদুনা চৎপা অমা থেংনরম্মী। মঙোন্দা পোইরৈতোন্না অথাপদা মৈ চাক্পগী তাংগোই পাইদুনা মৈখু ব্রাংনা কাবিবা অসি করিগী মৈনো, পাম থাবগী মৈরা, কম্বী, চফু ইকপা মৈরা, চরুখোক থাবা মৈরা, হায়না হংবদা চক্পা পাখং অদুনা পোৎলোইবগী মৈনে। লৈমা ফাললৌঙম্বীগী মচানিপা শাংফুরাইবা কৌবা অদু শিরে মহাক্কী পোৎলোইবগী মৈনি হায়না খুমলম্মী। পোইরৈতোনা কোইনা চৎতুনা মীনাদবা, শিদবা মফম থিবা ফংদবদগী অমুক হনলক্তুনা লমদেংদা লৈখি। মহাক্না য়ৌরুবা, চৎলুবা মফম পুন্নমক্তা থোকখিবা থৌদোক্কা নত্রগা লৈরম্বা পোৎকী পোৎশক অমদি মওংগী মতুং ইন্না মমিং কয়ামরুম থোনলম্মী। পোইরৈতোন্না লমদেংদা লৈরবা মতমদা মচানুপী অমা পোক্লম্মী। অদুগী মতুংদা মচা নুপা শীঙুৎ শীঙদবুং তবুং শীঙমিংনবা পোক্লম্মী। মচা ইবুংঙো তবুং শীঙমিংনবা লমতেং অহান শোয়দা শিরম্মী। তবুং শীঙমিংনবা শিরুবদগী অমুক হিংগৎলকখি। পোইরৈতোন্না মচা শীঙদবুং তবুং শীঙমিংনবগী মিং অসি শিরুরবা মথৱায় মাংলুরবা অশিবগী মিংনি অদুনা করি কান্নগনি হায়দুনা অতোপ্পা মমিং নিংঙোন্ শীহনবা কৌরসি হায়না অমুক নৌনা, অনৌবা মিং নিংঙোল শীহনবা কৌরম্মী।

---

*পোইরৈতোন খুন্থোক্পা অসি মখল অনিশুই, অমনা কংলৈরোনগী ওইবা ৱাবি, অতোপ্পা অমনা থৱায়গা হকচাংগী মবি তাক্পা অসিনি।*

*নোংদা চীংখন্য়াং শবী -*

*নোংদা চীংখনয়াং শবী হাযবা অসি নুংশিৎনি। লৈনুং হায়বদি লৈপাক্ মনুং অদুগা অমনা মীওইবগী পুকনুং অসিনি। থৱাযগা হকচাংগা মবি তাকপদা হায়বিবা অসি পুকনুংবুনি। থোংঙাবেন/ থৱাইলেন/থৱারেন হাযবদি তাইবংপানবগী হকচাং পুরিবা থৱায অদুনি। তাইবং মীওইবগী মপুং ফারকপা, য়ুমপানবা য়ারকপা মতম অদুদা নোংদা চীংখনয়াং শাবী হায়বা নুংশিৎ অসি লাক্লে। মতম অদুদা নুপা নুপী ওইবা অনি অসিগী নুংশিবগী অকনবা মৈচাক্ লাকই। নোংদা চীংখানয়াং অসিনা নুপাদা থুংলবা অদুনা পোইরৈতোন কৌই। নুপীদা থুংলগা লাইনাউতাবী কৌই। অনি অসি তিন্নরগা পোক্পা অদুবু পোইরৈতোন খুন্থোক্পা কৌই। অদুগী নুংদা লৈবা অদুবু থৱাইরেন/থৱাবেন/থোংঙারেন কৌই। মশক্তি লৈনৌ তাবীদি নুপীগী থাগী খোঙ্কাপ লাক্পা লৈ অদুবুনি। নুপাগী ফম্বি লিক্লা লাক্লিবা অদুনা তাইবংপানবা শন্দোক্পনি। খমচিংকোন/খমতিংকোন হাযহৈবা, থৱায পান্বগী পোকফম হনচিনফম ওইবা অপোক্-অশিগী ৱায়েন তৌরিবা খুর্জি পায়বনি। তোক্পা শা ওইবা, হুন্দুং অপাইবা হাযবদি তোক্পা নুংশিৎ অসিনা ৱাবা কৌবা থৱায় অসি হুমলগা পুবকপদগী ৱাবা হায়বা থৱায় অসিনা শাবী হায়বদি নিংশাদা তোংবা মতমদগী মপুং মরৈ ফাবকপা মথোং কাবকপা অপাম নুংশিলাক্পা অসিনি। অদুগুম্না নিংশা অদু চিংশিনখিবদগী মানা পুবা অদু তোক্লে হাযবগী তোক্পা কৌই। মানা পাইবা অদু হুমদোক্খ্রে হায়বগী হুন্দুং অপাইবা কৌই।*

পোইরৈতোন্না খুন্তা লৈতাদুনা লৈরক্লবা মতম অসিদা লৈপাক্ অসিদা হান্নদগী চৎনদুনা লৈরকলবা লাইনিং লিচৎ, ইরাৎ থৌনি অসিগী মথক্তা পোইরৈতোন্না হৌদোক্পা ইরাৎ- থৌনি, লাইনিং লাইশোন্দা অমুক চৎনবা হৌরকখি । অসিগা লোয়ননা ফিশেৎ-চাক্চা, লমচৎ, ব্রাহৈ ব্রাতা, ব্রাঙাং -শাঙাং কয়াদা অহোংবা পুরকলম্মী। পোইরৈতোন্না মহাক্না লোইনরকপশিংবু মা মাগী মথৌ মঙম মশিন খায়দোক্লুনা মশিন্ অমমম পীদুনা থবক তৌবা হৌহনলম্মী । অসিগা লোইননা পোইরৈতোনগী মমিং লৌদুনা পোইরৈ লৈপাক্ হায়নসু কৌরম্মী ।

**ময়ুম তরেৎ (৭) কী চৎলম লুতিন শেমগৎলকপা -**

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা কংলৈ ফম্বাল তোংনবা থৌরাং তৌবা হৌরক্লম্মী । মসিদা পোইনাউতা, তাক্লখা নুংকোই মরিংবা অমসুং লালহঙম্বা অহুম্না মপা ইবুংঙো মৈতিংঙু সেনত্রেং অপানবনা ফম্বাল তোংখিবগী মরম পুম্বা লিবীদুনা খংহনলম্মী। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা নোংপোক্ চীংখৈরোন মুবা লোক্লৌ লংমাই শেল্লোই চীংদা খুন্তাদুনা লৈরিবা ময়াম্না পুরৈরোম্ববু মী থাদনা কৌহনলুরে। লোইননা ময়ুম পুন্না কৌখৎতুনা মা মাগী ময়ুমগী পিবাশিংবু শকখং মায়খংনবা থিগৎলম্মী। খুমনগী পিবা থিগৎনরকপদা খুমন্গী পিবাদি মচা পোক্তবনা ময়ুম তাক্লা লৈরমলে । শিংতবুংগী মশানৌ শম্ভোং পুনেম্বা চনুগী মপারী অরোংনা লাংলোই লম্মাহনবগী (লিলোংদগী থৌবালগী মখৈ) খুমন্ য়ুমথোং পুন্নমক ঙাক্লুনা লৈরমলে।

খাবা ফানতোংবগী মপা মপু মৈহৌবরোন হায়বদা খাবা তুরুম কোইবনা/ ক্রুমকোইবনা পোক্পা ওইরমলে। খাবা তুরুমসু [1]পুরৈরেনসুনা তেংমাইনু পান্নদুনা মথং শমথরক্পা চাদা নাওদানি । মানা অমুক মমা ময়ুমগী চনু নিংঙোল লৌদুনা শমথবা চাদা নাওদা ওইবনা শাতিন পেলোন তিন্নবা থোক্লুনা পিবা ওইবা য়াদ্রে। তুরুম কোইবনা/ক্রমকোইবনা খাবা য়েক শলাই শমথরকই । মরম অদুনা মমা ময়ুম ইন্না চীংব্রাংলক্কী পুরৈরোম্বদা খাবা ময়ুমগী পীবা ফম পুহনলে।

ঙানবগী অমুক থিগৎপদা ঙানবা খুক লুখোইবদি মঙাং চনুগী মপারিনি । মহাক্সু অমুক মঙাং চনু লৌদুনা নুপী ময়ুমদা লৈরমলে । মরমসিনা নামুংবা লাইরকচন চনু নিংঙোল লৌরম্বা মরম্না ঙানবা পিবা কাংলে । ঙান্বা অসিসু পুরৈরেনসুনা অতোপ্পা নুপা অমদা ময়ুম অমুক পান্দুনা খামচিংকোন্ হায় হৈবা

[1] *পুরৈরেনসু - পুরৈরোম্বগী মচন নুপী*

পোক্ই। মানা মঙাং চনু লৌদুনা শমথরক্পা চাদা নাওদানি । খমচিনকোন্না ঙানবা য়েক-শলাই ওইখি । খাবা, ঙানবা, য়ুম অনি অসিদি হৌরকঙৈদা মমা অমতনা পোক্লম্বা মচিন মনাওনি । মরমসিনা য়ুম অনি অসি লাইরকচনগী কায়দনবা খা-ঙানবা হায়বা মমিং অমতা কৌনা থমলগা পিবা থৌ চীঙ্ব্রাংলক্কী অঙৌপাম্বা পুরৈরোম্বদা [২] ময়ুম পিবা থৌপুহনলে । অঙোম, লুৱাং, খুমন্ অমসুং মোইরাংগী পিবা মরিনা ময়ুম তরুক্কী (৬) পিবা থৌপুনরম্মী। ময়ুম ময়ুমগী পিবা থিগৎপা লোয়বদগী মৈতিংঙু নোংদা লাইবেন পাখঙ্বনা পুয়া থম্লবা শঙলেন অমগা লাংওন লাংতাই ৱা তান্নফম কাইবীরেন শঙলেন অমগা শারম্মী। পোইনাউতানা মতম কুইনদগী শেন্নরকলবা মপা মপুনা শিন্নদুনা থমলম্বা; (১) সনাপুয়া খুম্থোক্ লৈশেম্বা; (২) মৈতৌরোন্ য়ুমচংবা, (৩) ময়ুম পীবালোন লমপুবা, (৪) য়ুমলেপ য়ুমখাই; (৫) লাইরকচন চৎলম্ লুতিন পুয়া মঙা অসিবু পুথোক্কুনা মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বগী মফমদা শিন্নবম্মী। পুয়াশিংসি লৈপাক্ মরা তানা, ইংনা পানবা ঙম্নবা, থৌদা থৌপুনবা পুয়ানি হায়না তাক্পিরম্মী। মৈতিংঙুনা ফম্বাল তোংবা মতমদা পুয়াবু শঙলেন্দা থম্না খুকম্না ফম্বাল তোংগদবনি। তারুখা মবিংবনা শঙ্লেন পুয়া শেন্নবগী থৌ পুরম্মী অদুগা লালহাঙম্বনা লাংতাই কাইবী শঙলেনগী থৌ পুরম্মী। মৈতিংঙু নোংদা লাইবেন পাখঙ্বনা ময়ুম তরুক্কী (৬) পিবা হাপ্তুনা মখোয় মখোয়গী পোক্লেন পোক্পগী, য়োৎকী খালোং অমসুং থৌদু নূং মচু খাইনা, ঈরু মায়তাফম পিদুনা অমদি মখোয়না থৌপুগদবা অমসুং থৌকাগদবা লমগী লমখৈসু য়াংথোক্কুনা শিন্নরম্মী।

**(১) লুৱাংনা থৌপুগদবা অমসুং থৌকাগদবা লম -**

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা ময়ুম লুৱাং খুনথিবদা ময়ুম ৩৪গা পিদুনা লুৱাং ময়ুম পুম্বগী লুৱাং পিবা হাপলম্মী। লুৱাং খুনথিবনা পুগদবা লম্না হৌ থাংৱাই লম্ম-হনবনা কোনবা লম লমশাং, পাৎশোই, লৈম্রামগী অৱাংগী লম, পোৎশংবম মায়কৈগী লম, লুৱাং শংকোনগী লম, অদুগা লোনলোই লম্ম-হনবনা কোনবা লম (লাইরেন শাজিক্তগী ইরেংবম ফাওবা, তোংজৈ মরিন) অসি লুৱাং পিবা খুনথিবা নহাক্না থৌপুদুনা থৌঙাকলো হায়না শিন্নরম্মী। অদুগা লোয়ননা পোক্লেন পোক্পা লুৱাংগী নূং ঙাংনা ৱাওথাংনবা, য়োৎ খালোং ১গা পীদুনা অপোক্পগী মথৌ মঙম শিন্নরে। ঈরু মাইতাফম্না লমফেল পাৎতা ওইহনলে।

[২] *ময়ুম - মঙাং, লুৱাং, অঙোম, খা-ঙানবা, মোইবাং অসিবু ময়ুম হায়না কৌনরম্মী। কোন্না য়েক হায়না কৌনরকখি।*

**(২) খুমন্না থৌপুগদবা অমসুং থৌকাগদবা লম -**

খুমন পিবা লেপ্লবা শাস্ত্রোং পুনেম্বা চনুনা পোক্পা অরোংদা যুম ৬৬ পিদুনা খুমন পিবা হাপলম্মী। খুমন পোক্লেন পোক্পগী নূং মুরৈনবা, শংদানবগা, য়োৎ খালোং অমগা পিদুনা শিন্নরে। খুমনগী ঈরু মায়তাফম্না পুমলেন্দা ওইহনলে। হৌ লাংলোই লম্ম-হনবা, হৌ খুরোই লম্ম-হনবা, অমসুং হৌ লান্লোই (লিলোংদগী থৌবাল মখৈ, ওইনাম নিংথৌখোং ফাওবা) না কোন্বা লম্মু নথৌ নঙম থৌকাদুনা থৌপুরো হায়না শিন্নরে।

**(৩) অঙোম্না থৌপুগদবা অমসুং থৌকাগদবা লম -**

চীঙ্বাংলক্কী পুরৈরোম্বদা য়ুম ৬০ পিদুনা অঙোম য়ুমশিংগী পিবা হাপলে। পুরৈবোম্বগী মফমদা অঙোম পোকপা থৌদ্নং অঙৌবা, য়োৎকী খালোং পীদুনা শিন্নরে। কোংবা মরুম্বু ঈরু মায়তাফম ওইরো হায়না শিন্নরে। হৌ ৱাইবং লম্ম-হনবা, হৌ শেল্লোই লম্ম-হনবা (ইরিল তুরেলগী নোংপোক্ থংবা লম মখৈ, নোংমাইচীঙগী নোংপোক্ থংবা মখৈ) কোনবা লম অসি মখৈনা থৌশিন থৌদাদুনা থৌ পুরো হায়না শিন্নরে।

**(৪) মোইরাংনা থৌপুগদবা অমসুং থৌকাগদবা লম -**

লৈনুং য়ুচাখা চনু ঙাংশাবীনা পোক্পা মচা অহন ঙাংহুম্বোক্কী মফমদা য়ুম ৩২ পিদুনা মোইরাং য়ুমগী পিনা হাপতুনা মোইরাং পোক্পা নূং ৱাওনা ঙাংবদা মুনা লাংবগা, য়োৎ খালোং অমগা শিন্নরে। লোক্তাক্ পাৎনা মোইরাং পোক্পগী ঈরু মাইতাফম ওইরো। হৌ ঙাংঙোই লম্ম-হনবা, হৌ কেকে লম্ম-হনবা (নিংথৌখোংদগী মোইরাং ফাওবা, মোইরাং মনিং টাং) কোনবা লমমখৈবু থৌপুহন্দুনা থৌকানবা শিন্নরে।

**(৫) খাবা - ঙান্বা -**

খাবা, ঙানবা অনিনা চনু নিংঙোল লৌনবা য়াদবা চনু নিংঙোল লৌরুবদগী লাইরকচন্দা (লাইগী লিক্লমদা) নামুংনবা থোক্লম্মী। খাবা ঙানবা অনি অসি হৌরকঙৈদা মমা অমতনা পোক্লম্বা মচিন মনাও ওইবনা খাবা, ঙানবা অনি অসি অমতা ওইনা খা-ঙানবা হায়না য়ুম অমতা ওইনা লেপহনলে। মখোয়গী পিবা থৌ চীঙ্ৱাংলক্কী পুরৈরোম্বদা থৌপুনবা শিন্নরে। নূং খেমান্বা, লৈচেং অৱাউবা (ঙাংগ্রানবা), য়োৎ খালোংবু লৈতাংপাৎতা থম্না ঈরু মাইতাফম ওইরো হায়না শিন্নরে।

**(৬) চেংলৈ - শরাং লৈশাংথেম -**

লাইরকচনগী ময়ুম তরেৎ (৭) লেপ্তবদি য়াদে, অদুবু ময়ুম লেপ্পবা পিবাদি লৈতে, পিবা ৱাৎপসু য়াদে। মতম অসিদা নোংপোক্ লৈহৈচীং, নোংমাই রারোক চীংচেংতা তাবা হুইমু লৈমনা পোক্পা নূংঙৌ য়ুমথংবনা মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বগী মফমদা লাক্কুনা অৱাৎপা ময়ুম অদু ওইজগে হায়জরম্মী। মৈতিংঙুনা হরাওনা য়াবীদুনা অৱাৎপা য়ুম অমদু শেমগৎ শাগৎলে। ময়ুম অৱাৎপা অমা নৌনা শেমগৎ শাগৎলকই হায়দুনা "শরাং-লৈশাংথেম" হায়না কৌরে। লোয়ননা নুংঙৌ য়ুমথংববু "শরাং-লৈশাংথেমগী পিবা হাপতুনা নূং অশংবা, অৱাওবা অমগা য়োৎ খালোং অমগা পিদুনা খা-ঙানবগা লুতিন্ননা লৈতাংপাৎতা ঈরু মায়তাফম ওইরো হায়না শিন্নরে।

**(৭) ময়ুম তরুক (৬) লুচিংবা মৈতিংঙু পিবারেন নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা থৌঙাক্ থৌপুগদবা লম -**

কংলৈপাক্কী পিবারেন মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা ময়ুম মঙাং পোক্পা কৌনা পিবা থৌপুরে। মঙাং পোক্পগী নূং ঙাংঙানবা, য়োৎ খালোং কংলাদা থমলে। ঈরু মাইতাফম কংলা নুংজেং ঈকোন্দা ওইরে। হৌ কংলৈ লম্ম-হানবা, হৌ থরৈ লম্ম-হনবা, হৌ লেমলৈ লম্ম-হনবা (ইম্ফালগী মখৈ, অরোংদগী শুগনু ফাওবা, শুগনুগী মখা মখৈগী লম) লমমখৈ থৌপুরে।

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বা লৈপাক্ ঙাক্পদা য়াম্না হৈশিংবা মৈতিংঙু অমনি। মহাক্না লৈপাক্ ঙাক্পদা খুদোংচানবা অমসুং কনাগুম্বা য়েক্লবনা লান্তারকপদা ঙাক্থোক্লবা মৈতৈগী অকন্ন অথৌশিংবু ময়ুম ময়ুমগী পিবা হাপ্তুনা, মখোয়না থৌপুগদবা অমসুং ঙাক্কদবা লম পীদুনা মহাক্কী মখাপোন্না থমদুনা, মফম চানা শিন্দোক্কুনা লৈপাক্ ঙাক্লম্মী।

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা ময়ুম ৬কী পিবা অমমম হাপতুনা মখোয়না থৌপুগদবা অমদি থৌকাগদবা লমগী লমখৈ য়াৎথোক্কুনা লৈঙাক্কী থৌদাং পুহনখিবা অসিগা লোয়ননা লাইতিনগী থৌরম তৌদুনা, স্না কোনয়াই লুপা কোনয়াই হুনবদা পিবাশিং অদুনা থৌপুরিবা লম অদুগী মমিং হায়দুনা কোনয়াই হুনবা চৎনরকখি।

মদুদি ঃ-

(১) মঙাং পিবা, মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা লৈঙাক্লা থৌপুরিবা লম, ইম্ফাল মখৈদা স্না কোনয়াই লুপা কোনয়াই হুনব মতমদা "হৌ কংলৈবু"

লম্ম-হনবা, অরোংদগী শুগুনু ফাওবা "হৌ থরৈ লম্মা-হনবা অদুগা শুগুনুগী মখামখৈনা "হৌ লেমলৈ লম্ম-হনবা হায়না হুনলি।

(২) লুৱাং পিবনা থৌপুবা লম, অৱাং মখৈ "হৌ থাঙ্বাইবু লম্ম-হল্লো" অদুগা লাইরেন শাজিক্তগী ইরেংবম ফাওবা, তোংজৈ মরিন লম্বীগী মনিং মখৈ "হৌ লোললোই" লম্ম-হনবা হায়না হুনলি।

(৩) অঙোম পিবনা থৌপুবা লম, নোংপোক্কী মখৈ "হৌ ৱাইরং লম্ম-হল্লো" অদুগা নোংমাইজিংগী ৱাংমা মখৈ "হৌ শেল্লোই লম্ম-হনবা হায়না হুনলি।

(৪) খুমন পিবনা থৌপুবা লম, হিয়াংথাংদগী ফৌগাকচাউ ফাওবা শেগা লম্বীগী নোংপোক মখৈ "হৌ লানলোই লম্ম -হনবা অদুগা ওইনামদগী নিংথৌখোং ফাওবা "হৌ খুরোই লম্ম-হনবা হায়না হুনলি।

(৫) মোইরাং পিবানা থৌপুবা লম, নিংথৌখোংদগী মোইরাং ফাওবা "হৌ ঙাংঙোই লম্ম-হনবা অদুগা মোইরাংগী মনিং মখৈনা "হৌ কেগে হায়না হুনলি।

লাইশঙ মনুংগী লাইদা হুনবদি "চীঙঙু বা লাইকোন্নুং মোংবা যুমদাংশাং হৌ কংলৈবু লম্ম-হনবা" অসুম্না হুলি। কাবোদা হুনবদা "হৌ শেনবী" ময়াংদনা "হৌ থোংনাং" হায়না হুনলি। ইম্ফালদা ওইরগনা কংলৈবু হায়গনি।

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বা ফম্বাল তোংনবা থৌরাং পুম্বা শেম শাবা লোইবদগী লৈপাক্কী অঙম অথৌ, অমাইবা অমাইবী তিনলরে। মৈতিংঙুবু ঈরু মায়তাদুনা, ঈরু- ইশেংনবা অঙোম পিবা পুরৈরোম্বনা নুংজেং ঈয়োক ঈকোমদগী লাইজা ইশোকলে। লুৱাংপিবা খুনথিবা, মোইরাং পিবা ঙাংহুনথোক অমসুং খুমন পিবা অরোং, পিবা মরিনা ময়ুম পিবা তরুক্কী (৬) মহুৎশিন্না থৌপুদুনা ময়ুম তরুক (৬) লুচিংবা নোংদা লাই পিবারেনগা ইবেম্মা লৈমারেনবী লাইস্নাগা অনিবু থকখন চরৈ ফিঙৌনা খন্না ঈহৈদুনা ঈরুমাইতাদুনা ঈরু ঈশেংবা লোইরে। অঙোম পিবা পুরৈরোম্বনা, মনাও ইবুংঙো নোংদা লাইগী মফমদা ফম্বাল ফিবু লৌথোক্লা কৎলে। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা ফম্বাল ফিরোনবু শেংনা লোললৈবু চিন্না ফম্বাল পুংফম্বু ঙাইদুনা লৈরে। নুমিৎ, থা, লৈপাক্ মরোল, নোংথৌ মরোল ইরাৎ থৌনি তৌরে।

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা ফম্বাল তোংবা মতমদা ফম্বাল তোংনবা তোঙানবা ফম্বাল শঙ্লেন অমা শারম্মী। ফম্বাল তোংনবা তোংঙান্না শাবা শঙ্লেন

অদুবু [১]মরোংবা / অরোংবা শঙ্‌লেন হায়না কৌরম্মী। হৌজিক্কী মতমদা মৈতৈনা লুহোংবা, শিবা অমদি অতৈ লাইতিনগী থৌরম তৌবদা মরোংবা / অরোংবা (মানতব) শাবগী কয়াৎলোন অসি মৈতিংঙুনা ফম্বাল তোংবা মতমদা শাখিবা মরোংবা/ অরোংবা শঙ্‌লেনদগী লৌদুবা শান্নবনি।

[১] মরোংবা / অরোংবা শঙ্‌লেন শাবগী কয়াৎলোন :- থৌবী লৈফানবী, ঙাংঙোই লাইরেম্বী, থৌবী লৈখোম্বী, ঙাংঙোই কাজাওবা মরিমক্না চাক্‌লেন ফানখোং ওইরে। চীংউ কৌব্রু অসুপ্পা, চীংঙু হন্‌কোই নিংথৌ, খোইয়ম লাংপুম অরিবা, থাঙ্‌ব্রাই মারহন নিংথৌ, চীংঙু ওংজা চীংমাবা, চীংউ উতিন উকাংনিংথৌ, খোইয়ম ব্রাংব্রেন খানা চাওবা, শেল্লোই নুংখোংপা, লংমাই নোংলাউপা, চীংঙুখোংনাং অরিবা, খোইয়ম লাইশিংসিনা মরোং/অরোংবা শঙ্‌লেনগী পামেন লৈচঙ্‌ উয়ুং কংলৈ পাফম অরিপা, খোয়য়ুম কোরৌ অরোইবা চীঙ্‌ঙু মালেম লৈশেম্বা উখোং ওইনা লেপলে।

অতিংঙা য়াইবীরেন, থব্রা তিল্লি য়াই মরু, চীংঙু য়াইবীরেন হায়রিবা লাই অহুমসিনা খাংলেন অচৌবা চাক্‌লেন ওইরে। মায়কৈ ঙাক্‌পা লাই মরিমক্না খংলেন মশা লোংথোক্‌পা অখুবা ওইরে। থৌবী লৈমাচা, সেনকোইরেন লাই অনিমক্না খাংলেন মথক্তাং তোংবা সনা য়ুম্বী ওইনা তোংলে। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন অহুমমক্না নমখাং সৌরা ওইরে ॥ থব্রা মপী লাইমরু লেংদবনা সৌরা ফানখোং ৯শুববু থকখন ওইনৈ।

পিবা মরিনা (৪) মৈতিংঙু চীংখোঙ অমদি ইবেম্মা লাই-খুৎলোংবীবু মরোংবা শঙ্‌লেনগী কংলা মেন উয়ুংথক্তা থাংগৎতুনা সনা ফম্বাল তোংলে। লৈনুং থরুক অশৈবনা ফম্বাল মিংলেনবু নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বা হায়না কোলোই মিংলেন কংলে। অদুগা ইবেম্মা লৈমারেন লাইখুৎলোংবীনা ফম্বাল মিংলেন লাইস্না হায়না মিংহুন তমলে। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌ববু ফম্বাল তোংদ্রিঙৈদা চীংখোং হায়না কৌরমই, নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বা হায়বা অসিনা ফম্বাল মিংলেননি।

---

*[১] মরোংবা শঙ্‌লেন :- মৈতিংঙু পামহৈবগী মতমদা ইলুম পাক্‌লৈ হায়না কৌরম্মী। হৌজিক্কী মতমদা মানতপ হায়না কৌনরি।*

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বনা ইবেম্মা (১) লাইশুক লৈসোয় য়ামপীনে (২) লিলান্‌পীনে, (৩) তমপানে, (৪) তোংত্রোংপিনে, (৫) অয়পুলৈমা মখোয় মঙাবুসু পান্নরম্মী। লাইশুক লৈসোই য়ামপীনা পোং পোক্‌ই। লিলানপীনা পাইখু পোকই। মৈতিংঙুনা পোংগা পাইখুগা মচিন মনাও অনিদা মতিক চাবা খুৎশু-খুৎলাই পীদুনা নোংপোক্‌ লমদা ঙাকহনখি। ইবেম্মা তামপানা সনা হুঙ্‌খাও পোক্‌ই। মহাক্‌পুনা অৱাং লম্বু ঙাক্‌হনখ্রে। ইবেম্মা অয়পু লৈমানা খেনচুমলেপা অহনগা, চাইবা খেনচুম লেম্বগা মচা নিপা অনি পোকই। মখোয় মচিন মনাও অনিবুনা মখায় মায়কৈ ঙাকহন্দুনা লৈহনখ্রে।

নিংঙোল চাক্‌কৌবা -

মৈতিংঙুনা ফম্বাল তোংলবা মতুং কুমজা নিপাল শুবগী হিয়াঙ্গৈ থাগী নিনি পানবগী অয়ুক্তা মৈতৈ লৈমা লাইম্নানা লোইনবী মঙাইরোইশিংগা লোয়নবদুনা হৌ থাঙ্‌ৱাইনা কোল্লিবা লম, লাংগোল চীংগী নোংচুপ থংবা চীংশাং নাপ্পদা লৈবা অতেম্বা লম লমদেংদা খুত্তাদুনা লৈরিবা মবুং চীঙ্‌খোং পোইরৈতোনগী ময়ুমদা লৌলোক্‌ লৌপাংবা চৎলম্মী। মচন ইবেম্মা লাইম্না মৈতৈ লৈমরেন অমদি মঙাইরোইশিংবু হরাও তয়াম্না ওক্লদুনা শঙ্‌লেন অমা তোখায়না শাদুনা লৈহনলম্মী। মৈতৈ লৈমারেন লাইম্না মতম খরা মবুং নাক্তা লৈদুনা লৌলোক্‌পা লৌপালংলম্মী। পোইরৈতোন্না অহানবা লৌলোক্কপগী ফৌ মখল মশক্‌ অনিখক্‌পু মচন ইবেম্মা লাইম্নাদা নোংদম্বা মপুদা তরা চেঙ্‌বু কৎনবা পীরম্মী। মৈতৈ লৈমারোন লাইম্নানা ফৌ মখল অনি অদুবু তরা চেংঙৌ তানা শুহন্দুনা ময়োম অনি থোক্লা য়োম্লগা সনা কোনুংদা হনলকলে। তরা চেঙ্‌ পুরকপা ময়োম অমদগী চেঙ্‌ খরা খায়দোক্লগা থোংদুনা মৈতিংঙুগী লুকলেন শেমলম্মী। মৈতিংঙুনা লুকলেন অদুবু শিদবদা কৎচরগা লুকমনবু ফংজরম্মী। লুকলেন অদুনা মনম নুংশিনা হাওমনখ্রদুনা তরা চেংগী মমিংবু লাইম্নাদা লোইমোম ফোগী মমিং করি কৌবগে হংলম্মী। মশানৌ মৈতৈ লৈমারেন লাইম্নসু চেংগী কোলোই মিংলেনবু হংলক্তবনা খংদ্রে। মৈতিংঙুনা লৈপাক্কী অখং-অহৈ মীয়ামদা লোইমোম ফৌগী মমিং হংবসু কনা অমতা খংদ্রে। লোইমোম ফৌগী মমিং হংবদসু খংদবদগী মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বনা মবাই পোইরৈতোনবু কৌদুনা ফৌগী মমিং হংলম্মী। মহাকসু ফৌগী মমিং খংলমদ্রে। পোইরৈতোন্না ফৌগী মমিং খংলমদবদগী মৈতিংঙুনা পোইরৈতোনগী মমিং লৌদুনা "চাক্‌হাও পোইরৈতোন" হায়না মিংথোনলম্মী। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বনা চেংগী নুংশিবা মনম্

অদু পামমনখিবদগী অতোপ্পা ময়োম অমদগী তরা চেংবু লৌথোক্লা মোন মখাদা থমদুনা তুমলম্মী। তরা চেংবু মোন মখাদা থম্মা তুম্বা চেংগী কোলোয় মিংবু "চাকহাও মোনখাং" কৌনা মমিং থোনলম্মী। মতমদুদা চনু নিংঙোন য়ুমপানখ্রবীশিংনা মপামদা চৎপা, লাক্পা, মতমদা য়ুমনুংদা চংহনলমদে। নিঙোলশিংবু তোনঙানবা শঙ্ অমা শাদুনা লৈহনলম্মী। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা নিংঙোল্লা মপামদা লাক্লগা ইমুং চংবা য়াদবা নামুংবা চৎনবী অসি কুমজা অসিদগী হৌনা তোক্করসি; মতুংগী চৎনবীদি কুমজা খুদিংগী লোইদাম হিয়াঙ্গে থাচিন নিনি (২) পানবা অসিবু ময়ুম লুহোংখ্রবী খুদিংনা মপাম য়ুমদা খোংদাবা য়াবা, মাপম য়ুম্না তরা মথেল লুককোই থৌরাংদুনা লৈরিবা মপা, মবুং, মপ্পানা চনু নিংঙোল লুহোংখ্রবশিংবু ময়ুম চাক্ কৌনা পীজ পীথক্লবা চৎনবী লুতিন ওইরসনু হায়না সনা য়াথংবু লৈপাক্ মীয়ামদা লাওথোক্নুনা খংহনলম্মী। মসিদা চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না মৈতিংঙুদা হংকৎচরম্মী, ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন লাইস্নাবু লাক্কদবা কুমজাদগী হিয়াঙ্গেগী থাচিন নিনি পানবা নুমিৎ অসিদা মবুং ঐনা ইচনবু তারা চাক কৌবা থৌপুজরগে। মৈতিংঙুগী স্না য়াথং ফংবদগী পোইরৈতোন্না মচন ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন লাইস্নাবু তারা চাক কৌরম্মী। লোইননা চনু নিঙোল ওইবীশিংনা মপাম ময়ুম খোংদানা য়ুম চঙ্বা য়ারম্মী। অসিদগী হৌদুনা মবুং, মপ্পানা, মচন্ মচেবু চাক কৌবা হৌখি।

**শগোল কাংজৈ শান্নবা** - 42354

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা অহিং নুংথিল খায়দনা লৈপাক্কী চৎলম্ম লুতিন কায়দনা ব্রায়েন থৌদা পুদুনা লৈপাক ঙাক্লম্মী। মৈতিংঙুনা নুমিৎদাংদা কোইনা চৎতুনা লৈপাক্কী অখংবা অহৈবা অহন-অমনশিংগা ব্রাতান্নরম্মী। মসিদা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেনবী লাইস্নানা মৈতিংঙুনা মতম শাংনা লেপ্পা লৈতনা কোইনা চৎপা অসিগী মরম য়াম্না খংনিংলম্মী। নোংমগী নুমিৎ অমদা লাইস্নানা মৈতিংঙুদা, মহাক্লা অহিং নুংথিল নাইদনা কোইনা চৎপগী মরম হংজরম্মী। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা মশানৌ ইবেম্মা লাইস্নাদা হায়রম্মী। মৈতিংঙু পিবারেনগী থৌবমদি মশিং য়াম্বনা অমদি অচান মীরাইবা, নাইদনা, ইচা-মীচা খাইদনা, অৱাৎপা অহেনবা য়েংশিনবনা পিবারেনগী ইথৌদাংনি। মৈতিংঙু পিবারেনগী থৌদাংদি কোরৌহনবা মহাক্লা মঙান য়েনববু অতোং অকুৎ নাইদবগুম কংলৈপাক্কী পিবারেন ওইবনিনা অহিং মীওইনা নুংথিন্না লাইগী মতৌগুম্না অচুম্বা লিচৎ চৎনা, অচুম্বা মীৎয়েং য়েংনা লৈপাক্কী য়াইফনবা থবক তৌবনি। ময়ুম তাইবং পুম্বগী ব্রায়েন্ থৌদা পুরিবনি। থৌরম থৌদা পাংবা ঙম্নবা য়াংদৌ থুংনা চৎতুনা হিরম্ খুদিং য়েংইদো। অদুগা লৈমরেন নঙগী নশিনসু চনুরাশিংগী মথক্তা

ময়ুম তরেৎকী লৈমাশিংগী ফমলেন্ লুচিংবী ওইনা কংলৈপাক্পু ঙাক্পনা লৈমরেন পিবারেন্ অনিগী শিন্থানি। মরমসি লৈবনা লাইয়ামশিং উনদুনা থৌরম থৌদা পাংবা ঙম্নবা থৌপুবনি। ইবেম্মা লৈমরেন লাইস্নানা মৈতিংঙুগী মফমলাংদা [১]লাইয়াম অদুবু শকখং-মাইখংনজগে লোইননা চাক্ কৌদুনা পীজগে হায়জরম্মী। মৈতিংঙুনা ইবেম্মা লাইস্নাগী মনিং থুংনবা লাইয়ামশিংগী মফমদা চাক কৌজগে হায়রম্মী, অদুদা লাইয়ামশিংনা হরাও হরাওনা য়াবিরক্লে। ময়ুম মরিগী পিবা, লুৱাং পিবা খুনথিবা, অঙোম পিবা পুরৈরোম্বা, খুমন পিবা অরোং অমসুং মোইরাং পিবা ঙাংহুম্থোক্য়াওনা লৈপাক্কী অঙম অথৌ পুন্নমক কৌখৎতুনা কংলাদা তিনলরে। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা লৈপাক্ মীয়ামদা নোংদমলকই, লৈপাক খুনজাও লৈচাওহন্নবা কুমওন কুমজা লাক্লিবা কুমহৌবা নুমিৎ শজিফু নোংমা পানবদা লৈপাক্কী য়াইফা থৌরম ওইনবা লাইনিংথৌ শিদবগী খুয়াখাদা অনৌ অপেৎ লাঙ্দুনা হৈকৎ লৈকৎ তম্লসি অদুগা কুমওন কুমহৌ ওইদ্রিঙৈ লমতা থাগী থাঙ্জা অহানবগী অয়ুক্তা শারোই ঙারোই অমসুং তিনমু, লাইমু ফত্তবশিংবু পিফম থোক্পা চাক্থা পীদুনা শারোই খাংদোক্লগা শগোল কাংজৈ শান্নসি। মদুদা লৈপাক্ পুন্নমক্লা হরাও হরাওনা য়ারম্মী। মৈতিংঙু পিবনা শগোন কাংজৈ শান্নবগী থৌরাং পুন্বা শিন্ননবা পোইনাউতাগী মফমদা শিন্নরম্মী। পোইনাউতানা মৈতিংঙুগী সনা য়াথংবু পাংথোক্তুনা কাংজৈরোই পুন্নমক পাওচেন্দুনা কৌরম্মী, কাংজৈরোই পুন্নমক লমতাগী অহানবা থাঙ্জা নুমিৎতা ৱাহৌ ৱারোই লাংতাইপুংদা থুংলরে। শগোল কাংজৈ শান্নদ্রিঙৈগী অয়ুক্তা শারোই খাংদোক্লম্মী। কংজৈ শান্ননবা থৌরাং পুন্বা লোইদুনা, কাংজৈরোই তরেৎ(৭) অমনা হাওরৈ খাগী পম্ছুং য়ৈনবগী নোংপোক্ লেপ্লা লৈহনলে। নোংপোক লেপ্লা কাংজৈরোই তরেৎ (৭) কী মমিং (১) পনঙাক্পা, মারজিং, (২) পনঙাক্চন, খমলাংবা, (৩) পন্লকচন, ইরুম নিংথৌ, (৪) লাংচৈ, ইকোপ নিংথৌ, (৫) পন্চেন পল্লকচন, ইরোং নিংথৌ, (৫) পন্চেনচন্, নোংশাবা, (৭) পন্চেনবা, পানথোইবানি।

অৱাং পাংনা য়ৈনবা কাংজৈরোই তরেৎ (৭) অমনা নোংচুপ মায়কৈ লেপ্লা অৱাং পাংনা য়ৈগদবা কাংজৈরোই লৈহনলে; (১) পনঙাক্পা থাংজিং, (২) পনঙাক্চন, খোইরিফাবা, (৩) পন্লকচন, ৱাংব্রেন, (৪) লাংচৈ, য়াংগোইনিংথৌ (৫) পন্চেন পল্লকচন, নম্বুল লাক্পা , (৬) পন্চেন্চন, ওক্লরেন, (৭) পন্চেন্বা, লোয়ালাক্পা মখোয়শিংনি। পোইনাউতনা কাংদ্রুম

[১]লাইয়াম - মতিক ময়াই লৈবা অহন-লমনশিং।

খুত্তা পাইদুনা হুনতে লাউনা হুনতে হুনবগা কাংজৈরোই পুন্নমক্লা লাংগোই শগোল তোংনা থৌজিনরক্কুনা শান্নবা হৌরম্মী। লৈপাক্ মীয়াম পুম্বা হরাও মথোই কানা নুংঙাইনা কাংজৈ য়েংলম্মী। কাংজৈ শান্নবা লোইরবদা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন লাইমনানা শাঙ্গোম, চুহি, চাক্হাও, চেংকুপ, লফোই ওমপেৎ তোৎতুনা কংজৈরোই, উমং লাইয়ামশিং অমদি কাংজৈ য়েংবা লাক্পা পুন্নমক্ পজিবম্মী। অনৈ চাচা খাঙ্লিবা অসিবু ঙসি কোরৌ নুমিৎতগী "য়ুমকৌবা" হায়না মমিং তমলসি হায়না কৌরম্মী। তিনমু লাইমু ফত্তবগী চাক্থা পীদুনা শারোই খাঙ্বা অমসুং শগোল কাংজৈ শান্নবা অসি লমতাগী অনিশুবা থাংজদসু অমুক হন্না শান্নবা মৈতিংঙুনা লৈপাক্ মীয়ামদা লাওথোক্কুনা অনিশুবা লমতাগী থাজদসু শরোই খাঙ্দুনা শগোল কাংজৈ শান্নরম্মী।

**লাই কৈথেল কাবা -**

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বনা লৈপাক্কী তিনখোং লাইখোং থিগৎতুনা লৈপাক্কী অখং অহৈশিংগা তান্নদুনা লৈপাক মরা তপ্পা পানবা ঙম্নবা থৌরম কয়া পাংথোক্লম্মী। লমতাগী অনিশুবা (২) থাঙজগী শগোল কাংজৈ শান্নবা লোয়রবদা লৈপাক মীয়ামদা লমতাগী ২০নি পানবা নুমিৎতা খ্বায় নোংজেং পিবানা কোনবা কংলৈখোম্বগী য়াংথোক্ফমদা নুপী ৭না লাইরেম্বী শক্লা লাই কৈথেল কানবা খংহনলম্মী। লাই কৈথেল কাবগী থৌরমসি মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্বগী মমাংদগী লৈপাক্ অসিদা পাংথোক্লরম্মী। মৈতিংঙুনা অমুক থিগৎতুনা লাই কৈথেল কাবগী থৌরম পাংথোকপনি। লমতাগী ২০নি পানবা নুমিৎ অসিদা নুপী ৭না লাইরেম্বীগী শক্তম লৌদুনা লুকমাই থাদুনা অচা অথক অমসুং খোয়য়ুম লাইরকচনগী পোৎচং চৈচং পুন্নমক শুনা অমতা ৱাৎতনা য়োল্লি। লুকমাই ৭তা য়োনলিবা পোৎচং চৈচং পুন্নমক থোং থাক্কুনা সলাই ৭ মাগী চাক্লুক শেমদুনা থারম্মী। সলাই চাক্ লুক ৭ অদুদগী খরা খরা লৌরগা চাকলুক ৭মক শুন্নবা অমগা অমগা তিনশিনলি। অসুম্না সলাই ৭কী চাক্লুক অমদগী অমদা তিনশিন্নবা অসিবু সলাই লুকতিন্নবা নত্রগা লুপতিনবা হায়না খঙন্নরম্মী। সলাই লুকতিন্নবগী থৌরম অসিনা লাই কৈথেল কাবগী মরু ওইবা ইরাৎ থৌরম ওইরম্মী। সলাই লুকতিন্নবা লোইরবদা লৈপাক্ নিংথৌ তুনা চামিন থকমিন্নদুনা কুমগী লাইচৎ কোক্লবা, লৈপাক ইংনা তক্লা পানবা ঙম্নবা ৱাশক ৱা লেপ্নদুনা লৈপাক্কী ঙমতাই থৌনিরম্মী। নুপী ৭না লুকমাই থাদুনা লমতাগী ২০নি পানবা নুমিৎতা অচা-অথক পোৎচৈ য়োন্বা অসিবু লাই কৈথেল কাবা কৌরম্মী।

**লাইনিংথৌ চেং হৈবা -**

লৈপাক খুনজাও লৈচাওনবা, লাইনিংথৌ শিদবগী মফমদা চেংহৈ চেংকৎনবা শজিফু লাকয়েন তাইঙম্বা কুমজা অনৌবা কুমহৌরকপা লোইদাম শজিফু নোংমা পান্‌বা কোরৌ নুমিৎ অসিদা অচা অথক্ কুমগী অনৌ অপেৎ পুরক্তুনা অয়ুক্কী য়েন্দা মমাংদা মৈতিংঙুগী মাংদা লৈপাক্কী অঙম অথৌ অমদি ময়ুম পিবা পুম্নমক থুংলরে।

মৈতৈ লৈমবেন ইবেম্মা লাইশ্নানা মবুং মপাম লমদম লমদেংদা খারি লৌপাংবা খোংগুমলুবদা হাপ্লকপা তরা চেং অদুবু কুমওন কুমজা অনৌবা লাকয়েন লংদাইদা লাইনিংথৌ শিদবগী মফমদা চেংহৈ-চেংকৎনা কংলৈপাকপু ইংনা তপ্পা, নুংঙাই য়াইফা মরাং কাইনা, পুক্সি নুংশাংনা পানবা ঙম্নবা থৌনিজরম্মী। কুম অসিদগী লেপ্পা লৈতনা শজিফু লাকয়েন তাইঙম্বা কুমজা অনৌবা হৌবা শাজিফু নোংমা পানবা নুমিৎ অসিদা মৈতৈ য়ুমথোং খুদিংদা লাইনিংথৌ শিদবগী খুযাখাদা চেঙ্ হৈ, চেঙ কৎনা কুমজাগী মনা মশিং অনৌ অপেৎ কৎচদুনা লৈপাক্কী নুংঙাই য়াইফা, মরাং কাইনা ৱাৎতা পাদনা পানবা ঙম্নবা ইরাৎ পুরুমদুনা থৌনিজরকলি।

**ৱায়েন নূং চপ্পী য়ুংবা -**

তাইবং মীওইবশিংগী মপুক ফত্তবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলকপনা মরম ওইদুনা অরূবা ৱাথোক কয়া মৈতিংঙুগী মফমদা নোংমা নোংমগী থোকচিনলক্লম্মী। অসিনা মরম ওইদুনা মৈতিংঙুগী নোংদা লাইরেন পাখঙবগী মফমদা ৱায়েনবদা অৱাবা মায়য়োক্লররক্লে। মৈতিংঙুগী অৱাবা মতৌ উবদা পোইনাউতনা অচুম অরান ৱায়েন্নবগী ৱাখল অমা পুথোকলম্মী। পোইনাউতা য়াম্না হৈশিংবা ৱাখল লৈবা খোয়য়ুম মতিক মঙাল ফংবা নুপানি। মহাক্না মতম পুম্নমক্তা মৈতিংঙুবু কদাইদা করি শোয়খিগদগে হায়না শেন্নদুনা মৈতিংঙুগী য়াইফনবদা তৌদুনা মতম পুম্ন মক্তা মতেং পাংলম্মী। মৈতিংঙুনসু লৈপাক্কী অরুবা থৌরম থৌদা পুম্নমক পোইনাউতাগা তান্নদুনা পাংথোকলম্মী। পোইনাউতানা মৈতিংঙুগী মফমদা হায়রম্মী, লৈপাক্কী ৱাথোক্লা মতোইরবনিনা, মসিবু ৱায়েন্নবা থৌদু নূংজাও অনি য়ুংলসি, নূং অনি অদুগী কারক্তা মী অমা চংবা য়াবগী অহাংবা থমলসি। থৌদু নূং অনি অদুগী অৱাং থংবদা য়ুংবা 'অদুনা কংলৈ পিবারেন নোংদালাইগী শক্তম্নি হায়না লেপলসি অদুগা মখা থংবদা য়ুংবা নূং অদুনা খাংজেং নাহা হায়না কৌদুনা পোইনাউতা ঐ লৈরগে। কনাগুম্না অমনা অচুম অরানগী য়েৎনরকপা, খৎনরকপা মতমদা অচৌবা থৌদু নূং অনি অদুগী মরক চংনা খোয়য়ুম - তাইবংমী খায়দনা ৱায়েন চৈরাক পীরসে। মাচিন মরা হংবসু থৌদু নূংজাও অনি অদুনা হংলসনু। খৎনবা ৱায়েৎনবগী ৱাকং লৌনবগী লাইগী লোইশঙ অমা তোপ্পা শাদুনা লাইলুপ

কৌনা থমলসি। শঙলেন অদুগী মমিংনা লাইফম শঙলেন হায়না কৌরসি। পোইনাউতানা হায়বা অদুবু য়াদুনা মৈতিংঙুনা অচুম-অরান ৱায়েন্নবা থৌদু নূংজাও অনি য়ুংদুনা লাইফম শঙলেন লিংলম্মী। ৱায়েন মীচপ নূংজাও অনি য়ুংখিবদগী লৈপাক্কী মীয়াম কিনদুনা খৎনা-চৈনবা, হুরান চিঙ্থি তৌবা তোক্লখিদুনা লৈপাক ইংনা তপ্লা পাল্লম্মী।

**শঙলেন লিংবা -**

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবনা লৈপাক ঙাকপা অমদি লৈপাক্কী থৌরম থৌদাদা খুদোংচানবা লাংবচক্কী কুমশিং ৩১৮০ নোংদা লাইগী চহী ৭২ শুবদা শঙলেন মঙা লিংখৎতুনা থৌপুবা হৌহনলে। শঙলেন মঙা অদুদি:- (১) কুচু শঙলেন (২) অহনলুপ শঙলেন (৩) নাহারুপ শঙলেন (৪) খাবম শঙলেন অমসুং (৫) লাইফম শঙলেন অসিনি।

**খূৎশা হৈবা তান্নহনবা -**

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবনা মশাগী চহী ১৩৭ শুরকপদা ময়ুম পিবশিংবু কৌদুনা মা মাগী ময়ুম্বু খূৎশা হৈবগী পোৎথোক পুথোকহন্দুনা অথোই অহেন তান্নহনলি। ৱাখল নিংথিজনা খন্দুনা থৱায় য়াওনা লৈপাক্কী ওইবা পোৎথোক পুথোকপা ঙম্বা মীওইশিংবু পুক্লিং থৌগৎতুনা অথোই অহেনগী মনা পীরম্মী। মখোয় মখোয়না পুথোকপা পোৎশিং মশক খংনা মমিংসু থোললম্মী। লোয়ননা শাদা লান্দা থৌবশিংসু মৈতিংঙুগী মনা ফি পীদুনা ইকাই খুম্নরম্মী। অসিগুম্বা মৈতিংঙুগী মনা ফি ফংলবা মীওইদু মৈতিংঙুগা পাংখক্লি, মখোয়না অশোইবা, অবানবা কয়া য়াওরবসু ফুবা চৈবা য়ারমদে। মৈতিংঙুনা ময়ুম তরুক (৬) পু শিললম শিন্থা নাইনা মা মাগী ফুরুপকী শিনলম খাইনা শিনশুহনলম্মী।

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবনা তম্পাক লমদা তাবা মীওইশিংদা মখোয় মখোয়না শাবা পোৎকী মতিক য়েংনা মনা মথুম পীবগী পাওসি লোইবী চীংদা পানখিবশিংনা পাউতারদুনা মৈতিংঙুগী চহী ১৩৮ শুবদা মখোয় মখোয়না শাবা পোৎ-চৈ কয়ামরুম পুরক্তুনা মৈতিংঙুগী মফমদা কৎলম্মী, অদুগা মৈতিংঙুগী মফমদা মখোয়সু চরৈ ফিরোল ফংনিংই হায়দুনা নিরম্মী, লোইবী চীংদগী লাকপশিংগী য়াৱাহে তাবদা মৈতিংঙুনা নুংশিনা হায়রম্মী। কংলৈ পূংমায়োলবু ঈশিং ঈচাওবদগী খুদোংচাবা শাফগদবা মফম য়েং য়েংদুনা খুনহোং খুন্তাখিবা, নরম্বু থাদোক্তুনা অৱাবা কয়া খাংলকপা লোইবী চীংদা পানবা নখোয়গী শরুক তমগনি। নপুক্লিংদা চিংনবা নুংঙাইতবা তৌগনু, মৈতিংঙুগী নুংশিবা য়াৱাসে তাবদা লোইবী চীংদা খুন্তাখিবা পুম্নমক হরাওরম্মী। মৈতিংঙুগী অচান মীরাই নাইদবা

মিৎয়েং খুদিং মান্ননা য়েংবা উবদা লোইবী চীংদা খুন্তারিবা পুন্নমক্না হরাওদুনা মৈতিংঙুগী সনা মাংদা হৌ হায়না শৈহৌদুনা খুৎলোন জগোই শারম্মী। লোইবী চীংদা পানবশিংবু মা মাগী লমখৈ খংনা তাক্কুনা খু নলাকপা হাপপীরে। শিলোন, শিনলম তাকপীরে, লৈপাক ঙাকলোন্দা তম্বীরে। মৈতিংঙুনা ওনলকপা কুমওন্দা মনা ফি তমলগে অদুনা ওনলকপা কুমওন্দা মনা ফি লৌররো হায়বম্মী। লোইবী চীংদা পানবশিংসু মৈতিংঙুবু খুরুমজরমলগা মখুন্দা হনখ্রে। মৈতিংঙুনা সনা য়াথং পীদুনা লৈপাক্কী খুৎহৈবশিংবু শা, উচেক মশক যেক্কুনা মনা ফী শাহনলম্মী।

**মেরা হৌচোংবা -**

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবগী য়াথংবু ইন্দুনা লোইদাম মেরা থাগী ১৫নি পানবা নুমিৎতা লোইবী চীংশাংগী খুনলাকপশিংনা মখোয়গী লোয়য়িন খময়িনশিংগা লোয়ননা মা মানা খুৎশা হৈদনা শাজবা পোৎ-চৈ, উহৈ, লাহৈ, মহৈমরোং কয়া পুদুনা মৈতিংঙু নাক্তা লাক্লম্মী। নুমিৎ অসিদা নোংপোক চীংখৈ অশিরোই চীংশাংদগী চীংমী থাঙব্রাইজাওনা লুচিংবা কাংলুপ অমসু কুমলক্কুনা মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙববু থৌগনলৈ। মৈতিংঙুনা পাওহংবদা মমাংদদা হৌ কংলৈ লম্ম-হন অসিদা খুন্তাদুনা লৈরম্বনি। খরা খুৎকন পাঙ্গনবা কাংবুনা ওৎপি-নৈবিবা, নমজা-নমথেক্লবা অদুদগী লৈবা ঙমদদুনা চেনবদগী অশিরোই চীংশাংনা শাফবা মফম ওইবদগী মফম অদুদা পান্দুনা লৈজবনি। অদু ওইরবাদি চীংদা পান্দুনা লৈরগনু নহাক্লা হান্না খুন্তারম্বা মফম অসিদা লাক্কুনা লৈররো হায়রম্মী। মদুদা থাঙব্রাইজাওনা কুমজা খুদিং ঈশিং ইচাওগী অব্রাবা লৈত্রেবা চীং অতোংবা অসিদা অসুম লৈজরগে হায়দুনা তম্পাক্তা লৈয়ু হায়বা য়াদ্রে। থাংব্রাইজাওনা মৈতিংঙু পিবারেনগী মফমদা মনা ফি পামজদুনা থৌনিজবা লাকচবনি হায়রম্মী। লোইবী চীংদগী কুমলকপা খুনলাকপশিংনা মানা মানা পুরকপা খুৎশাহৈবগী পোৎলম মৈতিংঙুদা কৎলম্মী। নোংপোক চীংখৈ অশিরোইদগী লাকপা থাঙব্রাইজাওনা লুচিংবা লুপনা হৌ, হে, হৌ, হৌ, হে, হৌ হায়না শৈহৌবা মৈতিংঙু নোংদা লাইরেনগী মতিক ময়াইবু শৈথাদুনা খুৎলোন জগোই শাদুনা থৌগল তৌরম্মী। মদুদা মৈতিংঙুনা পেলবীরদুনা ব্রায়েন কুচু শঙদা য়ান্দুনা থমলিবা লুরেন লুতিন ফি "খ্বাংলি লাইয়ুম" নমথাংবু লৌখোক্কুনা থাংব্রাইজাওদা পীরম্মী। লোয়ননা চীংগী খুনলাকপা পুম্নবু মনা ফিবু য়েনবীরম্মী। কুম্মৈ তৌদুনা শা-ঙা হাৎতুনা চামিন থকমিন্নবা লোইরগা চীংগী খুনলাকপশিংনা মখোয়গী লোয়য়িন খময়িনশিংগা লোয়ননা মৈতিংঙু পিবারেনবু খুরুম্লগা কংলৈ পুংময়োন্দগী লোইবী চীংদা পাংখ্রে। মতৌ অসুম তৌনা হৌফম শাৎফম অমতদগী ওইবা চীংমী তম্বীবু

কনলবা নুংশিবগী লিচৎনা পুনশিন্দুনা লৈপাক ইংনা মরা তপ্না পাললম্মী। কুমজা অসিদগী হৌদুনা "মেরা হৌ চোংবা" হায়দুনা মেরা থাগী থানিন ১৫নি পানবা নুমিৎ অসিদা চীংদা খুন্তাখিবশিংনা কুমলক্কুনা সনা কোনুংদা মেরা হৌ চোংবগী কুম্মৈ অসি পাংথোক্লম্মী। মেরা হৌ চোংবা অসিদু মেরা শনতুবা হায়নসু কৌনৈ। কুম্মৈ অসিদা তিনলরিবা মীয়াম্না পাঙ্গ পীথক্লুবা শন্দংবু হাৎলি। শন্দং অসি ইচম চম্না হেক্তা হাৎপা নত্তে, লৈপাক নিংথৌনা মশা মউ ফবা, মপাঙ্গল কনবা, নিপা খরা শনগৎলগা, শন্দং অদুবু লৈপাক মীয়াম মমাংদা ফাইনলি অদুগা শন্দং অদু হাৎলগা থোংদুনা তিনলিবা মীয়াম পুন্না চামিন্নৈ। মসিদা মথন মখা কয়াগী মশানা শান্নদুনা অথোই অহেন তান্নরম্মী।

য়ুমখাইবা পুয়া ইবা -

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবনা মশাগী চহী ১৪৬ শুবা মতমদা মায়চৌ তাংঙখা নুংকাই মরিংবা, লানহাঙম্বা অমদি ময়ুম তরুক্কী (৬) লুচিংবা পিবা মরি য়াওনা অঙম অথৌশিং তিন্দুনা লৈপাক্কী চৎনগদবা লাইরকচন চৎলম লুতিনি খন্নদুনা লেপলম্মী। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবনা পিবা মঙাদা (৫) মাগী মাগী য়ুম লুদগী য়ুমখাইদুনা য়ুমতাখিবশিংগী মফমদা ময়ুম মৈহৌবা খংঙন্নবা লাইরকচনগী ময়ুম লুবু ইদুনা "য়ুমখাইবালোল" কৌদুনা য়ুমখাইবা পুয়া ইবা হৌহনলে। অদুগা মপা মপু কুঙ্গা পোকপা হায়না খক্কী পু অহুম (৩)গী খুবম শেমদুনা কুমজা খুদিং পুরুম লৈপাইনসি লেপ্পরে। ময়ুম নাউতা ইশিন্দুনা লাইরকচন চৎলম লুতিনবু পারগা চৎঙমগদবা চৎলম্বু নির্ংশিংনবসে। কুমগী অরি অনৌ শিন্নবা কুমহৌ শাজিফু নোংমা পানবদা পিবা মঙানা লুচিংদুনা ময়ুম য়ুমখাইবা পুম্বগী পিবা পুম্নমক্না তিনপোকলেন। শাৎপগী (তেংপানবা মপু শিদবগী) মফম লাংদা হৈকৎ লৈকৎনা ময়ুম ৭কী মৈহৌরোল পুয়াবু পারগা খংহন্না পুন্সি নুংশাংনা নুংঙাই য়াইফনা পান্নবা থৌনিসি হায়না লেপ্পদুনা লৈপাক্কী চৎনগদবা লাইরকচন অসি লেপ্পরম্মী।

চনু নিংঙোল লৌবগী চৎনবী -

মৈচিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবনা কংলৈ ফম্বাল তোংলমদাইদা ফম্বাল তোংনবা ময়ুমশিংগী পিবা থিগৎনরকপদা লৌনবা য়াদবা চনু নিংঙোলশিং লৌনরম্বদগী পিবা কাংদুনা খাবগা, ঙানবগা লৈরমখি। অসিগুম্বা লৌনা লৈনবা য়াদবা লিকলম নামুংবা লাইরকচনবু মতুংদা অমুক থোক্তনবা ময়ুম পিবা মঙা (৫) মাইচৌ তাংঙখা নুংকাই মরিংবা, কায়বীরেন শঙলেন পুবা মায়চৌলানহাঙম্বা, পোইনাউতা অমদি লৈপাক্কী অখং অহৈশিং য়াওনা তান্নদুনা অমুক নৌহৌন্না লৌনা লৈনবগী চৎলম লুতিন শেমগৎলম্মী। মদুদি :

**(১) শাইলুক তিন্নবা -**

মমা তিন্নবা মপা তোপখিবা মচাবু শালাইলুক তিন্নবা কৌই। মমা তিন্নবা মপা তিন্নদবা মচা মশু লৌনা লৈনববু নামুং লুতিন ওইনসে। শাইলুক তিন্নবা ঈদি লোলজা (মীরোল) মঙা (৫) শোক্লফদে। লাই তিনগী থৌরম তৌবা য়াদে।

মদুদি; কনাগুম্বী নুপী অমনা য়ুম্নাক অমদা ময়ুম পানলুরগা মচা নুপা, নুপী পোক্লমলে, অদুগা অমুক খাইনরক্কুনা অতোপ্পা য়ুম্নাক শাগৈ অমগী নুপাদা অমুক য়ুমপান্দুনা পোকলকপা মচা নুপা, নুপী অদুগা অহানবগী নুপা অদুদা পোকলম্বা মচা, নুপা, নুপী অমদি মশুশিং অদু লৌনা লৈনবা য়াদে। মসিবু শাইলুক তিন্নবা কৌই।

**(২) পেনলোল তিন্নবা -**

মপা মপেন, মমা মপেন ময়ুমগী চনু লৌদুনা, মপেন ঈবু লোম্বা পেলোল হায়না খংনসে, নামুং লাইরকচন ওইনসে। পেলোল নামুং ঈনা পিবা থৌপুবদি লোনজা অমা (মীরোন অমা) শোকফদে।

মদুদি :- মমাবু পোকপা মবেন অমসুং মপাবু পোকপা মবেন য়ুমগী চনু নিংঙোন লৌবা অসিবু পেলোন নামুংবা কৌই।

**(৩) মুংনবা -**

ময়ুম লূহোং লূতিন তাখ্রবী অমনা ময়ুম লূ অমদা অমরক হাথনা পোক্লম্বা মচানা পীবা থৌ পুবা য়াদে, লাইরকচন্দা নামুংয়ে। লোঞ্জা অনি য়ৌদ্রিঙৈ ফাওবা লাইরকচনবু নামুংসি। মদুদি :- অতোপ্পা নুপা অমদা হান্না য়ুম পাললুরগা খাইনরক্কুনা অতোপ্পা নুপা অমদা অমুক য়ুম পান্দুনা পোকলকপা মচা নুপা অদুনা মীরোল অনি শুদ্রিবা ফাওবা পিবা থৌপুদুনা লাইগী তিনগী থৌগন তৌবা য়াদে।

**(৪) লুখমখ্রবী -**

লু খমলুরবী চনুনা লু অমদা অমুক হাথবগী মচাদি লোনজা অহুম (৩) শুদনা লাইরকচম লুতিল শোকফরোই নামুং য়েনমৌনসে। মদুদি: মব্রা মপুরোইবা মতম চাদনা লৈখিদবী লুখ্রা ওইবী অদুনা অতোপ্পা নুপা অমদা অমুক ময়ুম পান্দুনা পোকলকপা মচা অদুনা পিবা থৌপুবা মীরোল অহুম ফাওবা য়ারোই য়েনমৌনৈ।

**(৫) নামুং চলম মিংহুনবা**

থকশি-খাশি মিংহুন নারেং থাংনা চনু মৌ লৌনফরোই, লাইরকচনগী মুংনবা ওইনসে। লোনজা মরিদি (৪) লাইরচক নামুংনসে। মদুদি; কনাগুম্বা নুপা অমনা চনু নিংঙোল অমবু লৌদুনা য়ুমপাললে। মনাও নুপা অদুনা লৌবা মৌ অদুগী

মনাও নুপী অদু নুপা অদুগী ময়াম্বনা অমুক লৌরে। অদু ওইরবদি মিংকৌনবদা কাইরে। অসিগুম্বা মিংকৌ কাইনা লৌনা লৈনদুনা পোকপা মচানা পিবা থৌপুবা অসি মীথাং মীরোল মরি (৪) ফাওবা য়াদে।

**(৬) চিঞ্জাক তিন্নদবা -**

চিঞ্জাক তিন্নদবা চনু নিংঙোল লৌবা মশা নামুংনৈ।

**(৭) য়েক -**

পম্বৌ মপা অমত্তগী ঈনা পারি মমোম ওইঙম্বা, পলেম মম। তোপখিরবসু ঈতিন্নবা য়েক হায়না থমনসে। ঈতিন্নবা য়েক মশেনগী চনু নিংঙোল লৌনরবদি লৈপাক্কী অমাংবা অৱাবা লৈখা তাবা অদুগা মশাদা তাইবং মপোক পুক্সিদা অমুক তিনবা য়াদ্রবগী খোইয়ুম শিদবগী চৈথেংনা মীশি মরম খংদনা পুক্সিদা অৱাবা অমাংবদা তানফংবা ওইনা ফংনসে হায়না লেপ্লম্মী। মদুদি :- কনাগুম্বা নিপা অমনা তোঙান তোঙানবা য়ুম্নাক শাগৈগী নুপী তরা থিরবসু মহাক্কী য়ুম্নাক শাগৈ ঙাক্তা ওইবনা মমা মমানা পোকলিবা মচাশিংদো মচিন মনাও ঙাক্তনি অসিনা য়েক ওই।

শাইলুক তিন্নবা, পেনলোল তিন্নবা, মুংনবা, লুখমখ্রবী, নামুং চৎলম মিংহুনবা, য়েক তিন্নবা অসিবু ঙাক্না চৎনবা ওইঙমসে। লেপ্লখিবা লৈপাক্কী ৱালেপ্পু থৌওইদনা চৎলবা তাইবং লমহেনবা মহাক অদুদি য়ুমতিন্নদনা / মীয়ামগা তিন্নদনা চীংখোং চীংয়া লোয়য়া তময়াদা লৈহন্দুনা চৎলম নামুংবা ঈনে খংনসি হায়না লেপখি ।

**উমংলাই লাৎপা হৌরকপা -**

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবনা য়ুমতাদুনা লৈখ্রবা থোই হেন্দোক্লা মতিক ময়াই লৈরবা অখং অহৈ ওইবা ইপা, ইপুশিংবু মখোয় মখোয়না লৈরিবা মফমশিং অদুগী লমশেন-তুশেনবা লাই ওইনা লেপহনলম্মী। অসিগুম্বা মতিক ময়াই লৈবা অহলশিং অদুবু লমদম অদুদা খুন্তাদুনা লৈরিবা মীয়াম্না পুরুম থৌগল থৌনি তৌরো হায়না য়াথং পীরম্মী। অসিগুম্বা মতিক ময়াই লৈবা অহন লমন, ইপা ইপুশিং অসিবু লাইলুপ হায়না থমলম্মী অদুগা মখোয়বু ইরাৎ পুরুম থৌগল তৌরিবা তাইবং মীওইবশিংনা তিনলুপ হায়না খায়দুনা থমলম্মী। অসিদগী হৌদুনা লাইলুপ তিনলুপ খাইরম্মী। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবনা অঙোম পিবা পুরৈরোম্বদা কুপত্রেংবু ইরাৎ থৌগল তৌনবা শিন্নরম্মী। খুমন পিবা অরোংদা খুমন পোকপা অশংববু ইরাৎ থৌগল থৌপুনবা শিন্নরম্মী। চীংঙু থাংজিং রোংমারাংবদি মৈতিংঙু পিবারেন নোংদা লাইরেন পাখঙবা, ময়ুম মোইরাং

পিবা ঙাংহন্থোক, অঙোম পিবা পুরৈরোম্বা পিবা অহুম (৩) চংনা পুরুম ইরাৎ থৌগল তৌবা হায়না লেপনরম্মী। খাবা ঙানবা, শরাংলৈশাংথেমদি কংলৈ পিবারেনগা পুন্না শঙলেন মপু নোঙদম্বগী য়াথং লৌনা পুরুম ইরাৎ থৌগল চংগনি। পুমলেম নিংথৌ, শব্রাং নিংথৌ, খল্লাংবা, শায়িরেন, চিরেনখোম্বা অসিদি ময়ুম মায়কৈ অদোমদা খুন্তাতিরবশিংগী খোইয়ুম অপোকপা ওইনা লেপ্তুনা পুরুম ইরাৎ থৌগল তৌহনলম্মী।

লমশেনবা তুশেনবা লাই নোংচুপ্তা খোইয়ুম ইঙৌবা, অব্রাংদা কৌব্রু, চীংখৈদা মারজিং, নোংপোক্তা ইঙৌবা লাইশিদবা, পনম নিংথৌ, তুবু পাখঙবা, নোংপোক লোইরং পান্থোইবী, হিয়াংথং লাইরৈমা, খোরিফাবা, ওক্লরেন থংনরেন, মখোয়শিংদি লৈপাক মীয়াম চংনা থৌগনবা হায়না লেপ্পরে। লাইনিংথৌ শিদবা, পাখঙবা কোংলৌতোন লৌথিবা, লাইনিংথৌ নোংশাবা, চেংবা লৈমা পান্থোইবী অসিবুনা মৈতিংঙু পিবারেন্না থৌপুরগা লৈপাক মীয়াম পুন্না পুরুম ইরাৎ থৌগনবা হায়না লেপলম্মী। মৈতিংঙু পিবারেন নোংদা লাইরেন পাখঙবনা লৈপাক মীয়াম খংনা পুরুম ইরাৎ থৌগল তৌদুনা থৌপুগদবা উমং লাইশিং লেপথোকলম্মী। মতিক ময়াই লৈরবা ইপা ইপুশিং অসিবু মৈতৈনা উমং লাই হায়না কৌরম্মী। উমংলাইশিংগী ইরাৎ থৌগলগী চৎলম লুতিন ব্রাংমা লান্না নামুং লম্বীবু চৎতনবা ব্রায়েন থৌদা শঙলেন অমা শাদুনা থমলম্মী। ইপা ইপু মতিক ময়াই লৈরবা তাইবং য়ুমতাখিবশিং অদুবু ঙসিদি মৈতৈনা উমং লাই হায়না ইপা, ইপুশিংবু য়াম্না কিনা ইকাই খুম্নবা লুলুক্লনা কুমওন কুমজা খুদিংগী পুরুম ঈরাৎ থৌগল লেপ্পা লৈতনা পাংথোকনরি।

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবনা ফম্বালদা চহী ১২০ কংলৈপাক্কী ময়ুম তরুক্কী (৬) লুচিংবা কাংলৈ পিবারেন ওইনা পান্দুনা লাইনিং, লাইশোন, লাইনিং লিচৎ, লৈপাক্কী চৎনা লুতিন কয়া অমবু শেমগৎতুনা মশক মতৌ থোক্লা, অরেপ্পা শক্তম অমদা শেমগৎতুনা পিবারেন ওইনা লৈপাক ঙাকলমলগা মশাগী চহী ১৪৭ খৃ: ১৫৪দা সনাগী কৈরোক কাখিরম্মী। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবনা শিখিবা মতমদা মশা ফংদবদগী পাংগোংনা মীতম্লগা পোৎলোইখি। মৈতিংঙুবু পাংগোংনা মীতম্লগা পোৎলোইখিবা অসিদগী লৌদুনা মৈতৈনা ঈশিংদা তাদুনা শিখিবা মশা ফংদবা, নত্রগা লমদা তুদা শিখিবদগী মশা ফংবা ঙমদ্রবা মতমদা পাংগোংনা শিখিবা মী অদুবু মীতমদুনা পোৎলোইবা অসি চৎনরকলি। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবা অমদি মৈতৈ লৈমারেন লাইম্না অনিনা মচা ইবুংঙো খুইয়োই তোমপোকনা পোকই, খুইরোই তোমপোক্কী অতোপ্পা মমিং অমনা চরোই তোমপোক হায়না কৌরম্মী।

# ২ শুবা
# মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক / চরোই তোমপোক
# (খৃ: ১৫৪-২৬৪)

মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্না মপা ইবুংঙো মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন্না থুপখ্রবদা খৃ: ১৫৪ দা কংলৈপাক্কী ময়ুম তরুক (৬) লুচিংবা কংলৈ পিবারেন ওইদুনা পানখি। মৈতিংঙুনা কংলৈ পিবারেন ওইবগা মরু তাঙঙখা মরিংববু কংলা শংহনলমলগা খারি মংতাবা লানহাঙম্বগা লোয়নদুনা কংলৈপাক্কী চীং অমসুং তমগী মফমশিং কোইনা চংতুনা য়োং, কোরি, সনা-লুপা, নুং তম্ফা, শুনু-নুং অমসুং থুম থোকপা খোংবু মফম খংনা ইশিন্দুনা থমলম্মী। অদুগা লোয়ননা মৈতিংঙুনা লৈপাক মীয়ামগী য়াইফনবা য়োংখোং, থুমখোং তৌদুনা অমদি মৈয়েং নুং লৌবগী থবকশিং শেমগং শাগংতুনা নিংথিনা থমলম্মী।

**লৈকাই মরি শেমগংপা -**

মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্না লৈপাক্কী খমতোং য়াইতোংবা, অঙম অথৌ, মায়চৌ তাঙঙখা মরিংবা অমসুং লালহাঙম্বা তান্নদুনা লৈঙাক-ব্রায়েন থৌদাদা খুদোংচানবা হায়দুনা লৈকাই মরি শেমগংলম্মী। লৈকাই মরি অদুদি (১) খাইলমপন (খ্বাইরমবন) (২) খুরাই খুনফমলেন (খুরাই তোমপোক মনিনোং কৌএ) (৩) ব্রাংখৈ ব্রাইরোক (৪) য়াইস্কুল। লৈকাই মরি অসিগী থৌপুগদবা লৈকাইলাকপা অমমম্ হাপ্তুনা থৌরম থৌদা শিন্নরম্মী। লৈকাই মরি অসিবু চুক মরি হায়নসু কৌরম্মী।

**খামেনচংপা ফি পুথোকপা -**

নোংমা মমা ইবেম্মা লাইস্নানা থেলোংদা (শুমাংদা) ফৌয়াম পৈদুনা নুংশাদা ফৌরম্মী মদুদা অচৌবা তাংজা লিল অমনা ফৌ মথক্তা ফৈজা কোন্দুনা মকোক থাংগংতুনা লৈবা অদু থেংনরুরে। অচৌবা লিল অদু উবদগী মমা ইবেম্মা লাইস্নানা লাওবদগী খুইয়োই তোপোক্না লিল অদুবু লোংনা থিন্দুনা হাংতোকলম্মী। অচৌবা লিল অদুগী মশাদা লাংলিবা ময়েক অদু য়াম্না নিংথিজরম্মী। লিনগী নিংথিজবা ফজবা ময়েকশিং অদু উবদগী মৈতিংঙুগী পুক্রিংদা লিনগী ময়েক লৌনা চরৈ ফি শাগে নিংলম্মী। লৈপাক্কী অঙম অথৌ অখঙ অহৈ কৌদুনা লিনগী

ময়েক লৌনা চৎরে ফি শান্নবা তান্নরম্মী। মদুদা থেংগ্রুম কুরুম্বনা মৈতিংঙুগী মফমদা চৎরে ফি শানবগী মওং তাক্কুনা লৈপাক্কী খুৎহৈবশিং কৌদুনা চৎরে নমথাং ফি শাহনলম্মী।

(১) লোংগী লোংজানা লিনগী কোকলেন ময়াইদা খাইখিবা কোকপু তম্না কোন্দুনা পজেং মরোং শেম্না কোক্কী লৈতেং শমচিন ওইনা শারম্মী।

(২) তাঙজা লিনগী মশকপু য়েংনা মচু মনেমবা ফি অমা শরে অদুবু নমথাং খুলক কৌরম্মী।

(৩) তাঙজা লিনগী মপুক্তা ময়েক কোয়না কোয়না লাংবা মতৌ লৌনা খাংশেৎ (খ্বাংশেৎ) ফিবু শারে। খাংশেৎ ফি অসিদি ফম্বাল মেন কাবদা শেৎনবা ফিবু ওইনা থমলম্মী। চৎরে ফিগী মিংলেন্না খামেন চৎপা হায়না থোললম্মী।

(৪) তাঙজা লিন অদুগী য়াংলেন্দা লাংবা মশক লৌরগা শাবা চৎরে ফি অদুনা পিবা ফি (ফুরিৎ) শাইচোনবা শারম্মী।

(৫) তাঙজা লিনগী মৈতোন তুম্না তাবা মওং লৌরগা য়েংদুনা শাবা ফিবু নিংখম হায়না মিংথোললম্মী।

তাঙজা লিনগী মতৌ লৌনা শাবা চৎরে ফিরোল মশক নাইবা অসিবু কংলৈপাক্কী কংলা ফম্বাল ফম্বা পিবা অমদি মহুৎ মরেং শিনবা ঙম্বা মউ চারি নত্তনা চৎরে ফি অসি শেৎফরোই। ময়ুম পিবা মরিগা শাদা লান্দা থৌবা, ব্রায়েন নোংদম্বা মরুগনা খামেল চৎপা অসি শেৎপা য়ারম্মী।

মৈতিংঙু খুইরোই তোমপোক্না ময়ুম পিবা মরিনা (৪) শেৎকদবা চৎরে ফিরোলগী ফিশকসু লেপলম্মী।

(১) অঙোম পিবানা অঙাংবা শমজিন্দা, অঙাংবা পজেং মথক্তা লোইদাম থাজা ময়েক লোন্না হাপ্লুনা শেৎকদবনি।

(২) লুৱাং পিবানা লৈয়োন মচু শমজিন্দা লৈয়োন মচু পজেং থেৎনা শেৎকনি।

(৩) খুমন পিবানা শমজিন্দা মচু অমুবা থেৎনা ময়েক মচু থোক্লা লোন্দুনা শেৎকনি।

(৪) মোইরাং পিবানা ঙৌরুনবা অঙাংবা মচুগী শমজিন্দা অঙাংবদা মুনা লাংবা পজেং থেৎনা ঙৌথাংননা ঙাঙবা ফিরোন্দা ময়েক মশক হাপ্লুনা চৎরে নমথাং নিংখম য়াওনা শেৎকনি। পিবা মরিদা ময়ুম ময়ুমগী মচু ময়েক তাক্কুনা মাগী মাগী চৎরেনা ময়ুম মশক খংনা শেৎহনলম্মী।

(৫) কংলৈ পিবারেন ময়ুম তরুক (৬) লুচিংবগা মরু অনিগদি শমজিন অঙৌবা মথক্তা পজেং তরেৎপু অঙাংবা, অঙৌবা, অশংবা, মেমানবা, নাপু ৱাওথাংনবা, ঙৌনা ঙাংবা পজেং মচা তরেৎ (৭) অসি থেৎকনি। কংলৈ পিবারেন্না তোলোক্তা থেৎপা পজেংনা ফিরাল তরেৎ ময়ায়দা সনা লৈতেং শাবা মালেম ঙানববু (নুমিৎপু) তম্না শিঙেন নুমিৎলৈবু য়েক্তুনা অকোইবদা সনা লৈতেং য়োম্না থেৎকনি, নাচোম ফিরাল শাগনি। অদুগা চরৈ নমথাং নিংখম্না নাপু চঙবা, লৈয়োন মচুদা ময়েক মরম খায়না শাদুনা মৈতিংঙুনা মতিক মঙম য়েংনা মনা ফিরোন ওইনা পিরবদি শেৎপা ইনবা য়াগনি। মরম মশক খঙদনা চরৈ ফিবু শিজিন্নবা য়াদে। মনা ফিবু পিবদা, ইচা মীচা খাইবা য়াদে, মতিক মঙাল চাদনা পিনিংবা মফম য়েংনা পীবা য়াদে।

**ফম্বাল ফি ওন্নবগী মরম -**

মরু মায়চৌ তাঙঙখা নুংকোই মরিংবা অমসুং লানহাঙম্বা অনিনা মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্পী মফমদা তুংদা লাক্কদবা মৈতিংঙু পিবানা ফম্বাল তোংবদা শেৎকদবা চরৈ ফিরোনবু তাকপীরম্মী। ফম্বাল তোংলবা কংলৈ পিবাদি শমজিন চিরোং মকোক অহুম (৩) লোংগনি। চিরোং খুদিং পজেং ৫না চিরোং চিননম হাপকনি। ময়ায়গী পজেং ফিরাল লৈয়োন্দা নুমিৎ সনালৈনা সনা লৈতেং পান্না থেৎকনি। পজেং ফিরান খুদিংদা লোইদাম থাজনা নোংমা পানবা নিনমাংদগী হৌনা লোইদাম থানিন ফাওবা থেৎপা অসিনা তুংলমচৎতা লাকপা কংলৈ পিবানা ফম্বাল মেন তোংবদা শেৎপা ওইগনি।

মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্পা মরু মায়চৌ অনিগী মফমদা ফম্বাল তোংবদা ফম্বাল ফি ওন্নবগী মরম হংজরম্মী। কংলৈ পিবাগী চরৈ ফিরোন্দি, অঙাংবা ফিরোননি কোরৌহনবগী মচু লৌনা অঙাংবা ফিরোল শেৎকনি হায়না তাকপিরে। মরম করিবু লৈবনা ময়ুম অঙোম পিবা, অঙৌবা ফিবু শেৎপনা অঙাংবা ফিরোলবু লৌখিবা। মরু অনিনা মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্তা ৱারম অদু অচুম্বনি হায়রম্মী। মমাংঙৈদা নপুথৌ সেত্রেং অপানবগা, নপুথৌ কুপত্রেংগা ফম্বাল ফি ওন্নখ্রে। নপুথৌ কুপত্রেংনা লৈপাক ঙাক্তুনা লৈহৌই অদুগা নপুথৌ শেন্ত্রেংনা লৈপাক কোইখিরম্মী। মহাক্না লৈপাক কোইখিবা, কুমজা কয়া হনলকখিদ্রে; মৱা মপাওসু তাখিদ্রে, মী থাদুনা থিবা য়াবা মখৈ থিবসু ফংখিদ্রে। হিংলিব্রা, শিশুব্রা হায়বসু

খংঙমদনা লৈরক্লম্মী। মতম নুংশাংনা কংলৈ পিবা হাংবা য়াদবনা লৈপাক মীয়াম পুম্বনা কংলৈ পিবা নাওকাংবা তারে হায়দুনা ময়াম্বা ইবুংঙো লৈঙাকপা কুপত্রেংদা পিবা থৌপুনবা তৌঙম্বীরো হায়না লৈপাক মীয়াম্না থেমদুনা নবেনথৌ খাকপা চনুগা ফম্বাল তোংলিঙৈদা নপুথৌ সেন্দ্রেং অপানবসু হেক থুংলরে। ময়াম্বনা ফম্বান তোংলম্বা উবদা লৈঙাকপীয়ু শিন্নরগা পিবা ফম্বাল মুনলিবোই খনখিবদগী মপুক তাথি শোইনাইরদুনা মিৎয়েং খানা য়েংদুনা মচিন ময়া হেন্না লাওদুনা চংলকই। মনাওনা শাওনা চংলকপা উবদা ময়াম্বা কুপত্রেংনা নাউথেম্না ইশানৌ নংনা শাওরিববু করি হিরম লৈবনো ? কংলৈ পিবা থুংলরনি হায়বগী ইয়াম্বগী মায়য়োক লৈকৎ লৈজদবনা ইনাও নঙগীদমক হায়দুনা ফম্বাল ফিরোল অসিনা ইনাওগী মায়য়োক লৈকৎকে থৌরাং তৌরমলিবনি। মতম কুইনা হনঙমলক্লবু পিবা ফম্বালসু তোংখিদরি কোরৌ ঙসি থুলবগা পিবা ফম্বাল থক্তা থাংগৎনবা ৱাখল্দুনা ইনাওগী পিবা ফম্বালবু তাঙদুনা ইয়াম্বনা ফম্লম্বনে। পিবা সনা ফম্বালনে হৌজিক্তি লাকপীরো। হায়না খুজেং পাইনা ফম্বাল থক্তা থাংগৎনা ফমহনলে। নপুথৌ কুপত্রেংনা শেৎপা ফম্বাল ফিরোনবু নপুথৌ সেন্ত্রেংদা মায়য়োক লৈকৎ তম্না কৎখি। মদুদা নপুথৌ শেন্দ্রেংনা শেৎলকপা অঙাংবা মচুবু হোংদুনা ময়াম্বা লৈকৎলে। কংলৈ পিবানা ফম্বাল তোংবদি ময়াম্বা কুপত্রেংগী ময়ুম লুপ্পা হান্না ফম্বাল তোংলগা পিঙমলিবা ফিরোল অসি পিনরবগা কংলৈ পিবা ফম্বাল তোংশনো হায়দুনা নপুথৌ অনিনা হায়নখিবা মরম্বু হোংফদবনা চৎনরিবনি। নপাবুং মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবনা ফম্বাল তোংবা মতমদসু অঙোম পিবা চিৱাংলক্কী পুরেরোম্বনা ফম্বাল হান্না তোংলগা নপা ইবুংঙোদা মাগী ফম্বাল ফিরোলবু লৈকৎতুনা কংলৈ পিবা ফম্বাল তোংখি। থৌরম অসি কাইবা য়াদবনা অঙোম পিবানা ফম্বাল ফিবু লৈকৎতুনা মৈতিংঙুনা ফম্বাল তোংলিবনি।

নোংদম্বা মরু অনিনা মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্লা ফম্বাল তোংবা মতমদা লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংনা মখোয়না থৌপুগদবা ফম্বু য়েম্থোক্তুনা শিনলম্মী। মৈতিংঙু কংলৈ পিবারেন্না কংলৈ শঙলেন্দা পুখ্রনবা, নোংথোনবগা লোয়নদুনা ফমগনি। ময়ুম পিবা মরিনা শেনলুংহনবা য়াওনা ৱায়েন শঙ্দা ফমগনি। শেনলুংহনবনা মৈতিংঙু পিবাবু শেন্নদুনা চরৈ ফিরোল শেমগনি। অমাই অশাই অশম্না পিবাগী লোয়য়িন থৌখলগনি। লৈকাই লাকপা মরি (৪) না মাগী মাগী লৈকাইগী মথৌ মঙম শিনগনি। পাখঙ লাকপনা য়াইতোং খমতোং পুম্ববু চৎলম

লুতিন তম্বীনি। কৈরুংবনা ফৌকৈ, শিংকৈগী থৌপুগনি। শারুংবনা শাগী মরম শিনগনি। ঙাংরুংহনবনা ঙাগী ঙারম, খোংলম য়েংশিনগনি। লুপলাকপনা লমপুম্বা য়েংশিনগনি। নিংঙোল লাকপনা চন্ নিংঙোলবু শিন্তাক শিলতম্বীদুনা চৎলম লুতিন তম্বীগনি।

**কংলা উত্রা শাবা -**

মৈতিংঙুনা ফম্বাল তোংবা মতমদা লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিংনা ফমগদবা ফমফম, থৌপুগদবা পুম্বা শিন্দোকপা লোইরদুনা ঙমদাই কাইবীরেনগী অনৌবা শঙলেন অমা শাদুনা তাঙঙাখা মরিংবগী মফমদা পুয়া শিন্নদুনা শঙলেন হোঙই। মৈতিংঙুনা থোঙঙাক কুরুম্বগী য়াথং লৌদুনা শঙলেন মঙা (৫) অমসু শাদুনা থমলে। অসিগা লোয়ননা মপাইবুঙো নোংদা লাইরেন পাখঙবনা ময়ুম খুদিংগী য়ুমখাইখিবা পুয়া ইদুনা মৈহৌরোলবু মাংদনবা থম্লম্বা অদুবু মথং লেংনা ইথনবা নোংদম্বা মরু তাঙঙকা মরিংবা অমসুং লানহাঙম্বা অনিগী মফমদা শিন্নরম্মী। কুমজা অসিগী হিয়াঙ্গৈ থাগী হুমনি (৩) পানবা শগোলশেন নুমিৎতা কংলা উরেপ য়ুংদুনা কংলা উত্রা শারম্মী। মৈতিংঙু খুইরোই তোমপোক্না কংলা উত্রা শাবা লোয়রবদা কংলা উত্রা হোংনবা থোঙঙাক কুরুম্বা অহনবু কৌরুরে। থোঙঙাক কুরুম্বা অহন্না মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোকপা অমদি মরু অনিগী মফমদা ওকশঙ, কুচু শঙলেন, উত্রা মফম অহুম (৩) অসিবু য়োম্বীবা নাউয়োম কৌবা মহাক্কি তাকপিরম্মী। উত্রা অসিনা কংলৈ পিবারেনগী ফম্বাল পুন্সি নিনফমনে, মফম অসিদা থৌরম পুম্বগী উনা খংনফমনি। মফম অসিদা খুন্থোক লৈশেমঙৈদা অতিংঙা য়াইবীরেন শিদবা, লৈশিরেন লৈপুনবী, লাইনিংথৌ অশিবা, অমদি কোঞ্জিন তুথোকপা খোইয়ুম মরিমানা উনদুনা লৈশেমঙৈগী ৱা তান্নদুনা নোংদমখিবা মফমনে হায়বগী "উত্রা" কৌবনি। মঙাং, লুৱাং অমদি খুমন কুরু অহুম্না খাইনফম অথুপ্পা শংগাই পুন্সিবগী মশক্কি। মী পোং, তুমিৎ য়ুরান্নাচিংবা করি লৈত্রিঙৈ নোংদম্বা মপুনা কুম্লকঙৈদা মপুগী হকচাংনা খাংপোক ওইনা খনখিয়ে অদুগীদমক্তা খলশাং কৌবনি মতুং তারকপদা নোংহুম শঙ কৌনখিবনি। থোঙঙাক কুরুম্বা অহন্না মৈতিংঙু খুইরোই তোমপোকপু কংলাগী তিন্‌ফম লাইফম্‌শিংবু কোইনা পুদুনা তাকপিরগা কোনুংদা হনজিনলকপা মতমদা খুদি খুরৌ চেন্দুনা তুগে তৌরম্মী। মদুদা থোঙঙাক কুরুম্বা অহন্না মৈতিংঙুবু খামদুনা খুদি খুরৌ চেনববু অফবা থৌওক্লবা ফত্তববু থৌকাওরম্লবা "সনা লমওক" থৌনিবিরম্মী। মৈতিংঙুগী ফম্বাল তোংনবা থৌরাং মরম পুম্বা তাকপিরম্লগা থোঙঙাক কুরুম্বা অহনদি হনখিরম্মী।

**ফম্বাল তোংবা -**

মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্লা ইবেম্মা লৈমরেন নোংমাইনুগা লোয়ননা ফম্বাল তোংলম্মী। ফম্বাল তোংলবা মতুংদা মৈতে লৈমারেন নোংমাইনুনা মমোম অমা শাৎপবু লোইদা থাবুম অহুম (৩) দা কোরৌ নোঙ্গাখিরম্মী। মৈতিংঙুনা মমোমবু খুমন পুংগী নোংচুপ্তা মংলেন অমা শেমদুনা লৈরোন চনলম্মী। মৈতিংঙুনা মমোম ইবেম্মাবু কাওবা ঙম্বা লৈরমদে। লৈরোল চনবগী নুমিৎ মঙানি শুবা নুমিৎতা মমোম ইবেম্মগী মোংফম মথক্তা তিন ময়াম অমা চৎতুনা লৈরম্মী। মৈতিংঙুনা মোংফম মথক্তা চৎলিবা তিনয়াম অদুবু লেপ্তুনা য়েংলম্মী, মদুদা তিনয়াম অদুনা মৈতিংঙুগী মখোংদা কারক্লম্মী। মৈতিংঙুনা মমোম ইবেম্মাগী মোংফমথক্তা লৈরম্বা তিনয়াম অদুবু মনাই মশন অমদি লৈপাক মীয়ামদা তিন অসিবু য়োকনিংবা কনা কনা য়াওবগে হায়না হংলম্মী। মদুদা কাংবু খরনা মখোয়না তিন অদু য়োকচগে হায়দুনা চোংথোরক্তুনা তিন অদু য়োকখিরম্মী। মখোয়না অকুংবা খরাই শেমদুনা তিনবু হাপ্তুনা মখোয়না চানবা মনা মশিং, উনা-ৱানা মখল ময়াম অমা হাপ্তুনা থমলম্মী। উনা-ৱানা ময়াম অদুগী মনুংদগী উনা অমদি তিনশিং অদুনা য়াম্না পাম্না চারম্মী। তিনশকসু খংদে, অদুবু ইমোমগী মংলেনদগী থোক্লকপা তিন ওইবনা ইমোম মানা ওনলকপা তিনলা হায়না খনলে, অদুনা তিনগী মমিং "লৈমা তিন" হায়না কৌরসি হায়না কৌরম্মী। তিন অদুবু য়োকপা কাংবু অদুবুনা লৈমায়োকপম কৌবা য়ুম অমা তাহনলে। লৈমা তিন্না চানবা উ পাম্বী থাবা কাংবু অমসু থোরকক্লে, মখোয়সু লৈমা তিনবু য়োকচগে হায়দুনা তিন খরা পিদুনা য়োকহনলে। অসুম্না তিনগী চিঞ্জাক ৱাৎতনবা ইংখোল চাওনা শেম্না য়াবা য়েংবদগী চীংখোং চীংয়াদা য়ুমতাহনখি, মখোয় অদুবু ফয়েং হায়না মিংথোলম্মী। লৈমা তিনবু মৈতিংঙুগী য়াথং কাইদনা য়োক্লক্লবগী মতুং খরা লৈরগা তিন্না মশা লৈনবা মহুম অমা শারক্লে । মহুম মনুংদগী তিন্না থোরক্লবা লম্বী অখুবা হুৎলগা মশাদা পকপা মহুম্বু হুন্দোক্তুনা থনম্লগা মশা পান্দুনা পাইখিরম্মী। তিন অদুনা মকু হুনা লাপ্লা পাইদুনা চৎখির্বনি হায়দুনা "কুরাক" হায়না মমিং থোলম্মী। মহুম কা অমা শাদুনা থম্বা অসিবু করি তৌশিংগে খন্না চিংলুবদা লংগী মতৌগুম্না য়াম্না কুপ্পা ফজরবা লংলা লংশক অমা ফংলে। মহুম কা অদুদগী অবংবা লংবু ফংই হায়দুনা "কাব্রং" হায়না মমিং থোললে। মৈতিংঙুনা মমাংদা তাংজা লিনগী ময়েক লৌনা শাখিবা ফিরোল অসিগী মথক্তা কাব্রাংদগী লং শুংদুনা ময়েক থোক্লা ফিবু শাবা ঙমগদবা মৈতে লুপ অমা খল্লে। কাব্রংদগী শাবা ফিরোল অদুদা খামেনচৎপগী ময়েক অদুবু উনম তৌবগা মৈতিংঙুগী খাংচেৎ নমখাং ফিরোন শেমলম্মী, মৈতিংঙুগী চরৈ ফিবু শেমলিনা কাংবু অদুবু শোইচেপ কামেং হায়না মমিং থোনলম্মী।

**ক্কাক তানবা -**

মৈতিংঙু খুইরোই তোমপোক্লা মেরা থাগী ১০নি পানবদা অঙম-অথৌ ফমথৌ ৬৪ শেম্লা মানা-মানা হৈবা মহৈ পুথোক্তুনা অথোই অহেন তান্নহনলগা কুম্মে তৌরম্মী। মানা মানা হৈবা মহৈগী মতুং ইন্না মানা পিরম্মী। নুমিৎ অসিদা শঙলেন মপু নোংদম্বা তাঙঙাখা মরিংবনা উচেক্কী চাকথা থাদুনা কুমগী লাইচৎ ফৎতবা ঙাক্তুনা লৈপাক্কী পিবাগী পুন্সি নুংশাংনবা শিদবা মপুগী মফমদা থৌনিরম্মী। মতুংদা উচেকশিং অদুবু তান্দুনা উচেকশিংনা পাইখিবা অদুগী মায়কৈ য়েংনা লৈপাক্কী কুম অদুগী অফ-ফত্তগী মহৈ য়েংলম্মী। অসুম্না উচেক্কী চাকথা থাদুনা উচেকশিংবু তান্দুনা লৈপাক্কী কুম অমগী অফ-ফত্তা লেপ্লা অসিবু ক্কাক তানবা হায়না খংনখি। মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্লা ইপুথৌ মোইরাং থাংজিংগী খুম্বমবু থাংজিং চীংদগী পুথদুনা তম্পাক লমদা খুবম য়াদুনা হৱাওবা হৌরম্মী।

**হি পুথোকপা -**

নোংমা লুৱাং পুন্সিবনা লুৱাংলি ভুরেন্না ঈহৌরকপা মতমদা লৈরাই মপান্দা করম্না তুরেন অসিবু লানশিবনো হায়না ৱাখন্দুনা লৈরম্মী। মতমসিদা চিবা মৈনাইতাবা অমনা খিকলোই মতাং অমা চিকলগা মখোংনা ঈশিংদা হোৎতুনা ঈরাললকই, তৌরিবা মতৌ অদু উবদা লুৱাং পুন্সিবনা ঙকখ্রদুনা হি চিবা মৈনাইতাবা অসিনা তৌরিবা মতৌ অসিদি অফবা ফাৎলম অমনি হায়না ৱাখন তৌরম্মী। চিবা মৈনাইতাবনা ঈরানখিবা অদুদগী লুৱাং পুন্সিবনা ঈশিংদা ইরান্নবা ৱাকয়ৈ অমা শাগে থৌরাংলম্মী। লুৱাং পুন্সিবনা লুৱাংগী মখুৎ মশা হৈবা মচা মশু পুন্নমক কৌশিন্দুনা অচৌবা পামেল উজাও অমা থিদুনা য়ান্নবা থৌদারম্মী। লুৱাং মপা মচা পুন্নমক্লা কৌবা হনয়েংচীংদা কাদুনা তালা পামেল অচৌবা অসুম থিরকপদা লুৱাং মকুবী চীংদা উনিংথৌ অচৌবা অমা হৌরম্বা থেংনরম্মী। উনিংথৌ অদুবু খোইদাদুনা য়ানলগা পুরক্লম্মী। লুৱাং শিনহৈবা নুংবান খুৎহৈবা মচিন মনাওশিংনা ৱাকয়ৈ অমা শারে। (চিবা মৈনাইতাবা : লাইরিক অমদা চুম হায়না ইবা থেংনৈ অদুগা অতোপ্পা অমদনা উচি হায়না ইবসু থেংনৈ। কাওজেংনা চরোৎ মনা চিকলগা ঈরনখি হায়না ইবসু থেংনৈ।) ৱাকয়ৈবু শাবা লোইরবদা কনাবু হান্না তোংহনশিগে খন্নরক্লে। মখোয় খ্বায়গী ময়াম্বা অহন শঙাই ওনখিবা লুৱাং পুংদাকোই খুৎকোইবগী মকোক অসিনা হান্না তোংহনসি হায়দুনা, লুৱাং পুংদাকোই খুৎকোইবগী মকোক (শঙাই মকোক) অদুবু ৱাকয়ৈদা থাংগৎতুনা তোংহনলে। লুৱাং পুন্সিবনা ৱাকয়ৈ অসি তোংদুনা লমফৈ পাৎ (লমফেল পাৎ)তা

শান্নববু মৈতিংঙুনা তারদুনা লুৱাং পুন্সিববু কৌদুনা করম্না ৱাকয়ে শাখিবনো হংলম্মী। লুৱাং পুন্সিবনা ৱাকয়ে শাখিবগী মরম পুন্না লিদুনা তাহন খংহনলম্মী। লোয়ননা মৈতিংঙুগী খুয়াখাদা তু-খোং খোংলেংবদা খোংনেৎ ওইবীরো হায়দুনা ৱাকয়ে অদুবু কৎলম্মী। ৱাকয়ে অসিগী মিংলেনবু চিবা মৈনাইতাবনা খিকলোই মতাং অমা চিক্নুনা ঈরালখিবদা অঙকপা হি ! হায়না খংপেক খংনা থোকখিবা খোম্থোক অদু লৌরগা হি হায়না মমিং থোললে। মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্না লুৱাং পুন্সিবনা হি পুথোকপগীদমক্তা, পিবা ফি শাইচোনবা, নমথাং খুলক অমসুং কামেংনা শাবা চরৈ খ্বাংশেৎ ফিরোল মনা অহুম (৩) সি পিদুনা ইকাই খুম্নরম্মী।

পূং পুথোকপা -

মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্না পিবারেন ওইনা পানবা অসিদা মখোন হৌবা পূং লৈতবদগী পুক্রিংদা নুংনাংনরম্মী। মরমদুনা মখোন হৌবা পূং শান্নবা লৈপাক্কী অখং অহৈ, খুৎহৈবা কয়াগা তান্নরম্মী। পূং শান্নবগীদমক্ত কোন্দে খুচুম মাইবনা অৱাং লমদা শা তানলম্মী অদুদা লোনলোই কৌবা খুনফমদগী কৈ অমা ফারকখি। কৈগী মউন্না ৱাংলেন পূং তিংববু নিংথিবা খোঞ্জেন থোকঙমদ্রে। অমুক শজিগী মউন তিংদুনা য়েংবদসু নিংথিজবা পূংগী পূংখোল থোকঙমদ্রে। পূংগী পূংলোন থোকত্রবদা কোরৌ নুমিৎ মঙানি (৫) চুপ্না খন্নরবদা কোন্দে খুচুম মাইবনা তু বী য়োই নোংদা পাখঙবনা মচন ইবেম্মা সিরা কোংতিংনুবু থাজবদা পুরকপা শন মমৈচোনববু মউল হুনা পূং শেমসে হায়রম্মী। কোন্দো খুচুম মাইবনা হায়বগী মতুং ইন্না কাদেং অমাইবা অমসুং শম্থোং অমাইবা অনিনা সিরাকোংতিংনুবু থাজবদা পুরকপা শনবু মউন হুনা পূং শেম্ববু নিংথিজরবা পূংগী খোঞ্জেল থোক্লম্মী। মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্কী সনা হাক্তক্তা পুথোকলিবা পূং অসি পূং মখল অমনি। মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্কী মমাংদা কংলৈপাক্তা পূং শাদুনা শিজিন্নরে। মদুদি পোইরৈতোন্না খুন্দোক্নুনা লমদেংদা লৈরবা মতুংদা মৈতে নাদবা, মৈতে শিদবা মফম থিবা চৎপদা, অশিবগী মথৌ মঙমদা পূং য়ৈদুনা শিকপলোন শক্নুনা অশিবগী মথৌ মঙম পাংথোক্পা পোইরৈতোন্না থেংনরম্মী।

মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্না চহী ১১০ পিবারেন ওইনা পান্লম্লগা মশাগী চহী ১৩৭ খৃ: ২৬৪ দা নোঙ্গাখি। মৈতিংঙু খুইয়োই তোমপোক্না মচা ইবুংঙো য়োইমোংবা, তাউথিংবা অমদি মমোম ইবেম্মা লাইরৌলেম্বীগা অহুমসি পোক্লম্মী।

# ৩শুবা
## মৈতিংঙু তাউথিংমাং
## (খৃ: ১৫৪-২৬৪)

খৃষ্টাব্দ ২৬৪ দা মৈতিংঙু তাউথিংমাংনা কংলৈপাক্কী পিবারেন ওইনা পানখি। মৈতিংঙু তাউথিংমাংনা ইবেম্মা হানুখুগা লোয়ননা ফম্বাল তোংলম্মী। মৈতিংঙুনা ফম্বাল তোংবগা মৈতৈ ময়ুম, ময়ুমগী পিবানা পুবা লমগী য়ুম খুদিংগী য়ুমখাইখিবা মশিং থিরম্মী। মদুদা অঙোম্না য়ুম ৯০, লুৱাংনা য়ুম ৯৯, খুমন্না য়ুম ৫৬ মোইরাংনা য়ুম ৫২ লেপ্পুনা লৈরমলে।

ময়াম্বুং য়োইমোংবনা লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংগা লোয়ননা তুরেন মরুশিংবু কোইনা চৎতুনা য়েংশিনলম্মী। অসুম মথং মথং য়েংদুনা লাকপনা অৱাং কৌব্রু হারমদা লৈবা চীংদোল মতোন মায়য়োক মরি (৪) পানবা লোকশা অহুম (৩) শুবা ইখোংদা তোংঙাশাবগা য়োইমোংবগা থেংনরম্মী। মদুদা তোকঙা শাবনা য়োইমোংবদা হায়রম্মী, নচিন ননাওনা লৈপাক ঙাক্না পানলিঙৈ তুরেনশিং তুতৌ তুশেংহৌরবদি অফবা ওইগনি। হয়েং তুংলমচৎতা তুরেন তুরৈ শেংনা তুতৌবা ঙম্বা মী তাংলক্লগনি। তুরেনশিং তুতৌ তুশেংহৌরবদি করিগুম্বা মতমদা লৈপাক্কী ঈশিং তাংলক্লবসু ঈশিং ফংদবগী অৱাবা খরা মখৈ কোকঙমগনি। লৈপাক্কী অৱাবা থৌদোক্তি কংলৈ পিবারেনগী মঙাল ময়েং তাবনি তাকপিরম্মী। য়োইমোংবনা হনলক্লগা তোকঙাশাবনা তাকপিরকপা মরম পুম্বা মনাও ইবুংঙো মৈতিংঙুগী মফমদা তমলম্মী। মৈতিংঙু তাউথিংমাংনা ময়াম্বুংগী ৱা তাবদগী লৈপাক্কী অঙম অথৌশিং য়াওনা তুরেন তৌনবগী ৱা তান্নরম্মী। শঙলেন মপু নোংদম্বা খারম থাদোইনসু য়োইমোংবা অমদি মৈতিংঙু তাউথিংমাংগী মফমদা তুরেন তৌহৌবনা য়াইফবা ওইহৌগনি তাকপিরম্মী। তুরেনশিংবু তুতৌ-তুশেংনবা মৈতৈ ময়ুম পুম্বনা মাগী মাগী খোংবু শেম্নদুনা চৎনখিরম্মী। য়োইমোংবনা লুচিংবা খোংবুনা তুরেন অচৌবা (ইম্ফাল তুরেন) তুতৌ তুশেংলম্মী। লৈপাক মীয়াম্না মাগী মাগী খোংবু শেম্নদুনা লৈপাক্কী তুংগী য়াইফনবগীদমক্তা তুরেন তুতৌ-তুশেংবা চৎখিবা অসিদা মৈতিংঙু তাউথিংমাংসু ইথৌ ইঙম ওইনা তুরেন অমা তুশেংনা লৈতৌদবা য়াদে হায়না পুক্লিংদা খন্দুনা অৱাং চীংখৈরোমদা হায়গৎখিদুনা ঈরিল তুরেল মরু

য়ৌরম্মী। মৈতিংঙুনা নিংথিরবা তুরেনগী ঈচেন উবদা পুক্লিংদা খনলম্মী, ঈখোং অসিবু ফজনা শেমদুনা পুথরক্লবদি লাইজা ঈশিং ৱাৎপা লৈররোই হায়দুনা মফম অদুদগী তুরেনগী তুরৈ-তুশেংবা হৌরকলম্মী।

মতমদুদা য়োইমোংবদি তুরেন অচৌববু তুতৌ-তুশেংনা লাকপবু তুরেন শেংবা লেপ্তুনা মনাও ইবুংঙো মৈতিংঙু তাউথিংমাংবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মৈতিংঙু তাউথিংমাংনা লেপ্পা লৈতনা তৌরকপনা চোথে থংৱাই ফুনাল তেলহৈবগী চীংদা ৱাইথুংলরে। ফুনাল তেলহৈবনা মৈতিংঙুদা মাগী লমদা তুরেল তৌদুনা শেংবা য়ারোই হায়না থিংলম্মী। মৈতিংঙু তাউথিংমাংনা নমদুনা তুরেন তুতৌ-তুশেংনবা হোৎনরম্মী। নিংঙাই শংদানরক্তুনা মৈতিংঙু তাউথিংমাংগা ফুনাল তেলহৈবনা খুৎ থোক্লরম্মী। খুৎথোক্লবা অদুদা মৈতিংঙুবু ফুনাল তেনহৈবগী তেন্না পান্দুনা ঈরিন তুরেন্দা ঈনা পুমঙাং ঙাংনা খোইরিন লিনশাং থোক্লা তাউথরক্লম্মী। য়োইমোংবনা মনাউ ইবুংঙো মৈতিংঙু তাউথিংমাংবু ফুনান তেলহৈবগী তেন্না পান্দুনা ঈরিন তুরেন্দা ঈনা পুমঙাং ঙাংনা খোইরিন লিনশংথোক্লা লাইজ ইপাকথক্তা তাউদুনা লাকপবু উরক্লে। য়োইমোংবনা মৈতিংঙু তাউথিংমাংবু লাইজা ইপাকথক্তগী লৌখৎতুনা লাইকনরম্মী। মৈতিংঙুনা ৱাখন তারকপা মতমদা ময়াম্বুংগী মতম্পাক্তা লৈরমলে। মৈতিংঙুনা ময়াম্বগী মফমদা থোকখিবা থৌদোক পুম্বা তমলম্মী। মৈতিংঙুনা ঈনা পুমঙাং ঙাংনা তাউথরকই হায়দুনা মফম অদুবু ঙাংলৌ হায়না কৌরম্মী। মৈতিংঙুবু লোকপা মফম অদুবুনা লিপ্লোং হায়না কৌনখি। মফম অদুদা ইরিল অমদি ইম্ফাল তুরেল অনিগী ইতিন্নফমনি।

মতম খর তুতৌ-তুশেংবা লেপলুরবা মতুংদগী ময়াম্বুং য়োইমোংবা অমদি মৈতিংঙু তাইথিংমাং মচিন মনাও অনিনা ইম্ফাল তুরেনবু লেপ্পা লৈতনা খা মায়কৈরোমদা তেংথরকপনা হাওখা লোকখা (শুগনু অমসুং অদুৱাইগী লম) য়ৌরক্লে। য়োইমোংবা মৈতিংঙু তাইথিংমাং মচিন মনাও অনিনা য়ুম্নাক চামা লৈবা খুন অমদা থুংলম্মী। মখোয়না খুনদুদা থুংবা মতমদা অঙাকপা মতৌ অমা ওইনা লৈরমলে। খুঞ্জাশিং কিবনা শুমাং ফাওবা থোক্লরমদ্রে, মরুপ মপিচাশিংগী য়ুমদসু কোইনরমদ্রে, লৈকাইগী য়ুম অমদা মৈ লৌবসু চৎনরমদ্রে। য়োইমোংবা, মৈতিংঙু তাউথিংমাং মচিন মনাওনা খুঞ্জশিংদা হংবদা ককয়েন মীঙম্ববু কিবদগী মপান থোক্লবা ঙমদবা ওইরমলে। মচিন মনাওনা ককয়েন মীঙম্বা কন্দাইদা লমদা লৈখিবগে হংলম্মী। খুঞ্জাশিংনা হৌজিক্তি চীংনুংহুৎতা চাকতাবা চৎখ্রি। খুঞ্জাশিংনা য়োইমোংবা মচিন মনাওবু ককয়েন মীঙম্বনা ঙানু, য়েন্নাও চেনবগুম চেনখিগনি হায়রম্মী।

য়োইমোংবা মচিন মনাওনাককয়েন মীঙম্ববু করিসু নাচুংলমদে। মখোয় অনিনা লাং থাক্তুনা ককয়েন মীঙম্ববু ফাদুনা হাৎলম্মী। ককয়েন মীঙম্বগী মশা অমনা চীংনুংহুৎতা অদুগা অতোপ্পা মশা অমনা লোক্তাক্কী ঈশিংবু কংখিদনবা থিংলম্মী। লোক্তাক্কী ঈশিংবু থিংই হায়দুনা মফম অদুবু ঈথিং হায়না কৌরম্মী। ককয়েন মীঙম্বা হাৎপা অদুদা খুঞ্জাশিংনা পেনলদুনা মৈতিংঙুগী মফমদা চহীগী লোইপোৎ কারম্মী।

**শণ অশিবা চিংখৎপা -**

কুমগী ঈশিং ঈনৌ লাকপা মতমদা ইম্ফাল তুরেন্দা লেমলৈ ঙা ফানবা য়োইমোংবা তাউথিংমাং মচিন মনাও অনিনা তোঙান তোঙানবা শোইপন শেন্নম্মী। য়োইমোংবনা ঈশেং খোংগী খা থংবদা শোয় অমা নপ্তুনা ঙা ফারম্মী। মনাওইবুংঙো মৈতিংঙুনা ময়াম্বগী শোইগী তুংলোমদা শোই অমা শেমদুনা ঙা ফাবম্মী। মচিন মনাও অনিনা ঙা ফাবা অদু উবদা নোংদম্বা মপুনা ময়ুম ৭কী মাগী মাগী চৎলম লুতিনবু কাউখ্রগনি, কোন্না চক্কী তাইবং মীওইবশিংসে পুক্লিং অমগা অমগা তিন্নবা ব্রারনি, মপুক ব্রাখন পিকলগনি। অদুনা মরু অমতদগী হৌরক্তুনা চারিক মপাল থাবনি, হায়বা অমুক হন্না খংহন্দবা য়াদ্রে হায়না খন্দুনা কুরুমচীং হিদেন্দগী শন য়োংমানবী অশিবা ওইনা, অপুম্বা মনম্মা মনাক নকপা ঙমদনা তাউথরক্লম্মী। শণ অশিবগী নমথিবা মনম তাবদা য়োইমোংবা মিকুপ অমতা পোৎথাদুনা লৈবা ঙমদ্রে। শন অশিবা অদুবু তাউথখিনবা পন হোগাইদুনা ইরম অমা শেন্নম্মী। অদুবু তাউথখিব্রা হায়ববু তোর্ব্বান ময়াদা হৌবা কেক্রু পান্বী অমগী মরাদা লৈশিন্দুনা লৈখ্রে। শণ অশিবগী মনম্মা য়োইমোংবা মফম অদুদা লৈবা ঙমদ্রে, ঈশিংদি লেপ্পা লৈতনা চাওবা অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। য়োইমোংবনা কেক্রু পান্বী অমগী মরাদা য়েৎশিন্দুনা লৈরিবা শণ অদুবু ব্রা অশাংবা অমনা ঈহ্নোক্তুনা ঈরম ফাৎলিবা অদুদা তাউথহনখ্রে। শণ অশিবগা কেক্রু পান্বী অদুগী মরাদা লৈশিন্দুনা লৈখিবা মফম অদুবু কেক্রুপাৎ হায়না খঙনরম্মী।

শণ অশিবা অদুনা তাউথখিদুনা মৈতিংঙু তাউথিংমাংগী পনফম য়ৌরবদা ঈশিং ঈরম ফাৎলিবা তম্না তাউথরম্লগা লুমাংদগী অমুক হনগৎনা তাউখৎখিদুনা নোংচুপ থংবা তোর্ব্বান্দা উরু উরু লৈশিন্দুনা লৈরম্মী। তৌরিবা মতৌ মওং অদুদা মৈতিংঙু তাউথিংমাংনা খললম্মী, শণগী মনম অসিদি ইহ্নোক্লা নমথিখ্রে, অদুগা ঈচেলগী মতুং ইন্না তাউথখিব্রা হায়ববু তাউথখিদে অমুক হনগৎলক্তুনা

লৈশিন্দুনা লৈবা অসি অহুমকল (৩) শুরে। শণ অশিবা অসিনা তৌরিবা মওং অসিদি করিগুম্বা মরম অমদি লৈরমগনি, অখং অহৈগী মফমদা হংলগা কোন্না অমুক তাউথখিনবা থৌরাং তৌরম্মী। শণ অশিবা অসিবু হন্না লৌখৎলগে হায়দুনা শণ অশিবা অদুবু লাইজা ঈশিংদগী লৌখৎতুনা লৈরাই মপান্দা থমলম্মী। হয়িং খোংয়া তোংববু ফনবা হায়দুনা নাপী ময়াম অমা ফোইদুনা শণ অদুবু কুপশিন্দুনা থনমলগা শঙলেন মপু নোংদম্বা খারম থাদোইবু কৌদুনা য়েংহনলে। শঙলেন মপু খারম থাদোইনা মৈতিংঙুগী মফমদা হায়রম্মী, তৌরিবা থৌদৌ অসিদি নোংদম্বা মপুনা ময়ুম ৭ মক্তি মউ অমতদগী মফম অমতদা চারি মপাল থাবনি খংহন্দুনা, কাউদনবা পাউতাক পীবনি। মৈতিংঙু তাউথিংমাংনা করম তৌশিগে মফম অসিদা অসুম থন্নসিরা হংলম্মী। শঙলেন মপু নোংদম্বা মরু খারম থাদোইনা ব্রাংলেন মিকুপ খরদং ঙাইবীখো হায়দুনা খোংগা মচিথেন থেংগ্রা চীংশাং নাপোম ১১ লোংবা অব্রাং ঈরোক ১২না কোনবা লম্বু ওন্দুনা পুরুম লৈকাইনা পাউহংজরম্মী।

নোংদম্বা মপা-মপুরেনগী য়াথং মতুংইন্না মরুগী মহকশাং শণ অশিবা অসিবু ময়ুম ৭না চুকশা মৈথানবা থৌরাং তৌরম্মী। শণ অশিবা অদু মফম অদুদগী পুদুনা চুকশা মৈথানবা অয়ুংখোংগী অব্রাং থংবা মরুগী খোং অহুম পূংদা পুদুনা মরূগী মউন খোকলম্মী। অদুগা অঙোম পিবাদা মতুপ অহুম (৩) পিরম্মী, লুব্রাং পিবাদা মতুম অমা (১) পিরম্মী, মোইরাং পিবাদা মতুপ অমা (১) পিরম্মী, খুমন পিবাদা মতুপ অমা (১) পিরম্মী। চুকশাদুনা মৈথানবা ময়ুম তরুকমক্লা (৬) মাগী মাগী শিংখন পুদুনা মরু খোং অহুমপূংদা লাক্লবা হায়রম্মী। ময়ুম পিবা তরুক্লা (৬) মাগী মাগী শিংখন পুরক্লদুনা মরুখোং অহুমপূংদা থুংন্নরে। মরুবু মউন খোক্লুনা শেমখিবগী মহাকচাংদা পকপা ফত্ত হৌদি তৈববু চামথোকখিবা মহিনা পামেন উখোংখাদা হৈদোকলম্মী। পামেল উ অদুগী মমিংবু শণ অশিবগী ঈরু মাইতাবগী মহী হৈথখি হায়দুনা অশিহৈবোং হায়না মিংথোনলম্মী। মরুবু চামখিবা মফম অদুবুনা লুচমপাৎ কৌরম্মী। নোংদম্বা মরূগী খোইরিন লিশাংবু অয়ুংখোংগী খাথংবা থামংখোংদা ফুমদুনা নূংফান্না নন্দুনা থমলম্মী। মফম অদুবু নূংকোইবী মিংথোনলে। মতৌ অসুম তৌদুনা কুরাং য়াওদবা মরূগী হকচাং অদুবু চুকশা খাম্বী মৈ থারম্মী। মালেম লৈনা শিংখন অমা (১) ওইরে, ময়ুম তরুক্কী (৬) শিংখন হাপ্তুনা চুক নাক য়েৎ অহুম (৩) অহুম (৩) তরুক (৬) য়ুংদুনা কংলৈ পিবারেন্না লুচিংদুনা ইশাইফু খাম্বী মৈকোইদুনা চুকশা মৈ থারম্মী। অসিগী

মওং মতৌ লৌদুনা পোইরে মৈতৈ পুম্বগী শিবা মতমদা চুকশাদুনা খাম্বী মৈদা ইক্লা পোইলোইবা হৌখি। নোংদম্বা মরুগী কুরাংনা কংলৈ মালেম ছেকনিংদা, নুংশাদা ফৌদুনা কুরাং অদুবু কংহনখি। কুরাংবু ফৌদুনা কংহনখিবা মফম অদুবু [১]কংলা হায়না কৌনখি। নোংদম্বা মরুগী হকচাংবু অশংবা নাপীনা কুপ্পুনা থমখি হায়দুনা নাপী অদুগী মমিং শণকুপলৈ / শংব্রৈ হায়না কৌখি। ময়ুম মচু তরেৎ (৭)পু মরুগী হকচাংদগী লৌথোক্লুনা কাংলৈপুং ময়োন্দা মশক তরেৎপু (৭) শাবনি খংনবগীদমক্তা নোংদম্বা মপুনা শণ য়োংমানবী ওইনা থোকপবু ময়ুম তরেৎ (৭)না শায়েনলগা ময়ুম তরেৎ (৭) না থৌপুদুনা চুকশা মৈথাদুনা উক্রোং হোংখিবা অদুবু কাউদনবা ময়ুম তরেৎ (৭) অসিবু যেক শলাই কৌনা খংনখি।

য়োইমোংবা তাউথিংমাং মচিন মনাও অনিনা পুকচেন খোইজেন তিন্ননা ইংনা তপ্না লৈপাক ঙাকলম্মী। মচিন মনাওনা লৈপাক ঙাকলিঙৈদা সোরারেন্না (অঙোম নিংথৌনা) য়োইমোংবগী মমোম ইবেম্মাবু পিবিনবা হায়জবা মী থারক্লম্মী। মতমসিদা য়োইমোংবগী মমোম ইবেম্মা অমত্তা লৈরমদে, মচননুপী [১]লাইরৌলেম্বী লৈরম্বসু কৌবা অঙাংঙাগী মফমদা থাজদুনা লুহোংখ্রে। য়োইমোংবনা মমোম লৈতববু মেনু কৌবা মমোম অমা লৈ হায়জিন্দুনা অদু সোরারেনগী মফমদা থাজগে হায়রম্মী। য়োইমোংবনা সোরারেনগী মনাইশিংদা অসুম্না হাইরম্মী। সোরোরেনবু নুমিৎ মঙানিদং নুপী ময়ুমদা য়াওং ইনলো অদুগা অওং অউন তমদুনা লুহোংগে, ঙসিদগী নুমিৎ মঙানি শুবদা লাকউ। হায়নখিবা শোয়দনা সোরারেন্না মনাই মশন ময়ামগা চেংলুক-নুংশাং, ঙা, য়ু চফু, হৈ মখল শুনা শেমদুনা হায়জপোৎকী মশিং ৱাৎতনা শুনা পুরক্লুনা লুহোংবা লাক্লম্মী।

য়োইমোংবনা মমোম মেনুবু শাশিন্নদুনা কোক্তা লৈ চিন্দুনা, লংমাই মতু থেৎনা শমতোন পুন্দুনা লুতুংদা অমসুং থবাক্তা ফিনা লৈতেং তৌদুনা লুহোংনবা শেমশাদুনা ঙাইরম্মী। লাইগী নিংথৌ সোরারেনসু ক ংলা পুংমায়োন্দা লুহোংবা লাকপা ৱাইথুংলরে। য়োইমোংবা মেনু শাবীনা লাইগী নিংথৌ সোরারেনগী

*[১] **কংলা :** কংলা কৌখিবগী অতৈ ৱারি কয়া অমসু লৈখ্রে। অদুবু মসিসু কংলা কৌবগী মতাং অমনি।*

*[১] **লাইরৌলেম্বী :** য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাংগী মচন্নি, কৌব্রুগী নিংথৌ অঙাংঙাদা লুহোংখি। লাইবৌলেম্বীনা কৌবরোল নমোইনু পোকই। কৌবরোল নমোইনুবু লুৱাং নিংথৌ পামিংনবগী মচানিপা নুবান পোম্বী লুৱাংওবদা (খুনথিবা) থাজৈ। কৌবরোল নামোইনুনা লুৱাং পুন্সিবা পোকই)।*

ওইথংননা ফমদুনা লুহোংলে। লুহোংবা লোইদুনা মেনু থিনবা শাদুনা ইম্ফাল তুরেনগী মথক্তা খিকলোই অকংবনা ফমপাক শানা শাবা থোংবু লালবদা য়োইমোংবনা মরৌ তৌনা, হৈনা-শিংনা পাম্বে থাদোক্কুনা ঈশিংদা তাশিন্নরে। অদুগা ঈরুপ্পুনা চৎখ্রে। অঙোম নিংথৌ সোরারেন্দি ঙক্লা য়েংলিঙৈদা য়োইমোংবগী মকোক্তা থেৎপা লাংমৈ মতুংনা ঈশিং মনুংদগী তাওখৎলকপা উরে। কোন্না অঙোম নিংথৌ সোরারেন্না য়োইমোংবনা মচানুপী মেনু শাশিন্নবনি হায়বা খংলম্মী। শাশিন্নবা অসি খংবদগী সোরারেন্না য়োইমোংববু য়াম্না শাওরম্মী। সোরারেন্না শাওবদগী নুমিৎ মঙানি নোং অঙকপা ফংনা চুহনবদগী লৈপাক অসি ঈশিং চাওবনা লৈবা ঙমদবদগী য়োইমোংবা খাংবা ঙমদদুনা অৱাং মোংবী চীং, মশেন ইবুংঙো কৌব্রু অঙাংঙাগী মফমদা চেন্দুনা খাংলে। য়োইমোংবা কৌদ্রিঙৈদা য়োইচিংলেন তমহৈবা হায়না কৌরম্মী। ঈশিং চাওবদগী লৈবা ঙমদদুনা কৌবা অঙাংঙাগী মনাক্তা চেনবদগী য়োইচিংলেন তমহৈবগী মমিং ঙাংঙোই য়োইমোংবা হায়না কৌনখি। কৌবা অঙাংঙানা লৈপাক অসি য়াম্না অৱাবা তাবদগী সোরারেনবু থেমজিন্দুনা অশাওববু ফাথরম্মী। য়োইমোংবনা মচানুপী মেনু শাদুনা লুহোংবা থিনলকপদা থোংদগী ঈশিংদা চোংথদুনা ঈরুপলগা চেনখি হায়বদগী মেনুথোং হায়না কৌনখি। হৌজিক ফাওবা মেনুথোং হায়না কৌনরি।

মৈতিংঙু তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইদুনা চহী ১০০ পানলম্লগা খৃ: ৩৬৪ দা নোঙ্গখি। মৈতিংঙু তাউথিংমাংনা মচা ইবুংঙো খুইনিংঙোনবা পোকই।

-)০(-

# ৪শুবা
# মৈতিংঙু খুই নিংঙোনবা
## (খৃ: ৩৬৪ - ৩৭৯)

মৈতিংঙু খুইনিংঙোনবনা খৃস্টব্দা ৩৬৪ দা ময়ুম তরুক লুচিংবা কংলৈ পিবারেন ওইনা পাললে। মৈতিংঙু খুই নিংঙোনবনা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেন হাওনুহনগা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী। মচা ইবুংঙো পেংশিবা পোকই। মৈতিংঙু খুইনিংঙোনবনা মপু ইবুংঙো খুইয়োই তোমপোক্লা হৌদোকলম্বা উচেক্কী চাকথা থাদুনা তানলগা উচেক্লা পাইখিবা মায়কৈ য়েংনা কুম অদুগী অফবা ফত্তবা য়েংবা ক্বাক তানবা কুম্মৈ অসি য়াম্না চাওনা পাংথোকলম্মী। ক্বাক তানবগী কুম্মৈ অসিদা লুকমাই থাদুনা অচা-অথক অথুম-অহাও য়োন্দুনা কৈথেন য়াম্না চাওনা কারম্মী। ক্বাক তানবগী কুম্মৈদা কৈথেল চাওনা কাখি হায়দুনা মফম অদুবু ক্বাক কৈথেল হায়না কৌরম্মী। মৈতিংঙু খুইনিংঙোলবনা চহী ১৫ নিংথৌ ওইদুনা কংলাদা পানলমলগা খৃ: ৩৭৯ দা নোঙ্গাখি।

-)০(-

## ৫শুবা
## মৈতিংঙু পেংশিবা
## (খৃ: ৩৭৯ - ৯৪)

মৈতিংঙু পেংশিবনা খৃ: ৩৭৯দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইখি । মৈতিংঙুনা মৈতৈ লৈমারেন লাইতোংখুগা কংলৈ ফম্বাল তোংদুনা চহী ১৫ পানখি । ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন লাইতোংখুনা মচা ইবুংঙো কাউখংবা পোক্লম্মী ।

- ) ০ ( -

## ৬শুবা
## মৈতিংঙু কাউখংবা
## (খৃ: ৩৯৪ - ৪১১)

মৈতিংঙু কাউখংবনা খৃ: ৩৯৪ দা কংলৈ পিবারেন ওইনা পানখি । মৈতিংঙু কাউখংবনা পিবারেন ওইবগা লৈপাক্কী অঙম অথৌ য়াইতোং খমতোংবশিং অমদি ময়ুম পিবাশিং য়াওনা লৈপাক্কী পিবা নাওতাবু সনা পূয়াদা মিং তাবগী (ইশিনবগী) মরমদা ৱা খন্নরম্মী । মদুদা কংলৈ ফম্বাল তোংদবা, লৈপাক্কী পিবারেন্দি সনা পূয়াদা চনগুমসি হায়না লেপ্লম্মী । মৈতিংঙু কাউখংবনা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেন লাইতোংহনগা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী । ইবেম্মা লাইতোংহন্না নাউখম্বা পোকই। মৈতিংঙু কাউখংবা চহী ১৭ পিবারেন ওইনা পানখি ।

- ) ০ ( -

# ৭শুবা
## মৈতিংঙু নাউখম্বা
## (খৃ: ৪১১ - ৪২৮)

মৈতিংঙু নাউখম্বনা খৃষ্টব্দ ৪১১দা কংলৈপাক্কী ময়ুম তরুক (৬) লুচিংবা কংলৈ পিবারেন ওইনা পানলম্মী। মৈতিংঙু নাউখম্বনা কংলৈ পিবারেন ওইরবা মতুংদা নোংমাই ৱারোক্ চীংজেন্দা তাবা চেংলৈ থাংহি খোংজ্রোম্বগী নুপী থা মঙা (৫) নাওপুরবী য়াওরোইপম চনুবু মুন্দুনা লৌরম্মী। মৈতিংঙু নাউখম্বনা ইবেম্মা য়াওরৈমা চনুগা লোয়ননা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী। মৈতিংঙুনা ফম্বাল তোংবা মতমদা পিবারেনবু "নিংথৌ" হায়না কৌদুনা ফম্বাল কারম্মী। স্না হাক্তক অসিদগী কংলৈপাক্কী পিবারেনগী মহুৎতা নিংথৌ হায়না কৌবা হৌরম্মী। অসিগা লোয়ননা অঙোম পিবা, লুৱাংপিবা পিবা, খুমন পিবা, মোইরাং পিবাসু, নিংথৌ হায়না ওম্হোক্তুনা অঙোম নিংথৌ, লুৱাং নিংথৌ, খুমন নিংথৌ, মোইরাং নিংথৌ হায়না কৌরম্মী। মৈতিংঙুনা ফম্বাল তোংলবা মতুং থা খরা লৈরগা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেন য়াওরৈমা চনুনা মচা নুপা অমা ফংজরম্মী। মমিংনা নাওহন-অহন কৌরম্মী। মতুংদা মচা ইবুংঙো নাওফাংবা পোকলম্মী।

মৈতিংঙু নাউখম্বনা পানবা মতম অসিদা নোং কন্না চুমনবদগী ইম্ফাল তুরেন ঈহৌরক্তুনা ঈশিং য়াম্না চাওরম্মী, ঈচাও অসিনা তুরেন পাথোকপদগী লৈপাক অসি থা অহুমলোম (৩) ঈথুমলম্মী। ঈশিংনা মতম শাংনা ঈরিদুনা লৈখিবনা লৈপাক মীয়াম অকিবা ফংনা ৱানরম্মী। মৈতিংঙু নাউখম্বনা শঙ্‌লেন মপু নোংদম্বা লৌরাংচাম্বা অমদি লৈপাক্কী অঙম অথৌ ময়াম কৌখৎতুনা ঈথুম্বগী মরমদা ৱা তান্নরম্মী। মরু নোংদম্বা লৌরাংচাম্বনা মৈতিংঙু নাউখম্বগী মফমদা হায়রম্মী, ঈশিং ঈচাও অসি তুংদসু শাফনবা অমসুং ঈথুমলিবসি ফনবা কারোং লমদগী হৌদুনা মরাম চীংশাং তম্না লৈতৌদুনা ঈখোং ফজনা শেমলবা অদুগা কারোং লমদা পল্‌থিংলবদি ঈথুম্বা অসি কোক্কনি।

মৈতিংঙু নাউখম্বনা মরু লৌরাংচাম্বনা হায়বা য়াদুনা লৈপাক মীয়াম্বু ময়ুম নিংথৌ মরিনা লুচিংদুনা পনঙাক্‌পা পনথিংবা চৎলম্মী। অঙোম নিংথৌ ৱামৈ লাম্থাবনা নোংমাই ৱারোক্ চীংজেন্দা পানবা থাংয়ি খোংজ্রোম্বগা খুৎপু ওইনা

প নথিংবা চৎলম্মী। থাংয়ি খোংজ্রোম্বগী নুপী থা মঙা (৫) নাওপুবীবু মৈতিংঙু নাউখম্বনা মুন্দুনা লৌখ্রবা মতুংদা মরোয় নোংবান কানাবা চুম্মৈশাংগী মতেংনা থাংয়ি খোংজ্রোম্বনা পেনু লৈমা অমুক লৌরম্মী। পেনু লৈমনা চিংজেন নারন পাঙ্গলবগা তাউবুংখোংতৌবগা মচানিপা অনি অসি পোক্লম্মী। চীংজেন নারন পাঙ্গলবনা অঙাং মতিক মপা নত্তনা মপাবুংগী পন্‌থিংবা য়াওরম্মী। অঙাং অসিগী তৌবা ঙম্বা মতিক মথৌনা অদু উবদা পন্‌থিংলিবা মীয়াম পুম্বনা পুক্লিংদা অকি তুচুংবা ফাওরম্মী। লৈপাক মীয়াম চংনা লৈতৌ লৈথোন্না পনথিংবা মফম্বু থিংবা কারোং হায়না মমিং কৌরম্মী।

লোইথাবা হৌবা -

নোংমগী নুমিৎ অমদা চিংজেন নারন পাঙ্গলবনা মৈতিংঙু নাউখম্বগী মফমদা লাক্লুনা য়াম্না থকসি খাসি, হৌনা লোনচৎ থৌগনলোন য়াওদনা, উশিৎ থওইদনা মৈতিংঙুগা মুক্না শান্নসি হায়না শিংনরম্মী। চুম্নতা ইচম চম্না মুক্না শান্নসি হায়না শিংনবা নৎলমদে। মৈতিংঙুবু চীংজেন নারন পাঙ্গলবনা ঙমলগনা কংলা অসি চীংজেন নারন পাঙ্গলবগী মোংবা শঙলেন শাফম ওইবা, মৈতিংঙুনা চীংজেন নারন পাঙ্গলববু মুক্না থাবা ঙমলগনা কংলৈপাক অসি থাদোক্লুনা চৎখিবা অসিনি। মৈতিংঙু নাউখম্বনা চীংজেন নারন পাঙ্গলবগী শিংনবা ৱাহৈ খোনফম তাবদা অশাও খাম্বী মৈ হৌরম্মী। মৈতিংঙুনা লৈপাক মীয়ামদা লাওথোক্লমদুনা কংলা নুংফাল মথক্তা লৈই অমা চিংলম্মী, অদুগা হায়রম্মী, চিংলিবা লৈই অসিগী মথক্তা চীংজেন নারন পাঙ্গলববু মুক্না থাদ্রবদি কংলৈপুংময়োল কংলা অসি নোংমাই ৱারোক চীংজেন নারন পাংগনবদা শিন্নরবনি। অসুম্না লাওথোক্লবা মতুংদা চীংজেন নারন পাঙ্গলবগা মৈতিংঙু নাউখম্বগা কংলা নুংফান মথক্ত। মুক্না কন্না শান্নরম্মী। ফনা কুইনা কন্না শান্নরবা মতুংদা মৈতিংঙু নাউখম্বনা চীংজেন নারন পাঙ্গলববু নুংফাল মথক্তা মুক্না থারম্মী। হায়খিবা মতুং ইন্না লাইগী লিক্লম, চৎলম লুতিন্দা অকাইবা চৎপা নামুংবা মহাক অদুবু হেক্তা মাংহনবদি তৌরগুমসি, মহাক্ অদুবু লৈপাক মীয়ামগা তিন্নদনা নামুংবা (অমাংবা) মশক্ অমা ওইনা লৈপাক অসিগী মনুংদা মফম অমা শেমলগা থমলসি লেপলম্মী। চীংজেন নারন পাঙ্গলবা মহাক্তি পনথিংবা য়াওরুবনা লোইবী চীংশাং অকোইবগী মনুংদা লৈনিংবা মফম য়েংনা লৈরো হায়না লৈহন্দুনা লৈপাক ৱাংমা লান্না তাম্থোক্তনা মৈতিংঙুনা থম্বীরম্মী। থকশি খাশি হৌনা লোনচৎ থৌগনলোন্ খংদবা লমচৎ চৎপশিংবু লৈপাক খ্বায় মরক্তা লৈহন্দনা তাম্থোকখিবা অসি মশাগী লিচৎ শাজৎনা ওইজখিবনি। মাবু

লৌখৎপিদুনা লৈপাক মীয়াম মরক্তা লুতিনদ্রিবা ফাওবা মখৈবু ঙসি নোংদগী হৌনা **"লোইথাবা"** হায়বা মমিং অসি থোললসি হায়না লৈপাক মীয়ামদা খংহনলম্মী। চীংজেন নারন পাঙ্গলবনা মৈতিংঙু নাউখম্বগী য়াথংবু ইন্না নোংচুপ মায়কৈ পাংনা চৎখিদুনা ক্বাই তুরেনগী মপান্দা শঙলেন শাদুনা লৈখিরম্মী।

মৈতিংঙু নাউখম্বনা লৈপাক্কী অকন অথৌশিং পুদুনা কৌব্রুদা শাতানবা চৎলম্মী। কৌব্রু চীংতোল লোম্না কাদুনা কৌব্রুগী ম্না ফম্বালবু খুরুমজরম্মী। নোংদম্বা মরু লৌরাংচাম্বনা মৈতিংঙুগী মফমদা কৌব্রুগী খুবম অসিগী মৈহৌরোলবু ৱারি লিদুনা তাহন-খংহনলম্মী। মৈতিংঙুনা মৈহৌরোলগী ৱারিবু খংলবদগী অচৎ-অৱোকশিংনা নিংশিংনবা অমদি ঈরাৎ পুরুম থৌনিজনবা চীংখোংদা খুবম শেমদুনা থনম্লগা ম্না কোনুংদা হলকখি। কৌব্রু চৎলুবা কুমজা খরা লৈরবা মতুংদা মৈতিংঙু নাউখম্বগী সনা হকচাং য়াম্না খুদোংচাদনা নাদুনা অমাইবনা ফমশেন্নরম্মী। মতমসিদা মৈতিংঙু নাউখম্বনা মী থাদুনা চীংজেন নারন পাঙ্গলববু কৌহনলম্মী। চীংজেন নারন পাঙ্গলবদি ক্বাই মপান্দগী নোংচুপ লৈপাক্তা চৎখিদুনা ময়াং নিংথৌগী মতোন ফৈত্রি খোংনাং মন্ত্রিগী মচা নুপী "লৈরি লৈসং খোম্বী" লৌদুনা মচা "থৈবোংগা, মোনথৈগা" অনি পোক্কুনা লৈরমলে। চীংজেন নারন পাঙ্গলবদি, মাগী মরম্বুখংনা ৱারি লিদুনা তাকপীরমলগা মকু ময়ুমদগী নোংচুপ হারম খোংদারুগে হায়দুনা চৎখিরম্মী । খোংনাং ফৈত্রিনা মাশু থৈবোং অমসুং মোন্থৈবু মপাগী খুবম লৈহৌফমবু খংজরুরো হায়দুনা ময়াং কালিশা মরিগা লোয়ননা কংলৈপাক্তা থারক্লম্মী। মচিন মনাওগা লোইনরকপা ময়াং কালিশা মরিদুনা মৈতিংঙুগী মফমদা লৈপাক অসিদা লৈজরগে হায়রম্মী। মৈতিংঙুনা মখোয় মরিদা নখোয় করি করি শিনফম, করি খুৎলং তৌরগা হিংবনো হংলম্মী। মখোয় মরিনা মৈতিংঙুগী মফমদা শা-ষন শেনবা হৈ হায়না খুম্বদগী মখোয় মরিবু (৪) খুগা তুরেন মপান্দা লম পিদুনা থম্বীরে। থৈবোংদি নাওতাদে। মোনথৈনা পোৎশংবম য়ুমতারে।

চীংজেন নারন পাঙ্গলবগী মনাও ইবুংঙো তাওবুংখোম্বা অসি মৈতিংঙুগী অচানবা মনাই ওইবদগী নাদা খোংগী খ। মৈরমগী খোং মপান্দা লৈহনলম্মী। থাংয়ি তাওবুংখোম্বগী মনাই অচানবা সোংঙারাবা কৌববু লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মফমদা থাদুনা মমোম তোইবী লৈমাবু লুহোংদুনা পিবীনবা হায়জরম্মী। লুৱাং পুন্সিবনা থাংয়ি তাওবুংখোম্ববু খোং অমা তৌহন্দুনা মতিক মথৌনা য়েংলম্মী। থাংয়ি তাওবুংখোম্বনা লুৱাং পুন্সিবনা তৌনবা হায়বা খোং অদুবু ইরাই লাইনা

তৌরম্মী। থাংয়ি তাওবুংখোম্বগী মতিক মথৌনাদা লুব্রাং পুন্সিবনা পেনলম্মী। থাংয়ি তাওবুংখোম্ববু খোং অদুবু তৌবদগী "থাংয়ি তাওবুং খোংতৌবা" হায়না মমিং হোংলম্মী। খোং অদুগী মমিংবুনা মহাক্কী মমিং লৌদুনা তাওবুংখোং হায়না খোনলম্মী। মতুংদা লোন থৈদোকখিদুনা তাওবুংখোক হায়না কৌনরকখি। লুব্রাং পুন্সিবনা তাওবুংখোংতৌবগী মতিক মথৌনা খংলবদগী মমোম ইবেম্মা তোইবী লৈমাবু অওং অউন তমদুনা থাংয়ি তাওবুংখোংতৌবদা থাজদুনা লুহোংলম্মী। থাংয়ি তাওবুংখোংতৌবগী মচা অহুম পোক্লম্মী। মচানুপা অহনগী মমিংনা পাথং অহনবা শরাং ইচেন তাহনবা, মচানুপা য়াইমগী মমিংনা য়ুনাউরোই য়াইমা অদুগা অতোনবগী মমিংনা কামু অতোন্বা কৌরম্মী।

মৈতিংঙু নাউখম্বনা নিংথৌ ওইদুনা চহী ১৭ পালমলগা খৃ: ৪২৮ দা পুন্সি চেংজেন লোমদুনা লাইরমলেন্দা তিনখি। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবদগীনা মৈতিংঙু নাওখম্বা ফাওবা মৈতিংঙু তরেৎ (৭) অসি লাইগী নিংথৌনি হায়না লৌনরম্মী।

-)০(-

# ৮শুবা
# মৈতিংঙুনা নাওফংবা
# (খৃ: ৪২৮ - ৫১৮)

মৈতিংঙু নাউখম্বনা শিরবা মতুংদা নিংথৌ খুবমগী ৱাথোক অমা থোক্লম্মী। থাংয়ি নাওফং অহনবনা লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংদা মহাক্না অহন্নি নিংথৌ খুবম মহাক্না ফংফম থোকই হায়রম্মী। নাওফং অহনবগী ৱা তাবদা লৈপাক্কী অঙম্বা পুম্বা মরু লুকথখিরম্মী। লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংনা নাওফং অহনবনা নিংথৌ ওইবা অসি য়ারমদে, মহাক মমাইবেম্মা য়াওরৈমা চনুনা থাংয়ি খোংজ্রোম্বগী থা মঙাগী ঈ নাওপুরগা পোকপা মচানি, মৈতিংঙু নাউখম্বগী স্না ঈ নত্তে। নাওফংঅহনবগী ৱা তাবদা মমা ইবেম্মা য়াওরৈমা চনুনা মচা নাওফংঅহনববু থেমজিন্দুনা হায়রম্মী। নমা ঐনা পোক্চবা ইচা ওইরবসু নহাক্না লৈপাক্ অসিগী নিংথৌ ওইবা য়ারোই, নহাক্তি মৈতিংঙু কংলৈ নিংথৌগী মচা নত্তে। ননাও নাওফংবদি কংলৈ নিংথৌগী মচানি। লৈপাক্ অমদা নিংথৌ অনি পানবা য়াদে, হায়রিবা অসি অচুম্বনি, হায়না পলেম মমা ইবেম্মানা থেম্ববু নাওফংঅহনবনা ময়াদ্রে। থেম্বদা ময়াদ্রবদা মমা ইবেম্মাসু উপাই লৈত্রদুনা মচানুপা অনিবু কৌশিন্দুনা হায়রক্লম্মী, হৌজিক্তি খোইয়ুম লাইগী চাংয়েং য়েংলসি, অচুম অরান লেপ্পবা নপুথৌ ঙাংঙোই য়োইমোংবা শাথুপফম খোইয়ুম লাই অরুবা মফম অদুদা লৈপাক পুম্বা হুপ্না তিন্দুনা নচিন ননাও অনিনা লৈপাক মীয়াম মমাংদা ঈরুপনৌ হায়না তাক্পীরম্মী। পলেম মমাগী য়াথংবু ইন্না ময়াম্বা নাওফাংঅহনবনা হান্না লাইজা ঈরোননুংদা ঈরুপ্পবু ঈরুপ্পা ঙমদনা তাওখৎলক্লে। মশানৌ নাওফংবনা লাইজা ঈরোননুংদা ঈরুপ্পদি লুপ্পা ঙমলে। ঈরুপ্পা ঙম্বা মনাও ইবুংঙো নাওফংবনা স্না ঈ অশেংবা ওইবনা কংলৈ নিংথৌ ওইরে। নাওফংঅহনবনা লুপ্পা মফমবু য়েকশোই পাৎ হায়না কৌরে অদুগা মনাও ইবুংঙো নাওফংনা লুপ্পা মফম অদুবুনা য়েকলা পাৎ কৌরে।

মৈতিংঙু নাওফংবনা খৃ: ৪২৮ দা নিংথৌ ওইদুনা লাইগী নিংথৌ তরেৎ (৭) কী মতুংদা ইহান হানবা নিংথৌনি। মনাও ইবুংঙো নাওফংবনা নিংথৌ ওইখিবদগী ময়াম্বা নাওফংঅহনবদি ইকাই নুংশি য়ান্নখিদুনা য়ুম থাদোক্তুনা মতোম চৎখ্রগা শিজখ্রে। মৈতিংঙু নাওফংবনা য়াওরৈমা চনুগা লোয়ননা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী। মতুংদা মৈতিংঙু নাওফংবনা খুমন নিংথৌ য়োয়রোংপোক্ পুন্সিবগী মনাও নুপা য়াইমা কচেং খরাইবনা পোকপা মমোম কায়রৈমাবু লৌরম্মী। অহানবা নুপী লৈনা অকোনবা নুপীবু পান্না লৌই হায়দুনা অকোনবা লৌবা নুপীবু "অপাম্বী" হায়না কৌদুনা খুমন চনু কায়রৈমাবু 'অপাম্বী' কৌরম্মী। খুমন চনু কায়রৈমনা সামৈরাং অসি হান্না পোকই, মথংদা মৈতৈ লৈমারেন য়াওরৈমনা থমণ্ডলাং পোকই।

মৈতিংঙু নাওফংবনা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমসিদা নোংমাইচীং চীংদা চকপশিংনা য়াম্না মপাঙ্গন ফনা খুৎকন পাঙ্গননা খুন্তাদুনা লৈরম্মী। চকপাশিংনা মপঙ্গল ফনা খুৎকন পাঙ্গলনা খুন্তাদুনা লৈবা অসিনা মৈতিংঙুগী নিংথৌ খুবমদা অকাইবা অয়েৎপা থোক্লক্পা য়াই খন্দুনা চক্পাশিংবু লৈপাক্কী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা চোইনা চোইনা খুন্তাহনলম্মী। চক্পশিংবু খুনহোংহন্দুনা খুন্তাহনখিবা মফমশিংদি :-

(১) মশেমতোংকা, হলনাচীঙসাংকা অনিমক্সিনা থৌবানতোংদা তাহনলে, চক্পা থৌবানতোং কৌরে।

(২) লাখায়নে, লাংসেংনে অনি অসিনা য়িনমসেংতা হোংদোক্তুনা খুন্তাহনলে, চকপা সেকমাই কৌরে।

(৩) অরোক্কা, অখুকা মখোয় অনিনা লুচিংবা কাংবুনা খোংচিদা তাহনলে, চক্পা খোংচি কৌরে।

(৪) অসোংকা, অহলকা অনিমক্না লুচিংবা কাংবুনা থোংখোংদা তাহনলে, চক্পা থোংখোং কৌরে।

(৫) ফানা সেলকা, হ্না চেংসাংকা অনি অসিনা লুচিংবনা ফৈয়েংতা তাহনলে, চক্পা ফয়েং কৌরে।

(৬) খারোংকা, খরাইখুকা, অনিমক্না লুচিংবা খুৎপুনা থোংচাউদা তাহনলে, চকপা থোংচাউ কৌরে।

(৭) লাইসিহাকা, লৈমিকা মখোয় অনিনা লুচিংবা কাংবুবুনা লৈশ্রাম তাহনলে, চকপা লৈশ্রাম কৌরে।

(৮) চীঙপগা, লাইপগা লুচিংদুনা চীংঙুথেলদা তাহনলে, চকপা চীংঙুথেল কৌরে।

(৯) কাকৌরিংনা লুচিংবা কাংবুনা কৌক্রুক্তা তাহনলে, চকপা কৌক্রেক কৌরে। চফু হান্না শাবদি সৱাংনে, অংবনে, লোলাংনে, ওইনমনে, সেরিংবনে, সেরাংবনে, ৱাংপনে, হায়রিবা তরেৎ (৭) অসিনা হান্না চফু শারে। মখোয়না চফু শাবসি নুরা খুনতোংলৈগী মহেবু তম্না চফু শারম্মী।

**চকপশিংগী য়েক সলাই খায়বা -**

মৈতিংঙু নাওফংবনা চক্পাশিংবু নোংমাইচীংদগী লৈপাক্কী অতৈ মফমশিংদা হোংদোক্কুনা খুন্তাহনলবা মতুংদা মখোয়শিংবু য়েক শেলাই তরেৎ খায়না য়েনবীরে। (১)সিরিংবনা **অঙোম সলাই** ওইহনলে। (২)সেৱাংপনা **নিংথৌচা সলাই** ওইহনলে। (৩)মেনঙপাকা, কানঙবগা অনি অসিনা **লূৱাং সলাই** ওইহনলে। (৪)য়াওরাপনা **খাবা সলাই** ওইহনলে। (৫)কসাঙ্পনা **সরাং লৈশাংথেম সলাই** ওইহনলে। (৬)মোচিক্পনা **মোইরাং সলাই** ওইহনলে। (৭)মোমোনপতি **খুমন সলাই** ওইহনলে। চক্পাশিংবু মাগী মাগী সলাই লাইলুপ খাইদোকপীদুনা য়েক সলাই খংনা থম্বীরম্মী।

**চৈলাওবা হৌবা -**

মৈতিংঙু নাওফংবনা কুম অমগী অরোইবা নুমিৎ অমসুং অনৌবা কুমজা অমা হৌবগী নুমিৎ অসিবু লৈপাক্কী মীয়াম্বু খংনবা হায়দুনা চৈলাওবা অসি হৌদোক্লম্মী। মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবা সনা হাক্তক্তগী কুমগী কুমজা অনৌবা, কুম হৌবা শজিফু নোংমা পানবা নুমিৎ অসিদা লাইনিংথৌ শিদবগী খুয়াখাদা লৈপাক্ নুংঙাই য়াইফনা, অৱাৎ অপা লৈতনা, মরা তপ্না ইংনা পানবা ঙম্নবা, অনৌ অপেৎ, মনা মশিং, মহে মরোং কৎতুনা অমদি চেংহে চেংকৎনা

পুরুম থৌনিজবা অসি লেপ্তুনা পাংথোক্কুনা লাকখি। মৈতিংঙু নাওফংবনা খৃ: ৪৩৯দা কুম লোইগদবা নোংমা ৱাৎলিঙে, হয়েংসি অনৌবা কুম অমা হৌরনি হায়বা অসিদা পাখঙ্লাকপাশিংবু মাগী মাগী মখুঙ্গং খুদিংদা হয়েংদগী অনৌবা কুমজা অমা হৌরগনি হায়দুনা ৱাশাং চৈ অমদা ফিরান য়েক তরেৎ (৭) কী মচু থেৎপা অমগী চৈতোন্দা শরিক থাংবা অমমম পাইহন্দুনা লমজাও অমদি লৈরক কোনশাংদা কোইনা চৎতুনা খোনজেন হৌনা লাউদুনা হয়েং অনৌবা কুমজা (চহী) হৌরগনি হায়না লৈপাক্ মীয়ামদা খংহনলম্মী। অদুগী নুমিৎতগী চৈ পাইদুনা লাওবা **'চৈলাওবা'** হায়না কৌনরকখি। চৈলাওবা নোংঙান্লগা অনৌবা কুমজা অমা হৌবা নুমিৎ, শজিফু নোংমা পানবা নুমিৎ অদুদা লৈপাক্কী য়োইরেন খাবী লেংনা তিন, অমাই অনপ থৌশিন্না, অশৈখোংফাং লেপ্না, লৈপাক্কী অঙম অথৌ য়াইতোং খমতোংবশিং য়াওনা নাদপুং (নাগা তুরেন) ঈরেন্দা কুমদুনা লৈপাক্কী, নিংথৌগী নুংঙাইনবা, অশি-অনা, তিনথুং-লাইথুং কোক্লবা উশিল শিন্দুনা পুকম ঈরাৎ থৌনিরম্মী। পুরুম ইরাৎ থৌনি লোয়রবগা লৈপাক্কী অকন অথৌশিংনা মানা মানা হৈবা মহৈ উৎতুনা, মুক্না, লমজেন, থাং, টা, অরম্বাই, শগোল কাংজৈনচিংবা শান্নদুনা নুংঙাইবা কুম্মৈশিং পাংথোকলম্মী।

মতমসিদা নোংচুপলোমদগী পাংঙন গুরু অমা থোক্লক্কুনা মৈতিংঙু নাওফংবদা চংজদুনা লৈরম্মী। মৈতিংঙুনা পাংঙন গুরু অদুবু লুনা চান্না তৌদুনা থম্বীরম্মী। পাংঙন গুরু অদুগী থৌইনশিন্দগী মৈতিংঙু নাওফংবনচিংবা লৈপাক্কী মী অয়াম্বসু মাগী ৱায়েন য়াথং ইন্না চৎতুনা লাইনিং লিচৎতা লামশিনলক্লে। পাংঙন গুরু অদুনা হায়বা ইনবদগী লৈপাক্কী চৎনরোল, লাইতিনগী থৌরম থৌদা খিবিক্তা

*পাংঙন :- মৈতিংঙুং নাওফংবনা পানবা মতম (খৃ: ৪২৮-৫১৮) দা হজরদ মোহম্মদ অসি পোক্ত্রি। মোহম্মদ খৃ: ৫৭০ দা মেকাদা পোকই। খৃ: ৬১৫ দা ইসলাম লাইনিং অসি শন্দোকপা হৌই, ।অদুগা খৃ: ৬২২ দা মেদিনাদা চৎখি। মোহম্মদ খৃ: ৬৩২ দা শিখি। মোহম্মদনা শিখিবা মতম অদুদা কংলৈপাক্তা মৈতিংঙু উরাকোম্বৌবা (খৃ: ৫৬৮-৬৫৮) পানলি। মোহম্মদ পোক্লদবা চহী ৫২গী মমাংদা মৈতিংঙু নাওফংবনা নোঙ্গাখি। হজরত মোহম্মদ পোক্ত্রিঙৈদা পাংঙন/মুসলমাল লৈপাক্ অসিদা লাকপা হৌনদে। লৈপাক্ অসিদা পাংঙল/মুসলমান গুরু লাক্খিদে। পাংঙন গুরু হায়রিবা অসি হৌজিক্কি বঙ্গলাদেশ ওইগনি। বংঙ্গা হায়বা খোনথোক্ অসি ঙাংবা ঙমদবদগী পাংঙন হায়বা ওইগনি। ইসলাম লাইনিং লৌরবা অরবনা ইন্দিয়াদা অহানবা সিন্ধদা লানতারকখিবসি খৃ: ৭১২ দনি।*

অফবা-ফত্তবা, অশেং অমাং, খংদনা ইনবা হৌরক্লম্মী। মৈতৈনা শিদুনা মৈ থারগা পোৎলোইবা অসি হৌনদে হায়দুনা লৈপাক্তা শাংনা ফুম্বা পোৎলোইবা অসি তৌহনলে। নামুং (অমাংবা) শানি হায়দুনা মৈতৈনা ঙাক্তুনা থম্বা ষণ, নোংগৌবী, মুক্শন অসিসু শেংহনলে।

**কংলা হৌবা -**

মৈতিংঙু নাওফংবনা মপুথৌশিংনা শারম্বা কংলা মেন শঙ্লেন তেকখিবদগী খৃ: ৫০৩ দা অমুক নৌনা কংলা শাবা হৌরম্মী। কংলা য়ুমজাও অসি শাবদা লৈপাক্কী অচৌবা ৱাথোক অমা থোক্লম্মী। কংলা য়ুমজাও অসি অহানবদা পাংঙন গুরু অদুনা পরিং লংশাং তিংদুনা উচুক উরেপ উহৌ (যত্রা) য়ুংলম্মী। অদুদা লৈপাক অসিদা লৈরিবা কনাগুম্বা মীওই অমনা পাংঙন গুরু অদুনা পরিং লংশাং তিংদুনা উচুক উরেপ উহৌ য়ুংববু লাললি হায়রমদে। মতম অদুদা অশাংবম লাইবা কৌবা য়াম্না নহা ওইরিবা চহী তরাহুমদোই (১৩) দা ঙাইরিবা মায়চৌ অসিনা লাক্তুনা নিংথৌগী য়াইফনবা, লৈপাক মীয়ামগী মাংদা "হে লাইনিংথৌ (মৈতৈ নিংথৌ) হন্দক হৌরিবা কংলা মেন শঙ্গাই শঙলেন অসি পরিং লংশাং তিংদুনা উরেপ উহৌবা অসি লাললে। নপুথৌ তাউরোইনাইগী থিগাঙ্ শোকলে, লৈপাক্কী অখঙ্ অহে লৈত্রব্রা হায়রম্মী। অসুম্না মৈতিংঙু নাওফংবা অমসুং লৈপাক কোইবা (লৈপাক্কী অঙম অথৌ) অয়াম্বগা মাইচৌ লাইবগা ঙাংনরিঙৈদা পাংঙন গুরু লাক্ল ম্মী। মৈতিংঙু নাওফংবনা পাংঙন গুরুদা নহাক্না হৌবা কংলা অসিদি পরিং কারন চাদ্রে, হায়রে করম্না অমুক শেমসিগে হায়রম্মী। মৈতিংঙুগী ৱাবু তাবদা পাংঙন গুরুনা মপুক্তা অশাওবগা লোয়ননা খুমলকখি। হে নিংথৌ অথোইবও! মীগী ৱারম্বু তাদুনা পুক্লিংদা থাজবিরুগনু, পরিং লংশাং উরেপ উহৌ লাললে হায়রিবা অসি গুরু কনাগী ৱানো ? হায়রিবা অদুনা অরেপ্পবু ওইরবদি অমুক্তা খুদম অমতা উৎহনলো। নিংথৌনা ৱারম অদুগীদমক্তা পুক্লিং য়াংনা খনফরোই। পাংঙন গুরু অদুনা হায়রিবা অদুগা মায়চৌ লাইবনা হায়রিবা অদুগা ৱাঙাঙ্ অনি অসি ঈশিংগা থাওগা য়ান্নবগুমলে। পাংঙন গুরুনা হায়বা ৱারম অদু মৈতিংঙু নাওফংবা অমদি অঙম অথৌ, লৈপাক মীয়াম্না য়ানিংদ্রে। মায়চৌ লাইবগী ৱা অদুদা মৈতিংঙু নাওফংবা, অঙম অথৌ অমদি লৈপাক মীয়াম্না য়ারম্মী। মৈতিংঙু নাওফংবনা মায়চৌ লাইবগী মফমদা, হে অঙাং! নহাক্না কংলা শঙ্গাইরেন হৌবা শোয়রে হায়রিবসিবু নঙ্না খংদুনা হায়রিব্রা, নত্রগা লাই কনানা হায়বনো ?

অঙাং নহাক্‌পু করি লৈকাইদা লৈবনো, নমিংনা করি কৌবগে হংলবদা মায়চৌ লাইবনা খুমখি। ঐদি মপুথৌ পাখঙ্‌বগী থৌজান্না লৈপাক্ মরা চেৎনবা পোক্‌পনি, ঈমিংদি লাইবা কৌই, অশাংবম মচানি। ঐনা হায়বা ব্রা থাজদ্রবদি করি খুতম উৎলুগে হায়রিঙৈদা ঈনা কংলা উখুন পুম্নমক্তা থোক্লক্কুনা ঈনা পেরে কাপ্লগুম কাপখৎলক্লে। মতৌ অদু উবদা নিংথৌ অমদি লৈপাক্ মীয়াম পুমঙক ঙকলে। নিংথৌনা হে লাইবা! নঙ্‌না হায়বা পুম্নমক য়ারে হৌজিক্তি পরিং লংশাং তিংনা অমুক নৌহৌননা কংলা শাবা হৌবীরো হায়জরম্মী। মদুদা মাইচৌ লাইবনা ঐবু অমুক নৌহৌনা কংলা শাবা হৌ হায়রবদি হান্নগী উরেপ উয়ুংনাচিংবা ফুক্তোক্কুনা লোক্তাক্তা থাদরুগদবনি। চীং মমিং নাইবশিংদা হৌরিবা উশক মমিং নাইবশিং লৌদুনা উরেপ উয়ুং ওইগদবনি। হান্না লৌরুগদবা উরেপ উয়ুং উহৌ (যাত্রা) ওইগদবদি কৌক্রুদগী খেকউখোক্লা (লাইরিক অমদা হৈয়ুখোক্ হায়না ইবা থেংনৈ) ওইগদবনি। উরেপ উয়ুং পাগদবদি চীংখৈদগী চীংথাং উপন্না ওইগদবনে। উরেপ উয়ুংগী মথংদি ব্রাংব্রেন্দগী উনা খিনগদবনি। মদুগী পাগদবা উদি পিশুমদা হৌবা তুমিৎলাগা উনিংথৌগা পাগনি। মথং উ অমদি লাংজিংদগী লাং-না য়ুংগনি, মদুগা পাগদবদি চীংঙাদগী পামেল তাইরেন্না পাগনি। উখোকতেন্দি হৈপোক্তগী উনা ওইগদবনি, খাঙ্‌লদি খেবু চীংদগী উনা ওইগনি। উরা হুমদাংদি থাংগা-কারাংগী ব্রানা ওইগনি। স্নায়ুন্বীদি থাংজিংগী উনা ওইগনি, খাঙেনদি লাংগোন্দগী উনা ওইগনি। মায়কৈ মরিগী (৪) উদি, মায়কৈ মরিদগী উনা ওইগনি। ঈকুপ্পদি নোংমাইচীংগী চরোৎনা ওইগনি, পয়ানা ব্রাবগাইদগী ব্রানা ওইগনি। অসুম্না হায়রবদা মৈতিংঙু নাওফংবনা, লাইবা নঙ্‌না থোক্‌পা তৌরো হায়না শিন্নরে। মায়চৌ লাইবনা মৈতিংঙু নাওফংবদা, ইনিংথৌ করি অমতা ব্রাবিগনু ইপুথৌ পাখঙ্‌বনা লেপ্পা থৌজানবীগনি। ইপুথৌনা, নিংথৌ নঙবু খঙ্‌হন্নবা মতিক উৎলিবসি লাইবা ঐ ইথন্না ঙমলরোই, লাইবা ঐগা হৌমিন্নবা ইপাং লৈত্র, অরাম্বম হোংবগী য়ুমদা য়োক্কুনা থমলিবা পুকচাও কৌবা ওকপু লৈবনি, মাগী মথৌ মঙম ওইরে থুনা লৌরু। অরাম্বম হোংবগী য়ুমদগী ওকপু লৌরুরগা উখুন্ খুদিংদা থোক্‌লিবা ঈখিবিকপু লেকথোক্‌হন্দুনা লৈতেম মান্ননা শেমহনলে। শেম্বা লোইবদগী ইনৌ নৌনা অমুক অনৌবা উরেপ ব্রাই তরেৎ (৭) শুববু লৈচঙ্ খুদুপ মাপন চঙনা উরেপ উয়ুং উহৌদুনা কংলা অমুক হন্না শারে। লৈপাক্লা অব্রাবা,

লৈখা তাগদববু মায়চৌ লাইবনা শেম্বীদুনা নুংঙাইহ্রে। পাংঙন গুরু অদুবু মাইচৌ লাইবগী থৌজান্দগী মথৱায় কনবিদুনা মাগী লৈপাক্তা হলহনখ্রে।

মৈতিংঙু নাওফংবগী সনা হাথক্তা মৈতৈ লৈমারেন অমদি নিংথৌ অনি ঙাক্লা চৎলম্বা লিচৎতি, মৈতৈ লৈমারেন অমদি মৈতিংঙু নিংথৌনা ৱা অনি শুনা হায়বা য়ারমদে, ৱা অনি শুনা হায়রবদি লৈপাক্ ৱাথোকই। মৈতিংঙু নাওফংবনা লৈপাক্কী অকনবা ৱায়েন চৈরাক্ শেমদুনা হুরান-চিন্থি, নত্তবা লমচৎ-শাজৎ চৎপবু অকনবা চৈরাক পীদুনা ৱারক্লম্মী। মৈতিংঙু নাওফংবগী চৈরাক; শা-শণ হুবা, নাইহুবা, অসিদি মখোং ককপা। মচিন থিবা পুকহোন পাওহোনবা, অমদা অমা হায়জিনবা অসিদি মচিন মেনবা।

নিংথৌগী ইবেম্মাশিংদা মিৎয়েং নায়েং লাললবা, মীগী মতু হুবা অসি খিবিক্তি মমিৎ কোৎথোক্পা। লান্নবা নুপীদি চৈরাক্ পীবা। নিংথৌগী ফিজি, ফিনা নেৎপদি লোইথাবা। নিংথৌ শেম্বা মীশিংদি তুম্না হাৎপা। মৈতিংঙু নাওফংবনা লুখ্রা ওইরবী মরাইবক থিরবী নুপীশিংবু য়াম্না হস্থনা থমলম্মী। লুখ্রা ওইরবী নুপী অমবু মীয়াম মরক তিনবা য়াদনা লৈহনলি। নুপী মৱা শিরবদি থোঙ থিংদুনা চংহনদে, উমংলাইগী ইরাৎ থৌগন্ য়াওহনদে। লুখ্রা ওইরবী মহাক্ অদুদি শণ ইরোইগুম মশিং নাইরেমদে।

মৈতিংঙু নাওফংবগী সনা হাক্তক্তা হিয়াংলোই হঞ্জবা, শঙ্লেন লাকপা, লৈচোনলাক্পা অনৌবা ফম অহুম (৩) অসি লাইফমগী মখাদা নৌনা লিংখৎলম্মী। অদুগা খাবমগী মখাদা শঙ্লেন লাক্পা, চোঙ্খনবা হঞ্জবা অনি অসিসু নৌনা লিংলম্মী।

মৈতিংঙু নাওফংবগী মচা অহন শামৈরাং অসি লমহেন তুহেনলম্মী। মপাইবুংঙোনা শামৈরাংসি লমহেন তুহেনলি হায়বা ইন্দে হায়দুনা কোনুংদগী তাম্থোক্লম্মী। শামৈরাংনা কোনুং থাদোক্তুনা চৎখ্রগা মরিং খুঞ্জাওদা লৈরুদুনা মরিং হাও চনু মেপী লৌদুনা লৈরম্মী। মৈতিংঙু নাওফংবনা অহনগী মতম ওইরক্লবদগী মচা ইবুংঙো থমংলাংদা নিংথৌ খুবম শিন্নরমলগা খৃ: ৫১৮ দা নোঙ্গাখি।

[১]থমংলাংনা নিংথৌ ওইবা থা অহুম (৩) শুরবা মতুং অসিদা শামৈরাংনা মনাও থমাংলাংনা নিংথৌ ওইবগী পাও তারদুনা কোনুংদা লাক্লুনা লৈরম্মী। শামৈরাংনা লোৎনা খুমন অকনবা, খোম্বা অথৌবা, কারাওবা অথৌবনে, চকপা লৈতোমপাম্বনে অসিনা চিংবা মীচং খোমলম্মী। অদুগা কোনুংদা লৈবা লৈথোন য়াওনা লাম্মী ময়াম অমা খোমদুনা তুমিন্না লানচাক্ খাঙলম্মী, অদুগা লাংঙ্গোলগী অমম্বী লোক্তগী লান হৌরক্তনা থমংলাংবু ফারগা লাংঙ্গানগী লৈমালোক্তা থৈথারে, লৈমালোক্তগী পুখিদুনা খুমন লৈপাক্ তাখিরম্মী, অদুদগী থমংলাংগী খোংগুন খংখিদরে। শামৈরাংনা নিংথৌ খুবম মুন্দুনা নিংথৌ ওইরম্মী।

- ) ০ ( -

---

*[১] থমংলাং : কংলৈ শংলেন পুবা, সনা পুয়াদা অসুম্না ইরম্মী। মৈতিংঙু নাওফংবনা অহনগী মতম ওইরক্লবা লৈপাক্কী অঙম অথৌ তিন্দুনা নোংথৌতুবা কুচুদা ফমদুনা হায়রম্মী। মৈতিংঙু নিংথৌ ঐনা চালী মৌলৌনবদা, চৎলম-লুতিন কাইনা চৎতুনা ইমা ময়ুমগী য়াওরৈম চনুগী য়াওরৈমা চনু অমুক লৌদুনা পোক্পা ইচা মথংলাংদি অদুগুম্বা নামুং নিংথৌ ঈনি হায়বা খংনবা নিংথৌচা হায়না য়ুমতাহনলগে। অদুগা নামুং ঈ নত্তবা নয়াম্বা শামৈরাংনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইহনলগে, হায়দুনা নিংথৌ ওইহনলম্মী।*

# ৯শুবা
# মৈতিংঙু সামৈরাং
# (খৃ: ৫১৮ - ৫৬৮)

খৃস্টব্দা ৫১৮দা মৈতিংঙু সামৈরাংনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মৈতিংঙু সামৈরাংনা নিংথৌ ওইবগা সনা কোনুংদা লৈবা কুমপাবা নিংথৌরোল পুয়া মৈ থাদোক্লম্মী। স্না কোনুং কুমপাবা মাংফদবনিনা থোঙঙাক কুরুম মকক্পা ফাৎথিবা হাওচাও কৌখৎতুনা নিংথৌরোন কুমপাবা ইখৎহল্লে। অসিগা লোয়ননা শাগে লাই য়ুমতাবা ফালতোমলোন কৌবা পুয়া ইখৎলম্মী। মনাও ইবুংঙো থমংলাংনা য়াওরৈপা চনু খয়োইরোল পান্নতুনা কোইরেমপাকা শারিক লোইখোমপাকা মচিন মনাও অনিসি পোক্লম্মী। মৈতিংঙু সামৈরাংনা মনাও ইবুংঙো থমংলাংনা পোকলম্বা চীংশুমৈ কোইরেম্ববু লোইশঙদা শিনাইহঞ্জবা হাপ্পুনা মৈতৈগী য়েক-লাই (শলাই) মাংখিবা খঙদবা অদুশিংবু কোইনা চংহন্দুনা য়ুমতাবা পুয়া ইখৎহনলি। মহাক্কী মচা মশুশিংবু য়েকখোম (য়েন্খোম) শিন্নাইবা কৌনা য়ুমতাহনলি। মনাও শরিক লোইখোম্ববু খোইরুহনবা হাপলম্মী। মাগী মচা মশুশিংবু খোইরোম হায়না য়ুমতাহনলি। মৈতিংঙু সামৈরাংনা নিংথৌরোল কুম্বাবা ইখৎপদা থমংলাংগী ৱারমশিং করিগুম্বা অমতা ইখৎহনখিদে। মৈতিংঙু সামৈরাংনা নমথদুনা থমখ্রে। নিংথৌগী চৈরাক্সা কননবা থোঙ্ঙাক কুরুম্বা ফাৎখিবা থমংলাংগী ৱারমশিং ইবা ঙমখিদ্রে।

অঙোম নিংথৌ ক্বাক্পা থৱাল থাবনা নিংথৌ খুবম মুনগদবগী মৈতিংঙু সামৈরাংগী মথক্তা লান হৌরক্তুনা অকনবা লান শোক্লরম্মী মৈতিংঙুনা লান ঙমদুনা অঙোম নিংথৌ ক্বাক্পা থৱান থাবা হাৎলম্মী । অঙোমগী লান্দা য়াওরুবা লৈপাক্কী অকন-অথৌশিংবু স্না কোনুংদা চাক খাংদুনা পিজরম্মী। স্না কোনুংদা অকন-অথৌশিংবু চাক্ খাংদুনা পিজবা মৈতিংঙু সামৈরাংনা হৌদোকখি। লৈপাক্কী ইরাংনা নেমথরক্তুনা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেন কমবোংথেম চনু লাইরৈমগা কংলৈ ফম্বান তোংলম্মী। ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন্না মচা ইবুংঙো উরাকোঙ্থৌবগা, পূংঙাইবগা অনি পোক্লম্মী।

খুমন নিংথৌ কাচেং ৱায়েনবনা চোথে থাংৱাইফুনাল তেলহৈববু মরুপ শান্নসন্নরগা খুমন ময়ুমদা চাক্ কৌরম্মী। খুমন নিংথৌনা ফুনাল তেলহৈববু চাক

কৌবা অসিদা মমিৎ অনিমক কোৎথোক্লবা মাগী মী খরা লোৎনা শরৌশিন্নদুনা থমলম্মী। চাক্ ঈশিং চাবা থকপা লোইরবা মতুংদা ফুনাল তেলহৈবনা ঙাইহাক পোৎথাদুনা হিপলিঙৈ মতমদা হান্না মমিৎ কোৎথোক্লবা শরৌ শিন্নদুনা লৈবা মীশিং অদুনা চংশিনলক্লগা নমদুনা চোথে থাংৱাই ফুনাল তেলহৈবগী মমিৎ অনিমক কোৎথোকলম্মী। ফুনাল তেলহৈবদা খুমন নিংথৌনা য়াম্না কনলকপেন্না, চোথে থৱাই তেলহৈবা, নংগী নমিং তেলহৈবা হায়বা মিংদো লৈবা য়াখিগদ্রা কমদৌই ? খুমন ইরৌশিং ইথৌনা খংলব্রা ? খুমন নিংথৌগী ৱা তাবদা চোথেফুনাল তেলহৈবনা করি ফুমন ! চোথে ইপুক ৱাখল লৈতবগী চৈবা ঙাংবদি, ঙাংবা চুম্মে, ফুনাল ইপুক পান্দবগীনে অদুগা নচিন নয়া হেন্দুনা ইপা ইপুনা শিজিন্নদুনা লাক্লবা অদুগা ইশামক্কী ইখুৎশু খুৎলাইবু পন্দুনা ঙাংবদি ঙাংগনু খুমন নতিক চাদবনি। নচিন নরৈ হেনমন্লি খুনাল তেলহৈবগী লিরুং তেল অসিবু করিগী থাংৱাই কৌরমলিবনো খুমন তাক্নিংব্রা ? ফুনাল তেলহৈবগী ৱাহৈশিং তাবদা খুমন নিংথৌনা করি চিন্থিবা মিৎতাংবা করি নতিক নঙম লৈদুনা নচিন্ নরৈ হেনবা শাবা ? ফুনাল তেলহৈবনা, হে খুমন নিংথৌ নংবু মরুপনি হায়না থাগোন্নখিবনা খংনবা হায়দুনা চিন্না অদুক ঙাংনদুনা নিংশিংবনে। ইপা চোথে থাংৱাইগী মশক খুমন নংনা খংনিংলমানে। মরুপ নংনা ফুনাল তেলহৈববু ৱারৌগনু হায়দুনা ফুনাল তেলহৈবনা খুমন নিংথৌ কাচেং ৱায়েনবা অমসুং মাগী নুপীবু তেন্না কাপ্তুনা হাংতোকলম্মী অদুদগী খুমন কাইদুনা চেন্নখ্রে।

মৈতিংঙু সাময়েরাংনা খুমন অমসুং ফুনাল তেলহৈবা অনিগী খৎনবগী পাও তারদুনা খুমন মুৎপা তারে হায়দুনা থুনা য়াংনা খুমন পূংদা কুমদুনা ফুনাল তেলহৈববু থেমজিন্দুনা মখুন্দা থিনবীরুরে।

চোথে থাংৱাই ফুনাল তেলহৈবগী অৱাবা তাবগী পাও তাবদগী লূৱাংনান্পানা লংমাই নিংথৌ চনু পান্নদুনা পোকপা মচা নিপা ফুনানপনা হাওকপ চীংশাংলাক্পা চোথে ফুনাল তেলহৈবগী মনাক্তা লাক্কুনা অপোক্পা মপাগা মান্ননা থৌগন তৌদুনা ফুনাল তেলহৈববু খন্দুনা লৈখি। লূৱাং ফুনান্পগী থৌগলবু পেনখিদুনা চোথে ফুনান্ তেলহৈবা মানা হৈবা মহৈ মশিং পুম্বা তম্বীরগা মখুৎশু লিরুংগা, তেলউতোংগা লোয়ননা হাওকপ চীংশাংলাকপগী মথৌ মঙম্বু শিন্নরমলগা ফুনান তেলহৈবা থুপখ্রে। মপা শকপা, চোথে ফুনান্গী মিংলেন মঙান নাইবা লিরুং তেলবু শিন্নরম্মী হাযদুনা লূৱাং ফুনানপবু ফুনান্ তেলহৈবা হায়না কৌনখি।

মৈতিংঙু সাময়েরাংনা নিংথৌ ওইদুনা চহী ৫০ পানলমলগা খৃ: ৫৬৮ দা নোঙ্গাখি।

# ১০শুবা
# মৈতিংঙু উরাকোন্থৌবা
# (খৃ: ৫৬৮-৬৫৮)

মৈতিংঙু উরা কোন্থৌবনা খৃ: ৫৬৮ দা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মৈতিংঙু উরাকোন্থৌবনা মৈতৈ লৈমরেন খাবারোন নোংজেংসুনে, ইবেম্মা নোংবানলোন হোইয়াম্বীনে অনিমা পান্নরম্মী। মৈতিংঙু উরাকোন্থৌবনা মৈতৈ লৈমারেন খাবারোন নোংজেংসুগা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী। মৈতৈ লৈমারেন খাবারোন নোংজেংসুনা নাওহলনে, য়োইচারোলনে, নাওথিংখোংনে, নিংথৌরাংঙানে মরিমা পোকএ। অদুগা ইবেম্মা নোংবাললোন হোইয়াম্বীনা ফৌরায়াংলাইকোকশু পোকই ।

মৈতিংঙু উরাকোন্থৌবনা ফম্বাল তোংলবা মতুংদা ফম্বাল শাতানবা নাগা তুরেনগী (তেরাপোকপি অমসুং মতাই খুন অনিগী মরক্তা চেনলিবা তুরেল) হৌরকফম মরুদা শা তানবা চৎলম্মী। শা তানবা অদুদা উরা কৌবা উচেক অমা ফারকখি। ফম্বাল শা তানবা চৎপদা উরা কৌবা উচেক অমা ফারকই হায়দুনা মৈতিংঙুগী মিংলেনবু উরাকোন্থৌবা হায়না কৌখি। উরাকোন্থৌবা কৌদ্রিঙৈদা কোন্থৌবা হায়না কৌরম্মী।

মৈতিংঙু উরাকোন্থৌবগী মচা ইবুংঙোশিংগী মরক্তা নাওথিংখোং অসি খরা লমহেন তুহেনবা অঙাং ওইনা হৌরক্লম্মী। ইনখৎলকপা, মথোপ কারকপা মতমদা মপাবুং উরাকোন্থৌবনা কৌশিন্দুনা ব্রারক ব্রাতেমলম্মী। ব্রারক ব্রাতেম্বা অদুদা থোইনা নাচুংলমদে, মদুদা কিনবা খংনবা হায়দুনা নংদি কোনুংদা লৈরগনু হায়না তাম্থোকখিরম্মী। অদুদা নাওথিংখোংনা শাওদুনা কোনুং থাদোক্কুনা চৎখিরম্মী। ইরিল তুরেল লান্না লাক্কুনা শেলোই লমদা লোৎনা থুপ্না লৈদুনা অচোং য়ুমলেম্বম ব্রাংখৈ লাম্থাবগী মচা নুপী নোংবানলোন পিতংঙাবু লৌদুনা য়াওং ইন্দুনা লৈরম্মী। পিতংঙাগী মমাগী মমিং পেনু কোই। পিতংঙানা অঙাং নব্রা ওইরিঙৈদা মমা শিখিরম্মী। পলেম মমাগী পিথাং শিনবীনি হায়বা কাওদনবা পিতংঙা থোনলম্মী। নাওথিংখোংগী মমিংনা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাও কোই। মৈতিংঙু উরাকোন্থৌবনা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু থিবা য়াবা থিখি অদুবু থিবা ফংদ্রে।

মৈতিংঙু উরাকোন্থৌবগী মনাই নোংবান কাদেম্না নাদা তুরৈ চাখাবা হৈকু মখোংগী নোংপোক পাংবদা শোইপন নপ্তুনা লেমঙে ঙাবু ফানবা পনথিংলম্মী। নোংমা কাদেম শোইশংবনা লৌফম অপাক্‌পবু লান্থোক্লগা তোংজেংশোই খাবৈ (খাবৈশোই) খোংদা খোংফৈ (থোং) হাপ্তুনা শীঙ্উৎ ফক্লায়ুং, খরাই অশাবনা ঈশিং লৈমাই য়ৌনা খন্দুনা লূ থুমদুনা ঙা ফারম্মী। মতম অদুদা নোংমাই লাললোইশিংনা থাঙ্ঙা য়ৌখনবু লান্তাগে অদুগা হাওকপ চীংশাং য়ৌনা লোইচনগে হায়না লান্তাবা লাক্লম্মী। মৈতিংঙুগী মনাই শোইশংবদি শেনলোই লানলোই ময়াম লাকপা উবদগী কিরদুনা মশা পুম্বা ঙা অপুম্বা তৈশিন্দুনা অশিবা শানা নিংশা পিক্লা হোন্দুনা লৈরে। শেলোই লংমাই লানলোইশিংনা অঙোম কাদেমনা তাদুনা লৈবা অদুদা শিরবোই নিংদুনা মখোংনা কাওদুনা ইনলগা য়েংলম্মী। কাদেমগী মতৌদুদা শেলোই লংমাই লাললোইশিংনা মৈতিংঙুগী মনাই কাদেম অসি তোৎলে, অদুনা হনলক্‌পা মতমদা মঙক কক্তুনা মকোক্ অসি লৌরগা পুশি হাযদুনা থনমলগা লান্তাবা চৎখ্রে। মৈতিংঙু মনাই কাদেম তোৎলে হায়দুনা মখোংনা কাওখিবা মফম অদুবু খোঙপিতোৎ কৌবদগী মথং মথং থৈরক্তুনা কোন্না খোন্বীতোক হায়না কৌনরকখি। শেলোই লোন্দা অশিববু তোৎপা হায়না কৌনৈ। শেলোই লংমাইশিংনা হাওকপ চীংশাংদা লান চৎখ্রিঙে কাদেম শোইশাংবনা মৈতিংঙু উরাকোন্থৌবগী মফমদা চেনলক্তুনা পাওদমলরে। নিংথৌনা ঐগী ইচা ইনাইদবু মখোংনা কাওবসিদি মৈতিংঙুবু উশিৎতবনি, শেলোইশিং লাকশিন্দবা য়াদে হায়দুনা শেলোইশিংবু লান্তানবা লান্মীশিং থারম্মী। মৈতৈ লান্মীশিং অদুনা লংমাইশিংনা হাওকপ চীংশংদগী হনলকপদা লান্তানবা হায়দুনা নাগা তুরেন খোংনুংগী অশোংবা নাপী মরক্তা লানলুমদুনা লৈরম্মী। মৈতৈ লান্মীশিংনা লান্‌লুমদুনা লৈরিবা অদু লংমাই লানলোইশিংদি লান্‌লুমদুনা লৈরমগনি খংজদবনা হরাও তয়াম্না লাউ খোংনা লাক্‌পনা নাগা তুরেল হেক য়ৌরকপদা মৈতৈ লান্মীশিংনা খংহৌদনা অশোংবা নাপী মরক্তগী চোংথোরক্তুনা শেনলোই লান্মীগী মথক্তা লান্তারম্মী, অসুম্না লান্তারক্কনি খনলুদবনা লানগী থৌরাং তৌহৌদবনা শেলোই অয়াম্বা মথন্নায় মাংলম্মী। লানফম অসিদা শেনলোই লান্মী তরা (১০) খক হিংহৌখি। মখোয় তরা (১০) অদুনা চেনলক্তুনা মৈতৈ

লান্মীশিংনা কৌবা ইরোংখোংদা লুমদুনা শেনলোই লান্‌লোই ময়াম হাৎখিবগী পাওবু তমলখি। শেনলোই লানলোই ময়াম শিখিবগী পাওবু তাবদা শেলোইশিংগী পুক্লিং য়াম্না নুংঙাইরমদে। অদুবু মখোয়না মৈতিংঙু উরাকোন্থৌবগী মথক্তা লমন খুম্নবা পাংগল মতিক মথৌনা লৈরমদে। মরমদুনা নোংমাই পিতংঙাগীদা য়াওং ইন্দুনা লৈরিবা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওগী মথক্তা লমন খুম্নবা শেল্লোই মবুং, মপ্পা, মপা, মতোনশিংনা মখুৎতা খুৎলাই পাইদুনা পিতংঙাগী য়ুমদা লাক্লম্মী। মখোয়না পিতংঙাগী মফমদা মথংলেন ওইবা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু পুথোরকউ হায়রম্মী। নোংমাই পিতংঙা পাইরক্কী লৌশিং লৈবী মথৌনা ফবী কিগন্দবী নুপিনি। মহাক্না শেল্লোই মবুং মপ্পা, মপা মতোলশিংগী মফমদা মবুংঙো হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওগী মথৱাই কনবীনবা ইংনা তপ্না হায়জরম্মী। পিতংঙানা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওগী মথৱায় কনবীনবা হায়জবা কনা অমতনা য়াবিদ্রে। করিগুম্বা উপাই অমনা মবুংঙো হোংনোম য়োয়খুঞ্জাওগী থৱায় কন্দবা য়াদে হায়বসি পিতংঙাগী অরেপ্পা ৱাখল ওইরম্মী। পিতংঙানা উপাই অমা পুথোক্লুনা শেল্লোইশিংবু থোৎ নৌনা অমুক থেমদুনা শেল্লোই পুম্বগী মফমদা হায়রম্মী। "ঐগী থৱায় ইমিরেল ওইরিবা, নুজা ঐগী ইকাদা লোৎনা থুপনা য়াওং ইন্দুনা লৈরিবা মৈতিংঙু উরাকোন্থৌবগী মপারি হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু নোংমাই ইবুং ইপ্পা, ইপা-ইতোলশিংগী মফমদা শোয়দনা, নোংমাই লানলোই শিখিবশিংগী মংশৎ তান্নবা খুৎশিন্নজগনি। নোংমাই ইবুং ইপ্পা, ইপা ইতোনশিংনা করিগী অদুক পুক্লিং তয়াংবীরিবনো ? ঙসিগী নুমিৎ অসিদা কায়নরগদবনি, অদুনা তাবা চাক চামিন্নদুনা ৱারি শামিন্নদুনা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওগী পুক্লিংবু ফাথরগা নখোয়গী নফমদা য়াওং ইন্দুনা লৈরিবা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু খুৎশিন্নগে। অসুম্না পিতংঙানা মবুং, মপ্পা, মপা-মতোনশিংগী অশাওববু ফাথদুনা অহাওবা অয়াকপা য়ু খরুং পুথোক্লুনা পীথক্লম্বী। পিতংঙানা মখোয়দা চান্নবা পানসু ফুৎলিয়ে, ঙাইহাক ৱাংলৈ অয়াকপা থুমথোইববু থক্লুনা মতম খরদং পান মুনবা ঙাইবীখো হায়দুনা য়ু পিথক পিথক্লুনা থমলে। পিতংঙানা পান ফুৎপগী মহুৎতা নূং মচা ময়াম অমা ফুৎলম্মী। শেলোই মবুং মপ্পা, মপা মতোনশিংনা মতমসি হাক্না কুইমনলে পানদু মুনলমলগনি পিরকলো হায়রম্মী। পিতংঙানা পান অদু মুন্দারি ঙাইহাক্তা ঙাইবিখো হায়দুনা অমুকসু অয়াকপা য়ু হৈদুনা পীথক্লম্মী। য়ু হেন্না থকপদগী ঙাওখিদুনা ৱাখল লৌশিং থোক্লনা শেল্লোই

পুম্বা তাদুনা লৈরম্মী। মতমসিদা পিতংঙানা মপুরোইবা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু তরা চাক পিজদুনা অমদি লম্বীদা চানবা চাকয়োম য়োমদুনা লোৎনা চেনখিনবা থৌরাং তৌরম্মী। পিতংঙানা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওগী মফমদা মৈতিংঙু মপাইবুংঙোগী মফমলাংদা চৎলগনু, অদোমদা চৎলবদি মখোয়না তান্নরকপদা লম্বীদা ফংখিবা য়াই অদুনা মখা মায়কৈ পাংনা চৎতুনা খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবগী মফমদা চৎলু হায়জরম্মী। কাইনরমদাইগী মতমদা পিতংঙানা পাকলোই সলাই য়েৎপিখি, ফুরিৎ হৈরু পানবিখি; অদুগা হয়েং পোইরৈ স্না পূংদা কংলৈ নিংথৌ ওইদুনা ফম্বাল তোংবদা নশানৌ ঐবুতদি কাউবিগনু হায়দুনা পুকমেন পাওমেনজরম্মী। হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওনা নোংমাই পিতংঙাগী মফমদা, হয়েং ঐনা কংলৈ ফম্বাল কাবা মতমদা ওইনফম ফম্বাল লাংহনগনি হায়দুনা শরি পং দাম লোমলম্মী। পুকমেন পাওমেন্নবা লোইদুনা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু য়ুমগী মনিংগী ফক্লাং হোগাইদুনা লোৎনা থুপ্না চেলহনখিদুনা মবুংঙোগী মথৱায কন্নলম্মী। হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওনা চেনখিবা ঙাইহাক লৈরগা শেল্লোই লংমাইশিং ৱাংলৈ অয়াক্‌পগী ময়াক্ হনলক্কুনা পিতংঙাগী থোংজাওবু নমখাইদুনা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু হাৎনবা চংলকই। হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওদি মনিংগী ফক্লাং হোগাইদুনা চেনখিরমলে। শেলোই লংমাইশিংনা অমম্বা অহিং অদুদা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু মায়কৈ খুদিং কোইথি কোইথি থিরম্মী অদুবু ফংবা ঙমদ্রে। হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওনা খা পাংনা চৎখিদুনা খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবগী মফমদা থুংলুরে। হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওনা খুমন নিংথৌগীদা লৈদুনা খুমননিংথৌগী মমোম কৈরুংহনবীবু লুহোংদুনা লৌরম্মী। হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওনা খুমন নিংথৌগী মচানুপীবু লৌদুনা লৈরিঙৈদা মোইরাং নিংথৌ স্না লাকখ্বানা খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইববু খুয়োল ৱাহোংবা য়াওবিরনবা হায়দুনা মী থারক্লে। খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবনা ৱাহোংবগী কুম্মৈ য়াওবা চৎলম্মী মদুদা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওসু মতুং ইনলম্মী। মোইরাং নিংথৌনা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু উবদা লোইনরকলিবা তম্বা নুপা অসি কন্নানো হায়না খুমন নিংথৌদা হংলম্মী। খুমন নিংথৌনা মৈতিংঙু উরাকোন্থৌবগী মপারি হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওনি হায়দুনা শক তাকলম্মী। হৌজিক্তি খুমন ঐগীদা

ইচানুপী কৈরুংহনবী লৌদুনা খুমনপুংদা লৈরি। মোইরংনিংথৌ স্না লাকখ্বানা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওগী মশক মতৌ ফজবা, চুংফিরাল চাবা অদুদা মমোম ইবেম্মা নমান চাওবীবু হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওদা থাজগে হায়না খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবদা হায়জরম্মী। খুমন নিংথৌসু মোইরাং নিংথৌনা মমোম ইবেম্মা নমান চাওবীবু থাজগে হায়বা অদু হরাও হরাওনা য়াদুনা মোইরাং নিংথৌগী মমোম নমান চাওবীবু হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওগী মফমদা থাজদুনা লুহোংলে। অহোং কুম্মে লোইদুনা খুমন নিংথৌ মচা মরোইশিংগা লোয়ননা খুমনপুংদা হনলক্লম্মী।

খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবনা অহনগী মতম ওইরক্লবদা, হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু মপাগী নিংথৌ খুবম ফংবা মতম ওইরে খন্দুনা ময়ুম হনহলখ্রগে হায়না থৌরাং তৌরম্মী। হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু কৌশিন্দুনা, ইশুনা নোংমাই শেল্লোইদগী চেনলক্কুনা খুমন পুংদা লৈবসি মতম হাক্লা কুইরক্লে। নপাবুং উবাকোম্থৌবা অমসুং পলেম নমা মৈতৈ লৈমারেন খাবারোল নোংজেংশুগী চেংলৌ শক উদবা কুমওন কুমজা মশিং য়াম্লক্লে। ইশুনা খুমন পুংসিদা পুন্সি মতোন লোম্বা য়াবা নত্তে, ইশুদি কংলৈ ফম্বাল তোংদুনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইগদবনি। খুমন পুংদগী হন্দুনা হাউরে অৱাং পাংবদা লৈবা লূৱাং মকুবীচীং পামাংখুন্দা পানবা হোংনোম লুৱাং পুন্সিবগী মফমদা নিংথৌ অমা ওইবগী লৈঙাকলোন, ৱায়েন-পাথাপ, লিচৎ-শাজৎ তমলুরো। নহাক্লা লুৱাং মশাইকোন্দা চৎপা মতমদা নপাবুং উরাকোম্থৌবগী মফমদা হান্না চংদুনা থুংলুগনু। অসুম্না তাকপীদুনা খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবনা হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু মহাক্কী অঙম অথৌশিংনা থৌগল তৌহন্দুনা লুৱাং পুন্সিবগী মফমদা থাখিরম্মী।

হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওনা লুৱাং পুন্সিবগী মকাদা লৈদুনা নিংথৌ অমা ওইবগী লৈঙাকলোন, ৱায়েন-পাথাপ, লিচৎ-শাজৎ পুম্বা তমদুনা লৈরিঙৈদা খৃ: ৬৫৮ দা মপাবুং উরাকোম্থৌবা নোঙ্গাখিরম্মী। মৈতিংঙু উরাকোম্থৌবনা চহী ৯০ নিংথৌ ওইনা পানলম্মী। মৈতিংঙু উরা কোম্থৌবনা লৈপাক ঙাকপদা খুদোং চানবা হান্না লৈরম্বা ফমশিংগী মথক্তা শগোলশেনবা ফম অসি লিংখৎতুনা খাবমগী মখাদা থমলম্মী।

মৈতিংঙু উরাকোঙ্বৌবনা নোঙ্গাখিবদগী মচা ইবুংঙো নাওহন্না লৈপাক ঙাকলম্মী। মতম অদুগী লৈপাক্কী চৎনবীদা, নিংথৌ মচানি হায়দুনা নিংথৌ ওইদুনা ফম্বাল হেক্তা তোংবা য়ারমদে। নিংথৌ মচাশিংগী মনুংদা খ্বায়গী অহন ওইদুনসু মশা শোইনাইবা মীওই লালুপ চাদবা ওইরবদি নিংথৌ ওইনা ফম্বাল তোংবা য়াদে। নিংথৌ মচাশিংগী মনুংদা ফীবম মীওই মীতৌ ফবা, মশাদা শোয়নাইদবা, মতিক চাবা খন্দুনা নিংথৌ হাপনৈ। মৈতিংঙু উরাঙ্বৌবগী মচা ইবুংঙো অহন নাওহন অসি মমিৎ তাংলম্মী। মরমদুনা মহাক্না নিংথৌ ওইদুনা ফম্বাল তোংবা য়ারমদে, লৈপাক ঙাকপদি য়ারম্মী। মচা য়াইমবা অনিশুবা য়োয়চারোনসু ফীবম শোয়দুনা মশা নিকই। অদুনা মহাকসু নিংথৌ ওইদুনা কংলৈ ফম্বাল তোংবা য়ারমদে। মপারী অতোনবা নিংথৌরাংঙা মহাকসু ফীবম শোয়দুনা মপুক য়াম্না কংলম্মী, মহাকসু নিংথৌ ওইদুনা ফম্বাল কাবা য়ারমদে। অসুম্না চহী মঙা (৫) নাউহন্না লৈপাক ঙাক্তুনা লৈরক্লবদা মমা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেনখাবারোল নোংজংশুনা লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিং থাদুনা মচা ইবুংঙো হোংনেম য়োয়খুঞ্জাওবু লুব্রাং পুন্সিবগী মফমদগী কৌহনলুরে।

-)০(-

# ১১শুবা
# মৈতিংঙু নাওথিংখোং/হোংনেম য়োয়খুঞ্জাও/মঙাংঙম্বা
# (খৃ: ৬৬৩ - ৭৬৩)

মৈতিংঙু নাওথিংখোংনা লুৱাংগী লাক্কুনা খৃ: ৬৬৩ দা নিংথৌ ওইনা পালম্মী। মৈতিংঙুনা নিংথৌ ওইবা মতুং চহী মঙা (৫) লৈরগা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন কৈরুংহনবীগা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী। মৈতিংঙুগী ফম্বাল মিংলেন নাউথিংখোং হায়না কোলোয় মিংলেন তমলম্মী।

মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা ফম্বাল তোংবগী পাও অসি নোংমাই শেল্লোই চীংদা পালহৌবী পিতংঙানা তাদুনা মশাবী মৈতিংঙুগী মথৱায় কন্নবা ফুৎখিবা থৌদু নূংবু শমদা হাপনা পুরক্কুনা ফম্বাল তোংবা য়াওনবা কংলা তম্না তফিং তফিং লাকলম্মী। মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা ফম্বাল তোংবা মতমদা ওইথম ফম্বাল লাংহনগনি হায়না শারি ৱাশকখিবা অদুগা ঙসিনা কনাগা লোয়ননা ফম্বাল তোংলিবা! ফম্বাল তোংবা মতমদা লৈপাক্কী লৈমারেন য়াওদনা ফম্বাল তোংবা য়াদে, হায়না ৱাখন খন্না খন্না কংলা তম্না লাকপনা ৱাংখৈ পম্থোং য়ৌরকপা মতমদা ফম্বাল তোংবা য়াওরুবা, ফম্বাল তোংবা লোইদুনা হন্নরকপা অহন লমনশিংগী মফমদগী খুমন কৈরুংহনবীগা লোয়ননা ফম্বাল তোংমিন্নবগী পাওবু তারম্মী। উপাই লৈজদ্রবী পিতংঙানা তৌফম খংদ্রদুনা থৌদু নূং হাপ্পা শম অদু মালেম লৈদা থারে, অদুগা থৌদু নূং অদুবু মালেম লৈমাইদা হৈদোকলম্মী, অদুগা মফম অদুদা থম্মোয় শোক্লা কপখি। ইশাবীও! ইনিংথৌ নহাল নোং নশানৌ নোংবান য়িমলেন্দা শরি পন্দোমনখিবা, অদুগা ঙসি কোরৌ নোং অসিদা লৈরাং অতিংঙা (অরেম্বা) ওইরবা ? ওম্থোকইদা ইশাবী ! ওম্থোক্রুসু কাউমন্নসু কাউইদকো। লাইরেন নঙগী নিংথিবা শামু মেলাং নখুৎসিনা চরৈ কিশি কিবিরম্বা শামু খুৎফম হোংদরি। তাংজা মরুলুক্লা, হায়নখিবা ৱারমশিং করম হায়না কাউখিবা হায়না খোংবিনা মালেম লৈদা তক্লা মতোম শোনজখি। কৌরৌ নুমিৎ অদুদা নোংমাই পিতংঙানা থৌদু নূংবু হৈদোক্লা নুংঙাইতবা ৱাখন্না ফুংবংনখিবা মফম অদুবু ৱাখন পম্থোং (ৱাক্রম প নথোং) হায়না খঙনখি। হৌজিক ৱাংখৈ অঙোম লৈকাইদা

লৈবা অন্দ্রো পার্ককিং অমসুং ওল ইন্দিয়া রেডিও ষ্টেসন অসিব্রাইসি নোংমাই পিতংঙাগী থৌদু নূংবু হৈদোকফম্নি।

নোংমাই পিতংঙানা নুংঙাইতবা ৱাখল্লা ফুংবংননা অসুম লেপ্পা লৈতনা লাকপনা স্না কোনুংদা চঙলকলে, মতম অদুদা মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা য়েৎতা ফম ইবেম্মা মৈতে লৈমারেনবী কৈরুংহনবীনা ওইদা ফমদুনা ফম্বাল লাংববু উরম্মী। তৌফম খংদ্রবা নোংমাই পিতংঙানা মৈতিংঙুগী মাংদা লেপ্তুনা মৈতিংঙুদা শংত্রিক মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা য়েংথোরকপা মতমদা পিতংঙানা মিৎলু পিরাং ইহৌনা য়েংদুনা লৈববু মায়য়োক্লরে । মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা মমাংগী হৌখিবা ৱারিবু খংনি নিংশিংনা পুক্লিং নুংশিনা কৌরকলম্মী। ইশাবী নুংশিবী পলেম ইমা শক্লা নাউয়োকপী ৱাখন পুক্লিং চেৎপী। ইবেম্মা নহাক্তি পলেম ওইবী তালোইনি। নোংমাই নশাইকোন্দা থুপলিঙৈ অমং থরৈ কুম্বা তারবসু (শিবা তারবসু) নোংমাই চনু নরৌশিংনা য়াংদৌ ইমাং থানা থিং, শিথ্রবা মপোকপু অমুক হন্না পোকখ্রবী পলেম শকপী তালোইনি। য়েৎথম ফম্বালসি ইশানৌগী ফম্বালনি, য়েৎতা ফমলরো, লৈঙাকমিন্নসি হায়দুনা কৌশিনলম্মী।

**চীংঙোই ঈরুপ্পা -**

নোংমাই পিতংঙানা মৈতিংঙু নাউথিংখোংগী ইমা হায়বা য়াব্রাহৈবু তাবদা নুংঙাইতবা ফুংবংনবা ৱাখন্না হেন্না থুমহৎখিদুনা শঙ্গাই য়ুমজাওগী লপয়ান কাদা ৱাম্ভদুনা শিরম্মী। নোংমাই পিতংঙানা নোঙ্গাখ্রবা মতুংসিদা মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা মশানৌ পিতংঙাগী লম্মন শিংবা শক্তুনা পিতংঙাগী হৌরকফম চীঙ্গোই ঈ তুরেন মরিন্দা কুমজা খুদিংগী হৈ, লৈ কৎনা লৈপাক মীয়াম্না হুপ্পা ইরুপনগনি হায়না লাওথোকলম্মী। অসিদগী হৌদুনা লমতা থাগী ২৮ নিা পানবা নুমিৎতা লৈপাক মীয়াম হুপ্পা চীংগোই ঈরুপ্পা লেপ্পা লৈতনা চৎনরকলি।

**য়ুমজাও লাইরেম্বী ওইনা লাৎপা -**

মৈতিংঙু নাওথিংখোংনা মশানৌ শেল্লোই লংমাই চনু পিতংঙানা মোংবা য়ুমজাও লপয়ান কাদা ৱাম্ভদুনা নোঙ্গাখিবা অসিবু য়ুমজাও লাইরেম্বীগী মপোক লাওন্নি হায়দুনা কংলাদা য়ুমজাও লাইরেম্বীগী (য়ুমজাও লাইরেম্বী লাৎপা) খুবম শেমদুনা ইরাৎ থৌনিবা হৌরম্মী।

মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা ফম্বাল তোংলবা মতুংদা (১) ইবেম্মা খমশুরোল চীংয়াইশুনে (২) খোইরুলাংমৈ চনুনে(৩) নিংথৌ কুরাউবা চনু লৈমা লাইখোং তেনবীনে (৪) নোংবান শরিখোম্বীনে (৫) শংখুবী লমতুং লমহোংবীনে, অমসুং (৬) ইরেম খোনফাবীনে মখোয় তরুক অসিবু লৌরম্মী। ইবেম্মা মৈতৈলৈমরেনবী কৈরুংহনবীনা ইবুংঙো নিংথৌহনবগা, নিংথৌখোম্বগা অনিসি পোকই।

ইবেম্মা খমশুরোল চীংয়াইসুনা খোংতেকচাগা পূঙফৈ লাম্থবগা অনিমা পোকই। ইবেম্মা খোইরু লাংমৈ চনুনা থিংকোন য়ুমকুম্বা পোকই। ইবেম্মা নিংথৌ কুরাওবা চনু লৈমা লাইখোং তেনবীনা নিংথৌ মকাম্বা পোকই। ইবেম্মা সংখুবীনা থিংনাং শংকলচাম্বা পোকই। ইবেম্মা নোংবানলোন শরিকখোম্বীনা মচা ইবুংঙো নরিনখোম্বা পোকই।

মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা নোংচুপ লমগী লোইজিং ফৌওই চীংদা পানবা মঙাংশিংগী মথক্তা লান্তাদুনা মায়থিবা পীরম্মী। লান অদুদা মঙাংগী লুচিংবা কোনখুচা অতেংববু ফারকখি। লোয়ননা মঙাং শেন (শেনবুং) মঙাং কোরি থরাউবী খোংলেন লানপাউব্রাক কশা পাওতাকব্রাকসু লোকলকখি। মঙাংবু ঙমই হাইদুনা মৈতিংঙুগী কোলোয় মিংলেনবু মঙাংঙম্বা কৌরম্মী। লান অদুদগী লোইজিং ফৌওই চীংদা তারম্বা মঙাং পুম্বা মঙাং য়েক-শলাইদা তিনশিনখ্রে। মঙাংগী লান লোইরবা মতুংদা মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা [1]থঙ্গা কম্বোংগী মথক্তা লান্তাদুনা কম্বোংগী হেমখু-হেমলাইলুক, ব্রাংলক খোংয়িবা, তরা নোংদম হন্নলুকসু লোকলকখি।

মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা পাল্লিঙৈ খৃ: ৬৯৮ (শ: ৬২০) দা পোংনিংথৌ সুকানফাগী মনাওনুপা সমলোংফানা লান তৌদুনা লৈবাক মথং মথং লৌশিন্দুনা ময়াম্বুং সুকালফাগী মখাদা লোইহাবা লৈপাক ওইনা থমলম্মী। মথং মথং লান ঙমদুনা লাকপনা তেখাও (অসাাম) লৈপাকপুসু লোইহাবা মখাপোনবা লৈপাক ওইনা থমলম্মী। মদুদা সামলোংফাগা লোয়নরকপা মীওই কয়া অমদি তেখাও লৈপাক্ত লৈহৌখি। সামলোংনা তেখাও লৈপাক্তগী নোংচুপ পাংনা চংখিদুনা পাশাবুসু লানঙমদুনা লোইহাবা লৈপাক ওইনা থমলম খি। পাশা হায়রিবা লৈপাক

---

*[1] **থাঙ্গা কম্বোং :** লুব্রাং পুম্সিবনা নুপী মাপন (৯) থিরম্মী। মাপনদুগী মনুংদা নুপী অমা ওইরিবা চীংনুং হাওবা চনুনা (১) লুমচেং অহনবনে, (২) লোকহননে, (৩) লোকখুনে অহুমসি পোকই। লুমচেং অহনবনা খুনচাম ওইখি। লোকহন্‌না কম্বোং লোক্‌হন ওইখি। লোক্‌খুনা কম্বোং লোকখু ওইখি।*

অসি হৌজিক্কী বঙ্গালাদেশ অসি ওইগনি। পাশা লৈপাক্কগী নোংপোক পাংনা অমুক লাকপনা ময়াং লৈপাক (কছার) তা থুংলখি। ময়াং লৈপাক্কগী লেপতনা লাকপনা ক্বাই তুরেল লানলক্কুনা ঙাপ্রুম চীংজেন্দা থুংলখি। তম্পাক্কী লম অসি পাংথি কোমথিগী শরুকনা অয়াম্বা ওইরম্মী। পাংথি কোমথিশিং অদুদা ব্রাইখুনা অঙকপা ফংনা য়াম্না লৈরম্মী। ব্রাইখু ময়াম অদু উবদা সমলোংফাগী মশাদা য়াম্না হৈনদবা অকিবা অমা ফাওরম্মী। মাগী শগোল শামু ময়াম অসিনা ব্রাইখুশিংসি নেৎলবদি মাংলগনি খন্দুনা খারোমদা হাইথরগা মৈরম পাংনা চৎখিদুনা থৌবান তুরেন মরুদা থুংলম্মী।

মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা থৌবাল তুরেন মরুদা লৈবা সমলোংফাবু কোনুংদা লাক্লবা মী থাদুনা কৌহনলুরে। সমলোংফানা মহাক্কী লান্মী ময়ামগা লাক্কুনা কংলা কোনুংগী নোংপোক থংবদা লৈরম্মী। সমলোংফানা চহী তরা (১০) নোংপোক ইংখোন্দা লৈরম্মী। মহাক্না মৈতিংঙু তাউথিংমাং অমদি ময়াম্বা য়োয়মোংবা মচিন মনাওনা তুরেল তৌবগী ব্রারি তাবদগী ইরিল তুরেল মরু অসি য়াম্না য়েংনিংলম্মী। মরৈপাক পোংদা হনখিবদা ইরিল তুরেল মরু য়েংবা ওইনা মহাক্কী খোংমী লান্মী ময়ামগা ইরিল তুরেল মরুলোমদা চৎখিরম্মী। পোংগী সমলোংফানা লৈরম্মী হায়দুনা মফম অদুবু **"পোং ইংখোল"** হায়না কৌখি।

---

*সমলোংফা : কেপ্তেন পেমবর্টোননা খৃ: ৭৭৭ তা সুকানফানা পোংগী নিংথৌ ওই হায়না পিরিবা চহী অসিগা চৈথারোল কুম্বাবা অমসুং সোরারেন মচা খুনকুম্বা অমসুং মৈতৈ-পোং লময়েন লাইরিক্তা পিরিবা চহী অসিগা য়াম্না খেন্নৈ। Proceeding of North East India History Association. Thirteen session, Shillong 1993 অসিদা B. Birgohain না ইবা Emergence of the Tai-Ahom State in the early mediaival Assam (1228-1401): In search of some southern Asian Roots. হায়রিবা পারা (Chapter) অসিদা Chaolung Sui-ka-pha (মৈতৈনা সমলোংফা) না অসামদা লাকপা অসি খৃ: ১২২৮ দনি হায়না পিরি। Pemberton পিরিবা চহী অসিদদি কংলৈপাক্তা নিংথৌ পান্দদুনা নিংথৌ কাংবা মতম ওইরি। মৈতিংঙু খোংতেকচা (খৃ: ৭৬৩-৭৭৩) শিখ্রবা মতুংদা মচা ইবুংঙো কৈরেনবা অসি অঙাং নরা ওইবদগী নিংথৌ পান্দনা চহী ১১ (খৃ: ৭৭৩-৭৮৪) লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংনা লৈপাক ঙাকই। চৈথারোল কুম্বাবা, সোরারেন মচা খুনফুম্বা অমসুং মৈতৈ-পোং লময়েন লাইরিক, অমসুং ম্না পুয়া, কংলৈশংলেন পুবা পুয়াদা পোংগী সমলোংফানা চহী তরা (১০) লৈরম্মী হায়বা অসিমদি ইরি। Pemberton গা B. Burgohain গসু চহী অমুক খেন্নরি। খা-এসিয়াগী থায়নঙৈগী মতমদগী য়ান্নরিবা সমলোংফানা মায়কৈ অসোমদা লাক্লম্বগী মতমসি খৃষ্টগী কুমশিং ১২২৮ অসি হায়না পীরি।*

মৈতিংঙু নাউথিংখোংগী মতমদা মঙাং কুরু, লুৱাং কুরু অমসুং খুমন কুরু হায়না খংনবা য়াম্না মতিক ময়াই লৈবা কুরু অহুম লৈরম্মী। মঙাং কুরুনা, লুৱাং অমসুং খুমন কুরুগী মথক্তা লৈ। মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা মঙাং কুরুগী খুয়াখাদা চংজদুনা তাইবং মীওইবা অমা করম্না পোক্পগে, পোক্লবদি করি, করম্বা লাইনিং লিচৎ চৎলগা তাইবং মীওইবা অমনা শিবা মতমদা থৱায়না নুংঙাইনা তাইবং হকচাং অসি থাদোক্কুনা শিদবা মপুগী মফমদা তিনগদগে হায়বা তমজরম্মী। মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা মঙাং কুরুগী মফমদগী লাইনিং লিচৎ পুম্নমক তমজদুনা ঈংনা তপ্না লৈপাক ঙাক্কুনা পাল্লম্লগা খৃ: ৭৬৩ দা তাইবংপান থাদোক্লম্লগা লাইরমলেন্দা তিনখি। মৈতিংঙু চহী ১০০ পানলম্মী। মৈতিংঙু নাউথিংখোংনা হুইদ্রোমলাকপা ফম খাবমগী মখাদা লিংখৎলম্মী।

- ) ০ ( -

# ১২শুবা
## মৈতিংঙু খোংতেকচা
## (খৃ: ৭৬৩ - ৭৭৩)

মৈতিংঙু খোংতেকচানা খৃ: ৭৬৩ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মৈতিংঙু খোংতেকচানা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন পুকৈরেম্বীগা লোয়ননা ফম্বাল তোংলম্মী। ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন পুকৈরেনবীনা মচা ইবুংঙো কৈরেনচা পোকই। মৈতিংঙু খোংতেকচাগী মতমদা কংলৈপাক্কী পুয়াশিংগী মনুংদা য়াম্না মরু ওইবা পূয়া অমা ওইরিবা **"পান্থোইবী খোংগুণ"** কৌবা লাইরিক অসি অকোইজম তোনপোইনা খৃ: ৭৬৪দা ইখি।

মোইরাংগী কৈরুংবা চরন ঈরাৎ থৌবনা মোইরাং অকন-অথৌ ৬৩গা লোয়ননা মৈতিংঙু খোংতেকচাগী মথক্তা লান্তারকখি। মোইরাংনা লান্দারকপা অদুবু মায়থিবা পীদুনা মোইরাং অকন-অথৌ ৬৩মক লোয়না হাৎলম্মী। মোইরাংগী লান মতুং মতম খর লৈরগা নোংমা মৈতিংঙু খোংতেকচানা চীংমৈরোংগী মখাথংবদা লৈবা লংজা লৌপূং ফৈদা শাতানবা চৎপদা ময়াংলেন্দা সনা অহিংবা মচুনা কোরি চেনবা সঙাই অমবু হিংনা ফানবা হোৎনবদা ঈশিংদা ইরাক্লদুনা ফম্নাইবা ৬৪ গা পুন্না শিমিন্নখি। কংফালদা লোং পাইদুনা লৈহৌবা অমখক্তং হিংহৌই। হিংহৌবা নুপা অদুগী মচা, মশুশিংবু, লোংজম হায়বা য়ুম্নাক অসি ওইহনখি। মৈতিংঙু খোংতেকচানা চহী তরা (১০) নিংথৌ ওইদুনা পানলমলগা খৃ: ৭৭৩ দা শিখি। মৈতিংঙু খোংতেকচানা শিবা মতমদা মচা ইবুংঙো কৈরেনচা য়াম্না অঙাং ওইরি। নিংথৌ ওইবদা মতিক চাদবনা লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংনা চহী ১১ লৈপাক ঙাক্লম্মী। চহী ১১ অসি নিংথৌ পানলমদে।

-)০(-

## ১৩শুবা
## মৈতিংঙু কৈরেনচা
## (খৃ: ৭৮৪-৭৯৯)

খৃষ্টব্দ ৭৮৪ দা মৈতিংঙু কৈরেনচানা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মৈতিংঙু কৈরেনচানা মৈতৈ লৈমারেন লোইচাবা চনু য়াইরেনখোম্বীগা ফম্বাল তোংলম্মী। ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন য়াইরেনখোম্বীনা মচা ইবুংঙো য়ারবা পোকই। মৈতিংঙু কৈরেনচাগী স্না হাক্তক অসিদগী ফম্নাইবশিংনা মাগী মাগী মী থম্নদুনা কৈরোই ফুঙ্গা লিংবা হৌরম্মী। মৈতিংঙুনা খারমদা লান্তাদুনা কংতেক, য়াংতেক ফারখি। স্না হাক্তকসিদা চফু শাবগী শিনফম য়াম্না চাওখৎলে, চফু মখল মখা কয়াগী মওং শারম্মী। মৈতিংঙু কৈরেনচানা চহী ১৫ নিংথৌ ওইনা পানলগা খৃ: ৭৯৯ দা নোঙ্গাখি।

-)০(-

## ১৪শুবা
## মৈতিংঙু য়ারবা
## (খৃ: ৭৯৯-৮২১)

মৈতিংঙু য়ারবনা খৃ: ৭৯৯ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইখি। মৈতিংঙু য়ারবনা অরামবম চনু নম্বাসু পান্নদুনা মচা ইবুংঙো অয়াংবগা হাওবাকোক্কা অনিসি পোকই। মৈতিংঙু য়ারবনা চহী ২২ নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

-)০(-

# ১৫শুবা

## মৈতিংঙু অয়াংবা

## (খৃ: ৮২১-৯১০)

মৈতিংঙু অয়াংবনা খৃ: ৮২১ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইখি। মৈতিংঙুনা ফমথৌ ৬৪ গা লোয়ননা মোইচীংদা শাতানলম্মী। শা অদুনা খুমনগী লমদা চেনখিবদগী শাগী মতুং ইন্দুনা খুমন লমদা চংদুনা শা অদু ফংনবা তানলম্মী। মদুদা খুমন নিংথৌ থোংলৈরোন্না মঙোন্দা তাকলমদনা শা তানবা চংলকই হায়না মপুক্তা তাথিখিদুনা খুমন মখৈ খোম্লগা শা তানবা য়ারোই হায়না থিংদুনা মৈতিংঙুগী মথক্তা লান্তারকই। মৈতিংঙু অয়াংবনা খুমনশিংগা মায়য়োক্লদুনা লান শোক্লবদা মৈতিংঙুনা ঙমদুনা খুমনগী অকনবা, অথৌবা থিংগারুক, কোকচাও থিংগারুক ঙাংশাবা, থিংগারুক নূঙনা, অহুই কম্বোং অথৌবা মখোয় মরিবু (৪) ফারকখি। মৈতিংঙু অয়াংবনা লাংখোং অচৌবা অমা তৌরগা, মশা মউ ফবা, মপাঙ্গল কনবাময়াম অমা খনগৎতুনা লাংখোং অদু লান্না চোংবা ঙম্বা তান্নরম্মী। লাংখোং অদুবু লান্না চোংবা ঙমই হায়বগী মৈতিংঙু অয়াংববু শরি লাংখোং চোংবা হায়নসু কৌনৈ। মৈতিংঙু অয়াংবনা শা-লান লাক্পা অমসুং কাংলাদা অতোপ্পা লান্তারকপদা য়েক্লববু ঙাকথোক্লবা লানবনসু ওইবা অদুগা মীয়ামগী লম্বী চৎথোক চৎশিনদা খুদোং চানবা অচৌবা অশাংবা পন্লি অমা থোল্লমই। মহাক থক্তা থোনলম্বা পনলিনি খঙনবা, ব্রাংখৈ নোংপোক্কী পল্লিবু মহাক্কী মমিং লৌদুনা অয়াং পনলি কৌনখি। মৈতিংঙু অয়াংবনা ইবেম্মা য়োইরুমলেন লম্বাসু লমলেনখোম্বী পান্নদুনা মচা ইবুংঙো নিংথৌচেংগা খমতাউগা অনিসি পোকই। মৈতিংঙু অয়াংবনা চহী ৮৯ নিংথৌ ওইনা পানলম্লগা খৃ: ৯১০ দা নোঙ্গাখি।

## ১৬শুবা
## মৈতিংঙু নিংথৌচেং
## (খৃ: ৯১০-৯৪৯)

খৃষ্টব্দ ৯১০ দা মৈতিংঙু নিংথৌচেংনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ ওইরবা মতুংদা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন লম্বাসু (অরাম্বম) লমলেন খোম্বীগা ফম্বাল তোংলম্মী। ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন লম্বাসুনা মচা ইবুংঙো চেংলৈ ইপান্থাবা পোকই। হাওকপ চীংশাংনা লোইপোৎ পিরক্তবদগী মৈতিংঙুনা লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংগা লোয়ননা লাস্তারুই। লান ঙমদুনা শা-শন য়াম্না খোমলকখি। মৈতিংঙু নিংথৌচেংনা নিংথৌ ওইদুনা চহী ৩৯ পান্লম্মী।

-)০(-

## ১৭শুবা
## মৈতিংঙু চেংলৈ ইপান্থাবা
## (খৃ: ৯৪৯-৯৬৯)

খৃষ্টব্দ ৯৪৯ দা মৈতিংঙু চেংলৈ ইপান্থাবনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। ইবেম্মা লম্বাসু য়াংলৌ লাম্থাবী পান্নদুনা মচা ইবুংঙো য়াংলৌ কৈফাবা পোকই। মৈতিংঙু চেংলৈ ইপান্থাবগী স্না হাক্তক্তা লুৱাং নিংথৌ মুৎখিবদগী লুৱাংগী থৌ পুম্বা পাইশিনলে। নোংমা ইহৌরকপা মতমদা লুৱাংশিংনা মনুং মতম চাদনা অহিংদা হি তোংদুনা লূৱাংলি (তুরেন) দা লাওখোংদুনা লাক্লম্মী। মতম চাদনা অহিংদা লাওখোংদুনা লাক্পা মদুদা লূৱাংনা লানহৌরকপনি খন্দুনা লূৱাং পুম্বা ফাদুনা থমলম্মী। মৈতিংঙু চেংলৈ ইপান্থাবনা য়েক্না তিঙ্খং লৈতনা চহী ২০ নিংথৌ ওইদুনা পানলম্মী।

-)০(-

## ১৮শুবা
## মৈতিংঙু য়াংলৌ কৈফাবা
## (খৃ: ৯৬৯-৯৮৪)

মৈতিংঙু য়াংলৌ কৈফাবনা খৃ: ৯৬৯ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মৈতিংঙু য়াংলৌ কৈফাবনা মৈতৈ লৈমারেন খোংলৈবা মুবীশুবু পান্নদুনা মচা ইরেংবগা, নাওহুই অপাম্বগা অনি পোকই। স্না হাক্তক্তা ফনেক্কী ফিবান্দা খামেন চৎপদগী লৌথোক্তুনা খোই ময়েক লোলবা হৌদোকখি। চহী ১৫ নিংথৌ ওইনা পানলম্লগা নোঙ্গাখি।

-)০(-

## ১৯শুবা
## মৈতিংঙু ইরেংবা
## (খৃ: ৯৮৪-১০৭৪)

মৈতিংঙু ইরেংবনা খৃ: ৯৮৪ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইরম্মী। মৈতিংঙুনা নিংথৌ ওইবগা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন হাওলৈমা তমহৈবীগা লোয়ননা ফম্বাল তোংলম্মী। ফম্বাল তোংবা অসিদা খুমন নিংথৌ কোক্পা অমদি মোইরাং নিংথৌ শংদোল লাইনাও তাবা অনিনা য়াম্না য়াওনিংদনা য়াওরম্মী। ফম্বাল তোংবগী মতাংদা খুমন অমদি মোইরাং নিংথৌ অনিনা, ঙাংখিবা ব্রাঙাংবু তাবদা মৈতিংঙু ইরেংবগী পুক্লিংদা নুংঙাইখিদে। ইপুথৌ নোংদা লাইরেন পাখঙবা স্না হাক্তক্তগী কায়দনা চৎনরকপা ফম্বাল তোংবগী চৎনবী লিচৎপু থুগাইনা চৎপা হৌবা তাখরে। মখোয় অনিগী লিচৎসিনা ইপুথৌশিংগী মঙাল শাম্বা থোকহনলে হায়না মৈতৈংঙুনা খন্দুনা খুমন অমসুং মোইরাংদা লান্তানবা লৈপাক্কী অঙম অথৌ ফম্নাইবশিং কৌখৎতুনা লানগী ব্রা তান্নরম্মী। খুমন অমসুং মোইরাংগী মথক্তা লান্তাবা হায়বা অসি পুন্না অমতা ওইনা য়ান্নদুনা লান্তানবগী শামী - লান্মী ময়াম

শেমগৎতুনা লানগী থৌরাং তৌরম্মী। থৌরাং পুম্বা লোয়রদুনা মৈতিংঙুনা লানচিংলেন ওইদুনা ঈশিং অমদি কংফালগী লম্বীদা মোইরাংদা লান্তারম্মী। মৈতিংঙুনা অঙোম নিংথৌ কিয়াম্ববু মোইরাং নিংথৌ শংদেন লাইনাও তাবগী মফমদা থাদুনা চংজরক্লবা হায়হনলুই। মোইরাং নিংথৌনা কিয়াম্বগী মফমদা য়াম্না থৌনা ফবগী মওং উৎতুনা চংজরকউ য়াখিদে। চঙজরক্লবা হায়বা য়াদবদগী মোইরাং নিংথৌগী মথক্তা লান্তারম্মী। মোইরাংগা মৈতৈগা ইথাইদা অকনবা লান শোক্লরম্মী। মোইরাং নিংথৌ লান্দা মায়য়োক্লবা ঙমদবদগী মচা ইবুংঙো কোংয়াম্বগা, চীংখুবগা অনিবু পুদুনা থাংজিং চীংদা কাদুনা লোৎখি। লানঙমদুনা মোইরাংগী লান্দা হৈশিংবা খম্বাশেন্দাং, খম্বা লারাক, অতোংহৈবা, থৌকা নাহাবা, অঙৌরোক্কী অয়াংবনচিংবা য়াওনা লানফা ১০ ফাদুনা পুরক্লগা অৱাশঙ্ (জেল) দা থম্লম্মী।

মোইবাংগী লান লোইরবা মতুংদা খুমনগী ঙকচাও থেকপা লমহেনববু লাক্শিন্নবা খুমন নিংথৌ কোক্পগী মথক্তা লান্তারম্মী। মৈতৈ লাম্মীগা খুমনগা নুমিৎ ৫নি তাক্নাখাদা অকনবা লানশোক্লরম্মী। খুমনবু মায়থিবা পীদুনা মখোয়গী লুচিংবা খুনু মানপা সাকপতোন চাজাহৈবা, লালুফাবা, হাওরৈনুৱা, অমুনলমজেনবা, চৈখৎ য়াংবা অসিনচিংবা খুমন লানফা ২০ ফারক্লম্মী।

মৈতিংঙুনা খুমন অমসুং মোইরাংবু খক তাথি তাওইনা তৌগে খনখিদে। মখোয়গী অচাওরম কাবা লিচৎনা লৈপাক্কী চৎন লমদাংদা কাইরকপা অদু চুমথোক্ল বা অমদি হৌখিবা মপুথৌশিংনা কায়দনা চৎনরকপা ফম্বাল তোংবগী চৎনবী অদুবু তাহন-খংহন্নবা থবক লৌখৎপনি। খুমন অমসুং মোইরাং লানফাশিং অৱা শঙদগী পুথোক্তুনা মায়চৌ নোদংম্বা মরু নমপোন অমসুং মাকলং অনিনা লৈপাক মীয়াম অমদি অঙম অথৌ তিনলিবশিংগী মমাংদা খুমন অমসুং মোইরাং লানফাশিংদা হৌখিবা মপুথৌশিংনা চৎলম্বা ময়ুম ৭কী চলম লুতিন অমদি খোইয়ুম লাইগী চৎলম লুতিনবু পাদুনা তাহন খংহনলম্মী। হৌখিবা চৎন লুতিন তারবা মতুংদা খুমন অমসুং মোইরাং অনিনা মখোয়না চৎকদবা চৎলম পুম্বা ঙাকপা ঙমজরগনি হায়জরম্মী। অদুদগী মৈতিংঙুনা খুমন অমসুং মোইরাংগী লানফাশিংবু অৱাফমদগী কোক্পিদুনা ময়ুম খুমন অমসুং মোইরাংদা হনলনখিরম্মী।

মৈতিংঙু ইরেংবনা হাওলৈমা তমহৈবীগী মফমদা মতম কুইনা মচা উবা ফংদ্রবদা চীংদাই নিংথৌ খানিংবগী মমোম হাওলৈমা পীদোনুবু লুহোংদুনা লৌরম্মী। পীদোনুনা খমলাং পামশাবা পোকই। মতুংদা মৈতে লৈমারেন হাউলৈমা তমহৈবীনা মচা ইবুংঙো লোয়য়ুম্বা পোকই।

মকু ইবুংঙো [১]চীংদাই নিংথৌ খানিংবনা মমাক্ নিংথৌগী কোনুংবু ঙাক্ শেন্নবা মপাঙ্গল কনবা, মথৌনা লৈবা, শাদা লান্দা হৈশিংবা নিপা ৩০বু খন্দুনা কোনুংদা শঙলিংদুনা থমলম্মী। অদুদগী কোনুংদা হাও মচা লোইশং লিংবা হৌখি। মোইরাংনা চরৈ নমখাং ফিবান্দা হুইয়া চনবা অমা শাদুনা মৈতিংঙুদা কৎলদুনা মোইরাংগী য়াইফনবা নিজরম্মী। মৈতিংঙুনা মোইরাংনা লোঞবা ফিবান্দা হুইয়া চনবা অসিদি নয়ুম মোইরাংগী ওইঙমজৌ হায়না মোইরাংদা পীবীখি।

হৈক্রু হিতোংবা হৌবা -

মৈতিংঙু ইরেংবনা ইপুথৌ পাখঙববু সাইবা কাংথক্তা মেন তোংহন্দুনা ইরাৎ থৌনি তৌদুনা হৈক্রু হিতোংহন্দুনা মিকোল থাগোনলম্মী। লোয়ননা মায়কৈ ঙাকপা উমংলাই ৯বুসু ইরাৎ থৌনি পাংথোকলম্মী। মৈতিংঙু ইরেংবনা চহী ৯০ নিংথৌ ওইদুনা লৈপাক্ ঙাক্লম্লগা খৃ: ১০৭৪ দা তাইবংপানবু থাদোক্কুনা লাইরমলেন্দা তিনখি। মৈতিংঙুনা নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা মৈতে লৈমরেন হাওলৈমা তমহৈবীনা লাইরেন মৈতিংঙুগী শক্তম্মু মনাও কবুই হাওচোং নংমুচাবু শাহনলম্মী। পামেল কুরাউ উনা মৈতিংঙুগী শক্তম মান্নবা শাহনববু চেংলৌ শক্তম্মু মানবা ঙমদ্রে। ইবেম্মা লৈমারেন্না অদোন খোইরিশুম্বা (খোইরুনা মিতম লাক্পা) শিন্নাইববু কৌদুনা মিতম লাক্কুনা লাইরেন মশাবীগী চেংলৌ মশক মান্না কোরিনা হৈদুনা শানবা শিন্নরম্মী। অদোন মনাই শিন্নাইবনা লাইরেন মৈতিংঙুগী চেংলৌ শক্তম্মু কোরিনা হৈদুনা মান্নবা শারম্মী। মৈতিংঙু ইরেংবগী চেংলৌ শক্তম্মু মান্নবা শাবা অদুদা লৈমারেন হাওরৈমা তমহৈবীনা পেন্জরম্মী।

---

*[১]**চীংদাই নিংথৌ খানিংবা :** খুমন নিংথৌ থিংকোল লিকমাবনা মুংবী লৈমাগা য়োইরুমলেন খোংলৈ শাংবীগা অনি অসি লৌরম্মী। মুংবী লৈমনা কোক্পনে; খল্লাংবনে, নিংথৌখোংনে, য়াইথিংবনে মচা মরি অসি পোকই। খোংলৈশংবীদি মচা পোক্খিদে। কোক্পনা খুমন নিংথৌ ওইখি। খল্লাংবনা চীংদাই হাওদা কাদুনা হাও ওইখি, মহাক্না মচা খানিংবা পোকই। খানিংবনা চীংদাই নিংথৌ ওইখি। মহাক্না মমোম হাওলৈমা পিদোন্নু পোকই।*

# ২০শুবা
## মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বা
## (খৃ: ১০৭৪ - ১১২২)

মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বনা খৃ: ১০৭৪ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বনা নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা মোইরাংগী উরা কোংয়াম্বা, চীংখুবা মচিন মনাও অনি অসি মৈতিংঙুগী অচেৎপা মনাই ওইনা লৈরম্মী। মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বনা ফম্বাল তোংনবা থৌরাং তৌদুনা লৈপাক্কী অঙম অথৌশিং কৌখৎতুনা লৈকাই মরি (৪) অসিগী মহুৎতা লুপ (পানা) শেম্লবা ৱা তান্নরম্মী। মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বনা মপুথৌ নাওফংবা (খৃ: ৪২৮-৫১৮); উরাকোন্থৌবা (খৃ: ৫৬৮-৬৫৮); নাওথিংখোং (খৃ: ৬৬৩-৭৬৩) মখোয়না চৎলম্বা লৈপাক্কী চৎনরোল, ৱায়েন-পথাপ, ফমলোন ময়াম অদু য়াম্না কুপ্না নৈন্নদুনা খংলম্মী । মদুনা লৈপাক ঙাক্পদা খুদোং চানবা হান্নদগী লৈরকলবা লৈকাই মরি (৪) অসিগী মহুৎতা লুপ (পানা) তরুক (৬) থোক্লা খায়দুনা ফমথৌ ফমলুপ হাপলম্মী। মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বনা শেমগৎলম্বা লুপ তরুক (৬) :-

(১) অঙৌবা লুপতি অঙোম্না চিংএ;

(২) লাংমাই লুপতি থৌচা লুপ (থৌজারুপ) লংমাইথেমনা লুপমা চিংএ;

(৩) শেল্লোয়লুপতি কোংজারুপ (কোংচালুপ) কোবম্না লুপমা চিংএ;

(৪) খুরাই লুপতি লোক্খুবা লুপনে, খুরাইনা লুপমা চিংএ, খুরাই ৱাৎলে খাইনৈএ, খাইজরুপ;

(৫) লৈচোন লাক্পা তোল্লোংখোম্বা লুপমা চিংএ চিংচালুপনে (চিংজারুপনে);

(৬) চহুই লৈরোংপাম্বনা লুপ অমা চিংএ। লুপ তরুক অসিনা পানা পাম্বোম ওইনা লৈপাক ঙাকলম্মী। লুপ শেম্বা লোইরদুনা মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বনা মৈতৈ লৈমারেন শুমলৈমাগা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী। মৈতৈ লৈমারেন শুমলৈমানা মচা ইবুংঙো লোইতোংবা পোকই। মতুংদা; মচা ইবুংঙো ফিশুখোং পোকই।

**চেঙজা নূঙ্গোইবী লাৎপা হৌবা -**

মৈতিংঙুনা ফম্বাল তোংলবা মতুংদা ফম্বাল লান তয়োন থাংদপূংদা তৌরম্মী। তয়োল থাংদপূংদা তারিবা মীওইশিং অদুগী মশক্ অদু য়োংমু য়োংশেন মান্লম্মী। লান ঙমদুনা শা-য়াই, লান-য়াই শেন-য়াই চেনবা চেঙজা নূংকোইবী কৌবা নূং য়াইওইবা অমা লোক্লকখি। চেঙজা নূংকোইবীবু কংলাদা য়ুংদুনা ইরাৎ থৌনি তৌদুনা লাৎলম্মী।

মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বনা চনু নিংঙোল ময়াম তিনহন্দুনা লমতা থাগী থানিন তরামঙানি পানবা (১৫) অহিংদগী হৌদুনা অহিং অহিং লাইকৈথেল কাবা নুমিৎ ফাওবা পুক্লিং হরাওনা ঔগ্রি শক্তুনা হাংগেল চোংনা নোংতম মপা মপুরেন (নিংথৌরোন) মতিক্ মঙানবু শক্তুনা পুক্লিং পোৎথানরম্মী। মতমসিদা শেক্তাদা ঙা থোক্উ থোক্পা, শা থোকউ থোক্পা, থুম থোক্উ থোক্পা ঙম্বা ফানয়াই অমা লৈরে হায়বা পাও তাদুনা মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বনা মনাই থাদুনা লৌহনলুবদা পীরক্তরে। মদুদা মৈতিংঙুনা শাওদুনা মবাই অঙোম নিংথৌ লাম্থাঙম্বা থাদুনা শেক্তাগী মথক্তা লাম্তাহনলি। লান ঙমদুনা শেক্তাগী লুচিংবা চক্পা তাও, অকোংতাও অসিনচিংবা মীওই তরুক (৬) ফারক্লম্মী।

হাওফু খুনলাক্পনা চহীগী লোইপোৎ কারক্তবদগী মৈতিংঙুনা মনাই থাদুনা লোইপোৎ থৌহনলুবদা পীরক্তবদগী ময়াম্না খমলাং পামশাবা থাদুনা লান শোক্ল হনলি। লান ঙমদুনা হাওকুরাংগা সনহিনবগা ফারক্লম্মী ।

মতম কুইনা লৈহৌ চীংনা লোইপোৎ কারক্তবদগী মৈতিংঙুনা মবাই অঙোম নিংথৌ লাম্থাঙম্ববু লৈহৌ চীংদা লোইপোৎ থৌবা থারম্মী। মল্লোই লৈহৌদা থুংলুবদা মলোইগী নিংথৌ খোমারেংবনা অঙোম নিাংথৌদা, মলোই লৈহৌগী লম্বু ওইরিবা, লৈহৌ খুন্দা লাক্পদি চাক্ লামলিরিনি অদুবু চাক্ চফু শৌদরি, ইৰান্দা খাবৈনা ওৎতরি। পান ফুংকদবসু পান তান্দরি। ৰাংলৈ য়ু (অতিংবা) খৌরাংলিগনি অদুবু ৰাংলৈ শেমদরি লোক্কী ঈশিং ওইনা থকলুরো। ফিগী লোইপোৎ লৌগে লাক্লবসু ফিগী ফিবান লোন্দরি ফিসু কক্তরি। অদুনা উগী মকু খোক্তুনা শেৎনরো। হুইগী লোইবু থৌগে লাক্পা ওইরগনা হুইগী মচা পোক্তরি, হুইকং অদু পুখরো। য়েনগী লোইহা লৌবা লাক্পা ওইরবসু য়েনমরুম কোক্তরি অদুনা পোন্দাই পুজখ্রো। মৈতিংঙুগী মনাই মল্লোই লৈহৌগী লম্বু ওইরিবা!

লাইরেন মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বদি য়েন্‌নাও মচা তানবা, ওকনাও মচা তানবদা লমচেন য়াংবনি, লোইবী চীং অৱাংবসু কাবা ঙমলোই, অঙম্বদসু লৈবা ঙমলোই হায়দুনা অঙোম নিংথৌ লাম্বুঙম্ববু য়াম্না উশিং থওইদনা করেম্নদুনা চাক্ পিজদনা, য়ু পিথক্তনা, লোইপোৎ পিদনা থারক্লম্মী। অঙোম নিংথৌ লাম্বাঙম্বনা কোনুং হেক্ য়ৌগা মল্লোই লৈহৌ নিংথৌ খেমারেংবনা চৎলক্‌পা লিচৎ, ঙাংলকপা ৱাঙাং পুম্বা তমলম্মী। উশিং থওইদনা তৌদুনা অঙোম নিংথৌবু চাক্ পিজরক্তবা, ৱাংলৈ য়ু পিথকরক্তবগী শাওদুনা মৈতিংঙুনা লুচিংদুনা মল্লোই লৈহৌদা লাম্তারম্মী। মল্লোই লৈহৌ খুনবু মাংতাকহন্দুনা লৈহৌ নিংথৌ খোংমারেংবা ফাদুনা পুরক্লম্মী। লান ঙম্বগী হরাওদুনা মৈতিংঙুনা লৈহৌদা ঔগ্রি শকলম্মী। লৈহৌ নিংথৌবু মতুংদা অমুক হন্না অকাইবা লিচৎ চৎতনবা তাকপিরগা মখুন্দা হনহলখি।

**শাগৈ পোক্‌পগী খুবমশিং লিংখৎপা হৌবা -**

মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বনা ময়ুম ময়ুমগী / শাগৈ য়েক সলাইগী য়ুমখাইখিবা পুম্বা কৌখৎতুনা ময়ুম য়ুমখাইবা শাগৈ খুদিংগী পিবা অমমম হাপ্পুনা ময়ুম ময়ুমগী শাগৈ পোক্‌পা খুবম লিংখৎহনলি। পিবা অদুনা নাওদাবা য়ুমখাইবা মশিং খংনবা য়ুমলেন নাওদা য়ুমখাইবা শাগৈ পুয়া, ময়ুম শাগৈ খুদিংগী পুয়া ইবা হৌহনলম্মী। মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বনা খ: ১১১০ শ: ১৩৩২ দা লাংশঙ্‌দা ফমদুনা লৈপাক্ অসিদা লৈরিবা য়ুম্নাক শাগৈশিংবু, লাইশঙগদবা য়ুম্নাক্, চীংশিং শঙগদবা য়ুম্নাক, মাইবগী মসিন তৌগদবা য়ুম্নাক, মাইবনা লাৎকদবা লাই, মাইবীনা তৌগদবা মশিন, মাইবনা তৌগদবা মশিন, নিংথৌনা লাৎকদবা লাই, ফি শাগদবা য়ুম্নাক, নিংথৌগী ফি শাগদবা য়ুম্নাক, লং মচু শংগদবা য়ুম্নাক, য়ুম্নাকশিংগী মথৌ মশিন খাইদোক্না য়েনথোক্তুনা মাগী মাগীমশিন্দা থোইদোক্ হেন্দোক্না হৈথোই শিংথোইবা খুৎলোইবা ওইহল্লি।

মৈতিংঙুনা মশিন য়েনথোক্তুনা লাইবু শংহনবা অমসুং লাইথৌ তৌহনবা য়ুম্নাকশিং :

লাইশংবা য়ুম্নাকশিং :

| | য়ুম্নাক | | লাইমমিং |
|---|---|---|---|
| (১) | হৈরোম্না | - | মৈরৈমা শংই |
| (২) | ইরোম্না | - | খম্লাংবা শংই |

| | | | |
|---|---|---|---|
| (৩) | সোরাম্না | - | কুশোই শংই |
| (৪) | হিদাম্না | - | য়িখি শংই |
| (৫) | শোইরেনশঙবম্না | - | সরারেন শংই |
| (৬) | নিংঙোলবম্না/নিংঙোম্বম | - | ঝাংকোল শংই |
| (৭) | শরাংথেম, লৈশাংথেম অনিনা | - | লম্মাবী শংই |
| (৮) | শরোংখাইবম্না | - | ফৌওইবী শংই |
| (৯) | পোংশংবম্না | - | সংলাংমৈ শংই |
| (১০) | মোইরাং পুখ্রম্বম্না | - | কুচু শংই |
| (১১) | অয়াম পুরোইচম্না | - | পুরোইলৈমা শংই |
| (১২) | শৌপাম্না | - | মরাউলৈমা শংই |
| (১৩) | হকব্রালথেম্না | - | লোয়য়ায়বা শংই |
| (১৪) | হৈস্নাম্না | - | পাম্ভোইবী শংই |
| (১৫) | খোইস্নাম্না | - | পেতংঙা শংই |
| (১৬) | হোইতোলকোক্পম্না | - | হোইতোল লাইরেম্বা শংই |
| (১৭) | তাইবংচম্না | - | লাইখুরেম্বী শংই |
| (১৮) | কোম্থৌচম্না | - | হুইমুলৈমা শংই |
| (১৯) | অশাংবম্না | - | লাইনাওতাবী শংই |
| (২০) | অরাম্বম্না | - | শৌবোন লৈমা শংই |
| (২১) | য়েনখোম ফিশাবম্না | - | অব্রাংবা শংই |
| (২২) | চীংখ্বাম্না | - | নুংথেল লৈমা শংই |
| (২৩) | সিনাম লাইকাংবম | - | লাইয়িংথৌহনবা শংই |
| (২৪) | মোইরাংথেম্না | - | পুথিবা শংই |
| (২৫) | মংশাতাবম্না | - | পুরৈরোম্বা শংই |

| | | |
|---|---|---|
| (২৬) লংমাইথেম্বা | - | তেনলোংবা শংই |
| (২৭) ঙারংয়ালপম্না / ঙারিয়াম্বমনা | - | থোক্ঙাক শংই |
| (২৮) নাকলবম্না | - | চীংকোল নিংথৌ শংই |
| (২৯) খুরাইচম্না | - | চীংবাল লৈমা শংই |
| (৩০) মৈয়েংবম্না | - | য়াওরৈবী শংই |
| (৩১) য়েলখোম্না | - | চাখাবা শংই |
| (৩২) লৈশাংথেম্না | - | কৌবরেন শংই |
| (৩৩) নিংথৌজম্না | - | নুমিৎলৈমা শংই |
| (৩৪) পুলবম্না | - | কৌপারু শংই |
| (৩৫) চেংলৈ লাইশংবম্না | - | মারাচীং শংই |
| (৩৬) মোইরাংথেম্না | - | মোইরাং ফমতোম অরিবা শংই |
| (৩৭) কাংঙুজম্না | - | হোংনেম য়োইখুঞ্জাও শংই |
| (৩৮) নিংথৌজম্না | - | চীংঙা লৈমা শংই |
| (৩৯) থাওবিজম্না | - | য়ুমজাও লাইরেম্বা শংই |
| (৪০) চীংখাপম্না | - | হিয়াংথৌ লৈমা শংই |

চীংশাংবা য়ুম্নাকশিং :

| | | |
|---|---|---|
| য়ুম্নাক | - | চীংগী মমিং |
| (১) লুৱাংশংবম্না | - | লুৱাংচীং শংই |
| (২) চীংঙাখনবম্না | - | চীংঙা শংই |
| (৩) লোংচম, ফৈরোইচম্না | - | লাংচীং শংই |
| (৪) লংমাই য়ুম্বথেংনা | - | লংমাইচীং শংই |
| (৫) হয়মৌ খোঙ্তেকচম্না | - | হৈপোকচীং শংই |
| (৬) তেকচম্না | - | লাংকোন চীং শংই |

**মাইবগী মশিন তৌবগী য়ুম্নাকশিং**

| | য়ুম্নাক | - | মশিন |
|---|---|---|---|
| (১) | অশৈবম্না | - | খোংহাম্বা |
| (২) | অরাম্বম্না | - | ঈরুবা |
| (৩) | লৈরোংচম্না | - | লৈকনলে |
| (৪) | তোইবীচম্না | - | থরাউচীং খোংবা |
| (৫) | অরূপম্না | - | অশেং অরু তৌবা |
| (৬) | লৌরেম্বম্না | - | য়ুমুচাও চেঙ কাপ্পা |
| (৭) | শিনাইপম্না | - | লৈরেন লৈচাও শাবা |
| (৮) | কোনশাপম্না | - | লোললৈ লুথক শাবা |
| (৯) | অহৈপম্না | - | পুখম নাতি হৈবা, |
| (১০) | হিশাপম্না | - | ফানশাং, লৈমাই শাবা |
| (১১) | থাঙ্শাপম | - | থাঙশাবা |
| (১২) | ফৈরোইজম্না | - | লপত্রে য়ানবা |
| (১৩) | মোইচম্না | - | মোইরিক শাবা |
| (১৪) | লৌখাম্না | - | মৈবা চিংবা |
| (১৫) | মোইরাংথেম্না | - | হিরি খোংশাৎলক্পা |
| (১৬) | মাইমুরাম্না | - | মাইসু তোমশেন লাৎপা |
| (১৭) | তাইপঙচম্না | - | অতাই পুরি থোক্পা |
| (১৮) | মাইবা লৌশি থিয়াম্না | - | শিংকাইহনবা, মং চঙ্বা |
| (১৯) | নাহাকপম্না | - | মৈবা চিংবা |
| (২০) | খুবাথৌবম নাহাকপমসু | - | মৈচা চিংবা |
| (২১) | মৈহৌবম্না | - | মৈ চিংবা |

(২২) মৈফুরাম্না - মৈ কাম্বা
(২৩) নাওকল সংপম্না - নাও শংবা
(২৪) অপুচম্না - নাওফম পুবা
(২৫) তোক্‌পম্না - লৈপাক তৌবা
(২৬) তোকপুরম থাংশাবম্না - লৈথোনবা
(২৭) তৌরেম্না - অয়াং তৌরাংবা
(২৮) ওরেইপম্না - অঙাং লৌবা
(২৯) লৈশাংথেম্না - অব্রাং লমকুম্বা
(৩০) পুকয়ু হৌবম্না - চুমি লৌবা
(৩১) বাংখেম্না লোংচম্না - লোঙ্‌পাইবা
(৩২) ঙাখেম্না - ঙামি কৌবা
(৩৩) লাংকোলচম্না - মাংচিংবা
(৩৪) লাংতেম্না - লানচৈ হুনবা
(৩৫) লাংকম্বম্না - লালচৈ য়ানবা
(৩৬) থোকপম্না - ফেংকা থিংও
(৩৭) লাইতোনচম্না - অয়াং চংবা
(৩৮) শিঙ্‌খাঙপম্না - শিঙ্ খাঙ্‌বা
(৩৯) অতোম্না - শারৈ থেম্বা
(৪০) য়ুরুবম্না - লাল হোসবা
(৪১) ময়াংলমপম্না - শামি কৌবা
(৪২) খুমনলমপম্না - শায়া কোৎচংবা
(৪৩) লাংহৈপম্না - লাংশেম্বা
(৪৪) তৌমোম্না - তৌ য়ৈখাইবা
(৪৫) হাওমুকপম্না - ফক শাবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| (৪৬) | মাতোকপম্বা | - | তৌফাক শাবা |
| (৪৭) | খোইরিশুম্বম্বা | - | খোইরিফিশাবা |
| (৪৮) | খোইরিয়ানপম্বা | - | খোইরি ককপা |
| (৪৯) | লাইরেনচম্বা | - | ফিমু শুবা |
| (৫০) | ফৌপিচম্বা | - | লা খাংবা |
| (৫১) | লিশম্বা | - | লি শাবা |
| (৫২) | লৈশাৱোলবম্বা | - | চফু শাবা |
| (৫৩) | য়েলৱাম্বা | - | য়েন পুশিনবা |
| (৫৪) | ঙানুকাপ্পম্বা | - | ঙানু পাইবা |
| (৫৫) | খুয়োলথেম্বা | - | হামেং পুসিনবা |
| (৫৬) | ৱোক্রমবম্বা | - | ৱেক/ওক পুশিনবা |
| (৫৭) | য়েলখোং | - | তম্বা |
| (৫৮) | পাংখাইচমপম্বা | - | শাপৈ য়েংবা |
| (৫৯) | অকুৱামপম্বা | - | শিংপাই তম্বা, উচেক খোন তাবা |
| (৬০) | মাইপম, অফ্রামপম্বা | - | মৈপা তম্বা |
| (৬১) | চাপুংপম্বা | - | চাকইলবা |
| (৬২) | অহোংশাংবম্বা | - | অহোং অচাও তম্বা |
| (৬৩) | ৱালেপম্বা | - | ৱা লাংপা |
| (৬৪) | মাইপম্বা | - | চুপ শাবা |
| (৬৫) | চাকফিয়াম্বা | - | চকখি, লাইশম থাবা |
| (৬৬) | ঙাঙোম্বা | - | কোনয়াই হনবা |
| (৬৭) | য়েলকোকপম্বা | - | য়েরুম থাবা |
| (৬৮) | খুমুচম্বা | - | কৈ ৱারকপা |
| (৬৯) | নিংথৌচম্বা | - | খুরেক হাইখোং য়াইখোম লাংপা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| (৭০) | লোইচায়াংবম্না | - | চিংফৌ লাৎলো |
| (৭১) | অয়াংপম্না | - | তরেৎ চিংবা |
| (৭২) | নুংগ্রাইচম্না | - | ৱাংলেন পূংকাইবা |
| (৭৩) | লাইরেলপম্না | - | লাইখুন লাৎপা |
| (৭৪) | অকরাম্না | - | মেরা শাশেন্বা |
| (৭৫) | ৱাকোংথেম্না | - | ৱাতোন, উতোন, ৱাকলয়াই লাৎপা |
| (৭৬) | অখাম্না | - | কোকই |
| (৭৭) | মিয়াৎপমশম্না | - | পুংলাৎলে |
| (৭৮) | সাথোকপম্না | - | শেৎথোকপা |
| (৭৯) | শারোৎখাইপম্না | - | শেৎথোক্পা |
| (৮০) | হয়িংথেম্না | - | মচুম নপ্পা |
| (৮১) | খাইথেম্না | - | হকচাং খাইবা |
| (৮২) | হকৱানথেম্না | - | হল ফাদোক্পা |
| (৮৩) | হনোইবম্না | - | হল নোইহৎপা |
| (৮৪) | পুরোইচম্না | - | পুরোই পারোই থোপথিলবা |
| (৮৫) | লুৱাংচম্না | - | লুশেংবা |
| (৮৬) | অমাকচম্না | - | লিরুং তেন পাইবা |
| (৮৭) | শারুবম্না | - | লুশাংবা |
| (৮৮) | নারুম্বম্না | - | নারুমবা |
| (৮৯) | খুমুরোংনা | - | নোংশাবা |
| (৯০) | লুচামবম্না | - | লুচাম্বা |
| (৯১) | মংসংপম্না | - | মাংশাবা |
| (৯২) | ৱাংলেনবম্না | - | পূঙথিলবা |
| (৯৩) | কাব্রমবম্না | - | লৈশৌপুং লাৎপা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| (৯৪) | শেরাম্না | - | ঙৌতোং লাংপা |
| (৯৫) | শমপাল তরম্না | - | নোঙশিং লাংপা |
| (৯৬) | সথানথাম্না | - | মলমলল লাংপা |
| (৯৭) | শঙাই কাপ্পম্না | - | পুংদোইবা |
| (৯৮) | থোঙক্রোমপম্না | - | উক্রোং লাংপা |
| (৯৯) | কোন্থে নাকথিংমাইনা | - | লাই চুপশাবা |
| (১০০) | শৌক্রাকপম্না | - | শাফু ৱানলোং শাবা |
| (১০১) | খরিপম্না | - | য়ুহি য়েনবা |
| (১০২) | লৈয়ুশুংবম্না | - | য়ুরোলবা |
| (১০৩) | মোরিনা | - | লৈতাইবা |
| (১০৪) | ঙাসেপ্পম্না | - | ঙাশেম্বা |

**মাইবনা লাংপা লাইগী মমিং অমসুং শিন্থাশিং -**

| | মাইবগী মমিং | | লাংপা লাইগী মমিং |
|---|---|---|---|
| (১) | থিংনোং চাওরোং মাইবনা | - | লাইয়িংথৌহনবা লাংলি |
| (২) | তম্পাক মাইবনা | - | লাইয়িংথৌহনবা লাংলি |
| (৩) | খাপা লাংথংচা কাবা ৱামাইবনা | - | নাওহল অহন লাংলি |
| (৪) | জকোই ৱা মাইবনা | - | খমলাংবা লাংলি |
| (৫) | কৌবা মিয়োম্বা মাইবনা | - | কৌপারেল লাংলি |
| (৬) | লাংমৈ অমাইবনা | - | চাকাপা লাংলি |
| (৭) | থোংনাং কাইপিয়াং মাইবনা | - | মুৱা নিংথৌ লাংলি |

মৈতিংঙু লোয়য়ুম্বগী স্না হাক্তক অসিদা ফিশা লোনশাগী শিনফম অসি য়াম্না চাওখৎলে। স্না হাক্তকসিদা তোঙান তোঙানবা ফি মখল অসি কুম্না মরি/মঙা (৩৪/৩৫) দগী তাদনা লৈরে। হায়রিবা ফি মখলশিং অসি তোঙাল তোঙালবা য়ুম্নাক শাগৈদা শাহনলি। অমনা অমগী মশিন্দা লামশিন্দুনা শিন শুহনলমদে।

তোঙান তোঙানবা য়ুম্নাক শাগৈদা তোঙান তোঙান্না শাহনখিবা ফিশিং :

| | | | |
|---|---|---|---|
| | য়ুম্নাক | - | শাখিবা ফি |
| (১) | থিংঙুজম্না | - | মুংফি শাই |
| (২) | লাইরেনলাক্পম্না | - | লাইফি শাই |
| (৩) | কম্বম্না | - | ব্রানা কাতং ফি শাই |
| (৪) | চকপা থিয়ান্না | | ফিরেন শাই |
| (৫) | চক্প্রম্না | - | ফিরেন শাই |
| (৬) | কোংবচম্না | - | লাংতোল ফি শাই |
| (৭) | থোংকাপম্না | - | য়াইরোংফি শাই |
| (৮) | খুমনলমপম্না | | চাম্মি ফি শাই |
| (৯) | হাওখোম্না | - | তোংকাপ ফি শাই |
| (১০) | শলাচিবম্না | - | নৈরুম ফি শাই |
| (১১) | লাইশ্রামপম্না | - | শারোং ফি শাই |
| (১২) | ব্রাহেংবম্না | - | কুমফি শাই |
| (১৩) | কবাচম্না | - | থানা ফি শাই |
| (১৪) | অপুচম্না | | ফিরোই ফি শাই |
| (১৫) | হাওদৈজম্না | - | হৈকোই ফি শাই |
| (১৬) | থোইদিংচম্না | - | শিংকন ফি শাই |
| (১৭) | থোংপম্না | - | লাইয়েক ফি শাই |
| (১৮) | কোংবম্না | - | পুমফি শাই |
| (১৯) | চীংঙখম্না | - | কাবাং ফি শাই |
| (২০) | থৌদাম্না | - | ভরাউ ফি শাই |
| (২১) | থিনপম্না | - | পুমথিং ফি শাই |
| (২২) | তাইপংচম্না | - | ফিমুয়েক পাংয়োংফি শাই, |

| | | | |
|---|---|---|---|
| (২৩) | য়ুমলেমবম্না | - | নোংফি শাই |
| (২৪) | ৱোথিবম্না | - | খুনুং মুসমফি শাই |
| (২৫) | খোইরিসুম্বম্না | - | খুনুং চমখনফি শাই |
| (২৬) | য়ুম্নাম্না | - | চীংখোং ফি ফিমু শাই |
| (২৭) | খোইম্নাম্না | - | ফিমু লানফি শাই |
| (২৮) | শিংখাংবম্না | - | খুনুং মথং ফি শাই |
| (২৯) | চীংঙা খমপম্না | - | কোরৌ ফিঙাং শাই |
| (৩০) | ৱাংপচম্না | - | সঙমু লাংমুফি শাই |
| (৩১) | থাংবাং শাপম্না | - | থাংলি ফি শাই |
| (৩২) | সাক্লাম্না | - | খঙ্গা ফি শাই |
| (৩৩) | অহোংশাংবম্না | - | খুৎশু লিখোং লিবু লোলবা শাই |

মৈতিংঙু নিংথৌনা শেৎনবা ফিনা, নাওম ফিশাবা, য়াংনুফি শাবা হৈসু নহা ফিশাবা, খোইরিয়ান ফিশাবা মখোয়শিং অসিনা শাহনলি। ফিশিং অসি শাবদা চংগদবা মচু মখলশিং অসি অমুক অতোপ্পা য়ুম্নাক্ শাগৈদা মশিল পিদুনা মচু মখনশিং শেমহনলি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| | লংশংবা য়ুম্নাক | - | মচু |
| (১) | অকাংচমপ্না | - | লৈরেন খোইপাক লৈ শংই |
| (২) | চিংখামপম্না | - | চাঙশাং মুয়ুমলৈ শংই |
| (৩) | য়িরোইবম্না | - | তলা উরিরোম মাকে মৈরি মচলবু শংই |
| (৪) | ফিশাবম্না | - | লোইরং হাওচু লৈবু শংই |
| (৫) | খুমলথেম্না | - | হিকোক নানৌ লৈপু শংই |
| (৬) | য়িপুশাংবম্না | - | চীংয়া নাপু লৈবু অমসুং তাউচিং হৈত্রোই লৈবু শংই, |
| (৭) | বুশিযাপম্না | - | ৱানা কাতাং মানবা শংলেন য়াইচু লৈ শংই। |

মৈতিংঙু লোয়যুম্বনা লাংশঙদা ফমদুনা লুপ তরুক (৬) খাইদুনা ফমলুপ হাপলম্বা, লোয়ন্না যুম্নাক্ ময়াম অসিগী তোঙান তোঙানবা মশিন য়েম্থোক্তুনা মশিল শুহনবা, উমংলাইশিংগী ইরাৎ থৌনি, লাইথৌ তৌনবা মশিন য়েনলম্বা মাইবা, মাইবীগী, মা মাগী মশিন্ পিদুনা ইবা পুয়া লাইরিক্ অদুবু মৈতিংঙু লাইযিংথৌ লোয়যুম্বগী কোলোয় মিংলেন লৌদুনা লোয়যুম্বা শিনয়েন কৌনা মমিং থোনলম্মী। মৈতিংঙু লোয়যুম্বনা লৈপাক্কী ব্রায়েন থৌদা খুদোং চানবা লাইফম পানাগী মখাদা পুখ্রনবা, শঙলেন লাক্পা, হিয়াংলোই হঞ্জবা, লমমৈলাক্পা, লৈচোন লাক্পা খুম্থোংহনবা কোনশংহনবা, হিচাপাহন্বা হায়রিবা ফম নিপাল (৮) অসি নৌনা শেমগৎতুনা লৈহনলি।

অহল্লুপ পানাগী মখাদা, খ্বাইরাক্পা, হিয়াংলোই হঞ্জবা, ফমথকচা, য়েনখ্রেনহনবা, ওক্রন হনবা, য়িরাৎ লাংবা, সিনাই হনবা, ফিশাহনবা ফম নিপাল (৮) অসি লৈহনলি।

খাবম পানাগী মখাদা ব্রাংখৈরাক্পা, নোংথোনবা, শঙলেন লাকপা য়িমিংলোই হঞ্জবা, উমু খুনলাকপা, কৈক্রন হনবা, খুৎহৈ হঞ্জবা থাংশা হনবা ফম নিপাল (৮) অসি লৈহনলি।

নাহালুপ পানাদা য়াস্কুল লাক্পা, অহৈবা হঞ্জবা, হুইরোই হঞ্জবা, চোংখল হন্বা, নাইখুলাক্পা, হুইত্রোল হনবা, লাইফ্রাকপা, নাকপা লাক্পা ফম নিপাল (৮) অসি লৈহনলি।

মীওইবনা লমদা তুদা থবক ইনখাং চৎথোক্ চৎশিন্ তৌবদা থা অমগী মনুংদা থবানগী মতুং ইন্না অব্রাংদা, খাদা, নোংপোক্তা, নোংচুপ্তা, মৈরমদা, চীংখৈদা, মোইরাংলাইচি অমদি কৌব্রু মায়খৈদা চৎপদা অফবা, ফত্তবা, পক্লবা, থাবান য়েংদুনা চৎপা হৌরম্মী। নুমিৎ তরেৎ (৭) নিগী মনুংদসু নুমিৎকী মতুংইন্না মায়কৈ কদোমদা চৎলগা পাক্লাবা, অফবা ওইবা অমদি মায়কৈ কাদোমদা চৎপ্লা পক্লদবা ফত্তবা হায়বনচিংবগী থাবান, নুমিৎ, লেপথোক্তুনা মৈতিংঙু লোয়যুম্বনা লৈপাক মীয়াম খংনা লাওথোক্তুনা চৎনবা হৌরম্মী ।

মৈতিংঙু লোয়যুম্বনা লৈপাক্ অসিদা অনৌবা চাওখৎপগী খোংথাংদা লৈপাক মীয়াম্বু মাগী তোপ তোপ্লা, তোঙানবা মশিন য়েন্দুনা অমানা অমগী মশিন্দা লামশিনহন্দনা শিনশুহন্দুনা লৈপাক ইংনা চিক্লা নুংঙাইনা পানলম্লগা খৃ: ১১২২দা নোঙ্গাখি। নিংথৌ ওইনা চহি ৪৮ পানলম্মী।

# ২১শুবা

## মৈতিংঙু লোইতোংবা

## (খৃ: ১১২২ - ১১৫০)

মৈতিংঙু লোইতোংবনা খৃ: ১১২২দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মৈতৈংঙু লোইতোংবনা ইবেন্মা মৈতিংঙু লৈমারেন শংলৈমা পাম্নরম্মী। মৈতৈ লৈমারেন্না মচা ইবুংঙো অতোম য়োইরেম্বনে, হেমতৌ ইব্রানথাবনে, সাথানানে মখোয় অহুম (৩) পোকই। মৈতিংঙু লোইতোংবনা ফম্বাল লাল লোংপোকলম ঈরিল তুরেল মরুগী মপান্দা তাবা শিনাম শংকোন তেংবারেঙবগী শঙ্ফমদা চংতুনা লাল শোক্লরম্মী, লাল ঙমদুনা লোইপোৎ য়াম্না খোমলকখি। লাল অদুদা শিনামগী লুচিংবা নাওখোংতোন তোনবু নাওখোংচা, অতোন নাওশিংবা অমসুং কোক মরেং হিনাউবা অসিনচিংবা মখোয় ১০ ফাদুনা পুরকখি।

**কাং শান্নবা হৌদোকপা -**

মৈতিংঙু লোইতোংবনা লাইনিংথৌগী মফমদা কুম অনৌবা হৌগদবা নোংমা ব্রাৎলিঙৈদগী হৌদুনা কুম অনৌবা হৌবা শজিফু নোংমা পানবা নুমিৎকী অয়ুক ফাওবা মনা মশিং ইনশাং নাপী, হৈ-লৈ, চেংহৈ চেংকৎতুনা লাক্লিবা অনৌবা চহিগী য়াইফ-নুংঙাইনবা পুকম থৌনিজে। লাইনিংথৌগী মফমদা কৎচবা ইনশাং-নাপী, মনা মশিংবু মথেল মকোই ময়াম থোংদুনা হাববু হাওমনখিবনা, খব হেন্না চাশিনখিবনা পূক য়াম্না ব্রাইচিন্দুনা হায় হুম্বদা নুংঙাইবমদে। ব্রাইচিনবা অসি খরা য়াংনবা হায়দুনা নোংথোল তেংমাই থিনববু মনাই মশন পুম্বগা লংমাইচীং (নোংমাইচিং)দা হৌবা কাংলিদা পানবা কাংবু হেকহনলুই। লৈপাক্কী য়াইতোং খমতোংবা অঙম্বা ময়ামগা ম্না শঙ্গাই মাঙ্গোলদা কাংগী মহৈনা লৈমাইথক্তা কাংখিন অমা থম্লগা অতোপ্পা কাং মহৈ অমবু খুংয়াইগী খুতোন্দা ওইগী খুবী, খুতোম্বী, খুৎয়াই অহুম্না চপতুনা পাইরগা য়েংকী খুৎয়াই অদু লোংনা থেক্তুনা কাং মহৈ অদুবু কাপ্পুনা মাংদা খিনবা কাংখিনবু পানবা তান্নদুনা শান্নরম্মী। অসুম্না শান্নবা অসিদা হকচাং ব্রাইচিনবা খরা কোমদুনা ম্না হকচাং য়াংনা নুংঙাইরে। মৈতিংঙু লোইতোংবনা, ঙসিগী শান্নরিবা অসিবু কাং মরুনা থরো থবো ওন্দুনা তান্নরগা শান্নবা কাং থরো ওন্দুনা শান্নবা 'কাং' কৌরসি হায়না কৌরম্মী। চহি খুদিংগী কুমহৌ নুমিৎতা চারু থকলুবা তুম্নবা মতম অসিদা লেপ্পুনা শান্নসি হায়না

লেপলম্মী। অসিদগী হৌদুনা লৈপাক্ অসিদা কাং শান্নবা মশানা অসি হৌরকখি। নোংচুপ মায়কৈদা পানবা পাংঙন (বঙ্গাল) লৈপাক্তা শান্নবা খুংবু মৈতৈ নহাশিং থাদুনা লৌইনলুরগা খুং শান্নবা লৈপাক অসিদা হৌদোক্লম্মী।

খৃষ্টব্দ ১১২৭ তা মৈতিংঙু লোইতোংবনা মোইরাং নিংথৌ [১]উরা কোংয়াংবগী মনাও ইবুংঙো চীংখুবা মথংখনবনা খুমন্ মচা মচিন মৌপ্পা খম্বা-খমনু অনিবু তাথি তাওইনা তৌবগী পাওবু তারম্মী। ময়ুম খুমন পূংদা মচিন মৌপ্পা অনিনা চৎখিদ্দুনা মপা পুরেম্বনা থৌগলম্বা মপুদি মচিন মৌপ্পাগীসু শেন্নীবা থৌগনগদবা মপুনি হায়না খন্দুনা মপা মপুনা চৎলম্বা ফজবা লমচৎ কায়দনা লৈজবা মচিন মৌপ্পানি। থোংলেন, চাওবা অনিদি মথৌনা ফবা ৱায়েন কারন থাদবা মমিং চাওনা লৈরবসু করিগী ৱায়েন অরানবা অচান মীরাই খায়না থৌপুবা য়াওবা। হৌ কেকে মোইরাং অসিদা ৱায়েন থৌদানা থৌপুরিবা অসিদি লোইশঙ নাইদবা ময়াম্না থৌগনবাগুম থোক্লিবা অসিদি ৱায়েন থৌদা অসি খুৎথিংজিন্দুনা য়াম্না চুমথোক্নিংলম্মী। অদুবু মরম চাদনা ঙমই হায়দুনা হোক্তা খুৎথিংজিনবসু তৌনিংলমদে। মোইরাং নিংথৌগী অশোইবা, অরানবা, অচেংবা মতমবু য়েংদুনা লৈরম্মী। অসুম্না অশোইবা, অরানবা য়েংদুনা লৈরিঙৈদা থাংজিং লাই হরাওবগী মতম ওইরদুনা মৈতিংঙুবু তাক্লমদনা থাংজিং লাই হাওরম্মী। মৈতিংঙু তাক্লমদনা থাংজিং লাইবু হরাওখিবা অদুদা হান্নদগী খম্বা-খমনুগী নুংঙাইতনা লৈরিঙৈদা অমুক্তা হেন্না শাওরম্মী।

মৈতিংঙুনা অঙোম নিংথৌ মরিংঙম্ববু মোইরাং নিংথৌ উরাকোংয়াংবগী মফমদা থাংজিং লাই হরাওবা তাক্লক্তবগী মরম্বু খংনবা থারম্মী। মোইরাং নিংথৌ উরাকোংয়াংবনা অঙোম নিংথৌ মরিংঙম্বগী মফমদা খম্বা-খমনু অমসুং নোংবানগী মরম পুম্বা শেংনা তমদুনা খংহনলম্মী। ৱায়েল থৌদা চুমথোক্পা ঙমদবা অসিনা মরম ওইদুনা কংলৈ পিবা মৈতিংঙুনা মথৌ মঙম থৌপুবা ঙম্বা অমা থমলগে হায়না হায়রক্লদ্রা হায়না খঞ্জদুনা মৈতিংঙুবু তাহন খংহন্দনা ঙম্বা মখৈ মনুংদা থৌশিন্দুনা মতম খরা ৱারক ৱাতেমদুনা য়েংখিগে খনলিঙৈদা কুমজা অসিগী হরাওবা মতম্না লাক্খ্রবনা খুয়ৌনখিবদগী থাংজিং লাই হরাওবগী লৈকৎচদবনি। ৱায়েন থৌদা কারন অসি খংখ্রগনি হায়বগীদমক্তা লৌনম্বা নচ্চদে অদুগা মপু মশক খংদবসু নচ্চদে। মোইরাং নিংথৌ উরাকোংয়াংবনা হায়রকপা ৱারম অঙোমনিংথৌ মরিংঙম্বনা মৈতিংঙুগী স্ন খুয়াখাদা পাওতমলরে।

[১]*উরা কোংযাংবা :- মোইরাং নিংথৌ উরাকোংয়াংবগী অতোপ্পা মমিং অমনা উবা লাইচিংকু তেলহৈবা। লাইচিংখু ঙাঙোই চীংখু তেলহৈবা হায়না কৌই।*

মোইরাং নিংথৌ উরাকোংয়াংবনা মনাওইবুংঙো চীংখুবগী মায় য়েংদুনা লৈঙাক্পা অসি তোইরবগী অহন মতম ওইরবা থোংলেন, চাওবা অনিনা খাংবা ঙমলক্ত্রদুনা মোইরাং নিংথৌগী পুক্লিংসু খংলদুনা লোৎনা ব্রা তান্নরগা মোইরাংগী ব্রায়েল অকাইবা চৎলম চুমথোক্পীনবা লাইরিক পাও (চিঠি) ইদুনা মৈতিংঙুগী মফমদা মী থাদুনা পিহনলম্মী। মৈতিংঙু লোইতোংবনা চাওবা, থোংলেন অনিনী লাইরিক পাওবু তারবগা মৈতিংঙুনা লাইরিক পাও মরোল অনি থোক্লা ইদুনা মোইবাং নিংথৌ উরাকোংয়াংবগী মফমদা পীরম্মী । মদুদি, হৌ কে কে নয়ুম লমদা মোইরাং নিংথৌ ব্রায়েল থৌপুবা কয়াগুবগে, ব্রায়েন থৌপুবদা মতিক মঙম চাদ্রবদি, মতিক মঙম থৌপুবা ব্রায়েন থৌদা পুবা ঙমগদবা মীওইদা নিংথৌ খুবম শিন্নদুনা ফম কুমনবা তৌ। নত্রবদি কংলৈ পিবা কুমলক্লুনা মোইবাং ব্রায়েন থৌপুরেনি । মোইরাং নিংথৌ উরাকোংয়াংবনা মরাই লুক্লা মনাও ইবুংঙো চীংখুবা মথংখনবদা, মৈতিংঙুনা ইনাওদুসু লাইরিক পাও অমা পিদুনা থৌদালকলি হায়না পীরম্মী। লাইবিক মরোন্দি ময়ুম মোইরাং চীংখুবা কেকে মোইরাং লমসিবু নয়াম্বনা পান্বরা, চীংখুবা নংনা পানবরা, কংলৈ পিবা ইরু মাইথোবদি নয়াম্বা উরাকোংয়াংম্বনে, অদুবু নংনা ব্রায়েন থৌপুরে হায়বা তাবে নংগী ব্রায়েন চুমথোকউ। অচান মীরাই খাইগনু, ঙম্মি হায়দুনা মপানা মচাবু য়েংশিনবা চৎলম্বু থাদোক্উ। উরাকোংয়াংম্বনা মনাও ইবুংঙো চীংখুবদা, মমা মপা লৈত্রবা খম্ববু অব্রাবা তানবা শিনবা অদুগা মরাল লৈজদবী ইমোমবু কবো শেনবী পুংদা থাবগী পাওবু তাবনা ব্রারম অসি হায়রকপনি। মরম অদুনা কবো শেনবী পুংদগী ইমোম লাংলেন লৌখৎলো, মতিক মঙম মথৌনা লৈবা, থকশি - খাশি হৌনা লোন্চৎ চংখোনবা থিদুনা লুহোংলসি হায়রম্মী । মনাও ইবুংঙো চীংখুবনা মী থাদুনা মমোম থোইবীবু লোইদগী লৌখৎলুরে। মোইরাং নিংথৌ উরাকোংয়াংবনা মোইরাংগী অঙম - অথৌশিং, লাইফম খাফমগী লুচিংবা, ঙাংঙৌ লাক্পা হামুরাবা, ওকচিন লাক্পা শংদোল মায়খু, লুব্রাং মনাইগী নুংবাল চাওবা, থোংলেন হয়িংখোইচা অথৌবা পুন্নমক্ তিন্নদুনা থোইবী লুহোংবগী ব্রা তান্নরম্মী। খোইরেনতাক্তা লৈবা কৈবু খম্বগা নোংবান অথা কোংয়াম্বগা অনিগী মতিক য়েংনা কৈবু ফাহনলসি, মতিক্ মথৌনা লৈবা কৈবু ফাবা ঙম্বদা ইমোম থোইবীবু পীরসি লেপ্পরম্মী । খম্বা, নোংবান অনিবু নুপা থৌদাং য়েংনা কৈবু ফান্নবা খোইরেনতাক্তা থাজিনলম্মী। নোংবান্না হান্না কৈ ফাবা চংবদা কৈনা চিক্লুনা শিরম্মী, খম্বনা কৈবু ফাদুনা থোইবীবু লুহোংদুনা লৌরে। লোয়ননা মোইরাংগী চৎলম অকাইববু চুমথোক্লম্মী।

খম্বা থোইবী লুহোংদুনা লৌনা লৈনদুনা লৈরবা মতুংদা খম্বা থোইবীগী মফমদা ওম্থোক্পা লাইবক থিবা থৌদোক্ অমুক থোক লক্কম্মী। থোইবী নুপী ওইবীগী লমচৎপু য়াম্না চেক্শিন্না ঙাক্লা চৎচবা মৱা মপুরোইবদগী হেন্না অতোপ্পা অমগী মফমদা মিৎয়েং কারন থাদবী নুপী অমনি। নোংমা খম্বনা থোইবীবু নুংশি চাংয়েং তৌবদা অতোপ্পা নুপা ওইরবোই নিংদুনা খম্ববু টানা থিন্দুনা হাৎলম্মী। খম্ববু টানা থিন্দুনা শিরবদা থোইবীসু মতোমতা থাংনা থিনজিন্দুনা শিজরম্মী। মৈতিংঙুনা খম্বা শিবগী পাওবু চীংখুবা মথংখনবগী খুচিন থৌরাংনা শিবনি হায়না তারম্মী। মসিদা মৈতিংঙুনা মোইরাং অসিদি থকশি খাশি লৈতবা লম্নি, মোইরাং নিংথৌ উরাকোংয়াংবা, মনাও ইবুংঙো চীংখুবা মচিন মনাও অনি অসি ৱারকহৌদবা য়াদে হায়দুনা ঈশিংগী লম্বীদা হীগী লানমী, কংফালদা শগোল- তোংবা অমসুং খোংমী লান্নীবু মৈতিংঙু মশামক্লা লানচিং পুবেন ওইদুনা মোইরাংগী মথক্তা লান্তাদুনা মখক মখা ওন্না চাইখাইরম্মী। উরাকোং- য়াংবা, মনাও ইবুংঙো চীংখুবা মচিন মনাও অনিদি চেনখদুনা লোৎখ্রে। মোইরাং নিংথৌ মচিন মনাওবু থিবা য়াবা মখে থিরে, থিবা ফংদবদগী স্না কোনুংদা হনলক্লে। মতুং খরা লৈরগা চীংখুবনা মৈতিংঙুগী মফমদা ঙক্লা চরৈ ফিবু য়েৎতুনা অমুক হন্না মোইরাংদা লৈঙমজনবা নিজরম্মী। চীংখুববু নুংশিনা সনা নাক্তা থম্বীরে। মতুং নুমিৎ খরা লৈরগা খম্বা শিখিবা অসি চীংখুবা খেলেম্বগী খুজিন থৌরাংদগী শিখিবা নত্তে হায়বা অশেংবা মরম খংবদগী চীংখুববু অহনগী মতম ওইরক্লে, পুন্সি পিখমনরমদাইদা মোইরাং নিংথৌ অমুক্তং ওইজরসনু হায়দুনা মোইরাং নিংথৌ হাপ্পুনা নিংথৌ ওইহনলম্মী। চীংখুবনা নিংথৌ ওইবা মতমসিদা মোইবাং নিংথৌ উরাকোয়াংবা শিখ্রে। মৈতিংঙু লোইতোংবগী স্না হাক্তক্তা মুগাগী ফিশাবা অসি য়াম্না চাওখৎলে। মৈতিংঙু লোইতোংবনা নিংথৌ ওইদুনা চহি ২৮ পানলম্লগা খৃ: ১১৫০ দা নোঙ্গাখি।

-)০(-

*খম্বগী মপা মপু - খুমন নিংথৌ য়োইথোংঙাই পুন্সিবনা কাইবৈমা পান্নদুনা হাওরম অহনবা, হাওরম নিঙ্গোই য়াইমবা, হাওবমতোন যাংবা কায়বা অহুম্মা পোক্ই।*




(+) নুপানি।

(•) নুপিনি।

*লিক্লাংগী রাহৌদগী হাওবমতোন্না ময়াম্বা খ্বায়গী অহন হাওবম অহনববু মওক্তা থাঙনা য়ান্দুনা হাৎলম্মী। অদুদগী হাওরম নিঙ্গোই য়াইমনা নহাক্লা কবিসু লৈতবা লিক্লাং অসিগীদমক্তা ইয়াম্ববু হাৎতোক্লবনিনা ঐবুসু নঙনা নোংমা শোয়দনা হাৎলবা য়াই, ঐদি নঙবু কিরে। নহাক্লা খুমন্দা নিংথৌ ওইহৌরো হায়দুনা ময়াম্বা হাৎপা থাঙ অদু পুরক্লগা মোইরাংদা চৎতুনা শিনতাংলগা লৈখিরম্মী।*

*N.B. হাওবমতোন্না ময়াম্বা হাওবম অহনববু য়ানখিবা থাং অদু মোইবাং ফাইরেনবমদা লৈরি।*

## ২২শুবা
## মৈতিংঙু অতোম য়োইরেনবা
## (খৃ: ১১৫০ - ৬৩)

মৈতিংঙু লোইতোংবনা নোঙ্গাখিবগা মচা ইবুংঙো অহন অতোম য়োইরেনবনা খৃ: ১১৫০ দা নিংথৌ ওইখি। মৈতিংঙু অতোম য়োইরেনবগা, মনাও ইবুংঙো হেমতৌ ইৰাস্থাবগা য়াম্না থিনা য়ান্নরমদে। ময়াম্বনা নিংথৌ ওইবদগী হেমতৌ ইৰাস্থাবনা খুমন্দা চংজদুনা লৈখিরম্মী। মৈতিংঙু অতোম য়োইরেনবনা নিংথৌ ওইনা পানলক্পা চহি ১৩ শুরকপা মতমদা হেমতৌ ইৰাস্থাবনা নোংথোন তেংমাইথিনবগা লোৎনা খুশিন থৌরাং তৌদুনা মৈতিংঙুগী মথক্তা লান্তাদুনা নিংথৌ খুবম মুনখিরম্মী। মৈতিংঙু অতোম য়োইরেনবগী মনাই মশনশিংনা লান তৌনদুনা ফম্বাল তোংনবা তৌসি হায়জরম্মী। মৈতিংঙুনা নিংথৌ খুবম থোইনা হেন্না পামশিনবা তৌরুদে। নিংথৌ খুবমগীদমক্তা মচিন মনাও লান শোক্লসি য়াখিদে। লৈপাক্ অমদা নিংথৌ অনি থোক্না পানবা পামদে অদুনা ইনাওনা নিংথৌ খুবম লৌহৌরসনু হায়দুনা মচা ইবুংঙো তৌরেনখুবগা, তৌরেনহনবগা লোয়ন্না খুমন্দা চৎতুনা লৈখিরম্মী। মৈতিংঙু অতোম য়োইরেম্বনা চহি ১৩ নিংথৌ ওইদুনা পানখি ফম্বানদি তোংখিদে।

- ) ০ ( -

## ২৩শুবা
## মৈতিংঙু হেমতৌ ইৰাস্থাবা
## (খৃ: ১১৬৩ - ৯৫)

মৈতিংঙু হেমতৌ ইরান থাবনা খৃ: ১১৬৩দা নিংথৌ ওইখি। মৈতিংঙু হেমতৌ ইৰাস্থাবনা লিনাশুরোন্ খুরোইঙম্বীনে, অঙোম চনু হেমখুঙম্বীনে অনিমা পান্নরম্মী। মৈতে লৈমারেন লিনশুরোন খুরোইঙম্বীনে, মচাইবুংঙো, খুবোম্বনে, থৰাস্থাবনে,

নিংথৌপোংনাওতানে, মেনসনানে মখোয় মরিমা (৪) পোক্ই। অঙোমচনু হেমখুঙম্বীনা চক্লাই হেমখু ঙম্বা পোকই।

নোংমা মৈতিংঙুনা ইরোম মৈজ্রাওদা শাতান্বা চৎলম্মী। মৈতিংঙুনা শঙাই অমবু টানা লংদুনা পানলম্মী। অশোক্পা শঙাই অদুনা টাবু চেন্দুনা পুখিরম্মী। শাগী খোংগুন লিদুনা কোইথি থিববু শা ফংদবদগী স্না কোনুংদা হনলকলম্মী। খুমন মচা ঙাথিবা, শিংথিবা কাংবুনা মৈতিংঙুগী টানা পানবা শঙাই অদু লৈতাং য়ুমোইকোল লালোই পাওবিতেক্তা তুদুনা লৈরম্ববু থেংনরম্মী। শঙাইদ্রবু পুরক্কুনা খুমন নিংথৌ পুন্সিবদা কৎলম্মী। খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা টা অসি মশক খংব্র হায়না খুমন শিংথিবা চৎপা, থবক শুবা চৎপা, ঙাফাবা চৎপশিংদা হংবদা কনা অমতা খংদ্রে। কোন্নথংদা খুমন য়োয়রেনহনবনা (পাখঙ্লাক্পা) টা অদু মশক খংই, মৈতিংঙু হেমতৌ ইরাঙ্গাবনা খুমন্দা লৈরিঙৈদা য়াংমিৎ, শিঙ্মিৎ ঐনা লোনবীখিবনি হায়রম্মী। খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা মৈতিংঙু ইরান থাববু নুংশিদুনা মৈতিংঙুনা শা তানবা চৎলবসু শা-য়াই কনসনু, হুইয়েন লান্তারবসু লান-য়াই কনসনু হায়দুনা য়াইফনবগীদমক্তা শঙাই অদুবু ইরাৎনরম্মী। মৈতিংঙুগী য়াইফনবগী ঈবাৎপা পাওবু খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা মনাই থারক্কুনা মৈতিংঙুগী মফমদা তমলরম্মী। মৈতিংঙুনা খুমন পাও পুরকপদা হায়রম্মী ঐবু য়াইফনবগীদমক্তা শঙাইবুদি ইরাৎনরে, হায়বা তারে অদুগা ইখুৎশু টিমেন টাবুদি করিগী ঈরাৎনবদা য়াওবনো হনবীরকউ হায়না খুমন মচা পাও পুরকপদা পাওখোলবু শিরম্মী। খুমন নিংথৌনা হরাও হরাওনা টাবু হনখিরম্মী। মৈতিংঙুনা টিমেন টাগী য়াংমিৎ তত্তববু তৎলক্লে, খুরেন য়াইফ মহুম কেন্দববু কেনলক্লে, মরুং কুমদবা মখোক্সু কুমলক্লে, টাচিন শোক্তববু শোক্লকলে, কায়রক্লে, হায়দুনা খুমন নিংথৌ পুন্সিবু য়াম্না মপুক তাথিন্না শাওরম্মী। টাগী মওং মতৌদা কাইরকপা অসিদগী মৈতিংঙুনা শাওদুনা মাগী খোংনেৎ হি "কক্চিংঙম্ববু" তোংদুনা খুমন্দা লান্তারম্মী। খুমন লমগী উচিরাদা মৈতিংঙু হেমতৌ ইরাঙ্গাবগা খুমনগা অকনবা লান শোক্লরম্মী। মৈতিংঙু হেমতৌ ইরাঙ্গাবনা খুমন নিংথৌগী লৈমারেন হোংনেমজম নিংঙোন্না লৌকুম্বা য়েংলম্ববু হাৎলগা মকোক্ লৌরম্মী। খুমনশিংনা মৈতিংঙুদা হোংনেমজম নিংঙোলগী তাংজা লুরেন অদু হনবিরক্লবা লাউদুনা হায়জবা থওইনা তাবিদনা লুরেন অদুবু পুদুনা কোনুং তম্না হি হোন্দুনা কারকলে। মৈতিংঙু হেমতৌ ইরাঙ্গাবনা খুমন্না হায়জবা পুম্বা তাবিদ্রবদা খুমন মচাশিংনা য়াম্না নুংঙাইতনা নিংবা কাইনা তাকশি শোন্না লাওরকলম্মী, নহালঙৈ খুমন

ইরমদমদা খুমন চাক্ চাদুনা লৈরম্বনিকো ! হুইদ্রুগুম্না (অপিকপা পাম্বী অমা) নপোক চাউনা খুমন্দা ইয়ু থক্লুনা নাপিগুম্না নেমথনা (তোন্দুনা) খুমন খাদা লৈরম্বা নত্রা ? হে মৈতিংঙু নুমিৎ ৫নি শুবদা য়াউরৌ হৈতুপান্ তৈরাং লাককমপোংদা নিপা থৌদাং চাংয়েংননা টিমেন টাবু চাইনসি হায়রমলগা খুমন মচাশিং তাকশি শোন্না শোন্না খুমন পূংদা হনখিরম্মী ।

নুমিৎ মঙানি (৫) শুবা নুমিৎতা খুমন লানলোই পুম্নমক্না হৌরক্লুনা খুত্তা মতিক চাবা থাং - টা, খুৎশু-খুলাই পাইদুনা কম্থি থোক্লা য়াউরৌ হৈতুপুপান্দা মৈতিংঙু হেমতৌ ইৰাম্থাববু লান শিংনদুনা লৈররে। মৈতিংঙু হেমতৌ ইৰাম্থাবগী মফমদা মী থারক্লুনা হৈতুপান্দা লাকউ নিপা থোক্লা, নিপা থৌদাং য়েংনা চাইনসি হায়ররে। মৈতিংঙু হেমতৌ ইৰাম্থাবনা য়াম্না মরৌ তৌনা হৈনা-শিংনা পাউখুমখি। ইদাইরেম নোংথোন তেংমাই থিনবা খাবমলাক্পা শিরে, অদুনা মপান থোক্পা য়াদ্রি, মথৌ মঙম তৌদুনা খুঙ্গং শিন্না পাওজেনদরি । মরম অসিনা মৈতৈনদি মপান থোক্লা, শিংয়ানবা, ইফানবা চৎহৈদে মথৌ মঙম শুহৈদ্রি নুমিৎ মঙানি (৫) ফাওবা ঙাইয়ু হায়খিরম্মী। মতমসিদা মৈতিংঙুনা খুমনশিংগা লানথেংন্নবা লানগী লানচং লানওং শিনতোক্লম্মী । লংমাইথেম্বা লুকোক্ ৰাহেংশুচা, খম্লাং অশেংখুবা, অশেংহনবা থাংৰাই লিক্শিংশুবা, নঙনা হাওশিংগী লম্বুগা লোয়ননা নখোয় মরি (৪) মক্তি খা পাংবা মায়কৈগী হৈরাংখোং পাম্বাখোং, খোংচা পুম্বনা পূং ওইনা থোনবা লমদা লান চংলকউ । খুমন হাওচা লাপাম্বা নঙ্না লা থাবা লমদগী লান চংলকউ, ইংপেন তৌপাম্বা নঙ্না তৌরিঙ্কোন্দা অৰাং মায়কৈদা খুমনবু তুংদগী খোমগৎলকউ। লাইরেন ঐনা ৰাইশেন পুলৈপান ঙাংচা চৈহুললমদা লান্দারক্কে । লানগী লানওং লানচং শিন্দোক্লবা লোইরদুনা ৰাইশেন পুলৈপান ঙাংচা চৈহুললমদা লান্দারম্মী ।

খুমনশিংদি নুমিৎ ৫নি শুদ্রিবা ফাওবা লাল তৌরকলোই হায়দুনা য়াম্না কোমথোক্লা টাগী টাখোকপু ঈশিংদা চামদুনা মতমগী খোংলৈ য়েংনা চাক্ চাকয়োম থোক্লিঙৈ মৈতিংঙু হেমতৌ ইৰাম্থাবনা কোইশিন্দুনা খুমন পুম্বা লাঙ্গোই চনলম্মী। ইখং খংহৌদনা লাম্তাশিনলকপা অদুনা খুমন্ লানলোইশিং করি অমতা তৌবা ঙমহৌদ্রে। খুমন মচা খরনা মিরৎ নারৎ য়েংদুনা চেনববু তান্না তান্নদুনা হাৎপা য়াবা হাৎলম্মী। খুমনশিংনা উপাই লৈত্রদুনা মৈতিংঙু হেমতৌ ইৰাম্থাবগী ময়াম্বা মৈতিংঙু অতোম য়োইরেনবগী মচা তৌরেনখুবা, তৌরেনহনবা অনিবু মঙক

কক্তুনা হাৎলে। মচিন মনাও অনিগী মঙক কক্পা অসি খুমন খুরাইজম চানা মৈতিংঙু হেমতৌ ইৱাঙ্থাবগী মফমদা লাওদুনা হায়রকই। লাইরেন নঙ্গী নচা নশুনি, লাইরেন নঙ্গী নয়েল্লু (নচা ননাও) তৌরেন খুবা, তৌরেনহনবা মঙক ককলবনি। হৌনবী লোইনরকপগী পাও তমদুনা লানফমদা শিবগী মমিং থারুরো হায়না লাউরমলগা খুমন খুরাইজমচা চেনখ্রে।

মৈতিংঙুনা খুমন লমগী লম্বু ওইবা, মথৌ পুবশিংদা হায়রম্মী, মাগী মচা মনাওনি হায়রবদি ফুমকি মখাদা ফুম্বা য়ারোই, লুখা থাবসু য়ারোই, মকোক্ অদু য়েংদুনা মশক্ খংদোকউ। খুমন লম্বু ওইবশিংনা থি থিদুনা তৌরেনখুবা অমসুং তৌরেনহনবা মচিন মনাওগী মকোক্পু মশক্ খংদোকলম্মী। মচিন মনাওগী কোক্পু ফিনা য়োমদুনা পামেন উদা থাংফম হক্লা উদা য়ান্দুনা থনমলম্মী। য়াওরৌ হৈতুপানগী লানফমদা খুমন মায়থিরে, লান্দুদা খুমন লৌথাংচা, থিংবাই অমাকচাম্বা, তোন লৈচিন পাম্বা, কাইরেম্মা পোনচেংসুগী মচা অসিনচিংবা মীওই ৩০ রোম ফাহৌরম্মী। মৈতিংঙু হেমতৌ ইৱাঙ্থাবনা খৃ: ১১৯৫দা নোঙ্গাখি, চহি ৩২ নিংথৌ ওইদুনা পানলম্মী। মৈতিংঙু হেমতৌ ইৱাঙ্থাবগী স্না হক্তক্তা অসিনঙাই ফম লিংখৎলম্মী।

- ) ০ ( -

## ২৪শুবা

## মৈতিংঙু থৱানথাবা

## (খৃ: ১১৯৫ - ১২৩১)

খৃস্টব্দ ১১৯৫ দা মৈতিংঙু থৱান থাবনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। ইবেম্মা নোংপানলোন চকপ্রম চনু তৌকাইঙম্বী পান্নরম্মী। ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন তৌকাইঙম্বীনা মচা ইবুংঙো চিংথংলালথবগা, শুমলৈশুগা অনিমা পোকই। মৈতিংঙুনা ফম্বাল তোংলবা মতুংদা চীংশোং নিংথৌনা লোইপোৎ কারক্তবগী চীংশোংদা লান্তারম্মী। লান ঙমদুনা চীংশোং নিংথৌ লৈয়ু য়াংতপবু ফারকখি। চীংশোং লানগী মতুংদা মৈতিংঙু থৱাঙ্থাবনা কোইচীং কোইহৌদা

লান্তারম্মী, লান ঙমদুনা কোইহৌগী থৱা লানচেংশোই ফারকখি। কোইহৌগী অকনবা থৱা লানচেংশোই ফারকই হায়দুনা মৈতিংঙুগী কোলোই মিংলেনবু থৱাম্থাবা কৌখি। মৈতিংঙুনা থৱাম্থাবনা কোইচিং কোইহৌদা লান্তাদুনা থৱা লানচেংশোই ফাদ্রিঙৈদা মৈতিংঙুগী মিং "অয়াংবা শারিচোংবা" কৌরম্মী। মৈতিংঙুনা লেপ্পা লৈতনা লান তৌদুনা অৱাং লম ইরোংদা লান্তাদুনা নুরা নাউখোংসু, নাউখোংচাম্বা, কোম্থৌসু অসিনচিংবা ফারকখি।

মৈতিংঙু থৱাম্থাবনা অতোপ্পা লমগী লোন্ লমমিৎ-তুমিৎ, লম অদুগী চৎনবী মরম্লু মুন্না খংবা মীওইশিং সনা কোনুংদা থম্লম্মী। মৈতিংঙুনা লম অমদা করিগুম্বা থবক থৌরম থৌদা অমা শিন্নবা মতমদা লম অদুগী লোন লমমিৎ-তুমিৎ অমদি চৎনবী মরম্লু খংবা অখন্নবা মীওইশিং অদু থারম্মী। মৈতিংঙু থৱাম্থাবনা মাগী মনাই খুমনগী মরম্লু খংবশিং কৌশিন্দুনা খুমননিংথৌ অদোন পুন্সিবগী মমোম তাংজা শম ফবীবু মৈতিংঙুদা লুহোংনবা হায়জবা থাবম্মী। খুমননিংথৌ অদোম পুন্সিবনা মৈতিংঙুনা লুহোংনবা হায়জবা অদুবু হরাও হরাওনা মমোম তাংজ শমফবীবু থাজবা য়াবীরকলে। খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা মৈতিংঙু থৱাম্থাবগী মনাইশিংদা খুমন নিংথৌগী নুপী অসি অহন মতম ওইরক্লে অদুনা মৈতিংঙুগী মমোম তম্ফা রাংঙমলোনবু খুমন নিংথৌগী নুপী ওইরগে হায়জরক্লম্মী। মৈতিংঙুগী মনাইশিংনা মৈতিংঙু থৱাম্থাবগী মফমদা খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা মমোম তাংজা শমফবীবু হরাও হরাওনা থাজরকপা অদুগা মমোম তমফা রাংঙমলোনবু মাগী তালোই ওইজরগে হাযরকপবু তমলম্মী। মৈতিংঙু থৱাম্থাবনা মমোম তমফা রাংঙমলোনবু খুমন নিংথৌদা থাজবা যাবম্মী। মমোম মমোমবু লুহোংদুনা লৌনবা য়ানরদুনা খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা মমোম তাংজা শমফবীবু মৈতিংঙুদা মরান লুহোংদুনা থিনক্লে। মৈতিংঙু থৱাম্থাবনা মমোম তমফা রাংঙমলোনবু খুমন নিংথৌদা লুহোংদুনা থিন্নবা থৌরাং তৌরম্মী। চীংখৈ থানবীনা মপাইবুংঙোদা শেল্লোই নপাক অমা, লংমাই চীংশাং অমা, অৱাং লৌচীংখৈ, চীংখৈ লমনুংশি, শদু খেল্লোইচীং, থাঙ্তুপ লেংলোইপোক লিলপোপ নারেং হৌবা লংমাইচীং, নুমিৎ অরেম্বা পাল্লিৱাই অৱাং নুঙোই চীং নামুংববু নমোমগী লনউনবীরকউ হায়না নিজরম্মী। মৈতিংঙু থৱাম্থাবনা মমোম চীংখৈ থানবীগীদমক্তা লনউনবিবা য়ারে। নোংমাইচীং নপাক্ অমা মৈতিংঙুনা মমোমগীদমক্তা লনউনবিবা অসিদা মৈতিংঙুগী মনাই অশৈ ফমলেনগী অতোনবা মাঙন নোংবুখোক্ চকলাই ফান্দোল অতোনবনা নোংমাইচীং নপাক অদু লন উনবিদনবা থিংজরম্মী। নমোম তম্ফা রাংঙমলোনগীদমক্তদি সনা খাওচাও, লুপা খাওচাও হান্দুনা অউনপোৎ

শেন্না লনউবিসি। অৱাং কাইনৌ লৌচীংখৈদি কৈদৌঙৈদা লনউনবীরুগনু। নদাইরেম খুমন অসি লানপাম্বা, লম্বু কারাম্বনি। হয়েং করিগুম্বা মরম অমদগী খুমনগা মৈতৈগা লানতৌনরকপা মতমদা মখোয়না খুদোংচাবা লৌদুনা মখোয়গী অউন লমনি হায়রক্কনি। মৈতিংঙু থৱাম্বাবনা মনাই ফান্দোম অতোনবনা লনউনবীদনবা হায়জবা য়ারম্মী। মমোম তম্ফা চীংখৈথানবীবু কাইনৌ লৌচিংখৈ লনউবীদে হায়না ৱারৌগনু থেমজিনলম্মী। খুমন অসি লম করাম্বনি কাইনৌ চীংখৈ পুন্নমক খুমন মখোয়গী লমনি হায়খিগনি। ইমোমগী মিংলেনবু হয়েং চাদোন শুদোন্না কাওদনবা ইমোগী কোলোই মিংলেনবু কাইনৌ চীংখৈ লনউনথানবী মিংথোনলবনি হায়না মমোমগী মশমবু নানবিদুনা পাওমেলম্মী। কোন্না অসুম শমজিনলক্পদগী চীংখৈথানবী হায়দনা কৌনখি।

মৈতিংঙু থৱাম্বাবনা মমোম চীংখৈথানবীবু অওং অউন মতিকচানা তমদুনা খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিদা লুহোংদুনা থিনলম্মী। মতম অদুগী লুহোংবদা নুপানা নুপী ময়ুমদা চৎতুনা লুহোংবা অসি তৌনরমদে, হায়না শিংনবা য়ানরবা মতুংদা নুমিৎ অমা লেপ্লগা অওং অউন তমদুনা নুপা ময়ুমদা নুপী থিনবা অসি চৎনরম্মী। মৈতিংঙু থৱাম্বাবগা খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবগা মমোম মমোম পিনদুনা, লৌনদুনা ঙাই ঙাই ওইনা য়াম্না নুংশি চান্ননা পানক্লক্লে। খুমন নিংথৌগী মমোম ইবেম্মা তাংজ শমফবী লুহোংদুনা লৌবা মতুংদগী মৈতৈ লৈমারেন তৌকাইঙম্বী খরা মীরাই থোক্লকলে। মসিদা মৈতৈ লৈমারেন্না মপুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইরমদে। মৈতৈ লৈমারেন্না তাংজা শমফবীবু মতৌ করম্না স্না কোনুংদগী তাম্থোকখিসিগে হায়বগী ৱাখল খন্দুনা লৈরক্লে। নোংমগী নুমিৎ অমদা মৈতিংঙু থৱাম্বাবা লাংজেং থেনকারুবা চৎখিরম্মী। মতমসিদা খুমনচনু শমফবী মাঙ্গোন্দা লংচাক্ চাক্কুনা লৈরম্মী। মৈতিংঙুনা চৎথোক্খিগ্রিঙৈদা লৈমারেন তৌকাইঙম্বীনা মনাই শেনবী অকোংচনু অকোং লাংমৈশুগা তান্নদুনা লৈনাচোম শেমলগা তাংজা শমফবীগী মোন মখাদা লোৎনা থমলুরে। নাচোমগী লৈনা খরসু মালেম লৈমাইদা তাহনলম্মী। মৈতিংঙুনা লাংজেং থেনকারুবা হনলক্পা মতমদা লৈগী লৈননা ইমুংদা তাদুনা লৈরম্ববু থেংনরম্মী। মৈতিংঙুনা লৈগী লৈনা পাইনা খুমন চনুগী মফমদা হংলম্মী। লৈনা চাইনা তারম্বা অসিবু করিগী লৈনো? লৈরাং তারমলিবা অসি নঙনা চিনবগী লৈখাক্ অরেম্বরা ? মৈতিংঙুনা শাওনা হংবদুদা তাংজ শমফবীনা য়াম্না কিজনা, ঐনা চিনবগী লৈখাক্ অরেম্বা নত্তে, কদাইদগী শিংঙেন লৈনা চোইনা তারম্বনো, মাঙ্গোন্দা তরেং চাক্কুনা লৈবনা খঙজহৌদ্রে। খুমন চনুগী মোনগী মোনখাদা থল্লম্বা লৈগী নাচোম অদুসু মৈতিংঙুনা থেংনরুরে।

মৈতিংঙুনা খুমন চনু শমফবী, কনাগুম্বা অতোপ্পা নুপা অমগা লোৎনা নুংশিনরে, মপুক্ অনি লোংলে হায়না য়াম্না শাওরম্মী। শাওমনখিবনা নাচোমগী মরম থিদনা, লৈনাচোম লৈরম্বগীদমক্তা লৌবাই লেমফুদা তরেং য়োৎনা লেংদুনা হাৎলে।

মৈতিংঙুনা খুমন লমগী থৌপুবশিং কৌদুনা, ঙরাং লাংজেং থেনকারুবগী হনলক্‌পদা ইবেম্মা খুমন চনু তাংজ শমফবী অসি মশা ঙামদ্রদুনা লৈরম্মী। করম্বা লাইবু ওক্লরুবনো অহিং চুপ্পা কন্না হোৎনদুনা লাইকন্নববু লাইকন্নবা ঙমদনা শিরে। মপা ইবুংঙো খুমন নিংথৌ পুন্সিবগী লমদা চৎতুনা থিনবিরুরো হায়দুনা থিনহনখিরম্মী। মৈতিংঙুনা হান্না মনাই থাদুনা খুমননিংথৌদা, মৈতিংঙুনা লাংজেং থেনকারুবা হনলক্‌পদা তাংজ শমফবীবু অনা লাইওং খংদনা নাদুনা শিরে অদুগীবু অশিববু থিনলক্লে ওকলুলাও হায়দুনা পাও পিহনলুরে। খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবনা মমোম তাংজ শমফবীবু শিদুনা থিনলক্‌পগী পাওবু ফংবদগী মনাই [১]খাথা - লাইথাশিংবু থাদুনা মমোমগী অশিববু ওক্লুরে। খুমন নিংথৌনা মমোমবু কুদা হাপ্পা মালেম লৈপাক্ শিনা ফুমলম্মী। শিখিবগী কুমওন মতম ওইরদুনা মমোমগী শিখিবগী মথৌ মঙম পাংথোক্লুবা কু মনুংদগী মমোমগী কোক্‌লেনবু লৌথোক্লা চামথোক্ খোৎতোকতুনা শেংদোকপদা মৈতিংঙু থবান্থাবনা লবাই কোইরেন্দা তরেং য়োৎনা লেংশিনখিবা অদু থেংনরম্মী। খুমন নিংথৌগী মনাইশিংনা মমোম তাংজা শমফবীগী লবাই লেমফুদা লেংলম্বা তরেং য়োৎচৈ অদু লৌথোক্লুনা খুমন নিংথৌদা পীরম্মী। খুমন নিংথৌনা মমোমবু লবাই লেমফুদা তরেং য়োৎনা লেংদুনা হাৎখিবা, য়োৎচৈ অদুবু পায়না চীংখৈথানবীবু কৌশিন্না হায়রকই। নপা ইবুংঙো মৈতিংঙু থবান থাবগী শংলৌ মথৌরাং অসিবু নমিৎ থিৎনা য়েংহৌরো, হয়েং খুমন নিংথৌনা মিনময়ে, মীরাইরে হায়গনু। চীংখৈথান্‌বী নহাকসু ইমোম কোরৌ নোঙ্গাবা তরেং য়োৎ অনিনা য়োৎপি হুই থাবগুম য়ৈদুনা হাৎলগনি। চীংখৈথানবীনা খুমন নিংথৌগী মফমদা হায়জরম্মী, হৌজিক্তি ইচানুপা ইচানুপী পোক্‌লবীনি করম্না য়োৎপী হুইগা থানা শিও হায়রিবনো? অদোম পুন্সিবনা হায়রম্মী, ইমোম শিবগী তৌফম থোক্‌পা মথৌ

---

*[১] খা থা - খাবম পানা।*

*লাইথা - লাইফম পানা।*

*[২] হৈরেম খুঞ্জান - লুবাং পুন্সিবনা মতু ৯ পান্নরমই। মসিদা চীংনুং হাওনা চনুনা মচা নুপা লমচেং অহনবা, লোকহন অমদি লোকখু অহুম পোকই। লুমচেং অহনপনা খুনচাম ওইখি। লোকহন্না কামপোং লোকহন ওইখি, অতোনবা লোকখুনা কমপোং লোকখু ওইখি। খুনচামনা হৈরেমগী লমদা খুন্তাখিবদগী হৈরেম খুনচাম (খুঞ্জাম) হায়না কৌখি।*

মঙম লোইখিগে। চীংখৈথানবী নঙ্না য়োৎপী হুইগা থাববু কিরবদি লাইরেন নপা মৈতিংঙু থৱাম্থাববু খুমন ইপুংয়াইদা লাক্লবা থেমউ। খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা চীংখৈথানবীদা, ময়ুম খুমন পূংবু [২]হৈরেম খুঞ্জান্না উশিৎতে, খুমনবু মীথানদ্রে, খুমন্না খোং অমা তৌরবসু হৈরেম খুঞ্জানসু খোং অমা তৌই। খুমন্না পূং অমা থোনলবসু, হৈরেম খুঞ্জানসু পূং অমা হেক্তা মথোনলি। খুমন্না থেন অমা শেমলবসু হৈরেম খুঞ্জানসু থেন অমা হেক্তা মশেমই। হৈরেম করেচীংবু কনা কারগনো, হৈরেম লাল্লুম চীংবু কনানা তাল্লগবনো হায়না হুইয়েন লান শিংনদুনা লৈরে। নমাক্ খুমন নিংথৌনা হৈরেম খুঞ্জানবু পুন্না লান থেংমিন্নরুও হায়না নপাবুং লাইরেন মৈতিংঙুদা পাও চেনলু। মমোম ইবেম্মা তাংজ শমফবীগী শিখিবগী কুমওন ওনলক্পগী মথৌ মঙম তৌবা লোয়রদুনা মশানৌ চীংখৈথানবীদা মপাবুং মৈতিংঙুদা হৈরেম খুঞ্জানবু লান্তামিন্নসি হায়বা পাওবু থাহনলম্মী। চীংখৈথানবীনা শিবা কিজবদগী, মহাকপু খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা মমোম শমফবী হাৎখিবগী লমন খুমদুনা হাৎপিদনবগীদমক্তা মপাবুংঙো মৈতিংঙুগী মফমদা মী থাদুনা লান পাংবীনবা হায়জরম্মী। চীংখৈথানবীনা পাও চৎখ্রিবা মনাইশিংদা পাওমেনলম্মী, নমান খুমন নিংথৌ অসি অহন মতম ওইরক্লে, মপাঙ্গল শোনলে হায়দুনা হৈরেম খুঞ্জানশিংনা থওই উশিৎতনা মীথনদরে। নুমিৎ মঙানি (৫) শুবদা শোয়দনা হৈরেমদা লান্তাবীরকউ। লান্তারক্পা মতমদা হৈরেম করেচীং লানলুমথেন্দা কনা অমতা কাবিগনু হুইয়েন লান করেম্নবা যাম্না লৈ। খুমনগী পাও পুবশিং অদুনা চীংখৈথানবীনা হায়রকপা পুন্নমক মৈতিংঙু থৱাম্থাবদা পাও তমলে। মৈতিংঙু থৱাম্থাবনা খুমনগী পাওপুরকপশিংদা পাওহনখি। ইমান খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা ইমোম চীংখৈথানবীগদা পাও তমলুরো নুমিৎ মঙানি (৫) শুবগা হৈরেন করেচীং খুঞ্জান লানলুমথেন্দা লান্তারক্কে। খুমন মচা পাওখোনলোইশিং মৈতিংঙু থাৱাম্থাবগী লানপাং পাওবু পুদুনা খুমনপূংদা হনখ্রে।

মৈতিংঙু থৱাম্থাবনা লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংদা হায়রম্মী, ইমোম তম্ফা ৱাংঙমলোন চীংখৈথানবীগা খুমন নিংথৌগনা লান নেকলিবা অসিবু নহান্ ইশানৌ তাংজা শমফবীগী লৱাই কোইরেনথক্তা তরেং য়োংনা য়ৈদুনা হাৎখিবা অদুগী মখুৎথোক্লা লমন খুমগে থৌরাংবা মানলি। মৈতিংঙুগী চিংনবা ৱাখন উবদা লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংনা মৈতিংঙুদা মতিক্ মথৌনা ফুদোক্লা চিংনবীগনু হায়জরম্মী। মৈতিংঙুনা লানগী লানলোং শিনদোক্লদুনা নুমিৎ মঙানি (৫) শুবা নুমিৎতা হৈরেম খুঞ্জানগী মথক্তা লান্তাবা খোংশানলম্মী।

খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবনা মৈতিংঙু থৱান্থাববু লান লোইরগা হনলকপদা খুমন পূংদা কৌরগা হাংনবা থৌরাং তৌদুনা পোরম শিন্দোক্লম্মী। খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা খুমন খাথা লাইথাগা হিবু তোংদুনা হৈরেমদা লান্তামিন্নরগে। নখোয় খরা অমনা মৈতিংঙুগী তরা চাক্পু চানবা শাবু থোংদুনা য়ুবু থৌরাং তৌদুনা থমউ। নখোয় খরা অমনা টাবু লৈপাক্তা লোৎশিন্দুনা থম্লগা ঈশিংদা কুমদুনা মৈতিংঙুগী হিবু ওকউ। ক্লাকপা লিতোনপাম্বা নংনা তুরেন তুথুপ অমদা শিংঙুৎ শিংনাং ময়াম অমা পৈশিন্দুনা তুরেনবু ফৈনা থিংলগা মৈতিংঙুবু লেপ্লবা খামউ। চীংখৈথানবী নঙ্দি নপা মৈতিংঙুবু তুরেনগী লৈঙোই মুংবীথক্তা লেপ্তুনা, নমাক্ খুমন নিংথৌগা হৈরেম খুঞ্জান্দা লান্তারুবদি হকচাং য়াম্না ৱারমলিগনি, খুমন পূংদা (কোংনুং) চংলক্কুনা ঙাইহাক্ তল্লমখো হায়দুনা খামউ। মা মানা পাংথোক্কদবা থৌদাং পুন্না শিন্তোক্পা লোইরদুনা খুমন নিংথৌনা, খুমন অকন অথৌশিংগা লোয়ননা হৈরেম খুঞ্জানবু লান্তাবা লাকলম্মী। খুমন নিংথৌগা মৈতিংঙুগা থরৈ কোম্বীবা মহিথেন্দা (হিদেন্দা) লম ওক্লরে। ঙাইহাক পোৎথাবা ওইনা ৱারি শান্নদুনা খুমন নিংথৌগা মৈতিংঙুগা মখোয়গী হিগী মমিং হংনরম্মী। মৈতিংঙুগী হিগী মমিংদি "**কাবুই ঙম্বা শাজনফাবা সনা সাজন খোঙ্দাববু**" কোই হায়রম্মী। খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবনা মাগী খোংনেৎ হিগী মমিং "**লৈতাংফাবা চোংখুফাবা খ্রবুং লৈফাংবা**" কৌই হায়রম্মী। মৈতিংঙু থৱান্থাবগা খুমন নিংথৌগা পুন্না লাক্কুনা শেংকাই (শেকচাই) তোরৈদগী কাদুনা হৈরেম খুঞ্জাম লানলুমচীংদা লান্তারম্মী। মৈতিংঙু অমসুং খুমন নিংথৌ অনিগী অপুনবা লানচংদা হৈরেন খুঞ্জান কাইদুনা লানচেনরম্মী। হৈরেম খুঞ্জান লান্দা মায়থিরে, হৈরেমগী লান্মী অয়াম্বা শিরম্মী। হৈরেমগী লান লোইদুনা মৈতিংঙু সনা কোনুংদা হনলকলে, খুমন নিংথৌসু খুমন পূংদা হনখ্রে।

খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা লান চৎলমদাইদা শিন্দোক্লম্বা পোরমগী মতুং ইন্না মৈতিংঙুনা হনলক্পগী লম্বীদা মমোম চীংখৈ থানবীনা তুরেল লৈরাই লৈঙোইথক্তা লৈপ্লা মপাবুং থৱান্থাববু খামদুনা কৌরক্লম্মী। লাইরেন্ ইপা মৈতিংঙু লোইনাই থৱান্থাবও হৈরেম খুঞ্জান লান্তারুবগী হনলক্পদি স্না হকচাং অদু ৱাবনা চোক্থরমলগনি, তারা চাক্ চাবীখো, ৱাংলৈবু থকপিরখো। ইপা ইবুংঙোগীদমক্তা নমোম্না শা থোংদুনা লুকলেন শেমনা ঙাইজরি। নোংয়াই নমাক্কী লৈপাকনে, খুমন পূংনে ঙাইহাক্তং চংলক্কুনা পোৎথাবিরখো হায়না তাংজা মরৈতোন্না কৌশিনলি, শামু মখুৎনা মথবাক মপাদগী খৎতোরকই। মৈতিংঙু থৱান্থাবনা মনাইশিংদা, পোইরৈ লমদম অতাম্বদা ওংবী ইমোম চীংখৈথানবী মতম কুইনা

উনখিদ্রবনা তুরেল লৈঙোইথক্তা লেপ্তুনা কৌরকলিবা অসিবু হিবু মায়লৈনা হোনজিন্দুনা ঙাইহাক পনলুখিসি। খুমন পুম্বনা ওক্কদবগী ঈশিংদা কুমদুনা ঙাইরিয়ে। মৈতিংঙুগী মনাই তোংজেং নাওমৈ তারিয়া য়েল্লাংবনা মৈতিংঙুদা হায়জরকই, নমোম তমফা ৱাংঙমলোন্না তাংজা মরৈতোন্না কৌশিনলে, শমু মখুৎতোন্না চরৈ ফিবু নুংদা লোৎনা হৎথোক্‌রক্লে, পোৎথাবা ফত্তে। মৈতিংঙু থৱাম্থাবনা চীংখৈথানবীদা হায়রম্মী, নপন য়ুমদা হনবা থেংলে, খুমন ইমাক্ লৈপাক্তা পনলমলরোই, খুমন পূংদা কারমলরোই। মৈতিংঙুনা মমোম চীংখৈথানবীদা হৈরেম খোংঙা খোঙ্‌তেক্‌চা লান্দা থৌবগী তাংজা লুরেন তোনবু, খুমন পূংদা লেন্নজৌ হায়দুনা মমোম চীংখৈথানবীদা হুন্দুনা পীরমলে। মৈতিংঙুনা হিবু খোংলৈ থুনা হোন্দুনা লাক্লম্মী। মমোম চীংখৈথানবীনা তুরেন লৈঙোইথক্তা চোংদুনা কপহৌবদা নুংঙাইতদুনা মমোমবু লৌরুনবা মনাইশিংদা হায়রম্মী। মদাইরেম থুরাই নাহা ৱাইরংবনা মৈতিংঙু ইবুংঙো খুমনশিংনা লৈরাই মথক্তা অকনবা হুইয়েন লান্তারক্লে। অৱাং পাংনা হিবু কন্না হোনগৎলকপদা তুরেনবু শিংঙুৎ শিংনাংনা থৎতুনা থিংলমলে। শিংঙুৎ শিংনাংবুলৌথোক্তুনা হিগী হিরম শেম্বা হোৎনরিঙৈদা লোৎনা থুপ্পা লৈরম্না ক্বাকপা লিতোন পাম্বনা হিগী হিপান্দা পাইদুনা হিবু খাম্লবা হোৎনরম্মী। মৈতৈগী অথৌবা তারিয়া য়েল্লাংবনা উরদুনা মশম পাইনা চিংখৎলগা নৌনা হিপানগা পান্ননা মঙক অদু য়ৈথৎনা কক্‌তুনা পু রকলম্মী। মৈতিংঙু থৱাম্থাবা অশোই অঙাম য়াওদনা স্না কোনুংদা থুংলরে।

খুমনগী অঙম্বশিংনা খুমন নিংথৌদা চীংখৈথানবীনা মপাইবুংঙো থৱাম্থাববু মচিন্দদি কৌশিনলমগা চংলক্তনবা মখুৎনা খৎতোক্‌খিববু তমলম্মী। খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা চীংখৈথানবীনা মপা ইবুংঙোবু মরৌ তৌনা থাদোক্‌খিবা অদুদা হান্নদগী নুংঙাইতনা শাওনা লৈবদা অমুক্তা হেন্না অশাওবা ওইখ্রে। মমোম শমফবীবু হাৎখিবগী লমনবু মৈতিংঙু থৱাম্থাববু হাৎতুনা লমন খুমগে হোৎনববু অরেম্বা তাখ্রে। অশাওবনা থুমহৎখ্রবা খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা মমোম শমফবীগী লৱাই কোইরেনথক্তা য়ুংখিবা তরেং য়োৎ অদুমক্তা চীংখৈথানবীগী লৱাই কোইরেন্দা য়ুংদুনা চিংখৈথনবীবু হাৎলম্মী। মমোম শমফবী হাৎখিবগী লমন মৈতিংঙু থৱাম্থাবা হাৎতুনা শিংবা ঙমদবদগী চীংখৈ থানবীবু হাৎনা লমন শিংলে। খুমন নিংথৌগী মনাইশিংনা লাক্তুনা মৈতিংঙুদা হায়রম্মী, নমোম চীংখৈথানবী নহান লাইরেন মৈতিংঙুনা হৈরেম খোংঙা খোঙ্‌তেকচাগী তাংজা লুরেনতোনবু লৈবাই নুংবীথক্তা হুন্দুনা পিরম্বদা নমোম চীংখৈথানবী খংদুনা নবদগী অনা লাইকন্নবা ঙমদনা শিরে। অদুনা চীংখৈথানবীগী অশিবা মশা থিনগৎলক্লে। মৈতিংঙুনা চীংখৈথানবীগী অশিবা

মশা অদুবু মনাই মশন ময়াম থাদুনা ওকলুরে। মৈতিংঙু থৱান্থাবনা মমোম চীংখৈথানবী হৈরমখোংঙা খোঙ্‌তেকচাগী তাংজা লুরেন্দা খংদুনা নারগা শিবা নত্তে, খুমন নিংথৌনা মমোম শমফবীগী লমন খুমদুনা হাৎপনি হায়বা খংলম্মী। মৈতিংঙু থৱান্থাবনা মমোম চীংখৈথানবীবু মকোক মরু শেংনা শেংদোক্‌পীদুনা সনা লুপা য়োম্না পোৎলোইবীরম্মী।

মৈতিংঙু থৱান্থাবনা খুমন নিংথৌ অদোন্ পুন্সিবগী মথক্তা লান্তাদুনা চীংখৈথানবীগী লমন খুম্নবা, খুমন্না করি তৌরিবগে, খুমন্না করি ঙাংনরিবগে খংলুনবা মনাই মুতু য়োইমাচেংবু খুমন্দা থারম্মী। মুতু য়োইমাচেংনা খুমনগী অরোনবা অথুপ্পা পাওবু খংদোক্লবা নুপী শাদুনা খুমন নুপীশিংনা ঙা ফাবা মরক্তা ঙা ফাবা য়াওরম্মী। খুমন নুপিশিংনা ৱারি শান্নবা অদুদা য়াওশিন্দুনা খুমন্না থৌরাং তৌবা কয়াবু খংলম্মী। খুমন নুপিশিংনা ৱারি শান্নবদা তারকপা, হয়েং ইনুং ঙানলগা খুমন পুম্বা মঙাং নিংথৌ মচানিপা লাক্‌পদা লাননবা থোংগী পাম্বে শাগনি, ৱাইশেন পুলৈপান মরিন তেংগনি হায়বগী পাও মৈতিংঙুদা তমলম্মী।

মৈতিংঙু থৱান্থাবনা লানলোং শিনতোক্লদুনা খুমনগী মথক্তা লান্তাবা খোংশালম্মী। মশানৌ মৈতিংঙু চা মৈতাংফাবীচা হেপীখু তৌগাই ঙম্বনা লনফম য়েৎলোম চিংলে। অঙৌবা থাঙ্‌ৱায় খুঞ্জাম্বনা ওইরম লানফম চিংলে। লোইনাই ঙাংশিবনা য়েৎলোমগী লানফমগী মনিংদা খোম্নবা লৈরে। চকপা লম পিবা খনৌবা নুপুনম্বনা ওইরম লানফম নিংদা খোম্নবা লৈরে। খাংশুনাহা শারাক কনবনা লানফম ময়ায় চংনা খুমনগী অথৌবশিংবু ঙাইদুনা লৈরে। মুতু য়োইমচেংনা শাফি-লানফি শেৎতুনা খুমন মচাশিংনা মঙাং নিংথৌ মচানিপা লাক্‌পদা লান্নবা কোরি কোঙৌ চন্না শাবা থোংগী পাম্বে শেম্নবা, খুমন পুম্বা হৌদুনা থবক শুরিঙৈদা মখোয়বু উশিৎতনা মীথাদনা লানথেমলুরে। মুতু য়োইমচেংনা লানথেম্বা অদু উবদগী খুমন মচা থোংগী পাম্বে শেম্বাশিং অদুনা উরক্লুনা মখুৎতা থবক শুবগী খুৎলাইশিং পাইদুনা মুতু য়োইমাচেংবু হাৎকদবগী তান্নরক্লে। মুতু য়োইমচেংবনা চুংবু পুবা ঙমদবা, মখুৎশু টিমেন টা পাইবা ঙমদবা শাদুনা হুন্দোক্লম্লগা চেনলক্লম্মী। খুমন মচাশিংনা মুতু ৱাবনা চেনবা ঙমদ্রে মরম য়ৌবা ঙমলরোই চংনা ফাসি হায়না তান্নরক্লম্মী। খুমনশিংনা হেন্না কন্না চেনখৎলক্লুনা ফানবা তান্নরক্লে। মুতু য়োইমাচেংনা হুইয়েন লানপাও চেনলমগা চেনখৎখ্রে। মৈতিংঙু থৱান্থাবনা খা মায়কৈ কাংলৌ অফখোংদগী লান্তাশিনক্লম্মী। মৈতৈ লাম্মীশিংনা য়েৎলোম, ওইরোম পন্নিং পনমাং থংনা লান্তাশিনলক্লে। মৈতিংঙু থৱান্থাবনা খুমন লানপাম্বা পুম্নমক লানকোই চন্দুনা মৌবী ৱা য়ানবগুম, য়েন্দেম থরাক শোইবগুম য়ান্দুনা

মথৱায় লৌরম্মী। খুমন অয়াম্বা তুরে, অশি অনা, অশোক অপন য়াম্না নংলে, খুমন মায়থিরে। খুমন তারোইবা, হাওতা কোইবা, অবোনলিনম্বা, য়াইথিং কাউরেংসু, নিঙোল কোনুসু ফারকখি। লান অদুদা খুমনগী শৌপোন য়াই খোমলকখি। খুমনগী মথক্তা লাম্তাদুনা মমোম তমফা ৱাংঙমলোন চীংখৈথানবীগী লমন খুমখি।

**হিদা মীমকোক হাপ্পা হৌদোকপা :**

মৈতৈ নিংথৌগী হিয়াং হিরেন্দা হিনাউদা মশম ইফা ফাবা অশাবা মীমকোক অমা হাপলিবা অসি মৈতিংঙু থৱাম্থাবনা হৈরেম খুঞ্জান লান্তারুরগা হনলক্পদা খুমন ক্বাকপা লৈতোনপাম্বনা মৈতিংঙুগী হিপান্দা য়ান্দুনা ফানবা হোৎনবদা মৈতৈগী অকনবা য়েলাংবা তারিয়ানা নৌনা হিপানগা পান্ননা মঙক ককখিবা অদুগী খুতম্নি। মৈতিংঙু থৱাম্থাবগা খুমননিংথৌ পুন্সিবগা মচানুপী মচানুপী হাৎনখিবগী লমন খুম্নবগী লানশোক্লখিবা অদুগী মরমদা পুয়া লাইরিক অমা ইরম্মী, অদুবু থৱাম্থাবা হিরান হায়না মিংথোলম্মী। মৈতিংঙু থৱাম্থাবনা নিংথৌ ওইনা চহী ৩৬ পানলম্লগা খৃ: ১২৩১ দা নোঙ্গাখি।

- ) o ( -

# ২৫শুবা

## মৈতিংঙু চিংথাংলাম্থাবা

## (খৃ: ১২৩১-৪২)

মৈতিংঙু চিংথাং লাম্থাবনা খৃ: ১২৩১ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মৈতিংঙুনা খয়োইরোন চনু (খুমনচনু) গা নিংথৌপোক্পীগা অনি পান্নরম্মী। খুমন চনু খয়োইরোন্না থিংবাই শেলহোংবা পোকই। ইবেম্মা নিংথৌ পোকপিনা পুরাম্থাবগা, খুমোম্বগা অনিমা পোকই। চিংথাংলানথাবা কৌদ্রিঙৈদা লাইরেন কাউবা মীয়োম্বা কৌরম্মী। লোনলোই লৌচিংথোংদা লান্তাই লান ঙমলকখি। লোনলোই লৌচিংথাং চিংথাং থংলাংমৈবু লান ঙমই হায়দুনা নুমিৎ অদুদগী চিংথাংলানথাবা কৌখি। খুমনগা লান শোক্লবদা নোংয়াই হাওবা খারা

তোমপোকপা ফারকই। শেল্লোই মপিথেল কাবু খুঙ্গংয়াইদা লান্তাদুনা কামু নিংথৌ য়েকচম্বু অথৌববু ফারকখি। মৈতিং চিংথাংলানথাবা চহী ১১ নিংথৌ ওইনা পাল্লম্মী।

-)০(-

## ২৬শুবা

## মৈতিংঙু থিংবাই শেলহোংবা

## (খৃ: ১২৪২-৪৭)

খৃষ্টব্দ ১২৪২ দা মৈতিংঙু থিংবাই শেলহোংবনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। নিংথৌ ওইদুনা পানলকপা চহী মঙা (৫) শুরকপদা মপা তিন্নবা মমা তিন্নদবা পুরান্থাবনা লান হৌরক্তুনা তাম্থোক্লগা নিংথৌ খুবম মুনখিরম্মী। মৈতিংঙু থিংবাই শেলহোংবা চহী মঙা (৫) নিংথৌ ওইনা পানখি।

-)০(-

## ২৭শুবা

## মৈতিংঙু পুরান্থাবা

## (খৃ: ১২৪৭-৬৩)

মৈতিংঙু পুরান্থাবনা খৃ: ১২৪৭ তা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মৈতিংঙু পুরান্তাবনা মৈতৈ লৈমরেন য়াওসেম্বীগা কংলৈ ফম্বাল্ তোংলম্মী। লৈমারেন য়াওসেম্বীনা মচা ইবুংঙো কোংয়াংবগা, সনারোক্কা অনি পোক্ই। মনাও ইবুংঙো খুমোম্ববু মথংখনবা হাপলম্মী। পুরান্থাবা কৌদ্রিঙৈদা পোইরৈ নিংথৌহন্বা কৌরম্মী। ফম্বাল তোংবদগী ফম্বাল থিংলেন পুরান্থাবা কৌখি। মৈতিংঙু

পুরাস্থাবনা খুমন লম্বু ওইবা মনাই সেরামচা শেঞ্জা লাইরোং অতেরাচাবু খুমন নিংথৌ শিদববু, শিবগী চরৈ ফি থানব, য়োৎ খোংনেৎ থানবা, পি রুচো হায়না পাওখোন শিরম্মী। সেরামচানা খুমন নিংথৌ পুন্সিবদা নহাক্পু নাদুনা শিরে অদুগী য়েংউচো থারকপনী হায়রম্মী। মদুদা খুমন নিংথৌ মপুক থিৎনা তাথিরম্মী। খুমন নিংথৌ শিদববু নাদুনা শিরে হায়রকপসি কনানা হায়রকপনো ? সেরামচা শেঞ্জা লাইরোং অতেরেচানা লিংজেন ফত্তনা খুমলম্মী। খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবও, শিদবা, নাদবা নহাক্পু, নাদুনা শিরে হায়বা অসি লংমাই লমগী খুঙ্গং অসিশক কৌত্রুক কাংনাউ তোংবনা হায়রৈ হায়রম্মী। খুমন লম্বু সেরামচানা খুমন নঙ্দি মৈতিংঙু পোইরৈ নিংথৌহনবগী শেন পীনা লোইহাবা, মৈতিংঙুগী মখাপোনবা লৈপাক্লি। অদুনা খুমন নঙ্বু শিরব্রা য়েংলুও হায়না থাবকনি খুন্নবদা খুমন নিংথৌ পুন্সিবা মপুক থিৎনা হেন্না নুংঙাইখিদে। খুমন নিংথৌনা মপুক থিৎনা নুংঙাইখিদবদগী নোংমাই খুঙ্গং অপিশক কৌত্রুক কাংনাউবু লান্তাগে অদুগা থৌবান তুরেল মরু য়ৌগে হায়না লান্তারকম্মী। খুমন্না লান্তারকপগী পাওবু খুমন লম্বু সেরামচানা চেনলক্লুনা মৈতিংঙুদা লানপাও তমলরে। মৈতিংঙু পুরাস্তাবনা লাম্মীশিং পুদুনা খুমন লাম্মীশিংবু ফেন্পোইলৌ - পোইরৌদা কোইশিন্দুনা লানগোই চনলগা অয়ামবা হাৎলম্মী। খুমনগী অতোন খরাওবা, থোংবু খরাওবা, মরোই লম্মা পোৎপুবা, খোমচিন পোৎচা নাইদবা তেংমাইকুবা, তেংমাইহনবা, নোংয়াই শাইপাংবা, নোংপান তাক্কেমন্দেবা, নোংয়াই চীংরোংমনল, কংলা মিমরু, খোংচিন পিবা, খুমন নিংথৌগী মমাক থোংচিন ফম্বা, নশলুমখৈবা, লাংলেন কোয়াং ব্রাখনখাই শকপা অসিনচিংবা লানফা য়াম্না ফারকখি। অসিদগী মৈতিংগী মিংলেনবু ইরম থৌবাল থাংতেক খোম্বা কৌখি।

মৈতিংঙু পুরাস্তাবনা অব্রাং কৌবা লৈখামপোক্তা লান্তাদুনা কোইরেং খুঙ্গং থুগাইখি। লোয়ননা কৌবা কৌতাইবু লোই চনলকখি। লৈখমপোক্কী লানফমদা কাপেংবা লানসময়াংবু ফারক্লম্মী। মৈতিংঙুনা চক্পানা খুন্তাবা থব্রা মোইচীং খুঙ্গং খোংচি য়াইন লোক্তা লান্তাদুনা চক্পশিংগা লান শোক্লদুনা চকপা খোংচি মনিংথৌ, অরোক অখুবা, অতিং অয়াঙ অথৌবা ফারকখি। মৈতিংঙু পুরাস্থাবনা চীংগী ফুরুপশিংনা মপাঙ্গল কনখৎলকপগা লান্তাদুনা লোইহাহলম্মী। পুরাস্থাবনা নিংথৌ ওইদুনা চহী ১৬ পানলমলগা নোঙ্গাখি।

- ) ০ ( -

# ২৮শুবা
# মৈতিংঙু খুমোম্বা
## (খৃ: ১২৬৩-৭৮)

মৈতিংঙু পুরান্থাবনা নোঙ্গাখিবগা খুমোম্বনা খৃ: ১২৬৩ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইখি। মৈতিংঙু খুমোম্বনা খুমনথেম্ চনু য়াংলৈঙম্বী পান্নরম্মী। মৈতৈ লৈমারেন য়াংলৈঙম্বীনা মচা ইবুংঙো মোইরাম্বগা তাকনোংগা অনি পোকই। অবাং থঙ্গাল খুঙ্গং খুনলেনলৈদা লান্তাদুনা খুনলাকপা মাইসুবা শনলোইববু ফারকখি। মরাম খাংয়াংবা মৈহনচীংদাসু লান্তাদুনা লোইপোৎ কাহনলকখি। খোংফম অসিদগী মৈতিংঙু খুমোম্ববু শনলোইবা লানলোইবা লানঙম্বা হায়না খংনখি। মৈতিংঙুনা মপুথৌশিংনা লিংখৎলম্বা ফমশিং অদুগী মথক্তা ফিশাহনবা ফম লিংখৎতুনা খাবমগী মখাদা থমলম্মী। মমোম ইবেম্মা তমফা ব্রাঙমলোল পানবা ফাবী, কোইরেন লাম্থাবীবু খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবগী মফমদা লুহোংদুনা থাজরম্মী।

মুখোং মুয়াংগী পোং নিংথৌনা মৈতিংঙু খুমোম্বদা মমোম ইবেম্মা চাখা খোংজোম্বী সেকসু অরোং ফাবীবু হায়জপোৎ পুদুনা হায়জরম্মী। মৈতিংঙু খুমোম্বনা মমোম চাখা খোংজোম্বীবু পোৎ নিংথৌদা লুহোংদুনা থাজরম্মী। মমোম ইবেম্মা চাখা খোংজোম্বী সেকমু অরোং ফাবী লুহোংবা মতমদা মপুথৌ নোংদালাইরেন পাখঙ্বগী সনা য়াইকোলনুংগী ফম্বাল তোংনফম, অরুবা ব্রা খন্নফম কাদা থেৎনবা সনা পজেং সনালিক অদু উনলম্মী। পোং নিংথৌনা মুংয়াং মুংখোংদা থুংলবগা কবোগী অকন অথৌশিংনা লান্তারক্তুনা পোংগী লম য়ৌরক্লম্মী। পোংগা কবো (তাইপোং) গা অকনবা লান শোক্লবদা কবোগী লাম্মী কায়দুনা চেনলম্মী। কবোশিংনা পোংগী মখুৎতা মায়থিবা ফংলবা মতুংদা কবোশিংনা কংলৈপাক লমদম য়ৌনা তম্পাক তানা লান্তাগে খনবদগী লান্তারকখি। কবোশিংনা লাক্পনা শমজোক্ লম লাম্থেক্লগা লৈবা ঙাইরৈচীংগী লমদম য়ৌরক্লম্মী। মৈতিংঙু লোইনাই খুমোম্বনা লান লাক্পগী পাও ফংবদগী খুরাই নাহা ব্রায়রংবগা, ব্রাংখৈ কৈতাং লোংবা ব্রায়রৌ পাম্বগা, খম্লাং লোইচা ঙম্বা কৌবা অথৌবা অকনবা নিপা অহুমক্লা লানচিংলেন ওইদুনা কবোগা লানথেংন্নবা থারম্মী। মৈতৈ লাম্মীশিংসু

মাকলং তুরেন লান্দুনা চংশিনলম্মী। কবো লান্মীশিংনা শমজোক লাম্থোকলগা মকন কমপেচীং (অঙ্গেচীং) শনফু চীংলুমখুম অদু অমুক লানথোক্লগা লৈবা মফম অমদা মৈতৈ লান্মীগা কাবো লান্মীগা লাম্থেংনরম্মী। লানফম অসিদা মৈতৈ লান্মী অয়াম্বা শিদুনা খুৎশু খুৎলাই থাদোকলম্মী। মৈতৈ লান্দা মায়থিরম্মী। মৈতৈগী অকনবা অহুম খুরাই নাহা ব্রায়রংবা, ব্রাংখৈ কৈতাংলেংবা ব্রায়রৌ পাম্বা, খল্লাং লোইচা ঙম্বা অথৌবা মখোয় অহুমক্তি মাকলং তুরেন মপান্দা সেনবী কবোগী লান্মীশিংনা নমদুনা ফাখ্রে। অদুগা মখোয় অহুম্মু মখুৎ তুংপুন্না মশম লাক্লা মঙক্তা থৌরি থুনা মংশা তান্না পুরম্মী। মংশা য়ৌরগা মখোয় অহুম্মু ওককোনগুম্বা ব্রাচেৎনা খাবা অমদা থমলম্মী। মখোয় অহুম্না য়াম্না নুংঙাইতনা লোইনাই মৈতৈংগু খুমোম্বা করি তৌরদুনা লান লাকত্রিবনো হায়বা ব্রারি শান্নরম্মী। মপা মপুগুম্লবা ঐখোয়গীদমক্তা লমন খুম্বীরক্লোইবু হায়বরা হায়দুনা নোংথক্তা লম্বী লমদাংশাংবু য়েংনা শোনলম্মী। অথৌবা অহুম্না অহিংগী মীচিক মীবাওখোল তাদ্রবা, তুম্না হিপ্লখ্রবা মতমদা ওককোনগুম্বা অদুদগী লোৎনা চোংথোরক্লে, অদুগা উগী কাংদেন অমমম পায়দুনা মখোয়বু ঙাক্ শেনলিবা কবোগী লান্মীশিং হাৎলম্লগা চেনলক্লম্মী। মখোয় অহুম্না মখোয়বু ঙাক্শেনলিবা কবোগী লান্মীশিং হাৎলম্লগা চেনখিবদা কবোশিংবু য়াম্না নুংঙাইরমদে। মরমসিনা কবোনা অচৌবা লান্মী অমা শেমগৎতুনা কংলৈপাক্তা লান্তারক্লম্মী। কবোশিংনা তুমুগী লোকচাও তুরেন লান্দুনা লাক্লম্মী। অদুদগী হামেং খোনচীং চুম্বাং লম্মহন কৌববু তুমং শমলগা লৈবা লমলেন ফেনচিকোপ ইকোপ লাইপন শোয়দা তেঙ্গোল লিংদুনা লৈরম্মী।

খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা খুমনগী লাললোই অকন অথৌ পুম্নমকপু কৌখৎতুনা কবো লান্মী তেঙ্গোল তরেৎনা লান্তারকলিবা অসিবু লানথেংনবগী ব্রা তান্নরম্মী। খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা খুমনগী অকন অথৌ লানলোই পুম্নমক্তা, হন্দক্কি লান অসিদি অঙকপা অকনবা লানফম হায়বা অদু ওইরে হায়রম্মী। মায়য়োক্লবা লানফম অসিদা মায় লৈন্নদনা অমদি পননিং হন্নদনা পাঙ্গনথোক্লা মায়য়োক য়াদুনা খৎশু থাংলেন হকথেংননা য়ান্নসি লেপ্পরম্মী। মায়য়োক্লবা লানফমদা মায়লৈদনা অমদি পন্নিং হন্না চেন্দনবগীদমক্ত মশা য়াম্না খিংবা, শরিৎ শারা হৈরবা, মপাঙ্গল কনবা য়েনবু মতুপ মতুপ লেল্লগা, শাতুম ময়াদা চিক্লা শিংগী শিংলৈ শাইনরদুনা অতিংবা যুগী মচি থক্কুনা ব্রাশক্লরম্মী। খুমন নোংয়াই লমগী মতিক মথৌনা লৈবা অকন অথৌ ময়াম মরক্তগী অমুক্কসু খনগৎলগা চাওবা লাংপোক্ ঙম্বাবু লানচিংপুরেন

হাপলম্মী। খুমনগী লাইফম খাফম অচৌ অপিক থাক্তনা চপ মান্ননা হৌরক্লুনা তোনবী খুনঙমথোং মনাক্তা তেঙ্গোল লিংলম্মী। খুমনগা কবোগা খুং থোক্লদুনা অকনবা লানশোক্লরম্মী। লান অদুদা কবোদি নোংমৈ শিজিন্নরম্মী। লানফম অদুদা কবোনসু চেন্দা খুমন্নসু মায়লৈবা লৈতনা নুমিৎ ৭ নি চুপ্পা শোক্লরবা ফাওবা অমনা অমবু হেনজিন্নবা ঙম্লদনা লৈনরে।

নুমিৎ ৭ নি লেপ্পা লৈতনা অকনবা লান য়ান্নরকপা অসিদা খুমনগী নুপী নহা, অহন-লমন অকি তুচুংনা নুংশাথিনা পুক্লিং লাংক্তনরম্মী। খুমন মচেৎ অমনা কবুইগী লমদম শমদুনা অরিবা লৌমন্দা খুন্তাবা খুনবীগী মনাই ওইরুসে হায়না ৱা তান্নরম্মী। খুমন মচেৎ অমনা লোকখা হাওখা ওইরগে হায়রম্মী। খুমন খরা অমনা লোক্তোক লান্না চৎলগা মখারোমগী মী ওইরুরগে হাযনরম্মী। খুমন মচেৎ অমনা তরাও তরাং ওইগে হায়রম্মী। খুমন মচেৎ মচেৎ কায়দুনা শিংগী শিংনাউ মতেক মতেক থেকপগুম খুমন লৈপাক কাইবগী ফিবমদা লৈরক্লে। খুমন লৈমা কোইরেন লাম্থাবিনা মহাকথক্তা খুমন কাইখিবা তারে খন্দুনা সেকুরেক্কী (উরোক) নিংথিরবা ৱাই ৱাই লাউবা মতুগা উথুম কৌবী উচেক্কী মতুগা ৱাগী উতোং মনুংদা হাপ্লগা মখুম চেৎনা খুমদুনা, মপাইবুংঙো খুমোম্বদা খুদোল তম্না, তরাও লম্বু থাবক্তুনা কবোগা খুমনগা লান শোক্লবদা লান পাংবিয়ু হায়জরম্মী। অদুগা খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা মোইরাং নিংথৌবু কবোগা লান শোক্লবদা মতেং পাংবিরনবা মনাই অচানবা ঙানবা হাউরুকোইচাবু শেন-থুম, নমবো পোদুনা মোইরাং নিংথৌ শোংলেন লাম্থাবা অমসুং মোইরাং লৈমা হাওখৈ লাম্থাবী অনিমক্কী মফমদা লাননেক পা থারম্মী। খুমন নিংথৌগী মনাই ঙানবা হাউরু কোইচানা তরেৎ শেন্না মোইরাং লৈমগী মফমদা খুদোল কৎনা হুইয়েন লানপাংবিনবা মরম পুম্বা হায়জরম্মী। মোইরাং নিংথৌ শোংলেন লাম্থাবনা লান পাংবা হরাও হরাওনা য়াবিরক্লে।

শেনবী কবো মখৈনা মরাং হৌনা লান্তারকপবু লাইরেন মৈতিংঙু খুমোম্বনা খাবম, লাইফম, অহল্লুপ অমসুং নাহালুপকী লাম্মী পুম্নমক খোমগৎতুনা লানথোং অমা লেপ্লা ইকোপ লাইপমশোয়গী লানফমদা নিংলোমদগী খোমগৎলক্লে। লানফম অসিদা মৈতৈগী অকনবা অথৌবা "পুন্সি তাফাংশু / কৌবা মথরায় থাখ্রে । মতম অসিদা মোইরাংগী লাম্মীশিংসু হৈরেম মরকসি কোনয়া থৌদিংপানগী লমদম্বু লানথোক্লগা মোইরাং লাম্মী পুম্নমকসু তকশিলক্লে। লানফম অসিদা মোইরাংগী অথৌবা, মমান্নবা মায়থোক্লবদা মমায় লৈরক্লবা লানচিংতা ফংদুনা লাক্লবা "খাকি

কৌবা” মথৱায় থাখ্রে। খুমনগী লাম্মীশিংনা লাম্থোং অমা লেপ্লা শোক্লবদা খুমন পম্থোংগী অকনবা ঙাবা “হাউরুকোকসু” মথৱায় থাখ্রে। নিংথৌ অহুম্না (৩) লং খাংতিন তাবগুম তিন্নদুনা লানফম অদু খম থেংনা অকনবা লান শোক্লদুনা কবোগী লাম্মী পুম্নমক চাইখাইদুনা কয়া অমা মথৱায় লৌরে। লানফম অসিদা কবোগী লানচিংবা কবো লৈখাম কৌবা, কবো তাংঙম্বা কৌবা, কবো অমুতাই, পোনখ্রং লায়রবা, স্নাচীপননথোংনা চা শায়বা, লুপা চিনপানথোং, ঈয়োংবনচিংবা লানফা য়াম্না ফাহৌরে। কবোগী শামু মোরাম্বা কৌবা খোংনেৎ শা মুন্দুনা পুরকখি।

মৈতিংঙু লোইনাই খুমোম্বা, মোইরাং নিংথৌ শেংলেন লাম্থাবা, খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবা নিংথৌ অহুম্না কবো লাম্মীশিংবু মায়থিবা পিদুনা তন্না হনলক্লুনা খুমন কোনুংদা থুংলরম্মী। মৈতিংঙু খুমোম্বনা খুমন পুম্না তাশিন খোমজিন্দুনা থম্বীরমলে, অদুগীদমক্তবু মৈতিংঙু মীওম্বা হায়না কৌরম্বদগী “খুমোম্বা” কৌনা মিংহোংলম্মী। লাইরেন মৈতিংঙু খুমোম্বনা খুমন পুংদগী হনলকপদা খুমন লমগী লম্বী অচোংখোংদা লৈবা য়োইরেন খুরাম্বা লোইচা ঙম্বনা পোকপী মমোম হৈপোক্ঙম্বী পোনচেংঙম্বী অতোনবীবু লৌরক্লম্মী। মৈতিংঙু খুমোম্বনা চহী ১৫ নিংথৌ ওইদুনা পানলমগা খৃ: ১২৭৮ দা নোঙ্গাখি।

-)০(-

## ২৯শুবা
## মৈতিংঙু মোইরম্বা
## (খৃ: ১২৭৮-১৩০২)

খৃষ্টব্দ ১২৭৮ দা মৈতিংঙু মোইরাম্বনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইখি। মৈতিংঙু মোইরাম্বা কৌদ্রিঙৈদা খুনবা লানফম্বা কৌরম্মী। মৈতিংঙু মোইরাম্বনা ইবেম্মা নোংবানলোন খুমন খোম্বীনে, উশম চনু অঙৌবীনে, য়াওরোইপম হেমা মখোয় অহুম্বু পান্নরম্মী। ইবেম্মা নোংবানলোন খুমনখোম্বীবু লৈমারেন হাপ্তুনা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী। লৈমারেনবীনা থংবীলাম্থাবা পোকই, উসম চনুনা লোইচা ঙম্বা পোকই, ইবেম্মা য়াওরৈপম চনু হেমানা য়াংলৈঙম্বা পোকই।

মৈতিংঙু মোইরাম্বগা খুমনগা লৈতাংদা লান শোক্লরম্মী, লান ঙমদুনা খুমনগী চাউবা থংবি নাউখোংগী মচন, মতৈ-মনাওবু ফারকখি। খুমনগা লান শোক্লরবা মতুংদা মোইরাংগা নিংথৌখোংদা লান অমুক শোক্লরম্মী, লান ঙমদুনা মোইরাংগী ৈবা লামাইরেম্বা অখোং নিংনোম্বা, অথিং অচাংচানচিংবা পুম্নমকপু ফারকখি। মোইরাংগী লান অসিদগী মৈতিংঙুগী মিং মোইরাম্বা কৌরম্মী। মৈতিংঙু মোইরাম্বনা কৌব্রু মায়কৈদা লৈবা মকু তাইবীপোক্কী লমদা খুম্তাবা থৈচেপ খুঙ্গংদা লাম্তাদুনা থৈচেপ নিংথৌ হাউত্রাক্ অমসুং মহাক্কী মনাই অথৌ করিরোং ফারকলম্মী। মৈতিংঙু মোইরাম্বনা চহী ২৪ নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

-)০(-

## ৩০শুবা

## মৈতিংঙু থংবী লান্থাবা/য়োইরেন তোমপোক্পা/ নোংপোক চাখা খোংজোম্বা

## (খৃ: ১৩০২-২৪)

মৈতিংঙু থংবী লান্থাবনা খৃ: ১৩০২ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মমা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন খুমন খোম্বীনা মতোমতা নাইতোম পোকই হায়দুনা য়োইরেন তোমপোক্পা কৌরম্মী। মৈতিংঙু থংবীলান্থাবনা খা নোংপোক্ মায়কৈদা লৈবা মরিং খুন মরান খনতোময়া মরিংখুনবীলোক্তা লাম্তাদুনা লান শোক্লবদা ঙমদুনা মরিং তোনথাং শাবা (থাঙ্শম), থিংক্রি নুমলবা, হাওনু লৈহৌবা, লৈহৌবী, থাংলক লাম্থৌয়াংবনচিংবা ফারকখি। মরিং খুনবীবু লানঙম্বদগী মৈতিংঙুগী মিংবু নোংপোক্ চাখা খোংজোম্বা, চাখা নমখুন ঙম্বা, হুইয়েন খাংলকফাবা কৌখি। মখারোমদা লৈবা শোককুচীংদা পানবা হাওগা লান শোক্লবদা ঙমদুনা তেংকোংবী মারেম নমঙাবা ফারকই।

মৈতিংঙু থংবীলান্থাবনা পানবা মতমদা মোইরাংদা উরা লাইচিংখু তেলহৈবগা (মোংজাম্বা) নিংথৌ ওইদুনা পানলম্মী। মোইরাং নিংথৌগী মমোম্ মশক্ মতৌ ফজবী য়োইরেন তোমপোক্পীবু মৈতিংঙুদা থাজনবা মনাই হাওবমচা

খমলাং অতোনবগা, ৱাংখৈ লৌরেম্বা পিবা অনিবু থাদুনা হায়হনলুই। মৈতিংঙুনা মনাই অনিদা নিংথিরবা খুদোপ অমসু য়োইরেন তোমপোকপীদা পিনবা শিন্নরম্মী। মৈতিংঙুগী মনাই হাওবমচা খম্লাং অতোনবা অমসুং লৌরেম্বা পিবাগা অনিনা মোইরাং নিংথৌদা মমোম ইবেম্মা য়োইরেন তোমপোকপীবু মৈতিংঙু থংবী লাম্থাবদা থাজনবা হায়জরম্মী। মোইরাং নিংথৌ লাইচীংখু তেলহৈবনা মৈতিংঙুগী মনাই অনিদা ইচানুপী ইৱাংলোন অমতসু পোক্চদে। ইপারি ফমলেন ইহুৎ শিনবীনবসু পোক্তে, কনানা পোকই হায়রিবনো হায়দুনা ৱাফম অদু কনথোকলম্মী। মোইরাং নিংথৌনা মমোম ইবেম্মা য়োইরেন তোমপোকপিদি, মৈতিংঙুগী মনাই অনিনা মোইরাং য়ৌবকপদা, মমোমবু কংলৈ অথাপ্পা, মৈতৈ লৈপাক অরপ্পাদা থাজনিংদবদগী মোইরাং লমগী মনুংচনবা তাউখোং লমদমগী লৌবুক ময়াইদা নিঙ্থিবা শঙ্ অমা শারগা মতোম থমদুনা লোৎলম্মী। মোইরাং নিংথৌনা মমোম পোক্তে হায়না কনথোক্পা অদুবু পুক্লিং ফাথনা মৈতিংঙুগী মনাই অনিনা হনলকলে । লম্বীদা মোইরাংগী শিং-য়েন, ইনশাং - নাপী থিবা অঙাং নুপীদা লোৎনা হংবদা ইৱাংলোন য়োইরেন তোমপোকপিদি তাউথোং লমদমগী লৌবুক ময়াইদা শঙ্ অমা শাদুনা থৈনা লোৎপবু খঙলম্মী। মৈতিংঙুগী মনাই অনিনা পাও অসি ফংবদগী মোইরাং নিংথৌগী মচা ইবেম্মা লৈফমবু খোংগুন লিরুদুনা য়োইরেন তোমপোক্পীগী মফমদা মৈতিংঙু য়োইরেন তোমপোক্পা হায়রকপা ৱারম পুন্নমক চিংথদনা তমলুরে অদুগা মৈতিংঙুনা পিরকপা নিংথিরবা খুদোপ অদুসু পিরম্মী। ইৱাংলোন য়োইরেন তোমপোক্পীনা মৈতিংঙুগী মনাই অনিমক্তা পুরিক্লাইনা, কংলৈ পূংমায়োন্দা চৎলসিরা নিংববু পম্থৌইপা অপোকপা ঙাঙোই লৈমাবা মৈতৈ লমদম অথাপ্পা ৱাংঙম অরাপ্পা লমনি হায়না পিনিংদবগী নুজা ঐবু অশোংবা নাপী শিংবী মরক অসিদা য়ুম শাদুনা লোৎতুনা থম্বিরিবনি । মৈতিংঙু চাখা খোংজোম্বদা হুইয়েন লান্তারক্কুনা লৌরুলাও হায়জরকই পাওতমল হায়রকলম্মী।

মৈতিংঙু থাংবী লাম্থাবনা ইৱাংলোন য়োইরেন তোমপোকপীগী পাও ফংবগা পম্থবা তৌদনা হিগী লাম্মী, শগোল লাম্মী, খোংগী লাম্মীশিং পুদুনা থুনা য়াংনা মোইরাংদা লান্তারম্মী। মোইরাং কাইদুনা চেনলে-মোইরাং মায়থিরে। মোইরাং নিংথৌ লাই চিংখু তেলহৈবা (মোংজাম্বা)না মমোম ইবেম্মা য়োইরেন তোমপোকপীবু মৈতিংঙু থংবী লাম্থাবগী মফমদা লৈকৎতুনা অওং-অউন তম্না লুহোংলে। মৈতিংঙু থংবী লাম্থাবনা ইবেম্মা ইৱাংলোন য়োইরেন তোমপোক্পীবু

লৈমারেনবী হাপ্পুনা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী। মৈতিংঙু থংবীলাম্বাবনা লৈমাখুবী অঙৌবা নিংথৌ তোরাচনু মোংশোমঙম্বীনে, ইমখু / য়িমখুচনু -সংবারেম্বীনে, য়াঙ্গোইশু মেলখুরেম্বীনে, থোংবম চনু কশোম ঙম্বীনে, খুনৌবা চনু তাক্নোং লাংশাবীনে, মঙা অসিগা পুন্না ইবেম্মা তরুক পান্নরম্মী। মৈতৈ লৈমারেন য়োইরেন তোকপোক্পীনা মচা ইবুংঙো খুমোংবগা, পুথিংনবগা অনি পোকই। ইবেম্মা নিংথৌ তোরা চনুনা সনানাখাবা পোকই। ইবেম্মা ইমখু/য়িমখুচনুনা ক্নাকপা থরাম্বাবা পোকই। ইবেম্মা লৈশংথেম চনুনা থাংতা খুনৌবা পোকই। ইবেম্মা থোংবম চনুনা লোইচাওবা পোকই।

চীঙুরেম্বী খোংলুপ -

ইবেম্মা ইমখু/য়িমখু চনুনা পোক্পা ক্নাকপা থরান্তাবনা থোংনাং মাইবংদা কোনুং ওইদুনা পানবা ডিমাশা নিংথৌগী লৈপাক্তা লৈবা থোংনাং মযাং খোংমরী কৌবা ইনাকখুনবা, তৌবা ঙম্বা, অমগী মচানুপী চিংখুরেম্বী/চীঙুরেম্বী কৌবীবু লুহোংদুনা লৌরম্মী। চিংখুরেম্বী/চীঙুরেম্বী লুহোংদুনা লৌবা মতমদা মনাই মশন ময়াম অমা অওং অউন তমলক্পদা য়াওরকখি। মখোয়শিং অদুদি :

(১) কোক লুন্নবা, লখিনারায়ন (ঙাইরাংবমদা চঙ্খ্রে)

(২) য়ুমগী শাই কক্নবা রামনারায়ন (সাইখোমদা চঙ্খ্রে)

(৩) তায় পুবা মহুৎ (মাইস্নামদা চঙখ্রে)

(৪) তায় পুবা লখন (তাইমজমদা চঙ্খ্রে)

(৫) কাতি পুবা তুলসিরাম (কাতেমদা চঙ্খ্রে)

(৬) অঙাং-অমু শঙ্নগে হায়দুনা পুরকপা তুলসীরাম (য়েন্দুশংবম কৌখ্রে)

(৭) সনা শাবা হরি (স্নাসমদা চঙ্খ্রে)

(৮) শগোলশেনবা হরি (শগোলশেমদা চঙ্খ্রে)

(৯) তেল্লি দেবানন্দ (শগোলশেমদা চঙ্খ্রে)

(১০) ময়াং শগোলশেনবা অথুবা (শগোলশেমদা চঙ্খ্রে)।

চীঙঙুরেম্বীনা অওং-অউং মনাই মশন ময়াম অসিগা লোয়ননা কংলৈপাক্তা লাক্‌পা অসিবু চীঙঙুরেম্বী খোংলুপ হায়না পুয়াগী মমিং থোনলম্মী। চীঙঙুরেম্বীনা মচা নুপা হদিকাগা, হিদংগা অনি অসি পোকই। হদিকাগী চাদা নাওদানা শগোনশেম, ঙাথেম য়ুম্নাক ওইখি। অদুগা হদংগী চাদা নাওদানা সনসম, হোদাম, পাইখোম য়ুম্নাক শাগৈশিং ওইখি। চীঙঙুরেম্বীবু হোদাম লাইরেম্বী ওইনা হৌজিক কৈশামথোং হোদাম লৈরক্তা শঙলেন শাদুনা লাংলি।

খৃ: ১৩২৪ দা মৈতিংঙু পুরান্থাবনা পোক্‌লম্বা মচা ইবুংঙো কোংয়াম্বনা মৈতিংঙু থংবী লান্থাবগী মথক্তা লান্তারক্লুনা মৈতিংঙু থংবী লান্থাবা থুপচিনখিরম্মী। মৈতিংঙু থংবী লান্থাবা নিংথৌ ওইনা চহী ২২ পানলম্মী।

-)০(-

## ৩১শুবা
## মৈতিংঙু কোংয়াম্বা
## (খৃ: ১৩২৪ - ৩৫)

মৈতিংঙু কোংয়াম্বনা খৃ: ১৩২৪ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মৈতিংঙু কোংয়াম্বা কৌদ্রিঙৈদা চোয়নৌ সনা হোঙ্‌বা কৌরম্মী। মৈতিংঙু কোংয়াম্বনা নোংবানলোন খম্বাফাবীনে, কাবচনু খেককোম্বীনে পান্নরম্মী । লৈমারেন নোংবানলোন খম্বাফাবীনা মচা ইবুংঙো তেলহৈবনে, তোলনাবনে অনি পোকই। ইবেম্মা কাবচনু খেকখোম্বীনা ম্নাবা পোকই।

মৈতিংঙু কোংয়াম্বনা নোংচুপ মায়কৈদা লৈবা লোইবী কোংয়াইফাই চীংদা তাবা হাওখুন্দা লান্তাদুনা কোংয়াংখুনগী খুনলাক্‌পা য়াওনা লানফা য়াম্না ফারকলম্মী। কোংয়াং খুনবু লান ঙমই হায়দুনা মৈতিংঙুগী কোলোই মিংলেনবু কোংয়াম্বা কৌরম্মী। খৃ: ১৩২১ থোংনাং (ময়াং)না লান্তারক্লুনা কৌবা হিংলেন চীংদা লানবন শাদুনা লান শোক্লরম্মী । লান অদুদা থোংনাংবু মায়থীবা পিদুনা থোংনাং লাম্মী লুচিংবা ময়াং মাইবা শমলোইবা, আফেরাজ, তিংকুলাবা,

লাকাসুম কাতাও, অরি অরাং তাও য়াওনা লাম্মী ২০০ ফাদুনা পুরকখি। লান্দা ফারকপা ময়াংশিংবু কংলৈপাক্তা খুন্তা লৈতাদুনা লৈহনলে। ময়াংশিং অদুনা খুন্তাদুনা লৈবা মফম অদুবুনা ময়াংখাং কৌরম্মী, ময়াংনা লাম্তারক্পদা লাম্থেংনখিবা মফম কৌবা হিংলেন চীং হায়রম্বদগী ময়াংলানচীং কৌরম্মী।

খুমন লৈপাক্না কংলৈদা তিনখিবা -

চহীসিদা খুরোই হাওবা লমমাংদোংদা চক্পশিংনা মৈতিংঙুগী মথক্তা লান হৌরক্লম্মী। মৈতিংঙুংনা লাম্মী থাদুনা চকপগা লান শোক্লরম্মী, চকপবু মায়থীবা পিদুনা চক্পা য়ুমখৈ ঙাক্পনচিংবা লান য়াম্না ফারকখি। খুমন নিংথৌ য়াওশেম্বনা থুপখিবদগী খুমন নিংথৌ অসি "**অদোন লময়াই কাইখিনবনা**" ওইরম্মী। মহাকথক্তা খুমনগী লম য়াম্না পিকশিন্লক্লে। খুমনগী অকন অথৌগী মশিংসু য়াম্না হম্থরম্মী। খুমনগী পানা অসি খাথা-লাইথা, হুইতাও খোঙ্থিন্নচিংবা অকন-অথৌ পুম্নমক লিংজেন মান্নরক্লে, মখোয় মশেন মচেৎ মচেৎ তানরক্লম্মী। খুমন মশেন্ মনুংদা চাক চেং চঙ্বগুম মপুক ফৎনদবা হেনগৎলক্পগী লম্বীদা অসুম অসুম চঙশিনলকপনা তোথায় তোথায় তানবগী ৱাফম্না খুমন পুম্বা পুন্নাং লাংনরম্মী। খুমন নিংথৌ লময়াই কাইখিনবনা (ফাইথিনবা) খুমন লৈপাক অমা ওইনা লেপ্লা ঙম্লরোই লৈপাক পানবা ঙমদ্রে হায়দুনা মৈতিংঙু কোংয়াম্বগী মফমদা লাক্নুনা খুমন লৈপাক অসি কংলৈদা পুনশিনবীরো হায়রম্মী। মৈতিংঙু কোংয়াম্বনা খুমন নিংথৌ লময়াই কাইখিনবনা হায়বা য়াদুনা খুমন লৈপাক কংলৈদা পুনশিনলে। অদুগা খুমন নিংথৌ লমযাই কাইখিনববু মৈতিংঙুনা য়াম্না নুংশিনা লুনা তৌবীদুনা কাংহুজম নিংঙোল শাফবীবু অওং-অউন চাওনা তম, মনাই মশন ৱাংতনা পিদুনা লুহোংলম্মী। খুমন নিংথৌবু খ্বায় কংলৈ হৱাইবম লৈকাই, লমলেন লোইঙাংহা কংলৈ সারাকপন্দা ময়ুম মকৈ শাবীদুনা লৈতাহল্লম্মী। মৈতিংঙু কোংয়াংবগী স্না হাক্তক্তগী খুমন লৈপাক লৈখিদ্রে। মৈতিংঙু কোংয়াম্বনা চহী ১১ নিংথৌ ওইনা পানলমলগা খৃ: ১৩৩৫দা নোঙ্গাখি।

## ৩২শুবা
## মৈতিংঙু তেলহৈবা
## (খৃ: ১৩৩৪ - ৫৫)

খৃষ্টব্দ ১৩৩৪ দা মৈতিংঙু তেলহৈবনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মৈতিংঙু তেলহৈবনা স্নারেন্নীগা লোয়ননা কংলৈ ফন্নাল তোংলম্মী। লৈমারেন স্নারেন্নীনা মচা ইবুংঙো তবুংবগা, স্নায়াংনু খ্বাইরাকপগা অনিসি পোকই। মৈতিংঙু ফন্নাল তোংলবা মতুংদা হৈরেমশিংনা মনিং তম্না পানবা চাইরেন থৈচাংপৃংদা লান্তরম্মী। লান ঙমদুনা হৈরেমগী লুচিংবা থারুক য়োইথোংঙাই হনবা, কোনখুনাও, হনু কোম্থোংঙাই ফারকখি। মৈতিংঙুনা অৱাং কৌব্র চীংশাংগী তাইকোং কৌবা নাপোমগী তৈয়াং খুন্দা লান্তাদুনা লুচিংবা মারেম সনলুংবা ফারকই। মৈতিংঙু তেলহৈবনা চহী ২০ নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মৈতিংঙু তেলহৈবনা লৈপাক্কী ৱায়েন থৌদাদা খুদোংচানবা হান্না লৈরম্বা ফমশিংগী মথক্তা নাইখুরাকপা অমসুং নাইফারাকপা ফম অনি অসি নৌনা লিংখৎতুনা খাবমগী মখাদা শঙ্ লিংলম্মী।

-)০(-

## ৩৩শুবা
## মৈতিংঙু তোনাবা
## (খৃ: ১৩৫৫ - ৫৯)

মৈতিংঙু তেনহৈবনা লৈখিদবগী খৃ: ১৩৫৫ তোনাবনা নিংথৌ ওইদুনা লৈপাক ঙাকখি। মৈতিংঙু তেনহৈবনা শিখিবা মতমদা মচা ইবুংঙো তবুংবা যান্না অঙাং ওইরি। তবুংবনা যান্নানৌরিবা অঙাংগী মতম ওইবনা মৈতিংঙু তোনাবনা ময়াম্নুং তেলহৈবগী নিংথৌ খুবম শিনহৌবনি। মৈতিংঙু তোনাবা নিংথৌ খুবমদা কনলকপা মীহৌবা অপাম্বা লৈখিদে। মচা ইবুংঙো তবুংবনা চাওরক্লবা লৈপাক্কী

থৌদাং পুবা ঙমলক্লবা মতমদা নিংথৌখুবম শিন্নবিখি। মৈতিংঙু তোনাবা নিংথৌ ওইনা চহী মঙা (৫) লৈঙাক্লুনা পানখি, ফম্বাল তোংখিদে।

- ) ০ ( -

## ৩৪শুবা
## মৈতিংঙু তবুংবা
## (খৃ: ১৩৫৯ - ৯৪ )

খৃষ্টব্দ ১৩৫৯ দা মৈতিংঙু তবুংবনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মৈতিংঙু তবুংবনা নেংবানলোন লমফেল ঙম্বীগা ফম্বাল তোংলম্মী। লৈমারেন লমফেল ঙম্বীনা মচা ইবুংঙো লাইরেনবগা, পুঙ্গিবগা অনি পোকই। মৈতিংঙু তবুংবনা ফম্বান তোংলবা মতুংদা য়াংফম চাকলিকপোক্তা লোইবী মরেমগা লান শোক্লরম্মী। লান ঙমদুনা য়াংফম নিংথৌ শৌলৌকৈফা অমদি লাম্থোংয়াংগা ফারকলম্মী। লান অসিদগী মৈতিংঙু তবুংববু শৌলৌ কৈফাবা মিংথোনখি।

অব্রাং লমদা খুন্তাবা মারাম খাপুং অমদি থিংবা খুঙ্গং অনিনা চহীগী লোইপোৎ ফিবোং চামিলোই, ব্রাংগোল পুকৈলোই পিরক্তবদগী মৈতিংঙু তবুংবনা লোইপোৎ থৌবা চৎলম্মী। লম্বীদা চীংশোং খুন্দা চংদুনা চীংশোং খুনলাক্পগীদা থুংলম্মী। চীংশোং নিংথৌ খম্লাংবগী নুপী খুনলাকপী মালৈমাবী হাউনু লাসংনু শাফবীগী মশক মতৌ ফজবা উবদা মৈতিংঙু তবুংবনা মিতাদুনা খুনলাক্পী মালৈমাকী হাউনু লাসংনু শাফবীবু মশানা য়াদনা হৈরাং লোনচানরম্মী। মতমসিদা চীংশোং খুনলাক্পা থবক চৎখিদুনা যুমদা লৈরমদে। মৈতিংঙুনা খুনলাক্পী হাউনু লাসংনু শাফবীবু মশানা য়াদনা হৈরাং লোনচানরুবদগী মরাম খাপুং অমদি থিংবা খুনবু য়ৌদনা হনলক্লে। মরাম খাপূংগী নিংথৌ থিংপোনবগা, থিংবা খুনগী নিংথৌ ব্রাহকপগা, অনিনা মৈতিংঙু তবুংবনা লোইপোৎ লৌবা লাক্পবু চীংশোং খুন্দগী হনখ্রে হায়বা পাও তারদুনা নিংথৌ অনিনা লোইহা লোইপোৎ ফিবোং ফিবু মপুন ওইনা পুরক্লুনা মৈতিংঙুদা কৎলরে। মরাম খাপূং নিংথৌ থিংকোনবা, থিংবা খুনগী নিংথৌ ব্রাহকপা অনিনা মৈতিংঙুগী মফমদা মরাম খাপূং অমদি থিংবা

খূনবু মতোন লোয়া লেংবিরক্লগনু হাজরম্মী। মখোয়না হায়জবা য়াবীদুনা। মৈতিংঙু তবুংবগা, মরাম খাপৃং নিংথৌ থিংকোনবা অমদি থিংবা খুনগী নিংথৌ ৱাহকপগনা খুনগী নুপীশিংনা ঈরু মাইতাফম চক্পা পুমশোইখোংদা থৌদু নৃংজা অমা য়ুংদুনা, হামেংগী মঙক থৎনা শাগী ঈ অদুবু অয়ুংবা নৃংজাও অদুদা তৈনা কুমজা খুদিংগী মৈতিংঙুগী মফমদা লোইহাবা হায়না ৱাশক্লরম্মী । ৱাশক্লবা লোইবদগী মরাম খাপৃং অমদি থিংবা খুঙ্গংগী নিংথৌ অনিনা পিরকপা লোইপোৎপু পুদুনা সনা কোনুংদা হনলক্লম্মী।

চীংশোং খুনলাক্পী মলৈমাবী হাউনু লাসংনু শাফবীনা মপুরোইবা খল্লাংবগী মফমদা মৈতিংঙু তবুংবনা নমজা নমথেকনা চৎখিবা লিচৎকী থৌদোক্ পুম্বা তমলম্মী। মদুদা চীংশোং নিংথৌ খল্লাংবনা য়াম্না মপুক্লিং ৱারৌরম্মী। মহাক্তা মৈতিংঙুগী মথক্তা লমন খুম্বা পামলম্মী, অদুবু তমপাক্তা কুমলক্তুনা লমন খুম্বা হায়বা অসিমদি শুকওই ওইররোই হায়বা মশানা খংজরম্মী। করিগুম্বা উপাই অমনদি লমন খুমগে হোৎনরম্মী। চীংশোং নিংথৌ খল্লাংবনা মৈতিংঙু তবুংবগী মনাক্তা লাক্তুনা লোইবী চীংদা পানবা পুম্নমক পুক্লিং ৱাখন মান্নদ্রে অমগা অমগা তিন্নবা য়ান্নদ্রে, খুঙ্গং মচেৎ মচেৎ তান্নরে। মৈতিংঙুগী কুমজা খুদিংগী লোইপোৎ কাবা ফিবোং চামেললোন ৱাংকোল পুকৈলোনবু খুঞ্জাশিংনা অমতা পিররোই হায়রে হায়দুনা মৈতিংঙুদা ওইদবা চিনথিবা লৌনম ৱানা পাও তমলরে। মৈতিংঙু তবুংবনা চীংশোং নিংথৌগী ৱাবু থাজদুনা মনাই মশন খরা পুদুনা মচোয় মচোয় তারবা খুঞ্জাশিংবু লাকশিনলুনবা চীংশোং খুন্দা চৎলম্মী। চীংশোং নিংথৌ খল্লাংবনা মৈতিংঙুগা মায়য়োক্লনা লাম্থেংনগে তৌববু খুনলাকপী মালৈমাবী হাউনু লাসংনু শফবীনা খামজিনজরম্মী। মৈতিংঙুবু থেমদুনা পুক্লিং হৱাওহন্দুনা য়ু পিথক্লগা হাৎনবা শরৌ শিনলম্মী। চীংশোং খুনলাক্পীনা মৈতিংঙু তবুংবদা, মৈতিংঙুগীদমক্তা ওক অচৌবা হাৎতুনা য়ু খরুং খিন্দুনা ঙাইজরি। ঙসি অহিং অসিমতদি শারেন শানৈখিসি ঙাইবীখো হায়না খামজরম্মী। খামলিঙৈ মতমসিদা মৈতিংঙুগী মনাই অকোংজাম্বা তোনখৈবনা মতিক মঙম য়েংদনা চীংমীনা মশিং য়াম্বা মরক্তা চংদুনা লাম্থেংনবদা অকোংজাম্বা তোনখৈবগী মঙকপু ককখ্রে। শেল্লোই লমদা পানবা খুরাই নাহা চোমগাং পাম্বগা মাগী মরুপ অহিং কৌবা লমচেন য়াংবা অনিনা অকোংজাম্বা তোনখৈবগী অকেনবা মঙক লুরেন অদুগী মশম্বু পাইদুনা মৈতিংঙুগী নাক্তা পুরক্লম্মী । মতৌ অদু উবদা মৈতিংঙু তবুংবনা শাওরদুনা লান শোক্লনবা থৌরাং তৌরম্মী। মৈতিংঙুনা খুরাই নাহা চোমগাং পাম্বগা, অহিং কৌবা লমচেন

য়াংবা মখোয় অনিগী মফমদা হায়রকই, নখোয় অনিনা মৈতৈ লৈমা লমফেলঙম্বী অমদি ইচা ইবুংঙোশিংগী মফমদা পাওতমলুরো। লাইরেন ঐদি চীংশোং খুঙ্গং অসি কাউরেন অনি চিয়েননা যনজাও অনি থেংনবগুম থেংনরকখিগনি, লানঙমদবা থোক্লবসু মফম অসিদা থব্রায় থাগনি হায়না লৈহৌরে। লাইরেন ঐগী ইচা ইশু খুদিংনা মৈতিংঙু ঐবু অকাওবা লৈতনা লমন খুন্নক্তুনা হয়েং তুংদা লোইবী চীংশাং খুঙ্গং অসি তাক্লা লাম্তারকউ, হায়না পাওতমলু হায়দুনা থারক্লে। মৈতিংঙুগী মনাই খুরাই নাহা চোমগাং পাম্বগা, অহিং কৌবা লমচেন য়াংবগা মখোয় অনিনা মৈতিংঙুগী ব্রাবু কাওবা লৈতনা পাও পুরক্তুনা মৈতৈ লৈমারেন লমফেল ঙম্বী অমদি মচা মনাওশিংগী মফমদা মৈতিংঙুগী ব্রারম পুন্বা পাওতমলে। মৈতিংঙু তবুংবদি চীংশোংগা লান শোক্লবদা চীংশোংগী মখুৎতা থব্রায় থাথ্রে। মৈতিংঙু তবুংবগী শিখিবগী পাওবু লৈপাক্ মীয়াম্না তাবদগী লৈপাক মীয়াম হুপ্না চীংশোং নিংথৌ থন্নাংবগী মথক্তা লাম্তাদুনা চীংশোং খুঙ্গং পুমমাং মাংহন্দুনা লমন খুমলম্মী। মৈতিংঙু তবুংবনা কংলৈপাক্কী সনা ফম্বালদা চহী ৩৫ নিংথৌ ওইনা পানখি।

-)০(-

## ৩৫শুবা
## মৈতিংঙু লাইরেনবা
## (খৃ: ১৩৯৪ - ৯৯)

খৃষ্টব্দ ১৩৯৪ দা মৈতিংঙু লাইরেনবনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইখি। মৈতিংঙু লাইরেনবনা চহী মঙা (৫) নিংথৌ ওইদুনা লৈপাক ঙাকখি। মৈতিংঙু লাইরেনবনা নিংথৌ ওইনা লৈপাক্ ঙাক্লিঙৈদা করিগুম্বা লৈপাক্কী ওইবা থৌদোক অমদি শা-লান অমতা থোক্খিদে। মৈতিংঙু লাইরেন খৃ: ১৩৯৯দা নোঙ্গাখি । মৈতিংঙু লাইরেনবা ফম্বাল তোংখিদে। মৈতিংঙু লাইরেনবনা নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা লৈপাক অসি নিংথৌ পান্দনা চহী মঙা (৫) লৈরম্মী।

-)০(-

# ৩৬শুবা
## মৈতিংঙু পুন্সিবা
## (খৃ: ১৪০৪ - ৩২)

মৈতিংঙু লাইরেনবনা থুপখিবদগী কংলৈপাক নিংথৌ পান্দনা চহী মঙা (৫) নিংথৌ কাংনা লৈরক্লবগী মতুংদা খৃ: ১৪০৪ দা মৈতিংঙু পুন্সিবনা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মৈতিংঙু পুন্সিবনা নিংথৌ ওইবগা ইবেম্মা লম্বাসু লিক্লাই ঙন্বীবু লৈমারেন হাপ্তুনা ফম্বাল তোংলম্মী। লৈমারেন লম্বাসুনা মচা ইবুংঙো নিংথৌখোম্বা পোকই।

মৈতিংঙু পুন্সিবনা মোইরাং শোইবুং কামুক্তা লান্তাদুনা শোইবুং কামুক্তাগী লম্মাবি লম্মাচাউ ফারকখি। থঙ্গা কম্বোংদা লান্তাদুনা কম্বোংগী অকনবা পায়াকোৎ শিনহৈবা লাংখোংসু ফারকই। মৈতিংঙু পুন্সিবনা কাইহৌ চেংকাইপূং তাংখুন মোম্বৈদা লান্তাদুনা, তাংখুন কৈহৌ নিংথৌ মরেম খমতিংববু ফারকখি। অৱাং কৌব্রুলমদা তাবা কোইরেং হাউখুন্দা লান্তাদুনা কোইরেংগী চরাইলোং, লৈপুননোং, থাংশাবা ৱুতোং অপৌববু ফারকই। মৈতিংঙু পুন্সিবনা চীংগী লমদা লান্তাবা অসি লেপতনা চৎথরক্তুনা নোংপোক মায়কৈদা লৈবা মরিং কাংঙোই চীংশাংদা লান্তাদুনা লোইচনশিনলম্মী। লান অদুদা মরিং লুচিংবা শেন্তাং লুখোইবা লৈরাং শাচিববু ফারকখি।

মৈতিংঙু পুন্সিববু মোইরাং নিংথৌ সনাহোংবনা মোইরাং ঙাংখ লৱাইগী খুঞ্জিনদা হৌবা খুয়োল তেবী তেৱাশা কৌবা ৱাপনবু হোংবগী চাক কৌরম্মী। মৈতিংঙু পুন্সিবনা মনাই মশন খরগা লোয়নদুনা হিয়াং হিরেন তোংদুনা চাক্ চাবা চৎলম্মী। চাবা থকপা লোইরগা হিয়াং হিরেন তোংদুনা লোক্তাক শমদুনা স্না কোনুংদা হনলক্পদা লম্বীদা মনাইশিংগা ৱারি শান্নবদা মোইরাংদি মৈতিংঙুগী হেন্তাক ঙাপন লোইনি হায়রম্মী। ঙা ফাবা মোইরাং মচা খরনা মোইরাংদি মৈতিংঙুগী হেন্তাক ঙাপল লোইনি হায়বসি তাখিবদগী মোইরাং নিংথৌগী মফমদা চেন্দুনা তমলুরে। মোইরাং নিংথৌ হোংবনা মৈতিংঙুগী উশিংতবা ৱাঙাং অদু তাবদা শাওমনখিদুনা মৈতিংঙুবু হাৎনবা অকন অথৌ ময়াম অমা থাদুনা তান্নহলকখি। মোইরাং ময়াম্না মখুত্তা মতিক চাবা খুৎশু খুৎলাই পাইদুনা লাউ খোংদুনা তান্নরকপা অদু উরম্মী। মৈতিংঙু পুন্সিবা মৈতৈগী খোংমি লান্মী পুরক্তবনা হিদা লোক্তাক লান্দুনা চৎলবদি মোইরাংনা হিদা হৈবা হেনবনিনা কোনুং

য়ৌদ্রিঙৈদা লম্মাখাংদা য়াইবী থব্বায় মাংবা তারে খন্দুনা মনাইশিং হুন্দোক্লম্লগা কামু খুন্দা চেনশিন্দুনা কামু খুনলাকপদা মথব্বায় কনবিয়ু হায়জরম্মী। কামু খুনলাক্পনা খুন পিকপনিনা মোইরাংগা মায়য়োক য়াবা ঙমলোই হায়রকপদগী কামু খুন্দা পম্থবা তৌদনা অন্দ্রো খুন তান্ন চেনলক্তুনা অন্দ্রো খুনলাক্পগী ময়ুমদা চংদুনা মথব্বায় কনবিয়ু হায়জরম্মী। অন্দ্রো খুনলাক্পনা মৈতিংঙুবু থব্বায় কনগে হায়না পান্বোম তিংলে। অন্দ্রো খুনলাক্পনা খুনগী মীয়াম খোমদুনা মৈতিংঙুবু ঙাকহন্‌লম্মী, মী খরাবুনা পম্থোংদা মোইরাং লাকপা য়েংহনলম্মী। মৈতিংঙুবু হাৎকদবগী মোইরাংগী খোংমী লাম্মীশিংনা কাবু খুন্দা চংদুনা থিবদা মৈতিংঙু লাক্তে হায়বদগী অন্দ্রো তান্না লাক্লম্মী। মোইরাং লাকপা উবদগী পম্থোংদা মোইরাং লাকপা য়েংলিবশিংনা চেনশিন্দুনা খুনলাকপগী মফমদা পাও তমলরে। অন্দ্রো খুনলাক্পনা মাগী মীয়াম পুন্বা লোৎনা থুপ্না লৈহন্‌খ্রগা মৈতিংঙু পুন্সিববু মাগী কৈ মনুংদা লোৎহনলম্মী। মোইরাংগী অকন অথৌশিংনা অন্দ্রো খুনলাক্পগীদা চংলক্তুনা ইপা খুনলাকপগীদা মৈতিংঙু চংখ্রে পিয়ু হায়রম্মী। অন্দ্রো খুলাকপনা ঐগীদদি লাক্তে, খুন চাওবনিনা মী থাদুনা য়ুম খুদিং চংনা থিহনখিগে। খুনলাক্পগী ব্রা অদুবু মোইরাংনা থাজদুনা য়ারম্মী। অন্দ্রো খুনলাকপনা মোইরাং অকন-অথৌ পুম্নমক হাৎনবা থৌরাং তৌরম্মী। মোইরাংশিংবু নুংশিবা শানা, মরুপ মপাং ওইরিবা মোইরাং নখোয়না ইপাগী খুন্দা লাক্পদি, ইপাগী লৈজবা অচা অথক খরা চারগা ঙহাক পোৎথাখো, লমশাং লাক্পগী ব্বারিগনি হায়দুনা পোৎথাহনলে। খুলাকপনা মোইরাংশিংনা থক্লবা য়ুদা য়াই হাপচিন্দুনা মোইরাং লাম্মী পুম্নমক পীথকলম্মী। য়াই য়াওবা য়ু থকলুবদগী মোইরাংগী অকন অথৌশিং অশিবগুম ব্বাম্থদুনা তারিঙৈদা অন্দ্রো ফাল্লুপ লাললোইবনা মোইরাং অমতা চিৎথদনা লোইনা হাৎতোকলম্মী।

অন্দ্রো খুনলাক্পনা মৈতিংঙু পুন্সিববু কোনুংদা হন্নবা ইরিলবুং ফাওবা থিনবিরকলম্মী। মদুদা মৈতিংঙু পুন্সিবনা মথব্বায় নুংঙাইরদুনা ইপা খুনলাকপা নঙনা পাম্বা অমতা হায়য়ু ঐ পিগে হায়রম্মী। অন্দ্রো খুনলাকপনা মখুৎ লৈপাক শোকই। ইপানা লৈপাক পামলবনিনা ইপানা লেপলিবা লম অসি ফাওবা অন্দ্রোগী লম ওইজরো হায়না পিরমলগা সনা কোনুংদা হনলকখি। মৈতিংঙু পুন্সিবা মতম শাংনা লৈরমখিদ্রে। মৈতিংঙুনা শিরমদাইগী মতমদা মচা ইবুংঙো নিংথৌখোম্বা কৌশিন্দুনা মোইরাংনা য়াম্না লাক্চনা তৌখিবা ব্বারিশিং লিদুনা মোইরাংগী মথক্তা লমন খুম্নবা শিন্নরম্লগা নোঙ্গাখ্রে। মৈতিংঙু পুন্সিবনা চহী ২৮ নিংথৌ ওইনা পানলম্মী।

# ৩৭শুবা
# মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বা
# (খৃ: ১৪৩২ - ৬৭)

মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা খৃ: ১৪৩২দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বা কৌদ্রিঙৈদা খোইমোম লাইনিংহনবা চরাইরোংবা কৌরম্মী। মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বানা অঙোম নিংথৌ কাসোম্বগী মনাওনুপা সেখুফাবগী মমোম ইবেম্মা লিম্হোইঙম্বী লৌরম্মী। লিম্হোইঙম্বীনা লৈশাদুনা ময়ুমদা লৈরিঙৈদা মপা ইবুংঙো সেখুফাবনা থাং - টা, লিরুং তেন কাপ্পা, অরাম্বাই লংবা, শগোলথৌবা নিংথিজনা তম্বীরকখি। মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা ইবেম্মা লিম্হোইঙম্বীগা লোয়ননা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী।

মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা নিংথৌ ওইবগা মপা ইবুংঙো পুন্সিবনা মহাক্কী অরোইবা মতমদা মোইরাংগী মথক্তা লমন খুম্নবা শিন্নরম্ববু থবক ওইনা পাংথোক্লবা লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংগা ৱা তান্নবা হৌরম্মী। মতম অসিদা মোইরাং নিংথৌ সনা হোংবা মপাঙ্গল ফনা কন্না পানলি, অদুনা মহাক্কী মথক্তা হেক্তা লান্তাবা অসি তরাই তরাইবা অমদি ওইরমদে। তুমু লাকপগী মতেং লৌদুনা মোইরাং নিংথৌ সনা হোংবগী মথক্তা লান্তারবদি মোইরাংবু মায়থিবা পিদুনা খুতুম চনবা ঙমগনি হায়না খন্নরম্মী। কবোগী তুমুলাক্পা অসি মোইরাংনিংথৌগী চান্নরবা মরুপনি। অদুনদি তুমু লাক্পবু শাওহনদুনা মোইরাংগা য়েংথিনহনলসি লেপনরম্মী। মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা মৈতৈগী অকন অথৌশিংগা থৌরাং অমা পাইখৎতুনা তুমু লাকপবু শাওহনলগা মতেং লৌনবা শরৌ শিন্নরম্মী। মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা মৈতৈগী অকনবা চক্পা খুঙ্গংগী লম্বু কোনখাং লাইচাওববু তুমু লাক্পদা মোইরাং নিংথৌ সনা হোংবগী মথক্তা লান্তাবদা মতেং পাংবিয়ু হায়বা থারম্মী। অদুগা মৈতৈগী অকন অথৌশিংনা মোইরাং শাদুনা মোইরাংগী ফিশেৎ শেৎচিন্দুনা মোইরাংগী চাকয়োম থম্নানা য়োম্বা পুদুনা লোৎনা তুমু-লাক্পগী মথক্তা লান্তাবা চৎলম্মী। চকপা খুঙ্গং লম্বু কোনখাং লাইচাওবনা হান্না চৎখিদুনা তুমু লাক্পদা মোইরাং নিংথৌ সন্না হোংবগী মথক্তা লান্তাবদা মতেং পাংবিয়ু হায়জরম্মী। তুমু লাক্পনা চক্পা লম্বুদা ৱাফম অদু হয়েং কাবোগী অঙম অথৌবশিং

ময়াম কৌখৎলগা পুন্না খন্নসি হায়দুনা অহিং লেকহনলম্মী । অহিং অদুমক্তা মৈতৈগী অকন অথৌশিংনা থম্লাগী চাকয়োম্বু থোক্লা পম্বোংদা চাক্ চাখিবগী মওংদা চাখাইদুনা থনম্লগা লোংনা তুম্মুগী খুঙ্গংদা চংশিনলগা লান্তাদুনা শেনবী তুমু লৈমাগী মঙক কক্লগা পুরকলম্মী। অদুগা পম্বোংদা য়ানশিন্দুনা থনম্লগা মৈতৈগী লান্মী অকন অথৌশিং অহিং অদুমক্তদা কংলৈপাক তান্না হনলক্লম্মী। অহিংদা লান্তারক্লুনা তুম্মু লৈমাগী ঙক কক্ খিবা অদুদগী চকপা লম্বু কোনখাং লাইচাওবু চিংনদুনা ফারম্মী। তুম্মু লাক্পনা চকপা লম্বুদা মৈতৈ নংগী ফত্তবা লৌশিংনা অহিংদা লাক্লুনা লান্তরগা তুম্মু লাক্পা ঐগী লৈমবু মঙক কক্লুনা হাৎপনি। তুম্মু লৈমা হাৎখিবগী লমন খুম্বা ওইনা লম্বু নঙ্বু হাৎপা তারে হায়দুনা কোরৌ নোংথৌ য়েংনা ৱাশক্লম্মী। কোনখং লাইচাওবনা য়াম্না ইংনা তুম্মু লাক্পদা হায়রম্মী। শেনবী কাবো লমগী ইচিন ইনাও ঙাইশেনশিং ও। নখোয় অমুক্তদি ঙাইখো, ঙসি কোরৌ নুমিৎ অসিদি নঙ্গী অফাবা শাগুম্বনি, লান্দা ফারবা লানফাগুম্বনি। ইমাই অসি ওল্লোই, পুক্লিং হন্থবসু তৌরোই, ঐবু নঙ্গী থাঙ্লেন অদুনা হেক্তো ককপমক্তি ককখিগনু । অহিংদা লান্তারকপনিনা চাকয়োম পুদুনা শোয়দনা লাক্লমগনি। তরা চাক্য়োম চাখিবগী লা শোয়দনা তারমগনি অমুক্তা য়েংখিশি। লান্তারক্লিবা অসি কেকে মোইরাংগী মীরা, নোংয়াই খুমনগী মীরা, মৈতৈরা অরেপ্পা কনানো খংদরি । কেকে মোইরাংগী মী ওইরগনা থম্লানা চাক্য়োম য়োমগনি, খুমন্না ওইরগনা লৈহৌলানা য়োম্বা চাক্য়োম লা ওইগনি। মৈতৈনা য়োম্বা চাক্য়োম লা ওইরগনা চংবী লানা য়োমগনি অমুক্তা চৎতুনা য়েংলুখিসি। সেনবী কবো মীয়াম চংনা য়েংবদা পম্বোংদা থম্লনা য়োম্বা চাক্য়োম লা তাদুনা লৈরম্বা থেংনরে। তুম্মু লাক্পনা চক্পা লম্বু কোনখাং লাইচাওববু হাৎকনি হায়না থৌরাং তৌদুনা ৱাশকখিববু তোক্লম্মী। তুম্মু লাক্পনা, হয়েং মতম অমদা মৈতৈ নিংথৌগা পুন্না মোইরাংদা লান্তামিন্নসি, মোইরাং লমদা য়ৌমিন্নসি অদুনা লৈরাং মেলৈ কৌবা মখোক কনবা লৈবু শেৎতুনা খাইননা লম্বু কোনখাং লাইচাওবগী মফমদা খুৎশিন্নরক্লে। লৈরাং অসিনা অনৌবা খুমু ময়োন হুনবা মতমদা কংলৈ মৈতৈ নিংথৌসু মোইরাংগী মথক্তা লান্তারকউ, সেনবী কবোসু খুমু ময়োন্ হুনবা মতমদা লান হৌরক্কে হায়না ৱালেপ্পরে। মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা মেলৈ কৌবা লৈরাংনা অনৌবা য়েনিং চোংনা খুমু হুনলক্পা মতম ঙাইদুনা মোইরাংগী মথক্তা লান্তানবা থৌরাং তৌনা শেম শাদুনা লৈরম্মী। মেলৈ কৌবা লৈরাংনা অনৌবা য়েনিং চোংনা ময়োন হুনলক্লবদা ৱালেপ্পখিবা মতুং ইন্না সেনবী

তুম্মু লাক্পনা মহাক্কী লৈমা হাৎখিবগী মতিক ওকপা লমন খুম্নবা মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বদা মোইরাংগী মথক্তা লান্তাবগী পাও পিরক্লম্মী । তুম্মু লাক্পনা মোইরাংগী মথক্তা লান্তাবগী পাও হেক ফংবগা মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা শাদা লান্দা হৈশিংবা অকন-অথৌ, লৈচোন লাকপা তোলোংখোম্বা, অঙৌবা হিয়াংলোই ঙম্বা, য়াইস্কুল লাক্পা সনা ইলুপলেন কোঙয়াংবা, তুমুরক্কী লঙ্য়ি য়াওনা মোইরাং নিংথৌ হোংবগী মথক্তা লান্তারম্মী। তুম্মু লাক্পা অমদি মৈতিংঙু অনিগী থাংচপননা লান্তাশিন্লক্পা অসিদা মোইরাং মায়রোং য়াবা ঙমদ্রে । মোইরাংগী য়ুম খুদিং চংনা, খুম্বক-খুনখা ফাওনা লান্তাবদা মোইরাং য়াম্না শিরম্মী। খুয়োন শেক্লৌ, তুংলৌ, ঙাংলৌ ঙাংখা, ওকচিন, লাক্খোং, কোইনাইয়ুম্বু, উরা লাইচিং অদুগা য়াউশুল-খুন্দোলনচিংবা লৈকাই তরেৎতা খুন্তাদুনা নুংঙাই মরাং কায়না পানলম্বা লম্বু মৈতান তাঙ্গোই তাবা মখৈ মৈ থাদুনা মাংহনলে। লানফম অসিদা সনারক্কী পোনচেম্বা, লুপারক্কী কাপুখোম্বা, কেকেরক্কী তিলিথাচা, লাংখোংতৌগী ৱাপু নাউচা অহিং অসাংচা, ঙানখা নমপোক্কী উরা লাংমৈরেম্বা, খেনচং নেন্পা, খোনচঙ চাইবা, য়াওশুরক্পগী মচা চাফাবা লৈতাং লাম্থাবা, তুমুলংয়িনচিংবা মোইরাংগী লানচিংবশিং ফারক্লম্মী । লান্দা ফারকপা মোইরাং লুচিংবশিং অসিবু হাৎতুনা মকোক্না লুখা থাদুনা পুং অমা থোনলম্মী। পুং অদুবু মোইরাংগী অকন অথৌশিং খোমদুনা ফারকপা কোক্পু লুখা থাদুনা থোন্বা পূংনি খংনবা "**মোইরাংখোম পূং**" হায়না মমিং থোনলম্মী। লান অসিগী মতুংদা মোইরাং নিংথৌ সনা হোংবনা মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বদা লৈশং খাউ অমা লৈঙৌ খাউদা হাপ্তুনা লোই হায়রম্মী।

মোইরাংগী লান-লোইরবা মতুং খৃ: ১৪৪৩ দা মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা কবোগী অক্লা চীংদোংপোক্তা লাম্থোং মঙা (৫) শিন্দোক্তুনা লান্তারম্মী। মৈতিংঙুনা কবো অক্লাদা লান্তাবা চৎখ্রিঙৈদা মৈতৈ লৈমারেন লিম্থোইঙম্বী কোনুং মনুংগী ইবেম্মশিংগা লোয়ননা তাংখমদা থৈদুনা থমলম্মী । অৱাং নোংপোক্ লমগী তাংখুন তুশেন হাওশিংনা, মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা কবো অক্লাদা লান তৌবা চৎখিবগী পাও অসি তাদবদগী, মৈতিংঙু লৈতবগী খুদোং চাবা লৌদুনা কংলা তম্না লান্তরক্লম্মী । তাংখুন হাওশিংনা লান্তারকপগী পাও ফংবদগী লৈমারেন লিম্থোইঙম্বীনা কোনুং মনুংগী ইবেম্মীশিংগা থুনা য়াংনা তাংখমদগী কংলাদা লাকলম্মী। লৈমরেন লিম্থোইঙম্বী য়াম্না মরৌশিং লৈবী, অমদি মথৌনা ফবী

নুপিনি । লৈমারেন লিম্থোইঙম্বীনা কংলা কন্দবা য়াদে হায়বা অচেৎপা ৱাখন, থৌনাগা লোয়ননা মৈতিংঙু নিংথৌগী ফিজেৎ লৈতেং শেৎচিলে অদুগা কোনুংগী ইবেম্মা লোয়নবীশিংসু নিপাগী শাফি লানফি শেৎহন্দুনা কংলা কোনুংদা লৈরম্মী। তুশেন তাংখুন হাওশিং অদুনা কংলা য়ৌরকপা মতমদা মৈতৈ নিংথৌনা কংলাদা লৈরম্বা অদুদা পুমঙক ঙকখ্রে। পাইরক্কী লৌশিং লৈবী লৈমারেন্না য়াম্না শিংনা, নুংশিবা শাদুনা তুশেন তাংখুন হাওশিংদা হায়রক্লম্মী, ইনাইশিং অচানবা ! তুশেন লান্দা থৌবশিং ! নখোয়দি মৈতিংঙু ঐনা কবো অক্লাদা লান্তারুববো করিগী তেংপাংলদে ? মদুদা তাংখুনশিংনা তুমন্নি ৱা তান্নরম্মী। মৈতিংঙু কবো সেনবী অক্লাদা লান্তখি হায়বা অদুদি হনলক্কমলেদনা। ইনিংথৌদি শঙ্গাইদা থুংলমলে খুরুম্লসে হায়না খুরুম্লম্মী। লৈমরেন লিম্থোইঙম্বীনা ইনাই অচানবশা, নখোয় মৈতিংঙু ঐগী ৱাংলৈ অয়াক্পা অহাওববু লৈরে থক্খো হায়দুনা খামলম্মী। মৈতৈ লৈমারেনগী মনাইশিং অদুনা ৱাংলৈ অয়াক্পা অদুদা হিদাক্ মনা অয়াক্পা নোইশিনলগা য়ুবু ঙম্বা মখৈ পিথক্লম্মী। অয়াক্পা য়ুগী ময়ায়না কোক্তা হাইগৎখিদুনা হাওশিং ঙাওদুনা তারগা লৈরম্মী । য়ু ঙাওদুনা তারিবৈদা তাংখুনশিংবু লোইনা ফাদুনা মখোং মখুৎ পুনশিলগা ফৌকৈগী উখোংশিংদা পুনশিন্দুনা ফারগা থমল্লম্মী। তুশেনগী তাংখুন নিংথৌ হেনপুরিংবা কৌবা লান্দা থৌববু মৈতৈ লৈমারেনগী পাইরক লৌশিংনা, থৌনা ফনা লানশোক্লদনা ফাবগীদমক্তা মৈতৈ লৈমারেনগী মিংলেন নোংবানলোন লিম্থোইঙম্বী হুইয়েন পুরিংবা ফাবী হায়না মিঙ্গৌনখি । তাংখুন লান অসিগী মতুংদা মৈতৈ লৈমারেন্না মচা ইবুংঙো কিয়াম্বা পোক্লম্মী । থাঙৱাইগী লমদা পোকই হায়দুনা থাঙৱাই নিংথৌহনবা হায়না মমিং থোনলম্মী।

**খুরাই কবো লৈকাই থোনবা -**

মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা অক্লাগী লান ঙমদুনা চেঙ্চারি চেঙ্চাকং, খেক্চারি খেকচাকং, খারয়রোং মন্তং লাক্পা মীখেক্পা, খোমপাসুঙনচিংবা কবো ময়াম ফাদুনা পুরক্লম্মী। লম্বীদা সনা কোনুংদা অৱাং হাও তাংখুন্না লানহৌরক্লে তাবদা থুনমক সনা কোনুং তম্না খোঙ্কারকখি । সনা কোনুং য়ৌবা মতমদা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেন লিম্থোইঙম্বীনা পাংথোক্লম্বা থৌদাং উবদা মৈতিংঙুগী পুক্লিংদা হরাওরম্মী। লৈপাক মীয়াম্না লৈমারেন লিম্থোইঙম্বীবু লৈপাক্কী মমা ওইবী, মতিক

চাবিনি থাগৎনরম্মী। মৈতিংঙুনা কবো অক্লাদগী ফারকপা কবোশিংবু চীংমৈরোংগী খাথংবা খুরাই খুনফমদা খুন্তাহন্দুনা থম্মী, অদুদগী মফম অদুবু "খুরাই কবো লৈকাই" কৌখিরম্মী।

খৃ: ১৪৪৭ তা ইবেম্মা লৈমারেন লিম্বোইওম্বীনা ৱাংকোন শঙ্কুমদুনা মচা "ইবুংঙো শানোংবা লালুখোম্বা ৱাংখৈরক্পা" পোকই। মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা মচা ইবুংঙো শানোংবা লালুখোম্বা পোক্পা কুম অসিদা খা নোংপোক্ মায়কৈ পাংবদা লৈবা তরাউ লৌচিংফৈদা লান্তাদুনা তরাউগী খুনলকপীগা মপ্বা নিংতৌকোন্দে শাদিং লাংমৈববু মায়থিবা পিরম্মী।

**মৈতৈ লৈমারেন লিম্বোইওম্বীনা লোইচনলম্বা খুঙ্গংশিং -**

মৈতৈ লৈমারেন লিম্বোইওম্বী মথৌনা মরিংজেন অঙকপনি, মহাক্না লোইবী চীংশাং অকোইবা অমদি সেনবী কবোগী লম কয়াদা লান্তাদুনা লোইচনলম্মী। লৈমারেন লিম্বোইওম্বীনা তাইতন শুন চীংদা লান্তাদুনা তাইতন নিংথৌ তাংখুন হাওতোনবা তেবা মমিং চৎপবু লান্দা মায়থিবা পিদুনা লোইচনলম্মী। মৈতৈ লৈমারেন্ন হিয়াংলমদসু লান্তাখি। কনম খুন্দা লান্তাদুনা খাকি নিংথৌ তেচনবী, তেচনববু লান ঙমলকখি। মৈতৈ লৈমারেন লিম্বোইওম্বীগী লান্দি অসিনা লোইবা নৎলমদে। নোংপোক্ মায়কৈ পাংবা কবুই য়াংলা মপুংয়াইদা লান্তাদুনা কবুই য়াংলা নিংথৌগী শনশেনবী শনশেনববু লান ঙমলকখি। খা মায়কৈদা লৈবা খোংয়াং কুমফি লৈশোক্পুং কুমফি ফুরুপ্না তাবা লামদা লান্তাদুনা খোংয়া খুনগী নিংথৌ মকু শায়াপাল মরিংববু ফারক্লম্মী। অসিগী মতুংদা মৈতৈ লৈমারেন লিম্বোইওম্বীনা অকন অথৌ ময়াম পুদুনা খা মায়কৈদা লৈবা লাংথা নিংথৌ ময়া হায়না মমিং চৎপবু কন্থি থোক্না লাম্বেংনদুনা লান ঙমলকখি। অসি মতুংদা খা নোংচুপ মায়কৈগী খারম খোইরোই কৌবা লমদা লান্তাদুনা লুহুপ্পু ফারক্লম্মী, মৈতৈ লৈমারেন লিম্বোইওম্বীনা হুইয়েন লান্তাবা লেপলমদে। নোংপোক্ মায়কৈ সেনবী কবোশিংনা লৌউনবা ৱাইশি নমতোংপান্ খাক্ৱা লৈপুংমাল ৱাইরী কৌবা চীঙ্গী চীংঙজিন্দা লান্তাদুনা তমপাক্ অদুদা পানবা চাউফা শমচাই কৌববু মায়থিবা পিদুনা লান ঙমলকখি। মৈতৈ লৈমারেন লিম্বোইওম্বীনা লান্তারুবা খুদিং মবুংঙোদা পাওদমজরম্মী। মবুংঙোগী মফমদা পাওদমজবদি অসিনসু লোইবা নত্তে। নোংচুপ মায়কৈদা লৈবা কেকে লোক্তাক্ ৱাংবরেনগী লমদা হুইয়েন, লান্তারুই লান্দুদা মোইরাংগী হাউনুরা হাউতোনবা কৌববু লানঙমদুনা ফারক্লম্মী।

মৈতৈ নুপী খুদিংমক্কী ফিদম্নফম ওইরিবী নোংবানলোন অঙোম নিংথৌ নোংপোক্ কসোম্বগী মনাও শেনখু ফাবনা পোকচবি মৈতৈ লৈমারেনবী লিম্বোইঙম্বীনা, নিংথৌ মশমক্ লৈত্রবসু মপাংগন মরৌশিংতনা ম্না কোনুং য়েক্লবদগী কনখিবনি। নুপিমক ওইরবসু মহৈগী লমদা নুপা মরাই অমা হেন্না থাঙ্-তা, অরাম্বাই, শগোল থৌবা হৈবী মৈতৈ নুপিনি । লানফম কয়াবু লাম্থেংনদুনা লৈপাক্কী লৈঙাকপদা অয়েৎ অকায় পিরক্লদবা কয়াবু লাম্থেংনদুনা নুপা অমদগী থোইদোক্লা নোপতনা লৈপাক্ ঙাক্পদা মতেং পাংলম্মী।

মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা মচা ইবুংঙো কিয়াম্ববু খুরোই হাউবা লম্মাংদোংদা। শঙলেন অমা শাদুনা থোইদোক হেন্দোক্লা লান্দা হৈশিংবা মনাই মীখনখাইশিংগা লোয়ননা থমদুনা হৌ কেকে মোইরাংগী থৌ পুহনলে। মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বনা মোইরাংগী ব্রায়েনথৌদা পুম্বা পাইশিনলম্মী। মোইরাং নিংথৌ সনা হোংবনা মোইরাংগী অবোইবা নিংথৌ ওইরম্মী। মতুং তারকপা মোইরাং নিংথৌশিংদি মৈতিংঙুশিংনা হাপ্পুনা মমিংতগী ওইনা থমলম্মী । মৈতৈ লৈমারেন লিম্বোইঙম্বী অমদি মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বা অনিনা লোইবী চীঙ্শাংগী খুন কয়া অমা অমসুং সেনবী কবোগী লম্বু লোইচন্দুনা লৈপাক্ ঙাক্মিন্নদুনা চহি ৩৫ পানলমলগা খৃ: ১৪৬৭ দা মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বা নোঙ্গাখি।

- )o( -

*থাঙ্মৈ - কংলাগী অৱাং থংবা লম মখৈবু থাঙ্ৱাই হায়না কৌরম্মী ।*

# ৩৮শুবা
# মৈতিংঙু কিয়াম্বা/থাংব্রাই নিংথৌহনবা
# (খৃ: ১৪৬৭ - ১৫০৮)

খৃস্টব্দ ১৪৬৭ তা মৈতিংঙু কিয়াম্বনা মশাগী চহি ২৪দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মৈতিংঙু কিয়াম্বনা ইবেম্মা শেনবুংলোক্পীগা ইবেম্মা লৈশাংথেম চনুগা অনি অসি পান্নরম্মী । মৈতিংঙু কিয়াম্বনা লৈমারেন শেনবুংলোক্পীগা ফম্বাল তোংলম্মী । মৈতিংঙু কিয়াম্বনা ফম্বাল তোংবা মতমদা খুইরোই হাওবা লম্মাংদোংদা কোনুং ওইদুনা পানলম্মী ।

মৈতিংঙু কিয়াম্বনা ফম্বাল লান তৌদুনা কবোগী কিয়াং লমদম্বু খুতুম চনগে নিংদুনা পোংনিংথৌ খেকখোম্বগীদা (খিখোম্বা) মী থাদুনা লান পাংনবা মরম্বু ঙাংনহনলম্মী। পোং নিংথৌ খেকখোম্বনা মৈতিংঙু কিয়াম্বদা কবো কিয়াংগী মথক্তা লান্তাবা অদু লান পাংগে হায়রক্লম্মী। পোং নিংথৌগা মৈতিংঙু কিয়ম্বাগা কবো কিয়াংগী মথক্তা লান্তানবগী উন্নগদবা মফম অমসুং মতম লেপথোক্লবা লোয়রদুনা খৃ: ১৪৭০ দা মৈতৈ লাম্নীশিং পুদুনা কবো কিয়াংদা লান্তাবা চংলম্মী। মতমদুদা লান তৌবা মতমদা লান ঙম্নবা শা-শনবু ঈরাৎপা তৌনরম্মী। মৈতিংঙু কিয়াম্বনা কবো কিয়াংবু লান্দা ঙম্নবা খারি চীঙ্খোঙদা ইরোই অমা ইরাৎ থৌনি তৌদুনা কৎলম্মী। পোং নিংথৌ খেকখোম্বগা মৈতিংঙু কিয়াম্বগা পুন্না কবো কিয়াং খমপাৎতা লান্তমীন্নরম্মী। কবো কিয়াং মায়থিবা পিদুনা লোইচনলম্মী। লালঙম্বগী নুংঙাইদুনা নিংথৌ অনিনা মরাক্তা লম ১০০ পাক্পা নিংথি তুরেন্দা হি খাবক লাক্লুনা, মথক্তা সনালিফক থাদুনা ফমফম অমতদা ফমমিন্নদুনা ব্রারি শান্নমিন্নে । চাক্সু সনাগী পুখম অমতদা চামিন্নে। ঈশিংসু সনাগী লি (ঈশিং থক্লবা কোন) অমতদা থকমিন্নে । পোং নিংথৌ খেখোম্বগা মৈতিংঙু কিয়াম্বগা নুংশিন্না ব্রারি শান্নদুনা মশু মপু চহি হংনরম্মী । পোংনিংথৌ চৌফা খিকখোম্বনা, মৈতিংঙু নিংথৌ অথোইবও ঐদি ফম্বালদা চহী ৩০শুরে ইশাগী চহী ৪৭ শুরে। মৈতিংঙু কিয়াম্বনা ইশাগী চহি ২৭শুরে ফম্বাল চহি অহুমদা (৩) ঙাইরি; হায়দুনা চহি মশিং হংনদুনা নুংঙাইমিন্নে। মতুংদা পোং নিংথৌগী লৈপুবা (মন্ত্রি) চাপাক তেতেগা মৈতিংঙুগী লৈপুবা মহৌরাংশুম্বগা লময়েন্নে। লৈপুবা অনিনা মাগী মাগী লমগী লমখৈ

মশক খংনবা উয়ুং য়ুংদুনা থম্নরম্মী। পোংগী লমদি হৈনৌখোংনেম্বীগী মখৈনে, মৈতৈগী লমদি মুখোং মুংব্রাই মখৈদগী হৌদুনা নোংপোক্ লমদা লোইচারি চীংশাং য়ৌদুনা অদুগা মখারোমদা মিয়াতোং কৌবা চীং হৈনৌ খোংনেম্বা পোক্পীগী মখৈনি খংনা খারি লৈপাক্ অয়াম্বা পুন্না খায়দোক্নুনা য়েন্নরম্মী। শমজোক্কী মমাং থংবা লমখৈদি পোংগী লমনে অদুগা শমজোক্কী মনিং থংবা লম মখৈনা মৈতৈগী লমনি হায়না লেপ্পরে। লময়েন্নদুনা লমখৈ লেপথোক্লবা লোয়রবদা পোং নিংথৌ খেকখোম্বগী মনাই লাকব্রান পেরে খোংবগা মৈতিংঙু কিয়াম্বগী মনাই শেক্তা পূংয়্যেবগা ওন্নদুনা শিন্নরম্মী। লম য়েন্নবা লোইবদগী মৈতিংঙু কিয়াম্বসু কংলৈপাক্তা হনলক্লে, পোং নিংথৌ খেকখোম্বসু পোং মরৈপাক্তা হনখ্রে । কবো কিয়াংগী লানফম অসিদা কিয়াং নিংথৌ মুমশিনলোং, মহাক্কী অঙম্বা মুংসুং, খমশেৎসু, লমখাহুং, অমদি ইখমসুং য়াওনা লানফা কয়ামরুম ফাররুম্মী। মৈতিংঙু "কিয়াম্বা", কৌদ্রিঙৈদা থাংব্রাই নিংথৌবা কৌরম্মী। কবো কিয়াংবু লান ঙমলক্খিবদগী কিয়াম্বা হায়না মিংহোংলম্মী । কবো কিয়াংবু লান ঙম্বা চহী অসিদা লৈমারেন শেনবুংলোকপীনা মচা ইবুংঙো লমকিয়াম্বা পোকই ।

মৈতিংঙু কিয়াম্বনা কবো কিয়াংগী লান মতুংদগী চীংশাং অকোইবদা লান্তাদুনা লোই শন্দোকপা হৌরম্মী, অব্রাং মখান লাইকাপূংদা লান্তাদুনা মখান নিংথৌ অচনবু ফারকখি । নোংপোক্ মায়কৈরোমদা লৈবা চাপুং খুন্দা লান্তাদুনা চাপূং ঙম্বা কারেংখম মায়পাক্পাবু ঙমলকখি । মৈতিংঙু কিয়াম্বনা চীংশোংখুন্দা লান্তাদুনা খুনলাক্পা হোংখুং লাংশোই তাউবগা, চীংশোং খুনলাক্পী হাওনু তাংজা শমফবী লানঙমলকখি। নোংপোক্ মায়কৈ পাংবা লমদা লৈবা তাংখুন মচিপূংদা লান্তাদুনা তাংখুন লৌতাই খুনবু থুগাইরম্মী। লান্দুদা মোন্দো নিংথৌ শনথিবা লাংমাইপূংবু ঙমলকখি। লান অসিগী মতুংদগী মৈতিংঙু কিয়াম্বনা খৃ: ১৪৭৪ দা খুরোই হাউবা লম্মাংদোংদগী কংলা কোনুংদা হোংগৎতুনা লৈরম্মী ।

চৈথাবা হৌবা -

মৈতিংঙু কিয়াম্বনা খৃ: ১৪৭৪ দা লৈপাক্কী অঙম অথৌ অখং-অহৈ ময়াম পুন্না চৈলাওবগী মহুৎতা চৈথাবা হৌননবা ব্রা খন্নরম্মী । লাক্কদৌরিবা কুমজা অসিগী মনুংদা লৈপাক্কী নিংথৌগী মহুৎ শিনবা ঙম্বা, অফবা- ফত্তবা পুজগে হায়বা নিপা অমবু লৈপাক্ খংনা লাউথোক্নুনা চৈথাবা ওইহনসি লেপ্পরম্মী। মৈতিংঙু নাউফংবা (খৃ: ৪২১ - ৫১১) না হৌদোক্লম্বা কুমহৌগদবা নোংমা

ৱাৎলিঙে, হয়েং অনৌবা কুমজা অমা হৌরগনি হায়না ৱাশাং চৈ অমদা ফিরাল য়েক তরেৎকী মচু থেৎতুনা চৈতোন্দা শরিক য়ানববু পাখঙ্লাক্পশিংনা অমমম পাইদুনা লৈরক- কোনশাং, লমচাওদা চৎতুনা য়াৱা খোঞ্জেন হৌনা পাউ লাউ লাউদুনা হয়েং শজিফু নোংমা পানবা নুমিৎতগী চহি হৌরগনি হায়না খংহন্দুনা চৈ পাইদুনা লাওবা "চৈলাওবা" লেপতনা চৎনরকপা অদুবু তোকথোক্লম্মী। মদুগী মহুৎতা চৈথা (চৈ - থাদোক্পা / থাবা / থম্বা) হৌরম্মী। কুমজা অদুগী অৱা অনা ফত্তহৌদি, লাক্কদবা লাইনা লাইচৎ, তিনমু ফত্তবা, তিনয়েং খোইয়েৎনবা, লৈপাক্কী, অঙম্বগী অমদি নিংথৌগী মফমদা থোক্লগদবা অৱা অনা পুম্বা পুজবগে হায়দুনা মৈতিংঙুগী মনাই অচানবা "হিয়াংলোই" কৌবা নুপা অমনা লৈপাক নিংথৌগী মাংদা চোংথোক্নুনা লেপলরম্মী। মৈতিংঙুনা থৌজালবীদুনা "হিয়াংলোইবু" খৃ: ১৪৮৫ (শ: ১৪০৭) তা অহানবা চৈথাবা নুপা ওইহনলম্মী। চৈথাবা নুপা অসি কুম খুদিংগী হোংগনি, চৈথাগদবা নুপা অদু নিংথৌগা মপোক্ তিন্নবা, থৱানমিচাক্ তিন্নবা, পক্লবা অদুগুম্বা মীওইনা চৈথাবা ওইগনি । চৈথাবা নুপা অদুনা কুম অদুগী মপুনি, মহাক্না চৈথারোল কুম্বাবা পূয়াদা অহৌবদা মমিং মমাং থানা ইগনি । হৌখিবা মৈতিংঙুশিংগী মৈহৌরোল চাদা নাওদা থৌদোক ৱাথোক্কী মরমদা ইরম্বা সনা পুয়াবু হিয়াংলোয়না চৈথাবা হৌবা কুম অসিদগী চৈথারোন্ কুম্বাবা হায়না কৌবা হৌরম্মী। চৈ পাইদুনা লাওই হায়দুনা চৈলাওবা কৌখি, চৈ পাইদুনা লাউবা তোক্খ্রবসু হৌজিক্ ফাওবা কুমগী কুমজা অনৌবা হৌবা নুমিৎ শজিফু নোংমা পানবা অসিবু চৈলাওবা কৌনরি। চৈথাবা হৌখিবা অসিগী মতুংদগী চৈথারোল কুম্বাবা কৌবা পূয়া অসি থৌদোক ৱাথোক অয়াম্বা চহীগা (শক্কা) লোইননা ইবা হৌরম্মী। চৈথারোন কুম্বাবনা চহীগা কোন্না ইরকপা অসি মৈতিংঙু খুঞ্জাওবা (খৃ: ১৬৫২-৬৬) মতমদগী থবান অমদি নুমিৎকা লোয়ননা ইবা হৌরকখি ।

মৈতিংঙু কিয়াম্বনা খৃ: ১৪৮৭ তা পানাশিংগী মখাদা অনৌবা ফমশিং হাপ্তুনা অনৌবা শঙ্শিং লিংলম্মী । লাইফমগী মখাদা ৱাংখৈরাক্পা, য়াইস্কুললাক্পা, শামুহঞ্জবা অমসুং অচানবা ফম মরি অসিগী শঙ্ লিংলম্মী । খাবমগী মখাদনা অচানবী ফমগী শঙ লিংই। হন্নদগী লৈরকলবা অহনলুপ, নাহারুপ, শঙ্লেনবু খরা চাওথোক্ হেন্দোক্হন্দুনা লাক্পা হায়বা অনৌবা ফম হাপলম্মী । থাংয়ি লমলৈয়াংবা/লমলাই য়াংববু অহনলুপ শঙলেনগী লাক্পা হাপ্লম্মী। ইরাংবমচা

নান্‌বা শরাবনা নহারুপ শঙ্‌লেনগী লাক্‌পা ওইরম্মী। খৃ: ১৪৮৮ দা ইবেম্মা লৈশাংথেম চনুনা মচা ইবুংঙো কোইরেম্বা পোকই। মতুংদা খৃ: ১৪৯০দা মচা ইবুংঙো নোংথোনবা পোকই ।

খৃ: ১৪৯৬ তা অঙোম নিংথৌ খোংজোম্বনা লানচিংদুনা লনহাংদা লান্তারম্মী। লান অদুদা অঙোম নিংথৌ খোংজোম্বা য়েক্লবগী মখুৎতা মথৱায় থাখি। খোংজোম্বা শিখিবদগী মচা ইবুংঙো অঙৌপাম্বা লোইচাম্ববু অঙোম নিংথৌ হাপলম্মী। খৃ: ১৫০৪ দা ময়াংনা কংলৈপাক্তা লান্তারকখি। লান অদু থেংন্নবা মৈতিংঙু কিয়াম্বনা অঙোম নিংথৌ লোইচাম্বাবু লানচিংলেন ওইনা থারম্মী । লান অদুদা ময়াংনা লাক্‌চরম্মী । ময়াংনা খরা ঙমলপ তৌবগী পাও ফংবদগী মৈতিংঙু কিয়াম্বগী মচা ইবুংঙো নোংথোনবনা লুচিংদুনা অপুজম হাওবা, ৱাংখৈরাক্‌পা কোইরেম্বা, কাম্বম শেক্‌মু, হিজম হাওবনচিংবা অকন-অথৌশিং য়াওনা য়াইস্কুল লান্‌লোই পুম্নমক্না লান শোক্লবা চৎমিন্নরম্মী। মচা ইবুংঙো নোংথোনবনা ইরোই থরোবী তোংদুনা কৈথেল ওমখৎলক্‌পা (তিনখৎলক্‌পা) মতমদা লান খোংশানলম্মী। তেঙ্গোলদা থুংলরবদা ইবুংঙো নোংথোনবনা অঙোম নিংথৌ লোইচাঙম্ববু চৈরম্মী। নপা নপু খৈবিক্ চীংশোং লানহাং লান শোক্লদৈদা ঙাগুম থুমগুম য়েনপৎ তোরান নারাববু লমনশিংবা ঙমদবা নঙ্‌গুম্বনা ময়াং লান থেংনবা ঙমলোই হনখ্রো হায়না তাম্থোক্লম্মী। মদুদা অঙৌপাম্বা লোইচাম্বনা মথৱায় নুংঙাইতনা মপুক্লিং নুংশিনা কপ্তুনা মচা ইবুংঙো নোংথোনবগা লোয়ননা ময়াংশিংগা অকনবা লান্ শোক্লখিরম্মী। লান অদুদা ময়াংশিংবু মায়থিবা পিদুনা লান ঙমলম্মী । লান অদুদা ময়াংলম্মী কাম্বা নুংমা চেংবা, তৈমা চেংবা, লাংগা তৈবাসুং ফারকখি । লান অদুদা হাৎখিবা ময়াং লাম্মীশিং অদুগী মকোক্ ফুমদুনা অচৌবা, অপিক্‌পা লানলুপৈ থোনলম্মী । ময়াং লান লোইরবা মতুং চহী অমা লৈরগা খৃ: ১৫০৫ দা মচা ইবুংঙো নোংথোনবা শিখিরম্মী। মৈতৈনা নাহুৎপা অসি অককনবা নুমিৎ, থাবান, চহী লৈরমদে । খুদোংচাবগী মতুংইন্না না-হুৎপা অসি পাঙ্‌থোক্লরম্মী। মচা ইবুংঙো কোইরম্বা, মচা ইবুংঙো নোংথোনবনা শিবা চহী অসিদা নাহুৎলম্মী। মৈতৈনা নাহুৎপা অসিবু না য়াৎপা কৌরম্মী। মতমদুদা না অসি মখুন লাওনা শাংনা য়াৎলি অদুনা না য়াৎপা কৌই ।

মৈতিংঙু কিয়াম্বগী স্না হাক্তক অসিদা নোংচুপলোমদগী ময়াং বামোনশিং লাক্‌পা হৌরকখি। মখোয়না লৈপাক অসিদা লাক্‌পা মতমদা মখোয়গী নুপী

লোইনরকখিদে। মখোয়না লৈপাক অসিগী মীওইরবা মতমদতা লৈপাকসিগী চনু নিঙোলশিং লৌবা য়ারম্মী। মৈতিংঙু কিয়াম্বগী মতমদা লাক্‌খিবা বামোনশিং।

**ফুলাইলাৎপম -**

উত্তর প্রদেশকী নন্দগ্রামদগী সুভি নারয়ন চটর্জ্জী লাকখি । মহাক্কী গোত্রনা কাশ্যাপ গোত্রনি । শাগৈ অসিগী ঋষিনা কাশ্যাপভুর্গব অঙ্গীরসনি। মহাক্না শাগৈগী লাই বিষ্ণুঠাকুর লোইনরকখি । শাগৈ য়ুম্নাক্কী মমিংনা মৈতিংঙু কিয়াম্বনা পোং নিংথৌগা মরুপ ওইরুবা মরমদগী ফুলাইলাৎপম হায়বা য়ুম্নাক অসি থোনখি।

**অধিকারিময়ুম -**

শাগৈ অসিগী খুন্থোকলক্‌পা পুকোক্কী মমিং গঙ্গাচরন বেনর্জ্জী কৌই । মহাক বঙ্গাদেশ খরদহ্‌দগী লাকখি। শাগৈ অসি লাই শ্রীগোপালজি লোইনরকখি । শাগৈ অসিগী গোত্রনা ভরদ্ধাজ গোত্রনি । শাগৈগী বেদনা শ্যাম বেদনি । শাগৈগী ঋষিনা ভরদ্ধজ বাস্পতিনি । মৈতিংঙু চন্দ্রকির্ত্তিনা (খৃ: ১৮৫০ - ১৮৮৬) লৈপাক অসিদা খুন্তা লৈতাদুনা লৈরিবা বামোন পুন্নমক্কী হৌরকফম, মখোয়না লাৎচদুনা পুরকপা লাই, গোত্র অমদি চৎলম লুতিন্নচিংবগী মরমদা "বামোন মৈহৌরোল" কৌবা পুয়া অমা ইখৎপা মতমদা মহাক্কী মচা মশুশিংনা মৈতিংঙু পামহৈবা স্না হাক্তক্তা (খৃ: ১৭০৯ - ১৯৪৮) বিচারপতি অমা ওইরম্বদগী অধিকারিময়ুম হায়বা য়ুম্নাক অসি থোনখি । মৈতিংঙু পামহৈবা মতমদগী বামোন লোইশং লিংবা হৌরকলে।

**কক্‌চিংতাবম -**

শাগৈ অসিগী পুকোক্কী মমিং ধনরাম তন্ত্রধার কৌই । মহাক্না কলিনগ্রাম শ্রীহট্টতগী তখেন, ত্রিপুরা ফাওরগা লাকখি । মহাক্না শ্রীরুদ্রদেব ঠাকুর লোইনরকখি। শাগৈগী গোত্রগা ভরদ্ধাজ গোত্রনি। শাগৈসিগী ঋষিনা ভরদ্ধাজ অঙ্গিরম বারষপটা কৌই । শাগৈসিগী ব্রাহ্মন কাংলুপ্না ৰারী শ্রেনিনি। শাগৈ অসিনা খুন্থোক্লকপা মতমদা হান্না কক্‌চিংদা খুন্তাবদগী কক্‌চিংতাবম য়ুম্নাক অসি থোনখি।

**তখেনচংবম -**

শাগৈ অসিগী পুকোক হরি বিদ্যালংকার অসামগী ধনুরগাওদগী লাকখি। মহাক্না লাকপা মতমদা শ্রীমদনমোহন লাইবু শাগৈগী লাই ওইনা লোইনরকখি। শাগৈগী গোত্রনা কৌশিক গোত্রনি, শাগৈগী ঋষিনা শান্তিল্য অঙ্গীরস বরাস্পতনি।

ব্রাহ্মন কাংলুপনা গৌর ব্রাহ্মননি । মহাক্না ইহান হান্না তখেনখোংদা থুংলবদগী লৌদুনা তখেনচংবম যুম্নাক অসি থোনখি। মৈতিংঙু কিয়াম্বগী মতমদা তখেন খোং অসি তৌদ্রি, তখেনখোংদি মৈতিংঙু কবোম্বা (খৃ: ১৫২৪-৪৩)গী মতম খৃ: ১৫৩৪/খৃ: ১৪৫৬ কী ৱাইরোকপম লম্মানা চৈথাবা কুমদা তখেনখোং তৌই। তখেনখোং তৌদ্রিঙৈদা তখেনখোংদা হান্না থুংলবা অসি ওইথোক্তে। তখেনচংবম যুম্নাক অসি মৈতিংঙু পামহৈবা (খৃ: ১৭০৯ - ১৭৪৮)গী মতমদা থোনবা যুম্নাক ওইফম থোকই। খৃ; ১৭১৬ / শ: ১৬৩৮ গী, শজিফু ৩নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতা বামোন হঞ্জবা তখেল চংবা থুংলৈ, অসিদগী লৌদুনা তখেনচংবম যুম্নাক অসি থোনবা ওইনি।

**লৈহাওথাবম -**

শাগৈ অসিগী পুকোক গনেসগীরি দামুদর মুখর্জ্জি, উত্তর প্রদেশকী কানপুরদগী লাকখি । মহাক্না বিষ্ণু চক্রবু থৌগল তৌদুনা পুরকখি । শাগৈগী গোত্রনা মার্কন্ড গোত্রনি। অদুনা ঋষিনা ঔরবচবন ভাগরব কামগদী মন্তাগুমনি । ব্রাহ্মন মখন্না গৌর ব্রাহ্মননি। নিংথৌদা লৈহাও কৎপদগী লৈহাওথাবম যুম্নাক অসি থোনখি ।

**সিজগুরুময়ুম -**

গুজরাটতকী ভত্তপুর ঠাকুর কৌবা বামোন অমা লাকখি। মহাক্না রামচন্দ্রবু নিংজদুনা রামচন্দ্রবু পুদুনা লাকখি। শাগৈসিগী গোত্রনা মধগল্য গোত্রনি অদুগা ঋষিনা ভরদ্বাজ মধচরন সন্ধাত্রয়নি, গৌর ব্রাহ্মন কাংলুপনি। মৈতিংঙু কিয়াম্বগী মতমদা শাগৈসিগী যুম্নাক মমিং থোনলমদে। মহাক্কী মচা মশুশিং অমনা পামহৈবা নিংথৌগী লৈমারেন ৱায়েনবম থম্বান/গোমতিগী গুরু ওইরুবদগী সিজগুরুময়ুম যুম্নাক অসি থোনখি ।

মৈতিংঙু শেনবী কিয়াম্বগী মা হাক্তক্তা থোকলকখিবা বামোনশিংগী যুম্নাক শাগৈগী মমিং অয়াম্বা থোনলমদে। কোন্না মতুং তারকপা নিংথৌশিংনা মখোয়না তৌবা থবক থৌরমগী মতুং ইন্না যুম্নাক মমিংশিং থোন্নরকখি । কংলৈপাক্তা বামোনশিংনা লাকখিবা অসি অতম্না লাইনিং লাইশোন শনদোক্পা ওইনা লাকখিবা নত্তে, মীচেন ওইনা লাকখিবনি। মতমসিদা ভারতসি মোগোলশিংনা মপাঙ্গল কনখৎলক্তুনা হিন্দুশিংবু য়াম্না থিনা ওৎপা নৈবা অমদি লাইনিং লিচৎতা অয়েৎ অপন পিরকপদগী বামোনশিংনা মশাগী লাইনিং লাইশোন, মনাৎ কনজনবা অমদি হিংবদা খুদোং চাগদবা মফম থি থিদুনা চেন্নরম্মী । মখোয়না লৈপাক অসিগী

লাইনিং লিচৎতা মীচং মীখাই নাইদবা, অমদি মোগোলশিংনা চংবা ঙমদবগী পাওবু তাবদগী চংজফম লৌনবগী চীংগী খুদোংথিবা অশোংবা উমং অমদি চীংলোন কয়া লানলগা লাক্কুনা চঙ্‌জফম লৌদুনা লৈখিবনি। মখোয় লৈপাক অসিগী মীওই অমা মতম কুইনা শকখংখিদে, য়াম্না নেম্বা থাক্তা থমলম্মী।

অসুম্না নোংচুপ লোমদগী লাকখিবা বামোন, ময়াং তখেল, তেখাও অতৈ মীওইশিং লৈপাক অসিদা চংজদুনা লৈখিবা মীশিং অদুগী মপা-মপু লাকফম তাক্লা পুয়া ইদুনা থমই, অদুবু নোংচুপ হারমপুয়া হায়না কৌই। মৈতিংঙু কিয়াম্বগী ম্না হক্তক্তা কবো লানফা ময়াম অমা ফাদুনা পুরকখি। মখোয়শিং অদুসু লৈপাকসিগী চনু নিঙোলশিং লৌদুনা লৈপাকসিগী মীওইনা লৈখি। অসিগুম্বা নোংপোকলমগী মীওইশিং অদুগীসু মমিং মথা লাকফম ইদুনা থল্লম্মী। নোংপোক্কী মীশিংগী ইদুনা থম্বা পুয়া অদুনা নোংপোক হারম পুয়া হায়না কৌই। মৈতিংঙু কিয়াম্বনা চহি ৪০ নিংথৌ ওইদুনা পানলমলগা খৃ: ১৫০৮ দা লোঙ্গাখি।

-)০(-

## ৩৯শুবা
## মৈতিংঙু কোইরেম্বা
## (খৃ: ১৫০৮ - ১২)

মৈতিংঙু কোইরেম্বনা খৃ: ১৫০৮ দা মশাগী চহি ২০দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। ইবেম্মা অঙোম চনু লুৱাংবীগা ফম্বাল তোংলম্মী। ইবেম্মা লুৱাংবী মচা পোক্‌খিদে। ফম্বান তোংবগা মৈতিংঙুনা কশোমদা লাক্তাদুনা কশোমগী য়োনবসু, উফৈশু, উমংগোই মখোয় অহুম্বু ফারকখি। মৈতিংঙু কোইরেম্বনা হিয়াঙ্গৈ কুমচনবগী হি তোংবদা মৈতৈ লৈমারেন লুৱাংবী লৈপাক্ মীয়াম মমাংদা ইকাইবা নংলম্মী। মদুদা মপা ইবুংঙো অঙোম নিংথৌ লোইজাম্বনা ৱারৌরম্মী। লাংমৈবুংদা লৈমা নিংথৌ অনিবু চাক্ কৌরগা অঙোম নিংথৌ লোইজাম্বনা মমোম লুৱাংবীবু খামহৌখি। মৈতিংঙুনা ৱারৌদুনা অঙোম নিংথৌবু

ফম্বালদা কুমথহনখি। মৈতিংঙু কোইরেম্বনা অঙোম নিংথৌ লোইজাম্ববু শিংনদুনা খুমলাংলোমদা লান তৌনদুনা লমন খুল্লম্মী। লান অদুদা অঙোম নিংথৌ লোইজাম্বা হাৎলম্মী। অঙোম নিংথৌ কুম অদুদগী তাক্লম্মী। খৃ: ১৫১১ দা মৈতিংঙু কোইরেম্বনা খোইবুদা লান্তারম্মী। লানঙমদুনা খোইবুগী লুচিংবা মণ্ডল ওকলাবা, কুম্মৈ সোনবা, হুইয়েন শাককপা মখোয় অহুম্দু ফারক্লম্মী। অঙোম নিংথৌ লোইজাঙম্বা শিখিবদগী অঙোম নিংথৌ লৈরকত্রববু, অঙৌপাম্বা কিয়াম্ববু অঙোম নিংথৌ হাপলম্মী। মৈতিংঙু কোইরেম্বা খৃ: ১৫১২ দা মশাগী চহি ২৪দা নোঙ্গাখি। চহি মরি নিংথৌ ওইনা পানলম্মী।

-)০(-

# ৪০শুবা

## মৈতিংঙু লমকিয়াম্বা/লমকাইঙম্বা

## (খৃ: ১৫১২ - ২৩)

মৈতিংঙু কোইরেম্বনা শিখিবদগী ময়াম্বা লমকিয়াম্বনা খৃ: ১৫১২ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মৈতিংঙু লমকিয়াম্বগা কোইরেম্বগা মপা তিন্নবা মমা তিন্নদবা মচিন মনাওনি। মৈতিংঙু কিয়াম্বনা পোক্পা মচা নুপা অহুমগী মনুংদা লমকিয়াম্বনা খ্বায়গী অহন্নি। কিয়াম্বা শিরবা মতুংদা নিংথৌ খুবম লমকিয়াম্বানা ফংফম থোকই। অদুবু মনাও ইবুংঙো কোইরেম্বনা নিংথৌ ওইখি। মচিন মনাওগী মরক্তা মা মাগী খুৎ শেম্নদুনা মনুংদা মপাঙ্গল শাগৎনরম্মী। মৈতিংঙু লমকিয়াম্বনা চাখা তাংখুলঙম্বীনে, চানিংফাবিনে, লৈশাংথৌ চনু লাংলোং ইলফম্বীগা অহুমসি পান্নরম্মী। ইবেম্মা চাখা তাংখুলঙম্বীবু লৈমারেন হাপ্তুনা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী।

নোংইনফাবা পোক্পা -

মৈতিংঙু লমকিয়াম্বনা নিংথৌ ওইবা চহি অনি শুরকপা খৃ: ১৫১৪দা ইবেম্মা চনিংফাবীনা মচা ইবুংঙো নোংইনফাবা পোক্ই। নোংইন ফাবা পোক্পা কুম অসিদা তখেন্দগী লাইরিক ইবা (লাইরিকয়েংবম) গবিচন্দ্র লাক্খি। চহী অসি ফৌচেং তোংদুনা লৈপাকসি য়াম্না ৱান্নরম্মী। মৈতিংঙুনা ফম্বাল লান লৈতাংদা

শোক্লরম্মী। লান অদুদা লৈতাংগী অকনবা অথৌবা নুমিৎথাব্বা ফারকখি । কুম অসিদা মৈতিংঙুনা হি তোংদুনা লৈপাক্কী মফমশিং কোইনা চৎতুনা য়েংশিনলম্মী।

**তাংজাম্বা পোকপা -**

খৃ: ১৫১৬ তা ইবেম্মা লৈশাংথৌ চনুনা মচা ইবুংঙো তাংজাম্বা পোকই । চহি অসিদা লাইরিকয়েংবম ভগিরোৎ লাক্কুনা মৈতৈ চনু নিঙোল লৌদুনা লৈপাক্‌সিগী মীওইনা খুন্তাদুনা লৈখি ।

**কবোম্বা পোক্‌পা -**

মৈতৈ লৈমারেন চাখা তাংখুলঙম্বীনা খৃ: ১৫১৮ ব্বাংগোল শঙ কুমদুনা মচা ইবুংঙো কবোম্বা পোকই । কবোম্বা পোক্‌পা চহি ওনলক্‌পা খৃ: ১৫১৯ দা মৈতিংঙুনা অব্বাইচমপ্রদা লান্তাদুনা অব্বাইচলমপ্রাগী লুচিংবা শেল্লিকপু ফারকখি । অসিগী তুংদা শিখোংদা লান্তাদুনা শিখোংগী লুচিংবা আসাং ফারকখি । খৃ: ১৫২৩দা সাইরেম খুন্দা লান্তাদুনা লান শোক্লে । লান ঙমদুনা শাইরেমগী ব্বাইবা লিরৌবা, হুইরেন লমচাওবা ফারক্লম্মী । মৈতিংঙু লমকিয়াম্বনা লৈরক থৌগাইববু পাকলোই অঙৌবা চুম্বুল হুইরোই চিনবা হৌদোক্‌লম্মী। মৈতিংঙুনা হুইরোইহঞ্জবা ফম লিংখৎতুনা খাবমগী মখা থমলম্মী। মৈতিংঙু লমকিয়াম্বনা চহি ১১ নিংথৌ ওইদুনা পানলমলগা মশাগী চহি ৩৮ খৃ: ১৫২৩ দা নোঙ্গাখি।

-)০(-

## ৪১শুবা
## মৈতিংঙু নোংইনফাবা
## (খৃ: ১৫২৩ - ২৪)

মৈতিংঙু লমকিয়াম্বনা নোঙ্গাখ্রবদা মচাইবুংঙো অহল নোংইনফাবনা মনুং মতম চাদনা অঙাং ওইনা মশাগী চহি ১০, খৃ; ১৫২৩ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মৈতিংঙু নোংইনফাবনা নিংথৌ ওইবা চহি ফারকপদা মমা ইবেম্মা চনিংফাবীবু অঙোম নিংথৌ কিয়াম্বনা লৌরম্মী । অঙোম নিংথৌ কিয়াম্বা ঐ মঙাইরে হায়না অথোই নাপন কাবা নুপানি, মহাক্লা কোনুং কারকপদা উরেকসেক

(উরোক) মতু চাশাংবা চিন্দুনা কোনুং কারক্লম্মী। মদুদা ইবেম্মা চনিংফাবীনা মদু চিনবা হৌনদে হায়না খামজরম্মী। অঙোম নিংথৌ কিয়াম্বনা মহাক্লা কোনুং কাবদা উরেকসেক চিনববু থিংই হায়না শাওদুনা মৈতিংঙু নোংইনফাবা মমা মচা অনিমক হাৎতোক্লম্মী। মৈতিংঙু নোংইনফাবনা চহি অমা নিংথৌ ওইদুনা পানখি ফম্বালদি তোংখিদে।

- ) o ( -

## ৪২শুবা
## মৈতিংঙু কবোম্বা
## (খৃ: ১৫২৪ - ৪২)

ময়াম্বুং নোংইনফাবনা থুপখিবদগী মৈতিংঙু কবোম্বনা মশাগী চহি ৬তা য়াম্না অঙাং ওইনা নিংথৌ ওইখি। মপাবুং লমকিয়াম্বা নোঙ্গাখিবদগী কংলৈপাক্কী নিংথৌখুবমদা চরাংনবা তংতাদবা থোক্পা হৌরকখি। মপা তিন্নবা, মমা তিন্নদবা নিংথৌ মচাশিংগী মরক্তা নিংথৌ খুবম মুন্নবা হৌরক্লম্মী। মৈতিংঙু কবোম্বগা, তাংজাম্বগা মপা তিন্নবা, মমা তিন্নদবা মচিন মনাওনি। তাংজাম্বনা মৈতিংঙু কবোম্বদগী চহি অনি (২) হনললি, চহিগী য়েংনরুববদি তাংজাম্বনা নিংথৌ ওইফম থোক্ই। মচিন মনাওগী মরক্তা মনুংদা নিংথৌ ওইনবা মাগী মাগী মীচং থোন্নদুনা খুৎশেন্নরম্মী। মৈতিংঙু কবোম্বগী খুৎনা কন্নবা হেন্নদুনা নিংথৌ ওইরম্মী। লৈপাক্ মনুংগী নিংথৌ খুবমগী অকনবা ইরাং লৈবনা মৈতিংঙু কবোম্বনা নিংথৌ ওইবগা য়াম্না অঙাং ওইনা মনুং মতম চাদনা থিংবাঙম্বীগা লুহোংদুনা কংলা ফম্বাল তোংলম্মী। লৈপাক্ ঙাক্পগী থৌদাংপুম্বা লৈপাক্কী অঙম অথৌ ময়াম চংদুনা পুরম্মী। মৈতিংঙুনা নিংথৌ ওইবা চহি অসিদা সমপুম খুঞ্জাওনা লানহৌরকপদগী লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংনা মৈতিংঙুগী মহুৎ শিন্দুনা লান শোক্লরম্মী। লান ঙমদুনা সমপুম লুচিংবা লাংমৈবনচিংবা ফারকখিবা লৈপাক্কী অতৈ মফমশিংদসু ইরাং খরা খরা লৈরম্মী। ইরাং হৌরকপা খুদিংমক লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংনা চৎতুনা লান শোক্লরম্মী। খৃ: ১৫২৭ তা চক্পা পুংপুনগা লান শোক্লরম্মী, লান ঙমদুনা চক্পা লেংশিৎপ্ ফারকখি। খৃ: ১৫২৮ লৈপাক্কী অঙম অথৌ ময়াম তান্নদুনা, লৈপাক

মীয়াম চংনা **"নম্বুল পূংজাও"** থোনলম্মী। খৃ: ১৫২৮ দা লমকাইগা লান শোক্লে লান ঙমদুনা য়েকচাংবু অমদি লৈরোংবু ফারকখি। লমকাইগী লান লোইরবা মতুংদা কাইরম পূংজাও থোনলম্মী। সমপুম খুঞ্জাওনা অমুক ইরাং হৌরকপদগী সমপুম খুঞ্জাওগী মথক্তা লান্তাদুনা মখোয়গী লুচিংবা কোনচৎ লানচুংবা, থামেংবা অমসুং লানথমু ফারকখি। স ্পুমগী লান্দা মৈতৈ অথৌবা খাচাগী রাইখা শিখি। লানদুনা লনথুম য়াম্না খোমলকখি। খৃ: ১৫৩২ দা তুশোন হাওনা লান হৌরক্লম্মী, মদুদা মৈতিংঙু কবোম্বনা লুচিংদুনা মৈতৈ লান্মীশিং পুদুনা তুশোনগা লান শোক্লরম্মী। মৈতিংঙুনা লান মায় পাক্লুনা তুশোনগী লাংক চক্পা অমদি নোংকাসোনবা ফারকখি। তুশোনগী লান মতুং খৃ: ১৫৩৩ দা তখেন্না কংলৈপাক্তা লান্তারক্লম্মী। তখেন্না লান্তারকপগী পাও ফংবদগী মৈতিংঙু কবোম্বা মশামক্লা লানচিংপুরেন ওইদুনা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা তখেলগা অকনবা লান শোক্লরম্মী। তখেলবু মায়থিবা পিদুনা তখেনগী লানচিংবা অরোই দোল্লাইকুপ্পা লোনমাংথাংবা অমসুং সানোংবা য়াওনা তখেন লানফা ময়াম অমা ফারকখি। তখেনগী লানফমদা নিংথৌজম তোলোই শিখি। খৃ: ১৫৩৩দা তখেনগী লানফা ময়াম অদুবু খোং অমা তৌহনলম্মী। তখেন লানফা ময়াম অদুনা তৌবা খোং অদুবু **"তখেন খোং"** হায়না মমিং থোনলম্মী। হৌজিক্ হৌজিক্ ৱাংখৈ অঙোম লৈকাই, ইম্ফাল য়াইরিপোক লম্বীগী নোংপোক্ পাংবদা তখেন খোং মরিন লৈরি। ৱাংখৈ অঙোম লৈকাইদগী খারোমদা চৎখিদুনা চুরাচান্দ নিংথৌগী কোনুংগী নোংপোক্কী থঙ্গাপাৎকা শম্নরগা খা থাঙ্গাপাৎতা লাক্লুনা ব্রাহ্মপুর নহাবমদা তারগা বামোন লৈকাই ফাওদুনা চৎ খ্রগা খোংমন মংজিন তাখি।

মৈতিংঙু কবোম্বগী স্না হাক্তক খৃ: ১৫৩৫ তা কংলৈপাক্কা তেখাও লৈপাক্কা লম্বী ফাওনদুনা তেখাও নিংথৌগা মৈতিংঙুগা মরি লৈনবা হৌরম্মী। তেখাও নিংথৌগী মফমদা মৈতৈ লৈমা খোংনাম্বী থাজদুনা লুহোংলম্মী। তেখাও নিংথৌনা মৈতিংঙু কবোম্বদা শামু তেখাওঙম্বা খুদোল্ পিরকই। তেখাওগা মরি লৈনবদগী তেখাওলু শাদুনা শিজিন্নবা হৌরম্মী। ফৌ মানবী কৌবা ফৌ মখল্ অমা তেখাওদগী পুথোরক্লুনা থাবা হৌরম্মী। খৃ: ১৫৪১ দা অৱাগী কালেনা মৈতিংঙু কবোম্বগী মতক্তা লান তারক্লুনা অকনবা লান শোক্লে, লান ঙমদুনা কালে নিংথৌ ৱাংপন লাক্পা অমসুং হাওনু লাচোংনুগা ফাদুনা পুরকখি। কালে নিংথৌবু মৈতিংঙু কবোম্বনা ফাদুনা পুরকপা অদুদা কাবোশিংনা অচৌবা লন্মী তেঙ্গোল অমা পুরক্লুনা মৈতিংঙু কবোম্বগী মথক্তা লান্তারকখি। কবোশিংগা অকনবা লান শোক্লরম্মী।

মৈতিংঙুনা লান ঙমদুনা কবোবু মায়থিবা পীরম্মী। কবোগী লান লোইরবা মতুংদা তাংজাম্বনা খৃ: ১৫৪২ দা মৈতিংঙু কবোম্বগী মথক্তা লান হৌরক্লুনা মৈতিংঙু কবোম্বা তুপচিনখি। মৈতিংঙু কবোম্বনা চহি ১৮ পানলম্মী। মশাগী চহি ২৪নি।

**লাইয়িংথৌ ঈশিংচাইবা -**

মৈতিংঙু কবোম্বগী ইবেম্মা লৈমারেন থিংবা ঙম্বীনা লাইয়িংথৌ ঈশিং চাইবা পোক্ই, খ্বাইরমবন, খ্বাই নাগা মপান্দা পাওনমগী লাই ওইনা লাইয়িংথৌ ঈশিংচাইবা লাৎতুনা চহি খুদিংগী হৈরাং-লৈরাং লৈকৎ তমদুনা ইরাৎ থৌগল তৌরি।

-)০(-

# ৪৩শুবা
# মৈতিংঙু তাংজাম্বা
# (খৃ: ১৫৪২ - ৪৫)

মৈতিংঙু তাংজাম্বনা খৃ: ১৫৪২ দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ ওইবগা ইবেম্মা লৈমারেন ম্নাচোমলেনঙম্বীগা ফম্বাল তোংলম্মী। মৈতিংঙু কবোম্বগী মথক্তা লান্তাবদা পাওবম ফানাম্বনা থোক্‌চাউঙম্বা পুখ্রনববু হাৎলম্মী। থোক্‌চাউঙম্বা পুখ্রনবগী মচা নুপা চেনাদি মপাবু হাৎপা অদুদা কিদুনা মথৱাই কনবিয়ু হায়না অঙোম নিংথৌ লাংলোইঙম্বগীদা চেনশিন্দুনা লৈরম্মী। পাওবম ফানাম্বনা অঙোম নিংথৌ লানলোইঙম্বদা চেনাবু পিয়ু হায়বদা পিদ্রে। চেনাবু পিদবা অদুদা পাওবম ফানাম্বনা অঙোম নিংথৌ হাৎকে হায়দুনা নমদুনা ইমুংদা চংগে তৌবদা থোংজিন্দা লুমদুনা লৈরগা পাওবম ফানাম্ববু থাঙনা য়ান্দুনা হাৎলে। থৌদোক্ অসিদগী অঙোম নিংথৌনা মৈতিংঙু তাংজাম্বগী মথক্তা লমন খুম্নবা হোৎনরক্লে। খৃ: ১৫৪৫ দা অঙোম নিংথৌ লাংলোইঙম্বনা লোৎনা লানহৌদুনা মৈতিংঙু তাংজাম্বা হাৎখি। মৈতিংঙু তাংজাম্বা চহি অহুম (৩) নিংথৌ ওইনা পানখি।

-)০(-

# ৪৪শুবা
# মৈতিংঙু চালাম্বা
## (খৃ: ১৫৪৫ - ৬২)

মৈতিংঙু তাংজাম্বনা থুপখিবদগী কংলৈপাক অসি নিংথৌ কাংবগী তাংকক্ অমা ওইরম্মী। লৈপাক্কী মপী মপা লৈতবা য়াদবনা মৈতিংঙু চালম্বনা তাংজাম্বগী মহুৎ শিন্দুনা খৃ: ১৫৪৫ দা নিংথৌ ওইখি। মৈতিংঙু চালাম্বনা ইবেম্মা লমফেলঙম্বীগা, কোংবম চনু তোল্লোংখোম্বীগা অনিসি পান্নরম্মী। নিংথৌ ওইবগা মৈতিংঙু চালাম্বনা ইবেম্মা লৈমারেন লমফেলঙম্বীগা ফমবাল তোংলম্মী। মৈতিংঙু চালাম্বা, চালাম্বা কৌদ্রিঙৈদা কোরৌ নোংথিল চাইবা কৌরম্মী। ফম্বাল তোংবগা নোংপোক্ মায়কৈদা লৈবা কাইনা য়ি-মরু লোকখাই ফান্দোং চীংদা লান্তাদুনা, চীংনিংথৌ অথিংবগা মাগী অথৌবা মনাই চামাংকাফু ফারকখি। লান অসিদগী মৈতিংঙুগী মিং কাইনৌ চালাম্বা কৌরম্মী।

**মুংয়াম্বা পোক্পা -**

খৃ: ১৫৫০ দা মৈতৈ লৈমারেন লমফেলঙম্বীনা ৱাংগোল শঙ্কুমদুনা মচা ইবুংঙো মুংয়াম্বা পোকই। মুংয়াম্বা পোক্পা চহি অসিদা তাংখুলনা চহিগী লোইপোৎ কারক্তবগী লান্তাকুই। লান ঙমদুনা তাংখুল তাংখৎলাং, নুরাথেম্বা মতৈ মনাওবু ফারকখি। অঙোম নিংথৌ শিখিবদগী খৃ: ১৫৫০ দা অঙৌপানবা চুশোনঙম্ববু অঙো নিংথৌ হাপলম্মী। মহাক্সু নিংথৌ ওইবা চহী অদুমক্তদা শিরম্মী। খৃ: ১৫৫১দা অঙৌপাম্বা লাল্লুমঙম্বা ওম্মা অঙোম নিংথৌ হাপলম্মী। চহী অসিদা খারম হাউদা উজাও অমা তেকপবু তখেলনা লান তারকলে হায়না তোক্ঙা শন্দোরক্পদগী লৈপাক্ মীয়াম্না মিপাইনরম্মী।

**লৈশাংখোং তৌবা -**

খৃ: ১৫৫২ দা মৈতিংঙু চালাম্বনা লুচিংদুনা লৈপাক্ মীয়াম হৌনা ফৈয়েংগী লম্বী থোন্দুনা শেমই। মৈতিংঙু চালাম্বনা কোংয়াংফাইদা শা তানবা শা য়াম্না ফারম্মী। শা য়াম্না ফাই হায়দুনা শায়ামপৃং থোলম্মী। মৈতিংঙু চালাম্বানা খা মায়কৈদা

লৈবা চিরু হাওদা লান্তাদুনা নিংথৌ অরেংপু খুমকাংপু য়াওনা চিরু লানফা য়াম্না ফারকখি। খৃ: ১৫৫৫ দা চিরু লানফা ময়াম অদুবু হৈয়েতু অমদি লৈশাংখোং খোং অনি অসি তৌহনলি। চহী অসিদা য়াইস্কুললাকপগী পাখংশিংনা শামাখুলদা লান্তাই, লান্ অদুদা শাৎপম চাউবা, কবুই মাইমু, হিজম খাংসেরা, ইরোম খম্বা মখোয় মরি শিহৌরম্মী। মৈতিংঙু চালাম্বগী স্না হক্তকসিদা ময়াংগা মরি লৈনদুনা চারৌ মৌলৌনবা হৌরে। খৃ: ১৫৫৭ তা ময়াং নিংথৌদা মোনশাম্বী থাজদুনা লুহোংলম্মী।

**কৈথেন্দা নূং য়ুংবা -**

মৈতিংঙু চলাম্বগী স্না হাক্তক ফাওবা নূং য়ুংবগী চৎনবী ইনাৎ অসি পাংথোক্লম্মী। খৃ: ১৫৫৮ দা সনা কৈথেন্দা নূং য়ুংনবা খুঞ্জা অমসুং নাইচাবু থাদুনা ওইনামদগী নূং চিংহনলি। নূং অমনা খুঞ্জানা চিংই অতোপ্পা নূং অমনা নাইচানা চিংই। খাবম অমসুং লাইফমবু খুঞ্জা কৌই। অহল্লুপ অমসুং নাহারুপুনা নাইচা কৌই। নূং অনি অদুগী তোঙান তোঙানবা মমিং থোলম্মী। স্না কৈথেন্দা নূং অমা য়ুংই, অদুগী মমিংনা "**নমশা**" কৌই। নূং অমনা অহল্লুপ লোয়শঙ্দা য়ুংই অদুগী মমিংনা "**নমশা কপোং**" কৌই। হৌজিক্কী জোনস্টোন স্কুল লৈরিবা মফম অসিগী পরিংদা অৱাং কৈথেন, স্না কৈথেল অমসুং খা কৈথেল লৈরম্মী। খৃ: ১৫৫৯ দা অনান নিংথৌনা মৈতিংঙু চলাম্বগী মথক্তা লান্ শিংনরক্লুনা লান শোক্লে, লান ঙমদুনা অনান নিংথৌ নোংনিনখোই ফারকখি।

অনাল লানগী মতুংদা মৈতিংঙুনা থিংনোংদা লান্তাই, লান ঙমদুনা ৱাংলেনপা, হাওনু শেনহোংপা, শেন্খোংবী, শেনহৌবাল শুমলেংপা মখোয় মঙাবু ফারকখি। মৈতিংঙুনা লেপ্পা লৈতনা চীংগী খুন মৈনুং, লিখেৎ, নারুম, থিংনোং, ঈংথিদা লান্তাদুনা লোই হাহনলি। চীংগী খুনশিংবু মথং মথং লান

*চালাম্বা ঃ মৈতিংঙু থংবীলাম্বাবনা ইবেম্মা ৬ পান্নরম্মী। লৈমারেন ইৱাংলোন্ য়ৌইরেন তোমপোক্পীনা খুমোম্বা পোমথিংনাইবা পোকই। পোমথিংনাইবনা নোংজেংসু পান্নদুনা খোংজোম্বা পোকই, মানা খম্বাফাবী পান্নদুনা নোংথোনবা থেঙ্গুৱাইফাবা পোকই। মানা য়াঙ্গোইসু পান্নদুনা স্না লেম্বা পোকই, মানা লৈচো লাক্পা তোল্লোংখোম্বা চনু পান্নদুনা সানোংবা লাল্লুমখোম্বা পোকই। সানোংবা লাল্লুমখোম্বনা অঙোম চনু হাউচোংঙম্বীগা, লৈচোন লাক্পাক তোল্লোংখোম্বা চনু অরুংখোম্বীগা ইবেম্মা অনিবা পাম্লে। ইবেম্মা অঙোম চনু হাউচোংঙম্বীনা "খোংনাম্বগা, চলাম্বাগা" অনি পোকই। ইবেম্মা লৈচোনলাক্পা তোল্লোংখোম্বা চনুনা চীঙ্ঙা য়াংবগা, পুরাম্বাবগা অনি পোকই। চলাম্বা নিংথৌ ওইখি।*

ঙমদুনা লোইহাহনলকলিঙৈ মতম খৃ: ১৫৬২ দা অঙোম্বা লান হৌরক্লুনা মৈতিংঙু চালাম্বা থুপচিনখ্রে। মৈতিংঙু চালাম্বা চহী ১৭ নিংথৌ ওইনা পানলম্মী। অঙোম্বা থা খরা নিংথৌ ওইনা পানবা অসিদা লৈপাক্ য়াম্না ৱাদুনা পানবা ঙমদ্রে। অঙোম্বা নিংথৌ মচা কদাইদা লৈবেগে থিরক্লম্মী। লৈচোন লাক্পা তোল্লোংখোম্বনা পোক্পা চীঙ্ঙা য়াংবা লৈ হায়রম্মী। অদুদা লৈচোল লাক্পা তোল্লোংখোম্বা চনুদা মচা ইবুংঙো চীঙ্ঙা য়াঙ্বা নিংথৌ শেম্বীগে পিয়ু হায়রম্মী। মমা ইবেম্মা লৈচোন লাক্পা তোল্লোংখোম্বা চনুনা মচাবু হাৎপিগদ্রা কিজদুনা অঙোমগী মফমদা মচা লৈতে হায়রম্মী। অঙোম্বা কিগনু, হাৎলোই নিংথৌ শেম্বীগে পিয়ু হায়রম্মী। লৈচোন লাক্পা তোল্লোংখোম্বা চনুনা ইচাবু হাৎলোই হায়রবদি ৱাশকও হায়রম্মী। অঙোম্বা পুলৈরোম্বগী লাইমন থক্লুনা ৱাশক্লবদা মচা চীঙ্ঙা য়াংববু পিরম্মী। অঙোম্বা চীঙ্ঙা য়াংববু নিংথৌ শেম্বীরম্মী। চীঙ্ঙা য়াংবনা নিংথৌ ওইবগা অঙোমগী লান্দা লোৎতুনা নম্বোল কবোৱাক্চীংদা লৈখিবাময়াম্বা মৈতিংঙু চলাম্বগী মচা ইবুংঙো মুংয়াম্ববু কৌখৎতুনা নিংথৌ খুবম শিন্নরম্মী।

-)০(-

# ৪৫শুবা

## মৈতিংঙু মুংয়াম্বা

## (খৃ: ১৫৬২ - ৯৭)

মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা মপা ইবুংঙো লৈখিদবা কুম খৃ: ১৫৬২ দা মশাগী চহি ১৮দা নিংথৌ ওইরম্মী। মৈতিংঙু মুংয়াবনা মপাতোন চীঙ্ঙা য়াংবগী মপুকচেন চাওবা অদুদা পেনখিদুনা, তৌবীমল খঙ্বা উৎতুনা, হয়েং চাতোন সুতোন্না কাওদনবা ফুঙ্গা নাই অমা পীরম্মী। ফুঙ্গা নাই পিবা মসিদগী হৌরম্মী। মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা মপাতোন্ চীঙ্ঙা য়াংবগী মফমদা হায়রম্মী। ইতোন নঙ্গী নচা নশুনা হয়েং খম্বী মৈ মুৎতরিবা মখৈ ঈশিং খোংনা কংদরিবা মখৈ পানম্নিন্নসে। ইতোল নঙ্গী ঈবু ঐগী ঈনা মীরাইরবদি নিংথৌ ওইবসু চহী লোমদশনো, অফবা ফংদসুনো, থাঙ্দা লেপনা চৎশুনো হায়না মীচৈ (সাপ) পীরম্মী। ইতোন নঙ্গী

য়ুম্নাক্তি ৱাংখৈ কৌও হায়না ৱাংখৈ ময়ুম য়ুম্নাক ওইহনলম্মী । মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা মতোন চীঙঙা য়াংবগা নুংশি চান্ননা লৈমিন্ননা পানমীন্নরম্মী। মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা ইবেম্মা চাংপোম্বীগা, ইবেম্মা থোক্‌চোম চনু খোমলোন হোংবীগা অনি পান্নে। ইবেম্মা চাংপোম্বী লৈমরেন হাপ্তুনা ফম্বাল তোংলম্মী। মৈতিংঙু মুংয়াম্বগী মিং থাংৱাই নিংথৌ কিয়াম্বা কৌই । ফম্বাল তোংবগা খৃ: ১৫৬৩ দা মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা অৱাগা লময়েন্নরম্মী। লম য়েন্নবা অদুদা য়ান্নবা পুরকপা ঙমদবদগী অৱাগী মথক্তা লাম্ভারম্মী। মৈতিংঙুনা নিংথি তুরেলগী নোংপোক্তা চৎলগা লৈবা মুংখোং মুংয়াং য়ৌনা তকশিন্দুনা অৱাবু মায়থিবা পিরম্মী। লান অদুদা কবোগী মীশিং লৈফম চাফম লৈতনা মায়কৈ শলাই খংদনা চেন্নরম্মী। লান অদুদা স্না - লুপা, নোংমৈ অমসুং সনানা শাবা য়েনমানবা অমসু লোক্‌লক্লম্মী। লান অদুদা মুখোং মুংয়াংগী লানচিংবা অথৌবা কাইতোংখম, চৌফা মংত্রা, চৌফা ওমনিংবা, অমাংচতা, পেন তারি, লাক্‌য়া ফারাবু ফারকখি। মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা নিংথি তুরেল ৱাংমা লান্না লাম্ভাদুনা মুখোং মুয়াংবু মায়থিবা পিবদগী থাঙ্‌ৱাই নিংথৌ কিয়াম্বা কৌরম্বদগী মুংয়াম্বা হায়না মিংহোংদুনা কৌখি। মৈতিংঙু মুংয়াম্বগী স্না হাক্তক অসিদগী খোইরু ফি শাদুনা ফুরিৎ তুরগা লিৎনবা হৌরম্মী।

**উক্রোং হোংবা -**

মৈতিংঙু মুংয়াম্বগী মতমদা শিরবা মতুংদা শিখিবা মী অদুগী মথৌ মঙম পাংথোকপা উক্রোং হোংবা থৌরম পাংথোক্লরম্মী । উক্রোং হোংবগী থৌরম অসি অককনবা নুমিৎ, থাবান, চহী লৈতে। খুদোংচাবগী মতুং ইন্না পাঙ্‌থোকনৈ। মৈতৈ লৈমা সেরেম্বী অমসুং মৈতিংঙু মুংয়াম্বা অনিনা লৈখিদ্রবা মৈতিংঙু চালাম্বগীদমক উক্রোং হোংবগী থৌরম খৃ: ১৫৬৫দা পাংথোক্‌লম্মী। মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা মপা ইবুংঙো চালাম্বগা ময়াং নিংথৌগা মরুপ মপাং ওইদুনা লৈনরকপা মরিবু কায়দনা থমলম্মী। ময়াং নিংথৌদা মৈতৈ লৈমা তরুংঙম্বী থাজদুনা খৃ: ১৫৬৬ লুহোংলম্মী । খৃ: ১৫৬৭ তা মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা চক্‌পা পুংপুন্দা লাম্ভাই, লান ঙমদুনা চক্‌পা কোংনোংসা, পাঙনবা অনিবু ফারকখি ।

**ইম্ফাল তুরেল থৈবা -**

চকপা পুংপূনগী লান লোইরবা মতুংদা মৈতিংঙুনা ইম্ফাল তুরেল অসি থৈরম্মী। তুরেলনা ঈহৌরকপা মতমদা কংলাদা হেক হেক থেংলম্মী। ইম্ফাল তুরেন্না কোইরেংগৈ চীংয়া লুৱাংশংপম লাংগোল চীংগী নোংপোক্ থংবা চীংয়াদা অসুম চেনল্লক্তুনা চীংমৈরোংগী চীং অনিগী কারক্তা ফাওনা চেনলকতুনা কংলা

মনুং ফাওনা চেনলম্মী। চীংমৈরোং চীঙ্ অনিগী কারক্তগী অৱাংলোমদা খরা হাইগৎলগা অৱাং চাওখোং হিতেন (ইরেন) হায়বা য়াম্না লুবা লাইফম লৈ। তুরেল থৈবা অসিবু চৈথারোল কুম্বাবদা নোংচেং পাৎ থৈএ হায়না ই। কংলৈ শঙ্লেন পূবা পুয়াদা ইম্ফাল তুরেল থৈবগী ই। তুরেল অসি মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা কোইরেংগৈ চীঙচিন্দগী মাইবখুন হৈঙাং, লাইরিকয়েংবম লৈকাই মিনুথোংদা তারক্তুনা হৌজিক্কী কংলা নুংজেং ইকোনগী নোংপোক্তা থৈদুনা পুরম্মী। ইম্ফাল তুরেল থৈবা লোইরবা মতুংদা মৈতিংঙুনা চক্পা চিরাংদা লাম্ভাদুনা চীরাংবু লানঙম্মী। চীরাংগী য়াংবা, হনপা অমসুং মরোং মখোয় অহম্মু ফাদুনা পুরকখি। খৃ: ১৫৬৯দা কবো নিংথৌদা মৈতৈ লৈমা লাংমৈরেম্বী থাজদুনা লুহোংলম্মী। কবো নিংথৌনা খুদোল ওইনা শামু ময়াম অমা পিরকলম্মী। মৈতিংঙু মুংয়াংবনা য়ুমথংনবা কবো অমসুং ময়াং লৈপাক্তা মৈতৈ লৈমাশিং থাজদুনা অফবা মরি থমলম্মী। চহী অসিদা নোংপোক্ মায়কৈদা লৈবা কবো সংশংগী তুহাংদা লাম্ভাদুনা মাংশাগী নিংথৌ কানচম অমসুং লান্দা থৌবা মমিং চৎপা খেনচোংবু ফারকখি। মংশাগী নিংথৌ কানচমবু মাংসামকৈদা হাৎলম্মী। মৈতিংঙু মুংয়াম্বগী ম্না হাক্তুগী কংলৈপাক্কী নুপিনা লোইশঙ্দা ফমদুনা লোইশঙ্গী থবক তৌদুনা থৌপুবা হৌরম্মী। মৈতৈ লৈমা সেরেম্বীনা অমেৎপা লোইশঙ্দা (পুকশুবগী লোইশঙ) ফমদুনা থৌ পুরম্মী। মহাক্না লোইশঙগী থৌপুবা অহানবা নুপিসু ওইরম্মী। মৈতৈ লৈমা সেরেম্বী মৈতিংঙু লমকিয়াম্বগী মচা নুপীনি। মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা লোইবী চীংশাংদা লেপ্লা লৈতনা লোইচন্দুনা লোইপোৎ কাহনলম্মী। অৱাং মায়কৈদা লৈবা সকাংদা লাম্ভাদুনা সকাংগী নিংথৌ মোম্বৌ ফারক্লম্মী। সকাংগী মথংদা শামা খুঙ্গংদা লাম্ভাদুনা কোইরেং খুঙ্গং থুগাইরম্মী। কোইরেংগী খুনলাক্পা থাংশাং উতোং অঙৌববু ফারকখি। মখান্ খুন্দা অমুক লাম্ভাদুনা, মখান নিংথৌ মৈচামগা মাগী মনাই অথৌবা চামাইঙাংবু লানঙলকখি। মখানগী লান লোইরবা মতুংদা হাউয়োন ময়োন খুঙ্গংদা লাম্ভাদুনা ময়োল খুনগী মরুম্বী লাল্লুম্ববু লান ঙমলকখি। চীংশোংদা লাম্ভাদুনা চীংশোংগী শনতংবু ফারকই।

**শমজোক্কী অহানবা লান -**

মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা খৃ: ১৫৭১ দা শমজোক্তা লাম্ভাদুনা শমজোক্কী লেংয়ান ফারকই। অসিদগী হৌদুনা শমজোক অসি মৈতৈ নিংথৌগী লোইহাবা লম ওইনা থমলম্মী। শমজোক্কী লান মতুংদা অনাল খুন্দা লাম্ভাই অনানগী লান্দা মৈতৈগী অকনবা, অথৌবা অমোম ময়াম্বা, কৈশাম মুরাং, থিংবাইজম পারা, সংখোম্বা

মখোয় মরি (৪) অনানগী মখুতা মথক্লায় থাখি। চহি অসিগী হিয়াংঙ্গে কুমচনবগী হিতোংবা মৈতিংঙু মুংয়াম্বা অরুম লাইহৌ হৌদুনা হি তোংবা ঙমদ্রে। মৈতিংঙুনা মুংবীরাকপা খুংশমদা লান্তাদুনা কবো ময়াম অমা খোমলকই। কবোগী লান অসিগী মতুংদা ককচিং, লেংখু, ব্রাইকোক, সেরি খুঙ্গং মরিমক্তা লান্তাদুনা পোৎচৈ য়াম্না খোমলকখি। মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা লেপ্পা লৈতনা লান্তাদুনা কবুই অরেং ফারকই। সামান খুন্দা লান্তাদুনা য়াঙম্বা, মৈতৈচাং অনিবু ফাদুনা পুরকই। মৈতিংঙুনা থিংনোং, য়িংথি অমদি তরাংবু লৌশিন্দুনা লোই হানহনলি।

**খাগেম্বা পোক্পা -**

খৃ: ১৫৭৬ তা লৈমারেন চাংপোম্বীনা মচা ইবুংঙো খাগেম্বা পোক্ই। খাগেম্বা পোকপা চহী অসিদা মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা কৌব্রু মায়কৈদা লৈবা লনহাং খুন্দা লান্তাদুনা লানহাংগী খুনলাক্পা কৌরলোং অথৌবা ফারকখি। লনহাং লান্দা নাইতারকপম সানোং, মুতুম খাবা, কাপা লাসোই, কাংঙবম ময়াম্বা, ম্নায়াংনু শিখি। লানহাংগী মথংদা মরামদা লান্তাদুনা মরাম খুনলাক্পা তম্নরেং, থঙ্গাল খুনলাক্পা শাবাপংবু লান ঙম্লকখি। তোইবী খুন্দা লান্তাদুনা খৌংতৌ ব্রাল্লোং ফারকই। হিদাম ব্রাখুব্রা লান্দা শিহৌই। খৃ: ১৫৭৯ দা মংসামকৈদা ফানজাউ চিংথবদা থোং তেক্কুনা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমা সেরেম্বী থোংদগী তাদুনা শিখি। মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা অব্রাং কৌব্রু মায়কৈদা লৈবা চীংশোংখুন্দা লান্তাদুনা, চীংশোংখুনবু মৈথাদুনা য়াম্না থিনা অমাং অতা থোক্লম্মী, মীসু য়াম্না হাৎলম্মী। মপুথৌ তবুংবা চীংশোংখুন্দা হাৎখিবা কাউবা লৈতনা লমন খুমলম্মী। চীংশোংগী খুনলাকপা শন্তাংবু ফারকখি।

---

*উক্রোং হোংবা / য়ুংবা :- মেন জগোই শাদুনা উ-কারোং পানবা অব্রাংবা অমা শিখিবা মী অদুগীদমক্তা য়ুংবা অদুগা য়াম্না চাওনা শিনলাংদুনা মীয়াম্বু মরাং কায়না পিজ-পিথকপা অসিবু উক্রোং হোংবা / য়ুংবা কৌই।। মসি মৈতৈনা শিখিবা মী অমগীদমক্তা শব্রাং লুথাংবা (অস্তি লৌখৎপা) নত্রগা উৎলৌবা, লান্না থৌরম (শোরাৎ), থাগী কৎপা, শিখিবগী চহী ফারকপদা, লৈখিদবগী পাংথোক্পা ফিরোই থৌরম পুম্বা উক্রোং হোংবারোমদা পুশিনলি।*

*মৈতৈ লৈমা:- নিংথৌগী মনাও নত্রগা ময়াম্বগী মচা নুপী অমদি নিংথৌ ওইখিবগী মচা নুপীশিংবু মৈতৈ লৈমা কৌই। নিংথৌ ওইরিবা অদুনা পোক্পা অদুগী মচা নুপীনা তম্ফা ব্রাংঙমলোন কৌই।*

**খুরাইলাক্পা চীংশোম্বা পোকপা অমসুং শমজোক্কী অনিশুবা লান -**

খৃ: ১৫৮২ দা মৈতৈ লৈমারেন চংপোম্বীনা মচা ইবুংঙো য়াইমা খুরাইলাকপা চীংশোম্বা পোকই । শমজোক্কী পাঙ্গা ফুরুপ (জাতি) অসি লাক্লা ফানবা ব্রাবা লমহেন তুহেনবা ফুরুপ ওইরম্মী। মখোয়না মৈতিংঙুগী মখাদা লৈনিংদবদগী ইরাং হেক হেক হৌরক্লম্মী। মচা ইবুংঙো য়াইম্বা খুরাইলাক্পা পোক্পা চহী অসিদা শমজোক্কী পাঙ্গাশিংনা মৈতিংঙুগী মথক্তা লান হৌরকলম্মী। মদুদা মৈতিংঙুনা লুচিংদুনা শমজোক্তা লান্তাদুনা চাইখাইরম্মী। লান অদুদা খুরাই লাক্পা শিহৌরম্মী। মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা খৃ: ১৫৮৫ দা মমোম ইবেম্মা তম্ফা ব্রাংঙমলোন কোইবীবু ময়াং নিংথৌ প্রাথাফিনাদা লুহোংদুনা থাজরম্মী। ইবেম্মা কোইরেম্বীনা লুহোংবা মতমদা মশা চহী ১২ দা ওাইরম্মী ।

**শমজোক্কী অহুমশুবা লান -**

মমোম ইবেম্মা কোইরেম্বী লুহোংবা চহী অসিদা শমজোক্কী পাঙ্গাশিংনা ইরাং হৌরকপদগী শমজোক্কী মথক্তা লান্তাই । শমজোক্কী লানদা অঙোম কোইবা, কবো মিকোন, হৈরুব্রা মখোয় অহুম শিখি ।

**য়াইস্কুল লাক্পা শানোংবা পোক্পা -**

খৃ; ১৫৮৬ তা লৈমারেন চাংপোম্বীনা ব্রাংগোন শঙ্কুমদুনা মচা ইবুংঙো অতোন্বা য়াইস্কুল লাক্পা শানোংবা পোকই। মচাইবুংঙো শানোংবা পোক্পা চহী অসিদা কছারনা লান্তারক্নুনা তুয়াইদা লান শোক্লরম্মী। লান অদুদা কছারগী হসোম অমদি নারান কৌবা লান্দা হৈশিংববু ঙমলকখি ।

**মোইদানা হাৎপা -**

খাগী লৈপাক্তা খাগী নিংথৌ পিয়াংগুদা লাক্লা ফানবা ঙমদ্রবা মীনুংশি য়াওদ্রবা হিংচাবগী লিচৎ চৎপা মপুকচেন ফৎত্রবা মোইদানা কৌবা মীশা চাবা অমা লৈরম্মী। মৈতিংঙু মুংয়াম্বগী মতিক মথৌনা তাবদগী খাগী নিংথৌ পিয়াংগুনা মানা লাক্লবা, ফানবা ঙমদ্রবা মোইদানাবু হাৎপিনবা কংলৈপাক্তা থারক্লম্মী । খৃ: ১৫৮৮ দা খাগীগী মীশা চাবা কংলৈপাক্তা থুংলরম্মী। মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা মীনুংশি লৈত্রবা খাগী মীশা চাবা মোইদানাবু থাঙ্- খৌবোম্বা অমদি টা খাংসু - নাহানা য়ান্দুনা থিন্দুনা হাৎলম্মী। মোইদানা হাৎপগী পাও তাবদা খাগী নিংথৌ পিয়াংগুনা পেনলদুনা মনাই মশন ময়াম অমা সনা লুপা ময়াম অমগা লোয়ননা মাগী লৈপাক্তা হৌবা খাগী লৈহাও পুরক্নুনা মৈতিংঙু মুংয়াম্বদা খুদোল কৎলখি । খাগী নিংথৌ পিয়াংগুনা লৈপাক্সিদা মতম খরা লৈরমলগা হনগ্রে। মহাক্না

লোইনরকপা মনাই মশন খরদি কংলৈপাক্তা লৈহৌরে। মখোয়শিং অদুবু কৌক্রুক, শেঞাম, চিরাং অমদি কান্তাদা খুন্তাহনলম্মী। মখোয় লোইনমক মৈতৈদা তিনশিনখ্রে।

খৃ: ১৫৯০ দা চাঙৌপূংদা লান্তাবদা লমসোং, কুম্ফী চাউবা, কারুবম খোইয়াং মখোয় অহুম শিহৌখি। মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা কবো কিয়াংদা লান্তাদুনা কবো কিয়াং খোল্লকখি, লোয়নননা কবো কিয়াংগী লৈমা চৌশোই ফারম্মী। স্না হাক্তক অসিদা ফি শানবা য়াম্না কুপ্পা লং মখল অমা পুথোক্তুনা ফি শারম্মী। মৈতিংঙু মুংয়াংবনা ঈশিং লম্বীদা চৎথোক্ চৎশিন তৌবদা খুদোং চানবা কোকচাইগী খোং তৌরম্মী।

**শমজোক্কী মরিশুবা লান -**

শমজোক্কী পাঙ্গাশিংনা মৈতিংঙুগী মথক্তা ইরাং হৌরকপদগী খৃ: ১৫৯২ দা শমজোক্কী মথক্তা লান্তাদুনা য়াম্না থিনা মাংতাক্হনলম্মী । শমজোক্কী লুচিংবা লাশোই ফাদুনা পুরকখি। চহী অসিদা মচা ইবুংঙো অহন খাগেম্বনা ইবেম্মা তাইপোংঙম্বী লৌদুনা মংসামকৈদা য়ুমতারম্মী লোয়নননা য়ুম্ফম থোন্দুনা কৈ শারম্মী । কৈ শাবা মীয়াম অদুনা চানবা শন্দং অমগা ইরোই অমগা হাৎতুনা শা য়াম্না থোক্পা য়েংনৈ । মদুদা শান্দংনা ইরোইদগী শা হেন্ন থোক্লম্মী ।

খৃ: ১৫৯৪ দা খাগেম্বা না-হুৎলি। না হুৎপা চহী অসিদা মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা অনান মরৈপূংদা লান্তাবা চৎলি । মচা ইবুংঙো খাগেম্ববু পুদুনা হকথেংন্না অনানশিংগা লান শোক্লহন্দুনা লান তম্বীরম্মী। অনালগী লুচিংবা সিঙ্খোইবা ফাদুনা পুরকই । মখাওদা হি থাংদুনা লৈরিঙৈদা অনানশিংনা মখাও য়ৌনা তান্নরক্তুনা হিনাওদা য়ান্নরম্মী। মদুদা খাগেম্বনা খুৎলৈ থুনা হি হোন্দুনা চেনলকখি। মৈতিংঙু মুংয়াম্বগী স্না থাঙ, স্না চুঙ্গোই কোরিফু মাংহৌখিরম্মী । খাগেম্বনা খুৎলৈ থুনা হি হোনকৎলমদ্রবদি মৈতিংঙু মুংয়াম্বা লাইবক থিরমগনি । খাগেম্বা হিহোনবদা থৌইদোক হেন্দোক্লা হৈ শিংলম্মী। অদুগীদমক্তা "**সনা হিহোনবা**" হায়নসু কৌরম্মী খাগেম্বগী অশেংবা মিংদি "**পোইরৈহনবা**" কৌই। অনান লান মতুংদা শমলোইবা অপংনা লুচিংদুনা তাংখুন মোঙ্খৌফমদা লান্তাদুনা তাংখুন মরৌরেং ফারকখি। লান অদুদা মৈতৈ লানমী লৈমারা শিহৌখি। অনান্ খুনলেন্দা অমুক লান্তাদুনা অনানগী লুচিংবা খোংচুংপা, লানচুংবা তোল্লোইবা মখোয় অহুম ফারকখি।

---

*কোইরেম্বী - খৃ: ১৫৭৩ শ: ১৪৯৫ দা লৈমারেন চাংপোম্বীনা পোক্ই।*

**ফু কায়নবা -**

মৈতিংগু মুংয়াম্বনা লৈপাক্কী অঙম অথৌ অমদি মায়চৌশিংগা লোয়ননা মৈতৈগী পোক্পা, শিবগী মতাংদা শাগে য়েকলুপ অমগা অমগগী মরক্তা পাও ফাওনবা ঙম্বা ঙমদবগী মরমদা ব্রাখন্নরম্মী । লম্বী তু-খোং তাম্না লৈনখিবনা মৈতৈ চৎন লুপতিন্দা পোক্পা শিবগী লাই তিনগী মথৌ মঙম পাঙ্থোক্পা মতমদা শাগে য়েকলুপচা অমাগা অমাগা মতমচানা পাও ফংনদবদগী য়ুম মাংনা লাইতিনগী থৌরম পাঙ্থোক্লরে । মসিনা লৈপাক্ নিংথৌবু লৈখা তানা অমাঙ্বা থোক্কনি । মরম অদুনা হয়েং তুংলমচৎতসু চাতোন-শুতোন ফাওবা মৈতৈ চৎন লুপতিনবু কায়দনবা, শাগে য়েক শলাইদি হোংদনা, মখোয় মখোয়না লৈরিবা লমদমদুদা শাগে য়েকলুপচাশিংগী শাগে শাগেগী শাগে লুপ অমা ওইনা লৈহন্দুনা পোক্পা শিবগী ফু কায়নরসি হায়না ব্রালেনপরম্মী । মৈতৈ স্না কংলৈপাক্তা লৈবা য়ুম মখৈনা শাগে শাগে অদুগী ফুলুপ - পুতিন্নদুনা ফু কাইনবা অদুগা অথাপ্পা মীরমদা লৈখিবা মখৈনা মখোয় মখোয়না লৈবা লমদুদা লৈবা ফুতিন্নবা য়ুম মশেল ফুকাইনবা হায়না লেপ্তুনা ফুকাইনবা হৌরম্মী ।

**মৈতৈ লৈমারেন চাংপোম্বগী মতিক মথৌনা -**

মৈতৈ লৈমারেন চাংপোম্বী, মতিক মথৌনা লৈবী লৈমারেন্নি । শা লানগী মহৈদা, মতিকচানা হৈবী, লৈপাক্ ঙাক্পদা অচৌবা থৌদাং লৌবী লৈমারেন্নি । মশামক্না লানচিংপুরেন ওইদুনা অমদি মৈতিংগু মুংয়াম্বগী মতুং ইন্দুনা লানফম কয়া লাম্থেংনরম্মী। লৈমারেন চাংপোম্বীনা নোংপোক্ মায়কৈ সেনবী কবো লমগী লোইবী লাইমতোন্দা তাবা খাগী চকলৈঙান লেংলেং কংলাতোংগী খুনুং পোক্লোন লম্মাখৈবু তুংওই নাতৈরগা লৈবা নোংপোক খাগী কৈথেল থানবী কৌবা খাগীগী খুঙ্গংদা ময়ায়দা লাম্তাবদা মৈতিংগুগী তুংইন্দুনা লাম্তাবা য়াওরুই। লান অদুদা সনা লুপা, লন-থুম অতৈ মমল য়াম্বা পোৎচৈশিং লোক্লকখি। লানফম অসিদগী লৈমারেনগী মিংলেন চৌফা নুংলেং ফাবী মিংঙৌখি । খাগী কৈথেন থানবী খুঙ্গংগী নোংপোক্ হেক থংবদা লৈবা কদাং কৌবা খুঙ্গংদা লাম্তাদুনা কদাং নিংথৌ চিংচরোং লান্দা য়াম্না মমিং চৎপবু ঙম্লকখি । লৈমাবেন চাংপোম্বীনা মৈতিংগুগী হৈনা তুং ইন্দুনা লান শোক্লবা য়াওদুনা পোৎ চৈ সনা লুপা খোম্বদি অসিনা লোইরমদে । মৈরম মায়কৈদা লৈবা চাখা মোনশাং খুঙ্গংদা লাম্তাদুনা চাখা মোনশাং নিংথৌ শাকাপ্পবু মায়থীবা পিরম্মী। মোনশাং লানগী মতুংদা

মৈতিংঙু কিয়াম্বগা পোংনিংথৌ চৌফা খিখোম্বগা লময়েনবা লমখৈগী লৌথেংয়াং থেংয়াং কৌবা খুঙ্গংদা লাম্তাদুনা চৌখৈ মায়থিবা পিরম্মী। মথং মথং লাম্তারকপনা সেনবী শোংশোক্ খুঙ্গংয়াইদা লাম্তাদুনা শোংশোক নিংথৌ লম্থৌয়াবু মায়থিবা পিদুনা লান ঙম্লকখি।

লৈমারেন চাংপোম্বীনা চীংদা পানবা ইতোক্ খুঞ্জাওদা লাম্তাদুনা কুব্রাংবু লানঙমলকখি। মৈতৈ লৈমারেন লাম্তাবা, অসিনসু লোইবা নত্রি সেনবী কবো লমদা লৈবা চাংদাই কৌবা অরিবা খুঙ্গংগী মুনু কৌবা খুঙ্গংদা লাম্তাদুনা মুনুগী নিংথৌ লাচেপ ফারকখি। খা মায়কৈদা লৈবা অতোন্ খুঙ্গংদা লাম্তাদুনা লান ঙমলকখি। মৈতৈ লৈমারেন চাংপোম্বীনা লানফম কয়াদা শরুক য়াদুনা, লৈপাক অসিগী নুপীগী তৌবা ঙম্বা মতিক মথৌনা উৎতুনা কবো লমগী খুঙ্গং কয়াবু লোইচ দুনা অমসুং কংলৈপাক্কী ইরাং হৌরকপা চীংগী খুঙ্গং কয়াবু লাম্তাদুনা মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা লৈপাক ঙাক্পদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবী মথৌনা লৈবী লৈমারেন্নি।

হরাও - কুম্মৈ -

মৈতিংঙুনা হি তোংদুনা নত্রগা লৈপাক্কী অঙম অথৌ ফমনাইবশিং হি তোংদুনা হিযাং লমজেন তান্নবা অসিনা খ্বায়দগী চাওবা কুম্মৈ ওইরম্মী।

মৈতিংঙু মুংয়াংবগী থক্কী নিংথৌ খরগী হাক্তক্তা, কংলৈপাক্কী তপথবা লৈরমদনা মচিন মনাও অমনা অমবু হাংলগা নিংথৌ খুবম মুন্নবা, কনানা কনাবু কৈদৌঙৈ হাংলগবা হায়বগী অকি-অখং লৈরম্বা পুন্নমক কোকখ্রে। অতোপ্পগা লান তোইনা শোক্লুবা অসিদি লৈপাক্কী মপাঙ্গল কনখৎলকপগী মতুং ইন্না লৈপাক্ শন্দোক্লবা শোক্লখিবা লান্না অয়াম্বা ওইরম্মী। মৈতিংঙু মুংয়াম্বগী স্না হক্তক্তা শোক্লখিবা লান ময়াম অসি লোইলম লৈপাক্ শন্দোক্পগী লান ঙাক্তা শোক্লরম্মী। মোইরাংগী লানসু মৈতিংঙু নিংথৌখোম্বগী স্না হাক্তক্তা লোইখ্রে। মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা মপাঙ্গল মথৌনা লৈনা কবোগী লম ময়াম অমা লৌশিন্দুনা লোইলম শন্দোক্লনা লৈপাক্ ঙাক্লনা পানলমগা খৃ: ১৫৯৭ তা মশাগী চহী ৫২দা নোঙ্গাখি।

# ৪৬শুবা

# মৈতিংঙু খাগেম্বা

# (খৃ: ১৫৯৭ - ৫২)

খৃস্টব্দ ১৫৯৭ তা মৈতিংঙু খাগেম্বনা মপাবুং মুংয়াম্বগী মহুৎশিন্দুনা মশাগী চহী ২১দা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইখি। মৈতিংঙু খাগেম্বনা ইবেম্মা তাইপোম্বীনে, অঙোম চনু নোংথিল চাইবীনে, কোংবম চনুনে অহুম্মা অসি পান্নে। ইবেম্মা তাইপোম্বী মৈতিংঙু খাগেম্বগা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী। ফম্বাল লান তোনঙৌদা শোক্লবদা তোনঙৌগী লোক্পনচিংবা য়াওনা লান য়াম্না ফারক্লম্মী।

মৈতিংঙু খাগেম্বনা খৃ: ১৬০১ দা ইতোক্তা লান্তারম্মী ইতোক্কী লান্দা হকন্বানথেম পাংঙন শিহৌখি। থিংনোং, য়িংথি অমসুং তানোংদা লান্তাদুনা লোইহানহনলি। খৃ: ১৬০২ দা মৈতিংঙু খাগেম্বনা কবো লৌথোং কিয়াংদা লান্তাদুনা খাগী নিংথৌ চৌশিংখম (চৌফা হোংদৈ) অমসুং খামু চৌরাই ফারক্লম্মী। লান অদুদা খাগী ১৭৭কা লোয়ননা কিয়াংগী ফুরা লাইশং শাবা হৈবা ফারকখি। লান ঙমদুনা খাগী নিংথৌ চৌশিংখম ফাবদগী মৈতিংঙুগী মিংবু সেনবী খাগী ঙম্বা চৌফা হোংদৈ ফাবা হায়না মিংথোনখি। অদুদগী মৈতিংঙু খাগেম্বা হায়না কৌনখি। খাগেম্বগী অশেংবা কোলোয় মিংলেনদি পোইরৈ নিংথৌহনবা কোই। হি হোনবা য়াম্না হৈ হায়দুনা সনা হি হোনবসু কৌই। অপুনবা মিংলেন্দা ম্না হিহোনবা পোইরৈ নিংথৌহনবা কৌই। কিয়াংগী লানলোইরবা মতুংদা মৱাওদা লান্তাদুনা মৱাওগী লুচিংবা থাবুং অমদি তখেনবুং ফারকখি। মৈতিংঙু খাগেম্বনা কিয়াং অমসুং মৱাওগী লানফা ময়াম অদু মফম অমদা পুন্না খুন্তাহনলম্মী। কবো কিয়াং ময়াম্না লৈবা মফম অদুবু কিয়ামগৈ কৌরম্মী। কিয়াং লান লোইরবা মতুংদা ইবেম্মা কোংবম চনুনা মচা নুপা অমা পোক্ই। কিয়াংবু লান ঙম্বা চহীদা পোক্পা মচানি হায়দুনা কিয়াম্বা কৌরম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা তাংখুন ইতোক্তা-লান্তাই, লান অদুদা তখেলম্বম কাল্লে, কপাচম সেরা, সমলোইবম পাংঙারাগা মচানুপাগা মখোয় মরি শিহৌখি। খৃ: ১৬০৩ দা তখেন লাল্লোংদা লান্তাই লান ঙমদুনা তখেনগী অরাইচমপ্র অমসুং লিম্হোং মখোয় অনিবু ফারকখি।

মৈতিংঙু খাগেম্বনা খৃ: ১৬০৪গী হিয়াংগৈ কুমচনবগী হিতোংবদা, মনাও ইবুংঙো য়াইমবা খুরাইলাক্পা চীংশোংবদা হিয়াং তান্নসি হায়রম্মী । হিয়াং তান্নগদবনা মৈতিংঙু খাগেম্বনা নাহারুপ পানাদা, মনাও ইবুংঙো খুরাইলাক্পা চীংশোম্বনা অহল্লুপ পানাদা লেপ্পা তান্নগদৌবনি । মনাও ইবুংঙো খুরাইলাক্পা চীংশোম্বগী তান্না হি লৈতবদগী মনাও ইবুংঙো অতোনবা য়াইস্কুললাক্পা শানোংবগীদা লৈরিবা মপাইবুংঙো সেনবী মুংয়াম্বগী খোঙ্নেৎ হি **"কবো ঙম্বা চৌকেং ফাবা"** কৌবা হিবু ব্রায়রগা ময়াম্বুং নিংথৌ খাগেম্বনা লৈশাংখোংদা হিয়াং লমজেল তান্নরম্মী । হিয়াং লমজেন তান্নবদা হি থেংজিন্নদুনা শানোংবগী হিরু মচেৎ খরা কায়রম্মী । অকাইবা হি অদু করম তৌশিগে হায়না থিনলুবদা লৌহৌরে । মতুংদা মমা ইবেম্মা চাংপোম্বীনা অকাইবা হি লৌরুনু ইশিনবদগী শানোংবনা মহাক্কী অকাইবা হি অদু অমুক লৌররোই হায়না হন্দোক্লক্লে। খুরাইলাক্পা চীংশোম্বনা ইকাইরদুনা কাইরিবা হি অদুগা মান্নবা হি অমা শিংগে হায়বসু মহাক্কী ব্রাকয়ৈ হি অদুমক্ পিয়ু, অফোৎপসু লৌরোই, অহনবা অমা শিংলবসু লৌরোই হান্নগী হি অদুমক পিয়ু হায়না শিখাং খাংদুনা লৈখ্রে । ময়াম্বা চীংশোম্বনা হি মনুংদা খে তৈবিগে, মপান্না সনা লুপপিগে হায়না থেম্বসু ময়াদ্রবদা, ব্রানা লুশিনলক্পদগী মৈতিংঙু খাগেম্বগী মফম য়ৌদবা য়াদবনা য়ৌনরে। মৈতিংঙু খাগেম্বনা ময়াম্বা অহন অমা ওইনা মনাও অতোনবা শানোংবদা ইনাওগী অহনবা হি ওইনা শিংবীরগে, ফোৎলু হায়রবসু ফোৎহনগে ইনাওনা শাওবা নুংঙাইতবা তৌরনু হায়না থেম্লম্মী , মনা হায়খিবা ব্রা হোংউ ময়াদ্রে। মৈতিংঙু খাগেম্বনা মনাও শানোংবদা । নঙ্গী ব্রায়েন থৌদা অসিদি কোরৌথক্তা লৈবা লাই নোংথৌরেন মপুমক্লসু ব্রায়েনবা ঙমলরোইদবা মতৌনি । নপুক্তা নরৌ তৌবা নহাক্তি কোনুং তমপাকয়ুমদগী থাপ্পা চৎতুনা লৈখ্রো হায়দুনা তাম্বোক্লম্মী । কোনুংদগী তাম্বোরকপদগী মমা ইবেম্মা চাংপোম্বীনা মনাই শোরাইশম তাংখোম্বা, ওইনাম পুকচাও, থোক্চোম মুবা অমদি মচা ইবুংঙো শানোংবগা ব্রা তান্নদুনা ময়াং নিংথৌ প্রাথা ফিনান্দ পাও থারম্মী । কংলৈপাক্কী অঙম অথৌশিং ব্রাখল মান্নদ্রে, অদুনা অমগা অমগা লিংজেন মান্নদদুনা লৈপাক্ ঙাক্পা ব্রারে । য়ুমলক্ চংনা লান্তারকউ হায়দুনা লাইরিক পাও থাখি রম্মী । হয়েং কংলৈপাক্পু খুদুম চল্লবগা শানোংববু নিংথৌ শেম্বীরকউ ব্রাহোমখিরম্মী। ময়াং নিংথৌ প্রাথাফিনাননা মমা ইবেম্মা চংপোম্বীগী পাও ফংবগা মহাক্কী লানচিংপুরেন য়াখারেক অমসুং ভিমবল অনিনা লুচিংবা লাম্মী তেঙ্গোল অমানা কংলৈপাক্তা লান্তারকখি। ময়াং

লাম্মীশিংনা খুৎশু খুৎলায় ফবা হেনবা, নোংমৈ মশিং য়াম্বা হেনখিবা, মৈতৈগীনা নোংমৈ অমখক লৈবা অসিনা মায়রোং য়াবা ওমদ্রে। ময়াং লাম্মীশিংনা তকশিনলক্পা থিংবা ওমদদুনা মৈতৈ লাম্মী কায়দুনা চেনলম্মী। ময়াং লাম্মীনা কংলা য়ৌনা তকশিনলক্কুনা কংলা মনুংদা চংলক্কুনা চেকশঙ মনাক্তা লমখৈগী খোংবান তৌদুনা উয়ুং য়ুংলম্মী। লান্দা মৈতিংঙু খাগেম্বা মায়থিরম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা ময়াংদা লোইহাবা য়ারম্মী। য়াকারেক অমসুং ভিমবাল অনিনা মমা ইবেম্মা চাংইপোম্বী অমসুং শানোংববু লোইহা ওইনা পিয়ু হায়রম্মী। য়াখারেক অমসুং ভিমবাল অনিগা কংলা মেন্তা ফমদুনা শরি শোন্না মমা ইবেম্মা চাংপোম্বীগা শানোংবগা লোয় হাদুনা পিরম্মী। তাংখুনশিংনা মৈতিংঙু খাগেম্বগী মথক্তা ময়াংনা লান্তারক্কুনা কংলা য়ৌবগী পাও তারদুনা ময়াংশিংগা লান থেংননবা সনা কোনুংদা থুনা য়াংনা লাক্লম্মী। তাংখুনশিংনা কংলা কোনুং য়ৌরকপা মতমদদি মৈতিংঙু খাগেম্বগা ময়াংগা মেন্তা ফম্না শারি শোন্না (য়াশক্লবা) য়াশিননরমলে। মৈতিংঙুনা তাংখুনশিংবু থেমজিন্দুনা লান শোক্লহনদ্রে। য়াখাবেক অমসুং ভিবলনা মখোয়গী লাম্মী খরা থনলমগা মমা ইবেম্মা চাংপোম্বী, মচা ইবুংঙো শানোংবা, মনাই শৌরাইশম তাংখোম্বা, ওইনাম পুকচাও, থোক্চোম মুবা মখোয় মঙাগা লোয়ননা ময়াং লৈপাক্তা চংখিরম্মী।

**দোলাই তোংবা হৌদোক্পা -**

খৃ: ১৬০৫ দা মরিং খুতৈদা লান্তাই, লান্দুদা হিঙম্বম নাইনিং শিখি। মরিং খুতৈগী মতুংদা নুংজাইদা লান্তারম্মী, নুংজাই লান্দা কৈশাম পনশা শাইখোম খোয়মা শিহৌখি। চহী অসিদা মৈতিংঙু খাগেম্বা নিংথৌনা দোলাই তোংবা হৌদোক্লম্মী। দোলাই তোংবদা হরাওদুনা মৈতিংঙু খাগেম্বনা লৈপাক্কী অঙম অথৌ খিবিকপু সানা তান, লুপা তান কুচরম্মী (পিরম্মী)। দোলাই তোংবা হৌদোক্পগা লোয়ননা দোলাইরোই হঞ্জবা ফম হাপতুনা খাবমগী মখাদা থমলম্মী। শংখুবা মরি লিংখৎলম্মী। লাইরিক য়েংবা হঞ্জবা, ক্ষেত্রি হঞ্জবা ফম অনি হাপ্তুনা লাইফম ইনহনলে। মৈতৈনা শিবগী পোৎলোইবা অসি য়ুমলক্তা মং ওইনরম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা চহী অসিদা য়ুম্লক্তা পোৎলোইবগী মং ওইবা অসি নুংঙাইতে হায়দুনা লৈপাকমীয়াম পুম্নমক পোৎলোইবগী মংবু খুনগী পনপান্দা হোংদোক্হনলম্মী। অসিদগী হৌদুনা মৈতৈনা শিরগা য়ুম্লক্তা পোৎলোইদুনা মং ওইবা তোক্লরকখি।

কংলৈপাক্তা লৈহৌবাময়াং লানমীশিংনা চীঙ্ঙারেন ময়াদা খুন্তাবা ফকনুং অমদি পৌরাবীদা ষনয়াম খোমদুনা খুঞ্জাশিংবু লানফা ওইনা ফাবা হৌরক্লম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা ময়াং লানমীগী লিচৎ অদুদা শাওদুনা মখোয়গী মথক্তা লান্তানবা থৌরাং পাইখৎতুনা, মৈতৈগী অথৌবা য়ুম্নাম কিয়াম্বা, হাওবম অরোই, এলাংবম খুওম অমদি পাল্লা কোইরেং মখোয় মরিনা লানচিংদুনা ময়াং লৈহৌরিবশিং অদুগী মথক্তা লান্তাদুনা লাংগোলচীং থোঙাক্ লাইরেম্বীগী হুইথরকপদা লৈবা লাংজিং চীংখোংদা ময়াং লাম্নীবু তেখাওলুদা ঙায়াম চংবগুম, ময়াং পুম্নমক নাক্-য়েৎ চপ্তুনা কয়া অমনা হাৎলম্মী কয়া অমনা ফাহৌরম্মী। খরা অমনা নাম্থোক্তুনা মরৈপাক্ ময়াং লৈপাক্তা চেনখিরম্মী। ফাবা ঙমহৌদবা মথৱায় হিংনবা চেনখিবা ময়াং লাম্নীশিংদুনা মখোয়গী নিংথৌদা মৈতৈ লাম্নীনা মখোয়গী লাম্নী কয়া ফাহৌবা অদুগা কয়া অমাবুনা হাৎখিবগী পাওবু তমলম্মী। ময়াং নিংথৌ প্রাথাফিনান্‌না মহাক্কী লানচিংলেন য়াখারেক, ভিমবল, অমদি মৈতৈ লৈমা চাংপোম্বী মচা ইবুংঙো শানোংবগা মখোয় মঙা তান্নদুনা মৈতিংঙু খাগেম্বগী মথক্তা লান্তানবা ৱা খন্নরম্মী। ময়াং কছার নিংথৌনা মহাক্ মতোমতনা কংলৈপাক্তা লান্তাবা ঙমলরোই হায়দুনা তরক লৈপাক্কী নিংথৌ মহমদ নাজিরিবু কংলৈপাক্তা লান্তাবদা লান পাংবিনবা নেক্লম্মী। তরফ লৈপাক্কী নিংথৌ মহমদ নাজিরিনা মহাক্কী মনাওনুপা থোক্পা লানচিংপুরেন (বড়সেনা) মহমদ সানি নৱাবপু লাম্নী ১০০৭ না শাবা অচৌবা লাম্নী তেঙ্গোল অমা, মুনান্‌খা, অকোন, অলুপ, সুলৈমা, নমফা, ফাইতোং, তুমিয়া, খময়া, অমান, খেল, অকয়া, খম্বা মীয়াম্বা, পুনোম অমসুং কস্রানচিংবা অকন অথৌ য়াওনা খ্; ১৬০৫গী মেরাগী ১৫নি পানবা নিংথৌকাবা থানিন নুমিৎতা তরফ লৈপাক্ থাদোক্তুনা কছার নিংথৌগী কোনুংদা লানপাংবা লাক্লম্মী। ময়াং নিংথৌগী লানচিংলেন য়াখারেক অমদি ভিমবলগী মখাদা লানচিংবা ফালৈতাও, মাইকাতাও, সেবুধি, তেককাচারা, কৈকিয়ালু, থরকপা য়াওবা ময়াং লাম্নী অমসুং তরফ লৈপাক্কী লাম্নীগী অপুনবা তেঙ্গোলবু শানোংবনা লমচিংদুনা কংলৈপাক্তা লান্তাবা লাক্লম্মী। ময়াং লাম্নীগী মাংথাবা লময়ানবা নোংমৈ অচৌবা পুবা কাংবুনা খৌবুম লম্বেলদা নুমিৎ ৭নি লেপ্তুনা লাক্পনা চক্পা থোংজাউগী চীংদোন য়ৌরকপদা ঈশিং য়াম্না খৌরাংরক্লম্মী। উজাউ অমগী মখোংদা নোংমৈ অচৌবা অদুবু থমদুনা লাম্নী অমাবু শংহনলগা অতৈনা লোক্তা ঈশিং থিবা কুমথখিরম্মী। নোংমৈ শংহৌবা লাম্নী অদু লমশাং লাক্পগী ৱাবনা নোংমৈ শংনা শংনা উখোংদা তুমথোকখ্রে।

মতমদুদা মৈতৈ ক্না লনওনবা ওক্রেমচা কিয়াম্বগা, ব্রাইরোক্পমচা খুঙমগা অনিনা নোংমৈ শংবনা তুমদুনা লৈরিবা অদু ওক্করুরে। নোংমৈ শংলিবা অদুনা তুমদুনা লৈরিঙৈদা লমহৌবা (যাত্র) নোংমৈ সনা মচু তৈবা অদু তুমিন্না পুদুনা চেনলক্রে অদুগা মৈতিংঙু খাগেম্বগী মফমদা কৎতুনা ময়াং লান লাক্পগী পাও তমলম্মী।

ময়াং অমসুং মহমদ সানি নব্রাবকী অপুনবা তেঙ্গোলনা খৃ; ১৬০৬ তা য়াঙ্গোই তুরেন মপান্দা থুংলম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা খুৎলৈ থুনা লাম্মী খোমগৎতুনা তেঙ্গোল ৪ লিংলে। মৈতৈগীদি নোংমৈ মতিক চানা লৈরমদে। মৈতৈগী লৈরিবা নোংমৈ হায়ববু হান্নগী অমা লৈজরিবা অসিগা ক্না লনওনবা চৎপা মখোয় অনিনা লোক্লকপা অসিগা অনিখক্তনি। মৈতৈ লাম্মীগা মখোয়গী লাম্মীগা য়েনরুবসু মখোয়গী লাম্মীনা মশিং য়াম্না হেনলি, নোংমৈদা য়েংলবসু মৈতৈগীদি নোংমৈ লৈতবগুম্বনি। মৈতিংঙু খাগেম্বনা ময়াং লাম্মীনা মশিংয়াম্বা, নোংমৈ য়াম্বা হেলবসু মীখা পোনগদবগী শরুক শিখিবনা হেন্না ফৈ খন্দুনা, নিংহন্নবা লৈতনা লানগী লম্হোং শিনলম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা অব্রাং ইহারাইগী লমদগী হৌরকপনা য়াঙ্গোই তুরেল ফাওবা লানখোং শাংনা তৌদুনা লৈপন চাওনা থোনলম্মী। লৈপন অদুগী মথক্তা ইহারাইদগী য়াঙ্গোই য়ৌবা ফাওবা উখোং থুংনা য়ুংলম্মী। উখোং খুদিংগী উচান মৈরা পরেং থান্দুনা অহিং নোংশোই চুপ্পা মৈ মুৎহন্দনা লেপ্তুনা থান্দুনা ময়াংশিংগী মমিৎতা উহনলম্মী। লোক্লকপা নোংমৈ অদুগা হান্নগী লৈজবা নোংমৈ অমগা অনি অসিনা তেঙ্গোল মফম মরি (৪) শিনবা থুংনা কোইপু কোইপু পুদুনা কাপলম্মী। নোংমৈ কাপ্পগী খাক্ লাওবা মখোন মরক্তা মৈতৈ শগোল তোংবা লাম্মী ১৮০না শগোল শাপোৎ হাপ চুঙ্গোই নমদা য়ানলদুনা থাংশাং নাক্তা য়ান ইহারাইগী য়েৎথংবা লমদগী হৌনা য়াঙ্গোই মপান য়ৌবা ফাওবা শগোল খুরুপ থৌদুনা হঙ্গৎ হন্তা হোংদুনা তেঙ্গোল মরি থুংনবা নোংমৈ কাপ্লম্মী। নোংমৈ কাপ্পা মখোল অদু তাবদা চক্পা থোংজাও চীংদোন্দা তেঙ্গোল লিংলিবা ময়াং লাম্মী পুম্বা অকি তুচুংবা ফাওরম্মী। মৈতৈ অসি নোংমৈ য়াম্না লৈরমলে খন্নরম্মী। মৈতৈ লাম্মীনা মফম হোং হোংদুনা তেঙ্গোল মরি (৪) থুংনবা নোংমৈ কাপ্পা অদুদা ময়াং লাম্মীশিংনা অকি তুচুংবা ফাওবদা নত্তনা মখোয়গী লানচিংলেন য়াখারেক অমসুং ভিমবল অনিগী পুক্রিংদা অকিবা নিংহন্নবা ফাওরম্মী। ময়াং লানচিংলেন য়াখারেক অমসুং ভিমবল অনিনা শানোংবদা ব্রাহোমলক্রে, শানোংবা নঙনা নহান মমাংদা হায়বদি মৈতৈদি নোংমৈ অমতদগী হেন্না লৈতে হায়রগা হৌজিক্না পোইরৈ তেঙ্গোল মরিদা কোরৌ নোংখাক

খোনগুম্বা নোংমৈ য়ামনা কপ্পা অসিদি কদাইদগী করম্বা নোংমৈনো ? শানোংবনা নহান মমাংদদি অমদগী হেন্ন লৈরমদে, হৌজিক লৈরম্বদি ঐসু খঙ্দে। শানোংবগী পাউখুম তাবদা য়াখারেক অমসুং ভিমবল অনিনা খন্নখি । শানোংবনা থোংনাং ঐখোয়বু থেমথোক্তুনা ময়াং ঐখোয়বু কৌথোক্লগা লান্দা মায়থিবা পিদুনা মাংহনগদবা ওইরমালে। য়াখারেক অমসুং ভিমবল ব্রাতান্নদুনা তরফ লৈপাক্কী লান নেক্লুবা লানচিংপুরেন (বড় সেনা) নব্রাব সানিগী তেঙ্গোলবু হান্না মৈতৈ তমপাক্তা তাহনশি শিন্নদুনা নব্রাব সানিগী তেঙ্গোল য়াঙ্গোই তুরেল মপান্দা তাহন্দুনা তেঙ্গোল লিংলম্মী। তেঙ্গোল লিংবা নুমিৎ তরেৎ (৭) শুবা নুমিৎতা লাইবার থান্দুনা পাও চৎনরম্মী । ময়াংনা মৈতিংঙুগী মফমদা হায়রকলম্মী থোংনাংনা মৈতৈ য়ুমলক চংনা লোইহা লৌ হায়ব্রা নত্রগা মৈতৈ নখোয়না লাক্তুনা লোই হারগেরা ? মৈতিংঙু খাগেম্বনা করেম কথাইন্না পাওখুমলম্মী। থোংনাং নখোয়দা লোইপোৎ কাবা অসি সনা ওইনা পাম্ব্রা, নখোয়না সনা পামলবদি কবো চৎতুনা সনা লৌরুখিগে । থা অহুমদংদি (৩) ঙাইরমও হায়না পাওহনখ্রে। মৈতিংঙু খাগেম্বগী ব্রা তাবদা ময়াং লানচিংলেন য়াখারেক অমসুং ভিমবল অনিনা মৈতিংঙুগী লোই হাবগী ব্রাফমসি মরৌ চাওই, হায়না খন্নরিঙৈদা মৈতিংঙুগী মনাও ইবুংঙো য়াইমবা খুরাই লাক্পা চীংশোম্বনা শগোলগী নাকথং মরুমদা থুপলগা ময়াং লানগী মরক্তা ফুজিনখ্রে। অদুগা ময়াং লান্মী অমবু ককয়েন্না য়েন্নাও মচা চেনবগুম মশা শগল লাক্তুনা চিংলক্লগা মৈতিংঙুগী মফমদা কৎলরম্মী ।

অহানবা ফাবা ময়াং লানমী অদুবু কংলা ফম্বাল কাবী লৈমারেন তাইপোম্বীদা নিংথৌগী লানফা খুদোল পোৎ ওইনা পিখ্রে। লৈমারেন তাইপোম্বীনা অহানবা ফাবা লান্মী অদুবু লৈপাক্ নিকহন হাইহন্দা, য়েক্লা তিংখং চংহন্দ লৈপাক্ মরা তপ্না পান্নবা ঙাকপি শেনবীরিবা খোইয়ুম লাইনিংথৌ শিদবা অমসুং লাইমরু শিদবা ৭কী খুয়াখাদা থোংনাং ময়াং লান্মী য়াম্না ফাবা ঙম্বা লান কুবিয়ু হায়না খুরুমজদুনা কৎচরম্মী। অদুগা লৈমারেনগী মনাই ওইনা য়োকলম্মী। লৈমারেন তাইপাম্বৈনা লৈশাং লাইরেম্মদা লানগী লাইপাও লৌরম্মী । লাইপাও অদুদা শোয়দনা লানঙমদুনা ময়াং ময়াম ফাগনি হায়না খোয়য়ুম পাওতাক পাওজেল পিরক্লম্মী । লৈমারেন্না মনাই থাদুনা লৈশাং লাইরেম্মগী হৈমন লৈমন পিখিদুনা ময়াং লান্মী য়াম্না ফাগনি হায়বগী খোয়য়ুম লাইপাওবু মৈতিংঙুদা তমহনলুই ।

খুরাই লাক্পা চীংশোম্বনা ময়াং লাম্মী অমবু চংনা ফাখিবা অদুবু অৱাংবা চীংথক্তা লৈরিবা য়াখারেক অমসুং ভিমবলনা উদুনা শানোংবদা ময়াং চঙ্না ফাখিবা মহাক কানানো হংলম্মী। মাগুম্বা কংলৈপাক্তা কয়াম্না লৈবগে, শানোংবনা ময়াং চঙ্না ফারিবা অসিদি খুরাইলাক্পা চীংশোম্বা কৌবা অথৌবা নুপানি, মাগুম্বদি মৈতৈদা ১০/২০ লোম লৈ। শানোংবগী ৱা তাবদা য়াখারেক অমদি ভিমবল অনিনা চিক্লা ৱা তান্নরম্মী। মৈতৈগী নোংমৈ অমতনি হায়রগা তেঙ্গোল মরিদগী লেপ্পা লৈতনা নোংমৈ কাপথোক্লকপা! হৌখিবা নহানমুক্কী লান্দাসু মৈতৈনা লৌশিং তৌদুনা থোংনাংদা লোই হারগে হায়দুনা কংলা মেন্তা শারি শোন্‌শিন্নরগা লমখাংদা নাক্ য়েৎ চপতুনা লান্ তৌশিলনলকপদগী থোংনাং ময়াম অমা ফাহৌবা, ময়াম অমবুনা হাৎহৌখিবা। হৌজিক্লা অমুক লোইহানবা কবো চৎলগা সনা লৌরুখিগে। থা অহুম ঙাইয়ু হায়রকপা, থোংনাংশিংবু লানকোই চনলবা ওক্তা, পানবা কৈরেন্ অথৌবনা খুদোং চাবা য়েংদুনা শালাক্ তমবগুম তমগাতৌবা মতৌদুম মানলে। তৌরিবা থৌওং থৌদৌ অসিদি মনাও ইবুংঙো শানোংবনা থোংনাংবু থেমদুনা পুথোক্পা হায়বা অদু শোইদ্রে। লান্দা, মায়থিবা ফংবগী অথিবা মিংচৎ ফংদ্রিঙৈ লানফম নিংলম থৎতরিঙৈদা চেনহৌরসি হায়দুনা থোংনাং ময়াং লাম্মী অহিংদুদা লাননিং হন্দুনা, য়াঙ্গোই মপান্দা তেঙ্গোল লিংলিবা লানচিংপুরেন মহমদ সানি তাক্লমদনা লোৎনা চেনখিরম্মী।

থোংনাং লাম্মীশিংনা চেনখিবগী পাও কবুইশিংনা চেনলক্তুনা মৈতিংঙু পাওতম্নরে। মৈতৈ লাম্মীশিংনা তান্নদুনা নিংলোমদগী খোমগৎলক্লগা অকনবা লান শোক্লরম্মী। থোংনা লাম্মীনা নোংমৈ য়াম্না কাপশিনলকপদগী মৈতৈ লাম্মী লানলক চংবা ঙম্মদ্রে। মৈতৈ লাম্মীনা লানলক চংনা লান থেংনবা ঙমদবা মতৌদু উবদা মৈতিংঙু খাগেম্বনা মথন্নতা লানলক চঙনা লান শোক্লবদা, মৈতিংঙুগী শগোল, মোম্বী লৈহোমপাৎতা থরক য়ৌনা পুৎথখিদুনা মখোং শৎপা ঙমদ্রিঙৈদা ময়াং লাম্মীনা কোইশিনলক্তুনা মৈতিংঙু খাগেম্ববু ফাগে তৌবা উবদগী সলাম কিয়াম্বা, ঙাংবম কোইজম্বগা অনিনা ময়াং লাম্মীবু টানা থিন্দুনা হাৎলম্মী। লঙ্গোই চনলম্বা ময়াং লাম্মী চথাইরগা মৈতিংঙুবু খুদোংথিবা তাবা খোংফমদগী কনলম্মী। অকনবা হকথেংনবা লানফম অদুদা থোংনাংগী নোংমৈনা কন্না লেপ্পা লৈতনা কাপলকপা অদুদা মৈতৈ লানম্মী অশোক্ অপন নংলম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা কম্থি কনজাও থোক্লা শগোল লাম্মী ১৮০ অসিগা লোয়ননা ময়াং তেঙ্গোল মরক্তা ফুজিনবদা থোংনাংগী লাম্মীনা কাপলক্পা নোংমৈনা পান্দুনা শগোল লাম্মী ১৫ লৈমাইদা তারম্মী। শগোল লাম্মী ১৫ শোক্পদগী শাগোল লাম্মীশিং চংবা ঙমদনা হন্দোরক্লে। মৈতিংঙু খাগেম্বনা মতোমতা ময়াং মরক্তা চংখিদুনা ময়াং লাম্মী

লুচিংবা কানৈতাও, মোইকাতাও, সেপুখি, তেরুরাজা, কৈকালুং, থারকপা মখোয় তরুক (৬) পু টানা থিন্দুনা হাৎলম্মী। মখোয় তরুক (৬) পু হাৎলমলগা হন্দোরকপদা উমু য়ানখিবগী লেমখাক উমু ময়া থাংশাবদা শগোল খুরৌনদুনা মৈতিংঙু খাগেম্বা লৈপাক্তা তারম্মী। খুদক অদুদা মুন্ত্রোনখাঁননা চেনশিনলক্তুনা মৈতিংঙুবু ফারগা মখুৎ তুংপুনরগা টানা থিন্দুনা হাৎকদবগী তৌরম্মী। লাইরিকয়েংবম জগৎসিং/ধনজয় নোংশামৈনা মৈতিংঙু হাৎকদবগী তৌরিবা মতৌ অদু উরম্মী। নোংশামৈনা মৈতিংঙু খাগেম্ববু কন্নবা পাইরক্কী লৌশিং পুথোক্তুনা, খোঞ্জেন হৌনা লাউরগা মুন্ত্রোনখাঁনগী মনাক্তা চেনশিন্দুনা হায়রম্মী। হে থোংনা অপংবা লৌশিং লৈত্রবা ! মদুদি নিংথৌরেননি, নিংথৌগী থব্বায় লৌহৈদবনি। নিংথৌবু হিংনা ফাবা ঙমলবদি লৈপাক্ অদু খুতুম চনবা ঙমলবনি হায়বদু খংদ্রিব্রা? নিংথৌ ওইবা হায়বা অসি থাঙ্‌না হেক্তা ককতুনা মথব্রাই লৌরুরবদি, ঙাংলবা নিংথৌগী ঈ অদুনা লৈপাক্তা হেক তাবগা থোংনাং ঐখোয় ইরৈপাক অসিদি নিংথৌ হাৎলুবগী লংজববু (পাপ) সমুদ্রগী ঈশিং শোক্তোক্পদা লোইবা ঙম্লরোইদৌবগুম লংজবা কোক্পা ঙমদনা লৈপাক অসি মরাই তারগনি। নিংথৌ অমবু মখুৎ পুন্দুনা নুমিৎ চুপ্পা থম্লবদি থা ফাদনা হেক্তা শিবনি হায়বসি অচৌ অচৌবা পুরান লাইরিকশিংদা বিধি কৌবা নোংদম্বনা ইদুনা থম্লমবদু নিংশিংউ হায়রম্মী। মুন্ত্রোনখাঁন্না তাঙ্‌না ফংবা নিংথৌবু ওইরবদি ঐনা খুৎ তুংপুনরিবা লানজরে হায়দুনা খুৎ তুংপুন্নবা অদু তফিং তফিং থাদোক্লম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্ববু শগোলদা তোংহনলগা লানচিংপুরেন সানিগী মনাক্ তান্না মুন্ত্রোখাঁননা হরাও তয়াম্না নিংথৌ ফারব নি হায়না পুদুনা চৎলম্মী। মতাং অদুদা নোংশামৈনা মৈতিংঙু খাগেম্বগী নাক্তা চঙ্‌শিনলক্তুনা মিৎনা পাওমেন্না (মিৎখৎনা) ময়াং লানচিংবা মুন্ত্রোনখাঁন লাংমৈ লাংজিং ১১ থেৎপগী মথমোয়দা টানা থিন্দুনা হাৎলম্মী। খুৎলৈ থুনা থোংনাং লাম্নীশিংনা করিসু তৌবা ঙমদ্রিঙৈদা নোংশামৈনা টানা থিন্দুনা খরা অমসু হাৎলম্মী। ময়াং লাম্নীশিং মখোয়গী লানচিংবা হাৎখিবদগী তেঙ্গোল কাইদুনা মাইকৈ সলাই খংদনা চেনখিবদগী মৈতিংঙু খাগেম্বগী থব্বায় কনলম্মী।

ময়াং লাম্নীশিং কায়দুনা চেনখ্রবা মতুংদা মৈতিংঙু খাগেম্বনা মৈতৈ লাম্নী তেঙ্গোল মরি (৪) বু খোমচিনলগা য়াঙ্গোই তুরেন মপানগী তেঙ্গোলবু মায়কৈ মরিমক কোইশিন্দুনা পুং অহুম অকনবা লানশোক্লরম্মী। পুং অহুম (৩) চুপ্পা শোক্লদুনসু মৈতৈনা করিসু তৌবা ঙমদ্রবদা, মৈতিংঙু খাগেম্বনা মনাও ইবুংঙো চীংশোম্বা, নোংশামৈ অঙম অথৌ লাঞ্জিংবা পুম্নমক তিন্নদুনা অনৌবা লানলোং খন্নরম্মী। ময়াং লাম্নী খুৎলাইনা মায়থিবা পিবা অসি ব্রানা থোক্লগনি, খুৎলাই

পাইদবা লানফমদা লৌশিংনা ফারসি হায়না লেপনরম্মী। ময়াং মরোল খঙ্বা নোংশামৈবু লানচিংপুরেন নৱাব অমসুং লানচিংবা ১৫মকপু লৈপাক অনিগী তাইশিন্নবগী ৱারোল ঙাংনসি হায়দুনা কৌবা থারম্মী । মহমদ সানিবু নমদুনা ফানবা থৌরাং পুম্নমক শেম শারগা লৈরে । নোংশামৈনা লানচিং পুরেন নৱাব মহমদ সানিদা মৈতে ঐখোয়সু খুৎলাই থাদোক্লে নখোয়সু খুৎলাই থাদোকলো, তাইশিন্নবগী ৱারি শাসি হায়রম্মী । লানচিংপুরেন মহমদ সানিনা কংলৈপাক্তি, অচুম্বা চৎপা, লাইনিংঙাক্লা পানবা লৈপাক্লি হায়দুনা নোংশামৈগী ৱাবু থাজদুনা খুৎলাই থাদোক্নিংদা থাদোক্নিংদনা পাশা লানচিংপুরেন মহমদ সানি য়াওনা অতৈ লানচিংবা ১৭মক খুৎলাই থাদোক্নুনা লাক্লগা মৈতিংঙু খাগেম্বগা ৱারি শান্নরম্মী । ৱারি শান্নবা হৌরকপগা নোংশামৈনা নখোয় মৈতৈগী মফমদা মায়থিরে হায়বা যাও হায়রম্মী। মহমদ সানিনা মায়থিরে য়াও হায়বা য়ারমদে, মদুদা খুরাইলাক্পা চীংশোম্বনা চোংশিনলক্নুনা মহমদ সানি লানচিংপুরেনবু নমদুনা ফারম্মী, অতৈ মুসলমান লুচিংবা ১৬ অদুবুসু ময়াম চঙনা ফাদুনা মখুৎ তুংপুন্না থমলম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা মহমদ সানিদা লোইপোৎকা লোয়ননা খুরুমজবা য়াব্রা নত্রগা লান পান্নবা নখোয়গী নথৱায় লৌবনা ফব্রা ? লানচিংপুরেন মহমদ সানিনা, থোংনাং মপুক শেংদবা ময়াং পাংদবা অদুগুম্বা নত্তে। তরফ লৈপাক্কী নৱাবনি। থোংনাং পাংদবা মতিক মথৌনা লৈতবনা লান নেক্ল বগী লান পাংবা লাক্পনি, থোংনাংগী লানচিংবা য়াখারেক অমসুং ভিমবন অনিনা য়াঙ্গোই মপান্দা লৌশিং তৌদুনা থাদোক্লমগা চেনখ্রে । ময়াং মিনম্বা মখোয়গী মশুংলাগীদমক্তবু অরেম্বদা থৱায় মাংবা পামদে । নৱাব ওইবা ঐনা পুরকপা শগোল, শামু, দোলাই, খোঙমী, নোংমৈ অচৌবা, খুৎশু-খুৎলাই মীনাই পুম্নমক লোই হাদুনা কৎচগে হায়রম্মী ।

মৈতৈ লাম্মীনা নারক-শিংলক, ফুমথি-হৌথি, মরক্তা লোৎতুনা লৈবা মহমদ সানিগী লাম্মী অয়াম্বা কোইথি থিদুনা খোমগৎলে । মহমদ সানিনা মৈতিংঙু খাগেম্বগী মফমদা সেকপিন অঙৌবা, থাঙ্ অকোনবা, ফিরান থা মচেৎ য়েকপা, নোংমৈ অচৌবা খুৎশু-খুৎলাই, শগোল, শাবু ৩০, নোংমৈ লিশিং অমা (১০০০) ফুন্দ্রে, কামার, মানফিশাবা, হারি য়ুমশেংবা, নাগনা পূং য়ৈবা, তোমল পূংজাও থিনবা, শগোল শামু শেনবা, থাঙ্ শাবা, খুৎনাইবগী কাংবু কোনলিক্ শাবা, শঙ্গোম শুম্বা, য়েনশাং মথেল কৎপা, চক্প্রা লৌউবা, পেরেশিঙ্গা খোংবা, চাকথাঙ্ ফানবা, হুমাই মখোক্ অশাংবা পায়বা, কাঙহাই চামড়া হুম্বা, শেলয়ৈবা, জগোইগী পূংয়ৈবা, ক্বাশেন পায়বা, খুজাই মাংদা পুবা অমসুং দোলাইনচিংবা

মৈতিংঙু খাগেম্বদা লোইহাদুনা কৎলম্মী। মুসলমান লানফাশিংবু মানা মানা হৈরকপা, হৈজবা শিনফমদা মথৌ শুহন্দুনা অমসুং মৈতৈ নিংঙোলশিং পিদুনা য়ুম্নাক শাগে য়েম্থোক্তুনা খুন্তা লৈতাহনলে। মহমদা সানি লানচিংপুরেনবু মখোয় খ্বায়গী লুচিংবা খুনলাক্পা হাপপিরম্মী।

লাইরিকয়েংবম জগৎ (ধনজয়) না মৈতিংঙু খাগেম্বা য়েক্লবগী মখুৎতা তাখিদুনা মথব্রায় মাংলমগদবদগী নিংথৌগী থব্রায় কনলকখিবা অদুদা মৈতিংঙু খাগেম্বনা থব্রায় পেন্দুনা লৈপাক মীয়াম মমাংদা লৈপাক খংনা মনা মথুম পিদুনা নোংশাগুম মথৌনা লৈবা নুপানি হায়দুনা **"নোংশামৈ মিংথোন"** পিরম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা মহাক্কী থব্রায় কনবিদুনা অনৌবা মপোক্ অমবু পোকপিবনি হায়দুনা "ইপা" হায়না কৌরম্মী। হয়েং চাতোন-শুতোন্না কাওদনবা য়াঙ্গোইগী লান অমসুং মুসলমান লানফাশিংদা মৈ তৈ চনু নিঙোল পিদুনা খুন্তা লৈতাদুনা পোক্লকপা মচা মশু ইবা লাইরিক অদুগী মমিং নোংশামৈগী মমিং লৌদুনা **"নোংশামৈ পূয়া"** হায়না থোনলম্মী। য়াঙ্গোইগী লান্দা মনাও ইবুংঙো য়াম্ফুললাক্পা শানোংবা ফাহৌরম্মী।

### খোং কাংজৈ হৌদোক্পা

মৈতিংঙু খাগেম্বনা লৈপাক্সিদা মমাংঙৈদগী শান্নদুনা লাক্লবা শগোল কাংজৈগী মশানা অসিগী মথক্তা খোং কাংজৈগী মশানা অসি হৌদোক্লম্মী। শাগোল কাংজৈ শান্নবগা খোং কাংজৈ শান্নবগা শান্নরোই মশিং চপ মান্নে। শগোল কাংজৈ শান্নবদৌনা নাকন অনিমক্তা মশা মউ ফবা নিপা ৭ / ৭ না নাকন অমমদা লেপহন্দুনা লিচৈ মরু অকোনবা অমমম পায়হন্দুনা খোং কাংজৈ শান্নহনলি। কাংক্রমদি ব্রারু অনৌবনা শারম্মী। কাংজৈরোইশিংসি পানা মরিদগী মতিক চাবা মশা ফবা শান্নরোইশিং খনগৎতুনা শান্নহনলি। মৈতিংঙু খাগেম্বনা লৈপাক্কী অঙম অথৌ ফম্নাইবাগিংনা লৈপাক্ মীয়াম তিনবা, নিংথৌগী থৌগন, লোয়শঙ কাবা মতমদা লেংখাং পাক্লৈ চিন্দুনা কোকয়ে৲য়েৎতুনা কোনুং কাবা হৌদোক্লম্মী।

---

*খোংকাংজৈ : চৈথারোন কুম্বব‌দদি শগোল কাংজৈ শান্নবসুং অদুঙৈগী মসি হৌএ হায়না ই। কংলৈ শঙ্লেন পুবা পূয়া/ম্নাপুয়া হায়নসু কৌবা লাইরিক্তা খোং কাংজৈ শান্নবা হৌদোকই হায়না ই। খোংকাংজৈ অসিনা চুমগনি। শগোল কাংজৈ শান্নবদি মৈতিংঙু নিংথৌ কাংবা অমসুং নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদগী শান্নরে।*

খৃ: ১৬০৭ তা মৈতিংঙু খাগেম্বনা শমজোক্তা লান্তাদুনা লান শোক্লুরম্মী। লান্দুদা খুমুজম কবো, মোংবিজম ফোংঙা, চিনথাবম কোইরেং ব্রাংখৈরাক্পা কৈশা মখোয় মরি শিখিবগা লোয়ননা শমজোক্ কোনুং চংবা ওমদনা লৈরম্মী। মরিং, তরাউনা শমজোক্কা লান শোক্লবা অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা তুমুলাক্পা, কোন্দোংলাক্পা, কবোলাকপা কিয়াং লাকপা, মংশা মখোয় তরুক্লা (৬) শরু চিক্লা, মৈতে পুম্বা মাংহনসি হায়নদুনা ব্রাশক্লরম্মী। মখোয় মখোয়না তৌগদবা পাইখৎকদবা লানলোং শিন্দোক্লদুনা তরাউনা শুগু ইব্রাইরোমদা ফাওরগা শিংশিৎ লম্বেলগা তরাউ লম্বীগগী লমথোঙদা উজাও ময়াম য়ান্দুনা ফৈরগা লম্বী থৎলম্মী। মরিংনা লৈহৌপোক্পী লমবেলগা কোন্দোং লমবেলগা অনিমকপু উজাও য়ানলগা ফৈনা থিংদুনা থৎলম্মী। কবো লাক্পা, কোন্দোং লাক্পা অনিনা মৈতিংঙু খাগেম্বদা চেঙ্ পিবা লেপলম্মী। কবো লাক্পা, মংশা লাক্পা অনিনা চেঙ্ পিবা লেপখিবদগী মৈতৈ লাম্লী চানবা, চেঙ্-চাক লৈতবদগী অফং অফংবা চাদুনা য়াম্লা ব্রানা লেনলম্মী। মতমসিদা তরাউনা তম্পাক্তা লান্তাদুনা মৈতৈবু চাইখাইবা হৌরকলবদা মৈতৈ লাম্লী মখোং য়াংবা অমনা চেনখিদুনা মৈতিংঙুদা তরাউনা লান্তারকপগী পাও পিরুরম্মী। মৈতিংঙুনা কোন্দোং লাক্পা, মংশা লাক্পবু মনাই থাদুনা কৌহনলুবা লাক্লে। মৈতিংঙুনা অঙম অথৌশিং তান্নদুনা নোংশামৈ থাদুনা মহমদ সানি কৌহনলুরে। মতমসিদা মহমদ সানি মহাক্কা লোয়নবা মী ১০ গা কোন্দোংদা থৈদুনা থমলি। মহমদ সানি কোংন্দোংদা থৈদুনা থম্বগী মরমদি, মৈতৈনা মফম অমদা লৌহোন হুনলগা অমুক ফোইদুনা ফৌ লিংথোকপগী লৌউ মখন অসি খংলমদে। মহমদ সানিনা লৌহোন হুনলগা অমুক ফোইদুনা মপুন মচা মচা পুনলগা লিংগদবা লৌফম অদু শিনবা থুংনা চাইথোক্লুনা থমলম্মী। লৌহোন চাইথোক্পা লোইরবা মতুংদা মহাক্লা কৈথেন্দা কারক্লুনা পোংচৈ লৈরম্মী। মদুদা মৈতিংঙু খাগেম্বগী মনাই মহমদ সানিবু শেন্নরিবা অদুনা চেনলক্লুনা লৌবু ফোইদৎলগা মপুন মচা মচা পুনলগা লৌফম শিনবা থুংনা চাইথোকলে অদুগা কৈথেল কাদুনা পোংচৈ লৈরে। মখোয় ঙসি অহিংদা লোৎনা লৈপাক্সি থাদোক্লুনা চেনখিনবা থৌরাং তৌবা মানলি হায়দুনা পাও তমলম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা মনাইগী ব্রাবু থাজদুনা পানা মরিগী মী খোমলগা মহমদ সানি অমসুং মহাক্কা লোয়নবা মী ১০ মক অহিং অদুমক্তদা কোন্দোং তান্না পুদুনা থমলম্মী। মৈতৈগী লৌউবদি পুংহুন হুনলগা উবা, লৌউ মখন অসি উরম্মী। মফম অমদা লৌহোন হুনলগা অমুক ফোইদুনা লিংবা লৌউ অসি খংলমদে।

নোংশামৈনা মহমদ সানিদা হায়রম্মী, মরিং, অমসুং তরাউনা উজাও য়ান্দুনা লম্বী মরিমক থিংলগা তম্পাক্তা লাম্তারে। কবো লাক্পা, তুমু লাক্পা মংশা লাক্পা, কিয়াং লাক্পা মখোয় মরি চেং-চাক পুরক্লবা মী থাদুনা কৌহনবসু, মরিং তরাউগা লৌতুনদুনা চেং-চাক্ পুরক্লে। নহাক্না মরিং-তরাউবু থেংনদুনা কংলা য়ৌনবা থৌরাং তৌ। মহমদ সানিনা নোংশামৈদা, কবো লাক্পা মখোয় মরিবু ফাদুনা পুরক্কে, মরিং, তরাউসু তকখাইগে। ঐবু করি মরম লৈবদগী নত্রগা করম্বা অয়োন অরান তৌখিবদগী কোন্দোংদা থৈদুনা থম্বীরিবনো ? নোংশামৈনা মহমদ সানিদা, নহাক্না ফৌলিংনবা লৌহোন ফোইরগা লিংগদৌরিবা লৌফম শিনবা থুংনা চাইথোক্কুনা থনম্লগা কৈথেন কাদুনা পোৎচৈ লৈবা অদুদা লোৎনা অহিং অদুদা নরৈপাক তরফতা চেনখিগদৌরে খনবদগী মৈতিংঙুনা নহাকপু কোম্দোংদা থৈদুনা থমখিবনি। থোক্খিবা থৌদোক্ পুম্নমক অসি লোনফাওনদবদগী থোক্খিবা থৌদোক্কি হায়বা খংবদগী মহমদ সানি পুক্নিং নুংঙাইরম্মী।

মহমদ সানিনা লুচিংদুনা কবো লাক্পা, তুমু লাক্পা, মংশালাক্পা, কিয়োং লাক্পা মখোয় মরিগী মথক্তা লাম্তাদুনা মখোয় মরিবু ফাদুনা পুরক্লে। নোংশামৈনা কবো লাক্পা মরিমক্তা, মরিং তরাউগা লৌতুনদুনা উজাও য়ান্দুনা লম্বী লমথোঙ পুম্নমক থিংজিনলে, অদুগা মৈতিংঙুনা মী থাদুনা কৌহনববু করিগী লাক্তবনো ? কবো লাক্পা মরিনা ওইদবা, নত্তবা ব্রানা পাওখুমলদুনা, মৈতিংঙুগী লাম্মীশিংগী চান্নবা চেঙ্-চাক্ ব্রাৎলক্লে হায়বা পাও তাবদগী মোনশং, ওক্তোং, থামিৎ অমদি পানশাদা লোইপোৎ থৌরুই। মখোয়গী পাওখুম তাবদা নোংশামৈনা লিচৎ চুমদবা, মীনম্বা পুকচেল শেংদবা নখোয়না থা অমা চুপ্পা চেঙগী লোইপোৎ পিদ্রগা চেং লৌবা চৎলুই হায়না মীনম শোরী তৌদুনা নরৈ খৎলি। নোংশামৈনা কবো লাক্পা মরিবু কবো মীহাৎপূংদা পুদুনা হাৎলুরো হায়বদগী কবো লাকপা মরিনা চেঙ্ চেঙ্কোক মশিং থিঙমদবা মখৈ পুরক্কুনা পৈররে। মৈতিংঙুনা ফও-লৌশিংনা মরৌ তৌদুনা মীনম্বা থবক তৌবদি মখোয়গী মরান্নাই মব্রাচা ওইরসনু। তরা চেঙ্কোক পিরবনিনা মথব্রাইমক্তি কনবিগ্রো হায়দুনা মখোয় মরিগী মথব্রাই কনবিরে। কবো লাক্পা মরিনা চেঙ-চাক মরাং কাইনা পিবদগী শমজোক্তা লাম্তারম্মী। শমজোকপু মাইথিবা পিদুনা লানফা ময়াম অমা ফারম্মী। শমজোক্কী লান হেক লোইবগা লানলোং শিন্দুনা খোইবু লম্বীরোমদা থোরক্লে। খোইবুচীংদোলদগী লাক্কুনা ব্রাংজিং তুরেল মরু লৈঙাংপোকপী চীংঙ্গোললোমদা

লাকপনা তম্পাক তারক্লুনা করোংথেলগী চীংকালম্বী ময়াদা তেঙ্গোল অমা লিংলে, অতোপ্পা তেঙ্গোল অমনা কৈবী চীংখোংদা তেঙ্গোল লিংলে। মহমদ সনিনা তেঙ্গোল অনি অসিবু পুদুনা করোংথেল, লমলোই খুনবী, তাংকং, মচি কাংঙোই, খুদৈ, কাংঙোই খুননৌগী মথক্তা কন্না লাম্ভাদুনা খুঙ্গং মাপলমক (৯) লানঙমদুনা খুতুম চনলে। মৈতিংঙু খ াগেম্বনা মরিং, তরাউগী লান লোইবদগী স্না কোনুংদা হনলক্লে।

খৃ: ১৬০৮ দা মৈতিংঙু খ াগেম্বা নিংথৌবু লায়য়িংথৌ হায়না কৌবা হৌরম্মী। অসিগা লোয়ননা নিংথৌদা খুরুম্বসু হৌরম্মী। নিংথৌদা খুরুমলবা পুন্নমকপু লন থুম পিরম্মী। চহী অসিদা শঙ্গাই অৱাংবা অমসু শারম্মী। শারাংথেম শাতোকক্কী (শানোংবা) কুম খৃ: ১৬০৯ দা লাইরিকয়েংবম নোংশামৈ ধনজয়না পাঙল (বঙ্গাল) ময়েক্তগী গ, ম, জ, ঝ, ড, চ, দ, খ, ব, ভ, য ময়েক ১১ অসি লৌথোক্লুনা মৈতে পাঙন (বঙ্গাল) মপিগা মান্নহনসে হায়দুনা শেমলম্মী। মহাক্লা অপোই মচা, সালম সনা, খাইদেম তেনবা, যুম্নাম তোম্বা অমদি গোনোক থেংকুরা (থেংগ্রা) মাইচৌ মঙাদা চৎলম য়াংবী শেম্বদা, হান্নদগী চৎনরকলিবা মৈতে ময়েক ২৭ অসিগী মথক্তা ময়েক ১১ অসি য়াওহনবীয়ু হায়জরম্মী। মদুদা মায়চৌ মঙানা নংগী মপি অনৌবা অসিদি হাপ্পা য়াদে অদুবু নংনা কন্না হায়জরবনিনা শগোল খোংগুন (য) শিংকেৎ শাবা অসি হাপ্পা য়াবিরে হায়দুনা হাপ্পীরম্মী। চহী অসিদা মৈতিংঙুনা তখেন নিংথৌদা অকোইজম চনু য়াংনুবু থাজরম্মী। মৈতিংঙুনা মৈতে নুপীশিং অমদি স্না কোনুংগী ইবেম্মাশিংবু লিরুং তেন পাইহন্দুনা লম ২৫ লাপ্পা মফমদা শা অমা শাদুনা থমলগা শা অদুদা পানবা ঙম্বা তান্নহনলি। মখুৎ চুম্বা, শা অদুদা পানবা ঙম্বা নুপীশিংদা মনা মথুম পিদুনা লিরুং তেন শিজিন্নবদা পূক্লিং থৌগৎপিরম্মী।

**মোঙ্গোশা মমনুবাক হাৎপা -**

খৃ: ১৬১০ দা খা নোংপোক মৈরমগী চীংশাংদা খুম্ভাবা মরিং, সাইবোল, শাইনেম, কাতৌ, য়োংখুন, কসুং, লমমসি (নম্বসি) নারুম, মকন, চীংশাও, খুন ১০ মক্কী নিংথৌ ১০ অসিনা খাগী নিংথৌদা চৎতুনা মৈতিংঙু খাগেম্ববু মাংতাক্লবা অমুক্তা তৌবিয়ু হায়জরম্মী। খাগী নিংথৌনা খাগেম্বগী মথক্তা লাম্ভাদুনা মাঙহন তাকহন্নবগী পাঙ্গল লৈরমদে অদুবু, খাগেম্বগী মথক্তা করিগুম্বা খরা তৌবা পাল্লম্মী। হাওকপ চীংশাংগী নিংথৌ ১০না হায়জবা অদু য়াদুনা খাগী নিংথৌনা মহাক্কী লৈপাক্তা লৈবা মোঙ্গোশা মনুবাক্ কৌবা মচৎ নাইদবা হিংচাবগী

লমচৎ চৎপা লাক্লা ফানবা ঙমদ্রবা, পিজবগী পেনবা নাইদ্রবা, মীগী শাবুসু চাবা, মীচাবা, অদুবু কংলৈপাক্তা থারক্লম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা লাক্লা ফানবা ঙমদ্রবা চাক, কাংপোৎ, কাংপোৎ চাবা মোঙ্গোশাবু, মপা ইবুংঙো মুংয়াম্বনা মোইদানা হিংচাবা হাৎখিবা টা খাংশুনাহা অমদি থাঙ্ খুবোম্বনা মোঙ্গোশাবু হাৎতুনা হৈবী মখোংদা ফুমলম্মী। চহী অসিদা কাংচুপ হিদাক্ থকপসু হৌরম্মী। লৈপাক্ মনুংগী লানসু লেপ্পা লৈরমদে। মৈতিংঙুনা মরিং তাংকম অমসুং নুংমুদা লান্তারম্মী লানসু ঙমলকখি।

খৃ: ১৬১৪ দা মৈতিংঙু খাগেম্বনা কবো কিয়াং অমদি তাইপোংদা লান্তাদুনা তাইপোংগী শিংমি লাংখম ফারকখি। কবো কিয়াং অমদি তাইপোংগী লান লোইরবা মতুংদা শমজোক্তা অমুক লান্তাদুনা শমজোক ময়াম অমা ফারকখি। মৈতিংঙু খাগেম্বনা শমজোক্কী লৌয়াম অসি পান্নরম্মী। শমজোক্কী মীনা লৌলোক্‌পা য়াদে, মরমদি শজোকসি মপাবুং মুংয়াম্বা স্না হাক্তক্তগী মৈতৈদা লোইহাবা লম ওইদুনা লাক্লি। শমজোক্কী পাঙ্গানশিংনা লোই হানিংদবদগী হেক হেক লান হৌরকলম্মী। মখোয়না লান হৌরকপা মতমদা মৈতিংঙু মশাক নত্রগা লান্মী থাদুনা পাঙ্গা ফুরুপ্পু নমথরম্মী।

চেক শাবা হৌবা -

চহী অসিদা মৈতিংঙু খাগেম্বনা খাগী চেকশাবা হৈবশিংবু চেক শাহন্দুনা সনা কোনুংগী সনাথোং অকোইববু চেক্লা কোইশিন্দুনা চেকপন খারম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা লনওন ইতিক তৌদুনা লৈপাক্কী শেলমিৎলোন্দা ফগৎনবা তোঙান তোঙানবা মফম ১০ দা কৈথেল লিংখৎলম্মী। মদুদি :- (১) সনা কৈথেন, (২) খাকৈথেল, (৩) ফাইবুং কৈথেল (৪) মোইরাং কৈথেল (৫) খুমন কৈথেল (৬) চাইরেন কৈথেল (৭) কোনতোং কৈথেল (৮) অন্দ্রো কৈথেল (৯) সেক্তা কৈথেল অমসুং (১০) ৱাংগোই কৈথেল অসিনি। লৈপাক মীয়াম্না লম্বী চৎপদা নুংশাগী মৈশাদগী কঞ্জনবা লম্বীগী নাক য়েৎ-ওই অনিমক্তা সনা খোংনাংনচিংবা অতৈ উ কয়ামরুম থারম্মী।

ইবেম্মা অঙোম চনু নুংথিল চাইবীনা মচা ইবুংঙো তাইবং খাইবা পোকই, লাই ওইখি। অঙাং অসিনা পুংকক চাওরকপা চহী মঙা শুরকপা মতমদা থিবা খঙ্দনা মাঙখিরম্মী। কোইথি থিনরিঙৈ মতমসিদা পাঙ্‌ম্বম চনু শামুখোঙ্না ফংবিনা চেংহি-উতিনা কোক্ লুজগে হায়দুনা ইম্ফাল তুরেলগী হিদেন্দা চৎপদা অপোং/পোং ইংখোলদা হৌবা উ পাম্বী অমগী মথক্তা মচা ইবুংঙোনা শেৎপা ফিরোল

অমসুং খোংজিনচিংবা য়াম্দুনা লৈরম্বা অদুগা নুতি নুমিৎ খুদিংগী পাইদুনা শান্নজবা কাংজৈনা উগী উখোংদা লৈরম্বা থেংনরুরে। লৈপাক্কী অখাং অহে, অমাইবা অমাইবী তান্নদুনা য়েংবদা তাইবংখাইবা [১]লাইনিংথৌ সনামহিগী মপোক্ লাংওননি হায়রম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা মচাগী নুংশিবা শক্তমবু কাওদনবা লাইনিংথৌ সনামহীগী শক্তম শাদুনা লাৎলম্মী। খৃ: ১৬১৫ দা মৈতিংঙু খাগেম্বনা ঘাতি হিদেন্দা মুগলগা ব্রারি শান্নদুনা খুৎশম্নবা হৌরম্মী। চহী অসিদগী মৈতিংঙু খাগেম্বনা হিদাকফুচুপতুনা অমদি হিদাকফুদা তোংচৈ পানলগা হিদাক থকপা অসি হৌখিরম্মী। মৈতৈনা হিদাক্ থকলকপা অসিদি অনোইরোলনচিংবদসু হিদাক্ থকপগী য়াওরি। মৈতিংঙু লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা হিরম কয়ামুক্কী মখল মখা লাইরিক ময়াম অমা ইথোক্তুনা খৃ: ১৬১৬ তগী লৈপাক মীয়াম হুপ্না লাইরিক তম্বা হৌহনলম্মী।

**ব্রাঙ্গোল ফুরা লাইয়ুম শাবা -**

খৃ: ১৬১৭ তা মৈতিংঙু খাগেম্বনা ব্রাঙ্গোলদা ফুরা লাইয়ুম শারম্মী। ব্রাঙ্গোন্দা ফুরা লাইয়ুম/লাইশঙ শাবা অসিনা কংলৈপাক্কী ইহান হানবা চেক্লা শাবা লাইয়ুম্নি/লাইশঙনি। অসিগী মমাংদা লাইয়ুম/লাইশঙ শাবা অসি উনা ব্রানা মখোং ওইরগা মথক ইনা কুপ্তুনা শাবা ঙাক্তনি। ঘাতি হিদেন্দা মুগলগা ব্রারি শান্নদুনা মরি লৈনখিবগী মহে ওইনা কংলৈপাক্কা মকক্ক (মুগলগা) লম্বী ফাওনরে। মকক্কা লম্বী ফাওনবা অসিদা লাইরিকয়েংবম অতোন্না লুচিংবা মীহুৎ কাংবু অমা মককতা থারম্মী। মখোয়না মফম অদুদা চহী অহুম মপুং ফানিংচিৎ লৈরুরগা খৃ: ১৬১৯ দা থোক্লককখি। উমং লাইদা নুপী থাজদুনা লুহোংবা স্না হাক্তক্তগী হৌদোক্লম্মী। চহী অসিদা কবো নুঙ্গোইতোংবা চনুবু থাংচীং নিংথৌদা থাজরম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা লৈপাক্কী লৌউবা লৌমিশিংদগী লৌশান লৌরম্মী। খোমগৎলবা লৌশান অদু থম্নবা লৈপাক্কী মফম অয়ামবদা ফৌকৈ শাদুনা থমলম্মী। ফৌ অদু স্না কোনুংগী অমসুং লৈপাক্কী ওইনা শিজিন্নে। শা-লানথোক্পা মতমদা লাম্মীশিংনা চেঙ্জেল ওইনসু পুই। লৈপাক্কী চাক তাংবা থোক্তুনা চাবা ফংনদ্রবা মতমদা লৈপাক্ মীয়ামদা মমল লৌদনা য়েম্থোক্তুনা লৈপাক্কী অব্রাবা তারবা মীয়াম্বু কনবদা শিজিন্নে।

---

*[১]সনামহী :- মৈতৈ লৈমনা পোকপা শিজ অদুনা খুরাইলৈমা ওইরবা, খুরাই লৈমা অদুনা পোকপা অঙোম শিজ অদুনা অমরক মৈতৈ লৈমা ওইরগা পোক্লকপা, মৈতিংঙু নাউদাবু নিপাদি সনা মহি কৌগনি। নুপী ওইরগনা তম্ফা কৌগনি। "লোয়ন-শিনলোন।"*

**খোংজোম্বা পোক্পা -**

খৃ: ১৬২১ দা লৈমারেন তাইপোমবীনা মচা ইবুংঙো অহন খোংজোম্বা পোকই। মচা ইবুংঙো অহন পোক্পা কুম অসিদা শঙ্গাই কা মপাল (৯) শাংবা শারম্মী। অদুগা য়ুম্বু কাংয়েনা শাবসু হৌরম্মী।

**খুঞ্জাওবা পোক্পা -**

ওনলক্পা কুম খৃ: ১৬২২ দা লৈমারেন তাইপোম্বীনা মচা ইবুংঙো য়াইমা খুঞ্জাওবা পোকই। মৈতিংঙু খাগেম্বনা মায়চৌশিংদগী ইমোইনু অহোংবীগী অথুপ্পা ফজবা ৱারি তাজবদগী মৈতিংঙুনা মচা ইবুংঙো খুঞ্জাওবা পোকপা কুম অসিদা শগোল পাওজেন থাদুনা লৈপাক মীয়াম পুম্না ৱাকচিংগী ১২ নি পানবা নুমিৎতা ইমোইনু ইরাৎ থৌরম তৌদুনা লাৎচরম্মী। অদুদগী লৈপাক চাকহোং ঙাহোংলে, শেনহোংলে, য়ুনহোংলে হায়দুনা মচা ইবুংঙো য়াইবগী মমিং থাঙতা খোইনাই শেলহোংবা কৌরম্মী। চহী অসিদা লৈয়ান অমদি নূংখান্দা লান্তাদুনা লোই হাহনলি। লৈমারেন তাইপোম্বীনা উ হোংই। উহোংবা, ৱাহোংবা, ফৌ হোংবগী থৌরম অসি মৈতিংঙু মশানা নত্রগা লৈমারেন, নত্রগা মচা নুপা, নুপী, নিংথৌকোনগী মীওইশিংতনা পাংথোক্লরম্মী। উহোংবা, ৱাহোংবা, ফৌ হোংবগী থৌরম অসি শিদবা মপু লাইনিংথৌদা উ-ৱা নত্রগা ফৌ অদুবু মপুং মরৈ ফাহনবীয়ু হায়না কৎচবা থৌনিজবনি। চেং হোংবনা লাইনিংথৌ শিদবা মপুদা নত্রগা পাখঙ্বদা লৈপাক্ মীয়াম্না নুংঙাই-য়াইফনা, ৱাৎত-পাদনা পানজগে হায়দুনা চেঙহৈ চেঙ্কৎনা নিজবনি।

**তোনাবা পোকপা -**

খৃ: ১৬২৫ লৈমারেন তাইপোম্বীনা মচা ইবুংঙো অতোনবা খোংফেন থৌবা তোনাবা পোকই। মচা ইবুংঙোসি পোকপা চহী অসিদা, মরিং য়াওতৌ, মোমতিং লমলেম, লাইপাই, তোমপূং অমদি খারক খুঙ্গং মঙা অসিবু লান্তাদুনা লোইচনলম্মী। খৃ: ১৬২৭ দা মৈতিংঙু খাগেম্বনা মরিং খুনবী, করোংথেল, লমলোং অমসুং কাংওই খুন মরি অসি খোমজিন্দুনা ঙাপ্রুম খুন লিংলম্মী। চহী অসিদা ফুরা লাইয়ুম অমগা অমুক শারম্মী।

খৃ: ১৬২৮ দা নোংমৈ শাবা হৌরম্মী। নোংমৈ শাবগী মওংসি হন্না পুম্না হৈরগা কোন্না মখুন হুৎতুনা শাবগী মওং লাননি। শমজোক্তা লান্তাদুনা শন-ইরোই য়াম্না খোমলকখি । শজোক নিংথৌনা মৈতিংঙুদা সনা লুপা য়াম্না লোই

হায়রকখি। শমজোক্কী লান্দা খুরাই ফাথীয়া শিখিরম্মী। কুম অসিদা হান্নগী য়ুম কা মাপন শিদোক্কুনা অদুগী মহুৎতা য়ুম লাইখন তাদুনা শারম্মী। য়ুম শাবা মতমদা সনা য়ুম্বী হাপ্তুনা শারম্মী। ওনলকপা চহী খৃ: ১৬২৯ দা কংলা উত্রা শঙ্গাই শারম্মী।

**কংলা শাবা**

কংলা মৈ চাক্‌খিবদগী খৃ: ১৬৩১ দা কংলা অমুক হন্না নৌহৌননা শানবগী মাইচৌ থোঙ্গাদা উরেপ য়ুংবগী অফবা নুমিৎ, থাবান পূংফম য়েংহনলম্মী। মাইচৌ থেঙ্গ্রাং, নুমিৎ, থা, থাব্রানমিচাক অমদি মালেমগী খোংচৎ মুন্না খংবা অঙ্কা য়াম্না হৈবা মায়চৌনি। মহাক্না পিবা পূংফমদা থবক থৌরম পাংথোক্‌পা মতমদা অফবা মহে্ ফংবা শোইরমদে। মাইচৌ থেঙ্গ্রানা লমতাগী ১০ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা কংলাগী উরেপ য়ুংনবা অফবা পূংফম পিরম্মী। পিরিবা পূংফম অদুদা উরেপ য়ুংলবদি সনাগী থম্বাল শাৎকনি হায়রম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা মাইচৌ থেঙ্গ্রানা পিবা পূংফম অদুদা উবেপ য়ুংলম্মী, উরেপ য়ুংবা মতমদা মতম খরা খিক শোয়নখিবদগী সনাগী থম্বাল শাৎত্রে। মৈতিংঙুনা মচিন থি হায়দুনা, মাইচৌ থেঙ্গ্রাবু অঙাং ওনহনলু হায়না স্না য়াথং পিদুনা শুগুদা পুথহনখ্রে। কোনুংদা লালুপ কাবা পাঙল অমনা মাইচৌ থেঙ্গ্রানা পিবা পূংফমদু শোয়দনা লফু অমা থাবদা সনাগী থরো অমা শাৎলম্মী। লালুপ কাবা পাঙন অদুনা সনাগী থরো অদু মাইচৌ থেঙ্গ্রানা পিবা পূংফমদা থাবদা শাৎপা সনাগী থরোনি হায়দুনা পুখৎলক্কুনা মৈতিংঙুগী মফমদা কৎলরম্মী। সনাগী থরো অদু উবদা মাইচৌ থেঙ্গ্রাবু কৌখৎলুচো হায়দুনা মী থারম্মী। মৈতিংঙুগী মনাইগা মাইচৌ থেঙ্গ্রাগা নিংথৌদা তুরেনগী মরিন্দা ওক্করম্মী। মাইচৌ থেঙ্গ্রাদা, মাইচৌনা পিবা পূংফমদা পাঙন লালুপ কাবা অমনা লফু পাম্বী থাবদা সনাগী থরো শাৎলে মাইচৌগী ব্রা শোইদ্রে মাইচৌবু স্না কোনুংদা লাক্কবা কৌখৎলুচো থারকপনি হায়রম্মী। মাইচৌ থেঙ্গ্রানা মতম লোইরে হায়দুনা কোনুংদা চৎসি য়াখিদ্রে। মাইচৌ থেঙ্গ্রানা নিংথৌদা তুরেনগী ঈরেন্দা লুপখ্রে। মাইচৌ থেঙ্গ্রানা থুপখিবা মফম, ইরেন অদুবু হৌজিক ফাওবা কোনোক ইরেন হায়না শুগুদা লৈরি।

---

*কোনোক থেঙ্গ্রা : - মৈতিংঙু চালাম্বনা খুমন লৈকোইপূংদগী লানফা ওইনা পুরকপি খুমন চনু থারৈমা নাই ওইবীবু, মৈতিংঙুনা তোং পাইরুবদগী নাওপুরে। থা মরি নাওপুবী থারৈমাবু, নৌনা খুম্বোলকপা কোনোক মনিরামদা পীরে। খুমন চনু থারৈমনা কোনোক মনিরামগী য়ুমদা মপারি অমা পোকচখি। কোনোক মনিরামগী য়ুমদা পোকখিবদগী অঙাং অদুগী মমিং কোনোক থেঙ্গ্রা হায়না কৌখি। "মাইচৌ লাশৎ" ।*

কংলা শাবা লোইরদুনা কংলা হোংলম্মী। কংলা হোংবা নুমিৎ অসিদা কৌব্রুনচিংবা লাইখৈবিকপু কুচুদা ফিজং খন্দুনা ইরোই ১০০, হামেঙ ১০০, য়াও ১০০, শন ১০০, কাঙ্ঙা ১০০, ঙানু ১০০, খুনু ১০০, য়েন ১০০, হুই ১০০, হৈ, লৈ লৈরিবা খিবিকপু ১০০/১০০ না খুজিং ওইনা কৎতুনা পুন্সি নিরম্মী। কংলা হোংবা লোইরবা মতুংদা লাইবু খোং চিংলম্মী। মতাংসিদা লাই হায়রিবা অসি মমিং পনলমদ্রে। লাইনিংথৌ সনামহীগী অশাবা শক্তম ওইরমগনি। কংলা হোংবা চহী অসিদা মৈতিংঙু খাগেম্বনা কংলাদা খাখোং, লাইখোং, মরোংখোং অহুমকপু তৌদুনা শেমলম্মী। খোং অহুমসিগী লাইজা ঈশিং শোক্লগা চৈরাওবা নুমিৎকী অয়ুক্তা ঈরুশাতেংলবদি কুম অদুগী ফত্তবা, তুরৈ, ঈরৈ, চনবা পুম্নমক কোকই, হায়দুনা কুমহৌবা নুমিৎকী অয়ুক্তা খাখোং, লাইখোং, মরোংখোং, থোং অহুমসিগী ঈশিং শোক্লুরগা ঈরু শাতেংবা অসি পাঙথোক্ল রম্মী। অতৈ অরুবা লাইগী থৌরম তৌবা মতমদা খোং অহুমসিগী ঈশিং শিজিন্নবা য়াওই।

খৃ: ১৬৩২ দা স্না কোনুংগী স্নাথোঙ্ চেক্লা শারম্মী। অসিগা লোয়ননা কোনুংবু ফাজনবা কংলাগী অকোইববু থঙ্গাপাৎ তৌরম্মী। থাঙ্গা পাৎ অসিবু ঈশিং পিকথন্না থাজিন্দুনা থমলম্বী। ঈশিংগী লান্দা হৈশিংনবা থঙ্গাপাৎ অসিদা মৈতৈ লান্মীশিংবু হি হোনহন্দুনা হি হোনবদা থোইদোক্ হেন্দোক্লা হৈশিংনবা হোৎনরম্মী। কোনুংগী থাঙ্গপাৎ অকোইবা অসিদা হিয়াং লমজেন তান্নহন্দুনা লৈপাক্ মীয়াম্বু কুম্মৈ য়োংহনলি।

**নোংপোক থোং শাবা -**

খুরাই লুপ্লা কাংলা কোনুং থৌগনবদা খুদোংচানবগীদমক্তা **"নোংপোক থোং কৌবা"** থোঙ্ অমা কংলা নুংজেং ইকোলগী মমাং ইম্ফাল তুরেনগী মথক্তা শারম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বনা মচা ইবুংঙোশিংবু লৈপাক্কী শাদা লান্দা হৈশিংবা অকন অথৌ লান্মীশিংগা লোয়ননা খোমিতোক্তা লান তমফম শেমদুনা লান ঔরাইহনলি। খোমিতোক্তা লান ঔরাইরিঙৈদা তাংখুনশিংনা লাম্ভারক্তুনা অকন্নবা লান শোক্লরম্মী। লান্দুদা মী ১০০ রোম শিখি। লান্দি মৈতৈনা ঙমলম্মী। খোমিতোক্কী লান মতুংদা মৈতিংঙু খাগেম্বনা লাইনিংথৌ নোংশাবগী লাইশং চেক্লা মোইমিৎ হাপ্পুনা শারম্মী।

মৈতিংঙু খাগেম্বনা খৃ: ১৬৩৪ দা তখেন্দা লাম্ভাদুনা ইতুখু তুখু কৌবা তখেনগী লম্পাক্তা অকন্নবা লানশোক্লরম্মী। লান ঙমদুনা তখেনগী লুচিংবা চাপিয়া, তরুংখম অমদি কনাইবগা য়াওনা তখেনলান্মী ২০০ ফারকখি । লৈপাক মনুংগী লানসু

লেপ্পা লৈরমদে, মচা ইবুংঙো অহন খোংজোম্বনা লুচিংদুনা নূংপুংদা লান্তাদুনা নূংপুংগী লুচিংবা তানখাক ফারকখি। খৃ: ১৬৩৫ গী হিয়াংগৈ কুমচনবগী হিতোংবদা মৈতিংঙু খাগেম্বনা "লাইনিংথৌ সনামহীগা" পুন্না হি তোংলম্মী। অসিগী মতুংদগীদি লাইগা মীগা পুন্না হিতোংবা অসি চৎনবা হৌরম্মী। মৈতৈনা শা তান্দুনা ফারকপা শা অদু লাইদা কৎপা অসি তৌনরম্মী। চহী অসিদা থৌবান্দা লমশন তান্দুনা নামুন চীংদা ফারম্মী। লমশন অদুবু পুরক্লুনা লাই কসাদা কৎলম্মী অদুগা অতৈ লাইগী খুবমশিংদসু শা অদুবু য়েন্দুনা কৎলম্মী। লাইদা কৎপা শা অদুবু ময়াম চামিন্নরম্মী।

খৃ: ১৬৩৬ তা মচা ইবুংঙো অহন খোংজোম্বনা লুচিংদুনা তোমপিদা লান্তাদুনা তোমপী নিংথৌ লোয়য়োনবু ফারকখি। তোমপিগী লান লোইরবা মতুংদা নোংফৌ থৌতেংদা লান্তাদুনা লান ঙমলকখি। চহী অসিদা মৈতিংঙু খাগেম্বনা ইম্ফাল তুরেল অচৌবা অসি শিংজামৈ খুনলক্তা চেনলম্বদগী য়াইস্কুল লৈকাইগী লম্বু খরা পিকমনলি হায়দুনা মোইরাংখোম মখা শিংজামৈ মথক্তা পনথিংদুনা তুরেনগী তোরৈ অথেক্পবু চুমথোক্লুনা নিংঙোম থোংজাও মখা কোংবা ঈরোংদা ঈশিং পুথোক্লম্মী। মৈতিংঙুনা মচা ইবুংঙো অহন খোংজোম্ববু লাইরিকয়েংবম নোংশামৈদা মপী লাইরিক অরুম অয়াং খ ায়বা তমহনলম্মী। অসিগী মতুংদগী নোংশামৈনা মপি ৩৫ গী লয়োনবু শেমখিরম্মী। অদুবু মহাক্না শেম্বা মপি ৩৫ চৎলম য়াংবীদা চনখৎখিদে। মাইচৌশিংনা চৎলম য়াংবী কায়বা য়াদে, কায়বা তারবদি নোংথৌতুরেল শামমে, লৈপাক মরাই তাই, নিংথৌ হকচাং শোকএ হায়না থিংলম্মী। নোংশামৈনা শেম্বা মপি ৩৫ অসি মতুং তারকপা মৈতিংঙুশিংগী মতমদগীদি লৈপাক অসিদা চৎনবা হৌরকখ্রে।

স্না হিহোনবা পোক্পা -

খৃ: ১৬৪৩ লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মচা ইবুংঙো অতোনবা নোংপোক্ খোংফেনথৌবা তোনাবনা নৌশেম চনু পথেৎলৈমা তাঙ্জাখোম্বী পান্নদুনা মচা ইবুংঙো য়াইস্কুললাক্পা স্না হিহোনবা পোকই। খৃ: ১৬৪৫ দা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা মরামদা লান্তাদুনা চব্রাই লৌবুক্তা মরামগা অকনবা লান শোক্লে। মৈতিংঙুনা লানঙমদুনা মরামগী খুনলাকপা চরাই কপোং য়াওনা মরাম ময়াম অমা ফারকখি। মরাম নিংথৌ চরাই কপোংবু হৈনৌপোক্তা হাৎলম্মী। অতৈ লানফা ময়াম অদুবুনা শুগুদা লোইথারম্মী।

**পাইখোম্বা পোকপা -**

চহী অসিদা লাইনিংথৌ খাগেম্বগী মচা ইবুংঙো অতোনবা নোংপোক্ খোংফেনথৌবা তোনাবনা নৌশেম চনু পথেৎলৈমা তাঙজাখোম্বী পান্নদুনা অনিশুবা মচা ইবুংঙো পাইখোম্বা পোকই। চহী অসি মক্তদা লাইরিকয়েংবম জগৎসি/ধনজয়/নোংশামৈ শিখি। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা লৈপাক্ ঙাক্পদা খুদোংচানবা অচোইবা লোইশঙ লিংখৎলম্মী।

তাংখুন মোহ্নে অসি লমকেৎ লমহাইবা মপাঙ্গল কনবা খুন অমা ওইরম্মী। খৃ: ১৬৪৭ তা তাংখুন মোহ্নেনা লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মথক্তা লান হৌরকলম্মী। মোহ্নেগী লানহৌ অদুবু নমথদুনা মখোয়গী লুচিংবা লিনখাক ফারকখি। লোয়ননা লান্দুদা শাইরেম থরো শিখি। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা অরাগী মুংয়োং অমসুং কিয়াংদা লান্তাদুনা কিয়াংগী মখুৎ মশা হৈবা সনানা লাইশাবা হৈবা অমা ফারকলম্মী।

খৃ: ১৬৪৮ দা খাগিনা লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মথক্তা লান্তারকখি। খাগিনা লান্তারকপা অসিবু ইবুংঙো মুংয়াম্বনা লানচিংলেন ওইদুনা অকনবা লান শোক্লরম্মী। লানফম অসিদা নাকন অনিমক্তা অশোক্ অপন অশি অনা য়াম্না থোক্লম্মী। (ইবুংঙো মুংয়াম্বা :- লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মনাও ইবুংঙো য়াইমবা খুরাইলাক্পা চীংশোম্বনা পোক্পা মচা ইবুংঙোনি।) মৈতৈনা লানঙমদুনা মায় পাকলম্মী। খাগি লাম্মী কয়া অমা মায়লৈদুনা চেনখ্রে, লাম্মী কয়া অমনা ফাহৌরে। ফারকখিবা খাগি লানফা ময়াম অদুবু লৈপাক্ তৌহন্দুনা চৎথোক-চৎশিন্দা খুদোংচানবা লম্বী অমা শেমলম্মী । লম্বী অদু খাগী লানফা ময়াম্না শেম্বা লম্বীনি হায়দুনা **"খাগি পানলি"** হায়না কৌরম্বদগী খাগেম পর্নালি কৌনাখি। কবো তম্পাক্কী লম অয়াম্বা শরুক মৈতৈগী লোইলম ওইদুনা লোইহাবা অসিদা অরানা য়াম্না নুংঙাইরমদে। মখোয়না মৈতৈগী পাঙ্গল থুদেক্নুনা নমথবা পামলম্মী। অদুবু থবক ওইনা পাংথোকপদি খক ঙমখিদে। অরানা লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মথক্তা লান্তানবা লাম্মী শেমগৎতুনা লানগী থৌরাং তৌরম্মী। খৃ: ১৬৫১ দা অরাগী অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল অমনা কংলৈপাক্তা লান্তারকখি। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা মচাইবুংঙোশিংবু অরাগা অকনবা লান শোক্লহনলম্মী। মচাইবুংঙোশিংনা মথৌনা লৈনা য়াম্না হৈশিংনা লানশোক্লবাঅদুদা অরা লাম্মীশিং খাঙবা ঙমদ্রদুনা কায়দুনা, মায়লৈনা চেনলম্মী। অরাবু মায়থিবা পিরম্মী। মচা ইবুংঙোশিংনা মথৌনা লৈনা হৈশিংনা লান শোক্লবা অদু য়েংলগা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা পেনজরম্মী।

লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা ৱায়েন কুচু লোইশঙদা খাংজেং হায়বা অমা লিংখৎলম্মী। কনাগুম্বা অমবু অচুম অরান খংনবা ৱায়েনবা মতমদা খাংজেংনা লেপ্লা খংসনু হায়না ৱাশক্লহনলি। খাংজেংনা লেপ্লা খংসনু হায়না ৱাশকপা অসি য়াম্না কিনরম্মী। লোইশঙ অসিদা অচুম্বতা মঙাংই, অরানবা ঙাঙবা অমদি লান্না ৱায়েনবা য়ারমদে। খাংজেংনা লেপ্লা খংসনু হায়দুনা খাংজেং পননা ৱাশক্লবদি মী অদু অচুম্বনি হায়না লৈপাক্ মীয়াম অমদি নিংথৌনা লৌরম্মী। মী অমনা খাংজেং পান্দুনা ৱাশক্লবা পাক হেক ঙম্নরমদে। কোয়া মমৈথংদা অচুম অরান ৱায়েনগী খাংজেং লাইরেম্বী হায়না লাৎপা হৌরকখি।

লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা লৈপাক্ অসিদা ফৌচেং তাইবা অমসুং লৈবদা খুদোং চানবা, ফৌ চেং, ওনবগী পথাপ অমা পুথোক্লুনা শিজিন্নরম্মী।

ফৌ ওনবা :

| | | |
|---|---|---|
| খুলাক (মুট) ১২ না | - | উতোং অমা (১) শাই (উতোং/মেরুক) |
| উতোং ১২ না | - | লাইতং অমা (১) শাই, |
| লাইতং ২ না | - | লিখাই অমা (১) শাই, |
| লিখাই ২ না | - | শংপাই অমা (১) শাই, |
| শংপাই ২ না | - | পোৎ অমা (১) শাই। |

চেঙ্‌ ওনবা

| | | |
|---|---|---|
| খুলাক (মুট) ১২ | - | উতোং অমা (১) শাই, |
| উতোং ৩০ না | - | চেঙকোক অমা (১) শাই, |

সনা লমচৈ/লাংজৈ -

লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা ফৌ-চেঙ্‌ ওনবদা খুদোং চানবা পাথাপ অমা পুথোক্লুনা চৎনরম্বদা নত্তনা লম ওনবদা খুদোং চানবা চৈ অমা পুথোক্লুনা শিজিন্নরম্মী, চৈ অদুবু সনা লমচৈ/লাংচৈ কৌই। সনা লমচৈ/লাংচৈ অমগী অশাংবসি পাম্বোম অনি তিংথোক্লগা মদুদা খুদোল মরি হাপ্লগা অদুদা ফংবা অশাংবা অদু সনা লমচৈ অমগী অশাংবা ওইরম্মী।

পূং শিজিন্নবা -

লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা মতমবু খংননবা পূং পুথোক্লুনা শিজিন্নরম্মী। তেংকোৎ অমগী মনিংদা য়াম্না পিক্‌পা মখুন মচা অমা হুৎলম্মী, মখুন হুৎপা তেংকোৎ অদুদা ঈশিং পিকথন্না হাপ্লম্মী। তোংকোৎ মনিংগী মখুন অদুদগী ঈশিং লিক্লানা

তারকপা অদু কোন অমদা অমুক য়ারম্মী। তারকপা ঈশিংগী চাং মতুংইন্না মতমবু লেপলম্মী। মসিবু য়েংশিন্নবা তানয়েশঙ্ হায়বা অমা লিংদুনা থমলম্মী। তানয়েবনা মতমবু খংন তান য়েরম্মী।

লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী স্না হাক্তক্তা অপোই মচা, গোনোক থেঙ্গ্বা, সলাম সনা, য়ুম্লাম তোম্বা, খাইদেম তেম্বা, নিংঙোম্বম অকোং, য়াম্বেম ফৌগাক, খোংহি মাইবা, কামেং ফদিবমনচিংবা মাইচৌ কয়ামরুম লৈরম্মী। মাইচৌশিং অসিনাতোঙান তোঙানবা হিরমদা নৈনবা লাইরিক কয়া ইদুনা পুথোক্লম্মী। লোয়ননা মৈতৈগী হান্নদগী লৈরক্লবা মৈহৌবরোল্ য়ুমচংবা অদুদগী নৌনা অমুক ইরম্মী । নৌনা ইবা মৈহৌবরোল অদুবু মৈতিংঙু খাগেম্বগী মমিং লৌদুনা **"খাগেম্বা য়ুমলেপ"** অমসুং **"খাগেম্বা য়ুম্বী"** কৌরম্মী । অসিগা লোয়ননা খুরোই হাওবা লম্মাংদোংগী য়াঙ্গোইদা শোক্লখিবা লান্দা ফারকপা **"লানফা"** ময়াম অদুগী ময়াম অদুগী মরমদা **"খাগেম্বা লানফা"** হায়না মমিং থোন্দুনা ইরম্মী ।

মৈতিংঙু লাইয়িংথৌ খাগেম্বা শাদা, লান্দা, হৈশিংবা, থৌনাফবতা নত্তনা লৈপাক্ অসিগী নুংঙাইনবা, চাওখৎনবা হোৎনবদা হিরম খুদিংদা স্না মিৎয়েং চংশিনলমদবা লৈতে। স্না হাক্তক্তা লৈপাক্ অসি মশক নাইবা, মশক থোক্পা লৈপাক্ অমা ওইনবা শেমগৎলম্মী।

মৈতিংঙুনা লৈপাক্ মনুংগী অমসুং মপানগী লান কন্না থেংনখি। মৈতিংঙু লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী নিংথৌ ওইবা পূন্সি অসি লানগী পুন্সি ওইখিরম্মী। মৈতিংঙুনা য়ুমথংনবা মরুওইবা লৈপাক অৱাবু মপাঙ্গল কনখৎতনবা য়াম্না তোইনা মখোয়গী মথক্তা লাম্তাদুনা মখোয়গী মপাঙ্গল থুদেক্লম্মী। কবো তম্পাক্কী অয়াম্বা শরুক মৈতিংঙুদা লোই হাবা লম ওইরম্মী। অৱানা কয়ারক লাম্তারকখি। মখোয়না লাম্তারকপা খুদিং মায়থিবা পিরম্মী। অৱাবু মায়থিবা পিবদা নত্তনা নোংচুপ লৈপাক্ তখেনবুসু মায়থিবা পিদুনা লোই হাহনলম্মী। মৈতিংঙু লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানলমদাই ফাওবা লানশোক্লবা লেপখিদে। মৈতিংঙু লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা চহী ৫৫ নিংথৌ ওইদুনা পানলমলগা খৃ: ১৬৫২ দা নোঙ্গাখি। মৈতিংঙু চহী ৭৬ পুন্সিখি।

- ) ০ ( -

## ৪৭শুবা
## মৈতিংঙু খুঞ্জাওবা
## (খৃ: ১৬৫২ - ৬৬)

মৈতিংঙু লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা থুপশ্রবদা মচা ইবুংঙো য়াইমবা খুঞ্জাওবনা মশাগী চহী ৩০ শুরকপা খৃ: ১৬৫২ গী থবান থাদা নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ ওইবগা মৈতিংঙু খুঞ্জাওবনা লৈমারেন তখেম্বীগা কংলৈ ফম্বাল তোংলম্মী। মৈতিংঙু খুঞ্জাওবনা নিংথৌ ওইবগা লাংবন থাদা মহৌদা লাম্তাদুনা মহৌবু ঙম্লম্মী। মহৌগী লুচিংবা লেংচোং ফারকখি। মহৌগী লান মতুংদা ময়াংখাংদা লাম্তাদুনা ইঙৌরোক্কী খেলেকপুং, চরাংচোং ফারকখি। মথংদা কোরৌদা লাম্তাদুনা কৌরৌগী কৈদোংরাং ফারক্লম্মী।

মৈতিংঙু খুঞ্জাওবনা নিংথৌ ওইদুনা লৈপাক ঙাক্লকপা চহী ফারকপা খৃ: ১৬৫৩ গী শজিফু থাদা ইবেম্মা য়াওশেম্বীবু লুহোংদুনা লৌরম্মী। লৈমারেন তখেম্বী অমসুং ইবেম্মা য়াওশেম্বী মচা পোকলমদে। লাংবন থাদা ইতোক্তা লাম্তাদুনা ইতোক্কী লুচিংবা খারাবাং, চিংহাও, খোংশনবা, শেন্তে, সবাংলাংমৈ মখোয় মঙা য়াওনা লানফা ৩০ ফারক্লম্মী। অদুদগী মখান্দা লাম্তাদুনা লোই হাহনলম্মী। খৃ: ১৬৫৫ গী লমতা থাদা মৈতিংঙু খুঞ্জাওবনা লুচিংদুনা মনাও ইবুংঙো নোংপোক্ খোংফোনথৌবা তোনাবা য়াওনা মৈতৈ লান্মী ময়ামগা লোয়নদুনা শমজোক্কী লৌয়াম য়েংশিনবা চৎলম্মী। মৈতিংঙু খুঞ্জাওবনা শমজোক্কী লৌয়াম য়েংশিন্দুনা পান্নবা চৎখ্রিঙৈগী খুদোংচাবা লৌদুনা শাজিফু থাগী হৌগৎলকপদা ক্বাং/কুয়োং হাওনা লাম্তারক্লম্মী। মৈতৈ লৈমারেন তখেম্বীনা খুরাইলৈমা সনাখোনবীগা লোয়ননা শাফি-লান্‌ফি শেৎতুনা মতিক চাপা খুৎশু খুৎলাই পাইদুনা কোনুংদা লৈহৌরিবা মৈতৈ লান্মী খরদু লুচিংলগা ক্বাং হাওগা লান শোক্লবা চৎলম্মী। থৌনাফবী মৈতৈ লৈমারেন অমদি খুরাইলৈবা সনাখোনবী অনিগী মমাংদা ক্বাং হাওনা কুইনা মায়য়োক য়াবা ঙমদদুনা চেনলম্মী। ক্বাং হাওগী লুচিংবা পোংলেনবা ফাদুনা মায়থিবা পিরম্মী। লানফম অদুদা ক্বাং হাওনুপী ৪ গা হাওনুপা ১গা ফারকখি। মৈতিংঙু খুঞ্জাওবসু শমজোক্কী লৌয়াম য়েংশিনবা লোইরদুনা হনলক্লম্মী। শমজোক্কী শন ইরোই ময়াম লোক্লকখি। শমজোক্তা খোম্মা

শাওন্বা শিহৌখি। কালেন থাদা নুংশই অমসুং ব্রাইনেমদা লান্তাদুনা লন - থুম, পোৎ - চৈ য়াম্না খোল্লকখি। নুংশাই অমসুং ব্রাইনেমগী লান লোইবা মতুং পংকুই কুইদনা লৈপাক্কী অঙন্বা খৈবিক ব্রাকোংলম্মী। অদুগা থাংজম খোইরি, সাইরেম কবোম্বা, নাইনিং কোইচাম্বা অমসুং খোম্বা হুমাইব্রোই মখোয় মরি (৪) বুনা শিবগী চৈরাক পিরম্মী। অতৈ অঙন্বা খৈবিকসু পন্দা লোই থারম্মী। পোইনু থাদা নাহারুপ লাক্পা অকোচাম্বা শামুরোক্লা লুচিংদুনা অনান্দা লান্তারুই। শাইরোল মরোং, তুবেং, অমসুং মাইচমদসু লান্তাদুনা লোইপোৎ য়াম্না পুরক্লম্মী। খৃ: ১৬৫৫গী লমতা থাদা কারোং, ঙাইখোং, শারং, নুংপঙ, ব্রাকচীং, লেংখু, লেংলেং, শিখোং, কাবু, অন্দ্রো অমসুং য়াইরিপোক্তা তারিবা তাংখুন খুনশিংবু ইতোক্ হাওনা নেক্তুনা মখোয় ময়াম পুন্না মৈতিংঙু খুঞ্জাওবগী মথক্তা লান্তারক্লম্মি। লান অসিদা নাকন অনিমক্তা অশি-অনা, অশোক-অপন, য়াম্না য়াওনরম্মী। মৈতিংঙুগী লাম্মীনা কন্না তকশিনবদগী হাওয়াম কাইদুনা চেনখিরম্মী। খৃ: ১৬৫৭গী শাজিফু থাদা মংশাদা লান্তাদুনা মংশাবু থুগাইদুনা য়াম্না ফিবম চাদনা মাং তাক্হনলম্মী। মংশাগী লানলোইরবা মতুংদা খুৎলাই তোনশেন অমসুং মহৌদা লান্তারম্মী। লমতা থাদা লাংদেদা লান্তাদুনা লাংদেগী লুচিংবা খোম্মারেংবা ফারক্লম্মি। খৃ: ১৬৫৮ গী মেরা থাদা ইবুংঙো খ্বায়লাক্পা মুংয়াংবনা লানচিংদুনা অতাংখুন্দা লান্তাই, লান ঙমদুনা তুরাসে অমসুং আওচুইবু ফারকখি। কুম অসিগী "মেরা শনতুবগী" কুম্মৈ অসি য়াম্না চাওনা পাংথোক্লম্মী। কুম্মৈ য়েংবা লাক্পা মীনা য়ামমনখিবনা লাইগী থোংবু লাপ্তোক লানশিন তৌবদা তেক্লম্মী। মেরা শনতুবগী কুম্মৈ লোইরকপা মতমদা অতাং খুন্না অমুক ইরাং হৌরকপদগী মৈতিংঙু খুঞ্জাওবা মশমক্লা লানচিংপুরেন ওইদুনা অতাং খুন্দা অমুক হন্না লান্তরম্মী। খৃ: ১৬৫৯ গী হিয়াঙ্গৈ থাদা শমজোক্তা লান্তারম্মী। চহী অসিগী পোইনু থাদা য়াম্না তাংনা থোক্পা অঙকপা অমনা, মৈতৈগী অকন অথৌশিং খনগৎলগা মৈতিংঙু খুঞ্জাওবনা মতু মতু ওন্নদুনা লৌনহনলি। মৈতিংঙু খুঞ্জাওবনা লাইরেন লাক্পী লৌরম্মী। লমতা থাদা মৈতিংঙু খুঞ্জাওবগা ইবুংঙো খ্বায়লাক্পা মুংয়াম্বগা অনিগী মরক্তা য়ান্দবা নুংশিনদবগী শিংচেপ অমা থাবা হৌরম্মী। মংশংকৈগী কৈ শঙবা চুঙন্বা অমসুং কিয়ামকৈগী কৈশঙ্বা মখোয় অনিবু ইবুংঙো খ্বায়লাক্পা মুংয়াম্বগা ফারেন হৌবা চৎমিন্নে হায়দুনা হাৎতোক্লম্মী। খৃ: ১৬৬০ গী শজিফু, কালেন থা অনি চঙনা "লাংদে পূংজাও" থোনলম্মী। মৈতিংঙু খুঞ্জাওবা অসি

মী য়াম্না হাৎকনবা নিংথৌ অমানি। মহাক্না চহী অসিদগী হৌদুনা লঙজবগী মী য়াম্না হাৎলম্মী। করিদা লঙ্জরিবনো হায়বদি ময়েক শেংনা পনলমদ্রে। ইঙা থাদা থিংবাইজম তখেন, লৈৱাম তেঙ্গোল, ময়াংলম্বম ফৈদেক মখোয় অহুম্বু (৩) লঙ্জবগী হাৎলম্মী। নাউসেম কিয়াম্বনা কোন্দোংদা লোই থারম্মী। কৈক্রনবী, নানফৌ ওকক্রনবী মখোয় অনিবুনা মনাতোন লেনথৎলগা থাদোকখিরম্মী। ফাইরেন থা (খৃ: ১৬৬১ গী ফ্রেব্রুৱারি - মার্চ) ময়াং অকোকশা খুনপাম্বা ময়াং নিংথৌ মনিকফ্রাগী মচা রামতাওনা লুচিংদুনা য়ুম্নাক তরুক (৬) থোক্লকলম্মী। মৈতিংঙু খুঙ্গাওবনা লমতা (খৃ: ১৬৬১ গী ফ্রেব্রুৱারি-মার্চ) পাইরুরানে, মচা কিয়াংনে, খোইরি খুনচাও মচিন মনাওনে, তেঙ্গোলনা ইন লাক্পিনে, মখোয় মঙাবু লঙ্জবগী শিবগী চৈরাক পিদুনা হাৎলম্মী।

মৈতিংঙু খুঙ্গাওবা কৌদ্রিঙৈদা "থাঙতা খোইনাই শেলহোংবা" কৌরম্মী। মপা ইবুংঙো মৈতিংঙু লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা লাৎলম্বা ইমোইনু অহোংবী লাইরেম্বীবু মৈতিংঙু খুঙ্গাওবনা স্না য়াথং অকনবা পাওচেন্দুনা লৈপাক্ শিনবা থুংনা ইমোইনু লাইরেম্বী লাৎচরম্মী। অদুদগী কংলৈপাক চাকহোঙ্ - ঙাহোঙলে, শেনহোঙ থুমহোঙলে লৈপাক নুংঙাই য়াইফরে, পোইরৈ খুঙ্গাও লৈচাওরে। পোইরৈ লৈপাক খুঙ্গাও লৈচাওরে হায়দুনা 'থাঙতা খোইনাই শেনহোংবা' কৌরমবদগী। পোইরৈ "খুঙ্গাওবা" হায়না কৌখি। খৃ: ১৬৬১ গী হিয়াঙ্গৈ থাদা লৈমা থরোই, থাবম চনু মোংবী সুরা, শোইবম চনু চিংশোং, লাইতোনজম চনু মোনতিং, খোইরি হুমাইরোই মখোয় তরুকপু ৱাকোংলম্মী। অদুগা শম্থিবম য়াওসু, লংমাইথেম (নোংমাইথেম) লাংমৈ, মনাওনুপা মুংয়াং, য়ুম্নাম মোইবুংলোক্পা মখোয় মরিবুনা কোন্দোংদা লোই থারম্মী। চহী অসিগী পোইনু থাদা শাংকু অমসুং মোগোল থোরকই। মোগোল লাক্লিবা অসি মোগোল সম্রাটকী পাও পুবা লাক্বা মীনি। মোগোলনা লাক্পদগী মৈতিংঙু খুঙ্গাওবনা খুন্দ্রাকপম স্নায়ান, লৈমজম মাইমু, মতুমচা চিংশোং খৌতোংৱা, মখোয় অহুম্বু মোগোলগী র‍্যাজা সভাদা থাখিরম্মী। খৃ: ১৬৬২ গী লমতা থাদা লাইতোঞ্জম চীংশোং অমসুং মোনতিংবু তেখাওদা লাইবার থারম্মী অদুগা কালেন থাদা তেখাও চৎলুবা হনলকখি। ৱাকচিং থাদা বামোন থেংগুরা, খোমদ্রাম মতোন, খাইদেম কোংয়াম্বা, হৈরাংখোংজম কোংয়াম্বা মখোয় মরিবু লঙজবগী হাৎলম্মী। ফাইরেন (খৃ: ১৬৬৩ গী জনুৱারী - ফ্রেব্রুৱারি) দা মোগোল সম্রাটতা চৎলুবা মখোয় অহুম হনলক্কুনা থুংলিখি।

**মরাম থোল্লাং লানফম -**

মরাম্না মতম কুইনা চহীগী লোইপোৎ ফিবোং চামলোন পিরক্তবদগী মৈতিংঙু খুঞ্জাওবনা মনাও ইবুংঙো নোংপোক্ খোংফেন থৌবা তোনাববু লোইপোৎ থৌবা থারম্মী। মসিদা মচা ইবুংঙো স্না হিহোনবা য়াইস্কুললাক্পা, মচা ইবুংঙো চাফাবা (চামা ফাবা) বসু লোইনরম্মী। লোইপোৎ লৌবা লাক্পগী পাও ফংদুনা মরাম্না থোল্লাংদা লানবন শাদুনা নোংপোক খোংফেনথৌবা তোনাবানা লোইপোৎ লৌবা লাক্পবু হান্না ঙাইদুনা লৈরমলে। মৈতিংঙু খাগেম্বনা মরামদা লান্তাদুনা চৌরাই লৌবুক্তা অকনবা লান শোক্লখি। মদুদা মারামগী খুনলাক্পা চরাই কাপোংবু ফাদুনা পুরক্লগা হৈনৌপোক্তা হাৎলম্মী। চৌরাই লানফমদা মারামগী মায়কৈদা যাম্না অশোক অপন, অশি-অনা থোকখি। মসিগী মরোমদগী মরাম্না মৈতিংঙু খাগেম্বদা লমন খুন্নবা শিংনদুনা লৈরম্মী। মসিগী মরোমদগী মারাম্না মরৌ তৌদুনা ফিবোং চামলোনগী লোইপোৎ পিরকখিদ্রে। মখোয়না লোইপোৎ লৌবা লাক্পা অসিদা লমন খুন্নবা চেক্শিন্না শেম শাদুনা থৌরাং তৌরগা লৈরম্মী। তোনাবনা থোল্লাং য়ৌবা মতমদা মারাম্না খংহৌদনা লান্তাশিনলকখি। মৈতৈনা হান্না লানগী থৌরাং তৌহৌদবনা, খংহৌদনা লান্তাশিনলক্পা অদুদা অফিং অফাই ওইনা লান শোক্লরম্মী। মখোয়না হান্না শেমশাদুনা লৈরগা লান্তাশিনলকপা অদুদা মৈতৈগী মায়কৈদা য়াম্না থিনা খুদোংথিংবা নংলম্মী। মৈতৈগী মায়কৈদা অশি-অনা, অশোক-অপন য়াম্না য়াওরম্মী। লানফম অসিদা মনাওইবুংঙো নোংপোক্ খোংফেনথৌবা তোনাবগী মচা ইবুংঙো অহন য়াইস্কুলাক্পা স্না হিহোনবা, মচা ইবুংঙো চাফাবা (চামাফাবা) য়াওনা, শনথিবম য়াওসু, হাওবম কৈশা, থাংজম অরি, খোইম্নাম মরিং, নোংমাইথেম খোম্মা, চিংখ্বাম লিকলাই, লমমৈরাকপা ফিশাবা তোনলোক্শংবা লুচিংবা ৮ অসি য়াওনা পুন্না মীওই ৬৫ শিখিরম্মী। মারাম্না য়াইস্কুল লাক্পা স্না হিহোনবা, অমদি মচা ইবুংঙো চাফাবগী মকোক্ য়াওনা মৈতৈ অকন অথৌ খরগী লুরেন কক্লুনা পুখিরম্মী। থোল্লাং লানফমদা মনাও ইবুংঙো তোনাবা য়াম্না থিনা মায়থিবা ফংদুনা হনলকখি। মৈতিং খুঞ্জাওবনা লমমৈরাক্পা ফম্মু লিংখৎতুনা লাইফম শঙ্লেনগী মখাদা থমলম্মী। মৈতিংঙু খুঞ্জাওবগী স্না হাকতক অসিদগীদি চৈথারোল কুম্বাবদা থবানগা নুমিৎকা কোন্ননা ইবা হৌরম্মী।

মৈতিংঙু খুঞ্জাওবগী ইবেম্মা লৈমারেন তখেম্বী অমসুং ইবেম্মা অপাম্বী য়াওশেম্বী মচা অমতা পোক্তবনা মৈতিংঙু খুঞ্জাওবনা মনাও ইবুংঙো নোংপোক্ খোংফেনথৌবা তোনাবনা পোক্পা মচা ইবুংঙো পাইখোম্বা মচা শক্তুনা য়োক্লম্মী। মৈতিংঙু খুঞ্জাওবনা চীংঙাদগী থাংমৈবন্দ য়ৌনা লাংখোং মরিন তৌদুনা শেমলম্মী। লোয়ননা খ্বাইরমবনসু লাংখোং কোইনা তৌদুনা পন শারম্মী। মসিনা লৈপাক্ মীয়াম্না চৎথোক চৎশিনগী লম্বীদা খুদোং চাহনলি অদুগী মথক্তা য়েক্লবনা লাম্ভারকপা মতমদা কংলা কোনুংবু ঙাক্লবা পন অমসু ওইরম্মী। খৃ: ১৬৬৬ কী ইঙা থাগী অহুম্নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতা লৈমারেন তখেম্বীবু সনা কোনুংদগী তাম্থোক্খিরম্মী। অদুগা চিরোম থরোই, নুংবা হাংলৈবা, চিরোম ওম্মা মখোয় অহুম্নুনা ব্রাকোংখি। মতুং লাংবন থাদা ব্রাকোংবদা য়াওখিবা চিরোম ওম্মা, চিবোম থরোই, তারাম, কৈসঙ্বা পূকচাউ, সাইরেম কৈসা মখোয় মঙাবু হাৎলম্মী। মখোয় মঙাবু হাৎলবা মতুং হিয়াঙ্গৈ থাগী ২৭নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎতা মৈতিংঙু খুঞ্জাওবা নোঙ্গাখি। মৈতিংঙু খুঞ্জাওবনা চহী ১৫ নিংথৌ ওইনা পানলম্মী। মশাগী চহী ৪৫ দা শিখি।

-)০(-

# ৪৮শুবা
# মৈতিংঙু পাইখোম্বা
## (খৃ: ১৬৬৬ - ৯৭)




মৈতিংঙু পাইখোম্বনা মশাগী চহী ২২ চংলক্পা খৃ: ১৬৬৬ কী ৱাকচিং থাগী ৫নি পানবা ইরাই নুমিৎতা নিংথৌ ওইখি। মৈতিংঙু পাইখোম্বা, লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মচাইবুংঙো নোংপোক খোংফেনথৌবা তোনাবা নাউশম চনু পিথেৎলৈমা তাংজাখোম্বী পান্নদুনা পোক্পা মচা ইবুংঙো য়াইমনি। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা নিংথৌ ওইরবসু ম্না পুক্রিংদা নোংমতা নুংঙাইনা লৈবমদে। নুমিৎ খুদিংগী ময়াম্বুং ম্না হিহোনবা য়াইস্কুললাক্পা অমসুং মনাও ইবুংঙো চাফাববু মারাম থোল্লাংগী লানফমদা য়াম্না মীহাৎ থিনা হাৎলগা মকোক কক্কুনা মারাম খুনলাক্পগী লুখা থানবা পুখিবা কাওবা ঙমলমদে। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা মারাম খুলাক্পগী ময়ুমদা চৎতুনা লমন খুম্নবা অমসুং লুরেন লৌরুনবা ৱাখন তৌদুনা লৈখি। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা নোংমা কংলা ৱায়েন কুচু ফম্বদা লৈপাক্কী অঙম অথৌশিং অমদি মনাওইবুংঙো তোনশেনঙম্বদা হায়রম্মী। মতম খরদং কংলা থাদোক্কুনা লৈপাক কোইরুখিগে, কংলা থাদোক্কুনা চৎপা অসিবু কনা তাহন

খংহনবা য়াদে। মৈতিংঙু পাইখোম্বগী ব্রাবু তাবদা লৈপাক্কী অঙম্বশিংনা হংজে স্না পুক্লিংনা কদাইদা লৈংবিগে খনবিরিবা ? চৎকদবগী অরেপ্পা মফম লৈতে, মতম অদুদা নিংলক্পা মফম অদুদা চৎকদবা মফম্নি। মৈতিংঙুনা স্না খোংলেংগদবা অদুবু লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংনা য়ারম্মী। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা ময়াম্বুং শামৈরাং শামুহঞ্জবা, মনাও ইবুংঙো তাংখোম্বা লানচিংপুরেন অনিগী মফমদা মনাও ইবুংঙো মথংখনবা তোনশেনঙম্বগা মতম খরা লৈপাক ঙাক্হৌনবা শিন্নরম্লগা মতুংদা চৎকনি হায়বা কনা খংহন্দনা অহিংদা লোৎনা সনা কোনুং থাদোক্তুনা মারাম খুনলাকপগী ময়ুম তান্না চৎলম্মী। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা চীংমীগী ফিজেৎ শেৎতুনা খুনলাকপগীদা শিন্তাংবা শাদুনা চংলম্মী। খুনলাক্পগী মফমদা মতম খরদং শিন্তাংদুনা লৈজগে, ইপানা পাম য়ানলু হায়রবসু য়ানজগে, পামলৌ উ হায়রবসু উজগে হায়রম্মী। মরাম খুনলাক্পনা মচানুপা পোক্তবনা মৈতিংঙু পাইখোম্বগী মশক উবদা অমদি মব্রা মপাও তাবদা নুংশিরদুনা মাগী য়ুমদা লৈহনলম্মী। মারাম খুনলাকপগী মমোম মশক মতৌ চঙখোনবী ইঙাললৈ কৌবী অমা লৈরম্মী। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা মতম খরা খুনলাকপগীদা শিন্তাংবা শাদুনা লৈরক্পা অসিদা ইঙালৈগা নুংশিনরক্তুনা অচেৎপা মরি লৈবা হৌরকলম্মী। নোংমাগী নুমিৎ অমদা মৈতিংঙু পাইখোম্বনা ইঙাললৈদা ব্রা অমতা হায়গে নহাক্ কনাদসু তাকথোক্লোই, ব্রাশকউ হায়রম্মী। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা ইঙালৈদা শকতাকলম্মী, নহাক্কী য়ুমদা শিন্তাংদুনা লৈরিবা ঐ অসি চীংমী হাও পাখঙ্ নত্তে, মৈতৈ নিংথৌ পাইখোম্বনি। মৈতৈ নিংথৌ মচাগী মকোক অনি নপা খুনলাক্পনা লূখা থানবা থমলি হায়বা পাও ফংবদগী মকোক্ অনি অদু লৌবা লাকপনি। নহাক্না মকোক অনি অদু মশক খংলবদি তাকউ মদু পুরগা নহাকসু স্না কোনুংদা চৎলসি। হয়েং কোনুং য়ৌরগা নহাক্পু লৈমারেন হাপকনি। ইঙাললৈনা মৈতিংঙুবু নুংশিবনা, মৈতিংঙু পাইখোম্বনা হায়বা পুম্বা য়াদুনা ময়াম্বুং স্না হিহোনবা অমসুং মনাও ইবুংঙো চাফাবগী লুরেন অদু মশক্ তাক্লম্মী। ময়াম্বুং অমসুং মনাও ইবুংঙোগী লুরেনবু পুরক্তুনা মারাম খুনলাক্পা খংহন্দনা ইঙালৈগা লোয়ননা স্না কোনুংদা চেনলক্লম্মী। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা ইঙালৈদা ব্রাশকখিবা মতুং ইন্না লৈপাক্কী লৈমারেন হাপ্তুনা ফম্বাল তোংনবা থৌরাং তৌরম্মী, মদুদা লৈপাক্কী অঙম অথৌ ফম্নাইবা অমদি মাইচৌশিংনা ব্রায়েৎননা য়ারমদে। লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংনা লোৎনা খুচিন থৌরাং তৌদুনা ইঙালৈবু স্না কোনুংদগী তাম্নোকখি। ইঙালৈ য়াম্না নিংবা কাইনা নুংঙাইতনা লাঙ্গোল চীংদা থুপখি। কোন্নদি লাঙ্গোলদা তরুং লাইরেম্বী ওইনা খুবম য়াদুনা লাৎখি।

মৈতিংঙু পাইখোম্বনা ইঙাৌলেগা ফম্বাল তোংমিন্নবা ঙমখিদবা অসি নিংথৌগা লৈপাক মীয়ামগা অনিগী মরক্তা অমনা অমবু ইকাই খুম্নবগী অচেৎপা মরি অমা লৈনবদগীনি। লৈপাক্কী ব্রায়েন থৌদাসি নিংথৌনা নিংবা মতুংইনবা অদুগা লৈপাক মীয়ামগী অপাম্ববু ফৌরোই য়েংবা পথাপ অসি তুনা তুনা চৎলকই। নিংথৌ হায়বা অসি লৈপাক্কী থব্রায়নি, লৈপাক্ মীয়ামদি নিংথৌগী হকচাংনি, নিংথৌগা লৈপাক্ মীয়ামগা লিংজেন মান্নদ্রবদা, পুক্রিং হকচাং তিন্নদবা মীগী মশক ওই। পুক্রিং হকচাং অনিমক তনশ্রবদি, ঈশিংদা তিংবা চফু লৈহিংগুম কিন্থদুনা মাংই। নিংথৌ অমা ওইবগী হৌনবী মনিংতম্বা অমদি লৈপাক ঙাক্পগী অচৌবা থৌদাংপুদুনসু, লৈপাক্তা পামদবা থবক নিংথৌনা তৌবা ঙমলমদে। নিংথৌনা য়াদবা মরমদসু লৈপাক মীয়াম্না তৌবা ঙমলমদে। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা লৈপাক্কী অঙম অথৌ, মায়চৌশিংনা হাযবা অমদি লৈপাক্ মীয়ামগী খোল্লাউবু ইকাই খুম্নবনা, ইবেম্মা ইঙালৈবু থম্মোয় শেংনা, নূংহক্তা নুংশিদুনদা অমসুং পামদুনসু লৈপাক্তা য়াদবা মরমদগী ফম্বাল তোংমিন্নবা ঙমখিদে। মতমদুনা লান্দা ফারকপী লানফা নুপী, লোৎনা পুদুনা চেনলক্পা নুপীনা লৈপাক্কী লৈমরেন ওইদুনা ফম্বাল তোংবা য়ারমদে। নিংথৌগী ইবেম্মা অমা ওইনা লৈবদি য়ারম্মী।

মৈতিংঙু পাইখোম্বা, পাইখোম্বা কৌদ্রিঙৈদা **"পোইরৈ খুনখোম্বা"** কৌরম্মী। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা শেনবী কবোগী উপাইকোন পাঙ্গখু কৌবা লমদা লান্তাদুনা উপাইকোন পাঙ্গখুগী নিংথৌ লকয়াবু মায়থিবা পিদুনা লান ঙমলকখি। পাঙ্গখু নিংথৌ লকয়াবু ঙমই হায়দুনা পোইরৈ খুনখোম্বা কৌরম্নদগী **পাইখোম্বা** হায়না মিংহোংদুনা কৌখি। পাঙ্গখুগী লান লোইরবা মতুংদা খাগী লৈপাক্তা লান্তাদুনা খাগী নিংথৌ শুমনোংবু লানঙম্লকখি। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা নোংপোকলোমগী লান লোইরবা মতুংদা নুহিরৈ থোংনাংদা লান্তাদুনা থোংনাংগী সুপোৎ নারন কৌববু লানঙমলকখি। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা হাওবম চনু পোংলেনখোম্বী লুহোংদুনা খৃ: ১৬৬৮ গী শাজিফু থাগী ৫ নি পানবা নুমিৎতা লৈমারেন হাপ্তুনা ফম্বাল তোংলম্মী। ফম্বাল তোংবা কুম অসিদা নুংকোমদা লান্তাদুনা নুংকোমগী লুচিংবা ব্রাকচিংতোং ফারক্লম্মী। নুংকোমগী মথংদা কুয়োংথাঙদা লান্তাদুনা লানফা য়াম্না ফারকখি। খৃ: ১৬৬৯ গী পোইনু থাদা তোনসেন্দা লান্তাদুনা মখোয়গী লুচিংবা পোংলেপপু ফারকখি। লানফম অদুদা কৈশাম শোংলাই, নৈশাংথেম শঙ্গাই, লাংমাইথেম্বা শুগু মখোয় অহুম মথব্রায় থাখিরম্মী। খৃ: ১৬৭১ দা শজিফু থাদা কবোদগী শগোল লোৎ (রথ) অমা

থোক্লকলম্মী। শজিফু থা অসিমক্তদা মোগোল চেকশাবা মচিন মনাওগা কোনোক তানয়েবা (পূংয়েবা) অমগনা অরবি শগোল অমা পুরগা থোক্লকখি। চহীসিগী লোইশিনলক্পদা খানপোক্তা লান্তাদুনা লানফা ১২ ফারকখি। লান অসিদা লিকমাবম নুকনপা শিখিরম্মী। ৱাক্চিং থাদা মৈতিংঙু পাইখোম্বনা লৈমারেন পেংলেন খোম্বীগা নোংমাইচিংদা লাইখুরুম্বা চৎলম্মী।

**চরাইরোংবা পোক্পা -**

খুমুকচম য়োনচাগী কুম শক ১৫৯৫ খৃ: ১৬৭৩ গী ইংঙা থাগী ৫নি পানবা থাংজা নুমিৎতা মৈতিংঙু পাইখোম্বগী মনাও ইবুংঙো তোনশেনঙম্বনা লৌবা ঙাংবম চনু ঙাইখোংঙম্বীনা চরাইরোংবা পোকই। চরাইরোংবা পোক্পা চহী অসিদা মোইন্থেদা লান্তাদুনা লানফা ১০ ফারকখি।

**পাইখোম্বগী মপাবুং তোনবা শিবা -**

হাওৱাইবম তোরাগী শক ১৫৯৬ খৃ: ১৬৭৪ ইঙাগী ২৬নি পানবা য়ুমশাকৈশা নুমিৎতা মৈতিংঙু পাইখোম্বগী মপা ইবুংঙো **"নোংপোক খোংফেন থৌবা তোনাবা"** শিখি। মপা ইবুংঙো লৈখিদবা কুম অসিদা শেকৱাই খাংপোক্তা লান্তাবদা লান ঙমদুনা লানফা ১৩ ফারকখি। লান অদুদা অকাম অকোক্শা, মোইরাংথেম নাকোন শিহৌখি। অদুগা স্নাসু মাংহৌখি। মৈতিংঙু খাগেম্বনা য়ুমলক্তা অশিবগী মঙ্ ওইরম্ববু খুনগী পন্পান্দা হোংদোক্হনখিবা অদুদা চিৎথদুনা হোংদোক্হৌদনা য়ুমলক্তা মঙ্ অদুম ওইবা মখৈবু অমুক মৈতিংঙু পাইখোম্বনা স্না য়াথং পিদুনা য়ুমলক্তগী খুনগী মপান্দা হোংদোকহনলম্মী।

**চরাইরোংবগী মপাবুং তোনশেন ঙম্বা শিবা -**

খৃ: ১৬৭৮ গী কালেন থাগী ১৪ নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতা লাইকাসা লাইনিংথৌগী ফুরা শাবা লোইদুনা শঙ্গারম্মী। চহীসিগী ইঙা থাদা মোইরাংথেমচা শগোলশেনবা হঞ্জবা লুৱাংনা লুচিংদুনা নুংকোন্দা লান্তাদুনা লানফা ৩০ ফারকখি। মতুংদা অনান্দা লান্তাখি, অনান লান লোইরবা মতুংদা হিজম নোংথোনবনা লুচিংদুনা শাচুন্দা লান্তাদুনা শাচুনগী লুচিংবা য়াওনা লানফা ময়াম অমা ফারকখি। ময়াংখাংদসু লান্তাখি। মৈতিংঙু পাইখোম্বসু লাইদা নুপী থাজদুনা লুহোংবা অসি তৌরম্মী। শাইরোম মাইমুগী কুম শক ১৬০৩ খৃ: ১৬৮১ শজিফু থাদা মৈতিংঙু পাইখোম্বনা নাওরোইবম চাওবীবু লাই কাসা লাইনিংথৌদা থাজদুনা লুহোংলম্মী। কুম অসিগী ইঙেন থাদা চরাইরোংবগী মপা ইবুংঙো **"খ্বাইরাকপা তোনশেনঙম্বা"** শিখি।

খৃ: ১৬৮৩ গী শজিফু থাদা লোন্তাইদা লান্তাদুনা মখোয়গী লুচিংবা খোম্মারোং য়াওনা লানফা ৩৬ ফারক্‌খি। মৈতিংঙু পাইখোম্বা মশামক্না লানচিংপুরেন ওইদুনা কবোগী নমফৌদা লান্তাদুনা লান ঙমলকখি। পোইনু থাদা নাওসোমচা পুম্ব্রনববু কবোগী নমফৌদা ফৌ লোক্‌পা থারম্মী।

খৃ: ১৬০৬ তা মৈতিংঙু পাইখোম্বনা হুইদ্রোম অরোক্‌পু লুচিংহন্দুনা শাজিফু কালেন থা অনি অসি নাগা তুরেল থিংদুনা তুরেল মরিল তৌহনলম্মী। লাংবন থাদনা লোনতাইদা লান্তাদুনা লানফা ১৫ ফারক্লম্মী। মৈতৈনা শিবগী পোৎলোইদুনা ফুম্বা মতমদা অশিবা মী অদুগী মশাদা মমল য়াম্লবা সনা, লুপা, অতৈ পোৎলম ময়াম অমা হাপ্না ফুম্বা অসি চৎনরম্মী। কুম অসিদা মৈতিংঙুনা স্না য়াথং পিদুনা ইরোম ঙাংশিংবগা, লুক্রাম মোনশাম্বগা অনিবু লুচিংহন্দুনা লৈপাক্কী মং খুদিংবু তৌথোক্‌হন্দুনা সনা, লুপা, কোরি অমসুং শেনজেংগী পুখম অতৈ মমল য়াম্বা পোৎলমশিং লৌথোক্‌হনলম্মী। অদুদগী ফাংলকপা সনা লুপা অদুনা মৈতিংঙু কৎলম্মী। শেনজেংগী পুখম অমসুং কোরিবুনা অমুক হন্না শুংদোক্লুনা "তোমান্ পূংজাও" শারম্মী। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা কবো খারি পুন্নমক কৌথোক্লুনা লুপা থাঙ্, ফুরিৎ, শেকপিন পীরম্মী। মসিদা শমজোক্ নিংথৌ থোক্লকখিদে, শমজোক নিংথৌনা লাক্তবা অদুদা মৈতিংঙুনা ৱারৌদুনা শমজোক্কী মথক্তা লান্তানবা পোইনু থাদা চিংকোন চীংদা নোংমৈ পান্দম্মী । অদুদা শঙ্গাই য়ুমজাও মৈ চাক্‌লকপদগী শমজোক্তা লান্তানবা থৌরাং তৌবা অদু তোকলম্মী। খৃ: ১৬৮৬ কী ইঙা থাদা অহল্লুপ লোইশঙগী লুচিংবা ইরোম ঙাশিংবনা লুচিংদুনা থঙ্গাল খুন্দা লান্তাদুনা লানফা ২০ ফারকলম্মী। থৱান থাদা **"লৈহৌ কুম্মৈ"** হায়বা কুম্মৈ অমা তৌরম্মী, কুম্মৈ অদুদা মোইরাংখোমদা খৎনা চৈনবা থোরকপদগী মী য়াম্না শিখিরম্মী। মেরা থাদনা পাম্লোইবীগী শঙ্ নম্বোনবা শাদুনা পাম্লোইবী লেংশিনলম্মী। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা লৌরম, কৈশং, য়ুমশং, খুনচা অমসুং নাইচাদগী নিপা ৫০/৫০ না চেক্‌ফু ১/১ লিহন্দুনা থা ৩ চেক শারম্মী। কোনুংগী অকোইববু চেক্না ফরাকোন কৌইরম্মী।

**চরাইরোংবগী মতু হৈরাম চনুশিবা -**

ৱাংখৈরাকপম খোংদোম্বগী কুম শ: ১৬১০ খৃ: ১৬৮৮ কী ৱাকচিং থাদা চরাইরোংবগী ইবেম্মা অহন হৈৱাম চনু শিখি। শাগোলশেমবা হঞ্জবা লুৱাংনা লুচিংদুনা অৱা নোংফৌদা লানলূম্বা চৎলুই, মদুদা নোংফৌগী লুচিংবা খোইখুরাং

য়াওনা লানফা ১৪ ফারকখি। হিয়াঙ্গৈগী ৪ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎ হিজমচা নোংথোনবগা, নাওরেমচা পুখ্রনবা মখোয় অনিনা লুচিংদুনা নোংফৌদা ফৌয়ৈবা চৎলম্মী, নোংফৌগী ফৌ পুম্নমক কৈদা চনশিনলম্লগা হনলকখি।

**পামহৈবা পোকপা -**

থোক্লাউজম মুবগী কুম শক ১৬১২, খৃ: ১৬৯০ গী হিয়াঙ্গৈ থাগী ২২ নি পানবা থাংজা নুমিৎতা চরাইরোংবগী ইবেম্মা সাপম চনু নুংথিল চাইবীনা মচা ইবুংঙো পামহৈবা/ময়াম্বা/ গরিবনিৱাজ পোকই। কুম অসিদা ওইনামচা শেলুংবা অমসুং অচোইবা হঞ্জবা লুৱাং মখোয় অনিনা লুচিংদুনা লোইশঙ ১০গী লাম্মী পুদুনা লমথোন অমসুং সগাংদা লান্তারম্মী। লান অদুদা নৌশেম পাংঙরা শিহৌখি।

**শমজোক লান -**

খৃ: ১৬৯২ দা শমজোক্কা লান হৌরকপদগী মৈতিংঙু পাইখোম্বা মশামক্কা লানচিংদুনা মেরাগী ১২ নি পানবা য়ুমশকৈশাদা শমজোক্তা লান্তাবা খোংলেংলম্মী। শমজোক্কী লান লোইদুনা হনলক্পনা হিয়াঙ্গৈ থাদা স্না কোনুংদা থুংলখি। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা স্না কোনুংদা হনলক্তুনা লৈরবা মতুং থা অমারোম লৈরগা শমজোক্কা অমুক ইরাং হৌরকলম্মী। শমজোক্কী ইরাং অদুবু নমথরুনবা ৱাকচিং থাগী ৪নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা নাওশোমচা পুখ্রনবগা লংমাইথেম নহারুপ লাক্পা অনিনা লুচিংবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা শজোক্তা লান্তাবা চৎলম্মী। হন্দক্কী খোংচৎ অসিদদি শমজোক্কী মথক্তা য়াম্না কন্না লান্তাশিন্দুনা শমজোক ময়াম অমা ফারক্লম্মী। লোইননা চুঙ, থাঙ, নোংমৈ, পিয়োং, শগোলনচিংবা ময়াম অমা লোক্লকখি। শমজোক্কী লান লোইদুনা হনলক্লগা পোৎথাবদা ঙাইরিঙৈদা অৱানা লান কারকপগী পাও অমুক লাক্লম্মী। লৈতিংঙু পাইখোম্বনা নৌসেমচা পুখ্রনবগা লংমাইথেমচা নাহারুপ লাক্পা মখোয় অনিবু অমুক হন্না অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল অমগা অৱানা লান কারকপা অদুবু থেংননবা থারম্মী। লুচিংবা অনিনা নিংথি খোংবান য়ৌনা অৱা লান তানবা চৎলম্মী। লানতানবা চৎপা অসিদা নিংথি তুরেন মপান্দা হাওবম কোইরেম্বা অমসুং লাইতোঞ্জম তোরা শিহৌখি। খৃ: ১৬৯৩ দা অঙোম নিংথৌ লম্ফেল ঙম্ববু শমজোক্কী ফৌ য়ৈবা থারম্মী। মতমসিদা তরেৎ লোচাকও ঈশিং চাওবদগী নূংনা থোং শাদুনা লানলম্মী। শমজোক্কী ফৌ লোক্পা লোইরদুনা মৈতিংঙুগী মংশাদা লৈবা ফৌকৈদা ফৌয়াম অদু চনশিনলম্লগা হনলকখি। শমজোক অসি মৈতিংঙুগী লোইলম ওইবনা শমজোক্কী লৌয়াম পুম্বা মৈতিংঙুনা পান্নরম্মী। শমজোক্কী মীনা

লমহেন তুহেন্দুনা ফৌলোক্পা য়াওরবদি মখোয়বু ফাদুনা পুরকই নত্রগা চৈরাক পিরম্মী। খৃ: ১৬৯৪ গী হিয়াঙ্গে থাদা মৈতিংঙু পাইখোম্বা মশামক চৎতুনা শমজোক্কী ফৌ য়ৈরম্মী। শমজোক্না লমহেন তুহেন্দুনা ফৌ খাওরম্বগীদমক্তা শমজোক্কী মথক্তা লান্তাখি। লান অদুদা শমজোক ৯ ফারকখি লোইননা শগোল অনিসু লোক্লকখি।

**লোয়য়ুম্বা পোক্পা -**

হাব্রাইবম/হাওইবম মুংয়াম্বগী কুম শক ১৬১৭, খৃ: ১৬৯৫ গী হিয়াঙ্গেগী থানিন নোংমাইজিং নুমিৎতা ইবেম্মা নুংথিল চাইবীনা মচা ইবুংঙো অতোনবা লোয়য়ুম্বা পোকই। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা ৱাক্চিং থাদা লৈশাংখোংদা পাপ কোক্লম্মী।

**নূংথিলচাইবী শিবা -**

য়েংখোইবা লাংমৈগী কুম শক ১৬১৮, খৃ: ১৬৯৬ কী ইঙা থাগী ২৭নি পানবা ইরাই নুমিৎতা পামহৈবগী মমা ইবেম্মা নুংথিলচাইবী নোঙ্গাখি। য়াইস্কুল লাক্পা চরাইরোংবনা ইবেম্মা নুংথিল চাইবী লৈখিদবা মতুং ইঙেন থাগী ১৮নি পানবা ইরাই নুমিৎতা নূংবি তিংতৌদা লান্তাবা চৎলম্মী। নূংবি তিংতৌগী লান্দা মখোয়গী খুনলাক্পা লমতরেং ফারক্লম্মী। চহী অসিগী পোইনু থাদা লৌরেম্বম শংখুবা হঞ্জবা অমসুং হুইদ্রোম অরোই কৈরুংবা অনিনা লুচিংদুনা তখেন্দা লান্তাবা চৎলি। তখেনগী লান মৈতৈনা ঙমদুনা তখেনগী লুচিংবা দোলাই তোংবা অহুম য়াওনা তখেন লাম্মী ১৬ ফারকখি। মৈতিংঙু পাইখোম্বা ম্না হাক্তক্তা পাচাহনবা ফমদৌফমলুপ, লুপলাক্পা ফম অসি নৌনা হাপচিনলম্মী। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা চহী ৩২ নিংথৌ ওইদুনা পানলম্লগা খৃ: ১৬৯৭ গী ৱাকচিং থাগী ২৮ নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতা নোঙ্গাখি। মৈতিংঙু পাইখোম্বা চহী ৫৩ পুন্সিখি।

-)০(-

***নুংথিল চাইবী শিবা :*** *মৈতিংঙু পামহৈবগী মমা ইবেম্মা সাপম চনু নুংথিলচাইবী অসি মচা ইবুংঙো অতোনবা লোয়য়ুম্বা পোক্লবা মতুং থা ৮ লোম লৈরগা শিখি। সামপম চনু নুংথিলচাইবীনা শিবা মতমদা মৈতিংঙু চরাইরোংবা নিংথৌ ওইদ্রি, য়াইস্কুল লাক্পা ওইরি। সাপম চনু নুংথিলচাইবী কংলৈ লৈমরেন ওইখিদে।*

# ৪৯শুবা

## মৈতিংঙু চরাইরোংবা

## (খৃ: ১৬৯৭ - ০৯)




মৈতিংঙু পাইখোম্বনা নোঙ্গাখিবদগী মনাও ইবুংঙো তোনশেনঙম্বনা ঙাংবম চনু ঙাইখোংঙম্বী পান্নদুনা পোক্‌পা মচা ইবুংঙো চরাইরোংবনা খৃ: ১৬৯৭, লমতাগী ১০নি পানবা ইরাই নুমিৎতা, মশাগী চহী ২৫ দা নিংথৌ ওইখি। থাসিগী ২৬নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা মৈতিংঙু চরাইরোংবগী ইবেম্মা লৈমারেন হিজম চনু শেলগোইরেম্বীনা মচা ইবুংঙো খমপাম্বা/কোংয়াম্বা অকোইজম তাবা পোকই। মৈতিংঙু চাইরোংবনা নিংথৌ ওইবগা লৈপাক্কী মঙ্‌ খুদিংমক তৌথোক্‌লম্মী। নিংথৌ ওইবগী ফম্বাল লান অৱাগী তাইপোংদা লান্তাদুনা তাইপোংগী নিংথৌ কৌসেংবু লানঙমলকখি। খৃ: ১৬৯৮, শজিফুগী ২০ নি পানবা লৈপাক্‌পোকপা নুমিৎতা মৈতিংঙু চরাইরোংবনা লুচিংদুনা মোইরাং লাইচি মায়কৈরোমদা লৈবা থোংনাং তখেনশিংনা লান্তাবা লাক্‌পা লম্বীদা লৈবা নুংতেকচীংদা লান্তাদুনা নুংতেক্কী নিংথৌ নুংকারেং য়াওনা লানফা ৫৩ ফারক্লম্মী। কালেন থাসিদা মৈতিংঙু চরাইরোংবনা মৈতিংঙু পাইখোম্বগী "লুপূং" থোনলম্মী। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা লৈপাক্কী ৱায়েন থৌদাবু চুম্না ৱায়েনবা ঙম্নবা অমদি লৈপাক্কী ৱায়েন থৌদাবু লৈপাক্ মীয়াম্না খঙ্‌নবা, নূংদা ইদুনা পোইনু থাগী ৪ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা লাইকসা লাইনিংথৌগী লাইশঙ মমাংদা য়ুংদুনা লৈপাক্‌মীয়াম্বু খংহনলম্মী। হৌজিক অদুগুম্না মমল য়াম্লবা নূং অদু মফম খঙ্‌খিদ্রে।

**পাঙ্খোইবীগী শক্তমহৈবা -**

মৈতিংঙু চরাইরোংবনা খৃ: ১৬৯৯ গী পোইনু থাগী ৬ নি পানবা ইরাইদা লাইরেম্মা পাঙ্খোইবীগী শক্তমবু হৈনবা অহৈবা হঞবা তারিবু লৈমি তমহনলি অদুগা থাসিগী ১১ নি পানবা য়ুমশাকৈশা নুমিৎতা পাঙ্খোইবীগী শক্তম হৈরম্মী। লৈপাক মনুংগী লানহৌসু লেপ্লা লৈরমদে। মুংবী, শকাং অমসুং লমকাং খুন্না মৈতিংঙুগী মথক্তা লান হৌরক্লম্মী। লানহৌ অদুবু লাক্শিনলুনবা অহল্লুপ পানাগী লাম্মীবু মুংবীদা থারম্মী। অদুগা নাহালুপ পানাগী লাম্মীনা শকাং অমসুং লমকাংবু লাকশিন্নবা থারম্মী। অহল্লুপ পানানা মুংবীদা লাম্ভাদুনা লানফা ১৩ ফারকখি। অদুগা নাহালুপ শকাং অমসুং লমকাংদগী লানফা অনিখক ফারকখি। খৃ: ১৭০০কী শজিফু থাদা মৈতিংঙু চরাইরোংবা মশামক্লা লানচিংদুনা মসেম, পেনলান অমসুং মৈরাওদা লাম্ভাখি। লানঙমদুনা লানফা ৭৩ ফারকখি। লান অদুদা শুগু কোইরেম্বা শিখি। মৈতিংঙু খাগেম্বনা হৌদোক্লম্বা উমংলাই অমদি লাই কসা লাইনিংথৌগী মফমদা নুপী থাজদুনা লুহোংবা অসি মৈতিংঙু চরাইরোংবসু পাংথোক্লম্মী। চহী অসিগী কালেন থাদা লাইনোংশাবগী তালোই ওইনবগীদমক্তা সোইবম চনুগীদমক্তা চেংলুক নুংশাং পুই অদুগা নুমিৎ অদুদা লুহোংলম্মী।

**লাইব্রা হায়বগী শক্তম হৈবা -**

মৈতিংঙু খাগেম্বগী মচা ইবুংঙো ৱাপিহন মফম খংদনা মাংখিববু লৈপাক্কী অখং অহৈশিংনা লাইনিংথৌগী মপোক লাংওননি তাকপিবদগী লাইনিংথৌগী শক্তম্বু শাদুনা লাৎপা হৌখি। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা চহী (খৃ: ১৭০০) অসিগী ইঙাগী ৪ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা লইব্রাহায়বা লাইনিংথৌ সনামহীগী শক্তম অমগা অমুক শেঞ্জেংনা হৈদুনা শারম্মী। লোইননা থাসিদা লাইরেম্মা পাঙ্খোইবীগী চেক্কী ফুরা শাবা লোইদুনা পাঙ্খোইবী লেংশিন্দুনা শঙ্গারম্মী। মতমসিদসু মৈতৈনা মরম খঙদনা কিনবা, থাজনবা অসি য়াম্না কন্না তৌরি। কুম অসিদা ঙমুগী মপুক মনুংদা লাই লৈ হায়দুনা কুম অদুমা ঙমু চান্নরমদে। থৱান থাদা তাংখুল লুহুপ্পা চীংবুরোই অমসুং থঙ্গাল চীংশাং খোকলোই থৌবা খুন অনি অসিনা লান শোক্লগে হায়দুনা লানশিংনরম্মী। তাংখুল লুহুপ্পনা মৈতিংঙু চরাইরোংবগী মফমদা লাক্কুনা থঙ্গালগা লান শোক্লবা অদুবু খোংলেংলক্কুনা য়েংবিরনবা পাও পিরম্মী। মৈতিংঙু চরাইরোংবা তাংখুন লুহুপ্পনা হায়জবা অদু হরাও হরাওনা য়াদুনা মৈতৈগী অকন অথৌ লাম্মীশিং পুদুনা চীংবুরোই অনিগী লান শোক্লবা য়েংবা চৎলম্মী।

চীংবুরোই অনি অদুনা থাব্রান থাগী ১৬নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা মৈতিংঙু চরাইরোংবগী ম্না মাংদা টিমেন টাবু পাইনা ব্রাইতোনগী লবুক্তা অকনবা লান শোক্লরম্মী। তাংখুন লুহুপ্পা খোংয়াংবগা থঙ্গালগী মরামচা খোঙ্‌থোইবা অনিনা হকথেংননা লান শোক্লবদা তাংখুল লুহুপ্পনা তকশিনলক্পদগী থঙ্গাল মরামচা খোঙ্‌থোইবা মমায় লৈদুনা চেনলম্মী। থঙ্গালনা মৈতিংঙুগী নাক্তা চেনশিনলক্কুনা লান খাম্বীনবা হায়জবদগী মৈতৈগী অথৌবা লাম্মীশিংবু থাদোক্কুনা লান খামজিনখি। লান্দি তাংখুল লুহুপ্পনা ঙমখি। ফাইরেন থাসিদা মরাম্না ব্রাকোক্তা লান্তারক্কুনা ব্রাকোক্ খুনগী খুঞ্জা ৪৭ হাৎখি। ব্রাকোক্ খুনবু তুম্নবা মৈ থাদোকলমখি।

**লোয়য়ুম্বগী লানহৌ -**

খৃ: ১৭০১ কী লাংবন থাদা সেনশম হোংলাই নহালুপ লাক্পনা লুচিংদুনা মীশ্রিংদা লান্তাখি, মৈতৈনা লান ঙমদুনা লানফা ২১ ফারকখি। অদুগা থা অসিমক্তা হিদাম্না লুচিংদুনা ইশাদা লান্তাখি। চহী অসিগী ফাইরেন থাগী থানিন (খৃ: ১৭০২গী জানুব্বারী ফেব্রুব্বারী) থাংজা নুমিৎতা নাউশম পুখ্রনবা অরোইনা লুচিংদুনা মচা ইবুংঙো লোয়য়ুম্ববু নিংথৌ শেমগনি হায়দুনা মৈতিংঙু চরাইরোংবগী মথক্তা লান হৌরক্কুনা কোনুংগী শঙ্গাই অচৌবা য়াওনা য়ুম কয়ামরুম মৈ থারম্মী। মখোয়গী লানহৌ অদু মায় পাকখিদে। মৈতিংঙুগী মায়কৈদসু অশোক অপন অশি অনা য়াওখিদে। লানহৌ অদুগী লুচিংবা নাউশমচা পুখ্রনবা অরোইবু ফাদুনা কৌবারেন্দা থৌরি য়ান্দুনা হাৎলম্মী। অদুগা মচা নুপা মায়চৌনা মারজিংদা হাৎলম্মী। মখোয়গী ইম্মুং মনুং তুম্নবা লোইনা হাৎখিরম্মী। অতৈ অতোপ্পা লানহৌ অদুদা য়াওবা মীওইশিংবুনা কাংপোক্পিদা (হৌজিক্কী এসেমব্লি ওইরিবা মফম) থৌরি য়ানলগা মচিন তুম্বা পোৎনা থিন্দুনা হাৎলম্মী। পুন্না লানহৌ অদুদা য়াওবা মীওই ৩১ বু শিবগী চৈরাক পিদুনা হাৎখিরম্মী।

**অহানবা তুসুক্তা লান্তাবা -**

খৃ: ১৭০২ গী শজিফু থাদা অহল্লুপ পানা লুচিংদুনা সাচিক্রুমদা লান্তাখি। অদুগা কালেনগী ২৪ নি পানবদা তুসুক্তা লান্তাবা থারম্মী। তুসুক খা মায়কৈদা লৈবা মপাঙ্গল কন্না মনিন নাইনা পানবা খুঙ্গংনি। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা থাখিবা মৈতৈ লাম্মীনা তুসুক য়ৌবা ঙমদনা লমখাংদগী হনলকখি। মেরা থাদা হাওবমচা শগোলশেনবা হঞ্জবনা লুচিংদুনা তিংতৌদা লান্তারুই, লান ঙমলক্কুনা লানফা ২১ ফারকখি।

**চক্পা মখাওঙম্বী লুহোংবা -**

অৱা নিংথৌ তেংদোই চেকোং লৈমাবনা মৈতিংঙু চরাইরোংবগা ঙাইশেন ওইনিংদুনা মৈতিংঙুগী মফমদা মমোম ইবেম্মা চক্পা মখাওঙম্বীবু হায়জবা লাইবার থারকলম্মী। অৱা নিংথৌ চেকোং লৈমাবগী মনাই ময়াংকোক্ অমসুং তুলাংবা অনিনা হায়জপোৎ, পুখম, য়েৎতুম, ফিরোল ফজবা, কেপ, সনা ক্বাগোক হান্দুনা অতৈ মখল মখাগী ফজবা অথেনপোৎ কয়াগা লোয়ননা পুদুনা লাক্পনা ফাইরেনগী নোংমা পানবা (খৃ: ১৭০৩ গী জানুৱারী-ফেব্রুৱারী) শগোলশেন নুমিৎতা স্না কোনুং কংলাদা থুংলখি। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা মমোম তম্ফা ৱাংঙমলোল চক্পা মখাওঙম্বীবু অৱা নিংথৌগী মফমদা থাজদুনা লুহোংবা অদু য়ারম্মী। অদুবু মৈতৈঙু চরাইরোংবনা অৱা নিংথৌদা করিগুম্বা ৱাফম খরা থমলম্মী। মদুদি অৱা নিংথৌনা লৌশিনখিবা মৈতৈদা লোইহাবা খুঙ্গংশিং (১) পূংপুন (২) কামু (৩) চিরাং (৪) খারোম (৫) তীঙঙ্গৎশা খুম্বক-খুনখা (৬) মরু কোন্দোং (৭) তরাওবু অমুক হন্না লৈতিংঙুদা হনলক্পা অদুগা মমোম ইবেম্মা তম্ফা ৱাংঙমলোন চক্পা মখাও ঙম্বীবু অৱাগী লৈমারেন ওইহনবা হায়না হায়রম্মী। অৱা নিংথৌনা মৈতিংঙু চরাইরোংবনা পামলিবা মৈতৈগী লোইহাবা খুঙ্গং ৭ পু অমুক হন্দোক্পা অদুগা মমোম ইবেম্মা মখাও ঙম্বীবু লৈমারেন ওইহনবা অদু হরাও হরাওনা য়ারম্মী। মৈতিংঙু চরাইরোংবগা অৱা নিংথৌগা হায়নবা ৱাফমশিং য়ান্নবদগী অৱা নিংথৌদা মমোম ইবেম্মা চকপা মখাওঙম্বীবু থাজদুনা লুহোংলম্মী।

**অনিশুবা তুসুক্কা লাম্তাবা -**

খৃ: ১৭০৩ গী শজিফু থাগী ১৭ নি পানবা লৈপাক্পোক্পা নুমিৎতা মাইস্নামচা অচ্নবা অহল্লুপ লাক্পবু তুশুক্কী মথক্তা লাম্তাবা থারম্মী। তুসুক্কা অকনবা লান শোক্নরম্মী। লানফম অদুদা মাইস্নামচা অমা শিখি। লান অসি ঙম্বা অমসুং ঙমদবগী ৱাফম পনলমদ্রে। তুসুক্কা লাক্চাবা মানলি। তুসুক্কী লান মতুংদা চীংঙাখম পনলিংনা লুচিংদুনা লোনতাইদা লাম্তাখি। লান অদুদা চাইরেনগী খোংশাবা শিখি। লান ঙমদুনা লানফা ৬ ফারকখি। খৃ: ১৭০৪ গী লমতা থাদা মাইস্নামচা অচ্নবা অহল্লুপ লাক্পনা লুচিংদুনা সোমপূংদা লাম্তাখি, লানঙমদুনা লানফা অনি ফারকখি ।

**নিমান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌবা -**

মৈতিংঙু চরাইরোংবনা হিন্দু লাইনিংগী শরুক অমা ওইরিবা নিমান্দি লাইনিং (ধর্ম্ম) দা ইহান হান্না লাইমিং লৌবা নিংথৌনি। মৈতিংঙু চরাইরোংবা মহাক্ মশামক্না লুচিংদুনা নিমান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌগদবা অতৈ লৈপাক্কী মীওইশিংগা পুন্না চরা হেনমিন্নদুনা মোইরাং কোংয়াম্বগী কুম শক ১৬২৬ খৃ: ১৭০৪ গী শাজিফু থাগী ৫ নি পানবা যুমশকৈশা নুমিৎতা রাইবনমালি অচার্য্যনা মৈতিংঙু চরাইরোংবা অমদি লৈপাক্কী মীয়াম্বু নিমান্দিা লাইনিংদা লাইমিং লৌরম্মী। রাইবনমালি অচার্য্য ওরিসাদগী লাক্তুনা মৈতিংঙু চরাইরোংবগী নাক্তা থুংলখি। মহাক্না লাকপা মতমদা তুলসি চোরা লাইদেবতা লোইনরক্লম্মী। লাইমিং লৌবা মতমদা মৈতিংঙু চরাইরোংববু **পিতম্বরসিংহ** হায়বা হিন্দুগী মিং ওন্দুনা লাইমিং লৌরম্মী। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা পিতম্বরসিংহ হায়না মমিং ওম্থোক্তুনা নিমান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌখিবগা লোয়ননা মৈতৈগী মিংগী মমৈদা সিংহ তপ্পা অহানবা মীশক/নিংথৌ ওইখি। অসিদগী হৌদুনা মৈতৈগী মিংগী মমৈদা সিংহ তপ্পগী চৎনবী অসি হৌরক্লম্মী। মৈতিংঙু খাগেম্বা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) স্না হাক্তক্কী মমাং ফাওবদা বামোনশিংনা ইচম চম্না লমলানবা অমগুম হিংবা পুঙ্গি ওইরম্মী। অসুম্না লমলানবা ওইনা লৈরম্বা বামোনশিং কংলৈপাক্কী নাইচাশিং কাংলুপতা চনলকখি। মৈতিংঙু খাগেম্বগী স্না হাক্তক অসিদগীদি বামোনশিং লৈপাক অসিগী মীওই অমা (প্রজা) ওইনা শক খংবীবগুম তৌরক্লে। মৈতিংঙু পাইখোম্বা (খৃ: ১৬৬৬-১৬৯৭) কী স্না হাক্তক ফাওবদা মশক লেপলবা লৈপাক্কী অনেম অৱাংগী মথং মনাওদা, নাইখু, নাইফা, তমপাকলোই, চীংলোই য়াইথীবী অমসুং বামোল অসিশিংনি। বামোনশিং মৈতৈ নিংঙোল অমসুং চীংমী নিংঙোনগী মচা মাশু ঙক্তনি। হিন্দুগী লাইনিং লিচৎ লৌখিবদগী বামোন থাক্ অসি খৱাং ৱাংখৎলকখি। মখোয়না লাইশোন তিনশোন্দগী হেন্দোরক্তুনা শা-লান, লৈঙাক্লোন অমসুং লাইবারগী থাক্তা থবক তৌবা হৌরকখি। লৈপাক্সিদা হিন্দু লাইনিংবা কয়া লেপ্তুনা লাক্খি। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা নিমান্দি লাইমিং লৌবা মতুং পংকুই কুইদনা লৈরগা মুনি ৱা ঙাংদবা ২২ অমসু ময়াং লৈপাক্তগী থোক্লক্লম্মী। বনমালি অচার্য্যনা মৈতিঙু চরাইরোংবগী গুরু ওইবদগী মহাক্কী য়ুম্নাকপু **"গুরু অরিবম"** য়ুম্নাক অসি পিরম্মী। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা শঙ্গাইরেন মথোল অহুম শুবা শাদুনা মথক অদু উপাক্না কুপ্লগা শেঞ্জেংনা মথক য়ৈদুনা হৌজিক্কী জিহ্বনা কুপ্পগুম্না কুপলম্মী। খৃ: ১৭০৬ কী ইঙেন থাগী ১৯ নি পানবা লৈপাক্ পোক্পা নুমিৎতা অৱা কিয়োংশাবা হৈবা থোক্লকখি। মহাক্না থোক্লকপা

মতুং নুমিৎ ১০ নি শুবা ইঙেনগী ২৯নি পানবা লৈপাক্‌পোকপদা কালিকাগী কিয়োং শাবা হৌরম্মী। শাবা হৌরগা লোইশিনখিদ্রে। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা রাই বনমালি অচার্য্যদা নিমান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌবদগী কৃষ্ণ নিংবা হৌরম্মী। খৃ: ১৭০৭কী কালেনগী ১৯নি পানবা ইরাই নুমিৎতা কৃষ্ণগী কিয়োং/ফুরা লাইয়ুম শাদুনা কৃষ্ণবু লাৎলম্মী। কৃষ্ণগী কিয়োং/ফুরা লাইয়ুম শারবা মতুংদা মমাং চহীদা কালিকাগী কিয়োং শাবা লোইদনা তোক্‌খিবা অদু অমুক ইনৌ নৌনা চহী অসিগী ইঙেনগী ৫নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতগী শাবা হৌরম্মী।

**অহুমশুবা তুসুক্কী লান -**

তুসুক্না তত্তুনা মৈতিংঙু চরাইরোংববু শিংনদুনা লানহৌরক্লম্মী। তুসুক্না মৈতিংঙুগী মথক্তা লানহৌরকপদগী চহী অসিগী ফাইরেন (খৃ: ১৭০৮ জনুৱারী - ফেব্রুৱারী) থাগী ১০ নি পানবা থাংজদা ঙাংবমচা লমলোইনা লুচিংদুনা তুসুক্তা লান্তাবম্মী। তুসুক্কী লান্দা তুসুক্না লাক্‌চদুনা ক্ষেত্রি পৈরাকিবু হাৎহৌখি। মৈতে লান্মী তুসুক্কী মখুত্তা মায়থিদুনা হনলক্লম্মী। মমাং চহীদা শাবা হৌখিবা কালিকাগী কিয়োং/ফুরা লাইয়ুম শাবা লোইদুনা ইঙাগী ১২ নি পানবা ইবাই নুমিৎতা শঙ্গাবম্মী। শঙ্গাবা মতুং নুমিৎ কুননি (২০) শুবা ইঙেনগী নিনি (২) পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা কলিকাগী কিয়োং/ফুরা নিংখাইরক্লুনা মীওই অহুম (৩) নলম্মী। মদুদা মীওই অমা শিরম্মী, অনিদি হিংহৌখি। কিয়োং নিংখাইদুনা মী ননদুনা মীশি মীনা য়াওবদগী অৱা কিয়োং শাবা, কিয়োং নিংখাইবা মতুং নুমিৎ নিনি (২) লৈরগা অৱা লৈপাক্তা হনখ্রে। অৱাদা লাইবার থারুবা বামোল লোখোল হনলক্লুনা লাংবনগী থাসি ইরাইদা ম্না কোনুংদা থুংলখি। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা খুল্লক্তা য়ুম চিন্না শাবা ময়াম্বু হোংদোক্‌হনলি, অদুগা লোয়ননা মংসু হোংদোকহনলম্মী।

**অরোইবা তুসুক্কী লান -**

মৈতিংঙু চরাইরোংবনা তুসুক অসি য়াম্না নৱাংখিগদৌবে অমুক্তা মরু ফংনা নমথদবা য়াদে হায়না খন্দুনা লৈরিঙৈদা তুসুক্না মৈতিংঙুগী মথক্তা লানহৌরক্লম্মী। মমাংগী তুসুক্না লানহৌরকখিবা খোংফম অহুমদসু মৈতিংঙুনা লৈপাক্কী অঙম অথৌশিং থাদুনা লান শোক্লহনলি অদুবু তুসুক্কী মখুৎতা মায়থিবা ফংলম্মী। হন্দক্কী তুসুক্কী লানহৌ অসিদদি মৈতিংঙু মশামক্না লানচিংলেন ওইদুনা তুসুক্কী মথক্তা লান্তাগে হায়দুনা লানগী থৌরাং চাওনা তৌরম্মী। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা খৃ: ১৭০৯ গী শজিফু থাগী ৭নি পানবা লৈপাক্‌পোকপা নুমিৎতা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা তুসুক্তা লান্তাবা খোংশনলম্মী । তুসুক্কী মথক্তা কন্না

লান্তাশিন্দুনা তুসুক্কী নিংথৌ লয়চোংগা মহাক্কী তালোই হৈশোক লায়োমনুবু হাৎলম্মী। তুসুক্‌পু অমুক হন্না হৌগৎপা ঙমদনবা মরু ময়াং ফংনা মাং-তাকহনলম্মী। মমাংগী লান্দা তুসুক হাওনা হাৎহৌবা ক্ষেত্রি পৈরাকিগী মকোক্‌সু পুরক্লম্মী। লোয়ননা তুসুক্কী লুচিংবা মখোয় ১৫ অমগসু ফাদুনা পুরকখি। মৈতিংঙুনা তুসুক্কী লান লোইদুনা স্না কোনুংদা হনলক্লম্মী। অদুগা মৈতিংঙুনা মোংবা হনবা তলা উয়োক উকোন্দা হেবন লানপাউ তমলে অদুগা লোয়য়ম্বনা (খৃ: ১০৭৪-১১২২) লাৎপা হৌরকখিবা [১]চেঙ্‌জা নূংকোইবীদা হেবন লাল্লু চন্দুনা [২]কংলা লানপাও তমলম্মী। কংলা লানপাও তম্বা লোইরদুনা মৈতিংঙু স্না কোনুংদা লেংশিনলে। মৈতিংঙুনা তুসুক্কী লানলোইদুনা থাসিগী ১৭ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা স্না কোনুংদা থুংলখি। তুসুক্কী লান হনগৎ হন্দা চৎথোক চৎশিন তৌবা অসিদা লান শোক্লবা য়াওনা নুমিৎ ১০ নিগী খোংচৎ ওইরম্মী।

মৈতিংঙু চরাইরোংবনা মমোম ব্রাংঙমলোন চক্‌পা মখাও ঙন্নীবু মচা ইবুংঙো মংদ্রা কেংদু ঙম্বা পোক্‌লবা মতুংদা অৱা নিংথৌ চেকোং লৈপবনা অৱা লৈমারেনগী ফমদগী লৌথদুনা লুহোংদনা লৌবী অৱা লৈমাশিংগী মরক্তা থম্বগী পাও অরোননাই হঞ্জবগী মফমদগী তাখিরম্মী। তারিবা পাও অসি অৱা কোনুংদগী লাক্‌পা মৈতৈ নিপা অনিনা অচুম্বনি হায়রম্মী। অচুম্বা পাও অসি তাবদা মৈতিংঙু চরাইরোংবা হায়নিংঙাই লৈতনা শাওরম্মী। মৈতিংঙু মশামক চৎতুনা অৱানিংথৌবু মতিক থোক্‌পা চৈরাক্ পিদুনা লম্মন খুমগে লেপলম্মী।

[১] *চেঙ্‌জা নূংকোইবী লানলুচনবা :- মৈতিংঙু লোয়য়ম্বা (খৃ: ১০৭৪-১১২২) না চেঙ্‌জা নূংকোইবীবু কংলাদা লাৎপা হৌরকখি। মৈতিংঙু লোইয়য়ম্বগী মতমদগী শা-য়াই, লান-য়াই চেনবা নূং ওইনা লাৎলক্লবসু, মৈতিংঙু চরাইবোংবগী স্না হাক্তক্তগী চেঙজা নূংকোইবীদা লানলুচনবা অসি হৌদোক্‌খি। চেঙ্‌জা নূংকোইবী লানলু চনবগী থৌরমদি শাদা-লান্দা মায়পাক্লুনা য়েক্লবগী মকোক্ কক্লুনা পুরকপা অদু নুংকোইবী লাইরেমাগী মমাংদা ইরাৎ থৌনি, লাইশোন-তিনশোন তৌদুনা কৎপা অদু লোইরগা নূংকোইবী লাইরেম্মাগী মমাং মকোক্ অদু ফুমই।*

[২] ***কংলা লানপাও :*** *কংলাদা লাইনিংথৌ পাখঙবা, লাইনিংথৌ নোংশাবা, অমসুং য়ুমজাও লাইরেম্মাগী খুবম য়াদুনা ইরাৎ থৌনি তৌই। হায়রিবা লাইনিংথৌ, লাইরেম্মাশিংগী মমাংদা শা-লান্দা ঙমলক্লুনা লাল্লু পুবক্লুনা চেঙ্‌জা নূংকোইবী লাইরেম্মাগী মফমদা কৎতুনা মহাক্কী মমাংদা লাল্লুশিং লৈরোন চনলম্বা অদুগী পাও তম্বা থৌরমনি। লানপাও তম্বা অসি মোংবা হনবা উয়োক্ উকোন্দসু পাঙ্‌থোক্‌নৈ। লানপাও তম্বা লোইবগা লাইনিংথৌ লাইরেম্মাগী মফমদা লৈপাক্ খুঞ্জাও লৈচাওনা নুংঙাই য়াইফনা, পুন্সি নুংশাংনা পানবা ঙম্বা কুবিয়ো হায়না নিজবগী থৌরমসু পাঙথোক্‌ই। থৌরমসি মৈতিংঙু মশামক্ নত্রবসু মহাক্কী মহুৎ মরেং শিনবা অমনসু পাংথোকনৈ। থৌবমসি পাংথোকপা লোয়রবা মতুংদা স্না কোনুংদা লেংশিনলি।*

লৈপাক্কী অঙম অথৌ কৌখৎতুনা মমোম তম্ফাবু ইকাইবা পিবগী অৱাদা লাম্তানবা ৱা তান্নরম্মী, মদুদা লৈপাক মীয়াম্না অৱানিংথৌ মথক্তা লাম্তাবা হায়না য়্নারেপ অমতা ওইনা লেপনরম্মী। লোয়ননা মৈতিংঙু চরাইরোংবা অমসুং লৈপাক্কী অঙম অথৌ ময়াম অৱাগী মথক্তা মতিক ওকপা লমন খুম্নবা কংলা ৱাশক্লরম্মী। নোংজুথা লোইরগা খোংকন খুৎকংলবা মতমদা অৱানিংথৌগী মথক্তা লাম্তানবা থৌরাং তৌবা হৌরম্মী। নোংজুথা লোইদুনা অফবা খোংকন-খুৎকংবা মতমবু ঙাইরিঙৈদা খংহৌদনা স্না কোনুংদা পুকচৎপগী লাইনা শন্দোরক্তুনা মৈতিংঙু চরাইরোংবা পুকচৎপা (কোলেরা) লাইনানা নাদুনা ইঙেনগী ৭ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা নোঙ্গাখি। মৈতিংঙুনা থুপলমদাইদা মচা ইবুংঙো অহন পামহৈবা কৌশিন্দুনা নিংথৌ খুবম শিন্নরমলে। অদুগা মচন ইবেম্বা চক্পা মখাওঙম্বীবু অৱা নিংথৌনা লৈমারেন ফমদগী লৌথদুনা ফম তাহনলগা লুহোংদবী লৈমা মরক্তা থগখিবা, অদুদসু নত্তনা নচন ইবেম্মাবু অৱা নিংথৌদা থাজবা মতমদা য়ান্নখিবা ৱাফম লোইলম খুঙ্গং তরেৎপু অৱা নিংথৌনা হন্দোক্কনি হায়ববু হন্দোকপিরক্লে। নচন ইবেম্মবু ইকাইবা পীবা খুঙ্গং ৭ পু হনলক্তবা অদুগী লমন মতিক ওকনা খুমগে হায়না কংলাদা থাঙ পাইদুনা **"কংলা ৱাশক্লববু"** ইপাদি পাংথোক্পা ঙমলমদ্রে। নঙনা মতিক চাবা অৱাগী মথক্তা লমন খুমলকউ হায়দুনা শিন্নরমখি। মৈতিংঙু চরাইরোংবা লৈপাক্ ঙাক্পা, শাদা-লান্দা থৌনা ফবতা নত্তনা মশক নাইবা লাইরিক ইবা নিংথৌ অমসু ওইরম্মী। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা লৈপাক অসিদা ফংবা/হৌবা অমদি অতোপ্পা লমদগী পুরক্তুনা লৈপাক্ অসিদা থাদুনা শাৎপা লৈশিংগী মরমদা শৈথাদুনা **"লৈরোন"** কৌবা লাইরিক অমা ইরম্মী। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা অনাম শঙ হঞ্জবা হাপ্তুনা অনৌবা ফম অসি লিংখৎলম্মী। মৈতিংঙু চরাইরোংবনা চহী ১৩ নিংথৌ ওইনা পানলমলগা মশাগী চহী ৩৭ তা শিখি।

**চরাইরোংবা নোঙ্গাবা -**

মৈতিংঙু চরাইরোংবনা নোঙ্গাবা অসি অনিথোক্না ই।

**চৈথারেন কুম্বাবা -**

**অহানবা তুসুক লান** - অরাম্বম খুঞ্জানগী কুম শোক ১৬২৪ খৃ: ১৭০২ গী কালেন থাগী ২৪ নি পানবা থাংজ নুমিৎতা তুসুক লাম্তাবা মাইবা হিদং হৈৱামচানা লুচিংদুনা চৎলি। অদুবু চংশিনবা ঙমদনা লমখাংদগী হনলকখি।

**২শুবা তুসুক লান** - খুমুচম মোইরাম্বগী কুম শোক ১৬৯৬ খৃ: ১৭০৩কী শশিফু থাগী ১৭ নি পানবা লৈপাক্পোক্পদা মাইস্লাম অচৌনবা অহল্লুপ লাক্পনা লুচিংদুনা তুসুক লান্তাবা চৎলি। অদুদা মাইস্লামচা অমা শিহৌখি। শজিফুগী ১৭ নি পানবা য়ুমশকৈশাদা থুংলখি। হঙ্গৎ হুন্তা নুমিৎ ৮নিগী খোংচৎ ওইখি।

**৩শুবা তুসুক লান** - ৱামোন মনিগী কুম শোক ১৬২৯ খৃ: ১৭০৮কী (জানুৱারী - ফেব্রুৱারী) ফাইরেন থাগী ১০ নি পানবা থাংজদা ঙাংবমচা লমলোইনা লুচিংদুনা তুসুক্তা লান্তাবা চৎলি। লান অদুদা ক্ষেত্রি পৈরাকি শিহৌখি। লান চৎলুবা হনলক্পগী নুমিৎ পিরমদ্রে।

**৪শুবা তুসুক লান** - থোক্নাউচম খুনঙমগী কুম ১৬৩১ খৃ: ১৭০৯ গী শজিফু থাগী ৭নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎতা মৈতিংঙু চরাইরোংবা মশামক্না লানচিংদুনা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা তুসুক লান্তাবা চৎলি। অদুগা লান লোইদুনা হনলক্পনা থাসিগী ১৭ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা মৈতিংঙু কাংলা কোনুংদা থুংলখি। লান অদুদা তুসুক হাও ১৫ ফারকখি। খোংচৎ অসি লান শোক্লবগী মতম য়াওনা হঙ্গৎ হুন্তা নুমিৎ ১০ নি চংখি। অদুগা চহী অসিগী ইঙেনগী ৭নি পান্বা নোংমাইজিং নুমিৎতা মৈতিংঙু চরাইরোংবা নোঙ্গাখি। মৈতিংঙু চরাইরোংবা তুসুক লান লোইরবা মতুং নুমিৎ ৮০ নি লৈরগা শিখি।

তুসুক হাও ফারকপা মখোয় ১৫ অদু শগোলবন্দ ৱাহেংবম লৈকাই অসিৱাইদা থমখিবা ওইরবসু মখোয় ১৫না লানহৌরকপা হায়বা অসি খনবদা অঙকপা অমা ওইরি। মখোয় ১৫ না লানহৌরগা নিংথৌ থোক্নুনা লানথেংনবা হায়বা অসিসু ওইথোক্পা য়াবা ৱাফম নত্তে।

**শমজোক ঙম্বা পূয়া -**

" .... হয়েং লোইদাম থাম ৱোল্লবদা লাইরেন মৈতিংঙু পীতম্বর তুবী লেকন, সেতও মোই হৌনা (পুকচৎপা) লাইথোইরক্লবগী লাইরেন মপারি লীক্লাই সনা ৱাপিহন থংদা খুমনথেম সুদ ৱাহোমখিয়ে। লাইরেন ইপারি লাইরেন নপা মৈতিংঙু নরোন (নচন) চক্পা মখাও ঙম্বীবু খ্রামন (অৱা) মপুংয়াইদা কাওজনখিববু স্না ফম্বাল থৈথরে হায়না তারে। অদুসু মতোমতে লাইরেন ঐগী ইরোই লোইবীরেন তরাউ খুনদোন মনিন নাইববু পীরক্তবগী তমকসুং ঔৱা তেংদোং নিংথৌবুসুং থাঙলেন খুৎনা ফংনা য়ান্নগে হায়না কংলা ৱাশক্লবদা চেংলও

মশক য়েংবসুং লাইজ ঈগুম ঙাঙ্এ থোংবু তন্ন চুবা ঙাইজ য়েক্লক্লে খ্বাঙ ঐবু নুংজেং লাউ খুয়া থমলোন সুন অমা লায়থোইরকলে। নমালোন চক্পা মখাউ ঙম্বীগী তমকসুং হয়েং পোইরৈ চাতোন্না ৱাকাউনফরোই হায়না লীক্লাই মপারিবু ঙকথী লুম্লাং কোন খজায় লেংলোই চুপ্লা খুজেং হংজিলাক্ল মপা মইতেঙুগা পোলবী তুগুম্ববু চিলওক্লনা ৱারেপনরবদা লাইরেন মইতেংঙুদি পলেম পীখোইরেনগী চেনফন্দবনা ৱাইওঙলে। সজিক তুগুম্ববু নীঙন তেরে। থাবা তুগুমবু তেরওনখিয়ে। লীক্লাই কোরও নোংগারে।"

তুবী লাইরেন মৈতিংঙু চরাইরোংবা অসি নাদুনা শিখিবনি হায়বসি শমজোক্ ঙম্বা পুয়া অসিনা য়াম্না ময়েক শেংনা তাক্লি। তুসুক লান শোক্লরুরগা হলকপদা ৱাহেংবম লৈকাই নম্বুল তুরেলগী খোংবান্দা হৌবা খোংনাং অমগী মখোংদা পোৎথাদুনা লৈরিঙৈদা থক্কী তেন্না তারকপদগী মৈতিংঙু মৈশা ফংদুনা ৱাম্থদুনা লৈরিঙৈদা মচা ইবুংঙো পামহৈবনা মপা ইবুংঙোবু কোনখৎকে তৌবদা নমলোন টা নাম্থরগা য়ুংদুনা শিখি হায়বা অসি তশেংনা শেমজিন শাজিনবা অরানবা ৱারিনি। তুসুক হাও অসি খা মায়কৈ শুগ্নু অসোমদা লৈবা হাওখুননি।

-)০(-

## ৫০শুবা
## মৈতিংঙু পামহৈবা/গরিবনিৱাজ/ ময়াম্বা / গোপালসিং / ময়াংঙম্বা/নোংপোক ৱাইরং পাবহৈবা /শমজোক্ ঙম্বা / তখেল ঙম্বা/শাচুং ঙম্বা ।
## (খৃ: ১৭০৯ - ১৭৪৮)

মৈতিংঙু পামহৈবা ইবেম্মা তরা (১০) পান্নে পুন্না মচা ইবুংঙো তরানিপাল (১৮) পোকই ।

(১) অরাম্বম চনু তবুং লাম্থাবী :- শ্যামশাই খুরাইলাক্পা পোকই ।
মাগী চাদা নাওদদি র্কত্ত ময়ুমনে ।

(২) ঙাংবম চনু পাঙ্গা কৈথেল থাম্বি :- সনাহন মুরারি পোকই - ই তাদে।

(৩) ৱায়েনবম চনু থম্বাল/
গোমতি/পাইখু লাম্থাবী :- (১) সনাহন মোরাম্বা মেংখোম্বা / সামৈরাং / চিৎশাই / জিৎশাই পোকই । - ই তাদে ।

(২) নন্দা শাই পোকই। - ই তাদে ।

(৩) ওঙ্গা শাই পোকই। - ই তাদে ।

(৪) স্যবশাচি / শিবা শাই ।
ই তাদে, অৱাদা মাংখি।

(৫) ভরত শাই / শাঙ্গোই তাবা।
মাগী চাদা নাওদগী য়ুম্নাক্তি পাচাহনবনি, মশাদি অৱাদা মাংখি।

(৬) তোলেনতোম্বা / শত্রুঘ্নশাই ।
মাগী চাদাদি উরুংপুরেন ময়ুম্নি ।

(৪) চিংঙাখমচনুনা :- (১) হরিচরন পোকই । মাগী চাদানা লৌরুংপুরেন ময়ুম্নি ।

(৫) হাওবম চনু খাকি কৈথেন থাম্থি:- (১) ধর শাই । ই তাদে।

(৬) য়াইখোম চনুনা :- (১) হরিশাই । ই তাদে।

(৭) মাইবম চনু হিদাক্ শুংবীনা :- (১) ঙৌব্রাম শাই । মাগী চাদাগী য়ুম্নাক্তি নরসিং ময়ুমনে ।

(৮) লাইরিকয়েংবম চনু হরিপ্রিয়ানা :- (১) নোংপোক লৈরিখোম্বা / অনন্তাশাই পোকই । - মাগী চাদগী য়ুম্নাক্তি মন্ত্রি ময়ুমনে।

(৯) অরাম্বম চনুনা :- (১) তুলাসি শাই । ই তাদে।

(২) মেঘশাই । ই তাদে ।

(১০) মোইরাংথেম চনু থব্রানা :- (১) কিশ্বোর শাই । ই তাদে।

মৈতিংঙু পামহৈবনা খৃ: ১৭০৯গী থব্রান থাগী ২৩নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা মশাগী চহি ১৯ চংলকপদা ফম্বাল তোংদুনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইখি। মৈতিংঙু পামহৈবা নহা ওইরবসু মতিক মথৌনা লৈবা নিংথৌ অমনি । নিংথৌ হেক ওইবগা হিয়াঙ্গৈ থাদগী লান্তাদুনা লোইচনবগী থবক পাইখৎপা হৌরম্মী। হিয়াঙ্গৈ থাগী ৪নি পানবা লৈপাক্পোকপা নুমিৎতা অহল্লুপ পানাগী লানচিংলেন হাওবমচা অকোং শেল্লুংবনা লুচিংদুনা খুৎলাইদা লান্তারম্মী। লান ঙমদুনা লানফা ২০ ফারকখি । খুৎলাইগী লান লোইরবা মতুংদা মপা ইবুংঙো চরাইরোংবা লৈখিদবগী লূ-পূং থোনলম্মী। মৈতৈনা শিরগা ফুম্বগী পোৎলোইবা অসি পামহৈবা নিংথৌনা রমান্দি লাইনিং লৌদ্রিঙৈ মমাং ফাওবা পাংথোক্লরম্মী। খৃ: ১৬১০গী লাংবন থাদা অহল্লুপ পানাগী শেল্লুংবা হাওবমচা অকোংনা লানচিংলেন ওইদুনা ওকলুদা লান্তারম্মী। ওকলুগী লান লোইরবা মতুং মেরা থাদা নাহারুপ পানাগী লৌরেম্বম শেলুংবনা লুচিংদুনা নাহারুপ পানাগী লান্মী পুদুনা নুংখন মশেন্দা লান্তাখি। লান ঙমদুনা লানফা ১৬ ফাদুনা পুরক্লম্মী। নুংখন মশেনগী লান মতুংদা মৈতিংঙু পামহৈবনা ৱাকচিং থাদা লৈশাংখোং ৱাঙ্গোইদা চৎতুনা লাইৱা হায়বগী লাইমাংদা নূং খিনলম্মী । মৈতিংঙু পামহৈবগী স্না হাক্তক ফাওবা নূং খিনবগী চৎনবী নাৎ লৈরি।

**শ্যামশাই খুরাইলাক্পা পোক্পা -**

খৃ: ১৬১১গী থব্রান থাগী থানিন ইরাই নুমিৎতা ইবেম্মা অরম্বম চনু তবুং লান্তাবীনা মচা ইবুংঙো শ্যামশাই পোকই ।

**তোক্পা খুন্দা লান্তবা -**

খৃ: ১৭১২গী ইঙেন থাগী ২৮নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা অহল্লুপ পানাগী শেলুংবা হাংবমচা অকোংনা লুচিংদুনা তোক্পা চীংগী খুন্দা লান্তারম্মী। লান অদুদা তোক্পা খুনবু মৈ থাদোক্লুনা মাং তাক্হনলম্মী। লোয়ননা লানফা য়াম্না ফারকখি। তোক্পা খুনবু লানঙমদুনা হনলক্পদা নোংফৌ খুন্নৌ অমসুং থোনম্বা খুন অনিনা লৌতুনরগা লম্বীদা লোৎনা লানলুমদুনা লৈরমখি। মখোয়না খঙ্হৌদনা মৈতৈ লাম্মীশিংগী মথক্তা লান্তাশিনলক্লম্মী। মৈতৈ লাম্মীসু মখোয়না অসুম্না লানলুমদুনা লৈরমগনি খনলুদবনা অফিং অফাই ওইনা লান থেংনরম্মী। খংহৌদনা লান্তাশিনলক্পা অসিদা মৈতৈ লাম্মী য়াম্না শিখি, লোয়ননা অশোক্ অপন য়াম্না য়াওরম্মী। লানফম অসিদা অহল্লুপকী চিংখ্বাম কিয়াম্বা, হাওদৈজম খোম্বা, লোইতোংবম চাওবা অঙম্বা অহুম(৩) য়াওনা মৈতৈ লাম্মী ১৯ শিহৌখি। মৈতিংঙু পামহৈবনা অঙম্বা লুচিংবা অহুম্মু (৩) [1]থয়াংলোন চন্দুনা লৈপাক্কী অৱাংবা থাক্তা ইকাই খুম্নবা উৎতুনা পোৎলোইরম্মী। লান অদুদা শিখিবা লাম্মী তরাতরুক (১৬) অদুনা মৈতিংঙু পামহৈবনা তৌফম থোক্পা পোৎলোইবগী মথৌ মঙম পাংথোক্লম্মী।

**ফম্বাল লান শাচুংদা লান্তাবা -**

ফম্বাল লান অসি নিংথৌ অদুনা ফম্বাল তোংলবা মতুংদা লম অমদা লান্তাবা নত্রগা শা তানবা অসি হৌখিবা মৈতিংঙুশিংনা তৌনরকখি। ফম্বাল লান অসি মৈতিংঙু অদুনা নিংথৌ ওইদুনা ফম্বাল তোংলবা মতুংদা অখন্নবা লান নত্রগা শা তান্দুনা নিংথৌ অদুগী মতিক মথৌনা উৎথোকপা অমনি। লান ঙমদুনা ফারকপা নিংথৌ অদুগী মমিং নত্রগা খুঙ্গং নত্রগা লম নত্রগা শা তান্দুনা ফারকপা শা, উচেক অদুগী মমিং লৌদুনা নিংথৌগী মমিং অমুক হোংদুনা থোনবা অসি চৎনরকখি। মৈতিংঙু পামহৈবনা ফম্বাল লান খৃ; ১৭১৩ গী শাজিফু থাগী ২৬নি পানবা ইরাই নুমিৎতা মৈতিংঙু মশামক্তা লানচিংদুনা খা মায়কৈরোমদা লৈবা শাচুং খুন্দা লান্তারম্মী। লান্তাবা অদু হিদা চৎলম্মী। মৈতৈ লাম্মীশিংনা শাচুং খুনবু কোইশিন্দুনা থমলগা খুনগী পম্থোং থুদেক্লগা লান্তাশিন্দুনা অকনবা লান শোক্লরম্মী। হকথেংন্না মায়য়োক্লবা লানফম অদুদা পামহৈবা নিংথৌনা শাচুং খুনগী

*[1] থয়াংলোন চনবা :- থয়াংলোন চনবা অসি লৈপাক্কী অঙম অথৌনা লান্দা শিখিবা মতমদা ইকাই খুম্নবা উৎতুনা, থাঙ্ হায়বা, টা খৌশাবা, তেন কাপ্পা তৌদুনা অকন অথৌ মরক্তা চন্দুনা পোৎলোইবা থৌরমনি।*

নিংথৌ শেনকুপলেনবু মঙক কক্তুনা হাৎলম্মী। মৈতিংঙুনা শেনকুপলেনবু হাৎতুনা লান ঙম্লবসু মৈতিংঙুনা তন্না হনলক্পা তৌরমদে। শাচুং খুন্দা য়ারেক্তুনা মখা তাবা লানগী লানওং য়েংদুনা লৈরম্মী। শাচুং খুনগী লৈমাবী (খুনলাক্পী)না মপুরোইববু মীহাৎ থিনা হাৎখিবগী লম্ন খুম্নবা অহিং অদুদা থৌরাং তৌরম্মী। শাচুং খুনগী লৈমাবীনা মপুরোইবগী মংশৎ তান্নবা মপ্পা খোংকন; লাকোনফাইগী খুনলাক্পা ওমপু লৌশেম খুন চৎকদবগী লাক্তুনা শাচুংদা খুনলান্দুনা লৈরিবা অমসুং পোৎলান খুনগী চফু শাবা য়িমবিলোং কৌবা মহাকসু লৌশেম খুন্দা চৎকদবগী শাচুং খুন্দা খুনলান্দুনা লৈরিবা মখোয় অহুম্মু মৈতিংঙু পামহৈবগী মথক্তা লাম্তাবদা লান পাংবীয়ু হায়জরম্মী।। মখোয় অহুম্না য়াদুনা লৈমাবীনা লুচিংদুনা অকি অখং লৈতনা অহিং অদুমক্তদা মৈতিংঙু পামহৈবগী মথক্তা লাম্তারকখি। অহিংগী লাম্থেংনবা অদুদা লুচিংবা ওইরিবা খোংকন, ওমপু অমসুং য়িমবালোংবু ফাদুনা হাৎলম্মী । মৈতিংঙু পামহৈবনা শাচুং লান অসি ঙম্বদগী ফম্বাল লান মিংথোন মিংহুন তম্বদি, লাইবেন মৈতিংঙু হেম্না উরাংপোক্তা থৌদাংবা, লৌশেন্ অতোনবা ময়ুমমক্তা তেনশিঙবা শাচুংঙম্বা হুয়েন শেনকুপলেন ফাবা হায়না কৌরম্মী। শাচুংগী লান লোইদুনা মৈতিংঙু স্না কোনুংদা হনলকখি। শাচুং লানগী মরমদা পূয়া লাইরিক অমা ইরম্মী। শচুংগী লানগী মরমদা ইবা পূয়ানি হায়দুনা "শাচুংঙম্বা" থোনলম্মী।

লোয়য়ুম্বা শিবা -

শাচুংগী লান লোইরবা মতুং নুমিৎ ২০ রোম লৈরগা কালেনগী ১৮নি পানবা ইরাই নুমিৎতা মনাও ইবুংঙো লোয়য়ুম্বা শিখি। মেরা থাদা অচৌবা ঈশিং ঈচাও থোক্তুনা ফৌ থুমজিনখিদুনা মাংলম্মী। কুম অদুদা ফৌ চেং ৱাৎপগী অৱাবা মায়য়োক্লরম্মী। মৈতিংঙুনা চঙানকৈদা চৎতুনা কৈদগী ফৌ খাইদোক্তুনা লৈপাক্কী অৱা অনা তারবা মীয়াম্বু সনাথোংগী নূংদা ফমদুনা অশোন অনা লৈতা লায়রবা খিবিক্তা ফৌ য়েনবীদুনা লৈপাক্কী অৱাবদা মতেং পিরম্মী। লৈপাক্কী ফিবম ফগৎলকপা অমসুং মনাও ইবুংঙো লোয়য়ুম্বা শিবদগী মথৌ মঙম পাংথোক্পা লোইবদগী লান তৌদুনা লোইচনবগী থবক পাইখৎপা অমুক হৌরম্মী। খৃ: ১৭১৪গী হিয়াঙ্গৈ থাদা সলাম অপংনা লুচিংবা লাম্মী থাদুনা কারোং নোংঙাপোক্তা লাম্তাহনলম্মী। লান ঙমদুনা লানফা অমা ফারক্লম্মী। অদুগা অহল্লুপ পানাগী শেলুংবা হাওবম অকোংনা লুচিংবনা মহৌদা লাম্তারম্মী। মহৌবু মায়থিবা পিদুনা লানফা ২৫ ফারকখি। চহি অসিগী লোইরকপা লমতা (খৃ: ১৭১৫ গী ফেব্রুৱারি - মার্চ) থাদা নাওরোইবম মুংয়াম্বনা লুচিংদুনা সুপোংদা লাম্তারম্মী।

খৃ: ১৭১৫ গী লাংবন থাগী ২৩নি পানবা থাংজা নুমিৎতগী মৈতিংঙু পামহৈবনা লৈপাক্কী হুরান-চিঙ্থি, খৎনা-চৈনবা, ব্রাথোক-লাম্থোক্কী ব্রায়েন থৌদা নিংথৌ মশামক্লা তৌরম্ববু লৈপাক্কী অঙম অথৌশিংদা পাঙ্গল পিথোক্তুনা ব্রায়েন থৌদাগী থৌবু তৌবা হৌহনলম্মী। নুমিৎ অসিমক্তদা লাইফম শঙ্লেন অমসুং খাবম শঙ্লেনবু লাইফম লোইশঙ অমসুং খামবম লোইশঙ হায়না ওনখৎতুনা হেন্না পাকথোক্ চাওথোক্হন্দুনা লৈঙাকলোন্দা খুদোংচাবা ওইহনলি। লোইশঙ ওনখৎপগা লোয়ননা লাইফম লোইশঙ্গী শঙ্লাকপবু শাপম লাবা হাপলম্মী অদুগা খাবম লোইশঙগী শঙ্লাকপনা তোনবমচা নাচৌ হাপলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবানা বামোন হঞ্জববু তখেন্দা লাইবার থারুবা খৃ: ১৭১৬ কী শজিফু নোংমা পানবা নুমিৎতা থুংলখি। হোংতু খুন্না লাংলক্পদগী থব্রান থাদা অহল্লুপ পানাগী শেলুংবা হাওবম অকোংনা হোংতুদা লান্তারম্মী। মদুদা লানফা ১০ ফাদুনা পুরকখি। অদুবু হোংতুবু মপুং ফানা নমথবদি ঙমলদে। হাওবম অকোংনা হনলক্লবা মতুংদা হোংতুনা অমুক ইরাং হৌরক্লম্মী। শেল্লুংবা হাওবম অকোং অমদি ঙাংবম কৈরুংবা লমলোই অনিনা লুচিংদুনা থব্রান থাদা অমুক হন্না হোংতুদা লান্তাবা চৎলম্মী। কারোং তোমচীংদা খুন্তাবা মখোয়গী ফুরুপ্পা হোংতু খুনগা পুন্না অমতা ওইদুনা মৈতৈ লাম্মীগা অকনবা লান শোক্লরম্মী। মৈতৈনা লান ঙমদুনা কারোং তোমচিনগী লানফা ৮৫ ফারকখি। অতৈ লেমহৌবা মথব্রায় হিংনবা চেনখিবশিংবু তান্নদুনা কারোং চীংমীনা হান্না খুন্তারম্বা খুনমন্দা লোৎলম্বা অতৈ ২৮ অমসু থিদুনা ফারক্লম্মী। অফাবা লানফাশিংবু তাথি তাওইনা তৌরমদে, মখোয়বু অমুক হন্না খুন্তাহনলমলগা হনলকখি।

অব্রা লৈমা নিবা লাক্পা -

চহি অসিগী ব্রাকচিং থাগী ১০নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা অব্রা নিংথৌ তোংদোই চেকোং লৈমাবা টানিনগানউইনা মহাক্কী লাইবার নন্দারানা লুচিংদুনা শমজোক লুচিংবা ৬ য়াওনা অতৈ অব্রা ১৫৬ কা লোয়ননা, নিংথিরবা হাইজপোৎ কয়া পুরক্তুনা লৈমা - হায়জবা থারকপা থুংলখি। মৈতিংঙু পামহৈবনা মপাইবুংঙো চরাইরোংবনা থুপলমদাইদা মচন ইবেম্মা চক্পা মখাও ঙম্বীবু অব্রা নিংথৌনা লৈমারেন্দগী লৌথদুনা অচম্বা লুহোংদনা লৌবী লৈমা মরক্তা লৈহনখিবা, মৈতৈগী লোইলম খুঙ্গং তরেৎ (৭) পু হন্দোক্কনি হায়রগা হন্দোক্তবগী লমন খুম্নবা শিন্নরম্বা নুমিৎ, থা, চহি কয়া চংনা ঙাইরকলি। মৈতিংঙু পামহৈবনা চহি কয়াদগী লমন খুম্নবা ঙাইরকপা খুদোংচাবা অদু মাংহন্দনা য়াম্না হরাও

তয়াম্না অৱা লাইবারশিংবু ওক্লম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌনা অৱা নিংথৌ চেকোং লৈমাবদা লৈমা থাজবা য়ারে হায়রম্মী। ওনলক্পা নিংথমথা চংলক্পা পোইনু থাদা য়ু অমসুং নিংথি তুরেন অনিগী ঈতিন্নফম ফোংদা হিলানফমদা চীংলাই লৈমা কাচেং ঙানবীবু খুৎশিন্নসি, ওক্পা লাক্উ হায়রম্মী।। অৱা লাইবারশিংনা মৈতিংঙুনা মমোম থাজবা য়ারে হায়বদগী হরাও হরাওনা মরৈপাক্তা হনখিরম্মী। অৱা লাইবার নন্দারানা অৱা নিংথৌ টানিনগানউইগী মফমদা পামহৈবা নিংথৌনা মমোম থাজবা য়াবগী পাউ পুম্বা তমজখি । অৱা নিংথৌনা মৈতে লৈমা ওক্লবগী অচৌবা থৌরাং তৌদুনা শেমশাদুনা লৈখি । অৱা লাইবারনা হনখ্রবা মতুংদা মৈতিংঙু পামহৈবনা কংলাদা ফমদুনা লৈপাক্কী অঙম অথৌ ফমনাইবশিংগা অৱা লৈপাক্তা লাম্তানবা ৱা খন্নরম্মী। অৱা নিংথৌনা ইচন ইবেম্মবু লৈমারেন ফমদগী লৌথোক্পা মৈতৈগী লোইলম খুঙ্গং ৭পু হন্দোক্কনি হায়রগা হন্দোক্তবা অসি লৈপাক্ অসিবু উশিৎতবনি, কংলৈপাক্কী নিংথৌবু উশিৎতবনি, মতিক চাবা লমন খুমগে নিংলে। অৱানা উশিৎতনা মীথাদনা তৌরকপসি তুমিন্না লৈশিন্বা তারবদি মখোয়না লৈপাক্ অসিবু করিসু লৈতনা থিনা তৌরবসু পাউখুম্বা ঙমদবা ফুরুপনি লৌখিগনি। মরমদুনা অৱাগী মথক্তা লমন খুমগে লেপলে হায়না লৈপাক্কী অঙম অথৌ ফমনাইবশিংদা হায়রম্মী। লৈপাক পুম্নমকসু অৱাগী মথক্তা লমনখুম্বা অমতা ওইনা য়ান্নদুনা ৱালেপ্পরম্মী ।

**শন্তিদাস থোক্লকপা -**

অৱাগী মথক্তা লমন খুম্নবা ৱালেপ্পবা মতুং ফাইরেন (খৃ: ১৭১৭ কী জানুৱারী ফেব্রুৱারি) থাগী ২৩নি পানবা ইরাই নুমিৎতা শন্তিদাস গোষাইনা মহাক্কী শিষ্যা ভগবানদাস অমদি নরায়নদাস অনিগা লোয়ননা শ্রীহট্ট নরসিংহ কিলাদগী থোক্লক্তুনা থুংলখি । মহাক্কী হৈশিংবা ৱাঙাং, লিচৎ শাজৎ অমদি ৱাখল মরৌশিংনা পামহৈবা নিংথৌগী পুক্লিং শুমহৎতুনা খুদুম চনশিনখিরম্মী ।

অৱাগী মথক্তা মতিক ওকপা লমন খুম্নবা ৱারেপনদুনা লৈরিঙৈদা অৱাগী লুচিংবা লাপোন্না শমজোক নিংথৌগী মচা নুপা লাখম / লাখমতোনদা ইনশিন্দুনা খৃ: ১৭১৭ কী ইঙা থাদা কোন্দোংদা লাম্তারক্তুনা খুন-মৈ থারম্মী। অদুদসু নত্তনা মংশাদা লাম্তারক্তুনা খুন মৈ থারগা ইরোই কাংপোৎ থোমখিরম্মী। মমাংঙৈদগী য়েক্লবা ওইনা লৈরক্লবা শমজোক্কী পাঙ্গাশিংনা মংশা অমসুং কোন্দোংদা লাম্তারক্তুনা মৈ থাদুনা খুন ওৎনৈবগী পাও খুঞ্জাশিংনা চেনলক্তুনা

মৈতিংঙু পামহৈবদা পাও তমলখি। অব্রাবু লমন খুন্বা অসিগী মথক্তা শমজোক্পুসু মপান মরা ফুক্না মাংহনগে হায়না মৈতিংঙুনা লেপ খিরম্মী। শমজোক্না চংলকলিবা লিচং অসিদা মৈতিংঙু পামহৈবনা লৈপাক্কী অঙম অথৌ পুম্বগা শমজোক্ অমদি শমজোক্কী অকোইবদা লৈবা লমহেনবা য়েক্লবা পুম্নমক মরু ফংনা মাংহন্নবা কংলা রাশক্লরম্মী। রাশক্লবা অদু থবক ওইনা পাঙ্থোক্নুনা লাম্তানবা মৈতিংঙুনা লানগী লানলোং শিনলম্মী।

**লানলোং -**

(১) লাইফম পানাগী লুচিংবা পুখনবা শাংপমচা কিয়াম্বা নঙ্না শমজোক্কী খারোমদা লৈবা হুন্দুং তাংখুনশিংগী লানচেনফমদা লৈবা নন্দা খুনগী থোঙজাওবু ঙাককদবনি, লানফমদা নমাই লৈগনু।

(২) লাইফম পানাগী নাক্পাক খনবা, অচৌইবা শঙ্লেন লাক্পা শারোইখাইবমচা অপোঙ্ নঙ্না হকথেংননা মৈতিংঙু ঐবু ঙাক্ শেন্দুনা লৈগদবনি।

(৩) খাবম পানাগী লুচিংবা অচানবা (অচ্রানবা) থিয়ামচা মাইবা পুকচাও নঙ্না শমজোক্কী নোংপোক্লোমদগী চঙ্লকউ, অদুগা অঙ্গো চীংগী চীংখোংদা লৈবা থুমখোংগী ঈশিং ময়া নক্লা লাক্নুনা শমজোক্ তেঙ্গোল থুগায়রকউ।

(৪) খাবম পানাগী শমলোইবমচা রাকচিং নঙ্না মৈতিংঙু নিংথৌবু ঙাকশেন্না লৈয়ু। মতাং চানা য়েংদুনা ঙাক্ শেনবা অমতা শোইহনগনু। শজিক কৌবা থরানমিচাক্লা মাগী মতম শোইহন্দবগুম লান্গী লানলোং অমতা শোইহনগনু।

(৫) অহল্লুপ পানাগী লুচিংবা শেলুংবা হাওবমচা অকোং নঙ্দি শমজোক্কী নোংপোক্ থোঙগী চীংখৈদা লৈবা মকল কাম্বচীংগী মনাক্তা চংতুনা মাক্লং তুরেল মরিন ইন্না নক্লা চংতুনা শমজোক্কী তেঙ্গোল চংথোক্হন্দনা কোইশিন্দুনা থম্মু।

(৬) অহল্লুপ পানাগী রাংগোল কৈরুংহনবা ঙাংবমচা লমলোইসু মৈতিংঙু ঙাক্শেনবদা থৌদাং লৌনা শরুক য়াগদবনি।

(৭) নাহারুপ পানাগী শঙ্লেন লাক্পা সনমচা হোংলাই নঙ্না নাহারুপ পানাগী লাম্মী তেঙ্গোল পুদুনা মখারোমদা চেংলৌ শামান উয়ামপোক্ মনাক্তা চংতুনা লঙ্জাগী চাক্তাফম খুমনশিংগী মনাক নক্লা চংতুনা শমজোক্ থোঙ্লেন ঙাক্নুনা শমজোক্ লাম্মীশিংবু মপান থোকহন্দনা ঙাক্শেন্দুনা থম্মু।

(৮) ব্রাঙ্গোল কৈরুংহনবা থাংজমচা কোপেং নঙ্না নাহারুপ পানাগী লান্মী তেঙ্গোলদগী পাঙল নোংমৈ কাপ্পশিং অমদি তেন কাপ্পা [১]হৈবা ইরোমচা রুপক্কা চৎতুনা ফোংদা হিথাংফমদা অৱাগা লান শোক্লরু । তাইবং খাইবা লাইনিংথৌ সনামহী অমদি মহাক্কী তালোই শক্পী মনাই নুপী মরি (৪) চীনফুরোন তাংখোম্বী, ৱাংঙম চনু তোনু মায়খুবী, তাম্হোং অহোংবা চনু চাওবী তেবুরা অমসুং থৌনাউজম চনু হোংবীগা ফোংদা লাম্ভাবা চৎকদবনি। অৱা-কবো লৈপাক্ য়ৌরগা "হিখোংজোম্বা শেঙ্গোইরাক্পা" কৌবা হি অদু মফম অদুগী হিখাঙ্বমদগী (হিজিখাং) চিংথোক্তুনা চীংগী লোক্ অমদি তুরেনগী ঈশিং অচেনবদা হি অদুনা থোংশাদুনা লান্মী তেঙ্গোল লাম্হোক্হল্লু । ফোংদা হিথাংফম য়ৌরবা মতমদা মচা ইবেম্মা ওক্লবা থৌরাং তৌদুনা ঙাইরমলিবা অৱাশিংগী মফমদা মপুক পেন্নবা হোৎনদুনা মৈতিংঙুগী মপুং ওইবা লান্মী তেঙ্গোল য়ৌরকত্রিবা ফাওবা ঙাইদুনা লৈরম্মু।

(১০) মৈতিংঙুনা মপুং ওইবা লান্মী তেঙ্গোলনা লাক্লুনা তমলৌরেন লাইনিংথৌ হনবা অমসুং পাম্হোইবী উয়োক্ উকোন্দা লানবন শারগে । মফম অদুদা মৈহৌদুনা অতিয়াদা মৈখু কারকপা উরবা অমসুং নোংমৈ তোপ কাপ্পগী মখোন তারবদি মৈতিংঙুগী মপুং ওইবা লান্মী য়ৌরকলে খংউ, লোয়ননা লাম্ভানবা থৌরাং পুন্নমক্ পাইখৎকদবনি । মৈতিংঙু পামহৈবনা লানলোং শিন্দোক্পা লোইরদুনা মাগী মাগী পিরিবা মথৌদাং অদু পাংথোক্লবা লানগী শেম শাদুনা পোইনু থা য়ৌরকপা ঙাইদুনা লৈন্নরম্মী ।

[২] নিমান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌবা। মৈতিংঙু পামহৈবনা লানগী থৌরাং তৌদুনা অৱাদা লাম্ভাবগী মতম ঙাইরিঙৈ চৈরক খৃ: ১৭১৭কী মেরা থাগী থাচিন্দা গুরু গোপালদাসকী মফমদা, মৈতিংঙুনা লুচিংদুনা লৈপাক্কী মীয়াম নিমান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌরম্মী। নিমান্দি লাইমিং লৌবগা লোইননা মৈতিংঙু চরাইরোংবগী গুরু বামোল রাইবন মালি অর্চষ্যগী মচানুপা গঙ্গাধারদগী শাখ্যা লাইনিংদা লাইমিং লৌরম্মী।

---

*[১]ইরোমচা রুপক :- ইরোম রুপক অসি অসুক্কী মতিক তেন কাপ্পা মখুৎ চুম্না হৈরম্মী। মমিং ফিনা উদনবা কিশিনলগা তেন কাপতুনা পানহননিংবা পাতম (Target)দা পানবা ঙম্মী । উপাক্ অমগী ময়াইদা খুপাক অমারোম লাওবা মখুন ফাৎপা পাতম অমা থমদুনা লম ১০ লপ্পা মফমদা লেপতুনা তেন কাপলগা অহোবা মখুন অদু ফাওদুনা লম অমা লাপ্না লৈবা অতোপ্পা পাতমফম অমদা পানহনবা ঙম্মী ।*

*[২]নিমান্দি :- নিম্বাদিত্যনা বৈষ্ণব সমপ্রদায় অমা হৌদোকপি, মরম অসিগী মসি নিম্বাদিত্য নিগৎ নত্রগা সনক সমপ্রদায় হায়না কৌনৈ। রাধা কৃষ্ণগী যুগল মুর্ত্তিনা মখোয়গী লাইনিংফম ওই অমসুং শ্রীমদ্ভগত অসিনা মখোয়গী অথোইবা শাস্ত্রা ওইনৈ । মসিবু মৈতৈনা নিমান্দি কৌই ।*

**শমজোক্ লান -**

শমজোক্তা লাম্তানবা হান্নবা লেপখিবা মতুং ইন্না পোইনুগী নোংমা পানবা শগোলশেন নুমিৎতা ৱাংগোল কৈরুংবা থাংজমচা কোপেংনা লুচিংদুনা চীংঙু তাইবংখাইবা লাইনিংথৌ সনামহীবু তালোই শক্পী মনাই নুপী মরি য়াওনা মৈতে লৈমা পুরকপা শাদুনা দোলাইবু ফি লৈ শংবনা (ঙাংলৈনবনা) কোইশিন্দুনা পুরগা অৱা লৈপাক্তা লাম্তাবা খোংশানলম্মী।

মৈতিংঙু পামহৈবনা অৱা লৈপাক্তা খোংশানলমদাইদা লুৱাং অমাইবা অমসুং মাগী মরোই মনাওশিংবু লাইনা তাক্পা খুতম য়েংনবা নোংমাইচিং চীংখোংদা লৈবা চীংউ নোংপোক্তা ইরাৎপা চৎহনলুই। চীংঙু নোংপোক্ নিংথৌগী মফমদা সনা কোনয়াই, লুপা কোনয়াই থাদুনা য়েংবদা অফবা লাইগী খুৎতম চাংতম য়াম্না ফংলম্মী। হাকুম থম্লম্বা লাইজা ইনিফু অমনবগী মনুংদা শেকপী, শেম্বাং, তুমিৎ কাং অমসুং হারৌনচিংবা য়াম্না শিদুনা লৈরম্বা থেংনরে অদুনা শমজোক্কী লান মায় পাক্কনি, শমজোক্কী মী অয়াম্বা হিংনা ফাদুনা পুরক্লগনি হায়না লুৱাং অমাইবনা মৈতিংঙু পামহৈবগী মফমদা লাইগী খুতম চাংতম্বু পাওতমজরম্মী।

ৱাংঙোন কৈরুংবা থাংজমচা কোপেংনা লুচিংদুনা হান্না চৎখিবশিংনা অৱা লৈপাক্ য়ৌরবদা মৈতিংঙুগী হিথমফমদগী হিয়াং হিরেন **"খোংজোম্বা শেঙ্গোইরাক্পা"** হিবু হিজিখাংদগী চিংথোক্কুনা হি অদুনা থোংওইনা মহা-ঈ কৌবা তুরেনগী হৌফমদা তেঙ্গোল পুম্নমক লাম্থোক্লম্মী। অদুদগী শেনবী তমলৌরেনগী খারি লম্বীদা চৎতুনা নিংথি অমসুং য়ু তুরেনগী অনিগী ঈতিন্নফম ফোংদা হিখাংফমদা (হিথাংফমদা) থুংলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবসু শিন্নখিবা লানলোংবু কাইদনা, ৱাঙ্গোল কৈরুংহনবা থাংজমচা কোপেংনা লুচিংদুনা চৎখিবা মতুং নুমিৎ ৬নি লৈরগা পোইনুগী ৭নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা মৈতিংঙু পামহৈবনা লুচিংদুনা মৈতৈগী মপুং ওইবা লাম্মী তেঙ্গোল পুদুনা শমজোক্তা লাম্তাবা খোংশানলম্মী। চীংঙু তাইবংখাইবা লাইনিংথৌ সনামহীগী তেঙ্গোলবু লুচিংবা ৱাঙ্গোল কৈরুংহনবা থাংজমচা কোপেংনা নিংথি ফোংদা হিখাংফমদা থুংবগা মৈতে লাইবার থাদুনা অৱাগী লৈমা ওক্পা লাক্পা লুচিংবশিংদা লৈমা য়ৌরকপগী পাওবু খংহনলুই। মৈতিংঙুগী মমোম ইবেম্মা তম্ফা ৱাংঙমলোন থুংলরে, মদুবু মচা ইবেম্মাগী অওং-অউন অয়াম্বা থুংলদ্রি। অউনপোৎ শু না য়ৌরকলগা ইবেম্মা তম্ফা ৱাংঙমলোনবু ওকপা লাক্পা অৱা অঙম্বশিংগী মফমদা শিন্নজগে। মরম

অদুনা নুমিৎ নিনি, হুমনিদং অওং, অউন থুংলবা ঙাইমিন্নখিসি হায়না পাউ থাদুনা হায়হনলুরে । অব্রাগী লুচিংবা লৈমা ওক্পা লাক্পগী মফমদা পাও পিরুবা মতুং নোংমা কোনবদা লাইনিংথৌ হনবা অমসুং পাম্থোইবী উয়োক কোন্দা নোংমৈ তোপ কাপ্পগী মখোন নিংথি ফোংদা হিখাংফমদা লৈবা মৈতৈ তেঙ্গোলনা তারে লোয়ননা কোরৌথক্তা মৈখু চবুন চবুন লেপ্তুনা কারকপবু উরে । কোপেং কৈরুংবনা মী থাদুনা ফোংদা হিখাংফমদা তৌরিবা, শিনলি লাংলিবা পুন্নমক মৈতিংঙুগী স্না খুয়াখাদা হঙ্গৎলুরে লোয়ননা মতুং চৎথগদবা স্না য়াথংবু হনগৎচখি। মৈতিংঙুগী য়াথং ফংলবদগী কোপেং কৈরুংবনা লাইবারবু অব্রা লুচিংবগী মফমদা থাদুনা মৈতিংঙুগী মমোম তস্ফা ব্রাংঙমলোনগী অওং অউনপোৎ মশিং শুনা থুংলরে, মৈতৈ লৈমা খুৎশিন্নরগে, মচা ইবেম্মা লৌবা লাক্লো হায়না পাও পিরম্মী।

মৈতিংঙু পামহৈবগী লানলোং অঙকপনি মৈতৈ লাম্মীশিংসি মনুং মপান নাইবা ফিশেৎ লৈতেংহনলম্মী । মৈতৈগী অখন্নবা লাম্মীশিংনা নুপীগী ফিশেৎ শেৎলগা মনুংদা অকন-অথৌগী ফিশেৎ শেৎনা থাঙ্য়েপ্তুনা লৈমা থিন্দোক্পা নুপী শানা লৈরম্মী । অব্রাগী ফম্নাইবা অঙম অথৌশিংনা লৈমা ওকপা নিংথি তুরেন লান্দুনা লাক্লম্মী। মখোয়না লাক্পা উবদা মৈতৈ লাম্মী মরিনা সনামহী য়াওবা দোল্লাই ফি লৈশাংবনা কোইশিনববু লৈমা পুরক্পা শাদুনা দোলাই লেংদা থোংদুনা পুশিনলক্লে । মৈতৈ লাম্মী মশিং য়ামখ্রবশিং অদুনা নুপীগী ফিজোন শেৎতুনা দোলাইগী মাংথানা মচা ইবেম্মা থিন্দোক্পা শানা চঙ্শিনলক্লম্মী । অব্রাগী লানচিংলেন্নচিংবা অতৈ অঙম অথৌ ফম্নাইবশিংনা মৈতিংঙুগী মমোম ইবেম্মা তোংনবা স্না লুপ্পা দোলাই লেঙ্জাও মাংদা পুদুনা তপ্না তপ্না চঙশিনক্লে। অব্রা লুচিংবশিংসু মৈতৈ লাম্মীনা নুপীগী ফিজোল শেৎপা অদুদা লৈমা থিন্দোক্পা লাক্পশিংনি খন্দুনা করিসু চিংনবা লৈতনা চংশিনলক্খি। নকশিন্নরক্ল বা মতমদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা নুপীগী ফিজোল লৌথোক্তুনা থাঙ্-চুঙ্গোই পাইনা হোৎচিনখিদুনা মাঙ্থাবা অব্রা হাৎপা হৌরম্মী । মৈতৈ লাম্মীনা খংহৌদনা লাম্তাশিনলক্পা অদুদা অব্রাগী লৈমা ওকপা লাক্পা লাম্মীশিং শমজি খাইনদুনা মায়কৈ শলাই খংদনা চেন্নরম্মী । অব্রাগী অঙম্বা কয়া অমা হাৎহৌরে । কয়া অমনা ফাহৌরে। অব্রা নিংথৌ টানিনগানউইগী মপুথৌ মুয়োং মঙ্দ্রাগী অঙকপা ফংনা ফজখ্রবা, হি অদুগী মনুংদা লুপানা য়ুম্বী ওইবা, সনা তবোপ্পীনা হিথক কুপ্পা অমদি মনুংদা স্না মপাক্লা য়েথোক্তুনা শাবা থকখনগী চিথেক মরিদা তস্ফা অমমম য়াম্থবা অদুবু শিংজংনা শিংকুপ শানা য়ানখাইদুনা নিংথি তুরেন্দা তাওথহনখ্রে।

লানফম অদুদা অৱা নুপা ৯০গা নুপী ১১গা হিংনা ফাহৌরম্মী। ফোংদা হিখাংফমগী হিঙাইবা-হিঙাইবী ফাহৌরে। ফোংদগী লান লোইরদুনা কোপেং লানচিংলেন্না লান্দা ফাবা অচংবশিং অমদি লুরেন লৌরকপশিং অদু মৈতিংঙুনা লৈরিবা লাইনিংথৌহনবা অমদি পান্থোইবী উয়োক্ উকোন্দা পুদুনা লাক্লগা নিংথিদা শোক্লখিবা লানগী পাওবু মৈতিংঙু পামহৈবা তল্লখি। মৈতিংঙু পামহৈবনা উনুংতা খুনলাক্পা, ৱাঙ্গোল কৈরুংহনবা থাংজমচা কোপেংবু থৌশিদুনা ইয়ু খোয়য়ুম লাইনিংথৌবু পুদুনা মনাই নুপী মরি (৪) অসিগা হনখ্রো হায়না য়াথং পিরম্মী। অদুগা লান্দা ফারকপা লানফা ময়ামসু পুখ্রো, লুরেনশিং অদুনা চেঙ্জা নুংঙ্গোইবীদা লাল্লু চেনলমলগা স্নামহিবু লাইশঙদা লেংশিনবীযু হায়না শিন্নরম্মী। কোপেংনা মৈতিংঙুগী সনা য়াথংবু পুরদুনা লানফা ময়ামগা কংলৈপাক মণিপুরদা হনলক্লম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবদি শমজোক্কী পাঙ্গা কৌবা ফুরুপসি মরু ফংনা মাংহনদ্রিবা ফাওবা স্না কোনুংদা হনল্লরোই হায়দুনা শমজোক্তা লাস্তানবা থৌরাং তৌদুনা লৈহৌরম্মী।

মৈতিংঙু পামহৈবনা লাইনিংথৌহনবা অমসুং পান্থোইবী উয়োক উকোন্দগী শমজোক্তা লাস্তানবা খোংলেংলম্মমী। হান্নন শিন্দোক্লখিবা লানগী লানলোং মতুং ইন্না মৈতৈ লাম্মীশিংনা শমজোক্পু মায়কৈ মরিদা ঙাক্তুনা শেন্নদুনা থমলম্মী। লাইফম পানাগী লানচিংলেন পুখ্রনবা শাপমচা কিয়াম্বানা শমজোক্কী মখাদা নন্দা থোঙ্জাও ঙাক্লম্মী। অদুগা খাবম পানাগী লানচিংলেন অচ্রানবা থিয়ামচা মাইবা পুকচাওনা নোংপোক্ থোংজাও ঙাক্লম্মী। অহল্লুপ পানাগী শেলুংবা হাওবমচা অকোংনা নোংচুপ থোঙ ঙাক্লা কোইশিন্দুনা থমখ্রে। শমজোক্কী মরুওইবা থোঙজাও য়াওনা থোঙশিং কোইনা ঙাক্তুনা পাঙ্গা অমতা মপান থোক্হনদ্রে।

নান্ত/চান্দা লাস্তাবা -

মৈতিংঙুনা শমজোক্কী লাম্থোং শিনবা লোইরমলগা, মৈতিংঙুবু ঙাক্শেনলিবা সরোংখাইবম অপোং, শমলোইবমচা ৱাক্চিং, ঙাংবমচা লমলোই, নাউরোইবমচা মুংয়াং, মখোয় মরিগা (৪) লোয়ননা মৈতিংঙুনা লানচিংলেন ওইদুনা মৈতৈ লাম্মী ময়াম পুদুনা নিংথি তুরেনগী মপান্দা তাবা চান্দা খুন্দা লাস্তারম্মী। চন্দা লাস্তাবগী মরমদি চন্দা হায়রিবা খুন অসিনা শমজোক্কী চান্নবা চেঙ্-হৱাই, চান্না থক্লবা অতৈ পোংলমশিং পীরম্মী। মখোয়না শমজোক্তা চানবা

চেঙ্ হৱাই অতে পোৎলমশিং পিবা লেপ্লবা চান্দা খুন অসি থুগাইবা তাবদগী চান্দা লান্তাবনি।। মৈতিংঙুনা চন্দা খুন মৈ থাদোক্কুনা তাঙ্গোই ওনহন্দুনা মাংহনলম্মী। চান্দাগী লান লোইবদগী শমজোক্তা লান্তানবা খোংলৈ থুনা অমুক লাকলম্মী । মৈতিংঙুনা চান্দাগী লান লোইদুনা শমজোক্তা থুংলবদগী কোইশিন্দুনা থমলিবা শমজোক্কী মথক্তা অকনবা লান্তাবা হৌরম্মী । মী অমতা মপান থোক্হন্দনা কোইশিলগা লেপ্তুনা লান্তাশিনলক্পা অদুদা পাঙ্গা লাম্মীশিং য়াম্না ৱারম্মী । চান্নবা পোৎলমসু নোংমা নোংমগী ৱাৎশিনলক্লম্মী । চান্নবা পোৎলম ৱাৎশিনলক্পগা লোইননা মৈতে লাম্মীনা লেপ্পা লৈতনা লান্তাশিনলক্পদা পাঙ্গাশিং খাংবা ঙমলক্তবদগী শমজোক্লাক্পা কোঙ্কোই, মচা নিপা লাখমতোন থোক্লক্কুনা মৈতিংঙুদা লান্লে হায়না চংজরকখি । শমজোক্কী লান লোইবদগী মৈতিংঙুনা শমজোক্ নিংথৌ মপা মচাবু পুদুনা হনলক্পনা ৱাকচিংগী নিনি পানবা থাঙজদা সনা কোনুংদা থুংলখি। শমজোক্কী লান্দা থাংজমচা হিদং খাগোক্পনচিংবা মীওই ১০ নোংমৈনা পান্দুনা শিখি । লান্দা শিখিবা পুন্নমক মৈতিংঙুনা পোৎলোইদুনা, মথৌ মঙম পুন্নমক্ পাঙ্থোক্পিরম্মী । মমাং চহিদা তেখাও চৎলুবগী পাওহনবা বামোন হঞবা অমসুং ক্যামগৈ অয়াংবগা মখোয় অনিবু থাসিগী ২২নি পানবা ইরাইদা অমুক তেখাওদা থারম্মী।

মৈতিংঙু পামহৈবনা মমোম ইবেম্মা লুহোংদুনা থাজগনি হায়দুনা মৈতে লৈমা ওক্পা লাক্পা অৱা লুচিংবশিং ফোংদা হিথাংফমদা হাংখিবা, কয়া অমনা ফাদুনা পুরকখিবা, লোয়ননা অৱা নিংথৌ মপুধৌগী মমল য়াম্লবা সনা লুপা তম্ফানা লৈতেংবা হিরেন হিজাওবু শিংজংনা শিংকুপ শানা য়ানথৎতুনা মাংহনখিবা অমদি ইকাইবা নংখিবা অসিদা অৱা নিংথৌনা য়াম্না শাওরম্মী । মহাক্না মৈতিংঙু পামহৈবগী মথক্তা লান্তাদুনা লমন খুম্নবা কংলৈপাক্তা লান্তারক্লম্মী। লান্তারক্পগী পাওসি মংশাগী খুনলাক্পা তখেন কৌবনা অবোননাইশিংগী মফমদগী তাবা ফংলম্মী । লান্তারকপগী পাওসি হেক ফংবগা মংশা খুনলাক্পা তখেন্না মী থারক্কুনা মৈতিংঙুদা লান লাক্পগী পাও পিররে।

**অৱানা লান্তারকপা -**

অৱানা লান্তারকপগী পাও হেক ফংবগা মৈতিংঙু পামহৈবা অৱাশিংনা কংলৈপাক্ য়ৌরকত্রিঙৈ তমপাক্ তারক্তনবা লমখাংদা থৎতুনা লান থেংনরুনবা ফাইরেনগী থানিন (খৃ: ১৭১৮গী জানুৱারী, ফেব্রুৱারি) নোংমাইজিং নুমিৎতা

মৈতিংঙু মশামক্না লানচিংপুরেন ওইদুনা মৈতৈগী অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোলবু লুচিংদুনা অৱাগীদমক্তা খোংশানলম্মী । মৈতিংঙুনা মংশা য়ৌবগা মংশাগী লৌথেংকোইদা মৈতৈ তেঙ্গোল লানবন শাদুনা অৱাগা লাম্থেংননবা শেম শাদুনা লৈরম্মী। মংশাগী লৌথেংকোইদা অৱাগা মৈতৈগা অকন্নবা লান শোক্লরম্মী। লানফম অসিদা অৱানা লাম্মী মশিং য়াম্বা হেনবা অমসুং খুৎলাই ফবা হেনখিবনা অৱা লাম্মীনা তকশিনলক্পদগী মৈতৈগী লাম্মী খাংবা ঙমদদুনা নিংহন্নদুনা চেনবা হৌরে। লুরবা পুংফম অসিদা লানচিংবা পুখ্রনবা হাওবমচা ময়োনঙম্বা তেন্না মমিৎতা পান্দুনা শগোলথক্তগী তাদুনা শিরম্মী । মৈতৈ লাম্মীনা নিংহন্নদুনা চেনবা হৌরক্লবদা [1]পোলিবা লমথোক্লা অৱা লাম্মীশিংগী মরক্তা শগোল কন্না থৌজিনখিদুনা অৱা লাম্মীশিং তানখাইরগা মখোয়গী লুচিংবা চৌথাপপু ফাদুনা পুরক্লম্মী । অৱা লাম্মীশিং মখোয়গী লুচিংবা চৌথাপপু ফাবদগী তেঙ্গোল কাইদুনা চেন্নখিরম্মী। অৱাগী লানচিংবা চৌথাপ ফাবদগী মৈতৈ লাম্মীগী মফমদা অনৌবা থৌনাগী ইনোৎ অমা অমুক হাপ্তুনা অৱাশিংবু তান্নদুনা লান শোক্লরম্মী। অৱা লাম্মী কাইদুনা চেন্নখ্রে, অৱাবু মায়থীবা পিদুনা লান ঙমলম্মী । পোলিবা লমথোক্লা অৱাগী লানচিংবা চৌথাপপু [2]টা তোংহন্দুনা মীহাৎ থিনা হাৎলম্মী। লানফম অসিদা অৱাগী লানচিংলেন মথংখনবা তরুং তেক্ৱা য়াওনা অৱা লাম্মী ১৫৭ ফারকখি। নোংমৈ ১৬০ শগোল ১০ খোমলকখি । অৱাগী লান লোইদুনা হনলক্পনা মৈতিংঙুনা ফাইরেনগী ২৩নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা ম্না কোনুংদা থুংলখি। মৈতিংঙু পামহৈবনা পোলিবা লমথোকনা অৱাগী লানচিংপুরেন চৌথাপপু ফাদুনা মৈতৈনা লান্দা মায়পাক্পা পুরকখিবগীদমক্তা ইকাই খুমনবা উৎলম্মী। মতমসিদা পোলিবা লমথোক মিয়াৎ তাদুনা কৈশুমশঙ্দা লৈরিবা মতমনি, মিয়াৎ তান্না তান্না মহাকপু লান শোক্লবা পুরম্মী । মৈতিংঙুনা পেনলদুনা মহাক্না কৈশুমশঙদা লৈবগী অৱাৎপা মতম অদু কোক্পিখি লোয়ননা লৈপাক্ নিংথৌগী থৌ পুন্নমক কোকপিরম্মী।

---

[1] *পোলিবা লমথোক্ :- পোলেম য়ুমনাক শাগৈদা পোক্পনি, মহাক্কী মমিংদি লমথোক্ কোই । পোলেম শাগৈ পোক্পা মচানি হায়দুনা পোলিবা কৌনবদগী পোলিবা লমথোক হায়না কৌনখি।*

[2] *টা তোংহনবা :- মী অদুগী মকোক্তগী মথুন ফাওবা টানা লেংদুনা টা অদু লৈপাক্তা য়ুংদুনা থম্বা অদুবু খংনৈ ।*

শমজোক্কী পাঙ্গা ফুরুপ অসিনা লান্দা মায়থিবা ফংদুনা মখোয়গী নিংথৌ কোঙ্কোই অমদি মচা নুপা লাখমতোন ফাদুনা কৈশুমশঙ্দা থমলিবা অসি ফাওবদা মৈতিংঙুগী মখা পোনবা লোইহাবা ওইনা লৈবা অসি সুকপাম পামলমদে। মরমসিনা খৃ: ১৭১৮গী শজিফু তাদা শমজোক্কী পাঙ্গা ফুরুপশিংনা অমুক লাংবা হৌরক্লম্মী। থাসিগী ১৯ পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা ঙাংবম কৈরুংবনা লুচিংদুনা শমজোক্কী ইরাং নমথবা চৎলম্মী। ঙাংবমচা কৈরুংবনা শমজোক্কী ইরাং হৌরকপা অদুব লাক্শিন্দুনা থনমলগা লমহেন তুহেনবা মখোয় তরেৎ ফাদুনা পুরকপনা কালেনগী ১৮নি পানবা নিংথৌকাবদা স্না কোনুংদা থুংলখি। ঙাংবমচা কৈরুংবনা থুংলবা নুমিৎ অসিমক্তাদা অহল্লুপ পানাগী লুচিংবা শেলুংবা হাওবম অকোংনা শমজোক্কী ফৌ ফোইদোক্পা চৎলম্মী। শেলুংবা হাওবম অকোংনা শমজোক্কী ফৌ ফোইদৎলমলগা পাঙ্গা ৯ ফাদুনা পুরক্লম্মী। লাংবন থাদা মাইবা থিয়াম শেল্লুংবা পুকচাওনা লুচিংদুনা শমজোক্কী ফোইদৎহৌদবা ফৌ লোক্পা চৎলম্মী, মদুদা পাঙ্গা লমহেনবা ২ ফারকখি। শমজোক্কী ইরাং অসি নেমথবা লৈরমদে। শমজোক্কী ইরাং কনখৎলক্পদগী মৈতিংঙু পামহৈবা মশামক চৎতুনা হকথেংননা শমজোক্কী ইরাং লাক্শিন্নবা থৌরাং তৌরম্মী। লমতা থাগী ২নি পানবা (খৃ; ১৭১৯ ফেব্রুৱারি - মার্চ) নোংমাইজিং নুমিৎতা ঙাংবম কৈরুংবা, শনথিনবা কৈরুংবা, হীদাক্ফু ফানবা কবো কোপেং, শাৎপম শেলুংবা লুচিংবা মঙাবু হান্না শমজোক্তা লানলুম্বা থাখিরম্মী। হান্না চৎখিবা লানলুম্বা কাংবুগা শমজোক্কী পাঙ্গাগা খুৎথোক্লবদগী পাঙ্গা ১৪ ফারম্মী অদুগা ১০ অমনা হাৎলম্মী। থাসিগী ৫নি পানবা য়ুমশাকৈশাদা মৈতিংঙু পামহৈবনা লুচিংদুনা শমজোক্তা লান্তাবা খোংশানলি। অদুগা থাসিগী ২৪নি পানবা নিংথৌকাবদা শমজোক্কা লান শোক্লরম্মী। লান অদুদা মৈতৈগী মায়কৈদা হিদং লাইরেন মুবনচিংবা য়াওনা মীওই ৩১ শোক্খি। অদুগা লাম্মী মঙানা লামমৈ থাবদা লামৈনা চাক্তুনা শিরম্মী। লান অসিদা শমজোক্কী পাঙ্গা ২৫ ফারকলম্মী। চহি অসিদা শমজোক্কী মথক্তা তরুকলক (৬) লান্তারম্মী।

**ৱায়েনবম থম্বাল লৌবা -**

ৱায়েনবম থম্বাল অরাম্বম সনাগী নুপীনি, মপুরোইবা সনা নাদুনা লৈখিবদগী নোংমা ষনঙাক - ষনশেন পালি তাবদগী থম্বালনা মপুরোইবগী মহুৎ মরেং শিন্দুনা খোইদোম পাৎকী চীংজিন ঈরোইশেম্বদা শনঙাক - শনশেনলম্মী। নুমিৎদাংৱাইগী মতম ওইরক্লবদা থম্বালনা - ষন - ঈরোইশিং কোইহোই হোইদুনা

যুমদা হোইগৎনবা লাক্লরম্মী । মতমসিদা মৈতিংঙু পামহৈবসু নোংচুপ চীংয়া য়েংলুবগী সনা কোনুংদা হনলকপগা, থম্বালনা শন-ঈরোই কোইতান তান্নদুনা হোইগৎনবা লাক্লরিবা অদুগা মায়য়োক্লরম্মী । মৈতিংঙুনা ব্রায়েনবম থম্বালগী নিংথিরবা চুং ফিরালচাবা চেংলৌ শক্তম্মু উবদা শগোন খান্নগা থম্বালবু য়েংদুনা লৈখি । ঙাইহাক্ লেপ্তুনা য়েংলগা কাওরেন শন, ঈরোই হোইগৎতুনা ময়ুম তম্না চৎলিবী থম্বালদা শন-ঈরোই হোইগৎলক্লিবা নংবু কনানো হংলম্মী। ইবেম্মা থম্বালনা মৈতিংঙু নিংথৌনি হায়দুনা থাপলপ্পা খুরুমলগা শন-ঈরোইশিং হোয়জিন্দুনা ময়ুমদা চংখিরম্মী। পামহৈবা নিংথৌসু মনাই মশানশিংগা স্না কোনুংদা লাক্লম্মী। মথংগী নুমিৎতা মপুরোইবা অরাম্বম সনা নাবগী ঙমু উশিন শিন্নবা অয়ুক্তা কৈথেল অচৌবা খ্বায়রমবন্দা ঙামু লৈবা কারক্লম্মী। মৈতিংঙুগী মনাইশিংগা থম্বালগা কৈথেলদা ওক্লবদগী থম্বালবু ফাদুনা পুরক্লগা মৈতিংঙুদা কৎলম্মী । থম্বালনা মৈতিংঙুদা ননাইদি খুয়া লুখুম ফমশেন্নদুনা নারিবা ইপুরোইবগী ঙমু উশিন শিন্নবা লেমলৈ ঙামু লৈবা লাক্পনি, থাদোক্পিয়ু কন্না হায়জরম্মী । থম্বালনা হায়জবা অমত্তা মৈতিংঙুনা তাবিখিদ্রে । থম্বালনা মপুরোইবা নাবগী উশিন শিন্নবা থাদোক্পীয়ু হায়জবা তাবিবগী মহুৎতা, মনুংদা অঙম অথৌ মনাইশিংগা লোৎনা ব্রা তান্নদুনা অরাম্বমগী ইংখোলদা নারোন নাথুপ্পা লোৎনা য়ারৌ শাতানবা শানা লাক্লগা মাঙ্গোলদা ফম্না থম্বাল হনলক্পা ঙারিবা সনাবু টানা থিন্দুনা হাৎলম্মী। অদুগা থম্বালবু নমদুনা মৈতিংঙুগী তালোই ওইনা লৌরম্মী।

মতম অসিদা অঙোম চাওবা/গোপি/শেখর মৈতিংঙু পামহৈবনা ফম তাহনদুনা মফম তানা লৈরি। মহাক্না মৈতিংঙুগী মথক্তা লমন অমুক্তা খুমগে খন্না শেন্নদুনা লৈরিবা মতম্নি। মহাক্না খুদোংচাবা অসি য়াম্না চেক্শিন্না হৈশিংনা লৌদুনা থম্বালগী মনাক্তা লোৎনা চংলক্তুনা অফবা মরি থম্নবা হোৎনরম্মী । অঙোম চাওবনা থম্বালগী মী শাদুনা থম্বালবু থেমদুনা পুক্লিং ফাথরম্মী । থম্বালগী মফমদা হায়রম্মী, ইবেম্মানা তৌরিবা মতৌ অসিনদি, ইবেম্মনা লমন শিংনিংবা লৈরবসু শিংবা ঙমলরোই, ইবেম্মনা তৌগদবা থবক্তি, ইবেম্মানা য়াশিন্নদুনা ইনিংথৌবু ব্রাশকহনগদবনি । ব্রাশক্তি ইবেম্মাবু লৈপাক্কী মমা ওইবী লৈমরেনবী হাপ্পা, ইবেম্মানা পোক্চবা নচা অহন্দা নিংথৌ খুবম পিবা হায়না ব্রাশকহন্দুনা থৌজাল অসি লৌশিন্দুনা খুবম চেৎনা লৈবিগদবনি। নচা ইবুংঙোনা মনুং মতম চারবদা ব্রাশক্লখিবা মতুং ইন্না নিংথৌ খুবম লৌহৈবা, ইবেম্মাসু লমনশিংনবা ননাইগা মনুংদা মরম পুম্বা লোৎনা শিনগদবনি। ইবেম্মা থম্বালনা মপুরোইবা হাৎখিবগী

লমন খুমনিংবগী নুংঙাইতবা ৱাখনগী পোৎলুম মতম পুম্বদা পুদুনা লৈরম্মী । ইবেম্মা থম্বালনা মহাক্কী নুংঙাইতবা পুম্নমক থম্মোইনুংদা কিশি চেৎনা কিশিন্দুনা থমলগা মৈতিংঙুগী মফমদা অঙোম চাওবনা তাক্লম্বা মতুং-ইন্না ৱাশক্ অমতদি পিনবীয়ু হায়না নিজরম্মী । মৈতিংঙু পামহৈবা হরাও হরাওনা ইবেম্মানা ননিং থুংগদবা লৈরবদি ৱাশক্ অদু য়াগে হায়রম্মী। ইবেম্মা থম্বালনা মৈতিংঙুদা, লৈমারেনবী হাম্পীয়ু, অদুগা অনিশুবদা ইচা অহন্দা কংলৈ নিংথৌ খুবম্মু মহুৎ শিন্বা পিনবীয়ু । মৈতিংঙু পামহৈবনা থম্বালগী মনিং থুংনবা, থম্বালবু লৈমারেন হাম্পা অদুগা পোক্লকপা মচা নুপা অহনবু নিংথৌ খুবম শিন্নবা ৱাশক্কুনা য়ারম্মী। খৃ: ১৭২০গী (জানুৱারী) ৱাকচিং থাগী ২৬নি থাংজা নুমিৎতা ইবেম্মা ৱায়েনবম চনু থম্বালনা মচাইবুংঙো সনাহল/চিৎশাই/শামৈরাং/মেংখোম্বা পোক্ই।

মৈতিংঙু পামহৈবনা লুচিংদুনা লৈপাক্ মীয়াম্না নিমান্দি লাইমিং লৌদুনা চৎলবসু লৈপাক মীয়াম্না কয়া পাম্না চৎপা লাইনিং ওইরমদে । গোপালদাস মশামক্না লৈপাক্ অসিদা হৌদোক্চবা নিমান্দি লাইনিং অসি মপুং ফানা পাম্না চৎলরোই খংবদগী খৃ: ১৭২০গী থৱান তাগী ২৫নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা কংলৈপাক্ মণিপুর থাদোক্কুনা মরৈপাক্তা হনখিরম্মী । মহাক্না হনখ্রবসু মীওই খরাদি নিমান্দি লাইনিংবু পামনা চৎতুনা লৈহৌখি ।

খৃ: ১৭২১ গী শজিফু তাদা মৈতিংঙু পামহৈবনা লুচিংবা তেঙ্গোল অমগা অহল্লুপ পানাগী হাওবমচা কোপেংনা লুচিংবা তেঙ্গোল অমগা, তেঙ্গোল অনি থোক্না তোমান নমমোন্দা লান্তাবা চৎলি। মৈতিংঙুনা লুচিংবা তেঙ্গোলনা খুঙ্গং ১৩দা লান্তরম্মী। অদুগা অহল্লুপ পানাগী হাওবমচা কোপেংনা লুচিংবা তেঙ্গোলনা খুঙ্গং ৪৫দা লান্তারম্মী। তেঙ্গোল অনি অসিগা খুঙ্গং ৫৮বু চাইখাইদুনা মাংতাক্হনলম্মী । লান্দুদা লানফা ২২ ফারক্লম্মী । শান্তিদাস মহন্তা চীংঙাদা লৈরম্বগী থংবীচৌদা য়ুম হোংলম্মী । মদুদা মৈতিংঙু পামহৈবা য়াওনা খৃ: ১৭২২ (জানুৱারী) ৱাক্চিংগী ৮নি পানবা ইরাই নুমিৎতা শান্তিদাস মহন্তবু থংবিচৌদা থিনবীরুই । চহি অসিদা শমজোক্ লানলুম্বা পুন্না মরিরক(৪) চৎলুই । অদুগা শমজোক্কী ফৌ য়ৈবনা অনিরক চৎলুই । অদুদা অশি-অচং পুন্না ২২ ফারকখি।

মৈতিংঙু পামহৈববু শাক্ষা/শক্তা লাইনিংদা লাইমিং লৌবিখিবা গুরু গঙ্গাধর অচায্যগী ইংখোংন্দা ময়ুমগী ওইনা কৃষ্ণগী থৌগল চৎচনবা কৃষ্ণগী লাইশঙ অমা খৃ: ১৭২২গী কালেনগী ৫নি নিংথৌকাবদগী শাবা হৌরগা থৱান থাদা শাবা লোইদুনা থাসিগী ২২নি য়ুমশকৈশদা কৃষ্ণগী কিয়োং লাইশঙ শঙ্গারম্মী । কৃষ্ণগী

কিয়োং লাইশঙ শঙ্গাবা অসিদা মৈতিংঙু পামহৈবনা পেনলদুনা লৈপাক্কী অঙম অথৌ, খুৎনাইবা, মীৎনাইবা, বামোন, কোনোক্ খাক্তনা লন য়েনবীরম্মী মৈতিংঙু পামহৈবা হিন্দু লাইনিং লাইশোন্দা অসুম অসুম চংশিনলক্খিবনা মৈতৈগী হান্নদগী চারকপা চিঙ্গাক্তা অথিংবা কয়া পিবা হৌরকলম্মী। মন শা চাববু মাংই হায়না থিংবা হৌরক্লে । লমহেন তুহেন্দুনা চারুবশিং লৈপাক্ মীয়াম মমাংদা খুঙ্গোইনদুনা ইকাইবা পীরম্মী। কৃষ্ণগী কিয়োং লাইশঙ শঙ্গারবা মতুং লাংবন থাদা কৈরোইগী শাগে ৭ না শন শাবু চামিন্নরম্মী। মসিদা মৈতিংঙুনা মাংই হায়দুনা য়ৈদুনা (ফুদুনা) লৈপাক্ মীয়াম মমাংদা খুঙ্গোইনরম্মী।

চান্দা লান্তাবা -

খৃ: ১৭১৭কী শমজেক্ লান্তা চান্দা খুন অসি মৈতিংঙুনা লান্তাদুনা মৈ থাদোক্তুনা অঙ্গোই ওনহনলম্বা অদু অমুক খুনলিংদুনা মৈতিংঙুবু শিংনবা হৌরকখি। চান্দা অমুক লান্তানবা (খৃ: ১৭২৩ জানুৱারী - ফেব্রুৱারী)ফাইরেনগী ১২নি পানবা য়ুমশকৈশাদা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা খোংশানলম্মী। শমজোক্লা লাংলক্পা য়াবগী ফিবম উবদগী, চেক্শিন থৌরাং লৌখৎতুনা য়ুমলেম্বমচা কোপেংনা লানচিংবা লান্মী তেঙ্গোল অমবুনা শমজোক্ ঙাক্লবা থনমলগা মৈতিংঙুনা চান্দা চংশিন্দুনা লান্তারগা চান্দাবু অমুক হন্না মৈ থাদোক্তুনা তাঙ্গোই ওনহনলম্মী। মৈতিংঙুনা লান মায়পাক্তুনা লান্ফা ৪৬০ ফারকখি। মৈতিংঙুনা চান্দাগী লান লোইদুনা শমজোক্তা হনলক্লগা শমজোক্পু ঙাক্শেন্দুনা লৈরিবা য়ুমলেম্বমচা কোপেংনা লুচিংবা তেঙ্গোলগা পুন্না শমজোক্তা লান্তাদুনা চাইখাইরম্মী।

তখেল্লা লান্তারকপা -

মৈতিংঙুনা চান্দা অমসুং শমজোক্তা লান্তাবা চৎখ্রিঁৱৈদা তখেল্লা লান্তারক্তুনা হাওলম্বু ৪গা অইমোন তরুক্তা (৬) ফাদুনা পুখিবগী পাও লমতা থা হৌগৎলকপদা ফংলম্মী। তখেল্লা লান্তারকপগী পাও হেক ফংবগা নাহারুপ পান্নাগী শঙ্লেন লাক্পা স্নাসমচা হোংলাইগা বামোন হঞ্জবা স্বরুপান্দ অনিনা লুচিংদুনা তখেন লান ঙাক্পা চৎখিরম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবসু চান্দা অমসুং শমজোক্কী লান লোইদুনা হনলক্পনা খৃ: ১৭২৩গী কালেনগী ৮নি পানবা য়ুমশাকৈশাদা স্না কোনুংদা থুংলখি। মৈতিংঙু পামহৈবনা অৱাদা নুমিৎ ৮০ নিরোম লৈরম্মী। চহি অসিদা শমজোক্তা তরুকলক (৬) লান্তাখি, পুন্না লানফা ১০ ফারকখি। মৈতিংঙু স্না

কোনুংদা থুংলবনা তখেন লান ঙাক্পা অহানবা চৎখিবশিং অদুবু মতেং পাংলুনবা কালেনগী ২৯নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা অহল্লুপ শঙ্লেন লাক্পা হাওবমচা অকোঙ্না লুচিংবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা থারম্মী। নাহারুপ শঙ্লেন লাক্পা হোংলাই অমসুং অহল্লুপ পানাগী শঙলেন লাক্পা অকোংগী অপুনবা লাম্মীগা তখেন্গী লাম্মীগা খুৎথোক্লদুনা অকনবা লান শোক্লরম্মী। লান অদুদা লাইতোঞ্জম কোংয়াম্বা য়াওনা মৈতৈ লাম্মী ২৯ শিখি । তখেনগী লানফা অনিখক ফারকখি। লান লোইদুনা হনলক্পনা ইঙা থাগী ২৭ পানবা য়ুমশাকৈশাদা স্না কোনুংদা থুংলখি।

**ওকলোইবা থিংবা -**

মৈতিংঙু পামহৈবনা শান্তিদাস মহন্তনা লৈপাক্ অসিদা শন্দোক্পা হৌবা হিন্দু লাইনিংগী শরুক অমা ওইরিবা রমান্দি লাইনিং, লিচৎ চৎখিবদগী শান্তিদাসগী পাওতাক্ লৌদুনা পারি পুরি; মৈহৌরোন্দগী চানরক্লবা চিনজাক্তা অথিংবা পিবা হৌরকখি। মৈতৈনা য়ুমলক্তা ওক লোইবশিংবু মাংই হায়দুনা মৈতিংঙু পামহৈবনা চহি অসিগী থৱান থাদগী য়ুমলক্তা ওক লোইবা থিংবা হৌরম্মী । হায়বা ইন্দদুনা ওক লোইবাবু চৈরাক্ পীদুনা লোইথরম্মী। লমাখাংগী হিন্দু লাইনিংনা অশেং অমাংগী থাক নোংমা নোংমগী ৱাংবা অসুম হেনগৎলকখি । মৈতৈনা শা চাববু মাংই হায়না থিংবা হৌখিবদগী চিঞ্জাক তিন্নরম্বা, লাইনিং লাইশোন অমতা ওইরম্বা, লিচৎ তিন্নরম্বা চীংমী তম্বী অমতা ওইনা লৈরম্বা অসি নোংচুপলোমগী হিন্দু লাইনিংনা লাপথোক্লহনলকখি। লাইনিং অসিগী মরুমদা বামোনশিংনা অশেং অমাংগী চৈখন শেম্বা হৌখিবদগী লাইনিং লিচৎ অসিগী মরুম থুপ্না নোংমা নোংমাগী অৱাংবা থাক্তা মখোয়না অসুম লৈবা হৌরকলম্মী ।

**উমংলাই ৯গী লাইশং থুদেক্পা -**

মৈতিংঙু পামহৈবদা শান্তিদাস মহন্তনা লৈপাক্ অসিদা লাৎলিবা উমংলাই ৯ অমসুং লম্মাবী ২বু লাৎলগুমসি হায়না ইনশিলম্মী । অদুদা য়াদুনা মৈতিংঙু পামহৈবনা উমংলাই ৯ অমদি লম্মাবী অনিগী লাইশঙবু লমতা থাগী নোংমা পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎতা (খৃ; ১৭২৩ ফেব্রুৱারী - মার্চ) থুদেক্নুনা মাংহনলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবা, লৈপাক্ খোইনা মিরাংবু ফাদুনা পুরক্লগা মহমদা থমদুনা ঙংবদগী মিরাংনা লৈপাক্ খোই ওনখিবগা পাংখক ওইখ্রে । মৈতিংঙু পামহৈবা অফ-ফত্তা, অচুম-অরানগী ৱাখন অমত্তা খনবা ঙমখিদ্রে

শান্তিদাসনা হায়রবদি অফবা অচুম্বা ঙাক্তা ওইনা লৌখ্রে। উমংলাই ৯ অমসুং লম্মাবী অনিগী লাইশঙ থুদেক্খিবা মতুং হিয়াঙ্গেগী থানিন ইরাই নুমিৎতগী অমাইবা অমাইবী অমদি মায়চৌশিংবু ইরাৎ থৌনি, লাইথৌ তৌবা তোক্হন্দুনা [১]লাইনিংথৌ নোংশাবা, [২]য়িমথৈ লাই, [৩]পানথোইবী [৪]তাইবং খাইবা লাইনিংথৌ স্না মহী লাই মরি অসিবু বামোনশিংগী মফমদা শিন্নদুনা মখোয়বু ইরাৎ লাইশোন, লাইথৌ তৌবা হৌহনলম্মী। মৈতৈগী তাইরেন পুংফাইগী মহুৎ তুলাসিনা শিন্দুনা ইরু ঈশিং তৌবা হৌরম্মী। লোইননা মায়চৌ চীংউবা খোংনাংথাবা য়াওনা মায়চৌ অহুম্মু মাইবা লোইশঙ হন্থবা থাক্তা ইম্লোক্তুনা থম্বীরম্মী। অদুগা শান্তিদাসবু মায়চৌ লোইশঙদা পুখৎতুনা অৱাংবা থক্তা থমলম্মী।

তখেন্দা লান্তাবা -

মৈতিংঙু পামহৈবা মীনা লাক্চবা য়াদবা নিংথৌনি চহি অসিগী ইঙা থাদা তখেনগা লান শোক্লখিবদা তখেন্না লাক্চদুনা মৈতৈ লান্মী ৩৯ শিখিবা অদুগী লমন খুম্নবা হিয়াঙ্গেগী ২৯নি পানবা ইরাইদা নাহারুপ লাক্পা স্নাসম হোংলাই অমসুং ৱাংগোল কৈরুংবা থাংজমচা কোপেং অনিনা লুচিংবা লান্মী তেঙ্গোল তখেন্দা লান্তারুনবা থারম্মী। তখেন লান্মীনা হান্না লানলুমদুনা লৈরমদুনা পুরুম চীংগী চীংথক্তা তখেন্না খংহৌদনা মৈতৈ তেঙ্গোলগী মথক্তা লান্তাশিনলক্তুনা মৈতৈ ২০ শিখিরম্মী। মৈতৈ লান্মীগী ফিবম চাদবগী পাও ফংবদগী শাপম কিয়াম্বা লাইফম পানা লাক্পনা লুচিংবা অহেনবা লান্মী পুরুম চীংদা লেমহৌবা লান্মীশিং কনলুনবা থাজিনলকখি। মথংগী নমিৎতা মৈতিংঙু পামহৈবনা লুচিংদুনা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা তখেনগা লানথেংননবা খোংশানলম্মী। তখেল লান্মীদি মৈতৈ তেঙ্গোলবু থুগাইরমলগা পন্থবা তৌদনা হনখিরম্মী। লানথোংনগদবা তখেন লান্মী লৈরমদমদগী মৈতিংঙু লান তৌনদনা হনলকপনা পোইনুগী ১০নি পানবা ইরাইদা স্না কোনুংদা থুংলখি।

তখেন্না অৱাগী মতেং নিবা -

মতম অসিদা তখেন (ত্রিপুরা) লৈপাক্ অসি য়াম্না পাক্চাওনা শন্দোক্তুনা লুশাই (মিজোরাম) চীংশাং, কাছারগী খাথংবা লম অয়াম্বা তখেনগী লম ওইরম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবসু নোংচুপলোমদা লোইলম শন্দোক্পা হৌরকখি। মৈতিংঙু পামহৈবনা তখেন নিংথৌগী লোইলম ওইরম্বা খুঙ্গংশিং, তখেন, লাংথা, লাংলোই, খাংয়ান অমসুং খোইশোই তোল্লোং লৌশিনদুনা মৈতৈগী লোইলম

ওইনা থমলম্মী । অসিদসু নত্তনা তখেন্না খারোমদা লৈবা খোংশাই খুন্দা লোইপোৎ লৌবা লাক্পদা মৈতৈ লাম্মীনা ইতুয়া তুরেনগী তমপক্তা তখেন লাম্মীশিং হাৎলম্মী । মখোয়গী শগোল মুনহৌলম্মী। মখোয়গী দোলাই অমসুং পুংজাও য়াম্থুৎতুনা মাংহনখিরম্মী । তখেন নিংথৌ ধরম মনিক্যনা মৈতিংঙু পামহৈবগী মথক্তা লান্তাদুনা লমন খুম্বা পামলম্মী । মহাক্না মৈতিংঙুগী মথক্তা লান্তাদুনা লমন খুম্বা অরাইবা অমদি ওইদ্রি, মৈতিংঙু পামহৈবা লাক্না ফানবা ঙমদনা মচিন তুমখৎলকলিবা নিংথৌনি । অৱাবু মায়থিবা পিদুনা নোংপোক্ লোমদা লেপ্পা লৈতনা লোইলম শন্দোক্লিবা নিংথৌনি । পামহৈবগী মতিক মথৌনা মপাঙ্গল অসিদা পামহৈবা নিংথৌগী মথক্তা লান্তানবা মীচং খোম্বা তারম্মী । তখেন নিংথৌনা পামহৈবগা অৱা নিংথৌগা য়ান্নদবা অসি মুন্না খংদুনা অৱা নিংথৌ টানিনগানউইগী মফমদা মহাক্কী লানচিংপুরেন পঞ্চমরাইবু থাদুনা লান নেক্লম্মী । অৱা নিংথৌ মতম অসিদা মৈতিংঙু পামহৈবগী মথক্তা লান্তানবা য়াম্না চাওনা থৌরাং তৌদুনা লৈবা মতম ওইরম্মী । অৱা নিংথৌ টানিনগানউইনা তখেন নিংথৌ ধরম মনিক্যগা পুন্না পামহৈবা নিংথৌগী মথক্তা লান্তামিন্নসি হায়বা অদু হরাওনা য়ারম্মী । অৱা নিংথৌনা তখেন লাইবার পঞ্চমরাইগা অনিনা কংলৈপাক্তা মতম অমতদা থাঙ্চপ্পনা নোংপোক্ নোংচুপ অনিদগী লান্তানবা লেপনরম্মী । অৱা নিংথৌগা তখেন লাইবারগা অনিনা মৈতৈ নিপা মখৈ হাৎলগা অৱা অমসুং তখেন নিপাশিং থাজিন্দুনা অতোপ্পা ফুরুপ অমা শেমশি লেপ্পরম্মী। লান ঙমলবা মতুংদা ইম্ফাল তুরেনগী নোংপোক্ থংবা মখৈনা অৱাগী লম ওইবা, অদুগা নোংচুপ থংবা মখৈনা তখেনগী লম ওইবা, হায়না হান্ননা যেনথোক্লরম্মী। ৱাক্চিং থাদা মৈতিংঙু পামহৈবগী মথক্তা তখেন অমসুং অৱা অনিনা চপ মান্ননা লান্তাশিনলমসি হায়না য়ান্নদুনা তখেন লাইবার পঞ্চমারাই নুংঙাইবা পাওবু পুদুনা মরৈপাক্তা হনখিরম্মী।

মৈতিংঙু পামহৈবনা অৱা অমসুং তখেন লৈপাক্ অনিনা পুন্না লান্তামিন্নরক্লবা ৱালেপ্পখিদুনা লান্তারক্লবগী থৌরাং তৌরিবা অদু অরোননাইশিংনা পাও পিরক্লুনা খংলম্মী । মৈতিংঙু পামহৈবা য়াম্না মিৎকুপ নাহুম শিংনা পানবা নিংথৌনি । লৈপাক অসিগী মনুং অমসুং মপান্দা অরোননাই ময়াম অমা থাদোক্লুনা লৈপাক্কী ঈ পাও লৌদুনা লৈরম্মী । অৱা অমসুং তখেন্না পুন্না লান্তারক্লবা থৌরাং তৌবগী পাওসি ফংবদগী মৈতিংঙু পামহৈবনা য়াম্না থুনা লৈপাক্ অনিনা লান্তারকপবু থেংন্নবা চেক্শিন্না থৌরাং তৌনা শেমশাদুনা লৈরম্মী।

**অৱানা লান্তারকপা -**

মৈতিংঙু পামহৈবা তখেন লান চৎলুবা হনলক্লুনা সনা কোনুংদা লৈরবা নুমিৎ ২৩নি শুবদা, অৱানা নিংথি মপান্দা লান কারকপগী পাও ফংবদগী ৱাক্চিং থাগী ১২নি পানবা ইরাইদা শনথিবম কৈরুংবা অমসুং হুইদ্রোম্বা পনশা অনিনা লুচিংবা তেঙ্গোল অমা অৱাশিংবু তাম্থোক্খিনবা থাখিরম্মী । অৱা নিংথৌগী মচা ইবুংঙো মঙ্এ কেঙ্তু ঙম্বা (চকপা মখাওঙম্বীগী মচানুপা)না লানচিংপুরেন ওইবা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অমা শগোল লান্মী ১০০০, শামু লান্মী ২০ য়াওবা অসিনা ঈশিং অমসুং কাংফালগী লম্বীদা অনি থোক্লা খাইদোক্লুনা লাক্লম্মী। অৱাগী ঈশিং তেঙ্গোলগী লুচিংবনা মথং লানচিংপুরেন লক্য়া নন্দামিৎনা লুচিংলক্খি। তম্পাক্ অমসুং চীংগী লমদনা মঙ্এ কেঙ্তু ঙম্বা মশামক্লা লুচিংদুনা লান্তারকখি।

মতম অসিমক্তদা তখেনসু খা নোংচুপ থাংচিংলোমদা লান্তারলক্লম্মী । নোংচুপকী তখেন লানবু ঙাক্লুনবা অহল্লুপ পানা লাক্পা হাওবমচা অকোংনা লানচিংলেন ওইদুনা অতৈ লুচিংবা চোংথামচা খোম্বা, নাওরোইবম শকথি অমসুং খুমনথেম লুৱাংনচিংবা য়াওবা তেঙ্গোল অমা থাখিরম্মী ।

অৱাগী লানচিংপুরেন মঙ্এ কেঙ্তু ঙম্বগী তেঙ্গোলনা চীংলম্বীদা লাক্লুনা ৱাক্চিং থাগী ২৪নি পানবা য়ুমশকৈশাদা তরেৎ নমথৌচীং মতোন্দা লানবন শাদুনা লৈরমখি। অৱাগী লান্মীনা তরেৎ নমথৌ চীংতোন্দা লানবন শারববু শনথিবম কৈরুংবা লান্মী থারক্লুনা মৈতিংঙুদা পাউ পিরখি। অৱা লান্মীগা শনথিবম কৈরুংবা অমসুং হুইদ্রোম্বা অনিগী মৈতৈ লান্মীগা খুৎ খর খর থোক্লবা হৌরম্মী। মৈতৈ লান্মীনা হকথেংননা য়ান্নবা লান্দা অৱাগী লান্মীদগী ফনা হৈশিংবা হেন্দুনসু মশিং য়াম্বা, খুৎলাই ফবা অৱা লান্মীগা থেংনবা ৱারম্মী। অৱা লান্মীনা খরা খরা অসুম তকশিনলকলম্মী । লান খুৎ খরা খরা থোক্লবা হৌবা অমসুং অৱানা তপ্ন তপ্না তকশিনলক্পগী পাউবু মৈতিংঙুদা পীরকখি । অৱাগী লান্মীনা তমদা তারকপগী পাওসি ফংবদগী তখেন লানবু ঙাক্পা থাখিবা অহল্লুপ লাক্পা হাওবমচা অকোংবু থুনা য়াংনা কৌখৎখি। তখেন লানফমদি চোংথাম খোম্বা, খুমনথেম লুৱাং অমসুং নাউরোইবম শকথি লুচিংবা অহুমদা শিন্নদুনা থনলমগা স্না কোনুংদা লাকলম্মী । অৱানা লান্তারক্লুনা তমপাক্লমদা তারকপা অসিদা চীংগী তাংখুল লুহুপ্পা, কোইরেং, থঙ্গাল, কবুই, সোংবু মরিং অমসুং তরাউনচিংবা চীংমীশিংনা অৱাগা লানথেংন্নবা মাগী মাগী মতিক্ চাবা খুৎলাই পাইদুনা মৈতিংঙু

পামহৈবগী নাক্তা লাক্লম্মী। ৱাক্চিংগী ২৮ পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা হাওবমচা অকোং অহল্লুপ লাক্পা অমসুং অপুনবা চীংমী লানলোইশিংগা লোইননা মৈতিংঙুনা লুচিংবা লান্মী পুদুনা ৱাংজিং তুরেন্দা অৱাগা লানথেংনবা খোংলেংলম্মী। অৱাগী তেঙ্গোলনা ঈশিংগী লম, চীং অমসুং তমপাক্কী লম খায়না লাক্খিবা অনি অদু পুনশিনদুনা ৱাংজিং তুরেন ৱাংমা ৱাংজিং লোক্লাউপৃংদা লানবন শাদুনা লৈরম্মী। মৈতিংঙুনা ৱাংজিং তুরেন য়ৌরবগা হান্না লৈরমলিবা, লুচিংবশিংগা ৱা তান্নদুনা ৱার্কচিংগী থানিন লৈপাক্পোক্পা নুমিৎতা মায়কৈ অহুমদগী লম্থেংনবা লানলোং শিন্দোক্লম্মী। লাইফম অমসুং খাবম পানাগী লান্মীশিং পুদুনা ৱাংগোল কৈরুংহনবা থাংজমচা কোপেংনা লানচিংলেন ওইদুনা অৱাং মায়কৈদা শোক্লগদবনি। খা মায়কৈদা অহল্লুপ লাক্পা হাওবমচা অকোংগা হুইদ্রোম্বা পনশা অনিগী লান্মীনা মখাদা লান থেংনগদবনি। লানফম ময়াই থংবদনা নোংমৈ কাপ্পা লান্মীশিংগা ইরমগী তেন কাপ্পা হৈবা তেল্লোইশিংগা বামোন চক্রবর্তি অমসুং পোলিবা লমথোক্কা অনিগী মখাদা লানথেংনগদবনি। মৈতিংঙুনা লানলোং শিনবা লোয়দুনা লানচিংলেনশিংনা মাগী মাগী থৌদাং লৌনা, চংশিন্নরক্কুনা ৱাংজিংগী লৌবুক্তা লানফম ওইদুনা অৱাগা অকনবা লান শোক্লরম্মী। অৱাগী লান্মী অমসুং নোংমৈ মশিং য়াম্বা হেনখিবনা, মৈতৈ লান্মীনা অৱাগা মায়য়োক্লদুনা লানথেংনবা য়াম্না ৱানা থোক্লম্মী। অৱানা তকশিনলকপদগী মৈতৈ লান্মী খাংবা ঙমদবদগী চেনবা হৌরম্মী। মসিদা স্না পুক্লিং ৱারবা মৈতিংঙু পামহৈবনা লান্দা লোয়ননা লেংলিবা লাইনিংথৌ সনামহিগী মফমদা লান মায় পাক্হনবীয়ু, অৱাগী মাংথানা চংলক্পা শামুশিংগী মরক্তগী খ্বায়দগী হেন্না চাওবসি খোংনেৎ শা ওইনা কৎচবা ঙম্বা পিনবীয়ু হায়না নিজরম্মী। অদুগা মৈতিংঙু পামহৈবনা মৈতৈ অমসুং চীংমী লানমীশিংবু লান্দা মায়ওন্দুনা চেন্দনবা লাওরম্মী। "মমাংঙৈদগী পানলকখিবা কংলৈপাক্কী নিংথৌশিং, ইপুধৌ নোংদালাইরেন পাখঙ্বদগী হৌদুনা মৈতিংঙু তুবী চরাইরোংবা ফাওবদা কংলৈপাক্কী লম মচেৎ অমতা কনাগুম্বা মীরৈবাক অমতদা পিখিবা তৌরক্তি। ইপুধৌ খাগেম্বগী স্না হাক্তক্তা কছারগী পাঙ্লশিংনা লান্তারকপবু মায়থিবা পিখি। মীরৈবাক্কী নিংথৌ অমতনা চংলক্পা ঙমহনখিদে, অদুগুম্বা অকনবা অথৌবশিং অদুগী মচা মশুনি। নখোয় কনাবু কিবনো? লানশোক্লরিবা নখোয় কনা অমতা মায়ওন্দুনা চেনগনু"। মৈতিংঙুগী পুক্লিং থৌগৎপা ৱাহৈশিং তাবদা চীংমী তম্মী অনিগী অপুনবা লান্মীশিংনা অনৌবা থৌনা অমগা লোয়ননা অকনবা শাফুগা লোয়ননা মায়কৈ

অহুমদগী ফুজিনলক্কুনা অব্রাশিংগা হকথেংননা লানশোক্লরম্মী। হকথেংননা শোক্লবা অসিদদি মৈতৈ অমসুং চীংমী লাম্মীশিংনা হৈথোই শিংথোইবা হেনবনা অব্রা তেঙ্গোল চাইখাইদুনা অব্রা লাম্মী কয়া অমা হাৎলম্মী। অব্রাগী লাম্মী কয়ামরুম হাৎখিবা অসিদা অব্রাগী লানচিংপুরেন মঙ্এ কেঙ্দু ঙম্বগী মফমদা অকিবা নিংহন্নবা ফাওরম্মী। মখা চৎথদুনা লাম্থেংনবা তারবদি মহাক্কী লাম্মীদা হেন্না খুদোংথিনা অশি অনা, অশোক-অপন নংগদবা অদু খংলম্মী। মরম অদুনা লানশোক্লবগী অহিং অদুমক্তদা লোৎনা মখোয়গী মরুওইবা লানবন তরেৎ নমফৌ চীং থাদোক্কুনা চেনখিরম্মী। লান অদুদা খুৎশু-খুৎলাই, থাং-তেন ময়াম অমা খোমহৌখি। অব্রাগী শামু ৩, লাম্মী অচংবা অশিবা পুন্না লিশিং অনি (২০০০) ফাহৌখি। ব্রাংজিংগী লান ফাইরেনগী ৪নি (খৃ: ১৭২৪ জানুৱারী - ফেব্রুৱারী) থাংজদা লোইশিনখি, নুমিৎ অদুদা হনলক্কুনা মৈতিংঙু ম্না কোনুংদা থুংলখি।

**তখেলগা লাম্থেংনবা -**

অব্রা অমসুং তখেন্না মতম অমতদা থাংচপ্পনা লাম্তারকপবু অব্রানা হান্না তমপাক লমদা তাশিনলকখিবনা লুচিংবা অহুমদা ঙাক্হনলমলগা অব্রাগা হান্না লাম্থেংনরম্মী। অব্রানা লান লোইদুনা হনলক্পা মথংগী নুমিৎতা তখেন লাম্মীনা লান ঙমলক তৌনা তকশিনলক্পগী পাও মৈতিংঙুদা পিরক্লম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবা অব্রা লানগী হুমাং হন্দোক্কুনা পোৎথাবা ফংলমদে, মথংগী নুমিৎ ফাইরেনগী ৬নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা অহল্লুপ লাক্পা হাওবমচা অকোংনা পানা মরিগী লানচিংলেন ওইদুনা থাংজমচা চেক্শানচিংবা অকন অথৌশিং য়াওনা তখেনগা লাম্থেংনরুনবা থারম্মী। হাওবম অকোংনা থুংলবদা হন্না লৈরমলিবা মৈতৈ লাম্মীশিংদা অনৌবা পাঙ্গাল থৌনা হাপকৎলম্মী। অহল্লুপ লাক্পা হাওবমচা অকোংনা তখেন লম্বু কবো ঙাংশাববু তখেনগী লানচিংলেন ছত্রজিৎ নরানগী মফমদা লাইবার থাদুনা লান তৌনদনা নিংথিনা হনখিনবা কয়ারক হন্না হায়রম্মী। তখেনগী ছত্রজিৎ নারান্না লান তৌনদনা হনখিবা হায়বা অদু য়ারমদে। তখেনশিংবু লান তৌনদনা হনখিনবা হায়বা অদু য়াদবদগী অহল্লুপ লাক্পা হাওবমচা অকোংনা লানগী লানলোং শিন্দোক্কুনা তখেনগা লান শোক্লবা হৌরম্মী। তখেন্না লানলোং অমা তৌদুনা মৈতৈগী তেঙ্গোল থুগাইরম্মী। মৈতৈ লাম্মী মফম মরাং কংদনা লান চেন্নরম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবা তখেনগী লান য়াওনবা ফাইরেনগী ১৩ নিংথৌকাবা নুমিৎতা মোইরাংদা খোংশানলম্মী। অব্রাং পাংনা চেনখৎলক্পা মৈতৈ লাম্মীশিংগা মৈতিংঙুগা ফুবালা অমসুং নিংথৌখোংনচিংবা মফমদা

ওক্লরম্মী। লানচেনরকলিবা লাম্মীশিং অদুগা মৈতিংঙুগী লাম্মীগা পুন্না মোইরাং ক্বাক্তাদা লাক্‌মিন্নরম্মী। অহনল্লুপ লাক্‌পা হাওবমচা অকোংদি লানচেন্নরকপা য়াওদনা তখেন লাম্মীগা অকনবা লাম্থেংনরম্মী। লানফম অসিদা অহল্লুপ লাক্‌পা হাওবমচা অকোং লানচিংলেন য়াওনা মাইচৌ শারুংবমচা কিয়াম্বা, মংশা লম্বু মখোয় অহুম্বু তখেন লাম্মীনা ফাখিরম্মী। মখোয়বু ফাখিবা উবদগী [1]থাংজমচা চেক্‌শা চক্রপানিনা শগোল কন্না থৌজিনলক্লুনা মৈতৈগী লানচিংলেন ফারিবা তখেন লাম্মী অদুবু টানা থিন্দুনা হাৎলগা মখোয় অহুম্বু তখেনগী মখুৎতগী মথৱায় কনলম্মী। লোয়ননা থাংজমচা চেক্‌শানা তখেনগী লাম্মী লুচিংবা ষশনারানবু টানা থিন্দুনা হাৎলম্মী। অহানবদা তখেন্না খর ঙমলপ তৌরম্বা অদু অকোনবদদি মৈতৈনা লাক্‌চরকখি। লানফম অসিদা তখেন লাম্মীশিং মৈতৈ লাম্মীগী মখুৎতা য়াম্না খুদোংচাদনা অৱাবা থেংনবা হৌরক্লম্মী। লানফম অসিদা মৈতৈ লাম্মীনা তখেনগী লাম্মী ১০ হাৎলম্মী। মৈতিংঙুনা পুরক্‌পা লাম্মীগা লানকাইদুনা চেনলক্‌খিবা লাম্মীশিংগা পুননা লাকমিন্নরগা মোইরাংদা থুংলখি। মৈতিংঙুনা মোইরাংদা থুংলবা অসিদা মৈতৈ লাম্মীদা থৌনা য়াম্না হাপলম্মী। মৈতৈ লাম্মীশিংসু শোয়দনা লান মায়পাকলগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা অমগা লাম্থেংনরম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা অনৌবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা পুরক্লুনা মোইরাংদা থুংলখিবগী পাওসি তখেনগী লানচিংপুরেন ছত্রজিৎ নারান্না লোৎনা পাউ লৌদুনা খংলম্মী। মহাক্কী পুক্নিংদা অকিবা নিংহন্নবা ফাওরম্মী। মরমদি হান্নগী মৈতৈ তেঙ্গোল অসিগা ফাওবদা য়াম্না খুদোংথিনা মায়য়োক্লরিবা অসিদা অনৌবা মৈতিংঙুগী লাম্মী তেঙ্গোল অসিগা করম্না লাম্থেংনগনি অকনবা অচৌবা। অৱাগী তেঙ্গোল ফাওবা মাযথিবা পিখিবা নিংথৌনি। তখেলগী লানচিংপুরেন ছত্রজিৎ নারান্না মহাক্কী লুচিংবশিংগা লানগী মরমদা ৱা খন্নরম্মী। তখেল লাম্মী কয়া মৈতৈগী মখুৎতা মথৱায় থাখ্রে অদুগা কয়া অমনা অশোক অশন নংলে। মখোয় অমুক মখা শাংথনা লানশোক্লদুনা হেন্না খুদোংথিবা থোক্‌হনবা মথৌ তাদ্রে হায়না ৱালেপ্লদুনা তখেন লাম্মীশিং থাবন ফরবা অহিং অদুমক্তদা লানবন থাদোক্লুনা তখেন লৈপাক্তা চেংখিরম্মী। তখেনশিংনা লানবন থাদোক্লুনা চেংখিবা অসিবু মৈতিংঙুনা তান্নরুবা তৌদনা হনলক্লুনা ফাইরেনগী ১৬নি শগোলশেন্দা স্না কোনুংদা থুংলখি।

---

*[1]থাঙজবা চেক্‌শা - থাঙজবা চেক্‌শাবনা লানফমদা কোয়না কোয়না লৈদুনা শগোল থৌবসি, "চক্রগী মতমগুমই" হায়দুনা, শান্তিদাস গোষাইনা "চক্রপানি" হায়না মিংথোন অসি পীদুনা, "চেকসা চক্রপানি" হায়না কৌনখি।*

খৃ: ১৭২৪গী শজিফু থাগী নোংমা পানবা থাংজদা মৈতৈ লৈমা হাওবম চনু খাগী কৈথেল থানবী শিখিবগী লৃপুং থোনলম্মী। হিয়াঙ্গৈ থাদা অব্রানা লৈপাক্ অসিদা অমুক লান্তারক্কে হায়বা তৌশিন্নবা তাংকী পাও অমা শন্দোরকপা মৈতিংঙুনা তারম্মী। পাও অসি তাবগা মৈতিংঙুনা হিয়াঙ্গৈগী ১১নি নোংমাইজিং নুমিৎতা পানা মরিগী লাপ্পীবু পানা ২/২ পুল্লিনদুনা মায়কৈ অনিদা অব্রাগা লানথেংনবা থারম্মী। অহল্লুপ নাহারুপ পানা অনি অসিবু নাইচা হায়না অহল্লুপ পানাগী হাওবমচা পুখ্রনবনা লুচিংদুনা মংশারোমদা চৎলম্মী। হাওবম শগোলশেনবা হঙ্গবা কোংয়াংবনা খুনচা হায়না লাইফম খাবম পানাবু লুচিংদুনা ইপাল্লম (ব্রাংজিং তুরেনগী হৌরকফম মরু) রোমদগী চৎলম্মী। চৎখিবা মৈতৈ লাপ্পী তেঙ্গোল অনি অদুনা কবো তম্পাক্ য়ৌবদদি অব্রানা লান্তারকপা নত্তে হায়বগী অশেংবা খংখি। অব্রাশিংনা শমজোক্ লাক্পা কোংকোই অমসুং মচা নুপা লাখমতোননচিংবু ফাজিন্দুনা কৈশুমশঙদা থমলিবসু নানথোক্লবা তাৎ তৌবা থৌরাং ওইরমলে। অব্রাশিংনা লান্তাবা মানহনলম্লগা হনখিরম্মী। মখোয়গী তাৎ অদু খংবদগী তেঙ্গোল অনিমক হনলকখি।

**মংথোং হাংদুনা লূ লৌথোক্লগা নিংথি তুরেন্দা পোৎলোইবা -**

অব্রা অমসুং তখেনগী লান লোইখিবদগী শান্তিদাস মহন্তনা লাইনিং লিচৎতা অমুক লান্তাবা হৌরকখি। শান্তিদাস গোস্বাই মহন্তনা পামহৈবা নিংথৌগী মফমদা ইপা, ইপু, ইমা-ইবেন, মালেম লৈরোন চন্দুনা ফুমখিবশিংগী শরাং লুরাংথৌ (লাইবক্কী শরু) লৌথোক্নুনা অমুক হন্না মৈ থাদুনা পোৎলোইনবা চিরোন তৌদুনা হায়রম্মী।

শান্তিদাসনা হায়বা য়াদুনা লৈপাক্ অসিগী শাগৈ শলাই তরেৎমক্কী (৭) মপা মপু, মমা মবেন লাই ওইখ্রবা মালেম লৈরোন চনখিবশিং পামহৈবা নিংথৌনা সন্না য়াথং পিদুনা লৌথোক্হনলম্মী। লৈপাক্ মীয়াম্না য়ানিংদা য়ানিংদা নিংথৌগী অহৎপা য়াথংবু কিবদগী মপা-মপু, মমা-মবেন লাইওইখ্রবশিংগী মংবু অমুক তৌথোক্না মংথোং হাংনা শরাং লুরাংথৌ লৌথোক্লম্মী। মংলেন মংথোং হাংনা লৌথোক্পা শরাং লুরাংথৌশিংবু, নিংথি তুরেন্দা পুরগা মফম অদুদা অমুক হন্না মৈদা থাদুনা পোৎলোইনবা থৌরাং তৌরম্মী। মদুদা চীংউবা মায়চৌ খোংনাং থাবনা মৈতিংঙু পামহৈবগী মফমদা নিংথি তুরেন্দা পোৎলোইদনবা থিংজরম্মী। মায়চৌ খোংনাং থাবনা হায়রম্মী। হে নিংথৌ যৌজিক লৈপাক্ মীয়াম অব্রাবা

চংলবনি লুগী লূমচেৎ শৱাং লুৱাংথৌ পুদুনা নিংথি তুরেন্দা পোৎলোইবদি মৈতৈশিং অৱাগী মখা পোল্লগনি, য়েক্লবগী মীখা পোন্নৱা থৌচৎহৈদে, মংলেন মংথোং হাংদুনা শরূ ফুকপদি নিংথেম নরান ফংজগনি । চীংউবা মায়চৌ খোংনাংথাবনা মংলেন মংথোং হাংদুনা শরু লৌথোক্লুনা নিংথি তুরেন্দা পোৎলোইদনৱা থিংজববু নূংদা ঈশিং চাইবগুম খোক্ল্রে। মায়চৌ মৱা লৌখিদ্রে। মংলেন মংথোং হাংদুনা লৌথোক্পা মপা মপু, মমা মবেনশিংগী লূশিং পুদুনা ফাইরেন থাগী ২০নি (খৃ: ১৭২৫ জানুৱারী - ফেব্রুৱারী) পানবা নিংথৌকাৱা নুমিৎতা মৈতিংঙু পামহৈবা য়াওনা নিংথি তুরেন্দা মৈদা পোৎলোইবা চৎলম্মী। মসিদা শাগে শলাই ৭কী পিবাশিংবু মা মাগী মপা-মপু, মপুথৌ, মমা, মবেন, মবেনথৌগী শৱাং লুৱাংথৌ খিবিকপু চরৈ ফি অঙৌবনা য়োম্না কিশি কিশিন্দুনা ঙক্তা য়ান্দুনা নিংথি তুরেন তান্না পুহনলম্মী । শৱাং লূৱাংথৌ ঙক্তা শিনা পুজরকপা পুম্নমক খাম্বী মৈদা ইকনা পোৎলোই হনলগা নিংথি তুরেনগী ঈশিংদা তিনহনখি। নিংথি তুরেন্দা মপা-মপু, মমা-মবেনগী শৱাং লুৱাংথৌবু পোৎলোইদুনা তিলহনখিবা অসিদগী মৈতিংঙু নিংথৌবু "মহারাজ" হায়না কৌরম্মী। মৈতৈগী মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনরক্লবা ঈশিংগী পোৎলোই, নুংশিৎকী পোৎলোই, লৈপাক্কী পোৎলোই, মৈগী পোৎলোই, মখন মরি অসিগী মনুংদগী লৈপাক্কী পোৎলোই অমসুং নুংশিৎকী পোৎলোই মখন অনি অসিতমক মৈতৈনা চৎনরকখি। অদুবু নিংথি তুরেন্দা মৈদা পোৎলোইখিবদগী, লৈপাক্কী পোৎলোই অসি তোকথোক্লুনা, মৈদা পোৎলোইবনা মহুৎশিন্দুনা মৈদা পোৎলোইবা হৌরকখি। নুংশিৎকী পোৎলোই তোক্খিবা অসি কুইদ্রি । লাংগোন চীংগী থাংমৈবন্দ শিনাম্ চীংজিন্দা মীশি চাদনা মৈদা, উদা, ঈশিংদা, থৌরিয়ান্দুনা, অমদি লাইনা-লাইথুং ফত্তবা থুংদুনা শিবা মীওইশিং লমহাং অদুদা হুন্দোক্লুনা থমলম্মী । মসিবু নুংশিৎকী পোৎলোই কৌই। নুংশিৎকী পোৎলোইফম অদুবু ৫রক কানবী হায়না কৌনরম্মী।

**ইয়োক্ কোম নিংথেম পুথ্রি তৌবা -**

খৃ: ১৭২৫গী লাংবন থাদা মৈতৈ লৈমা ঙাংবম চনু পাঙ্গা কৈমৈস্থানবী মফম তাহনলম্মী । অদুগা ৱায়েনবম চনু থম্বালবু "পাইখু লাম্বাবী" হায়না ফম্বাল মিংলেন থোন্দুনা ফম্বাল কারম্মী। ৱাকচিং থাদা শান্তিদাস গোষাই মহন্তনচিংদুনা ঙাগ্রুম পনশারম্মী । মৈতিংঙু পামহৈবনা নোং চুদদুনা ঈশিং ৱাংলক্পা মতমদা ঈশিং মৱাং কাইনা ফংনবা হায়দুনা ৱাক্রুম (ৱাখন) পঙ্খোং নুংগ্রাওবীগী নোংগোক্

পাংবা কোংবা তুরেনগী নোংচুপ থংবা কৈশামখোংগী অৱাং থংবা লমপাক্ অচৌবা অদুদা ইয়োক্ কোম অচৌবা অমা ময়ুংদা খুদুপ ১০০, মরাক্তা খুদুপ ১০০ পাক্পা চাওবা অমা ফাইরেন থাগী ১১নি (খৃ: ১৭২৬ জানুৱারী - ফেব্রুৱারী) পানবা য়ুমশকৈশদগী তৌবা হৌরম্মী । ইয়োক্ কোম তৌবা লোইদুনা খৃ: ১৭২৬কী শজিফম্ভু থাগী থানিন লৈপাক্পোকপা নুমিৎতা ইয়োক্ কোম মপান্দা কৃষ্ণ অমসুং কালিকা পুশিন্দুনা থান্নম্মী। অদুগা কালেনগী নিনি (২) পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা ইয়োক্ কোম হোংলম্মী । ইয়োক্ কোম অসি তৌবদা থা অহুমলোম (৩) চংলম্মী। কোন্না ইয়োক্ কোম অসিবু ৱাংখৈ নিংথেম পুখ্রি হায়না কৌনরকখি।

**মোংবা হনবদা উমংলাই ফুমজিনবা অমসুং সনামহী কোনু থুগাইবা -**

খৃ: ১৭২৩কী লাংবন থাদা উমংলাই মাপন (৯) অমসুং লম্মাবী অনি (২) গী লাইশংবু থুদেক্তুনা মাংহনখিবা অদুনা পেন্দ্রদুনা চহি (খৃ: ১৭২৬ মে-জুন) অসিগী ইঙাগী নোংমা পানবা ইরাই নুমিৎতা মোংবা হনবা উমংদা মালেম লৈরোয় চনুনা ফুমজিনলম্মী । উমংলাই মাপন (৯) অমসুং লমাবী অনিবু(২) মোংবা হনবা উমংদা ফুমজিন্দুনা মালেম লৈরোয় চনলবা মতুংদা শান্তিদাস গোষাই মহন্তনা পামহৈবা নিংথৌদা লৈপাক্ মীয়াম্না নিংনরিবা লাইনিংথৌ সনামহীগী অশাবা শক্তম লৈবনা মীয়াম্না রামান্দি লাইনিংদা পুক্নিং চংশিনবা ঙমনদ্রে, লাইনিংথৌ সনামহীগী শক্তম অসি থুগাইদুনা মাংহন্দ্রবদি রামান্দি লাইনিং অসি মপুং ফানা চৎপা য়াররোই । অদুগা লোয়ননা লৈপাক্ অসিদা শক্তম শাদুনা লাৎলিবা উমংলাই ময়াম অসি পুনলপ খোমজিন্দুনা লৈপাক্ মনুংদা ফুমজিন্দুনা মাংহন্দ্রবদি লৈপাক মীয়াম্না রামান্দি লাইনিং চৎপদা চিংনরিবা অসি কোক্লরোই । মহারাজনা অফবা থবক তৌবদা পন্থখিরম্ । মহারাজগী অমসুং লৈপাক্কী য়াইফবা ওইনবা থবক অসি য়াম্না চেক্শিন্না থুনা পাংথোক্পীয়ু নত্রবদি লৈপাক অসিগী মীয়াম্না মৱা লৌবা মায়চৌশিংনা খংগ্রবাদ অপনবা পিরক্কনি হায়রম্মী। শান্তিদাসকী চিরোন ৱাহৈশিং তাবদা মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌনা লৈপাক্কী অফবা, অচুম্বা থবক্রি হায়না লৌদুনা লাইনিংথৌ সনামহী অমসুং উমংলাইশিং থুগাইদুনা মাংহন্নবা মনাই অচানবা চন্দ্রমনি, শৌগাইজম শিদাম, থিয়ামচা গৌড়াং, চোংথামচা কোরিবনা লুচিংদুনা মীওই ২৮গা লোয়ননা লাইৱা হায়বা লাইনিংথৌ সনামহীগী শক্তম থুগাইনবা য়াম্না চেকশিন্না ৱা তান্নদুনা শিন্নরম্মী । মখোয় ২৮না লাইৱা হায়বগী শক্তম থুগাইনবা ইম্ফাল তুরেনগী নোংপোক্, হৌজিক্কী চেককোন কংলাগী নোংপোক্তা লৈবা অপোং/ পোং ইংখোন্দা লাৎলিবা লাইৱাহায়বা লাইনিংথৌ

সনামহীগী লাইশঙদা লোৎনা চংদুনা ইঙেন থাগী ২৩নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী অহিংদা সনামহীবু থুগাইরম্মী । মখোয়না লাইনিংথৌ লাইৰা হায়বা সনামহীগী শক্তম থুগাইবগী মখোন তাবদা লাইনিংথৌ সনামহীগী তালোই অরান্বম তখেম্বীনা অমম্বা মরক্তা চেম্ফোরকপদা লাইনিংথৌগী য়েৎথংবা পাম্বোম তৎতুনা পাইথোরকপনা তালোই তখেম্বীগী খুবোমদা পানলম্মী । তখেম্বীনা মবুংঙো লাইনিংথৌ সনামহীগী য়েৎথংবা পাম্বোম অদুবু পিরাং শিন্থনা নুংশিনা কোনশিঞ্জদুনা লোৎপা থুপনা ফিনা য়োমদুনা থমজিনজরম্মী। লাইনিংথৌ সনামহী থুগাইবা নুমিৎ অসিমক্তদা "নোংপোক্‌নিংথৌ", "পান্থোইবী", "লম্মাবী ২", "সোরারেন হোইদোলপোক্‌পী"নচিংবা উমংলাইশিং থুগাইদনু মাংহনখিরম্মী। লাইনিংথৌ সনামহী অমসুং উমংলাইশিং মাংহনলম্বা মতুং থা খরা লৈরগা অনাননা লংলক্লম্মী। অনানগী ইরাং লাকশিনলুনবা মৈতিংঙু পামহৈবা মশামক্লা লুচিংদুনা মেরা থাদা অনান্দা লান্তারম্মী । লান অদুদা অনান লুচিংবা অমা ফারকখি। মৈতিংঙু পামহৈবা লৈপাক্কী থৌরম থৌদাদা খুদোংচানবা লাল্লুপ কাবা অসি কাংলুপ অহুম (৩) থোক্লা খাইদোক্তুনা কাহনলম্মী। অদুদা চীংমী ফুরুপ মখৈসু মাগী মাগী কাংলুপ খাইদোক্তুনা মথং মনাও পালি নাইনা লাল্লুপ কাহনলম্মী।

তখেন্দা লান্তাবা -

মৈতিংঙু পামহৈবনা তখেন্দা লান্তারুনবা খৃ: ১৭২৭কী হিয়াঙ্গৈ থাগী ২০নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা শান্তিদাস, অহল্লুপ লাক্‌পা হাওবমচা অকোং, মনাওইবুংঙো ৰাংখৈরাকপা খমলাং পামশাবা মখোয় অহুম্না লুচিংবা ওইবা মৈতৈ লাম্মী তেঙ্গোল অমা থারম্মী। তখেন য়ৌরবা মতমদা, তখেন্না মৈতৈগা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নসি হায়না ৰা ঙাংন্নরম্মী। ৰা ঙাংনবা অদু য়ানদুনা লান তৌদনা হনলক্‌খি। মৈতিংঙুনা চীংমী ফুরুপশিং মাগী মাগী কাংলুপ খাইদোক্তুনা কোনুংদা লাল্লুপ কাহনবা অসিদা নোংপোক্‌ চীংশাংদা তাবা তাংখুন খুন খরনা য়ানিংলমদে। মরমদুনা লাল্লুপ কাবা য়াওরোই হায়দুনা পোইনু থাদা লান হৌরক্তুনা চীংখোং চীংয়াদা তাবা তম্পাক লোইশিংদা লান্তারকখি । মৈতিংঙু পামহৈবা মশামক্লা চীংশাংগী লানহৌ অদুবু নমথরম্মী। নোংপোক্‌ চীংশাংগী লানহৌ নমথখ্রবা মতুং থা অহুম লৈরগা লমতা থাদা (খৃ: ১৭২৮ ফেব্রুৱারি - মার্চ) ইতোক তাংখুন্না অমুক লান হৌরক্তুনা মায়কৈ অদোমগী লম্বু হাৎখিরম্মী। ইতোক্কী লানহৌ অদু থেংন্নবা মৈতিংঙু পামহৈবনা লমতাগী ২০নি পানবা নোংমাইচীং নুমিৎতা ইতোক্তা লান্তাবা চংলম্মী । মৈতিংঙুনা ইতোক্‌ তাংখুন খুন্দা লান্তাদুনা খুনলাক্‌পা উয়ুংলেন

ফারকখি। মৈতিংঙুনা ইতোক খুন্দা লান্তাবগী পাও তাবদগী অতৈ খুনলাক্পশিংনা মখোয়না ইতোক্ খুন্না তারিবা অৱাবা খুদোংথিবা অসি থোক্লগদ্রা হায়না কিরম্মী। মবম অদুনা চীংশাং খুনগী খুনলাক্পশিংনা ৱা তান্নদুনা শন্তং ১, হামেং ১, পুখম ১, য়োং-থাং য়াওনা পুরক্তুনা মৈতিংঙুদা কৎলদুনা মখোয়গী মথক্তা লান্তাবীগনু হায়জরম্মী। মখোয়না হায়জবা অদু য়াবিদুনা লানতৌদনা হনলক্লম্মী।

খৃ: ১৭২৮গী মেরা থা হৌগৎলকপদা খা নোংপোক্চীংশাংদা খুনতারিবা মরিংশিংনা লানহৌরক্লম্মী। লানহৌ অসিবু থেংনরুনবা মৈতিংঙু পামহৈবনা শান্তিদাস মহন্তগা লোয়ননা মেরা থাগী ১০নি পানবা য়ুমশকৈশাদা খোংশানলম্মী। মৈতিংঙুনা খুনপি, লমলোং, করাংথেন, অমসুং মচি, খুন মরি অসিবু লান্তাদুনা চাইখাইরম্মী। মৈতিংঙুনা মরিং খুন মরি অদুবু অমুক হন্না তাশিন খোমজিন্দুনা মখোয় মখোয়গী খুন্দা খুন্তাহনলম্মী। অমুক হন্না ইরাং হৌদনবা অমদি অরান - অহুই তৌদনবা খুনপি খুনগী খুনয়াইদা লাইশং অমা শাদুনা ৱাশক্লরম্মী। লান অদুদা মরিং লানলোই মঙা শিখি অদুগা লমহেনবা ৪বু ফাদুনা পুরকখি। মরিংগী লান লোইরবা মতুংদা মৈতিংঙু পামহৈবনা লৈপাক্ ঙাক্পদা খুদোং চানবা লৈপাক পুম্বা অসি পানা মরি খাইনবা লমতাগী ৬নি পানবা থাংজা নুমিত্তা ৱা তান্নবা হৌবম্মী। পানা মরি খায়নবা ৱা তান্নরিঙৈদা শাইরেম চীংমীনা লানহৌরকপদগী পানা মরি খাযবগী থৌদাং পুম্বা লৈপাক্কী অঙম্বা ফম্নাইবশিংদা শিন্নরম্লগা মৈতিংঙু পামহৈবনা লুচিংদুনা মনাও ইবুংঙো খমলাং পামশাবা, ৱাংখৈরাকপা অমসুং শান্তিদাসকা লোইননা লমতাগী ১৭নি পানবা য়ুমশকৈশাদা শাইরেমচীংদা লান্তাবা খোংশানলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা লৈপাক পুন্নমক অসিবু পানা মরি খায়নবা অঙম্বা ফম্নাইবশিংদা শিন্নরম্বা অদু লোইদুনা খৃ: ১৭২৯গী শজিফু ৭নি পানবা লৈপাক্পোক্পদগী পানা অনি অনিনা লাল্লুপ কাবা হৌরম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা শাইরেম খুনগী লান ঙমদুনা খুনলাক্পা সনারেং য়াওনা খুঞ্জা ৩১ ফারকলম্মী। মৈতিংঙুনা নুংশাই অমসুং উরুপ খুনবুসু লোইচনলকখি। শেনপুং, শেনম, ষন, শন্তং য়াম্না লোই হায়রকখি।

**মোংবাহনবদা কৈথেলগী নূংচিংশিন্দুনা হনুমান শাবা -**

মৈতিংঙু চালাম্বনা (খৃ: ১৫৪৫ - ৬২) ওইনামদগী চিংলক্তুনা সনা কৈথেল অচৌবা খ্বায়রম্বন্দা য়ুংলম্বা নমশা কৌবা নূং অদুবু ইঙাগী ১৬নি (খৃ: ১৭২৯ মে-জুন) পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা ফুক্তোতুনা মোংবাহনবা উমংলেন্দা পুশিন্দুনা হনুমানগী শক্তম শাদুনা লাৎপা হৌরম্মী। মোংবা হনবা উমংলেনবু হনুমান মহাবলি লাৎলি হায়দুনা মহাবলি উমং হায়না মিং ওন্থোক্তুনা কৌরম্মী।

নোংচুপলোমগী হিন্দু লাইনিং লৌবগা লোয়নননা কংলৈপাক মণিপুরদা পাঞ্জিগী মহৈ তম্বা অসি হৌরকলম্মী। মোংবা হনবদা কৈথেলগী নৃং চিংশিনলবা মতুং নুমিৎ ৮নি শুবা ইঙাগী ২৪নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা পাঞ্জিগী মহৈ তম্বগী মতাংদা ৱাথোক অমা থোকলম্মী। ব্রাহ্মন কৈলম্বর মিশ্রাগী মচা মশুশিংনা লৈপাক অসিগী মীওইশিংদা পাঞ্জি হৈনবা, পাঞ্জিগী মহৈ তম্বীরম্মী। মদুদা পামহৈবা নিংথৌ অমসুং শান্তিদাস মহন্তানা ব্রাহ্মন্না পঞ্জি তম্বীবা অসি বামোনশিংগী মশিন নত্তে কোনোক্কী থর্বক্লি, বামোনশিংনা তম্বীগদবা নত্তে হায়দুনা থিংলম্মী। মদুদা বামোনশিংনা শাওদুনা কংলৈপাক মণিপুরদা লৈররোই হায়না অৱাদা চঙ্খিরম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা মনাই থাদুনা তান্নহনলগা খামদুনা ৱাংজিংদগী পুরক্লম্মী।

**পামহৈবনা রামান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌবা -**

মৈতিংঙু পামহৈবনা শান্তিদাস গোস্বাই মহন্তদগী রামান্দি লাইনিং পান্না লৌদুনা চৎলবসু, রামান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌদুনা চৎপদি নৎত্রি। মৈতিংঙু পামহৈবনা রামান্দি লাইনিংবু লাইমিং লৌনা চৎনবা চহি অসিগী ৱাক্চিং থাগী ১৫নি পানবা (খৃ: ১৭২৯ ডিসেম্বর - জানুৱারী) থানিন য়ুমশকৈশা নুমিৎতা মৈতিংঙু পামহৈবনা লুচিংদুনা লৈপাক্ মীয়ামগা লোয়নননা ইম্ফাল অমসুং ইরিল তুরেল অনিগী ইতিন্নফম ইরোং/ লিলোংদা ঈরুপ তুনা মশা শেংদোক্লগা শান্তিদাস গোষাই মহন্তনা মৈতিংঙু পামহৈববু রামান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌবিরম্মী। অদুগা নুমিৎ অদূমক্তা মৈতিংঙু পামহৈববু লুকুন থাংবিরম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা শান্তিদাস গোষাই মৈতিংঙু পামহৈবগী রমান্দি লাইনিংগী গুরু ওইবম্মী। মথং নোংঙানলগা ৱাক্চিংগী ১৬নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতা নোংখ্রং উবু পাইহন্দুনা লৈপাক্ মীয়াম্মু কংলা নুংজেং ঈকোন্দা রমান্দি লাইনিং থাদোক্লোই হায়না নমদুনা ৱাশকহনলম্মী। শান্তিদাসনা পামহৈবা নিংথৌগী গুরু ওইবদগী ইরিল তুরেলগী নোংপোক থংবদা লৈবা পাৎ অসি গুরুদা কৎলম্মী, অদুদগী পাৎ অদুবু গুরু পাৎ কৌরম্মী। হৌজিক ইরিল তুবেলগী নোংপোক্তা খুন্তারিবা নাহারুপকী মমাংগী লৌকোন অসিবুনি।

মৈতিংঙু পামহৈবনা মাইচৌ লানহামঙম্বদা রমান্দি লাইনিং লৌদুনা রামগী মিংখৈবু শোন্নবা হায়রম্মী। মৈতিংঙুগী স্না য়াথং তাবদা মাইচৌ লানহনঙম্বা অহন্না পামহৈবা নিংথৌদা হায়রম্মী। নুংঙাইদা নিংথেম! নিংথেমগী স্না য়াথংবু কোরৌথক্তা কাফদবনে, মালেম লৈদা তাফদবনে। মৈতৈ লিচৎ লমদাংশাং সনাবু

হুন্দোক্তুনা মীরমগী লাইনিং লিচৎ মফম মরাং খঙ্দববু লৌজৌ তাক্পিবা অসিদি; নিংথেমগী স্না য়াথং হাপ্লবা নপুদা চরৈ ফিগাও লৈজদে, ৱারৌবিগনু নিংথেম ! মাইচৌ মোইরাং লানহাঙম্বগী য়াৱাহৈবু তাবদা পামহৈবা নিংথৌনা শাওদুনা লানহাঙম্বা মাইচৌবু কংলাগী হৈবোংদা থৌরি য়ান্দুনা হাৎনবা হোৎনরম্মী। চীংউবা মাইচৌ খোংনাং থাবনা লানহাঙম্বা হাৎনবা থৌরাং তৌবা পাও তাদুনা থুনা য়াংনা কংলাদা লাক্তুনা লানহাঙম্বা মাইচৌদা পুনলিবা থৌরি অদু থাদোক্লম্মী। মরাল লৈতবা মীবু হাৎনবা লৈপাক্ নিংথৌ লৈবা নত্তে, মীবু হাৎপা ঙম্বা ? মীবু কনবা ঙম্বা ? নোংমা শোয়দনা মাংলগদবা তাইবং হকচাং অসিবু মাংহনলগা মাংবা লৈত্রবা, শিবা নাইদ্রবা য়াইবিরেন শিদববু মাংহনবা ঙম্বা ? শিহনবা য়াব্রা? মাংগদবদি তাইবং হকচাংদনি, থৱাইদি শিবা নাইদবনি । চীংউবা মাইচৌ খোংনাং থাবনা পামহৈবগী মতৌ অদুদা হায়রম্মী। হে, নিংথেম ! লৈপাক্ মীয়াম্বু ৱারক চৈথেং পিদুনা, মীহাৎ মীপুন তৌদুনা লাইনিং লিচৎ হোংহনবদি মতম খরগীতনি, লৈপাক ফাবা ঙমলোই । চীংউবা মাইচৌ খোংনাংথাবনা মায়চৌ লানহাঙম্ববু থৌরি য়ান্দুনা হাৎনবা হোৎনরম্বদগী কনলম্মী।

লিলোংদা ঈরুপ্পা মতুং নুমিৎ তরেৎনি (৭) লৈরগা ৱাক্চিংগী ২২নি পানবা য়ুমশকৈশাদা মৈতিংঙু পামহৈবা গুরু শস্তিদাস গোষাইগা লোয়নদুনা কবুই নুংশাইদা লান্তাবা চৎলম্মী। কবুই নুংশাইবু ঙমদুনা লান য়াম্না ফারকখি লোয়ননা শেনপুং শেননম লোক্লকখি। অদুগা চহি অসিগী ফাইরেন থাদা মনাও ইবুংঙো খমলাং পামশাবা ৱাংখৈরাক্পা অমসুং নোংথোনবা ৱায়েনবম খেলেম্বা (মোইরাং নিংথৌ খেলৈনোংনাং তেনহৈবা ) অনিনা লুচিংদুনা নানফৌদা লান্তাদুনা খুনয়াইদা নুমিৎ ৭নি লৈদুনা মখাতাবা লানগী মওং য়েংলম্মী। নানফৌনা করিসু থোইদোক্পা তৌদবদগী হনলক্লম্মী। লমতা থা অসিদা খাগিনা শগোন রথ মানবা অহুম পুদুনা লাক্লম্মী। খৃ:১৭৩০গী পোইনুগী ৮নি পানবা লৈপাক্পোকপদা তেনশুবা খোম্মাবু মোইরাং নিংথৌ হাপ্তুনা মোইরাংদা থিনলম্মী। অদুগা থাসিগী ২৫নি য়ুমশকৈশদা কংলা কোনুং মনুংদা লৈবা ইম্ফাল তুরেনগী খোংলম ফুনবা হৌরম্মী । পামহৈবা নিংথৌনা নিমানন্দি লাইনিং থাদোক্তুনা রমান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌদুনা বমান্দ লাইনিং চৎপদগী নিমানন্দি লাইনিং চৎপা য়ারোই হায়না থিংবা হৌরক্লম্মী। খৃ: ১৭৩১গী শজিফুগী ১৭নি পানবা লৈপাকপোকপা নিমানন্দি লাইনিং চৎপা থৈবিক ৱাকোংহলম্মী।

**মৈহৌরোল পূয়া শেমদোক্পা -**

শান্তিদাস গোষাই মহন্তনা মৈতিংঙু পামহৈবদা মৈতৈ নিংথৌ মচা মশুদি সুর্ষা বংশ চন্দ্রবংশ (নুমিৎ থাগী শাগৈ)গী মচা মশুনা লৈপাক্ অসি লেপলক্লুনা পানলক্পগী চাদা নাওতানি ক্ষেত্রি শাগৈগী মচা মশুনি, মরমদুনা মৈহৌরোল পুয়া শেমদোক্লুনা মৈতৈ নিংথৌ মচা মশুশিংবু ক্ষেত্রি শাগৈদা লেপহনসে হায়রম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা মহাক্কী গুরু শান্তিদাস গোষাই মহন্তনা হায়বা ইন্দুনা খৃ: ১৭৩২ গী থবান থাগী ২৩নি পানবা য়ুমশকৈশা (কৃষ্ণনা জর্ম্ম) নুমিত্তা হাওবম পুখ্রনবনা লুচিংবা মীওই কাংবু অমনা মৈতৈগী মৈহৌরোনবু নুমিৎ-থাগী মচা মশু (সুর্ষা বংশ - চন্দ্র বংশ) শাগৈগী নিংথৌ মচা মশুশিংনি হায়না শেমদোকনা ইহনলম্মী। চীংউবা মায়চৌ খোংনাং থাবনা পূয়া শেমদোক্লুনা ইবিদনবা থিংজরম্মী। নিংথেম পূয়া ইবা মতমদা অফববু ফনা ইগনি, ফত্তববু ফত্তনা ইগনি, খোরচৈ মচিন থৈফদে, পুয়া চৎলম কাইনা ইফদে, মশাগী চৎলম্বু লৌনম্না পূয়া খোরচৈ মচিন থৈফদে, লৈপাক নিংথৌ তুবা, অব্রা অনং ফংনা, মিংতা পি তানা নোঙ্গাগদবনি, পীবা পুক্সি ব্রাৎপনি, মশাবু লাইথুং ফংবনি। পূয়া লুতিন শেম্বদা মশাগী চৎনা লমদাং নত্তনা, অনেম অব্রাং খাইফদে, অচান মীরাই নাইফদে, নপুক ঈরু মায়তানা খোরচৈ তাগদবনি। পূয়াদা ননিং নখা তম্বদি মতম খরগী তুংদা মীরমলেনগী থৌরিনা ঙকলাংদা থুদুনা ফুংগা নাইথাং ওইববু তানফংবা ওইবনি, হায়দুনা পূয়াবু শেমদোক্নু থিংজরম্মী। চীংউবা খোংনাং থাবগী ব্রা তাবদা, মৈতিংঙু পামহৈবনা, মরূ, নিংথৌগী থবক মরম পুম্বা শান্তিদাস মহন্তা গুরুগী মফমলাংদা ঙম্না শিন্নখ্রে, মরম অসিনা থিংবগী থোইনা কান্নবা ওইররোই খুমলকখি।

মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙ্ববু নুমিৎকী মচা [1](সুর্যা বংশ) হায়না শেমদোক্লম্মী। অদুগা পুরৈরোম্বাবুনা থাগী (চন্দ্র বংশ) মচা হায়না ওন্থোক্লম্মী। লৈবাক্ ঙাক্পা নিংথৌ অমসুং নিংথৌ মচাশিংবু নুমিৎকী চাদা (সুর্যা বংশনি) পান্দবকী অর্জ্জুনগী চাদা নাওদা, চারোল শুরোন্নি হায়না শান্তিদাসনা শেমদোকলম্মী।

---

*[1]সুর্যা বংশ - "নিংথেম শাগৈ শলাই হৌরকপদি। তাইবংপানবা মপু অত্রা শিদবগা, কোনচিন তিংথোক্পগা অনিমা অমতা ওইনা নুমিৎকী মখোইদা লৈদুনা অত্রানা থাদগী তাওরোইনাইবু কৌদুনা নিংথৌ অপামববু নোংলুমগী মশক ওইনা পৃথখিও পিরে। তাওরোইনাই ময়াদা উমদুনা পুথরকলে। অসিগীদমক নুমিৎকী শাগৈ (সুর্যাবংশ) ওইয়ে। অত্রা মহাক্না নুমিৎকী মশক ওইনা লৈপাক্কী মখোয়দা লৈঙমদুনা য়াঙমএ। অদুগীদমক য়াবিরোক কৌএ। য়াবিরোক্না য়োক্লুনা পাখঙবা পোকএ।" "নোংশ্রং"।*

লৈবাক্কী য়েক সলাই তরেৎকী (৭) চাদা নাওদাবু নুমিৎকী চাদা (সুর্যাবংশ) থাগী চাদা (চন্দ্র বংশ) হায়না ক্ষেত্রি মচাদা ওম্থোক্লম্মী। অসিগুম্বা নোংখ্রং ঈরুপ্পা মতুংদা শেমদোক্লা ইবা মৈতৈ মৈহৌরোন পূয়া লাইরিকপু **"নোংখ্রং"** হায়না থোনলম্মী। মৈতৈগী মৈহৌবরোল পূয়া শেমদোক্নুনা ইবগা লোয়ননা মৈতিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা শেমগৎতুনা চৎনরকপা মৈতৈগী নুপা-নুপী লৌনা লৈনবগী চৎনলোনচৎ কাংলোনবু মৈতিংঙু পামহৈবা অমসুং শান্তিদাস অনিনা অমুক খরা শেমদোক্ শেমজিন তৌদুনা সম্বান্ধি নিনোই (নিয়ম) কৌবা অমা ইদুনা চৎনহনলম্মী। মসিনা মৈতৈগী অশেংবা লৌনা লৈনবীগী চৎনবী কাংলোন্দা লমমুক্লহনলম্মী। শান্তিদাস গোষাইনা পামহৈবা নিংথৌদা, কংলাদা লৈরিবা লৈখুন (শুরুং) অসি মালেম লৈরোন ফাওই, কংলা কোনুং অসি অরাইবা মফম নত্তে। অদুনা লৈপাক্কী মমিং মণিপুর কৌরসি হায়বম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবা শান্তিদাসনা হায়বা য়াদুনা লৈপাক্কী মমিং **"মণিপুর"** কৌরম্মী। শান্তিদাসনা পামহৈবা নিংথৌবু **"মণিপুরেশ্বর লৈমাবা গরিবনিৱাজ নিংথৌরেন"** হায়না মিংথোনলে। লৈমারেন থম্বানবুনা **"গোমতী"** মহারানী হায়বা মিংথোনলম্মী। অসিদগী মৈতৈ লৈমারেনবু মহারানী হায়না কৌবা হৌরম্মী।

পূয়া মৈথাবা -

চীংউবা মাইচৌ খোংনাংথাবা য়াওনা মাইচৌ অহুম্বু হন্থবা ফম মাইবা লোইশঙদা থম্বীখিবা অদুগা শান্তিদাস গোষাইবুনা মাইচৌ লোইশঙ পুখৎতুনা থমখিবদগী। মহাক্লা মাইচৌ লোইশঙদা লৈবদুনা পুয়াগী মতিক ময়াই অরুবা য়াম্না মুন্না খংলম্মী। পূয়ানা লৈরিবা মখৈ রমান্দি লাইনিং অসি মপুং ফানা চৎপা ঙমলোই খংবদগী পামহৈবা নিংথৌদা পূয়া মৈ থাদোক্নুনা মাংহনখিনবা চিরোল পুকথিন ৱানা ইনশিনলম্মী। শান্তিদাসকী পুথিন ৱা লৌদুনা পুয়া মৈ থাদোক্নুনা মাংহনখিবা অসিদা পামহৈবা নিংথৌনা য়াদুনা য়ুমথোং খুদিংদা লৈবা পূয়া খিবিকপু স্না কোনুং কংলাদা পুখৎলক্লবা লৈপাক মীয়াম তান্নবা, খংন্নবা শগোল পাওচেনলম্মী। কনাগুম্বা লমহেন তুহেন্দুনা পুয়া লোৎশিন্দুনা থমলম্বা য়াওরবদি অকনবা অহকপা চৈরাক পিদুনা অঙাং ওনহনগনি হায়না লাওথোক্লম্মী। লৈপাক্ মীয়াম্না নিংথৌগী চৈরাক কিবদগী মখোয়গী লৈজবা পুয়াশিং কংলাদা পুখৎতুনা পৈরম্মী। মৈহৌবরোল পূয়া শেমদোক্নুনা ইবা হৌবা মতুং নুমিৎ ৫৪ নি শুবা মেরা থাগী ১৭ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা (খৃ: ১৭৩২ সেপতেম্বর - ওক্তোবর) কংলা উত্রা মমাংদা পূয়া ময়াম পৈরম্মী। পূয়াশিং মৈ থানবা খাগা-ৱাংগা ওন্দুনা নোংপোক্ নোংচুপতা উচুক অহুম / অহুম উচুক তরুক যুংলে, শিংখন

তরেৎ (৭) হাপলে থৌরি অহুম্না উচুক তরুক্ অদুবু অনি অনি ফানরম্মী, চুথেক মরিদা (৪) উচিরা মরি য়ুংলে, মথক্তা ফিনা থাকখন খনলম্মী। অদুগা চফু ঈশিং থন্না হাপ্লা অমা লেংবান্দা থোংলে, খুৎতা থাঙ্ অমগা মৈহুম অমগা পুন্না পাইমিন্নরম্মী। শান্তিদাসনা মাঙ্থানা তরেৎলক কোয়দুনা চিথেক মরিমক্কী উচুক অদু থাঙ্না খর খরা হক্লম্মী অদুগা কোইবা খুদিংগী চুথেক মরিগী উচুক্তা ঈশিং খর খরা হৈরম্মী। মৈকোইবা লোইবদগী পূয়া লাইরিকশিং মৈচুদুনা থাবা হৌরম্মী। পূয়া মৈচুবা হৌবদা নোংলোম্নে পাখঙ্বা নাওয়োমনে, অনিমক ফ্রুং ফ্রুং লাওনা খোংনা থাঙ্জিংলোমদা পাইখিরম্মী। হুমাই হুম্বা মতমদা শীংখন নাউয়োম্নে, য়াঙ্বী থীরেননে পাইখিদুনা তেবা অঙৌবগী মখোংদা তাখিরম্মী। মথং হুমাই হুম্বদা তাউরোইনাই নাউয়োম চীংখৈরোমদা পাইখিদুনা চীংঙারেন্দা লৈখি। শকোক্ থিবেনসু পাইখিরম্মী, পূয়া অসিনা পাইরমদাইদা লাইরিক অয়াম্বা মৈগা লোয়ননা চাইখাইরমদুনা মৈরম পাংনা পাইখিদু[illegible] চীংদা তাখিরম্মী। পূয়া অয়াম্বা তুম্না মৈ চাক্লম্মী। পূয়া মৈ থাখিবা অসিদা মৈতৈশিংগী থম্মোয়দা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইতবা অরাবা ফাওখিরম্মী। পূয়া মৈ থাখিবা অসিদা লৈপাক্কী মীওই কয়ানা মালেম লৈদা ওন্না কপ্পুনা খাংখি। থম্মোয় শোক্লবা মৈতৈশিংনা পামহৈবা নিংথৌবু চিনবান থোক্লা কাংথোক্পা ঙমদনা খয়াৎ চিক্লা থম্মোয়নুংদা শিংনরম্মী। পূয়া মৈ থাদোক্খিবা অসিনা মৈতৈ খুননাইদা ওন্থোক্লা হায়নিংঙাই লৈতনা লাইবক থিবা অরাবা নুংঙাইতবা ওইখ্রে। **পূয়া মৈ থাবা নুমিৎ অসিদা লাইনিংথৌ সনামহীগী থুগাইখিবা শক্তম্বু** মোংবা হনবা উমংলেনদা ফুমজিন্দুনা মালেম লৈরোন চনশিনলম্মী। শান্তিদাসনা পূয়া মৈ থাবা, উমংলাই ময়ামগী লাইশঙ থুদেক্তুনা, অমদি লাইনিংথৌ সনামহীগী শক্তম থুগাইদুনা মোংবাহনবদা ফুমজিনখিবগী মহৈনা লাইগী চৈথেং ফংদুনা মশাদা অঙৌবা পক্লা লাইথুং থুংলম্মী। পূয়া মৈ থাখিবা অসি পুন্না ১২৫ দগীনা ১৪০ রোমনি। মৈ থাবদা য়াওখি হায়না পিনরিবা পূয়া লাইরিকশিং পুথোক্লরক্তুনা হৌজিক লৈপাক্কী মীয়াম্না শিজিন্নরি। পূয়া মৈ থাগনি হায়বগী পাও ফংনবদগী মশিং হেন্না শিন্দোক্তুনা থমনখিবা নত্রগা মৈ থাখ্রবা মতুংদা অমুক ইনৌ নৌনা ইখৎনরকপা অমদি ওইরমগনি।

পূয়া মৈ থাদুনা লাইনিংথৌ স্নামহী মোংবাহনবা উমংলেন্দা ফুমজিনখিবা মতুং কোরৌ নুমিৎ ৫ শুবদা লাইনিংথৌনা চৈপী চৈথেং পিরক্তুনা ইবেম্মা লৈমবেন রায়েনবম থম্বাল অমসুং মচা ইবুংঙো চীংখোং য়াইমবা শিবা শাই অনা লাইওং খংদনা নাবা হৌরক্লম্মী। লৈমারেন থম্বালগী নাকোং অনিমক্তা

ঈশিং ইচাওগী খোঞ্জেন, পুংয়েবগী খোঞ্জেল লেপ্তুনা অমসুং মোইবুং খোংবগী খোঞ্জেলনা তাদুনা লৈবনা পোৎথাবা ঙমদ্রে। মচা ইবুংঙোনা শিবাশাইনা লিরুং তেনগুম কোনশিন্দুনা তিংথোক্পা য়াদনা য়াম্না ব্রানা নারম্মী। লৈমারেন থম্বাল অমসুং মচা ইবুংঙো চীংখোং য়াইমবা শিবাশাইনা অনা লাইওং খংদনা নাবা অদুদা ললহাঙম্বা মাইচৌবু কৌদুনা অনাববু য়েংহনলম্মী। ললহাঙম্বা মাইচৌনা লৈমরেন অমসুং মচা ইবুংঙো অনিনা নারিবা অসি স্নামহীগী শক্তমবু থুগাইদুনা মোংবাহনবদা ফুমজিনখিবা অদুগী চৈবী চৈথেং পিদুনা নাবনি হায়রম্মী। ললহাঙম্বগী য়াব্রাহে তাবদা পামহৈবা নিংথৌ য়াম্না শাওরম্মী। তরা চাক্মাংচাবা নঙ্না অনালাইওং খংদনা স্নমহীগী চৈথেংনা নাবনি হায়রিবনো ? নিংথৌ ঐগীদি রাম রঘু উতম অমসুং সিতাপতি অনি অসিদগী হেনবা চীংউলাই অমা লৈতরে। নহাক্না নিংথৌ ঐগী পুক্লিং লৈহননরে। নচিন চুমদে কোনুংদা চংলক্কনু হায়দুনা তাম্থোক্লম্মী। অনাবনা অসুম হেনজিনলক্পদগী লৈপাক মাইবা, নিংথৌ মাইবা পুম্নমক য়েংহনবদা অনা লাইওং খংবা ঙমদ্রে অনাবা নোংমা নোংমাগী অসুম হেনজিনলক্লম্মী। উপাই লৈত্রদুনা মৈতিংঙু পামহৈবনা ললহাঙম্বা মায়চৌবু কৌদুনা অমুক য়েংহনলে। মদুদসু লাইনিংথৌ সনামহীনা শাওদুনা তৌবনি হায়রম্মী। পামহৈবা নিংথৌনা ললহাঙম্বগী ব্রাবু থাজবা ঙমদ্রবগী শান্তিদাস গোষাইদা অমুক হংলম্মী। শান্তিদাসনসু লাইনিংথৌ স্নামহীগী কোলু য়েখাইদুনা মোংবাহনবা উমংদা মালেম লৈরোন চনখিবা অদুগী চৈথেংনি হায়রম্মী । লালহাঙম্বা অমসুং শান্তিদাস অনিগী চিনখুম মান্নবদগী পামহৈবা নিংথৌনা ললহাঙম্বদা চীংঙু লাইগী খুতম্নি হায়রবদি ইশানৌ লৈমারেন অমসুং ইচা ইবুংঙো চিংখোং য়াইমবা শিবাশাই অনিগী অনাবা অসি হন্দোকহনলো, চীংউ খোইয়ুমগী মতিক ময়াই খংজগে হায়রম্মী।

ললহাঙম্বা মাইচৌনা পামহৈবা নিংথৌদা হনগৎচরম্মী, সনায়ান লোক্চাউরেন্দগী চীংদুনা পুরকপা থৌদু নূং "চেংজা থাপানবা" অদুবু পুদুনা লৈশাংখোংদা খোইয়ুম মখোংনেৎ ওইনা থমলবা, অব্রাং ফানৌলৈমাখোম্বগী/ লাইনিংথৌ সনামহীগী চোইনৌ সনা শক্তম্বু অমুক হন্না হৈদুনা লাৎলগা খোইয়ুম স্না খুয়াখাদা চংজরবদি অনা লাইয়োক্লবা ফগনি হায়রম্মী। পামহৈবা নিংথৌনা ললহাঙম্বগী ব্রাবু পাংথোক্লবা, থিম্বা তৌদনা মনাই মশনশিং থাদুনা 'চেংজা থাপানববু' হিদা হাপ্তুনা খোইয়ুমগী খোংনেৎ নূং ওইনবা লৈশাংখোংদা পুহনলম্মী। লেপ্তুনা হি হোনলক্পনা অহিংদা লৈশাংখোংদা থুংলম্মী । চেংজা

থাপানবনা লৈশাংখোং হেক য়ৌবগা মচা ইবুংঙো শিবাশাইগী লিরুং তেনগুম খ্বাং য়াংলেন কোন্দুনা ফক কোনবগুম কোনশিনলম্বা অদু তিংখোক্তুনা খোংনা মালেম লৈদা তাবা য়ারম্মী। অদুগা লৈমারেন থম্বালগী নাকোং অনিমক্তা তারম্বা খোঞ্জেল পুম্নমক লেপ্তুনা ফখ্রে, শিবাশাইগী অনাবসু হন্দোক্তুনা ফরম্মী।

**অমুক হন্না সনামহীগী কোলু হৈবা -**

লৈমারেন থম্বাল অমসুং মচাইবুংঙো শিবাশাইগী অনাবা ফবদগী মৈতিংঙু পামহৈবনা লাইনিংথৌ সনামহীগী শক্তম অমুক হৈদুনা শানবা অহল্লুপ পানাগী শেলুংবা হাওবমচা অকোংবু কৌশিন্দুনা শিন্নরম্মী। লাইনিংথৌ সনামহীগী শক্তম শাদুনা অমুক লাৎলবসু রামান্দি লাইনিংদি হোংবা য়ারোই হায়না থিংলম্মী। পামহৈবা নিংথৌনা লৈপাক্ মীয়াম্বু রামন্দি লাইনিংদগী হোংখিদনবা লৈপাক্কী অঙম-অথৌ ফন্নাইবা, নিংথৌগী পোক্মিন্নবা মচিন মনাও, মরি মতা অমতা চিৎথদনা অমদি লৈপাক্ মীয়াম হুপ্না য়াওনা যজ্ঞ তৌদুনা রামন্দি লাইনিং থাদোকলোই হায়না ব্রাশক্লখিসি হায়রম্মী। পামহৈবা নিংথৌনা লৈপাক মীয়াম অমদি মহাক্কী মচা মনাওশিংনা রামান্দি লাইনিং অসি থাদোক্লা রামদা পুক্লিং চেৎতবা অদুশিংদি মশম কক্কনি, থৌরিনা পুন্দুনা শামুগী খোংদা য়েৎতুনা খোংগোইনগনি হায়দুনা লাওথোক্লম্মী। অকনবা চৈরাক অসি লৈপাক্ শিনবা থুংনা খংনবা লৈকাই লাক্পা মরিগী খুৎথাংদা পাও চেনলম্মী। রামান্দি লাইনিংবু থাদোক্তনবা ব্রাশক ব্রারেপনবগী ষজ্ঞ হৌরক্পা মতমদা শান্তিদাস গোষাইনা মৈতিংঙু পামহৈবদা হায়রম্মী, লাইরেন নঙনা ব্রাশক্পদো লানবা য়ারোই। লাইরেন নঙনা চিংনা লৈপাক্ মীয়াম্না রাম রঘু নত্তনা অতোপ্পা লাই অমতা নিংবা য়ারোই।

রাম রঘু উতমগা বিষ্ণুগা অনি অসি হোংদুনা অতৈ অতোপ্পা লাই নিংলোইদবনি হায়না ব্রাশকহনলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা লুচিংদুনা লৈপাক মীয়াম হুপ্না রাম অমসুং বিষ্ণুবু পুক্লিং ব্রাখন হোংদনা নিংগনি হায়না ব্রাশকলম্মী। ব্রাশক ব্রারেপ্পবা লোইরবা মতুংদা অহল্লুপ পানাগী শেলুংবা হাওবমচা অকোংগী লুচিং মখাদা মৈফু মঙা (৫) লিংদুনা খুৎহৈবা চক্প্রমচা ঙাথিগা, অহৈবমচা কেক্রুগা অনিনা লাইনিংথৌ সনামহীগী শক্তম্বু হৈদুনা শানবা থৌরাং তৌরম্মী। লাইনিংথৌ সনামহীগী তালোই ওইরম্বী অরাম্বম তখেম্বীনা মমাংদা লাইনিংথৌগী কোলু থুগাইবদা য়েৎকী পাম্বোম পাইথোক্লকপদগী খুনজিন্দুনা চেৎনা নুংশিনা থমজবা অদু পুরক্তুনা অমুক হন্না শক্তম হৈবদা য়াওনবা পিরম্মী। খুৎহৈবা অনিনা

লাইনিংথৌগী শক্তম শাবা লোইরদুনা খৃ: ১৭৭৩ গী থব্রান থাগী ৭ নি পানবা থাঙ্জা নুমিৎতা হয়িং খোংবান তোল্লোং য়ুমফমদা নৌনা শাবা লাইনিংথৌ সনামহীগী লাইশঙদা বামোন চক্রকৃন্দলিনা যজ্ঞ তৌদুনা লাইনিংথৌ সনামহী অমসুং লৈমারেনগী নাকোংদা তরক লাইব্রা (মন্ত্রা) শোন্না থব্রায় হাপ্তুনা অমুক হন্না লাৎপা হৌরম্মী। মথং নোংঙানলগা শান্তিদাস অব্রাদা চংখিরম্মী। মেরা থাদা হুন্দুং চীংমীনা কারোংদা লান্তারকখি। হুন্দুংনা লান্তারক্পা থেংননবা থাংজমচা চেক্শা চক্রপানি থারম্মী। চেকশা চক্রপানিনা হুন্দুংবু তকথোক্খিরম্মী। লৈপাক্ মনুংগী লানহৌ লেপ্পা লৈরমদে, পোইনু থাদা ওকখুল তাংখুলনা লান হৌরকলম্মী। ওকখুনগী লানহৌ অদু লাক্শিন্নবা হাওবমচা শগোলশেনবা অচৌনা লুচিংদুনা চৎখিরম্মী। ওকখুনগী লান অদু হুইনিং তাংখুন্না লুচিংদুনা চৎলম্মী। হুইনিং তাংখুল অমসুং মৈতৈগী অপুনবা লানমীগা ওকখুল তাংখুনগা অকন্নবা লান শোক্লরম্মী। লানফম অসিদা হুইনিং তাংখুন অমসুং মৈতৈগী মায়কৈদা যাম্না খুদোং থিরম্মী। মৈতৈগী মায়কৈদা লুচিংবা হিরুহনবা কোইরেং য়াওনা লাম্মী ৫১ শিখি অদুগা হুইনিং তাংখুলনা ১৯ শিখি। লান লোইদুনা হনলক্পনা মেবাগী ১৬ নিদা থুংলখি।

**তখেন্দা লান্তাবা -**

মৈতিংঙু পামহৈবনা তখেন্দা লান্তানবগী খৃ: ১৭৩৪ গী মেরা থাদগী অচৌবা লাম্মী শেমগৎতুনা থৌরাং পাইখৎপা হৌরকলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা শান্তিদাসতা শগোল, শামু, নোংমৈ পুন্নমক শিন্নদুনা লানগী থৌরাং তৌদুনা মেরা থাগী ১০ নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতগী লমহৌদুনা (যত্রা) লাংজিংদা লৈহনলম্মী। য়াম্না চেক্শিন্না নিংথিজনা থৌরাং তৌদুনা থা অনিগী মতুং পোইনুগী ১১ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা মৈতিংঙু পামহৈবনা লুচিংদুনা, মনাও ইবুংঙো খমলাং পামশাবা ব্রাংখৈলাক্পা, থাংজমচা চেক্শা চক্রপানি, অহল্লুপ পানাগী লুচিংবা হাওবমচা অকোংনচিংবা মৈতৈ অকন অথৌ কয়াগা লোয়ননা অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা তখেন্দা লান্তাবা খোংশানলম্মী। লৈমাতাক খৌপুমলোমদা চৎখিদুনা কংলৈপাক মণিপুরগা লোন্নবা ঙমখৈ কংলৈপাকলোম থংবদা খুন্তারিবা লাংলোং খুন, তখেন্দা লোইহাবা খুন অসি ইহান হান্না লান্তাদুনা চাইখাইরম্মী। লাংলোং খুন্দা লান্তাবা অসিদা তখেল নিংথৌগী রাসকোন ফম্বা তখেল মুশুকলাইবু ফাদুনা হাৎলম্মী। মফম অদুদগী নোংচুপলোমদা মখাতানা চংশিন্দুনা কুব্রাই (ক্বাই) তুরেন্দা থোংশাদুনা লানলম্মী, অদুগা মঙাইতা চীংতোন্

লাম্ফোক্তুনা চৎলগা কুব্রাই ব্রাকোলোক অমসুং সেকচাই অহুমগী লোক্তিন্নফম ওইবা সেক্‌চাইদা তেঙ্গোল লিংদুনা লানবন শাদুনা তখেলগা অকনবা লান শোক্লরম্মী। তখেলগী চাইনু কৌবা খুঙ্গং মৈ থাদোক্তুনা তুম্না মাংহনলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা লান ঙমদুনা চাইনুগী লানচিংলেন চরাই তাবা, অমসুং খুঙ্গং অদুবু ব্রায়েন থৌদা পুদুনা ঙাক্‌লিবা ছত্রজিৎ নরালবু ফারম্মী। অদুদগী তখেলগী লোই ওইরম্বা খুঙ্গং পুম্নমক চঙ্‌জরক্তুনা লোইহারম্মী। লান লোইরবা মতুংদা পামহৈবা নিংথৌনা তুয়াই (তুইভাই) অমসুং কুব্রাই ইতিন্নফম ইরোংদা উ য়াম্দুনা হি শারগা কুব্রাই বরাক তুরেন মরিন্দা অব্রাং পাংনা লাক্তুনা কছারদা লৈবা রাম লক্ষনগী খুবমদা চৎতুনা খুরমলম্মী। খুরমলুবা লোইরগা হনলক্‌পদা পামহৈবা নিংথৌগী মনাই কোইরেংনা শিজিন্নবা টা অমা অদুগা হিদাক্‌ফু খুদোং অমগা তুরেন্দা তাদুনা মাংহৌরম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা তুয়াই ইরোংদা থুংলবগা মফম অদুদা নূং য়ুংলম্মী। তখেন্দা লাম্তাবা অসিদা তখেন্দা থা অনিরোম লৈরুরগা হনলক্‌পনা ফাইরেনগী ১১ নি পানবা (খৃ: ১৭৩৫ জানুৱারী ফেব্রুৱারী) নিংথৌকাবদা স্না কোনুংদা থুংলখি। লান অদুদা তখেল লাম্মী ১১০০ ফাদুনা পুরক্লম্মী। তখেনগী লান্দা ফারকপশিং নিংথৌখোংদা খুম্তাহনলম্মী। তখেলগী লানফম অদুদা থাংজমচা চেক্‌সা চক্রপানিনা থৌনা লিংজেন লৈনা লানশোক্লখিবা অদুদা মৈতিংঙু পামহৈবনা পেনলদুনা ইকাই খুম্নবা উৎনা নোংথোন্‌বা ফম থিনদোক্‌খি। লান অসিনা তখেলগী অরোইবা লান ওইরম্মী। লমতা থা (খৃ: ১৭৩৫ ফেব্রুৱারী-মার্চ) মচা ইবুংঙো শ্যামশাই অমসুং মনাওইবুংঙো খমলাং পামশাবা ব্রাংখৈলাক্‌পা অনিনা লুচিংদুনা লোংকাইপাই কবুই খুন্দা লাম্তারম্মী। লানলোইদুনা লমতাগী ২৭ নি পানবা শগোলশেনদা স্না কোনুংদা থুংলখি। মখোয়না থুংলবা নুমিৎ অসিদসু নিমান্দি লাইনিং চৎপশিং ব্রাকোংলম্মী।

কছার নিংথৌনা পোৎলানলক্‌পা -

মৈতিংঙু পামহৈবগী লান্দা হৈশিংবা, মতিক মথৌনা তখেনবু মায়থিবা পিদুনা লোইপোৎ কাহনবা অসিদা ময়াং কছার নিংথৌনা পেনলদুনা খুদোন পোৎ কৎকে থৌরাং তৌববু নংহৌদবদগী মহাক্কী লাইবারবু নুপা ৮০ গা লোয়ননা পোৎলানবা থারক্লম্মী। মখোয়না য়াম্লবা খুদোল পোৎ কয়া পুরক্তুনা মৈতিংঙু পামহৈবদা কৎলম্মী।

**মেতুদা লান্তাবা -**

খৃ: ১৭৩৫ গী পোইনুগী ২৭ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা মৈতিংঙু পামহৈবনা শান্তিদাসকা লোয়ননা অৱাগী নিংথি তুরেলগী ৱাংমদা লৈবা মেতুদা লান্তানবা শান্তিদাসকী ময়ুম থংবিচ্রৌদগী খোংশানলম্মী। মেতুগা অকনবা লান শোক্লরম্মী, লান ঙমদুনা মেতুগী লানচিংলেন চেকাই মীরোংখন ঙাগ্রামবু ফারম্মী। মেতুগী লান লোইরবা মতুংদা মকাংদা অমুক লান্তাদুনা মকাংবু ঙমলকখি। মকাংগী খ্বায়দগী ইনাকখুনবা মমিং চৎপা স্না লুপা য়াম্না লৈবা অলিমা কৌববু লানঙমলকখি। লান অদুদা মমল য়াম্লবা স্না, লুপা, পোহালনচিংবা য়াম্না লোক্লকখি। মেতু অমসুং মকাংগী লান্দা লানফা ১৩০ ফারকলম্মী। খৃ: ১৭৩৭ গী থৱান থাদা মরিং মচিনা লানহৌরকলম্মী। লানহৌ অদুবু মোইরাং য়ুমথংবা লালহাঙম্বনা চৎতুনা লাকশিনলম্মী।

**অৱা লৈপাক্তা লান্তাবা -**

মৈতিংঙু পামহৈবনা অৱাগী মথক্তা লান্তাবা লেপ্লা লৈরমদে। অৱাগী মথক্তা লান্তানবা লানগী থৌরাং লৌখৎপা হৌরম্মী। মতম অসিদা অৱা নিংথৌ টানিনগানউইনা শিরবদা মচা ইবুংঙো দিবৌটিনা অৱ লৈপাক্কী নিংথৌ ওইনা পানলি। দিবৌটিনা নিংথৌ ওইনা পানলবসু মৈতৈগা অফবা মরিদি ইফা ফগৎপা ঙমলমদে। মেরাগী ১০ নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতা চাউরেন্না লুচিংবা লান্মী কাংবু অমা অৱাদা লান্তারুনবা অহানবা খোংশানবা ওইনা থাখিরম্মী।

**লুকুন থাংবা -**

অৱাদা লান্তানবা অহানবা লময়ানবা লান্মী থাজিনখিবা মপুম ওইবা লান্মীশিং চংদ্রিঙৈগী চৈরক অসিদা মৈতিংঙু পামহৈবনা শলাই ৭কী মীওইশিংবু রামান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌনবগী অকনবা খোংজং অমা চংশিনলক্লুনা হিয়াঙ্গৈ থাগী থানিন শগোলশেন্দা পামহৈবনা লুচিংদুনা মীওই ৩০০০ লুকুন থাংদুনা রামান্দিদা লাইমিং লৌরম্মী। অদুগা শলাই তরেৎকী য়ুম্নাক্ শাগৈদা পক্লুনা/ চংদুনা মৈতৈ ওইখ্রবা তখেন, ময়াং, কবো, খ্রামল (অৱা) কবুই অমদি তাংখুনশিংবু, পামহৈবা নিংথৌনা নিংথি তুরেন্দা মপা মপু, মমা মবেনগী লাইবক্কী শরু পুদুনা পোৎলোইরগা ইরুপখিবা (খৃ: ১৭২৪) অদুগী মমাংদা মৈতৈ ওইখিবশিংবুনা লূকুন থাংদবা ক্ষেত্রিয় মচা ওইহনখি। মখোয় অসিগী চনু নিংঙোনশিংগা লূকুন থাংবশিংগা লৌনবা য়াদে হায়না থিংখি। অদুগা লূকুন

থাংবগী মচা মনাওশিংবু মখোয়দা পীবা য়ারোই হায়দুনা চালৌ-মৌলৌনবা থিংলম্মী। ঈরুপ্পগী মতুংদা লাক্পা খৈবিক অদু মা মাগী ময়েক মচুদা লেপহনলো হায়দুনা লেপহনলম্মী। রামান্দি লাইনিং লিচৎ অসিনা কংলৈপাক্তা খোংগুন তারবদগী মীওইবা অমগা মীওইবা অমগগী মরক্তা খেৎনবা অনেম অৱাং নুংশিনহন্দবগী পনজাও অমা থোনবা হৌরকখি। পামহৈবা নিংথৌনা স্না য়াথং পিদুনা মচা ইবুংঙো শ্যামশাই খুরাইলাক্পা অমসুং শান্তিদাসকা মখোয় অনিনা লুচিংবা লান্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা পোইনুগী ১১ নি পানবা লৈপাকপোক্পা নুমিৎতা অৱাদা লান্তাবা থারম্মী। মখোয় অনিনা লুচিংদুনা অৱাদা চৎখিবা মতুং নুমিৎ ৬ নি লৈবগা পোইনুগী ১৭ নি নিংথৌকাবদা মচা ইবুংঙো স্নাহন চিংশাইগা হাওবমচা পুখ্রনবগা অনিনা লুচিংবা তেঙ্গোল অমগা অৱা লান শোক্লবা য়াওবা চংলম্মী। শ্যামশাই অমসুং শান্তিদাস অনিগী মখাদা মতিক চাবা লান্মী লৈবদগী অদুগীসু মথক্তা অকনবা লানফম অমা ওইবগী মওং উদবদগী খাবম অমসুং লাইফম পানা অনি ৱাকচিংগী ২ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা থোক্লকখি। মথংগী নুমিৎ হিয়াঙ্গেগী ৩নি পানবা লৈপাকপোকপা মচা ইবুংঙো স্নাহন চিংশাইগা হাওবম পুখ্রনবগাসু হনলক্তুনা স্না কোনুংদা থুংলখি। নুমিৎ অসিদা মোইরাং য়ুমথংবনা শমজোক্কী লৌখোং তেংবা লোইদুনা হনলক্পা থুংলখি।

স্নাহন চিংশাই অমসুং হাওবম পুখ্রন্বা অনিনা হনলক্তুনা স্না কোনুংদা থুংলবা মতুং নুমিৎ ৪ নি শুবা ৱাকচিংগী ৭নি পানবা থাংজদা অৱাদা লৈহৌরিবা শ্যামশাই খুরাইলাক্পা অমসুং শান্তিদাস গোশাই অনিনা লুচিংবা লান্মীগা অৱাগা অকনবা লান মচীংদা শোক্লরম্মী। লান অদু মৈতৈনা ঙমদুনা অৱাগী লান্মী ৩২৭ হাৎলম্মী, অদুগা অহিংবা লানফা ২০ ফাহৌরম্মী। অৱানা মায়থিবা ফংখিবদগী মৈতৈগা লানশোক্লবা পামদদুনা মৈতৈগা তাইশিন্নবা শান্তিদাসকী মফমদা লাইবার থারকখি। অৱা লাইবারগা শান্তিদাসকা ৱারি শান্নদুনা, ফনা, ইংনা তপ্না লান তৌনদনা লৈনবা য়ান্নরম্মী। অৱাগা মৈতৈগা তাইশিন্নবগী পাও শান্তিদাসনা মী থারক্তুনা মৈতিংঙু পামহৈবদা হংগৎলখি। অৱাশিংগা লান তৌনবা লেপনদুনা ফনা, ইংনা, তপ্না লান তৌনদনা লৈনবগী ৱাফম্বু মৈতিংঙু পামহৈবনা থাজবা ঙমখিদে। মৈতিংঙু পামহৈবনা অৱাগী মথক্তা অকনবা লান্তানবগী লাইফম, খাবম, অহল্লুপ অমসুং লাইফম পানাগী লৌমিশিংবু ৱাকচিংগী ১৭ নি পানবা য়ুমশাকৈশা নুমিৎতগী কবোগী পনশাদা চিঙ্গাক পৈশিনবা হৌহনলম্মী।

**তাপ্রাংদা লান্তবা -**

লানগী চিঞ্জাক পৈশিন্দুনা থৌরাং তৌবা লোইরদুনা মোইরাং লালহাঙম্বা কত্বাননা লুচিংবা লমফাৎপা লাম্মী খুৎপু অমা ফাইরেনগী ২নি (খৃ: ১৭৩৮ জানুৱারী-ফেব্রুৱারী) পানবা য়ুমশাকৈশা নুমিৎতা খোংশানলম্মী। লমফাৎপা কাংবুনা চৎখিবা মতুং নুমিৎ মরিনি লৈরগা ফাইরেনগী ৬ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা পামহৈবা নিংথৌনা লুচিংদুনা অৱাগী তাপ্রাংদা লান্তাবা খোংশানলম্মী। মৈতিংঙুনা তাপ্রাংদা লান্তাদুনা তাপ্রাংবু মায়থিবা পীরম্মী। তাপ্রাংবু মাইথিবা পিরম্লগা তাপ্রাংদগী অমুক চংশিনখিদুনা শ্যাংশিদা লান্তারম্মী। শ্যাংশিংবু মায়থিবা পিদুনা মখাপোনবা লোই হাবা লম ওইনা থমলম্মী। শ্যাংশিগী লান লোইদুনা থোক্লকপনা লমতাগী ১৪ নি পানবা য়ুমশকৈশাদা স্না কোনুংদা থুংলখি। লান লোইদুনা হনলকপা অসিদা মৈতিংঙুনা স্না কোনুংদা হান্না লাক্‌খিদে শান্তিদাসকী ময়ুম থাংবিগ্রৌদা হান্না থুংলম্মী। অদুদগী লাক্নুনা স্না কোনুংদা থুংলখি।

**শান্তিদাস লুহোংবা -**

শ্যাংশিগী লান লোইরবা মতুং খৃ: ১৭৩৮ গী কালেনগী ১৪ নি পানবা থাঙজা নুমিৎতা মনাও ইবেম্মা মাইবম চনু হিদাংশুংবীনা পোকপী তম্ফা ৱাংঙমলোন চমপকলাতা অহেনবীবু শান্তিদাসতা লুহোংদুনা থাজরম্মী। পামহৈবা নিংথৌনা মনাও ইবেম্মা মাইবম চনু হিদাক্‌শুংবী য়াওনা মমোম চমপকলাতাবু গুরু শান্তিদাসকী ময়ুম থাংবিগ্রৌদা থিনলুই। নিংথৌগী গুরু ওইবতা নত্তনা ইমুং মনুং মরি মতাসু ওইরে। থাংবিগ্রৌ কৈখু খুনগী মমাং ইরিন তুরেনগী নোংচুপ থংবা তৌব্বান মপান্দা লৈবা খুন অমনি। মমোম ইবেম্মা চমপকালাতা লুহোংলবা মতুংদা ৱায়েনবম থম্বানবু লৈমারেন ফমদগী লৌথরম্মী অদুগা মৈতে লৈমা মোইরাংথেম চনু থৱাবু ফম্বালদা পুখৎলম্মী। মৈতিংঙুনা রমান্দিদা লাইনিং লৌবা অসি লেপ্পা লৈতনা চংশিনলম্মী। ইঙেন থাগী ৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা রমান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌদুনা লৈপাক মীয়াম্বু লূকুন থাংবীরম্মী। লৈপাক্ মীয়াম অমবু লাইমিং লৌদুনা লূকুন থাংবা মতুংদা শান্তিদাস গোশাইনা মকু ইবুংঙো নিংথৌদগী স্না য়াথং লৌদুনা মৈতৈগী মৈহৌবরোন্দগী লৈজবক্লবা শলাই তরেৎপু (৭) অর্ষ্যা ঋষি ৭/৮ গী মমিং লৌদুনা মৈতৈবু অর্ষ্যা মুনি ঋষিশিংগী চাদা নাওদা, চারোন শুরোন্নি হায়দুনা গোত্র ওন্নবা থৌরাং তৌবা হৌরক্লম্মী। চীংউবা মাইচৌ খোংনাংথাবনা মৈহৌরোনবু অর্ষ্যাগী গোত্রদা ওম্বোক্‌পা থিংদুনা পামহৈবা

নিংথেমদা হায়রম্মী। নিংথৌ হৌবদি হৌরেদনা। মপা মপুবু মশক খংদনবা মীরমগী লাইনিং লিচৎ পাম্বদগী মকত্রবা মৈতৈ ময়ুমগী অথোইববু লৈখাতানা মরূ ফংনা মাংনবা থৌশিনবা হৌরেদো। শংলেন্দা পূয়া মুৎফদবনি। নিংথেম মৈহৌবরোন শেমদোকহৈদবনি। পামহৈবা নিংথৌনা চীংউবা মাইচৌ খোংনাং থাবগী মৱা লৌবিখিদ্রে। মৈতিংঙু পামহৈবনা শান্তিদাসতা পূয়া শেমদোক্না য়েক-শলাই ৭পু গোত্র ওনবদা অয়াবা পিরম্মী। শান্তিদাসনা পামহৈবা নিংথৌগী স্না য়াথংবু ফংবদগী ইঙেন থাগী ১০ নি পানবা ইরাইদা (খৃ: ১৭৩৮ মে-জুন) য়েক শলাই ৭কী মৈহৌবরোন পুকোক্পু অর্ষ্যাগী ঋষিশিংগী মমিংনা মহুৎ শিন্না গোত্র ওন্থোক্না শেমদোক্লুনা ইখি। মদুদি :-

(১) মঙাং/নিংথৌচা শলাইবু **মুনি ঋষি শান্তিল্য**গী চাদা নাওদা, চারোন শুরোননি হায়দুনা **শান্তিল্য** গোত্র ওন্থোক্না ইখ্রে।

(২) অঙোম শলাইবু **কৌশিক মুনি ঋষি**গী চাদা নাওদা, চারোল-শুরোননি হায়দুনা **কৌশিক** গোত্র ওন্থোক্লু ইখ্রে।

(৩) খুমন শলাইবু **মৌদল্য ঋষি**গী মচা মশু, চাদা নাওদা হায়দুনা **মৌদগ্য/ মধুগৈল্যা** গোত্র ওন্থোকখ্রে।

(৪) লুৱাং শলাইবুনা **মুনি ঋষি কাশ্যপ**কী মচা মশু, চাদা নাওদানি হায়দুনা **কাশ্যপ** গোত্রদা ওন্থোকখ্রে।

(৫) মোইরাং শলাইবুনা **মুনি ঋষি অত্রেয়**গী চাদা নাওদা, চারোন শুরোন্দ পুশিন্দুনা **অত্রেয়** গোত্রদা ওন্থোকখ্রে।

(ক) মোইরাং অরিবা **অত্রেয়** গোত্র।

(খ) মোইরাং অনৌবা **অংগিরাস** গোত্র।

(৬) চেংলৈ শরাং লৈশাংথেম শলাইবু **বশিষ্ঠা মুনি ঋষি**দগী শমথবকপা চারোন শুরোননি হায়দুনা **বশিষ্ঠা** গোত্রদা ওন্থোক্লম্মী।

(৭) খাবা শলাইবু **ভরদ্বাজ মুনি ঋষি** চারেন শুরোননি হায়দুনা খাবা শলাইবু **ভরদ্বাজ** গোত্র ওন্তোক্লুনা শেমদোকলে।

(৮) ঙানবা শলাইবু নৈমিস মুনি ঋষিগী মচা মশুনি হায়দুনা ঙানবা য়েক শলাইনা **মৈমিস গোত্র ওস্লোকলে।**

মৈতৈগী মৈহৌবরোন্দগী লৈজরক্লবা মৈতৈ য়েক/শলাই অসিবু শান্তিদাসকী খুশিন থৌরাংদগী অর্ষাগী মুনি ঋষিশিংনা পোকলক শাৎলকপা মখোয়গী চারোন শুরোন্দা পুশিন্দুনা গোত্র ওস্লোক্লা মৈতৈ য়েক/শলাইগী মৈহৌবরোল শেমদোক্লা পূয়া ইদুনা থমখ্রে। অসি গুস্লা মৈতৈগী য়েক-শলাইবু গোত্র ওস্লোক্তুনা ইবা পুয়া অদুবু **চেকখোং** হায়না মিংথোনলম্মী। বেদগী মতমদা ষণ থমফম্লু গোত্র কৌনৈ। অদুবু অর্থব বেদগী মতমদুগী কাংবু/কাংলুপ ওইনা শিজিন্নরকখি। গোত্র লেপলবা মতুংদগীদি গোত্র লেপ্তুবা ময়ুম কাংবুগা হায়বদি চীংম্নী, লৈপাক্ অসিদা খুন্তাদুনা লৈরিবা পাঙন, অতৈ কাংলুপ অৱা, তখেন্দগী চংলকখিবা মচা মশুশিংগা চনু নিংঙোন লৌনা লৈনবা, পিনবা য়াদে হায়দুনা থিংলম্মী। মসিনা অমতা ওইরম্বা চীংমী-তম্মী অনিগী মরক্তা লাপথোকনবগী অচৌবা শিংচেপ অমা য়ৈশিনবা হৌরম্মী। কংলৈপাক্তা গোত্র ওস্লোক্লা চৎনবাহৌখিবা অসি খৃ: ১৭৩৮ গী ইঙেন থাদগীনি। লৈপাক্ অসিদা হান্না গোত্র লৈরম্বা নত্তে। মৈতৈগীদি **"শলাই পুকোক"** হায়দুনা লৈরকই। হৌজিক ফাওবা য়াম্না লুনা-কিনা **"অপোক্পা খুরম্বা"** হায়দুনা শাগৈ শাগৈগী পিবানা থৌপুদুনা চৎনরকলি। অপোক্পা খুরম্বা অসি য়েক/শলাই ৭ অসিগী তোঙান তোঙানবা পোৎলম পোৎয়াও, নুমিৎ, থা তোঙান তোঙান্না লোয়না লৈজে। চনু নিঙোল লৌনা-লৈনদুনা লুহোংবগী শোন্‌বা মতমদা অহোংবা লাক্‌খি। নুপী হায়না শিংনবা মতমদা করি শাগৈনো ? করি য়েক/শলাইনো হংনদুনা লৌনা লৈনবা য়াবা-য়াদবা থিদুনা লুহোংবগী থৌরম পাংথোক্নৈ। হায়না শিংনবগী মতাংদনা য়েক/শলাই থি অদুগা লুহোংবা মতমদনা অর্ষা মুনি ঋষিশিংগী মিংদা বামোনশিংনা শোনলে। শলাই পুকোক্তা শোনখিদ্রে। মৈতৈগী পোক্পাশিবগী থৌরম বামোনশিংনা পাইশিনখিদুনা মখোয়না অৱাংবা থাক্তা লৈবা হৌখি।

ইবেম্মা লৈমারেন থম্বালবু অমুক হন্না পোইনু থাদা ফম্বালদা পুখৎলম্মী। থম্বালবু লৈমারেন ফম্বালদা পুখৎপা মতুং পোইনুগী ১১ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা পামহৈবা নিংথৌনা মমাক্ গুরু শান্তিদাস অমসুং মচা ইবুংঙো শ্যামশাইবু অৱাগী ফিবম য়েংশিনবা থারম্মী। মখোয়না অৱাদা নুমিৎ ৪৭ নি লৈদুনা অৱাগী ফিবম কুপ্লা য়েংশিনলুরগা হনলক্‌পনা ৱাকচিংগী ২৯ নি পানবা থাংজদা কোনুংদা থুংলখি।

**পোং নিংথৌনা মীহুৎ থারকপা -**

মৈহৌরোন্দগী হৌনা মৈতৈগা পোংগা য়াম্না নুংশি চান্ননা অফবা মরি লৈনরকলি। পোং নিংথৌ মহিপালনা মৈতিংঙু পামহৈবদা অৱাগী মথক্তা লাম্তাবিনবা হায়দুনা মহাক্কী মীহুৎ কাংবু অমা থারকপনা চহী অসিগী লমতা থাগী ২৯ নি (খৃ: ১৭৩৯ ফ্রেব্রুৱারী-মার্চ) লৈপাক্‌পোকপা নুমিৎতা স্না কোনুংদা থুংলখি। পোং নিংথৌগী মীহুৎ কাংবু অদুগা অৱাদা লাম্তাবা য়ানখি। পোংগী পাওপুরকপা মীহুৎ কাংবু অদুনা কোনুংদা নুমিৎ ১৮ নি লৈরমলগা খৃ: ১৭৩৯ গী শজিফুগী ১৮নি পানবা নোংমাইজিংদা মরৈপাক পোংদা হনখিরম্মী। পোংগী মীহুৎ কাংবু অদুনা হনখিবা নুমিৎতা অৱা নিংথৌগী পাওপুবা লাইবার লাক্কুনা স্না কোনুংদা থুংলখি। অৱা লাইবার লাকপা অদুগা মৈতিংঙুগা করি হিরমদা য়ানখিবা অমসুং য়ানখিদবগী মতাংদা অমতা পনলমদে।

**প্রমার্থ লাইনিং -**

মৈতিংঙু পামহৈবনা শ্যখ্যা, নিমান্দি, রামান্দি লাইনিং লৌদুনা হিন্দু লাইনিংদা চৎলম্মী। রামান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌদুনা রামান্দি লাইনিং চৎপদগী নিমান্দি লাইনিং থিংবা হৌরকখি। রামান্দি লাইনিং লিচৎ চৎনা হিন্দু লাইনিংগী শরুক অমা ওইরিবা প্রমার্থ লাইনিংদা ইঙা থাগী ৫নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতা লাইমিং লৌবম্মী। প্রমার্থ লাইনিংদা লাইমিং লৌরবা মতুংদা থা অমা লৈরগা ইঙেন থাগী ৫ নি পানবা থাংজা নুমিৎতা ইবুংঙো তাংক শাইনচিংবা লূকুন থাংলম্মী। নুমিৎ অসিদা রামান্দি লাইনিংবু পামদবা, য়ানিংদবা মীওই খিবিকপু অকি-অখং পিদুনা নমফুদা রামান্দি লাইনিংদা লাইমিং লৌহন্দুনা লূকুন থাংলম্মী।

**পোংগী পাওহনবা থুংলবা -**

পোং নিংথৌ মহিপালনা অৱা লৈপাক্তা লাম্তাবিনবা হায়জরকখিবা অদুগী পাওহনবা মীওই অনি অমুক হন্না লাক্কুনা থৱান থাগী ২০ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা স্না কোনুংদা থুংলখি। মখোয় অনিনা থা অহুম (৩) খরা হেন্না লৈরমলগা অৱা লৈপাক্তা লাম্তানবগী অরেপ্পা তংতাবা পাও খংলগা হিয়াঙ্গৈ ৩০নি থাশিদা হনখিরম্মী।

**চেকাং/সগাং লাম্তাবা -**

পোং নিংথৌগী পাওহনবা মখোয় অনিনা হনখিবা মতুং নুমিৎ ১২ নি লৈরগা পোইনুগী ১৩ নি পানবা নিংথৌকাবা (খৃ: ১৭৩৯ ডিসেম্বর-জানুৱারী) নুমিৎতা

মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌনা লুচিংদুনা খোংমী লান্মী ২০,০০০ শগোল লান্মী ৫০০০ পুদুনা অৱাগী কোনুং সগাং/চেকোংদা লান্তাবা খোংশনলম্মী। মৈতিংঙুনা অৱা লৈপাক্তা লান্তাদুনা মমাং চহী (খৃ: ১৭৩৭) গী লান্দা মাং তাকহনলম্বা তৌপ্রং, শ্যাংশিং অমুক শেমগৎ শাগৎতুনা লৈরম্বা পুন্বা নমখাইদুনা চংশিনলম্মী। লান তৌ তৌদুনা চংশিনলক্পনা মু তুরেনগী তোর্বান য়ৌশিনলক্তুনা অৱা লৈপাক্কী মমিং লৈরবা অচৌবা কৈথেল মেতুবু থুগাইদুনা অঙকপা ফংনা মাং তাকহন্দুনা মেতু কৈথেন অসি মোংফম ওইহনলম্মী। মেতু লৌশিনবদগী অৱাগী কোনুং সগাং তম্না চংশিনলম্মী। সগাং অসি ইরাবতি তুরেনগী তোর্বান্দা তাবা অচৌবা খুয়া দলান কয়ামরুম অমদি মমিং চৎপা **"কোমুদা পেগোডা"** লৈবা অদুগা মতৈ পেগোডা কয়ামরুম্না লৈতেংবা কোনুংনি। অৱা নিংথৌ দিবৌটিনা মহাক্কী কোনুং সগাং অমসুং "কোমুদা পেগোডা" ঙাক্নবা থুগাইবা ঙমলোইদবা মওংদা অকনবা লানবন শাদুনা থমখ্রবনি। পামহৈবা নিংথৌগী লানথেংনবগী লানলোং অসিদা অৱা লান্মী কুইনা লান্থেংবা ঙমখিদে। মৈতৈ লান্মীগী লান্তাশিনবগী লানলোং অসিদা সগাং ঙাক্লম্বা অৱাগী লান্মী লানবন থাদোক্তুনা কাইদুনা চন্নখিরম্মী। অদুগা অৱা নিংথৌ দিবৌটিনা মহাক্কী অঙম অথৌশিংগা সগাং থাদোক্তুনা ইরাবতি তুরেন লানলগা 'অভা কোনুংদা' চেনখিরম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌনা সগাংগী খ্বায়দগী চাওবা "কামুদা পেগোডা, খা, ৱাং, নোংপোক, নোংচুপ মায়কৈ মরিদা (৪) অচৌবা থোঙজাও ৪ ফাৎপা, পেগোডা অদুবু ঙাকলিবা অৱাগী অকনবা লানচিংলেন সরননচিংবা লান্মী কয়া অমা হাৎলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌনা কামুদা পেগোডাগী থোঙজাওদা মশামক্কী থাংনা য়ান্দুনা মৈতৈনা লানঙম্বগী থাংফম থন্নম্মী। সগাংগী লানফম অসিদা মৈতৈগী মতিক মথৌনা লৈরবা অকনবা লানচিংবা নাহালুপ লাক্পা শাপমচা কিয়াম্বা অমদি পোনলিবা লমথোক্নচিংবা য়াওনা লান্মী কয়া থৱায় থাখি। অৱাগী মায়কৈদা পামহৈবা নিংথৌগী মচন ইবেম্মা চক্পা মখাও ঙম্বীনা পোক্পা অৱাগী লানচিংপুরেন "মংএ কেংতুঙম্বা" পোলিবা লমথোক্কী মখুৎতা মথৱায় থাখিরম্মী। মদুদক্কী অৱাগী সগাংলান অসিনা খ্বায়দগী চাওবা অকনবা লান হায়বদু ওইখিরম্মী। লান অসিদা পামহৈবা নিংথৌনা মমল য়াম্লবা গৌতম বুদ্ধগী অশাবা শক্তমগা লোয়ননা স্না লুপা ফিগে ফিরাং, পূং থেনমাই অতৈ মমল য়াম্লবা পোৎ চৈ য়াম্না পুরক্লম্মী।

### পোং লৈপাক্তা চৎপা -

পামহৈবা নিংথৌনা সগাংগী লান্ লোইরগা অমুক কংলৈপাক মণিপুরদা হনলক্কনা পোং লৈপাক্তা চৎলম্মী। পোং লৈপাক য়ৌরবদা পোং নিংথৌ মচিন মনাও অনি লৈববু ময়াম্বা অহন্দা পোং নিংথৌ হাপপিদুনা নিংথৌ খুবম পিবিরে। পোং নিংথৌদা দোলাই তাপ্রং অমসুং নিংথৌ অমগী লৈফম থোক্পা পোংলোই শমপোৎ পুন্নমক খায়দুনা পিরম্মী। পোংনিংথৌগী মনাওবুসু পোংলোই খৈবিক পিদুনা মথংখনবা হাপলম্মী। পামহৈবা নিংথৌনা পোংনিংথৌ মচিন মনাওবু নিংথৌ অমদি মথংখনবা হাপ্পমলগা হনলকপনা চহী অসিগী ফাইরেনগী ২৬ নি পানবা (খৃ: ১৭৪০ জানুৱারী-ফেব্রুৱারী) লৈপাক্পোকপা নুমিৎতা স্না কোনুংদা থুংলখি।

মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌনা রামান্দি লাইনিং লিচৎতা চৎখিবদগী নিমান্দি চৎপা য়াররোই হায়না থিংলকখিবা অসিদা নিমান্দি লাইনিংবু থাদোক্কুনা রামান্দি লাইনিং চৎতবশিংবু থেংগাং-থেংগাং চৈরাক্ পীদুনা ৱাকোংহনলম্মী। খৃ: ১৭৪০ গী কালেন থা অসিদা মৈতিংঙু পামহৈবনা রামান্দি লাইনিং চৎলু য়াদবা বামোন কয়া অমা লৈপাকসিদগী তাম্হোক্কুনা চৎহনখি। নিংথৌগী মচা, মনাওশিং নিমান্দি লাইনিং থাদোক্উ য়াদবশিংবু লোইফমশিংদা লোই থারম্মী। মসিদা মচা ইবুংঙো শ্যামশাইবুসু লোইথাবা য়াওরম্মী।

### পোংনিংথৌনা য়াইপীবা -

খৃ: ১৭৪০ গী ইঙাগী ১৯ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা পোংনিংথৌ মাহিপালনা মহাক্কী লৈমারেনগা থোক্লক্কুনা স্না কোনুংদা থুংলখি। পোং নিংথৌ মহিপানবু মহাক্কী লৈমারেনগা লোয়ননা কাথোংদা লৈহনলম্মী। পোং নিংথৌ লাক্পা অসিদা পামহৈবা নিংথৌনা হরাও তয়াম্না, ইকাই খুম্ননা ওকপাগা লোয়ননা হি অমমমদা তোংদুনা হিয়াং কুম্মৈ শান্নরম্মী। ইঙেন থাগী নোংমা পানবা থাংজা নুমিৎ অসিদা পামহৈবা নিংথৌগা, পোংনিংথৌ মহিপালগা কুচুদা ফমমিন্নরম্মী। **নুমিৎ অদুদা পোংনিংথৌ মহিপালনা মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌদা পোং নিংথৌ খেখোম্বগী নুং য়াইবু খুদোল ওইনা পিরম্মী।** পামহৈবা নিংথৌসু পোংনিংথৌদা দোলাই তাপ্রংঙম্বা, সেক্পিন অঙৌবা, সনা থাঙ্না চিংবা, মৈতিংঙুগী পোংলোই অয়াম্বা মশিংশুনা খুদোল তমলম্মী। পোং নিংথৌনা নুমিৎ ১৫ নি লৈরমলগা ইঙেনগী ১৪ নি পানবা ইরাইদা মরৈপাক পোংদা হনখিরম্মী।

মেতুদা লান্তাবা -

মৈতিংঙু পামহৈবনা অৱাগী কোনুং সাগাংদা লান্তাবা চৎপদা লম্বীদা মু তুরেনগী তোর্ব্বান্দা তাবা মেতুবু লান্তাদুনা মাংতাক্হনলম্বা অদুগী নুংঙাইতবা মরমনা পামহৈবা নিংথৌ মথক্তা লান্তানবা মেতুনা থৌরাং তৌরম্মী। মেতুনা লান্তানবগী থৌরাং তৌববু অরোননাইশিংনা পাও পিরক্লম্মী। পাও ফংবদগী মেতুদা লান্তানবা থৌরাং তৌরম্মী। লানগী থৌরাং পুন্নমক লোইরদুনা পোইনু থাগী ১১নি লৈপাকপোক্পা নুমিৎতা মেতুদা লান্তানবা মৈতিংঙু পামহৈবনা লমহৌদুনা ৱাংখৈ নিংথেম পুখ্রিদা লৈরম্মী। নিংথেম পুখ্রিদা নুমিৎ ২০ নি লৈরগা ৱাকচিংগী ২ নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎতা মৈতিংঙু পামহৈবনা লুচিংদুনা মেতুদা লান্তাবা খোংশনলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা অৱাগী মথক্তা লান্তাবা লাক্লে হায়বগী পাও তাবদগী অৱাগী ঈশিং তেঙ্গোল অমসুং মেতুলাক্পগী তেঙ্গোল অনিমক শমজি খাইনদুনা চেন্নখিরম্মী। মখোয়না চেনখিবগী পাও মৈতিংঙু পামহৈবনা ৱাকচিংগী ২৫ নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতা তাখি। মৈতিংঙু পামহৈবনা অৱাদা লান্তাবা চৎখিবা অসিগী খুদোংচাবালৌদুনা ফাইরেন থা হৌগৎলকপদা মরিং চীংশাং পুন্নমক হৌদুনা থুমখোং, পল্লেন, লাংঙথেন, ককচিং খুনলেন, অমসুং হৈরোক্তা লান্তারক্তুনা মী ১০৫ হাৎখিরম্মী। কক্চিংনা মরিং অমখক ফাহৌখি। পামহৈবা নিংথৌনা মেতুদা লান্তাবা লাকলে হায়বগী পাও ফংবদগী চেনখ্রে, হায়না তাখিবা অৱাগী ঈশিং তেঙ্গোল অমসুং মেতু লাক্পগী তেঙ্গোল অনি অসিনা নাথুপ্ননা লৈরম্বদগী ফাইরেনগী ২৮নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা অৱাগা লান শোক্লরম্মী। পামহৈবা নিংথৌনা লানঙমদুনা মায় পাক্লম্মী।

মরিং লান -

পামহৈবা নিংথৌনা অৱাদগী হনলকত্রিঙৈদা মরিং লানহৌ অদু লাকশিন্বা হাওবমচা শগোলশেনবা হঞ্জবনা লুচিংদুনা লমতাগী ৪নি পানবা থাংজা নুমিৎতা চৎলম্মী। ৯নি যুমশকৈশা নুমিৎতা মরিংগা খুৎথোক্লদুনা অকনবা লান শোক্লরম্মী। মরিংশিংগী মরক্তা অৱা লাম্মীশিং য়াওরমদুনা ফারম্মী। অদুদগী মরিংগী লানহৌ অদুদা অৱা য়াওই হায়বসি খংবা ঙমখি। খুৎ থোক্লবগী মথংগী নুমিৎ ১০ নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতা নোংপোক লৈরিখোম্বা অনন্তশাইনা লুচিংদুনা হাওবমচা শগোলশেনবা হঞ্জবা মতেং পাংবা চৎলম্মী। মরিং লানহৌ অদুবু মপুংফানা লাকশিনবা ঙমদনা হনলকখি। পামহৈবা নিংথৌসু অৱাগী লান লোইদুনা হনলক্পনা লমতাগী ৩নি পানবা ইরাইদা (খৃ: ১৯৪১ ফেব্রুৱারী-মার্চ) স্না কোনুংদা থুংলখি।

পামহৈবা নিংথৌনা মেতুগী লান লোইদুনা হনলক্লগা নুমিৎ ৬নি কোনুংদা লৈরমলগা লমতাগী ৯ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা অৱাগা লানশোক্লবা অমুক চৎলম্মী। মরিংগী ইরাং লৈবদগী পোৎসঙবা সঙবনে, য়ুম্নাম অরোই তমপাকনাই হাওবনে, নিংঙোম্বম মাইজৌনে, কবো উনুংতা মখোয় ৪ অসিনা লমচিংদুনা মৈতিংঙু পামহৈববু অনান্ লম্বীরোমদা পুরম্মী। অৱাদা থুংদুনা থাসিগী ১২ নি পানবা নিংথৌকাবদা অৱাগা লানশোক্লরম্মী। অৱাগী লানলোইদুনা মৈতিংঙুনা হনলক্পনা থাসিগী ১৭নি পানবা থাংজদা কোনুংদা থুংলখি। মৈতিংঙুনা অৱাগী লান লোইদুনা হনলক্পা মতুং নুমিৎ ৬ নি লৈরগা লমতাগী ২৩ নি পানবা ইরাইদা মচা ইবুংঙো নোংপোক লৈরিখোম্বা অনন্তাশাই লৈপুবা অমসুং মচাইবুংঙো সনাহন মোরাম্বা চিৎ শাই মচিন মনাও অনিনা লুচিংদুনা মরিংদা লান্তাবা চৎলম্মী। মরিং খুন খুনপী, লমলোঙ্ অমসুং কারোংথেনগী অপুনবগা অকনবা লান শোক্লরম্মী। লান অদু ওম্নদনা হনলকখি।

মৈতিংঙু পামহৈবনা খৃ: ১৭৪১ গী শাজিফু থাগী ২৯নি পানবা ইরাইদা অঙোম নিংথৌ খোংজোম্ববু মরিংগা ৱারি শান্নদুনা য়ান্নবা পুরক্লবা থারম্মী। লানতৌনদনবা ৱারি শান্নবা অদু অহানবদা য়ান্নবা পুরকপা ঙমলমদে। খোংজোম্বনা কন্না হোৎনদুনা য়ান্নবা পুরক্কুনা কালেন থাদা থোংজোম্বগা মরিংগা হুইগী মবিন থৎনদুনা লান তৌনদবা হায়না ৱাশক ৱালেপনরম্মী। কালেন থাসিদা অৱা নিংথৌনা থারকপা মহাক্কী লাইবার থুংলখি।

**অৱানা লৈমা নিবা লাকপা :**

অৱা নিংথৌনা মৈতিংঙু পামহৈবগা অফবা মরি থম্নবগী মমি তাবা হৌরকখি। ইঙা থাদসু অৱা নিংথৌ দিবৌটিনা থারকপা লাইবার অমসু থুংলখি। লাংবন থাগী ১০ নি পানবা য়ুমশাকৈশা নুমিৎতা অৱা নিংথৌ দিবৌটিনা মৈতিংঙু পামহৈবগী মমোম ইবেম্মা পিয়ু, হায়জবা লাক্পা অৱা লাইবার থুংলখি। মখোয়না মৈতিংঙুগী মমোম হায়জবা লাকপদা হায়জাপোৎ ওইনা দোলাই সনা লুপ্পা পুরক্লম্মী। অৱা নিংথৌদা মমোম ইবেম্মা থাজবগী ৱাফম অসি লৈখাই তাবা ঙম্নদনা হনখিরম্মী। অৱা নিংথৌদা মমোম ইবেম্মা থাজবগী ৱাফম অসি লৈখাই তানদনা হনখিবা অদুগী মতুং ফাইরেন থাদা (খৃ: ১৭৪২ জনুৱারী - ফেব্রুৱারী) মৈতৈ লৈমা হায়জবা অৱা লাইবার অমুক লাক্কুনা থুংলখি । মসিদসু লৈমা থাজবগী ৱা লোইশিন্নবা ঙম্নখিদে। পামহৈবনা অৱা নিংথৌনা লৈমা নিবা লাক্লিবা অসি তশেংনা অফবা মরি থম্বা পাম্বগীরা নত্রগা লোৎনা মনুংদা মরৌ তৌনা লৈমা পিয়ু হায়রিব্রা য়েংথোক্লম্মী।

খৃ: ১৭৪২ গী পোইনু থাদা মৈতিংঙু পামহৈবগা মমাক্ ইবুংঙো শান্তিদাস গুরুগা কারিগুম্বা মরম খরদা য়ানরকলমদে। মদুদা শান্তিদাসনা শাওদুনা পোইনু থাগী ১৯ নি পানবা থাংজদা লৈপাক অসি থাদোক্কুনা চৎশ্রগনি হায়দুনা চেনখিরম্মী। অদুদা মৈতিংঙু পামহৈবনা তান্নদুনা খ্বায়রম্বন্দা মমাক ইবুংঙো শান্তিদাস গুরুবু চৎখিদনবা খুরমদুনা খামজখি। ফাইরেন থা অসিদা খোংজাইনা লাংলক্পদগী মমাক ইবুংঙো শান্তিদাস গুরুবু খোংজাই ইরাং অদু থেংনরুনবা থারম্মী। খোংজাই ইরাং লাক্শিন্দুনা থনমলগা ব্রাকচিং থাদা হনলকখি।

খৃ: ১৭৪৩ গী থব্রান থাদা পামহৈবা নিংথৌনা লৈমারেন, য়োইবু য়োইহৈ খিবিক য়াওনা পোং ৪ দা তোংদুনা চৎলগা থঙ্গাদা ক্কা থারম্মী। পামহৈবা নিংথৌনা অব্রাবু মতম পুম্নমক্তা য়াম্না চেকশিন্না শেন্নদুনা মখোয়না লান্তারক্কদ্রা য়েংশিন্দুনা লৈরম্মী। করিগুম্বা মখোয়না খংহৌদনা লান্তারকলবসু তম্পাক তাবা ঙমদনবাথৌরাং মতম পুম্নমক্তা থৌরাং পাইখৎতুনা লৈরম্মী। করিগুম্বা অব্রানা খংহৌদনা লান্তারক্লবসু মায়য়োক্লনবা ব্রাকচিং থা হৌগৎলক্পদা শান্তিদাস মমাক গুরুবু অব্রাদা লানলুম্বা থারম্মী। শান্তিদাসনা অব্রা লানবন্দা চৎখিবগা মৈতিংঙু পামহৈবনা পোং লৈপাক্কী অদোমদা লৈবা মানফা হায়বা মফম অদুদা লান্তারুনবা মোইরাং লালহাঙম্বা কম্বানবু লাম্মী তেঙ্গোন অমগা থারম্মী। মানফাগী লান লোইদুনা ফাইরেন থা লোইশিনলকপদা হনলকখি।

খৃ: ১৭৪৪ গী ইঙা থাগী ৪নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা শ্যামশাইনা অব্রাদা লানলুমদুনা লৈরিবা শান্তিদাসপু মতেং পাংবা চৎলম্মী। ইঙেন থাগী ২৭নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা ময়াং নিংথৌগী মচাদা ইবেম্মা মাইবম চনু হিদাক্শুংবীনা পোক্পী মমোম ইবেম্মা হরিপ্রিয়াবু লুহোংদুনা থাজরম্মী। ঙৌব্রামশাইনা লুচিংদুনা মচন ইবেম্মা হরিপ্রিয়াবু ময়াং লৈপাক্তা থিনলম্মী।

**অব্রানা লৈমা হায়জবা লাক্পা ৩লকশুবা -**

অব্রা নিংথৌ দিবৌটিনা পামহৈবা নিংথৌগা য়েংথিনদুনা লৈবা অসি পামলকখিদ্রে। পামহৈবা নিংথৌগা অসুম য়েংথিনদুনা লৈবা তারবদি অব্রা লৈপাক্ খুদোংথিবা অমাং- অতা, অব্রাবা অসি লেপ্পা লৈররোই খংলম্মী। পামহৈবা নিংথৌগা মরি ফগৎনবা চালৌ-মৌলৌনদুনা ঙাইশেন ওইনা নুংশিননা লৈমিন্নবা পাম্বদগী হনজিন হনজিন লৈমা নিবা থারকলম্মী। লৈমা হায়জবা অহুমলক শুবা ওইনা লাংবন থাদা অব্রা নিংথৌনা মহাক্কী মনাই নন্দশরনা লুচিংবা মীহুৎ কাংবু

অমা থুংলখি। অৱা লৈমা হায়জবা লাক্‌পশিং নুমিৎ ১৩ নি লৈরম্লগা হনখিরম্মী। লৈমা হায়জবগী ৱাফম অসি লোইশিন্দুনা লৈখাই তাবা ঙমলমদে। অৱা অসি মপুৰোশিংগী মতমদগী মৈতৈগী য়েক্লবা ওইদুনা লাক্লি, মখোয়বু মৈতৈনা য়াম্না শাথিনা ওৎনৈদুনা নমথদুনা থমলিবা মতম্নি। পামহৈবা মিৎলৌ নালৌশিংবা নিংথৌ অমা ওইবনা মখোয়গী ফিবম য়েংদুনা অরেপ্পা ৱা ফোংদোক্তনা ৱা মখাক থম্না লৈমা থাজবা অসি থমলম্মী।

**শান্তিদাস হাৎপা -**

অৱা নিংথৌগী মনাই নন্দাশরানা লুচিংদুনা লৈমা হায়জবা লাক্‌পা মতম অসিদা মমাক্ ইবুংঙো গুরু শান্তিদাস গোষাই, শ্যামশাইগা লোয়ননা অৱানা করি তৌরকপগে হায়দুনা লানলুমদুনা লৈরি। শান্তিদাসনা মতম শাংনা অৱাদা লানলুমদুনা লৈবা অসিদা অৱানা করিগুম্বা লান তৌনিংবগী মওং, ফিবম অমতা ফংদবদগী কোনুংদা হনলকখি। শান্তিদাসপু থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতবা, মহাক্কী মথক্তা লমন খুমনিংবা মৈতৈ কয়া অমা লৈপাক অসিদা লৈরম্মী। রামান্দি লাইনিং লিচৎ লৌনবা পামহৈবা নিংথৌগা মখোয় অনিনা লৌতুনদুনা, লৈপাক্ মীয়াম্বু হৌজা হৌজা নমদুনা লাইনিং লৌহনখিবা নোংখ্রেং পাইদুনা নৃংজেং ইকোন্দা শরি ৱাশক্লহনখিবা, লিলোংদা নমদুনা ইরুপহনবা, মৈতৈগী থৱায় ওইরিবা পূয়া লাইরিক মৈ থাদুনা মাংহনখিবা, উমংলাইশিংগী শঙ্লেন থুদেক্লুনা, উমংলাইশিংবু থুগাইদুনা মোংবাহনবা উমংলেন্দা ফুমজিনখিবা, মপা মপুগী মাংথোং হাংদুনা শৱাং লৃৱাংথৌ, লাইবক্কী শরু লৌথোক্লুনা নিংথি তুরেন্দা পুদুনা অম্লক হন্না পোৎলোইখিবা অসিগুম্বা থম্মোয় শোক্‌পা নুংঙাইতবা থবক ময়াম অমা পাংথোক্‌খিবা অসিদা থম্মোয় শোক্‌পা মৈতৈ ময়াম অমনা শান্তিদাসবু লমন খুমনবা অচেংবা খুদোংচাবা মতম য়েংদুনা লৈনরিবা মতম্নি। শান্তিদাসনা নিংথৌগী মরুম থুপ্না য়াম্না খুৎকন পাঙ্গলনা ইমুং মনুং মরি মতা ওইদুনা লৈখিবা অসিদা লমন খুমনিংবা কয়া লৈরবসু লমন খুম্নবগী খুদোংচাবা ফংদবদগী লমন খুম্বা ঙমদনা লৈনরম্মী। শান্তিদাসনা মহাক্কী খোংলোই খরগা অৱা লানবনদগী হনলক্‌পদা মহাক্‌পু লমন খুমনিংবা মীওই, মহাক্কী খোংলোই মরক্তা য়াওরম্বদগী লোক্ অমগী মপান্দা খুজাইনা থাদুনা হিয়াঙ্গৈ থাগী ২৭ নি পানবা লৈপাক্‌পোকপা (খৃ: ১৭৪৪ ওক্তোবর-নবেম্বর) নুমিৎতা হাৎলম্মী। শান্তিদাসপু খুজাইনা থাদুনা হাৎখিবা লোক্ অদুবু খুজাই লোক্ কৌনখি। অৱা লানবন্দা লৈহৌরিবা শ্যামশাই খুরাইলাক্‌পসু, মহাক্কী লানমীশিংগা লোয়ননা থোক্লক্লুনা হিয়াঙ্গৈগী থাশি ইরাই নুমিৎতা স্না কোনুংদা থুংলখি।

**শান্তিদাসকী নুপী শিজা গুরু ওংবী চমপকলাতানা গঙ্গা চৎপা -**

মৈতৈনা শিরগা শিখিবা মী অদুগী শরাং লুরাংথৌ (লাইবক্কী শরু)বু লৌদুনা গঙ্গাদা শরাং লুরাংথৌ থাদবা চৎপা অসি খৃ: ১৭২৪ দা অরাগী নিংথি তুরেন্দা শরাং লুরাংথৌ পুদুনা মৈদা পোৎলোইবা অসিগী মতুংদগী হৌরকখি। শিজ গুরু ওংবি চমপকলাতানা মরা পুরোইবা শান্তিদাসকী শরাংলুবু গঙ্গাদা থাদরুনবা পোইনু থাগী ১১নি পান্বা লৈপাক্পোকপা নুমিৎতা গঙ্গদা চৎলম্মী। শিজা গুরু ওংবিনা গঙ্গা চৎপা অসিদা কাইবা ঠাকুর তেৱারীনা গতি (মতেং/উপাই) তৌবিদুনা গঙ্গা ইরুপ্পা পুবিরম্মী। কাইবা ঠাকুর তিৱারিনা শিজা চমপকলাতাবু গতি তৌদুনা গঙ্গাদা পুরুবদগী মহাক্কী যুম্লাকপু গতিময়ুম ওইহনখিরম্মী।

**অরানা লৈমা লাইজবা লাক্পা ৪রক শুবা -**

অরা নিংথৌ দিবৌটিনা মৈতৈ লৈমা হায়জবা থারকপা অরা লাইপন খৃ: ১৭৪৫ গী শজিফু থাগী ১১নি নিংথৌকাবা নুমিৎতা থুংলখি। অকোনবগী অরা লাইপন্না লুচিংদুনা লৈমা হায়জবা লাক্পা অদুদা মমোম ইবেম্মা অরা নিংথৌ দিবৌটিগী মফমদা থাজবা য়ারে হায়বা খংহনখি। মমোম্মু থিললক্পগী মতমদি কোন্না খংহনলক্কে হায়খি। অরাগী লৈমা হায়জবা লাক্পা লাইপন্না মৈতিংঙুনা মমোম থাজবা য়ারে হায়বদুদা য়াম্না হরাওনা শজিফু থাগী ২১ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা নুংঙাইবা পাওবু পুদুনা অরা লৈপাক্তা হনখি। নুপীনা লুহোংবা মতমদা কোক্তা লৈরেন চিন্দুনা লুহোংবা অসি মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌগী মতমদগী হৌরম্মী। ইঙেন থাগী ১০ নি পান্বা শগোলশেন নুমিৎতা শিজ অতোনবীবু কোক্তা লৈরেন চিন্দুনা অঙোম নিংথৌদা লুহোংবা থিনলম্মী।

ফাইরেন থা হৌগৎলক্পদা নোংচুপ মায়কৈদা খুন্তারিবা শোংপু কবুই, থিংলোং কবুই, চোথে মখোয় পুন্না লান হৌরক্লুনা মীওই মঙা হাৎলম্মী। লানহৌ অদু থেংনরুনবা মচা ইবুংঙো শঙ্গোইতাবা ভরতশাই অমসুং নোংথোনবা মখোয় অনিনা লুচিংদুনা চৎলম্মী। কবুই থিংলোংবু লান্তদুনা চাইখাইরম্মী। থিংলোং চাইখাইবা লোইরগা কবুই চোথেদা অমুক লান্তাখি, লান অসিদা কবুই চোথে ১০৫ শিখি। চাইখাইখিবা কবুইশিং অসিনা অমতা ওইনা পুনশিনখিদুনা মৈতৈ লাম্মীগা অকনবা লান শামুপন্দা শোক্লরম্মী। মদুদা কবুইশিংনা লাক্চরম্মী। লোইতোংবম তখেনবু টানা থিনখি অদুগা থোক্চোমচা অমাবুনা মঙক কক্লুনা লৌখিরম্মী। কবুইনা লাক্চবগী পাও ফংবদগী মৈতিংঙুনা অহানবগী লাম্মীশিং

অদুবু মতেং পাংলুনবা খাইরাক্‌পম কাংকা (গঙ্গা)না লুচিংবা লান্মী অমুক থাজিনলম্মী। অকোনবগী খাইরাকপম কাংকানা লুচিংবা লান্মীনা হান্নগী লান শোক্লরমলিবা লান্মীগা অনি অসি পুন্দুনা লান শোক্লরবসু কবুইশিংনা মৈতৈ লান্মীবু তকথোক্‌লকখি।

**কবুইদা লান্তাবা -**

কবুই লানহৌ অসিবু মৈতৈ লান্মীনা নমথবা ঙমদবা অসিদা মৈতিংঙু পামহৈবা মশামক্লাচৎতুনা লান্তারুনবা থৌরাং তৌরম্মী। খৃ: ১৭৪৬ কী লাংবন থাগী ২৫ নি পানবা থাঙজা নুমিৎতা কবুইদা লান্তানবগী হনুমান্দা ৱাশক্‌লম্মী। ৱাশক্‌পা মতুং নুমিৎ ১৫ নি লৈরগা মেরা থাগী ১০ নিা পানবা থাংজা নুমিৎতা পামহৈবা নিংথৌনা কবুইদা লান্তাবা খোংশানলম্মী। মৈতিংঙুনা কবুইদা লান্তাবা চৎপা অসিদা কবুইশিংনা লান তৌবীদনবা হায়জরম্মী। লান তৌবীদনবা হায়জবা অদু য়াদুনা লান তৌদনা হনলক্লম্মী।

**চরোই খুন্দা লান্তাবা -**

খৃ: ১৭৪৮ গী শজিফু থা হৌগৎলকপদা চরোই খুনগী কবুইশিংনা লানহৌরকপদগী পামহৈবনা চরোই খুন্দা লান্তারম্মী। মৈতিংঙুনা তুবুল তুরেনগী ইরোংদা তেঙ্গোল লিংদুনা লৈখি। ঈশিং চাওদুনা তুরেন লানবা ঙমদ্রবদা মৈয়েংবম শেক্‌মুনা ইরোইদুনা তুরেন লাম্বোক্লগা থোং শাদুনা লান্মীশিং লাম্বোকলম্মী। মৈতিংঙুনা চরোই খুনগী মথক্তা লান্তাদুনা মখোয়গী লানহৌ অদু নমথরম্মী। মৈয়েবম শেক্‌মুনা থৌনা ফনা তুরেন অদু লাম্বোক্তুনা থোং শারগা লান্মীশিং লালহনবগী মৈতিংঙুনা শেক্‌মুদা মনা পীরম্মী । মদুদা তম্না অমা ফারক্তুনা লৈমরেন্দা পিরম্মী। তম্না অদুগী মশক তম্না ফুরিৎ শারম্মী। চরোই খুনগী ইরাংহৌববু লাক্‌শিন্দুনা থনমলগা হনলকপদা লাংখোংদা লান্তারম্মী। লাংখোংগী লান লোইবগা স্না কোনুংদা হনলকখি। পামহৈবনা কোনুংদা থুংলবা মতুংদা ময়েংবম শেকমুবু ইতোক্তা লান তৌবা থারম্মী। ময়েংবম শেকমুনা ইতোক্তা লান্তাদুনা ইতোক মচা অনি ফারক্লম্মী। ফারকপা ইতোক মচা অনি অদুবু নুংগোইবীদা লালু চনলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা ময়েংবম শেকমুবু থৌনাফবগী মনা **"কনাদা তেনকাপ"** অমা পিরম্মী। ইতোক্কী লান অসিনা মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌনা নিংথৌ ওইরিঙৈদা শোক্লখিবা ইরোই লোইবা লান ওইরম্মী।

মৈতিংঙু পামহৈবা ম্না হাক্তক্তগী লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংনা দোলাই তোংবা হৌরম্মী। লৈপাক্কী অঙম অথৌ ফম্নাইবা পুম্নমক দোলাই হেক্তা তোংবা য়ারমদে। লৈপাক্কী অকক্নবা ফমলুপ/ফমথৌ খরদা দোলাই তোংবগী অয়াবা পিরম্মী। অঙোম নিংথৌ, গুরু/পন্তিত, পুস্ত্রনবা নোংথোনবা, লৈকাইলাকপা মরি, পানা লাক্পা মরি, লৈপুবা (মন্ত্রি), লানচিংলেন (সেনাপতি), কত্বান, শঙ্লাক্পা মরিমা, শঙ্লেন লাক্পা মরিমা, কৈরুংহনবা মরিমা, শেলুংহনবা মরিমা, শঙগুবা মরিমা, পানা হাজারি মরিমা ফৈদা হঞ্জবা থোঙ্শঙ্বা হঞ্জবা, [১]থাঙ্বন চারবা মী/তাঙ্বল্লোই চাবা মী, দোলাইরোই হঞ্জবা ফমশিং পাইবা মীওইতনা দোলাই তোংবা অসি য়ারম্মী। লোইশিংগী মরক্তগী দোলাই তোংবা য়াবদি, চোথে খুনলাক্পনি, মহাক্না তোংবা য়াবা অসিসু মোংশাংকৈ ফাওবা অসিতনি। মোইরাংগী খুল্লাক্পা অমসুং লুপলাকপা মখোয় অনিনা লাংপোক্কী মখৈ অসি ফাওবা তোংব য়ারম্মী, অসিদগী হেন্না তোংবা য়ারমদে।

চৈরাপ ফানশাং ফমলুপ ফম্বা অসি অহল্লুপ অমসুং লাইফমগী ফমলুপ, নাহারুপ অমসুং খাবগী ফমলুপ খায়দোক্কুনা ফমলম্মী। অহল্লুপ অমসুং লাইফম্না খ্বায়দগী মকোক্তা থংনা লাঙ্জৈদা ফমই, মথং য়েৎতা লানচিংলেন (সনাপতি), গুরু, পন্তিত, খুরাইলাক্পা পুস্ত্রনবা, খ্বাইলাকপা, কত্বান, লাইফম লাক্পা, অহল্লুপ লাক্পা, হিয়াংলোই হঞ্জবা শঙ্লেন লাক্পা, থাঙ্শুহনবা, তেনশুহনবা, লমলৈরাক্পা, য়েন্দেহনবা, য়োইরেনহনবা, অশৈহনবা, লৈচোন লাক্পা, তোললোং লাক্পা, লাইরেন লাক্পা, অচানবা, শগোল হঞ্জবা, খুৎহৈবা হঞ্জবা, অমেৎপা হঞ্জবা, ঈরাৎ লাংবা, ফমথকচা, শিননাই হঞ্জবা, ওক্রন কোনশাহনবা, দোলাইরোই হঞ্জবা, উশাহঞ্জবা খুল্লাক্পা ফমথৌশিংসি মথং মনাও কাইদনা ফমই।

নহালুপ অমসুং খাবমগী ফমফমদি ব্রাংখৈরাক্পনা খ্বায়দগী মকোক্তা ফমগনি, মথংদা লৈপুবা, নোংথোনবা, য়াইস্কুললাকপা, খাবম লাক্পা, নাহালুপ লাকপা, চোঙখনবা হঞ্জবা শঙলেন লাক্পা, পন্তিত, চাংঙম নিংথৌ, চুংশুহনবা, উমু

[১] *থাঙ্বন চাবা / তাঙ্বল্লোই চাবা : শাফা লানফাগী পিবা মনানি। কন্নাগুম্বা অমনা শা তানবদা শা ১০০ ফারবা নত্রগা ১০৫ ফারবা নত্রগা নিংথৌগী মথৱায় কন্না শা ফাবা নত্রগা লান্দা য়েক্রুবগী নিংথৌ ফারবা নত্রগা লান্দা নিংথৌগী মথৱায় কনবা অথৌবশিংদা পিবা মনানি।*

*তাঙবল্লোই চাবা মীদা পিবা মনাদি : নিংথৌ ফি খুৎকা শাজোনবা, খুবোম য়াইশিরোনবা, খুৎদাংয়াই চৌখুবা, খুৎশি তানশি, থোঙ্শি, উরেকশেৎ, নোইনিংথোই য়েন্দুম লাংমৈ, ম্না লৈখম, ম্না লিক লিককোন্, লৌ পরি ৫০ ইল্লি। কংলা ঙাল্লে অদুগা কৈয়াং থেকই।*

খুল্লাকপা, হুইদ্রোম হনবা, কৈক্রেনহনবা, মাইবাহনবা, নাকপ্পা লাক্পা, ইমিংলোই হঞ্জবা, অচানবী, শামুহঞ্জবা, হিশাবা হনবা, লাইফরাক্পা, অয়েকপা হঞ্জবা, মোইফেংবা হঞ্জবা, অহৈবা হঞ্জবা, ফিশা হঞ্জবা, উনুংতা খুল্লাকপা, ফুরিৎশাবা খুল্লাক্পা ফমশিং অসিনা চৈরাপতা ফম্বা মতমদা মথং মনাওশিংসি কাইদনা ফমই।

মৈতিংঙু পামহৈবনা নৌনা লিংখৎলম্বা ফমলুপশিংদি থাঙ্শুহনবা, তেনশুহনবা, খুনতোংলাক্পা, ফমথকচা, লাইরেল্লাকপা ফমশিং অসি লাইফম শঙ্লেনগী মখাদা লিংখৎলম্মী। উম্ৰ খুল্লাক্পা, চুংশুহনবা, চীংশুহনবা, ইমিংলোই হঞ্জবা অমসুং অমেৎপা (পুকশুবা) ফমশিং লিংখৎতুনা খাবম শঙ্লেনগী মখাদা থমলম্মী। লৈকাই মরিগী হাজারি মরি হাপলম্মী। লৈপাক্কী লাম্মীশিংগী ফম মথং মনাও নাইনা শেমদুনা মওং মরিন তানা থমলম্মী। লাম্মীগী খ্বায়গী মকোক্তা মথংখনবা (যুবারাজ), লানচিংলেন (সেনাপতি), লৈপুবা (মন্ত্রি), কত্বান, পানা হাজারি মরিমা অসিশিংনি। পোৎশঙ্বা হঞ্জবা, হিদাক্ ফানবা হঞ্জবা, চাংগম নিংথৌ, হিরুহনবা, হিনাউহনবা, লম্বোং হঞ্জবা ফমশিং অসিসু লিংখলিম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা চৈরাপ, পোৎশঙ্বা শঙলাংমৈ, হীদাক্ ফানবা শঙ্লেন, কৈরুংবা য়ারেকশঙ, নিংথৌশেনবা য়ারেকশঙ্, লাম্মী য়ারেকশঙ, তানয়ৈবা লোইশঙ্, হাওমচা লোইশঙ্ অসিনচিংবা শঙশিং লিংখৎলম্মী। শঙ্শিং অসিগী মথক্তা কৈবি চিনা, দোলাইপাবা, পশোৎশাক, ঈনুংলোই ঈশৈ শকপা লোইশঙ্ লিংলম্মী। লোয়ননা হঞ্জবা হিদং হাপলম্মী। অদুগা পাঞ্জি লোইশঙ্সু লিংলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা অতে অৱাৎ অপা য়েংদুনা চীংশাং লম্বু খুমগোইরুংবা এন্দু খোঙ্লোই শঙ্ পুম্নমকসু লিংখৎলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা চহী ৩০ শুদবা মীদি তুংগী ৱা খঙ্বা ৱাৎলি হায়দুনা ফম হাপতে কনাগুম্বা মীওই অমবু ফম হাপ্পা তারবসু মাগী মাগী পান্নবা শঙ্লাক কৈরুংবনা মী অসিদি মতিক চারে ফম পাইবা য়ারে হায়না নিংথৌদা কৎলরবা মী অদুবু নিংথৌনা ফম হাপপিরম্মী। পামহৈবা নিংথৌনা, নিংথৌশেনগদবা অমসুং লৈমারেন, য়োইবু য়োইহৈ শেনগদবা চৎনা পথাপসু শেমদুনা থমলম্মী।

মৈতিংঙু পামহৈবনা নোংচুপ হারম অমসুং নোংপোক হারমগী মীনা লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং পাখঙ্বা, লাই অয়াম্বা মখোয়না চংবা য়াহনলমদে। অদুবু বামোনশিংনদি চংবা য়ারম্মী। নোংপোক হারম অমসুং নোংচুপ হারমগী

মীওইশিং অসিনসু মাইবা লোইশঙ্ অহুমদা (৩) খনবা য়ারমদে। লোয়ননা দোলাই পাবনা নিংথৌগী শঙ্গাই চঙ্বা য়ারমদে।

মৈতিংঙু পামহৈবনা নিংথৌ ওইনা পানলিঙৈ মতমদা মৱা মপুরোইবা শিবা মতমদা মখোয়গী লোইনবী নুপীশিংগা পুন্না শিমিন্নবা অসি চৎনরম্মী। খৃ: ১৭২৫গী ইঙাগী ২৫নি পানবা শগোলশেন নুমিৎতা স্নাহন মুরারি শিখি। মসিদা মহাক্কী তাল্লোই অনিগা শিমিন্নখি। খৃ: ১৭৩৩ গী মেরাগী ১৮ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা শাৎপমচা খ্বায়রাকপা চীংঙাদা শি মদুদা মাগী নুপী অমগা শিমিন্নে। খৃ: ১৭৩৫ গী শজিফুগী ৭নি পানবা শগোলশেন্দা বামোল লখোন শি অদুদা মতু অনিমাগা শিমিন্নে। চহী অসিগী কালেনগী ৬নি পানবা শগোলশেন্দা ৱায়েনবম নোংথোন্বা শি অদুদসু মতু অনিদুগা শিমিন্নে। মৱা মপুরোইবা শিবা মতমদা মতুগা শিবা অসি য়াম্না কন্না চৎনরম্মী।

মৈতিংঙু পামহৈবনা অহনগী মতম ওইশিনলক্পা অসিদা নিংথৌ খুবম অসি মচাইবুংঙো শ্যামশাইগী মফমদা শিন্নবা পামলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা নিংথৌ খুবম মচাইবুংঙো শ্যামশাই শিন্ননিংবগী মওং মতৌ উবদগী লৈমারেন থম্বালনা মচাইবুংঙো স্নাহন মোরাম্ববু নিংথৌ ওইননবা অঙোম গোপিগা লোৎনা ৱা তান্নরম্মী। লৈমারেন থম্বালনা পামহৈবা নিংথৌগী মনাক্তা চৎতুনা মহাক্না মমাংঙৈদা নিখিবা থৌজাল (বর) অদু পিবিরো হায়রম্মী। পামহৈবনা মহাক্কী ৱাশক ঙাক্না মচাইবুংঙো স্নাহন মোরাম্বদা নিংথৌ খুবম শিন্নবা য়াদুনা খৃ: ১৭৪৮ গী কালেনগী ১০ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা নিংথৌ খুবম শিন্নরম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা ফম্বালদা চহী ৪০ নিংথৌ ওইনা পানলম্মী। মশাগী চহী ৬৯ শুবদা নিংথৌ খুবম থাদোকলম্মী।

-)০(-

# ৫১শুবা

# মৈতিংঙু স্নাহন মোরাম্বা/মেংখোম্বা/ সামৈরাং চিংশাই/জিৎ শাই (খৃ: ১৭৪৮ -৫২)

মৈতিংঙু স্নাহন মোরম্বনা খৃ: ১৭৪৮ গী কালেনগী ১০ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা কংলৈপাক মরিপুরগী নিংথৌ ওইরম্মী। পামহৈবা নিংথৌনা রামান্দি লাইনিং লৌদুনা চৎখিবদগী লমগী মমিংদা রামগী মমিং লৌদুনা থোনবা হৌরম্মী। লাংথাবানবু রাম শালা হায়না কৌরম্মী। অদুগা কোম্থাবু রামনাগর হায়না থোনলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবনা নিংথৌ খুবম শিন্নবা মতমদা লাংথাবান কোনুংদা (রাম শালা) মনাও ইবেম্মা লৈমা মোইরাংথেম চনু থব্রাগা লৈরি। অদুগা মচা ইবুংঙো অহন শ্যামশাইনা কোম্থা উয়ুংথেন্দা (রামনাগর) লৈরি। শ্যামশাই খুরাইলাক্পা অসি পামহৈবা নিংথৌনা লৈমা তরা (১০) পান্নদুনা পোকপা মচাশিংগী মনুংদা খ্বায়গী অহন্নি। অচুম্বা মচানুপা অহন্না নিংথৌ খুবম ফংবগী চৎনবী মতুং ইন্না শ্যামশাইনা নিংথৌ খুবম ফংফম থোকই। শ্যামশাইগী মপাঙ্গল মরৌশিংগী মতুং ইন্না নিংথৌ খুবম নমদুনা লৌবা য়াবনি অদুবু মপাবুংগী ব্রাশক কাইখিগনি হায়দুনা নিংথৌ খুবমদা মিহৌবা অপাম্বা করিসু লৈখিদে। শ্যামশাইনা নিংথৌ খুবমদগী মপাবুংগীব্রাশক্না হেন্না লুনা লৌজরম্মী। শ্যামশাইনা মপাবুংবু নুংশিনা নিংজবা অসিনা মপাবুং নিংথৌনা নুংঙাইরোইদবা থবক তৌরমদে। পামহৈবনা মচা ইবুংঙো শ্যামশাইগী মনাক্তা লৈনবা ইঙা থাদা মোইরাং লানহাঙম্বা কম্বান্না কোম্থা উয়ুংথেন্দা নিংথেমগী শঙ্গাই শারম্মী। কোম্থাগী শঙ্গাই শাবা লোইরদুনা খৃ: ১৭৪৯ গী শজিফুগী ১৩নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা লাংথাবান্দগী হোংলক্তুনা কোম্থাদা লৈরম্মী।

**অব্রাংনিংথৌদা মৈতৈ লৈমা লুহোংবা -**

পামহৈবনা কোম্থাদা লৈরবা মতমদা অব্রা নিংথৌ দিবৌটিগী মফমদা মমোম ইবেম্মা থিনলক্লগনি ওক্লবা থৌরাং তৌরো হায়দুনা পাও থারম্মী। মতমসিদা পামহৈবগী হেক পোক্চবা মচা নুপী লৈতবদগী মনাও ইবুংঙো ব্রাংখৈলাক্পা

খমলাং পামশাবনা পোকলম্বী মমোম সত্যমালাবু অপোক্পী মমোম শক্লা অৱানিংথৌ দিবৌটিদা থাজদুনা খৃ: ১৭৪৯গী হিয়াঙ্গে নোংমা পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা কোম্থাদগী লৈমা থিনবা অকন অথৌ কয়ামরুম য়াওনা অচৌবা তেঙ্গোল অমা পুদুনা খোংশানলম্মী। পামহৈবনা মমোম থিনবা চৎপা অসিদা অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোন অমা য়াওরিবা অসি মরম অমা লৈরম্মী। অৱা লৈপাক্ অসি পামহৈবগী মখুৎতা অৱা-নুংশি নংলবা, মাঙ্তাক্লবা, কাংখোং চাইরবা লৈপাক্নি। অৱানিংথৌনা নোনজবা ৱাহৈনা হঞ্জন হঞ্জন ঙাইশেন ওইসি হায়রকপসি পামহৈবনা য়াদুনা মমোমবু থাজরে, অদুবু চিংনবদি লৈখি। করিগুম্বা অৱা নিংথৌনা মপুক শেংদনা মনুংদা মৰৌ তৌদুনা লৈরমলবদি, মখোয়গী মথক্তা লান্তাদুনা মায়থিবা পিরগা অভা কোনুং থুগাইবগী পান্দমদা চৎলম্মী। অশেংবা ৱানা হায়বা ওইরম্লবদি মমোম সত্যমালাবু লুহোংদুনা থাজবীরম্বা, অসিগী থৌরাং পুম্নমক তৌদুনা অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোন পুদুনা লুহোংবা থিনবা চৎলম্মী। অৱা নিংথৌনা সনালুপ্পা দোলাইনচিংবা পুরক্কুনা লম্বীদা মৈতৈ লৈমা সত্যমালাবু ওক্লম্মী। ইরাবতি তুরেন লান্দুনা অভা কোনুংদা চৎলম্মী। অৱা কোনুং য়ৌরবদা অৱা নিংথৌ অমসুং মৈতিংঙু পামহৈবা অনিনা সনাগী ফম্বাললাংদা ফম্মিনরম্মী। মমোম তমফা ৱাংঙমলোন সত্যমালাবু অৱা নিংথৌদা লুহোংবীরে। মচা ইবুংঙো শ্যামশাইনা অৱা কোনুং অভাদা মচন ইবেম্মা সত্যমালাগা লৈমিন্নহৌরে। পামহৈবনা লুহোংবা লোইদুনা হনলক্কুনা মেতু য়ৌরবদা অৱা নিংথৌ দিবৌটিনা কোইবু লান্তাদুনা নমথবীরমউ হায়না মী থারক্কুনা হায়রম্মী । পামহৈবা নিংথৌনা মমাক্ ইবুংঙো অৱা নিংথৌগী নিংবা থুংনবা কোইগী মথক্তা লান্তাদুনা কোইবু মায়থিবা পিদুনা অৱা নিংথৌগী মখাদা থমবিরমলগা হনলক্কুনা হিয়াঙ্গে থা লোইরকপদা কংলা কোনুংদা থুংলখি। কোইগা লান শোক্লবদা বামোন গঙ্গারাম, শৌক্রাক্পম অকোংগা মখোয় অনি শিহৌখি। লানফা য়াম্না ফারকখি।

পামহৈবা নিংথৌনা খৃ: ১৭৫০ গী কালেনগী ১৭ নি পানবা লৈপাক্পোক্পা নুমিৎতা কোম্থাদগী অঙোম য়ুমফমদা হোংলক্কুনা লৈরম্মী। অঙোম য়ুমফম অসি সি: সি: স্কুল পুরৈরোম্বা খোংনাং হৌরিবা অসিগী অকোইবা অসি অঙোম য়ুমফম্নি। মৈতিংঙু ম্লাহল মোরাম্বনা মপা ইবুংঙোনা অঙোম য়ুমফমদা লৈবা অসি কংলা কোনুংগা নক্লমল্লি হায়দুনা অঙোম য়ুমফমদগী তাম্থোক্লম্মী। পামহৈবা নিংথৌনা মচাগী নিংবা থুংনবা অঙোম য়ুমফম থাদোক্কুনা হিয়াঙ্গৈগী ২৯ নি পানবা ইরাইদা ক্বা য়েংবনি হায়দুনা থাঙ্গাদা চৎখিদুনা মতম খরা থাঙ্গাদা লৈরম্মী।

থাঙ্গাদা লৈবা অদুসু কুইনা লৈবা ঙমদ্রে। লৈমারেন থম্বাল, অঙোম গোপি অমসুং মৈতিংঙু ম্নাহন মোরাম্বানা শরৌশিন্দুনা থঙ্গাদা লৈবা য়াদে, লৈপাক অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রো হায়না তানথোক্লম্মী। পামহৈবা নিংথৌ লৈপাক অসিদা লৈফম লৈত্রে। হন্দক্তি পামহৈবা লৈপাক্ অসি থাদোক্তুনা অৱা লৈপাক্তা চৎতুনা মমাক্ অৱা নিংথৌগী মনাক্তা মতম খরা লৈরুগে খন্দুনা চৎনবা থৌরাং তৌরম্মী। পামহৈবা নিংথৌনা থাঙ্গাদগী অৱা চৎনবা খোংশানলক্তুনা হয়িং খোংবান তোললোং ইম্ফমদা চংলগা লাইনিংথৌ তাইবংখাইববু খুরুম্লগা অৱা লৈপাক্ তান্না খোংলেংলম্মী। খোংজোম য়ৌরবা মতমদা মৈতিংঙু পামহৈবা ঈশিং থৌরাংলক্লম্মী। খোংজোমদা ঈশিং থক্কে থিবদা, ঈশিং ফংগদ্রা হায়না চীংদগী য়েংবদা নাপী মরক্তা চেনবা তুরেন উবদা । নঙগী নপাদা কনাগুম্বনা তেঙ্গোল শারবদি তেঙ্গোল তুম্মু হায়না অকনবা মীচৈ পীরম্মী। মদুদা ককচিং নুপা অমনা পামহৈবা নিংথৌবু উবদা, কৎনবা পোৎ য়াওদবদগী, নিংথৌ উরবদি পোৎ কৎপা হৌনৈ হায়দুনা হুপ মতোন কৎলুবদগী নিপা অদুবু ককচিং নিংথৌ শেন্বীরগা 'বুদ্ধিজ' উপাধি পিরম্মী। পামহৈবনা অৱা কোনুং অভা য়ৌরবদা, অৱা নিংথৌ দিবৌটিগী মনাক্তা মচা ইবুংঙো শ্যামশাই অমদি লোইনরকপা মনাই মশনশিংগা লৈরম্মী। চহী অমারোম অৱা কোনুং অভাদা লৈরক্লবা মতুংদা টেলেংশিংনা অৱা নিংথৌ দিবৌটিগী মথক্তা লান্তারক্তুনা অৱা কোনুং অভা মৈ থাদোকখ্রে অদুগা দিবৌটিবু ফাদুনা পুখ্রে। মৈতিংঙু পামহৈবা অৱা লৈপাক্তা লৈবা য়াদ্রদুনা মচা ইবুংঙো শ্যামশাই য়াওনা মনাই মশনশিংগা লোয়ননা কংলৈপাক মণিপুরদা হনলক্লে। পামহৈবা নিংথৌনা অৱাদগী থোকলক্পগী পাও অরোনাই হঞবগী মফমদগী তারম্মী। মপাইবুংঙো পামহৈবনা অৱাদগী হনলক্পগী পাও তাবদগী মৈতিংঙু ম্নাহন মোরাম্বনা মনাও ইবুংঙো, শিবাশাই, ওঙ্গাশাই (তাঙ্গা শাই), তোলেনতোম্বা অমসুং মমা ইবেম্মা লৈমারেন থম্বালগা লোয়ননা মপাইবুংঙোবু লৈপাক্ অসিদা তাহনলক্তনবা ৱা তান্নরম্মী। পামহৈবা নিংথৌবু লৈপাক অসিদা তাহনলক্তনবগী ৱা খন্নখিবগী মরমদি মপাইবুংঙো লৈপাক্ অসিদা লৈবা য়াদ্রে হায়দুনা তাম্থোকখিবা হৌজিক্লা মচা ইবুংঙো শ্যামশাইনা পামহৈববু থৌগন তৌদুনা অৱাদগী হনলক্পসিনা কংলৈপাক্ মণিপুর য়ৌরক্লবদি লৈপাক্ মীয়াম পুম্নমক পামহৈবগী মীচংদা লেপখিগনি, অদুগা মচা ইবুংঙো শ্যামশাইদা নিংথৌ খুবম শিন্নখিগনি হায়না চিংনরম্মী। করিগুম্বা উপাই অমনা পামহৈবা নিংথৌনা কংলৈপাক মণিপুরদা হনলক্তনবা থৌদাং মনাওইবুংঙো তোলেন তোম্বদা

শিন্নরম্মী। তোলেনতোম্বনা মৈতৈগী অকন অথৌ, নহাক্পম থরোই, কৈক্রুহ্নবা হিদং, অয়াংহনবা হোংবা, ইরোম লানচিংবা মখোয় মরি য়াওনা মৈতৈ লাম্মী ৫০ গা লোয়ননা হিয়াঙ্গৈ থা হৌরকপদা মপাইবুংঙো ওকপা শাশিন্নদুনা চৎখিরম্মী। মপাইবুংঙোবু লৈপাক্ অসিদা তাহন্দনবা ৱা তান্নবা অসিদা শঙ্গোইতাবা ভারতশাই অমসুং নন্দাশাই মখোয় অনি য়াওখিদে। তোলেনতোম্বগা মপাইবুংঙো পামহৈবগা নিংথি তুরেনগী তোফাং হিদেন্দা ওক্করম্মী। হান্না শিন্দোক্লখিবা খুজিন থৌরাংগী মতুং ইন্না মপাইবুংঙো পামহৈবগী মথক্তা লান্তাদুনা মপা ইবুংঙোবু টানা থিন্দুনা তোফাং হিদেন্দা হাৎতোক্লম্মী। মপাইবুংঙোগী থৌগন তৌজবা ময়াম্বু শ্যামশাই, কিশোর শাই, বামোন ৱারিবাহঞ্জবা মপা মচা অনিমক, ব্রহ্মরাম কৃষ্ণ, লমবোইবা লোক্দাস, মোইরাং লানহাঙম্বা কত্বান, মনাওফৈদা হঞ্জবা, মনাও শেলুংবা, অঙোম চন্দ্রমনি, নাওরোইবা শেলুংবা, নিংথৌখোংজম কামদেব, নিংঙোম্বব শ্যামরাম, ৱাংখৈ মাইমু ফৈদা হঞ্জবা, তখেল লম্বু লাইরেন তুম্বানচিংবা মীওই পুম্নমক নিংথি তুরেনগী তোনফাং হিদেন্দা হাৎলম্মী। মৈতিংঙু পামহৈবা খৃ: ১৭৫১গী পোইনু থাগী ২৬ নি পানবা য়ুমশাকৈশা নুমিৎতা মচাইবুংঙো তোলেনতোম্বগী মখুৎতা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখিরম্মী।

পামহৈবা নিংথৌনা লৈখিদ্রবা মতুংদগী লৈপাক্কী পাঙ্গল খংশোন শোন্থরকখি। নিংথৌ মচাশিংগী মনুংদা য়েংথিনদুনা মাগী মাগী খুৎ শেম্নদুনা নিংথৌখুবমগী লানশোক্লবা হৌরক্লম্মী। স্নাহন মোরম্বনা মপাইবুংঙো পামহৈবা অমসুং ময়াম্বা শ্যামশাই হাৎলুবগী মরম থা মরিগী মতুংদা লৈপাক্ মীয়াম্না অশেংবা মবম খংনরকখি। মসিনা মচিন মনাওশিংগী মরক্তা মখোয় মশেন নুংঙাইনদবা হৌরকখি। শঙ্গোইতাবা ভরতশাই মৈতিংঙু স্নাহন মোরম্বগা মমা তিন্নবা মপা তিন্নদবা মচিন মনাওনি। মৈতিংঙু স্নাহন মোরাম্বা অরাম্বম সনাগী ঈনি। শঙ্গোইতাবা ভরতশাইনা মপাইবুংঙো পামহৈবা শিখিবগী অশেংবা খংলবা মতুং অসিদা মপাবুং হাৎখিবগী নুংঙাইতদুনা ময়াম্বুং চিৎশাই/শামৈরাংগী মথক্তা লান হৌরম্মী। লৈপাক মীয়াম্না শঙ্গোইতাবা ভরতশাইগী মীচংদা লেপলম্মী। লানহৌ অদু শঙ্গোইতাবা ভরতশাইনা মায়পাক্লুনা নিংথৌ খুবম মুনলম্মী। মৈতিংঙু শামৈরাংনা চহী মরি নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

-)০(-

# ৫২শুবা

## মৈতিংঙু শঙ্গোইতাবা ভারতশাই

## (খৃ: ১৭৫২ - ৫৩)

খৃ: ১৭৫২ গী শজিফুগী থানিন থাংজা নুমিৎতা শঙ্গোইতাবা ভারতশাইনা ময়াম্বুং স্নাহন মোরম্বগী মহুৎ শিন্দুনা কংলৈপাক মণিপুরগী নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক্না নিংথৌ ওইবগা মাগী নিংথৌ খুবমদা য়েথাই থিনগাইরকপা পীরক্তনবগী চেক্‌শিন থৌরাং লৌখৎতুনা ময়াম্বুং স্নাহন মোরম্বা, মনাও স্নানন্দাশাই লানচিংলেন অমসুং স্নাহন মোরাম্বগী মচা ইবুংঙো দেবশাই মখোয় অহুম্বু ময়াং লৈপাক্ত তান্থোকখিরম্মী। অদুগা ইবুংশি গঙ্গা বিষ্ণুনা পোং লৈপাক্তা তান্তোকখিরম্মী।

নোংপোক লৈরিখোম্বা অনন্তশাইনা কালেনগী ৫নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা নিংথিগী তোফাংহিদেন্দা মপা ইবুংঙো মৈতিংঙু পামহৈবগী লাইবক্কী শরূ লৌবা চৎলি অদুগা মফমদুদা মপা ইবুংঙো অমসুং ময়াম্বা শ্যামশাইগী সংকীর্ত্তন শক্তুনা শ্রদ্ধা তৌরম্মী।

শঙ্গোইতাবা ভারতশাই নিংথৌ ওইদুনা লৈপাক্ঙাকলবসু লৈপাক্কী থৌরম থৌদাদা পুক্লিং ইচং চংবা ঙমলমদে। মহাক্না নিংথৌ ওইরিবা অসি য়াম্না খোংফম চেৎনা ওইবা নিংথৌ ওইরমদে। মহাক্না মপা তিন্নবা মমা তিন্নদবা মচিন মনাওশিংবু ফনা খনবা ঙমল্লদে। মৈতিংঙু শঙ্গোইতাবা ভরতশাইনা নোংমা ব্রায়েন কুচু শঙ্‌লেন্দা লৈপাক্কী অঙম অথৌ ময়াম তিন্দুনা ফমলিঙৈদা ময়াম্বুং শ্যামশাইগী ইবেম্মা মতৈমা চাখালোইখোম্বীনা মচা ইবুংঙোশিং পুরক্তুনা মতোন ইবুংঙো নিংথৌবু খুরুমলৈ। শঙ্গোইতাবা ভরতশাইনা মতৈমাদা মমিৎ খানা য়েংলগা ব্রা ঙাংদনা ব্রায়েন কুচু শঙ্‌লেন্দগী শঙ্গাইনুংদা লেনশিনখি। মৈতিংঙুগী অখাবা মিৎয়েং অদু উবদগী মমা মচাবু হাৎপি তুপপিগদ্রা হায়না কিদুনা চাখালোইখোম্বীনা মচাশিং পুদুনা ময়ুমদা চংদনা পংচৎতা চৎখিদুনা লোইবী চীংদা কারম্মী। শঙ্গোইতাবা ভরতশাইনা তৌরিবা থৌদৌ অদু নোংপোক্ লৈরিখোম্বা অনন্তা শাইনা তারদুনা মতৈমা চাখালোইখোম্বী অমসুং মচা ইবুংঙোশিং লৌশিন্দুনা থমগে হায়দুনা মতৈমা অমদি মচাইবুংঙোশিং কৌশিনবা মোইরাংখোম শঙ্গাইদা লাক্লম্মী। মোইরাংখোম

শঙ্গাই চংদুনা য়েংলুবদদি মতৈমা অমসুং মচাইবুংঙোশিং অমতা লৈরমদ্রে হংলুবদসু কনা অমতা খংলমদ্রে নোংপোক্ লৈরিখোম্বা অনন্তাশাইনা মনাও ইবুংঙো শঙ্গোইতাবা ভরতশাইবু পুক্লিংদা য়াম্না তাথিরম্মী।

মতৈমা চাখালোইখোম্বীনা মচা ইবুংঙোশিং পুদুনা চংখিবা অদু নোংপোক্লৈরিখোম্বা অনন্তাশাইনা মী থাদোক্নুনা কোইথী থিহনলম্মী। নোংপোক লৈরিখোম্বা অন্তাশাইনা মী থাদোক্নুনা থিবা অসিদা শঙ্গোইতাবা ভরতশাইনা মী থাদোক্নুনা মমা মচাবু ফাগদবগী থিরিবনি খনখিদুনা থিবা ফংদনবা মফম অমদা নিনি শুনা পন্দনা, থিবা খংদনবা পংচংতা চংতুনা লোৎপা হোৎনরম্মী। চাখালোইখোম্বীনা মতম খরা তোংহু নিংথৌগীদা লোৎতুনা লৈরম্মী। তোংহু নিংথৌনা মমা মচাবু য়াম্না নুংশিনা চান্না থম্বীরম্মী। তোংহু নিংথৌগী মনাক্তগী অমুক মরিং খুন্দা চংতুনা মফম অদুদা শৈতাংদুনা লৈরম্মী। তোংহু নিংথৌনা মমা মচানা মরিংখুন্দা চংলমদাইদা চীংথংখোম্বদা টা অমা পিরম্মী। নোংপোক লৈরিখোম্বা অনন্তাশাইনা মী থাদোক্নুনা থিহনবদা থিবা পংলক্লবদা মবাই ইবুংঙো ৱায়েনবম খেলেম্ববু (খেলৈ নুংনাং তেলহৈবা) মমা মচাবু থিহনলম্মী। থিবা যাবা থিরবা মতুংদা, মরিং খুন্দা লৈরে হায়বগী পাও ফংদুনা খেলেম্বনা লোংনা চংতুনা লৌকবগা মাগী মনাক্তা লোৎনা থমলম্মী।

নোংপোক্ লৈরিখোম্বা অনন্তাশাইনা শঙ্গোইতাবা ভরতশাইগী মথক্তা লান্তানবা মবাই মোইরং খেলেম্বগা ৱা তান্নরম্মী। নোংপোক্ লৈরিখোম্বা অনন্তাশাইনা লূচিংদ্নুনা খৃ: ১৭৫৩ গী হিয়াঙ্গৈ থাগী ২০ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা শঙ্গোইতাবা ভরতশাইগী মথক্তা লান্তারম্মী। লান অদুদা শঙ্গোইতাবা ভবতশাইবু মায়থিবা পিদুনা কোনুং লৌরম্মী। নোংপোক লৈরিখোম্বনা শঙ্গোইতাবা ভাবতশাইগী মথক্তা হৌরিবা লানহৌ অসি নিংথৌ খুবম পামদুনা ফম্বালবু মিহৌদুনা হৌবা লানহৌ নত্তে। মঙোন্দা নিংথৌ ওইনিংবগী অপাম্বা, মিহৌবা, কনলকপা মচেৎ অমতা লৈরমদে। মৈতিংঙু শঙ্গোইতাবা ভরতশাইনা মতৈমা চাখালোইখোম্বী অমসুং মচা ইবুংঙোশিংদা চংখিবা লিচৎ, য়েংখিবা মিৎয়েং অদুগী নুংঙাইতদুনা হৌখিবা লানহৌনি। নোংপোক্ লৈরিখোম্বনা নিংথৌ ওইবদা কনা অমতনা য়েৎপিনবা লৈরমদে। অদুবু মহাক্ লিচং কাইখিদেময়াম্বুং অহন শ্যামশাইগী মচানা নিংথৌ ওইফম থোকই হায়দুনা মচা ইবুংঙো মরাম্বদা (গৌরশ্যাম) নিংথৌ খুবম শিন্নরম্মী। মৈতিংঙু শঙ্গোইতাবনা চহী অমগা থা নিপাল নিংথৌ ওইনা পানখি।

- ) ০ ( -

